# ঈচেলদুগী মতাইদা



অইবা
ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

**ঈচেলদুগী মভাইদা**
**(উপন্যাস)**


অইবা : ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ্

লৈফম : শিংজমৈ চীংঙা মখোঙ চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল মণিপুর,
টেলিফোন : ২৪৪৪৬১১

ফোঙজবা : ময়াংলম্বম পব্লিকেসন্স শিংজমৈ, ইম্ফালনা ফোঙজবা।

অহানবা ফোঙবা : ১৭/৬/২০০৭ ইং, ইঙাগী নিনী পানবা, নোংমাইজিং।

কোপি মশীং : ১১০০ (লীশীং অমা চাম্মা)

মমল : লুপা ১২৫/-

লাইরিক ফংফম : অইবগী য়ুম, সঙ্গম বুক স্টোর, শিন্দম বুক স্টোর,
জগৎ মতা অমসুং রাজেস বুক স্টোর।

প্রুফ রিডর : অইবা








নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।



## ঁডাক্তর হিজম একেন্দ্রকুমার/ইবোচৌবা সিংহগী চরন্দা অশি লমদমদা ইজবা চিঠি ঃ

ইপা ইবুংঙো! ঐদি নৌনা পন্থৌ কায়নখিবনা অপোকপগী মশক খঙজহৌদে। পলেম অপোকপী ইমাগী মীৎয়েংখাদা চাউজরকপনি। অদুবু আসামগী লমদা ইপা ইবুংঙোগা থেংনজরম্বদগী অপোকপমক্তি খঙখি। ইপা ইবুংঙোগী ফজবা ৱাহৈ অমদি পাউতাক কয়া তাজবদগী নচা ঙসিদি সমাজগী লম্বী মতাইদা, হাইদোক্তুনা চৎলম্বদগী ময়ায়গী পুন্সিগী লম্বী তপ্না-তপ্না উবা ঙমজরক্তে। ইপা ইবুংঙোনা শাংলবা তাইবং পুন্সিগী থৌরী কোঙ্গোয়দগী নহোক্তুগা মপুগী খুয়াদা চৎলমদাইগী মতমদা টেলিফোন্দা নোংমা অরোইবা ফোঙদোকপিরকখিবা, — "ইচাগী নুংশিবা নৱাহৈ তানীংবদগী টেলিফোন তৌরকপনি, ইপা কুইগদবা মান্দ্রে, মতম চুপ্পদা ইচা-ইমৌ অনীগী অমদি ইশুশিংগী মঙ্গল ওইয়ু!" ৱাহৈদুনা নচাগী নাকোঙদা ঙসিসু ঙংবগুম তৌরি। ইপা ইবুংঙো! নচাগী 'ঈচেলদুগী মতাইদা' হায়না মমিং থোঙ্গরিবা উপন্যাসসিমদি ইপা ইবুংঙোগী মিংদা কচ্চরি। লৎনদনা লৌশিনবীয়ুকো!

নহাক্কী নচা

**ময়াংলম্বাম কান্দেশ সিংহ**

# হায়নিং বা খরা

শ্রীময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ্ হান্না বারী মচা ইরম্বনি লাইরিক মরি ফোঙদুনা ইবগী লম্বীদা শক্ তাকখ্রে। হৌজিক্তি মণিপুরী উপন্যাস ইবশিংগী মনুংদা মশাগী উপন্যাস অহুম পুথোক্লুনা (রোমোনি, ২০০৪, পুকচেল, ২০০৪, শম্বল, ২০০৫) শ্রী কান্দেশ, মচিল তুমখৎলক্লিবা মণিপুরী উপন্যাসকার অমা ওইরে।

অইবা অসিগী মরিশুরকপা খুদোল "ঈচেলদুগী মতাইদা" হায়বসি পাবদা য়াম্না নুংঙাইবা উপন্যাস অমা ওইরগনি। হৌজিক হৌজিক মণিপুর হায়রিবা ঐখোয়গী লমদম অসিদা ওইরিবা মশাক মীনা-মীবু নুংশিদবা, অচুম্ববু চুমদবনা লাকথুবীবা, লৈবাক্কী বায়েল থৌদা পথাপ নাইদবা পুন্নমক অসিগী মথক্তা হিংনবগী লম্বীদা লাইরবশিংগী চৎফম লৈরক্তবা শেনজা থুমজানা হারবা য়ুমফম অসিদা শ্লাগৎপা বারীনি।

অসি য়ৌনা মথোং হুক্রুবা খুন্নাই অসিদা অইবা অসিনা উৎনিংলিবদি "অশেংবা নুংশিবা" হায়বদুদি শিদে মতম পুম্বদা হিংদুনা লৈ হায়বসিনি। তৌবদি অনৈবনা ময়ায়দা অশেংবনা মতাইদা চেল্লীবা মতমগী ঈচেল অসিদা।

উপন্যাস অসিগী মপুং ওইরিবা শক্তম বীমোলনি অদুগা নায়িকাগী শক্তমদা থাজমানবী লোইননা নাগালেন্দগী মেরী অমসুং অচুনিনি। নায়িকা অহুম অসিগী চরিত্র শেমগৎপদনি অইবনা নুংশিবগি অশেংবা মশক উৎনবা হোৎনরিবা, অশেংবা নুংশিবদি মশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোক্লুনা নুংশিবদুবু পুজা তৌজবদুনি। লোন খোক্তবী অচুনিনা ফোংদোকপা ঙমজদ্রবা নুংশিবা, নুংশিজরুরিবা অদুনসু খঙবিদ্রবা ফাওবদা মথম্মোইদা চেৎনা লোৎশিন্দুনা মথবাই থাদোকপা ঙমখিবদুবু অইবা অসিনা নুংশিবগী অশেংবা মসকনি হায়না উৎলি। উপন্যাস অসিদা বীমোলনা মণিপুরদা করপসনগী লাংদা থুরুবা, নাগালেন্দা লাল্লহৌবশিংগী মখুৎতা তারুবা অমদি নায়িকাশিং অসিগা থেংনরুবগী বারী লীবদা ওইথোকপা য়ারোইদবা মঙগী খুৎয়েক কন্না য়াওদে। হৌজিক হৌজিক থবক হাপ্পদা অঙম্বনা পৈশা চাবা, পুলিসনা মীশক-মীমায় য়েংলগা থবক

চংথবা, লানমীনা মী হাংপদা অচুম-অরান থীদবা মতৌ কয়া অসিগা মরী লৈনহল্লগা শাগৎলকপা বারী ওইবনা উপন্যাস অসি মহাও চেলহল্লী।

অইবা অসি শিচুয়েসন শেম্বা হৈ, বারীগী ঈচেল কমপ্লেক্স ওইহন্দে, বাহৈ লীক্লা শিজিন্নৈ, অরেম্বদা বাকোই শুদে, পারম্বদা মখা তানা পানিংবা পোকই। শ্রী কান্দেশকী উপন্যাস অসি অপাবশিংনা নৈনবিদুনা মপুরীং থৌগৎপিফম থোকই।

ইম্ফাল

তাং ১০/৬/২০০৭ ইং

খুমন্থেম প্রকাশ

# বাহৈ অমা অনীদং

ইবা পাম্বা, ইনিংলকপা, ইদবা ঙম্লক্তবা মীওই কয়া পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা লৈ। পৃথিবীগী সাহিত্যগী পোৎথোক কয়া লেপ্পা নাইদনা পুথোক্লক্লিবা অসি মখোয় অসিননি। মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কে নিঙথিনা শাগৎলক্লিবা অসিগুম্বা মীওই কয়া লৈখিবদগীনি। শেল-থুমগী সংসারগী অমাঙ-অতোংগী বাফম কয়া নাথেদুনা থমখিদুনা, হৌজিক-হৌজিকসু অইবা কয়ানা কবিতা, ৱারী মচা, উপন্যাসনচিংবা সাহিত্যগী মওঙ কযাদা লাইরিক ইদুনা মণিপুবী সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈশাৎ, কয়াগী খুদোল তম্নবা হোৎনবা লেপত্রি। শ্রীময়াংলম্বম কান্দেশসু অনৌবা অইবশিং অসিগী মরক্তা মচীন তুমখৎলক্লিবা অইবনি।

মপুঙ ফাবা লাইবিক অমা শাগৎতুনা মীযামগী মমাঙদা ফোঙদোক্লিঙেগী মমাঙদা Pre-view তৌনবা পীরকপা কান্দেশকি DTP তৌরগা চিংথোক্লকপা অনৌবা উপন্যাস, ঈচেলদুগী মতাইদা কৌবা অসিগী কোপী অদু পারে। পাবদা য়াম্না নুংঙাই। পাযখৎখ্রবদি লোইদ্রিফাওবা থাদোক্লিংদে। পাবদা নুংঙাইবা, হৌখ্রবদি লোইদ্রিফাওবা তোক্লিংদবকা হায়রিবসি উপন্যাস অসিগী অতাঙবা গুন্নি। ৱারী লীবা, plot শাগৎলকপদা হৈবগী মওঙ যাম্না উই। Character শিং অসি শাগৎলকপদা অহৌবগী শকক্তা ইচম-চম্নবসু plot কা ঈরোয়ননা develop তৌরকপদা মওঙ চানা view অমদি consistint ওই। মতম অসিগা য়াম্না চূনবা corruption অমসুং ethnic conflict কি সমস্যাশিং পুশিল্লকইবা অসিনা পারিবশিংগী পূক্লিং লায়না চিংশিনবা ঙমগনি। নুংশিবগী শকওল কয়া, শাফু কয়া উৎলিবা অসিনা অপাবশিংগী থম্মোয়বু লায়না শুমগনি। শম্না হায়রবদা ইচম-চম্না, transparent ওইবা লোন্দা ইবা কান্দেশকি ঈচেলদুগী মতাইদা অপাবশিংনা পাম্না পানগদবা উপন্যাস মচা অমা ওইবা য়াবগী আশা লৈ।

নাওরেম খগেন্দ্র

# ঐখোয়সু খঙসি

শ্রীময়াংলম্বম কান্দেশ ব্বারী ইবগী লমদা ফজনা খুমাঙ চাওশিল্লক্লিবা অমদি মহৈ য়াম্না লম অসিদা খুৎ থারিবা অইবা অমনি। মহাক ব্বারীমচা ইবনি, উপন্যাসকারসুনি। উপন্যাস 'ঈচেলদুগী মতাইদা' ফিদমদা য়ুম্ফম ওইবনি। মহাক্কী মমাঙগী পোৎথোকশিংসু ফিদমদা য়ুম্ফম ওইবা ঙাক্তনি। শন্না হায়রবদা ফিদম্মু পামজবা অইবনি ময়াংলম্বম কান্দেশ।

'ঈচেলদুগী মতাইদা' মীওইবগী থম্মোইগী মরী অমদি নুংশিবদা শাগৎপা উপন্যাসনি। ব্বারী-মপূংদি বীমোল অমসুং থাজমানবীগীনি। বীমোলগী পুন্সিদা থাজমানবীদা নত্তনা লাকখি — মেরী, প্রেসিলা অমসুং অচুনি। মপূং ফাদ্রবসু মচেৎ ওইনা অইবনা শেন্নিবা অচুনিগী শক্তম মীনুংশিগী তুংনফম্নি। মহাক্কী নুংশিবদি মশাগী ওইজবা য়াওদবা নুংশিবনি। অপাবশিংগী থম্মোইদা কাউত্তমদনা লৈগনি। প্রেসিলাগীদি মমি-শামিনি। থাজমানবী অমসুং মেরীগী নুংশিবদা মশাগী ওইজবগী ব্বাফম চাং য়াম্না ব্বাংনা য়াওই। থাজমানবীগী ফিদম কৎথোকপদা য়ুম্ফম ওইরগসু ওইথোকত্রা হায়বগী ব্বাহং অমা থোরকই। অশেংবা পুন্সিগা মরী লৈনহনবদা ব্বানা থোকই। ব্বারীগী ব্বারীরোমদা য়াম্না নকশিল্লি। অতৈ চরিত্রশিংসু ফিদমগী য়ুম্ফমদা লোইনা শাগৎলি। চীং-তম, জাৎ-বিজাৎ খায়দনা মীওইবা হায়বদি মানবতাদা য়াওরিবা থম্মোইগী ওইবা মরী অদু উৎনবনি। উৎপসু ঙম্মি। হীরম অসিদা অইবগী পান্দম ময়েক শেংঙি, ফজনা মহৈ য়াম্না উৎপা ঙম্মি। পুন্নমকসি ফোঙদোক্লদুনা অহকপা অর্থ চেনবা লাইরিকসিদা য়াওবা ব্বাহৈপরেং অমতং হায়বা তারগদি হায়নীংঙি — 'পিগী মরীদি চীং-তম অমত্তা খায়রমদ্রে'।

হন্দক্কী উপন্যাসসিদা অইবগী খুৎইগী মপূং ফাবা মশক উবা ফংঙি। কেরেক্তরাইজেশনসু মপূং ফায়। লোন্দাগী ফজবা মওং, ব্বাহৈ-ব্বাতা মতাং চানা ফজনা শীজিন্নবগী মশক হান্নগী লাইরিকশিংদগী হেন্না মওং তাবা থেংনৈ। খুৎইদা মেচ্যোর

ইরকপগী মশক্কি। লোনগা মশক আসনা উপন্যাস আসগা। [illegible]
বদা নুংঙাইহল্লি, পানীংহল্লি।

উপন্যাস অসি পাসি, অইববু মশক খঙসি। মহাক্কী পামজবসিদা ঐখোয়সু
[illegible]ক য়াসি।

াং ১০/৬/২০০৭ হং

[illegible]
প্রসিদেন্ট
াইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

# অইবগী ৱারোল

'ঈচেলদুগী মতাইদা' হায়রিবা লাইরিক অসিনা ঐগী মাপলগুবা লাইরিক্নি। ইরিঙ্গে মতমদদি লাইরিক খুদিংমক চপ মান্নবা মগুণ লৈহন্দ্রীংখি। অদুবু য়াদে। খেন্নবা শক্তী মতুংইন্না ৱাখল খেন্নবগুম লৈরাংগী লৈশক্তসু মচু খেন্নে, মনম খেন্নে। অইবগী ৱাখলনা শেমজবা লাইরিক্কী মওংসু মসিগা চপ মান্নে। অমগী নাতোন্না নুংশি হায়বা মনমদু অমনা হৈনদে হেক্তা হায়। অইবনা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা মিকুপ্তি মাগী ৱারীবু লৈরাংগী লৈনমগুম্না নামিবা নুংশিত্তা শাদোঙ ওইরগা খোয়দাবা কনাগী নাতোন ময়া নক্সুরগা অমুক হল্লক্তুনা অইবদা পাউদম্নবদুনি। অইবনা পামজবদি মানা শেমজবা উপন্যাস, ৱারীমচা অমদি শৈরেং মীয়ান্না পাবীবনি। অপাবশিংগী পাউখুমগী ৱাহেংগী রসতুনি মতম চুপ্পদা চুপচনীংলিবা! মসিগী মহাওসি লৈহী পাম্বা খোইমুনা নুংশিবা লৈহী চেনবা লৈরাংগী লৈকাদগী লৈহী লোক্রিঙৈগী মহাওদুগা চাংদম্নজবনি।

ঐনা শিরবসু ঐগী ৱাখলগী লৈরাংদি মতম কুইনা যুগ কয়া চারোল-শুরোল কয়াগী মরুপ ওইহৌরনি। মখোয়গী মনম তুংগী মীরোলগীসু য়াওরি। মসিগী ৱাখলদনি অইবনা ঙাওজররিবা! ঙসিগী মতমগী খোইমুনা হঞ্জিল-হঞ্জিল মাগী নুংশিবা লৈহী চুপ্পীখ্রবসু; নুংশিবা লৈনম মাঙবা ঙমদবা ৱাহেংগী লৈরাং কয়ানা চেবাং থক্তা তোংদুনা ময়েক্কী শক্তম লৌরগা হিংজহৌবসিনা ওইরোইদ্রা হিংবগী মমল? ৱাখলসিদনি অইবনা তোয়না মঙলাক্লরিবা। লৈচিল অনী থেংজিন্নবগী মখোলবু নোং খোংবনি লৌনরি। নোং খোংখ্রবা তুংদা নোংলিক্লা অহাঙবা অতিয়াদগী লৈমায়দা চুথরকই। অইবগা অপাবগা অনীগী থম্মোই অনী থেংজিন্নরানা পিরাংনা নোংলিকুন্না কেল্লকই। মতমদুদনি নুংঙাইবগী পন্দোল-লোম্নক্লিবা! হিমালয় কাববু নুংঙাইবা থবক্লা? থম্মোইগী অমদি পুক্নিংগী অপাম্বদুনা লমজিংলগা কারিবনি। অদুবু চীংদোলদা ফিরাল য়ুংবা ঙম্বা পুংফমদদি ৱাখিবা ময়ামদু নীংশিংলুরগা থম্মোইগী অমৃতদু হিমালয় চীংগী উনগী মতৌগুম শৌদোরক্রমগনি। মদুনা তুংগী হিমালয়গী ইতিহাস শেম্লিবনি।

শর্মিলানা চারা হেনবসু থম্মোইগী নিংঙাই অমগী পেন্দবনা লাইনীং ওইখিবদগীনি। নোংমদি মাগীসু হেন্দোকপা য়াররোইদবা লৈই অমনা শোয়দনা ঙাইদুনা লৈরবনি।

সাহিত্যগী লৌবুক্তা লৌকম শেম্বসু তরাইবদি ওইরমম্রে। হমাং তাই, পি তাই, তুম্বা য়াদে, চাবা চঙদে। য়াম্নবা প্রজা লাক কুনমঙানা চাননবা লুক হৌবগা চপ মাম্নে। চাক্লুক থাদুনা ফম্বা হৌরগা "জয় মহা প্রশাদ, হরিবোল্লো!" লাউথ্রবা তুংদা চাক্কী য়েঙ্খ্রাংগী, খুম-মোরোক্কী বারী মথং-মথং মুক্লম-মুক্লম শোন্নরকই। থোংবা হৈবা পুজারিদি য়েল্লাংবু থোংলবসু, কেঙোইবু থোংলবসু হেক্তা হাউহনবা ঙম্মী। মখুত্তা লম্মিগী খাবে নপ্পগা পোক্লকপসিমঙাই। অমরোমদা হৈতবনা থোংবদি শারেং থোংবা ওইরবসু শোয়বদগী মশিংঘা য়াওখিব্রা, চাম্বা শেংহৌদব্রা খাবনা চাবা য়াদ্রিবনি। খঙদে, হন্দক্কী উপন্যাসসিমদি মীয়াম হপ্পুনা পাহঞ্জনীংই।

লোইশিল্লকপদা লাইরিক অসিবু ফোঙদ্রিঙৈদা অমুক্তং পাবীরগা বাহৈ মঙা-তরাদং হবানবা হায়জরম্বদা হরাউ-হরাউ য়াবীরকখিবা, ইকায়খুম্নজরিবা লৈবাক মীয়াম্না ব্যবহার তৌনরিবা শ্রী খুমহ্নেম প্রকাশ সিংহ, প্রোফেসর নাউরেম খোগেন্দ্র সিংহ অমদি প্রোফেসর আই. এস. কাঙজম অহম্মকপুসু হায়নিঙাই লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

ঐগী ইনাও বীরেন হৈথম্বা, লিরিসিস্ট, ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফাল স্টেসন, মহাক ঐগীদমক্তদি য়াম্না চান্নবা সাহিত্যগী তান্নফম ওইজরি। মহাক্না বারীগী মতাং-মতাংদা শেমদোক-শাদোকপদা মতেং য়াম্না পাংবী। হন্দক্কী উপন্যাস অসিদসু মাগী অচৌবা মতেং য়াওজখি। মদুগীদমক্তসু ইনাও অসিবু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

শ্রী তাওরেম মঙ্গি সিংহ, লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মেনেজর, ইনাওগী চাউব্বা মতেং মতম চুপ্পগী কাউজরোই। লাইরিক অসিবু নম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা শ্রী জয়প্রাকাশ (জপু) শর্ম্মা অমদি শ্রী মন্নবীব সিংহ অনীবুসু হায়নিঙাই লৈতনা থাগৎচরি। লোইননা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী বাইন্দিং সেক্সনগী মরুপশিংবুসু মতম চুপ্পগী কাউবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

অরোইবদা, শ্রী রাজকুমার থম্বালসনা সিংহনা লাইরিকসিগী মখুম য়েংকপীবগীদমক্তসু হন্না-হন্না থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

বনান লানবা, প্রুফতা শোয়খিবা পুন্নমক অপাবশিংনা ঙাকপীনবা অমুক্কা হন্না হায়জরি।

ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

# ঈচেলদুগী মতাইদা

মণিপুর চীং অমদি তম অনীনা পুল্লগা শেম্বা ফজ-ফজবা চীং, পাৎ, তুরেল অমদি অশং-অমানগী লৌবুক্না লৈতেংবা লমদমনি। মসিবু অতে মপাল্লমগী খুৎনা কেদৌঙেদা থুগায়বা ঙল্লোই হায়বগী অচেৎপা থাজবা লৈরি। মণিপুর মতম অমদা মীশীং পঙয়াম-য়ামদ্রিঙৈদা নুংঙাইবা পুন্সি মরেলদা কোন্না হিংবা ঙম্নরম্নবসু ঙসিদি মীশীং নোংম-নোংমগী লেপ্তনা হেনগৎলকপদগী শেন্দাল লম্বী লৈনরক্তবনা হিংবদা অৱাবগী চৈথেং চাউনা ফংলে। লাইরিক-লাইশু হৈবগী চাং খংবাং-ৱাংখৎলপদগী হন্থবা, ফি মোৎপা থবক শুনীংবা মীগী মশীং হন্থরকপগী মরম্নি। তলব চাউনা চাবা, ফিজেৎ নাম্না শেৎলগা ওফিসতা ফম্নগা কলম পায়দুনা শুবা য়াবা সরকারগী থবক্না হেন্না পান্নরকপদগী থবক ফংনবা অঙম তান্নবগী লমজেলদগী করপসন হায়বা অমসু নৌনা থোরকখি। ঙসিদি করপসন মচা পোক্লক্লুনা মণিপুরগী য়ুমথোঙ খুদিং শীনবা থুংনা করপসনগী চৈথেং ফংদবা ইমুং থিবা ৱারক্রে। মণিপুরদা খেন্নবা পুন্সি মহিং অনীখক চাওনা উরিবসি ইনাকখুনবা, পৈশা চাউনা পীরগা থবক লৈবা ঙম্বা কাঙবু হায়বা অমগা অতোনবা, থবক লৈনবা পৈশা পুথোকপা ঙমজদবা কাঙবু হায়বা অমগা অনীসিনি। মসিগী মথক্তা লম্বী লমজিং-লমতাকপীনবা লৈরিবা সরকার পায়রিবা অঙম-অথৌ, ব্যুরোক্রেট ওফিসারশিংনা খাউজাও অমমম পায়নরগা মদুদা ৱানোমশেল পুরক্লগা পীরবা ঙাইৎকগী থবক তৌরি। থবক খুদিংমক্কী অচৌ-পিশক খেন্নবগী মতুংইন্না মমলসু লেপ্পী। অদুবু নুংঙাইনা হিংবদি পান্নবা ঙাক্লিনা মীপুম খুদিংমক লায়রববু ওইরো, ইনাকখুনববু ওইরো, বজারদা ঙা মমল হন্নবদা খরা হেন্না পীবা ঙম্বা মীনা অপাম্বা ঙা লৈরগা পুখিবগুম পৈশা হেন্না পীবা ঙম্বা মীনা থবকসু লৈরগা তৌবগী চৎনবী লৈ। মতাংসিদনি লায়রবনা তুং হেক-হেক থংহৌরিবসি। মণিপুরদা করপসনগী লমজেলসি পাক্লা থিংবা ঙমগদবা মান্দ্রে। করপসন মুথৎলসি হায়না খোঙ থিন্দুনা লাউবা ঙম্বা মী অমত্তা থোরকপা উদ্রি। পুন্নমক করপসনবুদি অদুম শৌগৎপগুম তৌরি।

কোংবা নান্দেবম লৈকায়দা চাউরকপা বীমোল অঙাং ওইরিঙৈদগী মহৈ-মশিং তম্বদা অমদি শান্ন-খোৎনবদা থৱায় য়াম্না য়াওরকই। শান্নবা য়াম্না পামজরকপনা

ব্রাম্বেগী কোম্মো ক্লবতা হোকি শান্নরকই। অদুবু লাইবকথীবদি মহাক্লা ক্লাস আইট তল্লিঙৈ মতমদা মাবু পোকপা মপা প্রাইভরগী শিনফম পায়রম্বা চন্দ্র চীংদা উ চিংথোকপা চৎপদা মানা থৌবা শক্তিমাল গাড়ীদু উগা পুন্না এক্সিদেন্ট থোকপদগী লৈখিদ্রে। মপা লৈখিদ্রবা তুংদা বীমোল মনীং তন্না শান্নবা ফংখিদ্রে। লাইরিক ফাওবা ব্রানা হোৎনদুনা তন্নকখি। ইমুংদুদা লৈরিবসি মমা কমলাগা মনাও তোন্দোনগা মখোয় অহুমদনি। কমলা কৈথেলদা এঙ্খাং য়োল্লি। বীমোলগা তোন্দোনগনা য়েন খরা লোইরগা মখোয় অনীগী মহৈ তম্বগী অচঙবা খরচ কোন্ননবা হোৎনৈ। মপানা খোংজোমদা থম্বীরম্বা লৌ মরাক অমা লৈ। মদুদগী চহীগী ফৌবোৎ তরাদি কারকই। অবাৎপা চেং খরা অমগা ব্রান্নগা হিংবা ঙম্নবা অদুম হোৎনদুনা লৈজবনি।

বীমোল, হন্দকী চহীদা দি এম সাইন্স কলেজদগী মেথমেটিক্সতা বী এস সি ওনর্সতা ফার্ষ্ট ক্লাসতা পাস তৌরে। মখা তমথখিসিরা কন্না খল্লি। তাঙ্গা চানা গ্রেজুয়েটকী ওঝা খরা লৌবগী এদভর্টাইজেমেন্ট অমখক থোরকখি। বীমোল, লাইবক য়েংনীংদুনা একচেঞ্জদা কার্দ থাজিন্দুনা অইবা চাংয়েং য়াওখ্রে। কমলাগী মৌপ্বা পাইখোম্বা স্কুল ডাইরেক্তরেটতা হেদ ক্লার্ক ওইরি। ডাইরেক্তরগা লৈমিন্নবনিনা মাসু ব্রানোম্বগী থবক খর-খরা অদুম ময়াওই। কমলা মৌপ্বাগীদা লাক্কুনা বীমোলগী গ্রেজুএট ওজাগী মতাংদা ব্রা হৌদোকলৈ।

"ইবুংঙো! নমাক নুপাসে পরিক্ষা অমুক্তা ফেল ওইরক্তে। মানদি এম এস সি তম্নীংই হায়রি। অদুবু ইচেনা মাবু পঙবাং-ব্রাংনা তমহনবসু ঙম্লোইদৌরি। য়ারবদি নঙনা খরা শীল্লগা লৌ মরাক অমা লৈরিবসে থাদোক্লগা স্কুলগী ওজা সিমতং ওইজহৌরবদি হায়দুনা ইচে নঙগী ননাক্তা তানগে লাকপনি।"

"ইচে! তানবু য়ান্না চারে। ঐসু হৌদোকসিরা খল্লম্বনি। ঐনা তাবদা লুপা লাক্ষ অনীকাদি পীনৈ হায়না তারি। মদুসু মন্ত্রিদনা রেৎ খরসু চাওই হায়। ডাইরেক্তরগীসু পোষ্ট খরদি শোয়দনা য়াওগনি। মন্ত্রিদা পীবগা ডাইরেক্তরদা পীবগা হয়েং শোয়বা থোক্লগা হন্দোক-হঞ্জিন তৌনরকপা তারবদি ডাইরেক্তরদদি ঐগসু লৈমিন্নবনিনা হন্দোকহনবা নুঙাইহনি। অদুনা ডাইরেক্তরদা ওইনা পীরসি। ইচেবু শেনফমদুবু শুনবা থিবা ঙমগদ্রনে? ঐসু অঙাংশিংসিগা পাংবদি ঙল্লোইদৌরি।"

"শোয়রোইদবা ওইরগদি খোংজোমদা লৈরিবা লৌ মরাকসি য়োহোক্লসি! কোন্নদ্রগা অব্রাৎপা শেনফমদুনা খরা পূ-লঙদুনা থিবা তারেদনা।"

"লৌদুবু কয়াবু শিংকদগেনে?"

"লাক্ক অনীদগী খরদি তাগদবা মাল্লি। অমগা মরিফুদি পীনৈ হায়না তায়।"

"অদুদি ইচে, ঐ ডাইরেক্তরগা শোয়দনবা কুপ্না অমুত্তং তানরক্লগে। ইচেসু লৌদু য়োনখিনবা মী থিবা হৌবা য়ারে।"

বা খন্নবা লোইদুনা কমলা যুমদা হল্লক্লে। নুমিত্তুমক্তদা ডাইবেক্তরগী কাদা মী খবা হাংবা তাঞ্জা য়েংলগা পাইখোম্বা চংলককই।

"সার! অমুক্তা চংজরক্লে?"

"পাইখোম্বা! কবি হাযনীংই?"

"সার! হন্দক্কী গ্রেজুএট ওজা খরা লৌবগী মতাংদা সারগা ৱারী অমত্তা শানজনীংবা।"

"করিনো হায়যুনে?"

"ঐগী ইচেগী মচা অমখক, ইম্মাকনুপা হাযবা তারে, মমিংনা বীমোল কৌই। মহাক হন্দক, বী এস সি মেথমেটিক্স ওনর্সতা ফার্স্ট ক্লাস ফংবনি, মাবু হন্দক্কী গ্রেজুএট ওজাগী পোষ্ট অমত্তংদি সাবনা খনবীবা য়াগদ্রা হংজগে লাকচবনি!"

"লাইরিক ফবা ঙাক্তনা য়াদ্রবা মতমনি হায়বসি নঙসু খঙলিবনি। হোৎনসি হাযবগদি নঙসু লুপা লাক্ক অনীদি থিরকপা তারেদনা!"

"ফনি, সার! অদুদি ঐ অমুক থোকচরগে?"

"য়ারে, য়াবে।"

পাইখোম্বা পাউদু ফবদুদা নুমিদাংৱাইদা মচেগীদা লাক্লুনা তন্নরে। কমলা, নোংঙানবগা বীমোলগা লোইননা খোংজোমদা হাইথদুনা লৌ মরাক্তু য়োনখিনবা মী থিরুরে। লৌ লোন্নবা লুখোইনা লৌবদা যানরে। মমলদি লুপা লাক্ক অমগা লীশীং মবিফুদগী হেন্বা ঙম্লোই হায়রে। থবকপু ওইহৌবা য়ারগদি হায়বা ৱাখলদুদা লৌদু মমলদুদা অদুম য়ানদুনা রেজিষ্টার তৌনদুনা লৈবা-য়োনবগী থবক লোইশিল্লে।

লৌয়োনবা নোংঙানবগা শেনফমদু পুরগা পাইখোম্বগা বীমোলগা পুন্না লাকমিন্নদুনা থাংমৈবন্দগী ডাইরেক্তর বীরমঙ্গলগী থোঙ্গাল-য়ৌরে। চাউরবা গেটতু হাংলগা চংলককই। মমাঙ শঙ্গোয়দা কাইনেটিক হোন্দা অমা লৈ। অৱাংথংকী গেরেজদা গভর্নমেন্টকী এমবেসেদর কার অঙৌবদু লৈ, য়ুমদু দলান মথোল অহুম্নি। মাঙ্গোলদু তাইল নম্নী। ফক্লাংদা খম্বনা কাও ফাবগী, থোইবীনা ইন চিংবগী মমল য়াম্ন-য়াম্নবা

লাই থেখলি। য়ুমগী অকোয়বদুসু গমলাদা ফজ-ফজবা লৈ কয়া হৌরি। হেক উরুবদা মতমগী ইনাক খুনবা অচৌবা ওফিসার অমগী য়ুম হায়বদু ওই। মখোয় অনীমক খোঙউপ লৌথোক্লগা মাঙ্গোলদা কাখৎলকই।

পাইখোম্বনা কোল্লিং বেলদু নম্মী। মৈ লাক্তবনা মখোল থোক্তে। মচিন্না ওইনা কৌরকই, "ইতৈম'বেম্মা! ইতৈম'বেম্মা লৈবীদব্রা?"

ইমুংদগী ইন্দুরেখা কৌরিবদু তারদুনা – "হো কনা ওইরবনো?" হায়রগা থোঙদু হাংলগা মপান থোরকই।

"ও! ইবুংঙো হেদ ক্লার্ক ওইরে। ঐদি মী অতোপ্পা কনা-কনা ওইরবোই নিংলুরে। ফম্মু-ফম্মু। ইবুংঙো অমসিনা নহাক্কী ইমাক-নুপা হায়বদুরা? মীসে লাকখিবনা অমুক তোইবা। ঐননে, নহাক্কীসিমদি শোয়বা য়াবনত্তে হায়দুনা কন্দুনা থম্লবনি। নখোয় সারনবুদি নঙগীসিমদি তৌবীরসি হায়রবনিদা। অদু, ইবুংঙো! নঙগী চে-চাং অমা-অমদি পুরক্রবা?"

বীমোল, মাগী প্লাষ্টিকী থাউদগী ফাইলদু লৌথোক্লগা হাইদোক্তুনা ইন্দুরেখাদা য়েংহল্লি।

ইন্দুরেখা, মথৌ ওইনা বীমোলগী বাইওদাটাদু য়েংই। পুক্লিংদা অঙাংসি লাইরিক্তি অদুম ফবজাৎনি খল্লি। য়েংবা লোইরগা "য়ারে, য়ারে, ঐ নখোয়গী সাবদা শিন্নবগে। অদু, ইবুংঙো হেদ ক্লার্ক! নঙবু অমদুবু য়াওরক্লবা নৎত্রা?"

"য়াওজরক্রে ইতৈম'বেম্মা! অদুদা ইতৈম'বেম্মা, লুপা লীশীং কুনখক্তি ঙসি শুবা ঙমদ্রে। হয়েং অয়ুক ঙস্তানা থিঙ্গরক্লগে?"

"অদু, নঙগীসিবু ইন্টর্ভিয়ু মমাঙদা য়ৌরক্লবদি ঐখোয়সু মথং-মথং য়াম্না য়াম্বনিনা হায়রিবা!"

"ইতৈম'বেম্মা! মদুমা ঐগী দাই ওইজরগে?" অসি হায়রগা বীমোলনা পৈশা ময়োমদু ইন্দুরেখাদা শিন্নরে।

ইন্দুরেখানা মখা তানা হায়রকই, - "ফরে, ফরে, ঐদি লৌদি লৌশিল্লগে, অদু অরাৎপদু হয়েং নংহল্লুকো!"

তাঙ্গাদুদা থাজমানবী য়াম্না কেনা জিন খোঙগ্রাও অমা শেৎলগা সনগ্লাস মরী ফাবী অমা মঙক্তা য়ানশিল্লগা ইমুংদগী খুনীং ঝাংবী খোঙউপ অমা তোংলগা বেগ

অমা য়াল্লগা থোরকই। মানা থোরকপদা এসেন্স মনমসু বং লাওনা হেক ফাওরকই। বীমোলগা হেক মায়োক্নরে।

"ইমা! ইমান্নবীগী লুহোংবগী পোৎপাং লৈনবা লুপা লীশীং অমা হায়বদো পীরো! ঐ পোৎপাং অমত্তা লৈবা চৎলুগে?"

বীমোলনা হৌজিক্তা পীখিবা পৈশা বন্দলদুদগী লুপা চামত্তা চৎপী অনীখক শৎলগা "সে-সে! সি পুরো!" অসি হায়না মমানা পৈশাদু শিন্নে।

থাজমানবী, পৈশাদু মমাদগী লৌরগা থোকখি। শঙ্গোয়দগী গাড়ী মচাদু ইংহোক্লগা ষ্টার্ট তৌরগা থৌদোকখ্রে।

বীমোল থাজগী মশক্তু উবদা খলহৌই, –"অস! মখোয়গী মচানুপীসে মশক্তি হাইফেৎ ফজেদা! মরমচত্তি কমদৌরমগবা?"

ইন্দুরেখা, "নখোয় ঙাইহাক ফমখোকো! চা-গাসু থকখো, নখোয় সারসু থোক্লক্লনি।" ইন্দুরেখা ইমুং চংখ্রে।

কয়াদা হৈনা মখোয়গী ইমুংগী মমল য়াম্বা পোৎ অমা বীমোলনা লৈবা লাকপগুম; মতৈ-মনাও তানবগা শীন্নন্নিবা পৈশা চাবগী লম্বীনো?

ইমুংদগী নুপীমচা অমখক্লা চা পুথোরকই। চাদু পাইখোম্বা অমদি বীমোলদা কপ অমমম পী।

বীমোল – "ঐদি চা থক্তে অমদি পুশিনবীব্রো"! নুপীমচাদুনা চা কপ অমা পুশিল্লগা চংখি।

ডাইরেক্তর বীরমঙ্গল লোংগ্রি অমা শেৎলগা ফুরিৎ অমা লীৎশিল্লগা কুদাম পাল্ল-পাল্লদুনা থোরকই।

পাইখোম্বগা বীমোলগা অনীমক চপ মান্ননা লেপখৎলগা "সার" হায়দুনা মখুৎ লোন্নে।

"য়ারে, য়ারে।"

"ইবুংঙো! নহাক্লা বীমোল হায়বদো?"

"মানি সার।"

"ভাইভাগীদমক হোৎনরো! লাইবক্তসু য়াম্না লৈরবনিকো!"

পাইখোম্বা, – "অদুদি সার! সারগী থবক অচিনবসু লৈবীরমগনি। ঐখোয় অমুক য়ৌজরগে?"

"য়ৌরো, য়ৌরো।"

বীমোল, – "সার! অমুক য়ৌজরগে?" হায়রগা মাম্মগী মতুং ইন্দুনা থোরকই।

মখোয়না গেট য়ৌবদা অতোপ্পা নুপী অনীখকসু চণ্ডহৌই।

বীমোল, য়ুম য়ৌরগা নুংঙাইবা ৱারীদু মমাদা তম্মী।

কমলা, মচানা তম্বা পাউদুদা থাজবদগী নুমিদাংৱাই কোইচেন-চেন্দুনা থম্বা য়াবা মান-চাং থম্দুনা মচাগী থবকসিদা ওইহৌরবদি হায়দুনা লুপা লীশীং কুন অমুক পুরুরে। পৈশা ফংলবনিনা বীমোল থাদুনা পাইখোম্বদা পৈশাদু পীহল্লুরে। মথংগী অয়ুক্তা পাইখোম্বা ঙন্তা চত্তুনা ডাইরেক্তরগী নুপীদা শেনফমদু শিন্নরুরে।

ঙসি ইন্টরভিয়ুনি। বীমোল, চৎলমদাইদা ইমুংগী লাই শুনা খুরুম্মী। লৈখিদ্রবা অপোকপা চন্দ্রগী ফোটোদা খুরুম্মী। অরোইবদা মমাগী মখোঙ শোক্না খুরুমদুনা মমাদগী বর নীজে। কমলা, মচাবু মমীত্তগী পিরাং য়াওনা – 'ইচাসিদি লেপ্পমক মঙ্গল ওইয়ু" হায়না বর পীবী।

বীমোল, ইন্টরভিয়ু য়াওবা লাক্কুনা স্কুল ডাইরেক্তরেট য়ৌরে। মী মথং-মথং ইন্টরভিয়ু চথরকপনা বীমোলগী পাল্লি য়ৌদুনা মনুংদা চংখ্রে। এক্সপার্টশিংনা হংৱা ৱাহং অয়াম্বা মহাক পাউখুম ফজনা পী। ইন্টরভিয়ু লোইবগা মপাল থোরক্লে।

ৱাখল, মোন্দা নুংঙাইনা শোয়দনা খল্লনি হায়বগী আশাদা য়ুম য়ৌরকই। হৌজিক্তি ইন্টরভিয়ু লোইখ্রবনিনা রিজল্ট হায়দোরক্কদবদা ঙাইরে। যান্না থুনা হায়দোরক্কদবা মানবা ওজা খনবগী ইন্টরভিয়ুদু পাক হেক হায়দোরক্রে। অসুম ঙাই, অসুম ঙাই তৌরিঙৈদা থা অহুম হৌখ্রে। ষ্টেটকী শেল-থুমগী ফিভমসু নোংম-নোংমগী ফৎচিল্লক্তবগী পাউ তানরক্লে। থাগী তলব চাং-নাইনা পীবা ঙম্লক্রে। মরকসিদা সেন্টবদগী ডাউন সাইজিং তৌনবা হুকুম অমসু নৌনা লাক্লে। থবক চঙবা চহী অহুম শুদ্রিবা কর্ম্মচারি লীশীং অহুল্লোম থবক লৌথোকপগী ওর্দর থোরক্লে। প্রজা অয়াম্বা অবাবগী চৈথেং ফংনরে। থবক্কী পীশিনখিবা পৈশা থৌদোরুবগী ৱারীনা লম্বী শড়্কী ঈ-পাউ ওইরে। বীমোলগী ইমুংসু প্রজানা ৱানরিবসিদগী মখোয়গী ইমুংনা হেল্লা চৈথেং ফংলে। লৌ মরাক অমা লৈরম্বদুসু য়োনখ্রবনিনা কুমসিগীদি পোইন্দুদা ফৌস্ কারক্লে। থবক অম-অমা হোৎনহৌগদবসু ওজাগী থবক্কী পৈশা পীশিনখ্রবনিনা শোয়দনা

ফংগনি খল্লুবদগী হোৎনহৌদ্রে। কমলাসু লুপা লীশীং কুনগী শেনফমদু য়াওশিনখীবদগী শেন্দোই চাউবনিনা হুনবা ঙমশিল্লক্রে।

বীমোল, পাইখোম্বগী মনাক্তা লাকই। "মাম্মা! থবক্কী পৈশাদু ওইরোইদবা ওইরবদি হন্দোকপীরো হায়রুরসিরা?"

"খঙদ্রে, ইবুংঙো! মাম্মসু বুদ্ধি থোক্লে। মখোয়না মশানা খঙনা কোক হেক হন্দোকপীরক্লবদি ফবা। ঐগীদি ইথক-থোংবা ওফিসার ওইবদুদা মাম্মসু ঙাঙবা ঙমদ্রে। সবকারসিগী শেল-থুমগী ফিবমসিগী হায়রুরবদি থবকসি শোয়দনা নমশিনখিগদবা মাল্লে। নঙ অমুক্তং চৎলগা ইতৈমদুগা উনরুবনা ফগদ্রা?"

"হোয়, মাম্মা,! ঐ উনজরুরগে?" অসি হায়রম্লগা বীমোল ডাইরেক্তরগী য়ুম তানা সাইকল তোংলগা লাকই।

ইন্দুরেখা লৈরমদুনা উনরে।

"ইমা'বেম্মা! ঐগী থবক্কী মতাংদুবু কমদৌবীরবগে?"

"ইবুংঙো! নখোয়গী সারসু ওর্দরদু পাক-হেক থোকপা য়াদদুনা মন্ত্রিনা ফাইলদু ফাজিন্দুনা থমখিবদগী লৈরবনি। ফাইলদু হেক থাদোরকপগা মরাইনা থোকচরক্লনি। ৱারুন্নুদা কুইররোই।" অসি হায়না থেল্লগা থাদোরকই। বীমোলনা থোরকপদা শঙ্গোয়দা সম্রো কার অহনবা নম্বর থাদ্রিবা অমা লৈরিবদু উরে। মবুক্তা খল্লি, "ও! হন্দক থবক হাপ্লীগনি হায়দুনা চাখিবা পৈশাশিংদুনা লৈবা কার ওইবতাব্রে। মাদি মসি কনানা তোংনবা লৈরিবা? সরকারগী এম্বেসেদর কার অমসু তোংলিব্নী। ও! মানা লৈরিবা কারসি মচানুপীনা কলেজ চৎপদা তোংহন্নবা ওইবা তারে।"

ৱাখল নুংঙাইতনা ময়ুম য়ৌরক্লে। মমাগী অৱাবা য়েংবা ঙমদ্রদুনা বীমোল নুমিদাংদা মহৌশা মাগা অঙাং ওইরিঙৈদা হোকি শান্নমিন্নরম্বা শিংজমৈ ক্ষেত্রি লৈকায়দা লৈবা কুবেরগী য়ুমদা লাকই। কুবের বীমোলগা ক্লাস মান্নরকই। মেত্রিক পরিক্ষাদা অনীরক ফেল ওইবদগী লাইরিক তম্বা তোক্লগা চেক শুবা য়াওখিবনি। ঙসিদি মহাক বরমিস্ত্রি কাদুনা পৈশা ফজনা তাল্লে। নুপী খিদুনা মচা অমা লৈরে। বীমোল চংলকপদা তান চারুদুনা কুবেরগা উনরে। কুবেরনদি বীমোল লাইরিক ফখিবনিনা অচৌবা থবক অমা ফংলম্বা য়ারে খল্লি। মখোয় অনী ইনখৎলকপা মতমদা শান্নমিন্নখিবা কয়াদু নীংশিনেরগা ৱারী তৌনে। কুবের, নুংতিগী অয়ুক পুং মাপলদগী থোকখ্রগা নুমিদাংৱাইদা য়ুমদা হল্লকপনিনা মহৌশাগী মরুপ-মপাং অয়াম্বগা মশক উনখিদ্রবনি। হিংনবগী

লানফমদা শিনফম অমা পায়দুনা মীথাদি পোন্দ্রে। বীমোল, মাগী শাগদবা ৱারীদু পাক-হেক হৌদোকপা ঙমদ্রে।

কুবের, – "মরুপ্না লাকথোক্তুনা ঐখোয়গীদা লাকপবু করি অরুবা থবক লৈবগীনো? য়ুম-কৈগা শাগদবা লৈব্রা?"

"মরুপ! ঐ ইকাইরবসু ইকায়না নঙোন্দদি ইকায়ররোই হায়দুনা লাকপনি, ঐ নঙগী নতুং ইল্লগা চেক শুবা খরা য়াওহনবীয়ু!"

কুবের থাজদদুনা, "হেরা, ভায়! ওইররোইদবা ৱাদুবু?"

"মরুপ! নঙনা ঐবু ইকায়বা পীরগনু, ঐ উপাই লৈতদুনা তৌরবনি। ঐ পূরিং, ৱাখল চপ-য়ুংনা ৱারেপ লৌরগা নঙগীসিদা লাকপনি। নঙ ঐনা হায়জবসিমদি য়াবীয়ু! ঐ হয়েংদগী নতুং ইপ্তরগে?"

মাগী অশেংবা অৱাবগী ৱারীদু তৌবদুদা কুবের বীমোলবু থাজরক্রে।

"ফরে ফরে, মরুপ্না অদু য়ৌরবদি হয়েংদগী ৱামিন্নবা তারেদনা। ঐখোয় অনী শিনফম অমুক হন্না পুল্লু তন্নক্রবজাৎনি।"

বীমোল, ৱাখল খরা নুংঙাইনা য়ুমদা হল্লক্রে।

মথংগী অয়ুক্কী চাক চারগা সাইকল অমা তোংলগা কুবেরগী মতুং ইন্দুনা বীমোল শোইবম লৈকায়গী থিকাদার ধীরেনগী য়ুম শাবা য়াওরে। মহাক নুংতিগী সন্ধ্যাগী মতমদা য়ুমদা হল্লকই। নোংমদা লুপা য়াঙ্খে-য়াঙ্খে শাবীরি। অসুন্না থবক চৎলকপা থা অমরোম ফারক্রে। মীগী শেন্দোই হুনবদি কোন্নজরে।

নোংমদি বীমোল মমান্নবগী ষষ্ঠি পুজা অমা খরা লাপ্না চৎকদবা লৈবদগী থবক শুফমদগী খরা ঙন্নপ থোরকই। ষষ্ঠিগী দান থাদনবা লুপা চাম্মগী ৱাখলদা উংলগা অসুম লাকপনি। শোইবম লৈকায়দগী শড়ক ক্রোশিং লাহোরকপা মপাদুদা কার অমনা মাগী সাইকলদা থেংদুনা তুরশ্মী। কারদুনা জে এন হোস্পিটাললোমদগী থৌরকপনি। লৈশাবী অমনা থৌরগা অমনা মনাক্তা ফম্মী। বীমোল মথুউদা খরা শোকপদগী কা হেন্নদি শোক্তে। কার থৌরিবীদু থাজমানবী ওইরম্লে। মাগী মশক্তু হেক উবদা বীমোলসু খঙহৌদনা শাউনীংবা পোক্লুরে। কার থামহল্লগা মখোয় অনী ঙাইহাক ঐনা চুম্মী, নঙনা লাপ্লি, হায়না মরে তৌনে। মী খরসু ওমশিল্লকই। থাজ, "সাইকল থৌরগা লম্বী করম্না লাহোক্কনি খঙদে, শিরদি পৈশা পীয়ু হায়রকনি, মখোঙ খঙদবা মীশু য়ান্না লৈ।"

বীমোল, "গাড়ী অহনবা থৌগে হায়রবদি হাম্না ফজনা ব্রেক ফাবা তমখো! নঙবু লাইসেন্স পায়জরব্রো? নম্বর ফাওবা থাদ্রিবা কারসি অদুক কন্না থৌরিবা করিগীনো? নঙনা থৌরিবা কারদো লৈবদা ঐগী পৈশা য়াওখিবনি হায়বদু নঙদি খঙলিব্রোই। নখোয় পাবুংনা থবক হাপ্পীনি হায়না চাবীখিবা লুপা লাক্ষ অনীদো পীরম্মদ্রবদি ঐসু কার অমদি তোংবা য়ারম্লবনি। চৎলো, নশক্তু য়েংনীংদ্রে।"

"হে নুপা! নঙ কারসিনা তকখায়রম্বনা হেন্নবু ফরম্বজাৎনি। মী মশক খঙনা বা ভাঙগু! নঙনা লানখৈ লাম্লগা, উশিত্তবা শারিয়ে! নঙ ঐখোয়দা লাক্তা লাকউ, খঙনবা তারেদনা!"

"উম! লাক্কে! ঐ হৌজিকমক লাক্কে!" অসি হায়রগা বীমোল সাইকলদু ইনখৎলগা মনীংলোমদা মমায় লৈরগা যষ্ঠিগী বাকা কাউরগা কার চৎখিবা মায়কৈদা কন্না থৌবগা লাকই। মখুউ মপাদা খোঙগ্রাওদু খরা তৎলে। মনুংদা ঈ থোকপদুনা খুকউ মপাদু চোৎলে। মাদি নাবগা অমত্তা খঙখিদ্রে।

শোমদা থাজমানবী লম্বীদা মমাম্নবীদু মাগী ময়ুম মপাদা কুমহল্লম্লগা অমুক থৌবকপনা মখোয়গী য়ুম য়ৌরে। থোঙ্গাল হাংদোক্লগা গাড়ীদু থৌজিল্লগা গেরেজদা থম্লে। য়াম্না শাওনা মাঙ্গোল কাখৎলক্রে। মীয়াম মমাঙদা মপাবুংনা পৈশা চাবগী মবমদা বীমোলনা লাউখিবদু মাগী নাকোংদা ঙংদুনা অসুম লৈরে। য়াম্না শাউনা বেক্তু ফমুংদা লংশিল্লগা থম্মী। মমাদা কপ্লগা বাফমদু তম্মী।

ইন্দুরেখানা, "লবায় মচাদু লাকসনু খঙগনি" অসি হায়রগা মচাবু থেমজিল্লি।

হায়নবিঙেদা বীমোল থোঙ্গালদগী সাইকলদু খামদনা শুমাঙ য়ৌনা থৌজিল্লকই। সন্ধ্যা মতম ওইরবনি।

মপান্দগী বীমোলনা লাউরকই, "য়ুমসিবু কনা কনা লৈগে?"

"হো য়ুমসিবু মী লৈব্রো?" ব্যবহারগা অমত্তা য়াওদবগী মওংনি।

"কনানো? করি হায়গে?" ইন্দুরেখা, ভাঙনা ভাঙনা মপান থোরকই। থাজমানবীসু মমাগী মতুং ইল্লরগা থোরকই। মা মফি হোংলমদ্রি।

"কনানো করি হায়বনো?" ইন্দুরেখা, খঙন-খঙনা খঙশিন্নদবগী মওংদা হায়বনি।

"ইমা বেম্মা! ঐনে, বীমোলনে! লুপা লাক্ষ অনী থবক বানোম্বগী পীজখিবদো কাউবীরব্রা? ইমা বেম্মা! নচাগী লুপা লাক্ষ অনীদো হৌজিকমক হন্দোকপীরো! নচা

ওজাগী থবক্তু পামজদ্রে। ওজাকা লোইনা খারে। মীগীদা চেক শুবা য়াওজরে। ঐ সরকারগী থবক তৌজররোই। ঐখোয়গী ইমাগী মতৌ য়েংবদা য়াম্না ৱারে। মীগী শেম্দোই হনবদা শিবা তারে। লৌশু য়োনশ্রবনিনা ফৌশু কারক্লে। ইমা'বেম্মখোয়দি কার অহনবা লুপা লাক্ষ মঙা পীবা অমা নচানুপীদা তোংহল্লি। অদুগা ঐখোয়না শোমদা চন্না হেল্লি। কারদু লৈবদা ঐগী পৈশাদুসু শোয়দনা য়াওরমগনি হায়বা ঐসু খঙই। ঙসি ঐগী পৈশানা লৈবা য়াওখিবা কারদুনা থোম্বদা ঐ শিরল্লবদি ঐগী পৈশাদু মাঙলম্বসু য়াই। ঐ পৈশাদু য়াম্না পাম্মুরক্লে। পৈশাদু পীবীদ্রবদি ঐ য়ুমদগা হল্লরোই"। ৱাহৈদু হায়রগা মাঙোলগী ডারিদা ফমথক্লে।

মখা তানা, "ইমাগী ইচানুপীনসু ঐবু মীয়াম মমাঙদা য়াম্না থীনা সাইকল থৌবা হৈতে হায়না চৈবীরম্লে। পৈশাদু খরা থুনা পুথোকপীরকও। ঐ চৎচরগে?"

ইন্দুরেখা খরা তপথরগা, "করিনো ইবুংঙো! মী পুন্নমক থবক হাপ্লগী অথিংবা লৈবদগী তুমিন-তুমিন লৈনরিবসি ইবুংঙোসু তারমগনি। ইবুংঙোগী পৈশাদু ইমাখোয়না চারুবসু নত্তে, মস্ত্রিদা তৌবীদবা য়াদে হায়না অমুক শিন্নখিবনি। মী অতোপ্পা অমা খল্লগা ইবুংঙোবু খলহৌদ্রে হায়বসু নত্তে। ময়াম পুন্নমক ৱারবসু ৱানা ঙাইনরিবা ঙাক্তনি। অদুন্না নংহৌরোইদবগুম তৌরক্কনি হায়বা খঙজরল্লবদি ইবুংঙোগী থবক্তো তৌরমদবনা হেন্নবু ফরম্বনি। পাইখোম্বনা হায়বদুদা তঙাইফদবনি খন্না অদুক তৌরুবগী ৱানি।"

"অদু-অদা তৌদুনা লৈথোকপীগে খনবীরনু ইমা'বেম্মা। ইমা'বেম্মখোয়না অৱৈবো হায়দু থোকই, পৈশাদু পুথোকপীরকও।"

"করিনোনে, হায়রিসিবো? লুপা মঙা-তরাসু নত্তবা লাক্ষ অনীবু খুদক্তা পুথোরকউ হায়রগা পুথোক্লুনা হেক্তা পীবা ঙম্বা ইমুংসিবু মণিপুরদা লৈবু লৈরমগদ্রনে ইবুংঙো?"

"ইমা'বেম্মা, লৌরমদাইদদি লুপা লীশীং কুন্দং ৱাৎপদু শা-ফম য়োনবা লৈবগুম হয়েং নংনদ্রবদি নুংঙাইনরোই হায়বীখিবদাইনে? ইমা'বেম্মাখোয়দি ঐগী ইমাগী অৱাবদো উবীদবনিনা খঙবীদবা। ঐ ইমাগী মতৌ য়েংবদা ৱারে। ঐ পৈশাদু পীদ্রবদি শুকচৎ-চৎলরোই হায়রিসিনি।" থাজলু ৱা ঙাংদনা তুমিন তারম্বদগী অশাউবনা হেনমনখিবদগী, "হে! নুপা! মীনা হায়বা তাদবা, নঙনা হায়বদমক তাউ হায়বা, ইকায় খঙদবা। নঙ চৎলো নশক্তু য়েংনীংদ্রে। নঙগী পৈশাদো পাবুং লাক্লগা হয়েং পীহল্লগে? সন্ধ্যাসিদা লক্ল্লিগা অমত্তা চংগদবা মাদ্রে। সিদগীদি ঐ শাউজরক্কনি।"

"নঙনা শাউরগা কৈদৌদোইবা ? চুম্মী, নঙনদি নঙগী সন্ত্রো কার লৈবদা পৈশা হাপ্পা মীবুদি কদাইদগী য়েংনীংগনি ? নঙনদি মদু খঙহন্নীংপোৎ নত্তে। ঐসু থবক মচা অমা তৌনীংলুবদগী তোংবা য়াবা কার তোংদনা নখোয়গী পাবুংদা কৎখিবনি। ঐবু য়াম্না থুনা চৎহন্নীংলবদি পৈশাদু কোক হন্দোকপীরক্লোনে শকহেনবী।"

থাজদু অশাউবী খম থেংলুরমাল্লে, মমাগী মমাগুদা চেনশিন্নগা ডারীদা ফন্নিবা বীমোলগী মশমদু মখুৎ অনী চঙদুনা পায়রগা "নঙ খঙব্রা" হায়রগা নীক্লুরে।

বীমোল, "এ ! মসিগী লৈশাবীসি য়াম্না তৌঙম্মীনে !"

বাহৈদু হায়রন্নগা থাজগী মখুৎ খুদাং তাপ পায়রগা অদুক থোৎ নৌজরিবা মখজাইদুদা খুপাক্লা শেৎ লাওনা থাগ্রে। "হেরা ! নঙ খঙব্রা ? অফাওবীসিদি ! নঙ ফাবগা লৌবা ঙম্বনি খঙব্রা ?"

বাহৈদু হায়বন্নগা য়াম্না শাউনা মাগী সাইকলদু থৌরগা থোকখ্রে।

ইন্দুরেখা, মচাবু থেমজিন্নগা ইমুংদা চংখি।

বীবমঙ্গল হন্নকপদা থাজ কপ্পুনা লৈরম্মী। মমানা মচানুপী ফুরম্বগী পাউদু মপুবোইবদা তম্মী।

বীরমঙ্গল, বীমোলনা অদুক থৌনা ফরক্লিবদুগী মরমদা ঙাইহাক খল্লি। "মাবু নহাবোল লালহৌবগা শন্নরবজাৎলা ? ঐবু ফিভমসি য়ৌরবদি মাগী পৈশাদু পু-লংলগা হন্দোকহনখ্রসিরা ? ঐদি য়াগদ্রা খনবদগী দুকান প্লোট অমগা সন্ত্রো কারসিগা লৌশিল্লবগী পৈশা হন্দোক্লিঙাইদি লৈত্রে। অস ! ওম্ভোক্লা লুদৌরিদা। অদুবু মাগী মাম্মা পাইখোম্বগা অমুক্তং তানদুনা য়েংখিগে ?"

অহীংদু মখোয়গী ইমুংদু চাক্কা নীংথীজনা চানদ্রে।

বীরমঙ্গল, পাউ অমদি পীহৌবনা চুমগদমাল্লে খন্দুনা ইম্ফাল বেষ্টকী এস পি গুলাপ্তা বীমোলনা মাগী মচানুপীদা ফুরম্বগী পাউদু টেলিফোন্দা হায়। মানদি গাড়ী থেংজিন্নবদা শাউবদগী থোকখিবগী পাউ ওইনা পীখি।

হৌজিকমক্কীদি ফাবা পুনবমক তৌদ্রগসু মতম খরা য়েংলগা অমুক হন্না তৌরক্লবদি পড়া খরা তম্বীদবা য়াদ্রে হায়খি।

গুলাপনসু বীমোলনা কা হেক্তিন্নক্লবদি খুদক্তা পাউ হেক্তা পীবীরকউ, ঐ মী থারগা ফাহঞ্জগে হায়রকই।

নোংঙানবগা মী থাদুনা পাইখোম্ববু কৌহল্লুরে। পাইখোম্বনা তম্বা পাউদা মাগী মচেগী মচানা অদুম্না তৌরমগনি হায়বসিদি মাদি মঙগুম্না থোকই, মা ওইনা থেমজিঞ্জগে, থোইনা নুংশা থিবীরুদ্দু হায়বদুদা বীরমঙ্গল খরা নে তাবগুম তৌরে।

অমরোমদা বীমোলদি মমাগী অৱাবা অমদি মানা ইকায়-ইকি খঙদনা মীগীদা চেক শুবা য়াওহনব্রিবসি ডাইরেক্তর বীরমঙ্গলননিকো হায়বসিদা শাউনীংবনা পুক্লিং, ৱাখল ঙাইহাক্তা পোথাফম খঙদ্রি। মাগী পৈশাদু হন্দোকহন্নীংবগী ৱাখলতমক খন্দুনা লৈরি। করমকান্দা বীরমঙ্গলগী য়ুমদা অমুক হন্না চংসিগে খন্দুনা মতম ঙাইদুনা লৈরকই।❑

# অনীশুবা

শোইবম লৈকায়দা লৈবা বীমোলনা য়ুম শাবা য়াওরিবা য়ুম মপু ধীরেন স্পিসিয়েল কনট্রেক্টরনি। মাগী নুপী মেমচাসু কাউনসিল্লর ওইরি। মচা নুপা অনীগা নুপী অমগা অহুম পোকই। মচানুপা অমনা দিল্লিদা লৈ অদুগা অমনা বেঙ্গলরদা কম্প্যুটর ইঞ্জিনিয়ারিং তম্লি। ময়ামগী অতোনবী রেবীকা জি পি উইমেন কলেজদা বী এ ফাইনেল ইয়ারদা ইংলিস ওর্নস লৌরগা থাজমানবীগা তম্মিন্নরি। রেবীকাগা থাজমানবীগা খেন্নবা খরা লৈ। রেবীকা ইনাক খুল্লবসু ফিজেৎ-লৈতেং, সনা-লুপা অমদি অরং-অরাক্তা কয়া ঙাওদে। অমরোমদা থাজদি অরং-অরাক্তা য়াম্না ঙাওজে। অদুবু থাজনা রেবীকাবু তিন্নবা পাম্বদগী রেবীকাসু নাম্থোকপা ঙমদ্রে।

হন্দক মরক থাজনা সম্রো কার অমা তোংলগা মমান্নবীশিংগী য়ুম থির-থিরগা কলেজ কাবা হৌবা চৎলি। মাগী মতৌ উরগা মমান্নবীশিংনা মমাঙদা থাগৎশিন্নরগা মতুংদা নোক্লবা কয়াসু য়াওরি। মদু মানদি অচাওরম কাবদগী খঙজদে। খরা অমনা মাগী কার তোংগদবগী হোৎনবসু য়াওরি। বীমোলগা থাজগা খৎনখিবা নুমিৎ মরিনি লৈরগা থাজমানবী রেবীকাখোয়গী য়ুম তান্না মতোমতা সম্রো কার থৌরগা রেবীকা কলেজ কাবা হৌবা লাকই। ধীরেনগী ইম্খোলগী কম্পাউন্দু হাইফেৎ চাউই। ইম্খোলগী অকোয়বদু চেক্লা ঝাংনা ঝাল চল্লি। গেটসু টাটা গাড়ী লোইবনিনা থৌজিনবা চন্নবা চাউনা পাল্লি। ইম্খোলদু ময়ামদগী খরসু লাপ্পা লৈবনি। য়ুমগা গেটকসু খরা লাপ্নে। থাজমানবী, মাগী কারদু গেট হাংদোক্লগা থৌজিল্লকই। লম্বীদু খরা পাকপনিনা কারদু মমায় লৈথোক্লগা থম্মী।

বীমোল, থিকাদার ধীরেনগী মচানুপী রেবীকাগা থাজগা তিন্নে হায়বা হাম্না খঙদে। থাজমানবী, মমাঙদা য়ুমসিদা গাড়ী মচাদা অনী অহুল্লক লাকখ্রে। বীমোলখোয়না শারিবা য়ুমসি সেকেন্দ ফ্লোরদনি। গ্রাউন্দ ফ্লোর অমদি ফার্স্ট ফ্লোরদি মী লৈরে। য়ুমগী সিরি অনী শুই। মনুংদগী কাবা য়াবা অমা, মপান্দগী কাবা য়াবা অমা।

থবক শুবশিংদু মপানগী সিরিদগী কারগা থবক শুবনি। থাজনা কার মমায় লৈবা লোইরগা কারদগী কুমথরগা বেগ অমা য়াল্লগা, মেদি অমা শেৎলগা সনগ্নাস

অমা উপ্লগা চংলকপদু বীমোলনা উরে। বীমোলনা থবক শুমিন্নরিবা মমান্নবা অমদা হায়রকই, "ভায় ! আদা চংলক্লিবা কার থৌবী লৈশাবীসি য়েংউ ! অসিনি, নহান ঐগী শম পায়রগা নীক্লকই হায়বী লৈশাবীদো !"

ময়ামদু "কদায়নো, কদায়নো" হায়রগা মখোয় পুন্না য়েংই।

অমনা, – "এ ! অসিদি মশক্তি খুৎফজা অমা তৌইহে !"

"হে ! হৌজরুনু ! শক ফজবগী বানি, তৌগুম্বীনি।"

অমনা হায়রকই, – "ও ! মাদি ঐখোয়গী য়ুম মপুগী মচানুপী রেবীকাগা তিন্নবীনি। নহান নোংমসু উখ্রে।"

অমনা অমুক হায়রকই, "ইনাক খুনবা মশেলনিনা মাগী কার অহনবসে লেন্নবা লাক্লি ওইরিনি। অদু, ঐখোয়গী য়ুম মপুগী মচা রেবীকাদি মখোয়গী মারুটি জেন অমা লৈবসি নোংমতসু থৌবা উদে। মী হায়বসি খেন্নেকো।"

বীমোল, "অদুদনি ঐনা হৌজরুনু হায়রিসি।"

থাজমানবী, রেবীকাখোয়গী ইমুংদা চংখ্রে।

লৈশাবী তৌগুম্বীনি হায়বদুদা খরা ঙাওশিন্নবা কেশো তপ্না কুমথখ্রগা থাজগী মতৌ য়েংনীংদুনা য়োৎপী মচা অমনা কারগী মমাঙগী চাকা অনীমক নুংশিৎ থাদোক্লরে। মানা তৌরুরিবা থবক্তু মখোয় অতৈনদি খঙহৌদ্রে। অদুগা মানা মী অতৈদসু তমদ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা লৈশাবী অনীদো ইমুংদগী থোরকপা উরে।

মখোয় অনীমক কারদা কাখৎলগা ফমখ্রে। ষ্টার্ট তৌরগা কারদু থৌবা হৌরকপদা চৎলু হায়বা য়াদ্রে। থাজ, কুমথরগা য়েংলুবদা মমাঙগী চাকা অনীমক নুংশিৎ য়াওরমদ্রে। কেশোদি থাজগী মতৌদুদা মতোমতা থিক-থিক নোকই। অতৈদি মাগী-মাগী থবক তৌদুনা লৈ।

থাজনা হায়রকই, – "রেবীকা ! মমাঙগী চাকা অনীমক নুংশিৎ অমত্তা য়াওদ্রে, করম তৌগনি ? মসি কনাগুম্বা অমনা থৌওইনা তৌগে য়াওনা তৌবা মাল্লি; চাকা অনীমকপু ! নখোয়গী দলান মথক্তা থবক শুরিবা মীশিংসি খঙলম্বা য়াই, অমুক্তা হংঙুনে !"

রেবীকাসু মখোয়গী ইংখোল মনুঙদা থোকপা থবক্লিনা নুংঙাইতবা অমা য়াওরে।

"তা কুবের। হো তা কুবের!"

কুবের কৌবদু তারদুনা খুম্লকই, "করি হায়গে মেম্মা?"

"ঋা অমত্তা হংগেনে?" কুবের অমুকসু –

"করি হায়গে মেম্মা?"

"অসিদা থল্লম্বা ইমান্নবীগী গাড়ীসে মমাঙগী চাকা অনীমক নুংশিৎ অমত্তা য়াওরমগ্রে। অঙাংসু অমত্তা লৈবা য়ুম নত্তে, গাড়ী খাল্লম্বসু কুইদ্রি; তাদবু উহৌ-লাকহৌব্রা?"

"মেম্মা! ঐদি উহৌদে, ঐসু উহৌদে" মথং-মথং উহৌদে, উহৌদে; লোইনা হায়রে।

থাজনা মখা তানা রেবীকাদা হায়রকই, "থবক গুরিবা মীশিংদু মশক অমুত্তা য়েংগে থোকপীরকউ হায়য়ু!"

রেবীকানা, "তা কুবের! ইমান্নবীসিনা য়াম্না নুংঙাইদ্রমান্নে, মাগী পূক্লিং পেল্লবা ময়াম অমুত্তা কুমথবীরকউ!"

কুবেরদু শাওরম্মা, "লাকও, লাকও! ঐখোয়বু মানা য়াম্না থাজদ্রমান্নে" হায়দু হায়রগা ময়াম হৌনরগা দম্দিগুম কুমথরক্রে। খুইদগী অরোইবদা বীমোল কুমথরকই।

থাজ– "রেবীকা! য়াওরেত্ত্রু! মানা শোয়দনা ওইগনি; তুং থংলিসে।" শোম্নাংননা হায়বনি।

রেবীকাগা থাজগা ইমুংলোমদা চংমিল্লখ্রে।

বীমোল অমদি কুবের লৈশাবী অনীগী মওংদুদা চিংনবা ঋরা পোকপগুম তৌখি। হান্নগুম্না দালান মথক্তা কাখংলগা থবক মখা চথগ্রে। কুবেরনা মখোয়গী মরক্তা থবক্তু তৌরুবা য়াওব্রা হংবদা মখোয় অমত্তনা তৌরুই হায়দ্রে। অদুবু কেশোনা মখাদা কুমথখিবদু খঙহৌবা অমদি য়াওই। মাসু কেশোনা হায়রৌগনি খনবদগী কেশো মখাদা কুমথরুবনি হায়বদু ঙমদ্রে।

ইমুংদা থাজনা রেবীকাদা টেলিফোন অমুত্তা পায়গে হায় । রেবীকাসু পায়য়ু হায়। থাজনা টেলিফোন পায়রগা এস পি গুলাপকী নম্বরদা ডাইরেক্ট হেক্তা তৌরে।

"হল্লো! পুলিস ষ্টেসন ওইবীরব্রা?... মানে। পাবুং গুলাপ... পাবুং ওইবীরব্রা? পাবুং ঐ থাজমালবী, বীরমঙ্গলগী মচানুপীনে। অদু, পাবুং! নহান ঐখোয়গীদা ঐগা

খৎনখিবা বীমোল হায়বদু, ঙসিসু ঐগী কারগী মমাঙ চাকা অনীমক মানা নুংশিং থাদোক্লমদুনা চৎপা যাদদুনা লৈরে।

... শোইবম লৈকায়দা... থীরেন কৌই। হেক্তা খঙগনি। স্পিসিয়েল কন্ট্রেক্টর। হোয় ... লৈবি, লৈজরমগে। খরা থুনা... য়ানি পাবুং ... হোয়, থমজরগে?

থাজ টেলিফোন থমখ্রে।

রেবীকানা খল্লি — "করম্না অসিগুম্বা মথোঙ হুক্তবা মীবু মখোয়গী যুম শাবা যাওহল্লিবনো? মপাবুংদা হায়রগা বীমোলবু যুম শাবা য়াওহল্লগুমসি" হায়গে লেপ্লে।

ঙাইহাক ফমদুনা পুলিস লাকপা ঙাইরি।

শোমদা চেক-শুবা মশেল কনানা তৌরুবনো, ঐখোয় শোয়দনা চোপ্পা তারে, অনীদু থোক্লক্লে হায়না নুংশা থীবা হৌরক্লে। কেশোসু লুশিল্লকপদুদা মানা তৌবনি শুকহায় হায়দোক্লরোই খল্লক্লে। পুংখায়মুক লৈরগা পুলিস গাড়ী অনীখক ইন্সপেক্টর অমনা লুচিংলগা গেটতা থৌজিল্লক্লে। মখোয়না থাজগী কারগী মমাঙ চাকা অনীমক নুংশিং তাদুনা লৈবদু উরে। পুলিস গাড়ী মখোল তাবদা থাজগা রেবীকাগসু ইমুংদগী থোরক্লে। পুলিসশিংদু চংলকপা উবদা দলান মথক্তা থবক শুরম্বশিংদু মিঙ্গল চেঙ্গুম-চেঙ্গানৈ। থাজ থোরক্লগা বীমোল মথক্তা থবক শুবা য়াওরিবনি হায়। পুলিসনা মখোয় লোইনা কুমথরক্লবা হায়। মখোয়সু কুবেরনা মাঙ থারগা পরেং শানা কুমথরকই।

থাজনা বীমোলবু খুদোম্বীনা থিল্লগা অসিনি হায়না তাকই।

বীমোল নিংঙাই করিমক্তা তৌদনা পুলিসকী গাড়ীদা কাখৎখ্রে। পুলিস অমনা -- "চেক শুবা য়াওবা নঙনা ডাইরেক্তরগী মচানুপীদি করম্না মীতাক্লরিবা? নঙ খরদি থিৎপা তারেদো।"

বাহৈদু থাজগা রেবীকাগসু হাইফেৎ তাহৌবগুম তৌখি।

বীমোলবু পুলিস ষ্টেসন তানা পুখ্রে। বীমোল ফাখিবদুদা কেশোসু নুংঙাইরক্লমাগ্রে, — "ঐনা কারগী নুংশিং থাদোক্লবনি।" হায়রে।

মখোয় মরিমক থবক শুবা তোক্লগা পুলিস ষ্টেসন্দা লাক্লে। ও সিগী কাদা চংলগা বীমোলবু মরাল লৈতে থাদোকপীয়ু হায়জরুই। অদুবু বীমোলনা মীগী মচা লৈশাবীদা হান্না খুপাক্লা থাখিবদুগী মরম্না মখোয়না হায়বদু তাবীদ্রে।

বীমোলনু অহীংদু লোকঅন্না থন্নদা নীচেনা মনমদা অমদি ... কয়াসক হন্না কন্দুনা খুমীরে। চৈনাদু থাঙবদা "অয়ো ইমা, অয়ো ইমা ... কঞ্জনবা উপাই করিসু লৈখিদে। মীখুদগী পিরাংনা থেংলবা অহীং ... লোকঅপকী কাগী লৈমায়দুদা মশীং শঙদনা তাখি। মাগী মমীত্তা থাজগী মায়থোঙ চাম্ব-চাম্বনা লেক্লগা লন্নবগুম উরকখি। লমন খুমীংবগী ষাখলনা ফাওখি।

এস পি গুলাপনা নুমিদাংদা বীরমঙ্গলদা টেলিফোন তৌরকই। "সাহেব! অত্তাংদু ফন-ফজনা থিংথ্রবনি, মত্তুং-মনাও তৌরক্লরোই।" পাউদু তাবদা বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখা অনীমক নুংঙাইবনা নোকখি। মচা নুপীদসু বীমোল ফুবগী পাউদু তমখি। থাজ, লমন খুম্বগী নুংঙাইবা ফাওখি।

অমরোমদা বীমোলবু পোকপী কমলাদি অহীংদু চাক-ঈশিং অমত্তা চাদনা থেংলবা ফাওবা মাঙ্গোলদা ফন্নগা মচা বীমোল কৌরগা কপ্পি। মথংগী নুমিত্তা নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা অয়ুক্তা থাজ রেবীথোয়দা কারদু থৌরগা লাকই। বীমোলবু পুলিসনা ফুখিবগী পাউদু রেবীকাদা হয়াউনা তম্মী। থাজ লাক্লিঙৈ ওইহাকী মমাঙদা কুবেরনা খাঙ্গুনা ধীরেনগা উনখি। কুবেরনা তম্বা থম্মোই শোকপা পাউদু রেবীকাসু তাহৌই। রেবীকানা থাজদা তম্না হায়রকই, —"থাজ, নঙগী কারগী নুংশিত্তু তাবীমোলনা থাদোকপা ওইরমদ্রে।"

"হা! অদুদি কনানা থাদোক্লিবা? অদুগা মাদি করিগী মচিন পাম্লিদু মানা নত্তে হায়দ্রিবা?"

"নঙনা তাবীমোলগী মশম পায়রগা নীক্লুবা, মানা নঙগী নমায়দা খুপাক্লা থাখিবদুগী মরম তাবীমোলনা মাগা থবক শুমিন্নরিবা মমাঙ্গবশিংদা তম্বজাথনি। মদুদা মখোয় লোইনমক্লা নঙবু শাউবা ওইরম্লে। নঙগী অবাবা মায়থোঙ য়েংনীংবদগী মাগী মমান্নবশিংদুগী মরক্তগী অমথক্লা কারগী নুংশিত্তু লোম্না থাদোকখিবনি হায়। অদুবু মদুগী দন্দিদি তাবীমোলনা মাননি হায়না য়াজত্রেদনা! হৌজিক মখোয় লোইনা নঙগী নথক্তা য়াম্না শাউরি। মখোয়না ঐখোয়গী পাবুংদা ঙসি তাবীমোলবু জামিন য়াবীয়ু হায়রম্মী। পাবুংনসু তাবীমোলগী অশেংবা বারী খঙবদগী য়াবীগে হায়রগা মখোয় হনখিবদা ওইরি। নখোয়গী পাবুংদা তাবীমোলগী থবকী পৈশা পীজবগী মরমসু পান্নম্মী। ঐসু মখোয়গী বারীদু লোম্না তাহৌবনি। থাজ! নঙ তাবীমোলদা অমুক্তং লানম্লে হায়হন্মীংই। নংত্রবদি মখা ফগদবা মাত্রে। ঐনা তাববু মাদি বী এস সি মেথমেটিক্সতা ফার্স্ট ক্লাসতা ওর্নস ফংবনি হায়। নঙসু মুন্না অমুক্তা খল্লু! মরাল লৈতবা মী অমবু ফারগা লোকঅন্না অহীং অমা থম্বীবা, কু-চৈদুনা ওংপীবা হায়বসিবু চুমলা?"

রেবীকাগী বাহৈশিংদুনা থাজ মরু লুকথরগা নুংঙাইত্তবা শকফম অমদা উংলগা লৈরে। থাজগী মশাদু পুরা হিকথবগুম চোকথরে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা নুংঙাইবা ফোঙদোকপা লাকখিবদু অবাবা শকফম পুরগা হনবা তারক্রে।

রেবীকাদা চৎলগে হায়রন্নগা কারদু থৌরগা যুম য়ৌরকই। লম্বীদা বীমোলবু পুলিসনা ফুবগী অবাবা খাঙবগী শকফম অমা উবগুম; মাবুসু বীমোলনা ফারগা ফুবীগদবগুম খল্লকই।

ময়ুম য়ৌবগা ফমুংদা লোংনা হিপ্নগা বীমোলদা করম্না লানখ্রে হায়গদৌরিবনো হায়বগী মতাংদা খন্দুনা লৈ।

ইন্দুরেখা, মচাগী কাদা চাক চারসি হায়বা চংলকই। মমানদি বীমোল ফারগা ফুখিবগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা ঙা লৈরম্নগা থোংলি।

মচাগী শকফম উবদা মমানা হংলকই, – "করি অমুক তৌরে? নঙবু কলেজ চংলরোইদ্রা?"

"করিসু তৌদে, ঐ ঙসিদি কলেজ চংলরোই।"

"অদু ওইরসু চাক চাথোক্লুরসিদনা?"

"ইমা! ঐ কোম্না চারগে?"

ইন্দুরেখা মচাগী কাদগী থোকখ্রে।

থাজ, তৌফম খঙদনা লৈ। রেবীকানা তম্বা পাউদা মপাবুংনা পৈশা চাখিবগী মতাং অমা য়াওবদুদা অমুকসু মতোমতা ইকায়রকই। ফমুংদা বাখল লমফাংননা লৈরিঙৈদা রেবীকাগী ফোন অমখক লাকই।

বীমোলদো পুং ১১.০০ দা বেলদা থাদোকখ্রে হায়রকই।

ঘড়ী য়েংলুবদা পুং ১১.৩০ তারম্মী।

থাজ, টেলিফোন্দা – "রেবীকা! নঙনা হায়বা কমপ্রোমাইজগী মতাংদো নঙ অমুক্তা শিনবীগেরা?"... শীনবীগে হায়বা ... অদুদি ঐ নখোয়দা হৌজিকমক লাক্লগে, থম্নগে?"

থাজ, য়াম্না থুনা মাগী কাইনেটিক হোন্দা তোংলগা চাক্কা চাদনা থোরক্রে।

পুল্লিংদা বীমোলবু অমুক্তং থেংনরগা ঙসিমক শেংদোক্লরবদি নুংঙাইনিদা খল্লকই।

শোমদা বীমোল কেলদা থাদোরকপদা কোর্ট মমাঙদা মনাও তোনদোনগা উনরে। ধীরেনবুসু মাগী জামিন য়াবীবগী থাগৎলম্মী। য়াম্না থুনা ওটোরিক্সো অমা হায়রগা মনাওগা লাকমিন্নে। মা লোকঅপ্তা পুলিসনা ওৎ-নৈখিবদগী অনৌবা পাঙ্গল-থৌনা হেনগৎলক্রে।

ওটোরিক্সোদু মখোয়গী থোঙ্গালদা খামহল্লগা, ইমুংদা প্রপ-প্রপ চংলকই। মাগী তুংশিনবা পৈশা খরদু উপুদগী লৌথোক্লগা পুল্লপ ফুরিংখাওদা হাপচিল্লি। চাকখুমদা চংলগা হৈস্তাংদু মবুক্তা য়েপশিল্লি। মাগী লোকঅপ্তা লৈরুকগী ফিজোলদু হোংদোক্তনা থবক শুবদা উপ্পা খোঙউপ্তু অদুম উপ্পগা অমুক থোরকই। অদুক নুংশিজবী মমাগী বর ফাওবা য়াওদনা, মমানা কদায়দা অমুক চৎলিবনো হায়বদু তাদনা ওটোরিক্সো তোংলগা চৎখ্রে।

কুবের অমদি মাগা থবক শুমিন্নবা মমান্নবশিং ধীরেনগী য়ুমদা শোয়দনা লৈরমগনি খল্লগা ধীরেনগীদা লাকই। মখোয়গা তানরগা থাজমানবী ফারগা লোৎথ্রগে চপ য়ুংনা খল্লগা লাকপনি। মানা ধীরেনগী থোঙ্গাল মপা য়ৌবগা লাইনা তম্বগুম; নৎত্রগা থাজগী ফস্তবা পুংফম য়ৌরকপগুম; সজিনা কৈ মমাঙদা চংলুবগুম; থাজদু গাড়ী মচাদা রেবীকাখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরকই।

বীমোল উবদা থাজদু কিবগুম, ইকায়বগুম লাল্লুরবীনিনা তৌফম খঙদে।

কাইনেটিক থৌবা ফাওবা মখুত্তু নিক্রে। স্টার্ট মুথৎলগা গাড়ী ইল্লগা গেট মনুংদা চংলকই।

বীমোল, থাজগী মতুং ইল্লকই। থাজদি মীহুল শুদ্রে।

তুংদগী বীমোলনা, "থাজ! নঙ অমুক্তা ঙাইখো!" হায়রকই।

থাজদু চপ লেপ্পী। "করি ওইরবনো?"

"ঐখোয় অনী বাফম অমত্তা শেংদোক্নখিসি। নঙগী গাড়ীদু অদুবাইদা থনম্লগা অমুক্তা থোরকউ!"

থাজসু মানা লাক্লিবদু বীমোলদা লানখ্রে হায়গে লাকপনি।

অদুবু লানখ্রে হায়গে খনবদু হায়বা ঙমদ্রে। বীমোলনা হায়বা য়াদুনা গাড়ীদু মনুংদা থনম্লগা গেটকী মপান ফাওবদি থোরক্রে।

অদুবু লানখ্রে হায়বা বাহৈদু ঙসিদি মচিন্দগী থোরকউ য়াদ্রে।

মশাদু কিক্নসু নীক্রে। বীমোলনা অমুক্তা মখুদাং পায়রগা খুপাক্কা থারকত্রা হায়নসু খল্লি। বীমোলগী মমীৎ অনীদুসু ঙাংশং ঙাংবগুম তৌরে।

বীমোলনা হায়রকই, – "থাজ! নঙ ওটোরিক্সোসিদা কাখৎলু! ঐখোয় অনী ইমান্নবা অমগী য়ুমদা চৎলগা য়া শেংদোক্করুসি!"

"সিদা অদুম ঙাংলসি!"

"মদু য়ারোই, ঐ নঙোন্দা করিসু তৌরোই, ঐবু থাজৌ। নঙনা করিগুম্বা ঐনা হায়বসিদা য়াত্রবদি ঐনা পায়রিবা থাওসিনা থিল্লগা নঙবু মফমসিমক্তদা হাৎকনি অদুগা ঐসু ইতোমতা শিজগনি। নঙ ঐনা হায়বসি য়াও।" বীমোলগী মমীত্তু উবদা থাজ মাবু বীমোলনা শোয়দনা হাৎকদবা মাল্লক্রে।

মানা লেপ্লগা লৈবদুদা বীমোলনা মখুদাং পায়রগা ওক্টোরিক্সোদা কাখৎলু হায়না চিংশিনবদু থাজ করিসু হায়বা ঙমখিদ্রে। মানা ওটোদা ফম্বগা বীমোলসু কাখৎত্তুনা থাজগী মনাক্তা ফল্লে।

টৈলিপতি ফাওরগা খুরায় থোং লাল্লগা লাকপনা দুলালেন্দ য়ৌরে। দুলালেন্দ য়ৌরগা নাগারামগী লম্বীদা থৌজিলহল্লি।

ওটোদু বীমোলগী মরুপ মাগুন ষ্টৌন্না লৈবা ভারাগী য়ুমগী থোঙ্গালদা খাম্মী। বীমোল মতোমতা চংলক্লগা মাগুন ষ্টৌনবু হংই। নুপী অমখক্লা থংনবা য়ুম অমদা মণিপুরী ফিলম কাপ্লগা য়েংবা য়াওরিবনি হায়না তম্মী। অমুক্তা কৌথোকপীরকউ হায়বদুদা নুপীদুনা মাগুন ষ্টৌনবু কৌথোরকই।

মাগুন ষ্টৌন্না, "হায়! বীমোল! করি থবক্কীনো?"

"ভায়! ঐগী মতেং অমখক্তা পাংবীদবা য়াদ্রে।"

"করি তৌরে?"

"নখোয়গী শোমদলদা চত্তবা য়াদ্রে।"

"হৌজিকপো? করিগীনো?"

"ঐ নুপী অমা চেল্লক্রে, মদু থৈগে?"

"সিদা থৈবা য়ারোইদ্রা?"

"য়ারোই, নঙ ভান অমখক্তা থুনা রায়রকউ। হৌজিমক চৎলসি!"

"ভানবুদি শেম্বা লোইবদা ঙাইরিবা মোরে চেনবা অমা লৈনে।"

"ফরে, মন্নু হেক্তা পুবীরকও। খরা থুবীরকউকো। ঐ মাবু সিদা পুশিন্নকে।"

মাশুন ষ্টোন মফি হোংদোকপা চংথ্রে।

বীমোল থোঙ্গাল তানা থোরক্লগা ওটো থৌরকপা মুস্লিম ড্রাইভরদুদা লুপা চনীখক পী।

"মরুপকী মতেংসু পাংথ্রে, চাম্মদি হান্নীয়ু!"

বীমোল, লুপা চাম্মা চংপী অমমুক শংলগা পী। ড্রাইভরদু মঙ্গল ওইবীয়ু হায়বল্লগা চংথ্রে। বীমোল থাজগা লোইন্না চংমিন্নবকই। মাশুন ষ্টোনগী কাদা চংলগা ফম্মী। মাশুন ষ্টোন্দি ভান ৱায়বা চংখি।

থাজ, – "তাবীমোল! ঐখোয় অনী চমথোক্লগদবা ৱাফমদু ঙাংনরসি, ঐ থেংখিদৌরে।"

"থাজ! ঙসি নঙবু ঐনা অথাপ্পা লম অমদা পুরগনি। নঙ য়ুমদা হন্নবগী ৱাফমদু খল্লুরনু। ঐনা নঙবু ফাবগা লৌগনি ৱাশকখিবদু ঙসি ৱাশক্তু ঙাকপা তারে। নঙ ঐনা হাযবা লোইনা ইনবা তাবনি। নঙনা মদুদা লাউ-খোংবা তৌরবা ঐখোয় অনী শিখিন্নবা থাঙসি পুবকপনি। নঙ ৱা অমত্তা ঙাঙগনু। ঐনা তৌ-তৌ হায়বদু অদুম তৌ!"

থাজ, মক লুকথবগা কপ্পা হৌরে।

মাশুন ষ্টোন ভান্দা তোংলগা ড্রাইভব অমগা লাকমিন্নবে। ভান্দু মাগী য়ুমগী নাকন্দা খাম্মী। বীমোলদা চংনবা তৌবসি হায়ররে।

বীমোল, "ভায়। মানা শেংনবা তাংখুল ফি অমত্তা পীয়ুদনা?"

ষ্টোন য়ুম্নোন্নবগীদা ফি ৱায়বা চংখি।

ষ্টোন্না ফিদু ৱায়রগা পুরক্লুনা বীমোলদা পীরল্লগা মাদি গাড়ীদা কাখথ্রে।

বীমোল ফিদু থাজদা অমুক পীরগা হোংদোকউ হায়। থাজনা ফিদু পায়রগা শাউনা বীমোলদা লংশিন্নকই। কদোমদগী অশাউবনো বীমোল থাজগী মমায়দা খুপাক্লা শেং লাওনা কন্না থাই।

থাজদু কিবনা লোইরে। বীমোলনা খুপাক্লা থাখিবা খজাইদুদা নাল্লগা "ঐবু হাংলো?" হায়রকই। মখোয় অনীনা লাউনবদু মাশুন্না ভান্দগী তাবগুম তৌই।

বীমোল, – "নঙ ফিসে শেত্তবা শুকয়া য়ারোই!"

থাজ, কিবদগী কথা কপ্না ফিদু পায়রগা মানা শেৎলিবা খেত্তাওদু হোংদোক্লে। বীমোল প্লাষ্টিকী খাউ অমা পীরগা মাগী জিন খোঙ্গাওদু হাপহল্লি। থাজনা অংখুল ফি শেৎপদু য়েংবদা ফনবু নুংশিরে। শুৎ-শুৎ তৌবসু লেপ্তে। কাদগী থোরক্লগা মখোয় পুন্না ভাব্দা কাখৎলে।

বীমোলনা, "য়ারে গাড়ী থৌবীরো" হায়বগা ড্রাইভরনা গাড়ীদু থৌদোরক্লে।

নাগারামগী লম্বীদগী থোরক্লগা ম্যেন রোদ য়ৌবগা উখ্রুল লম্বীদা গাড়ীদু ঙাইহাক্কী মনুংদা নুংশিৎকী মমাঙ থানা থৌখ্রে।

শোমদা রেবীকানা থাজদু লাক্লে কলেজ কারগে খন্দুনা মাগী গাড়ী মচাদা থোরকপা মতমদা কাইনেটিক অমা থোঙ্গাল ময়াদা লৈবা উরে। হান্না উখ্রবনিনা কাইনেটিক্তু থাজগীনি হায়বা খঙই। মশাদি লৈবা উদবদুদা মাগী গাড়ীদু খাল্লগা ষ্টেন্দা লেপহন্দুনা থস্লে। অদুগা থাজগী কাইনেটিক্তু শো লোনব্রা য়েংই। শোদি লোন্দে। মাবু কদাইদা চৎলমগদগে হায়না বাখল তৌই। বাখল পাক হেক লাম্বা ফংদ্রে। মমৈদা বীমোলগা থেংনদুনা মখোয়নী বা চমথোক্লবা চৎপ্রবজাৎলা অমুক খল্লি। থাজগী কাইনেটিক্তু শঙ্গোয়দা ইনশিল্লগা থম্লুরে। বাখল ফল তাবা ঙমদবদুদা কলেজ ঙাইহাক্তং য়ৌরুরগে খন্দুনা জি পি কলেজ তানা মাগী গাড়ীদু থৌরগা থোরক্লে। কলেজ য়ৌদুনা ক্লাসতা চংলক্লে। পেরিওদ অমা য়াওবা লোইরগা পুক্লিং লৈতাফম খঙদদুনা য়ুমদা অমুক হল্লক্লে। মানা য়ুম য়ৌরকপা মতমদসু থাজ মখোয়গীদা লাক্লমদ্রে। চিংনরক্তুনা থাজখোয়গী য়ুমদা টেলিফোন তৌই। থাজগী মমা ইন্দুরেখানা থাজদু চাকসু চাখিদে, মশাদু নুংশুক-নুংজাননা কাইনেটিক তোংলগা চৎখিবদগী হল্লক্তে হায়না তম্লকই। রেবীকানা মখোয়গী গেট ময়াদা কাইনেটিক লৈরল্লগা থাজ লৈরমদবগী পাউদু তম্বদা ইন্দুরেখা পাখৎখ্রে। মচানুপীবু বীমোলনা ফারম্বা শোয়দ্রে হ..বসি চপ য়ুংনা থাজরে। মপুরোইববু ওফিসতা পাউ পীদুনা য়ুমদা কৌরে। বীরমঙ্গল য়ুম য়ৌরকপগা এস পি গুলাপতা পাউ পীদুনা বীমোলবু ফংনবা অমুক্তা থীবীয়ু হায়। মতমদু নুংথিলগী পুং ১ তারে। পুলিস গাড়ী অমা অনী চাইথোক্তুনা থিবদা থাজগী পাউ খঙই হায়বা অমত্তা য়াওদ্রে। বীমোলসু কোর্টতগী থাদোকপগা ময়ুম য়ৌরল্লগা অমুক মফি ফাওবা হোংলমদনা অদুম থোকখিবদগী হল্লক্ত্রি হায়রে। পাউদুনা থাজবু বীমোলনা ফাখিবা শোয়দ্রে হায়বসি চুম্লে খম্লে। মরাল লৈজদবা তোন্দোনবু ময়াম্বগী মহুত্তা ফারগা পুবীখ্রে। নুমিদাংদা মাইক লাউদুনা থাজমানবী অমদি বীমোল ফংনবা থিবদা মীয়াম্না মতেং পাংবীয়ু হায়না মফম-মফম খুদিংদা পাউ পীরে। ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফাল,

দুরদর্শন, আই এস টি ভিনচিংবদা লোইনা লাউথোক্লে। মখোয় অনীগী পাউনা ইম্ফালদা অচৌবা ৰাথোক অমা ওইরে।

অশোমদা থাজদু লম্বীদা লাউ-খোঙবা অমত্তা তৌখিদ্রে। তুমিন মমায় লুকথরগা কম্মী। ভান্দু শুকখাম-খামদনা খৌরকপনা নুমিদাংবাই পুং ৪.৩০ দা শোমদলদা থুংলে। থাজ লম্বীদা মমায় থাঙ্গত্তুনা চৎলিবা লম্বীদু কদোমদনো, করি লমদনো হায়বা অমত্তা খঙদ্রৌদে। বীমোলদি শোমদলদা অমুকথক মাশুন ষ্টৌনগা লাক্লুনা নুমিৎ হন্নি লৈরম্লে। মা মফমদুগী চাউরাকপা খরদি হান্নদগী খঙলবনি।

মখোয় মরি মাশুন ষ্টৌনখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌদুনা পুন্না চংলকই। মাশুন ষ্টৌনবু পোকপা মমা-মপাদি পাম য়ানবা চথখিবদগী লৈরমদে। মনাও যোসেক স্কুল কুম্নকপদা ঙায়রম্মী। মচন্নুপী ঙাথেলাদা ৰারী মতেক অমা লীরগা থাজবু লুনা তৌবীনবা হায়। মমা-মপাদসু মরমদু শুগায়না তম্নবা হায়। পাউ তম্নবা, ৰারী শানবা লোইরগা মাশুন ষ্টৌনগা ড্রাইভরদুগা অমুক য়াম্না থুনা ইম্ফালদা হন্নব্রে। মতমদু নুমিদাংবাই পুং মঙারোম তাবে।

মাশুন ষ্টৌনগী মচন্নুপী ঙাথেলানা মাগী কাগী ফমুংদু ফি অমা শিন্দোক্লুনা থারগা থাজবু ফমহল্লি। থাজ, ফমুংদা কাখৎলগা মমায়না মখুউদা লোৎলগা হিক-হিক কপ্লুনা লৈ। বীমোলনা কাদুদা চংলকপা মতমদা ঙাথেলা মপান থোকপ্লে।

বীমোল চংলক্লে খঙবদা থাজনা শাউনা হায়রকই, –"নঙনা ঐবু ফারগা লৌবা ঙম্মী হায়বদু মসিরা? হৌজিক্তি নখুৎ চল্লবনিনা নঙনা ঐবু লারুগনি হায়বদো লাক্লনীংবা মওংদা লাক্লবীরো" হায়রগা থাজনা শেৎলিবা তাংখুল ফনেক্তু লৌথোক্লে তৌই। বীমোল চেনশিল্লগা থাজগী মখুৎ ফারগা খাম্মী। মমীৎ উইশিল্লগা, –"থাজ! নঙ অমুক্তং তপথখো! ঐনা শাসি হায়বা ৰারীদো মফমসিদদি শাবা য়ারে। ঐ নঙগী ইজ্জৎ শোকপা য়াবা থবক অমত্তা তৌরোই। অদুবু নঙগী ননীং তম্মনবা, মী উশিত্তবগী লমচৎ অমা লোইনরিবদু, মদুমদি ঐ নঙোন্দগী, মৈতে নুপী অমা ওইনা লৌথোকপা পাম্মী। ঐনা করিসু লান্দবদা নঙনা অদু য়ৌনা নাপল কাদুনা ঐগী শম পায়রগা নীকখিবা; অদুদসু নত্তনা করিসু লৈত্তবা নঙগী গাড়ী নুংশিৎ তারম্বগীদমক শঙ্গ লৈ, ঙম্মী হায়বগী মতাঙম ঐবু অহীং অমা লোকঅপ্লা থমদুনা তমখিনা ফুহনখিবা! ঐ নারবসু –"ইমা, ইমা" কৌরগা খাঙখি। ঐনা ঐঙোন্দা ফুখিবা মতমদা খাঙখিবা চৈনাদো নঙোন্দসু হৌজিক চপ মান্নবা ফুবদা নঙদি খাঙবা ঙমগদ্রা? অচুম্বমক তৌবা তারবদি নঙোন্দসু ঐনা ফুরগা লমন খুম্ফম থোকপনি। অদুবু নঙদি নুপীনি, ঐ নঙোন্দা অদুমক্তি

তৌরোই। নঙদি ঐনা মফমসি তান্না নঙবু পুরকপদা ঐবু অরানবা তৌরে হায়না খল্লি। ঐদি ঙরাং অহীং পুলিসনা ঐবু ফুবগী চৈনা থাঙবা মতমদা কানবিবা নঙবু শাউনিংখিবা ৱাখলদু মিকুপসিদা কাওরম্নবদি নঙবুসু ঐনা খুদক্তা হাৎলম্বসু য়াই। অদুবু হৌজিক্তি চৈনাদু হুম্বল্লবনিনা ঐগী অশাউবদুসু নঙ উরগদি তপ্না-তপ্না হুম্বখ্রে। ঐ হৌজিক্তি নঙবু ফুগে খল্লন্নবসু নঙবু ফুবদি ঙম্নরোই। নঙনা ইরাল করিসু লৈজদবা চেক শুরগা শেন পীক্লা তান্দুনা ইমুং পুনবা হোৎনজরবা ঐবু পৈশা পায়বনি, শঙ্ক লৈবনি হায়দুনা পুলিস্তা পাউ পীরগা ফুহনখিবগী দাগফমসে নঙগী মীৎ অনীদুনা অমুক্তংদি পেন্না য়েংহনগে হায়দুনা নঙবু মফমসিদা পুরকপনি"। অসি হায়রগা বীমোল থাজগী মমাঙদা মাগী ফুরিৎতু লৌথোক্লগা মতুং ওনশিল্লকই। কাসিদা লৈরিবসি মখোয় অনীখক্তনি। অহলশিং পামদা চৎখিবদগী হল্লক্লি। ঙাথেলা অমদি যোসেফনদি মখোয় অনী নুংশিনদুনা চেল্লকপনি খল্লি।

বীমোল, অশোকপদু থাজদা উৎপা মতমদা কপ্না-কপ্না থম্মোই শোকপা ৱাহে-খরা পল্লকই, - "থাজ! নঙ চৈফমশিংসে উবা মতমদা নঙগী খুৎমক্লা ফুখিবনি খল্লগা পেল্লুকো!"

থাজ য়েংলোই খল্লম্বা চৈফমদু হাইফেৎ মমায় থাঙৎলগা য়েংলুরে। চৈফমশিংদু উবদা থাজ তশেংনা থম্মোই শোক্লে। অদুবু মরু লুকথরগা য়েংদবা শানা ৱাখল তৌদুনা লৈ। থম্মোই মনুংদদি চাম্মরক হন্না, - "তাবীমোল ঐবু ঙাকপীয়ু" হায়না বীমোলবু চেৎনা কোন্নীংবগুম তৌরকই।" বীমোলনা মাবু নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবগী ৱাখল খল্লক্লা খল্লুরগা ওন্ন-তৈনরকপদুদা থাজদু ইকাইবগুম তৌরকই।

বীমোল, - "থাজ! ঐ তশেংনা নঙগী নফমদা লানখিদে হায়বসিদি খঙহল্লগে খন্না নঙবু মফমসিদা পুরকখিবনি। হৌজিক্তি নঙগী নমীৎনা তশেংনা নঙনা শীল্লগা ঐবু তমথিনা ওৎ-নৈহনখিবদো ময়েক শেংলেদনা! নঙ তশেংনা পেল্লব্রা? হায়য়ু থাজ! নঙ তশেংনা পেল্লবা নৎত্রা? নঙগী গাড়ীগী নুংশিত্তুসু ঐনা থাদোকপা নত্তে। তৌববুদি নঙগী অচাওরম কাবা, থোইচৎনবা নতৌদুদা ঐনা ঐগা থবক শুমিন্নরিবা ইমান্নবশিংদা নঙগী ৱারী শাখি। মদুদা মখোয়গী মরক্তগী অমনা নঙগী নতৌ য়েংনীংবদগী কারগী নুংশিত্তু থাদোক্লম্বা থোক্লবদি মদুগী দন্দিদু ঐনা ফংবদা মতিক চায়।

অদুবু নঙ ঐবুদি ৱান্নৌগনু! ঐদি লায়রবী ইমা লুপ্লাবীনা য়োকপনিনা লৌ মরাক অমখক লৌশাল খরা কারক্লগা চাজরম্বদুসু লৌদু য়োনথোক্লগা নখোয়গী পাবুংদা লুপা লাক্ষ অনী পীখিবদগী লৌশালসু কারক্তবনা য়াম্না ৱারবনি। অতোপ্পা অবাৎপা

লুপা লীশীং কুনগী শেনফম অমসু শেন্দোই চাউনা কাবীদা অথুবগী পুরগা য়াওশিনখিবনা ইমাদো মীগী শেন্দোই পুবা ঙমদবদগী মীবা তোয়না তারকখি। ঐ ওজা ওইবদি লায়রদনা নোংমদা লুপা য়াম্থে লাক্কদবা থবক ফাওবা থিবা বাখি। লাইবক যবদগী ঐগী মরুপ কুব্রেদা হায়জবদগী মাগী মতুং ইন্দুনা চেক শুবা য়াওবদগী হৌজিক্তি মীগী শেন্দোই ফাওবদি হনবা ঙম্রে। ইমাসু কৈথেলদা অফং-অফংবা মনা-মশীং য়োনবনি। থাজ! নঙনদি ঐগী অৱাবা ৱারীসি করিসু তাবীনীংলোই। মসিদি ইনাকখুনবশিংনা তানীংবা ৱা য়াওদে। ঐনা হৌজিক পাম্বা হায়ববু নখোয়গী ইমাগা পাবুংগা তাম্নরগা ঐগী লুপা লাক্ষ অনীদো হন্দোকপীবনি। ঐ হৌজিক্তি ভাব তারে, ঐগী লাইবক্না তম্লক্রবনিনা সরকারগী তলব চাবা থবক তৌদ্রবসু ইমাগা ইনাও তোন্দোনগা ঐখোয় অহমদং চাবগীদি চেক শুবা য়াওরগাসু ঙম্লগনি খল্লে। ঐ হৌজিক চেক চনবা ফজনা হৈরে। অদুবু ঐগী ইপানা থম্বীরম্বা লৌ মরাক্তুদি অমুক হন্দোক্লগা ইমাগী অৱাবদুমদি কোকহন্নীংই। ঐ অমা মাঙজরবসু মরাইবক থীরবা ইপানা পীক্লা হন্দোক্লম্লবা ইনাও অসিমগা ইমাগগীদি খন্দবা য়াদবনি। লৌদু ইনাওগী শরুকসু যাওবিবনি। মাদি য়েন খরা লোইরগা পৈশা তাম্লগা মহৈ তমজরিবনি। মদুদা চানবা লৈত্রবদি করি ওইগনি? মাসু মহৈ তম্বা তোকপা তারক্কনি। মানা মতমদুদা ময়াম্বা ঐঙোন্দা শোয়দনা দোষ তৌগনি। ঐগী থবক্কীদমক লৌ য়োনবীখিদুনা মাগী শরুক থাকপিবমদ্রে। ঐনা হান্না খলহৌদকনা ওজাগী থবক্তু লায়না ফংগদ্রা খল্লুবদগী অৱাবসে নঙোন্দসু নংবা য়াওররে। অদুবু নঙনা নশানা থম্মোই শেংনা নখোয়গী ইমা-পাবুংদা মীঙোন্দগী লৌশিল্লুবা পৈশা ময়ামদু হন্দোক্লবা হায়বীবা য়ারোইদ্রা? হায়বদি ঐগুম্বা কয়া অমসু ঐগুম্না ৱারম্বা য়াই। মদু পুন্নমক নঙনা করিগুম্বা চিঠি অমা ইবীরগা নখোয়গী পাবুংদা থাগ্রবদি পৈশাশিংদু শোয়দনমক্কী হন্দোকপীগনি খল্লি। পৈশাশিংদু হন্দোকখিবদা নখোয়গী ইমুংগীদি করিসু থোইনা ৱাগদবা লৈতে। মীপুম খুদিংমক্লা হেন্নদুম পৈশা চাদবগী থাগৎনগনি। নঙনা সন্ত্রো কার, অহনবা অমা লুপা লাক্ষ মঙা পীদুনা লৈরগা তোংবা অদুগা ঐগুম্বা লৈজদবা ইমুংগী মীওই কয়ানা পৈশাদু পীথোকখিবদগী হেন্না অৱাবা নংহৌরিবসি নঙনদি কোকপীবা ঙম্বদুগী হায়বনি। তশেংনা থবক্তুনা মতম চানা ফল হায়দোক্তুনা জোইন তৌরম্লগবুদি চাং নাইনা থা খুদিংগী তলব ফংলগবুদি অশোয়বা, অৱাবশিংসি নংলম্রোইদবনি। মদোমদা খল্লুবদগী শোয়খিবা ঙাক্তনি। অদু, থবক ওইদ্রবদি লৌখিবা পৈশা হন্দোকপসিসু অদুম চৎনবনি। মদুদা খরা শোত্তক তৌবা, শঙ্গ কয়া লৈজদবা ঐখোয়গুম্বনা তৌরুবদা মীনা উশিংপীদবগী ৱানি। অদু, নঙ হৌজিকপু করি খল্লিবগে? ঐনা হায়বসি য়াবীগদৌরিব্রা?"

থাজ, বীমোলগী বাহেশিংদুলগী অশেংবা খেন্নবা পুন্সি থরগী মশক খঙজনকলগুম তৌরে। তুম্মিন বা মচেৎ অমত্তা ভাণ্ডদনা লৈ।

বীমোলনা মখা তারকই, – "ফরে, ঐনা হায়জবসিদা নঙনা য়াবীরগদি নখোয়গী ইমা পাবুংদা চিঠি অমা ইবীরো! চেগা কলমগা সিদা লৈরে।"

বীমোলনা চেগা কলমগা পুথোক্লুনা পীরম্লগা মাদি কাদুদগী থোকখ্রে। থাজমানবী মানা ঙাইহাক্কী মমাঙদা বীমোলদা উৎখিবা নুপীগী কা হেনবা মানবা অশাউবদুগী মরমদা খল্লুরগা মতোমতা ইকায়জরকই।

থাজ, মতোমতা বাখল খল্লিঙেদা ঙাথেলা কাদুদা চংলকই।

ঙাথেলা, – "করি হায়না কৌগম্রকো! ইতা কৌশিরা? ইনম্মা কৌশিরা? ঐদি নখোয় মীতৈগী মমিং নত্তবসি কৌবা হৈতবনি। অদু, ইবুংগী মরুপকী নুপী ওইবগী ইনম্মা কৌবীগেকো!"

থাজ, – "শোমগী মিংবু করি কৌবগে?"

"ঐগী মমিংলা? ঙাথেলা কৌএ!"

"ইনম্মগী মমিংদি করি কৌবীবা?"

"ঐগীদি থাজমানবী কৌই।"

"থাজ হায়বদি – নোংমদোন্দা থোকপদুরা?"

"ঔ, মানি।"

"অদুদি –" চা লোনবীগে? নঙদি বারমগনি, চা থকসে।"

ঙাথেলা চা লোনবা ইমুংদা চংখ্রে।

ঙসাইদগী বাখল নুংঙাইরমদবা, বীমোলনা মঙোন্দা চৎথরকপা য়াবা ফত্তবা অত্যাচার কয়াগী বাখলদা য়াম্না কন্না চিংনরম্বা ময়ামদুগী ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা ওইরম্বসিদা থাজগী বাখলদা অনৌবা বাখল অমা লাকপগুম তৌবে। বীমোলনা পূক্লিং নুংশিনা কপ্লগা তম্বা মপাউদুগা; বীমোলগী নঙ্গন্দা পুলিসনা ফুখিবগী দাগফমশীংদু উরুবগা; পুন্নমক্তু মানা শীল্লগা থোকহনখিবা ওইবদুদা থাজ খল্লু-খল্লুরগা বীমোলগী মফমদা ওইনজনীংবগী বাখল লাকপা হৌরে। মফমসিদদি মাগীনি হায়বা কনাসু লৈত্রবনি। মানা খল্লুবা নুপা ওইবশিংগী করামচাউবা অমদি লুজদবা নুপীশিংদা য়েংবা মীৎয়েংদু বীমোলনা মঙোন্দসু শোয়দনা য়েংলক্কনি খল্লুবনি। অদুবু বীমোলনা মদু অমত্তসু তৌবক্তবদুনা নুংশিবগী ময়োল চোংলকপা ওইগনি।

থাজদু-ওাথেলানা মঙোন্দা হায়রম্বা মিংগৌগী মতাংদসু থোইনা খল্লুবা তৌদে। মানা খল্লিবদি বীমোলনা হায়রম্বা মা মতোমতগী নঙ্গা মী অত্তেগী লৌশিন্নুবা পৈশামখে লোইনা হন্দোকখিবা তারবদি মখোয়গী ইমুংগী ফিবম য়াম্না শোক্লগদ্রা হায়বসিনি। মাদি মখোয়গী পাবুংনা মী কয়াদগী লুপা লাক্ষ কয়া লৌশিল্লুরবগে হায়বসু খঙবা নত্তে। চুন্না মাগী কার অহনবা অমা লৈবীবদুদা পঙহাদ-হরাউজরুবগী য়ানি। অদুবু হৌজিক্তি মথৌ ওইনা খনবা হৌরক্তে। মাগী পাবুংনা লৌশিনখিবা পৈশাদু হন্দোকত্রগদি বীমোলনা মাবু থাদোক্লোইদৌরি। মানা চিঠিদু ইরগা পৈশা হন্দোকখ্রো হায়না থাখ্রগদি মপাবুংনসু পৈশাদু হন্দোক্লগনি। অদুগা পৈশা হন্দোকখ্রগদি মাবুসু বীমোলনা থাদোক্লগনি। অদু ওইরবদি তাবীমোলদি পুলিসনা অমুক ফাবীরোইদ্রা? মাবু পুলিসনা অমুক্কা হন্না ফারবদি মাবু হান্নদগী হেন্না ওৎ-নৈদুনা ফুবীবা য়াই। মাগী নঙ্গন্দা লৈরিবা দাগসিগী মথক্তা অমুক্কা লীচৈনা কন্দুনা ফুবীরবদি মাদি করি ওইগনি? মদুদা মাবু পুলিসনা ফুবা মতমদা অনাবা ফাওরকপদা মানা ঐবু অমুক হন্না দোষ তৌগনি। ঐনা মাগী ফিভমসিদা অদুম্না অমুক হন্না তাহনবদি চুমদে। অদু, মানা ঐবু মফমসিদা ফাবগা পুরক্লিবসিবু পৈশাদু হন্দোকহন্নবগী মরম খক্তা ওইরমগদ্রা? মানা ঐবু লৈশাবী অমদা পাখং অমনা খনবা য়াবা অপাম-নুংশিগী য়াখলদু মঙোন্দা অশংনমক যাওবম্লোইদ্রা? মাসু ঐসু ইনখৎলকপা পাখং-লৈশাবী ওাক্তনি। মানা ঐবু য়েবীকাখোয়গী থোঙ্গালদগী ওটোরিক্সোদা কাখৎহল্লগা পুবকপদগী হৌজিক ফাওবসিদা কা অমদা ঐখোয় অনীখক্তা লৈরবা ফাওবদা অদুগুম্বগী য়াখল খনবগী মহক্তা ঐনা পুলিসতা পাউ পীরগা মাবু পুলিসনা ফারগা অহীং অমা লোকঅপ্তা থম্নগা ফুখিবগী দাগতু ওইনা য়েংহল্লম্মী। মানা হাযখিবা য়াহৈদা ঐসে মাগী নঙ্গনগী দাগশিংদু য়েংহন্নবগীদমক পুরকপনি হায়খি। হৌজিক্তি ঐদি মাগী মখুৎ চল্লবনি। মানা অপাম্বা তৌনীংবা থবক পুন্নমক তৌবদা ঐনা অথিংবা পীবসু ওন্নরোই। ঐনা মাগী মথক্তা লঙজখিবা ইরালদুগী হায়রুববদি মানা ঐবু কয়াবক হন্না ফুরবসু ঐ খাঙবা তাবনি। মানা হৌজিক চৎখ্রিবসিনা কদাইতানা চৎখ্রিবনো? অদুগা ঐনা লৈরিবা খুলসিনা করি খুল কৌরিবা?"

থাজনা য়াখল অমদা উংলিঙৈদো ওাথেলা চাঙাং কপ অনী পুদুনা কাদুদা চংলকই। মখোয় অনী য়ারী শানা-শানা চা থকপা হৌই। মখোয় অনীনা চা থক্লগা য়াবী-শারিঙৈদো বীমোল যোসেফ হৌরগা দুকান চঙুনা পোৎ-চৈ খরা লৈরুরগা খাউ অনীখক্তা পুরগা চঙলকই।

বীমোলনা লৈরক্লিবা পোৎশিংদুদা তবেল মচা অমা, শাপোন, টুথ ব্রশ, টুথ পেষ্ট, সেন্দল জুরা অনী য়াওই। অদুগা অতোপ্পা খাউ অমদনা চেং, হবাই,

ঙারী-ঙাতাই খরগা, য়েরুম খরগা, আলুনচিংবা য়াওরি। বীস্কুট পেকেট অনীখকসু য়াওরকই।

ঙাথেলা, —"ইবুং! করি করিরা, য়াম্না লৈরক্রেদা! ঐ ইবুংগী চা লৌবীগে?" অসি হায়রন্নগা ঙাথেলা অমুক থোকখ্রে।

বীমোলনা থাজদা হায়রকই, —"থাজ! নঙ পৃক্নিংদা করিমত্তা নুংঅইতবা তৌগনু! ঐদি ঙরাংদগী চাক চাব্রিবনি। নঙসু চাক লাম্লম্লনি। নঙবু করি এঙ্লাং চানীংবগে?"

"ঐদি চাক চাররোই।"

"এ! করিগী? ঐবু শাউবগীরা? শাউরগা চাক্তা তাইনবদি তৌগনু! হয়েং নঙনা হকচাং ময়েং তারগা নখোয়গী ইমা-পাবুংনা চাক ফাওবা পীজরক্তবোইরে খনগনি।"

"ঐ মীগী মরল শিংথ্রিমখৈ মীগী মরল চাখিরোই।"

"নঙবু কনাগী মরল তোল্লবগে?"

"ঐবু মফমসি তাল্লা ফাদুনা পুরক্লগা জেলগুম্না থম্মীরিবসিবু মীগী মরল তোনবগী নত্তব্রা? পুল্সিসিদা ইজ্জৎ হায়বা পোৎশক অমা মীপুম খুদিংমক্তা ইকায় খুম্নরম্বদো ঐগীদি অমুক হঞ্জিলহনবা য়াররোই। অসিগী ফিভমসি তানা পুথবীরকপসিদা অদোম্না ঐবু ফাবীদ্রিঙেদা মিকুপ অমত্তং খনবীখিদব্রা?

"অস! থাজ! মদুমদি ঐ তশেংনা খলহৌদে। অশাউবনা নঙবু লমন খুম্নিংবনা মাঙ থাখিবদগী পুন্নমকসে মদুগী মতুং ইল্লকপা ঙাক্তনি। অদু, নঙ শাউদি শাউগনু! নঙনা ঐবু নখোয়গী মাঙ্গোলদা নখোয় ইমাগী মমাঙদা শম পায়রগা নীকখিবা মতমদুদা করিদি খনখি?"

"হৌখিবা অরানবা মরম থিনরগা মরৈ তৌনদুনা অঙম তাম্নবগী মহুত্তা অমসু-অমসু কায়দনবা হোৎনবনা তুংগী অফবা ওইরোইদ্রা? মদোমদা ওইনা খন্নবদা করি কায়বগে?"

"অদুদি নঙদি করিগী মীগী মরল চাখিরোই হায়রিবা?"

"অদোম্বু ঐগী কনানো? করিগীদমক অদোমগী মফমদা ঐনা লমন তোনশিঞ্জরুদগে? ঐ ঙরাং ফাওবদি নীংতম্বা পুল্সি অমদা লেঞ্জরম্মী। অদুবু ঙসিদগীদি ঐ অমুক হন্না নীংতম্বা ফংলরোই। ঐগী পুল্সি লৈরাংঙম লৈমন চল্লবনি। ঐসু ঐগী নাপলগী মহয়দু পামদ-পামদ অসুম ফংবা তাবনি।"

"ও! থাজ! নঙগী থম্মোইবু ঐনা অদু য়ৌনা শোকহনগ্রবা?"

বীমোল মখুং রেস্তুনা উখোকতেম্দুদা কিন্না কম্না থিজিন্নি। মখুম্বু তম্মুনা ঈ থোক্রে। তাঙ্গাদুদা ঙাথেলা চা পুরগা চংলকই।

"ইবুং! চা থকপিয়ো!"

বীমোল চাদু লৌনবা খুং তিংথোরকই।

ঙাথেলানা ঈদু উবদা, —"এ! ইবুং! ঈসিদি করিগীরা?"

থাজ মমায়দু কং লৈরগা য়েংলকই। ঈদু উবদা নুংঙাইতবদি পোকই। ঙাথেলা, চাদু থনন্নগা —"ঐ হিদাক লৌবীগে" হায়রন্নগা থুনা থোকখি।

থাজ, —"মদুনা ঐগী ইজ্জৎকী মমল ওইবা য়ারগদ্রা?"

"ও! থাজমানবী! নঙোন্দা ঐনা অদুক চাউবা ইরাল অমা লঙজখ্রবা! লৈতবা হায়বসিসু তশেংনা ঙাওবা জাৎনি। পুন্নমকসে লায়রবা অমদি লৈতবদগী থোকখিবনি।"

ঙাথেলা, উরী মনা খরা থৎলগা মদু নোইখায়রগা পুরকই। ফি মচেৎ অমসু শেগায়রগা পুন্নবা পুরকই।

বীমোল, চীংগী মচল ঙাথেলানা অদুক থবায় য়াওনা হোৎনজরগা তৌগনু কবম হায়গনি।

ঙাথেলা, মানা পুরক্লিবা অশেম্বা হিদাক্তু থাজগী মখুত্তা লৌরো হায়না পী। —"ইনম্মা! নঙ খরা তৌবীয়ো, ইবুংগীসে!"

থাজমানবী, ঙাথেলানা হায়রিবদু পূক্লিংনদি য়ানীংলবসু মরোল অমমুক লোন্নকই, —"ঐনা তৌবদা নখোয়গী ইবুংসিনা য়ানীংব্রা অমুক্তা হংলম্মু!"

"অদুবু করিরা? নুপী-নুপাগী নিংঙাই হায়বদুরা? নঙনা অদুম নিংঙাই চাউরিঙেদা অনাবদি নাবনা শিগদৌরে! সে! খরা তৌবীয়ো" অসি হায়রগা উরী মনাগী হিদাক্তুগা ফি মচেত্তুগা থাজগী মখুত্তা হাপ্লে। অদুগা থাজগী খুদাংদু পায়রগা বীমোলগী মখুং অশোকপদুবু হিদাক হাপ্লগা পুলহল্লে। থাজ, করি খন্নুরবনো বীমোলগী মখুং অশোকপদু মাগী তনৌরবী মখুত্তুনা হিদাক হাপ্লগা পুল্লিঙেদা বীমোলগী খুদাং তাখৎলিবা মপাদুদা পিরাং পোপ-পোপ তারকই।

মখোয় অনীগী মতৌদু উরুবদা ঙাথেলা য়েংবা বারমাল্লে, অমুক কাদুদগী তপ্না থোকখ্রে। বীমোলগী অশোকপদা মখুৎনা পুল্লুবদগী থাজগী থম্মোইদা অনৌবা

মহাও অমা অমুক লাকপগুম তৌরকই। মহাক্না লৈরিবসি ময়ুমদগী য়াম্না তাম্বা চীংগী খুল অমদনি হায়বা ফাওবা কাউবগুম, মনাক্তা বীমোল লৈরবদি মাগী করিসু বাৎলরোইদবগুম খঞ্জরুই।

বীমোলসু থাজগী অওনবা বাখলগী মমিদু ভাবনা উবগুম তৌই।

থাজ, মীৎলুদা চোৎলিবা পিরাংদু তৈথোকই। মনাক্তা লৈরিবা ফমুংদুদা অমুক কাখৎলগা মখুউ অনীদা মমায় লোৎলগা ফম্মী।

বীমোল, খাউদা য়াওরিবা হৱাই সেন্দলদু লৌথোরকই।

"সে! সি অমুক্তা চাব্রা য়েংউ!"

"ঐ ঙসাইনসু হায়জখ্রে, মীগী মরল চাজখিবোই।"

বীমোল, – "ঐগী জুরা অমগা নঙগী জুবা অমগা লৈরকপনি। নুঙ মবকসিদা, ওকথি, য়েঙ্থি য়াম্নসু লৈ। নঙগী খুনীং বাংবীদুগা করম চৎকনি? সে, অমুক্তা তোংসিল্লু!"

"ঐদি চৎলবোই। ঐবু থাদোক্ত্রিফাওবদি জেলগুম্লবা কাসিগী ফমুং মথকসিদগী কুমথদনা অসুম লৈজবগে?"

"ওহোকপগী লৈশাবীনিদকো। ঙাঙনবা অসুক বাবসিদি। তু! ঐগীদি চাবে, তোংদ্রবসু চাব্রা অমুক্তদি যেংউ কৈদৌবগে?"

মতাংদুদা ঙাথেলা কাদুদা চংলকই।

বীমোল, – "ইবেম্মা ঙাথেলা! সে! সেন্দলসে থাজগী মখোঙদা অমুক্তা তোংহল্লম্মু!"

"তোংলো, তোংলো! নুংশিনা থোনবীবা পোৎ লৌবদা করিগী নিংঙাই তৌব্রা? নখোয় অনী খৎনরবদি ঐদি থাম্বসু ঙম্লোই।"

ঙাথেলানা থাজগী মখোঙদু পায়রগা তোংহনগে তৌরুবদা থাজদু ফমুংদগী কুমথরগা সেন্দলদু তোংলগা "চারেসে কৈদৌরগে" হায়রকই।

মানা সেন্দলদু তোংবগা বীমোল পুক্লিং খরহেক নুংঙাইজে। থাজগা ঙাথেলাগা হৌনরগা মনীংলোমদা চংমিন্নখ্রে। মখোয় অনীনা কাদুদা অমুক হল্লকপা মতমদদি বীমোল লৈরমদ্রে।

থাজনা খল্লি, "কদাই তানা অমুক চৎথ্রিবনো? মরিলদি মত্তা অমনি, ঐগা মাগাসি নিংঙাইদি ফনবু মাম্ররি। মাবু ঐনা ঙসাই হায়খিবশিংদুবু ভাব থরদি তারম্রগদ্রা? মানা নুংশিবগী অশম্বা লম্বী ইখঙ-খঙ্গদ্রিবসিনা কমদৌরিব্বজাৎনো? মানা ঐবু লুহোংদুনা লৌ হায়বা ময়াম্রবদি ঐগী ফিভমদি ফনা লুগদৌরি।"

বীমোলদি যোসেফকা ফার্মাসিদা বেন্দ এদ লৈরগা মাগী মখুৎকী অশোকপদুদা নম্না চৎপা ওইরম্মী। মানা চৎথ্রিঙেদা বীমোলনা লৈরকপা খাউদা য়াওরিবা পোৎলমশীংদু করি করিনো য়েংনীংদুনা অমমম ওইনা লৌথোকই। য়েরুমশিংদু হান্না লৌথোক্লগা থম্মী। টুঠব্রশ, পেষ্ট লৌথোকই। সাপোন, তাবেল লৌথোকই। "ভাবতি ফনবু তাবগুম তৌইদা।" থাজনা খঙ্গরুই।

ঙারিদু লৌথোক্লগা মনম নম্লগা য়েংই। "উম! সিদি ইরোনবা অমা তৌরবদি হাউনিদা। ইরোন্নবা মচাক লৈগদ্রা?" মতোমতা ভাব তারকই, "চীংগী লফুদি হাউবনি, তোক্নীংকোক্কা।"

ঙাথেলাদা ওনশিল্লগা থাজনা হংলকই, – "ঙাথেলা! লফু ফংগদ্রা?"

"করিগী ফংদগনি চীংদবো?"

"অদুদি লফু ইরোল্লগা তোক্নীংকোক খরা কোৎসি।"

ঙাথেলা থাঙ অমা পায়রগা লফু য়ানবা চৎখ্রে। বীমোল অমুক হল্লক্লগা থাজনা লৈহৌবা কাদুদা চংলকই। থাজদু বীসকুট চাদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা বীমোল নুংঙাইবা পোকই।

বীমোল, – "কদায়, বীসকুটতো ঐসু অমথক্তা চাগেদনা?"

থাজনা বীসকুট পেকেৎতু পুল্লগা বীমোলদা পীশিল্লি।

"নঙনা চাবদু উরগা চানীংলকপগী বানি, ইতোমতা চাবদি হাউগদবা মান্দে, পুন্না চামিন্নসি কৈদৌবগে?"

থাজ, – "ঐদি পুল্সিসিদা নুপা, পাখং অমত্তগা পুন্না করিগুম্বা অমত্তা চামিন্নরক্ত্রি।"

"ও! অদুদি নঙনা ঐগা বীসকুট চামিন্নবা ফাওবা পামদকগী বানিনে?"

"খঙদে, পুক্লিংসিদা নুপা হায়বা জাৎসে ঐদি ফন খনবা ইঙম-ঙমদে।"

"ঐবু য়ান্না চিংনবগী বানিনে? অদুদি ঐ চৎলগে?"

অসি হায়রল্লগা বীমোলদু বীসকুট চাদনা ফুক হৌগৎলগা কাদুদগী থোকখ্রে। থাজনা বীমোলনা শাউরগা থোকখ্রবা তুংদা কাদুদগী থোরক্লগা বীমোলনা কুমথখ্রিবা

অঙম্বা লখীদুদা হন্না য়েংলমদনা চৎখিবদু নুংশা থীনা লেপ্লগা য়েংহৌই। পূক্লিংদা অম্মুক খল্লকই, "মাবু য়াম্না শাউগ্রবজাৎলা?"

ঙাইহাক লৈরগা ঙাথেলা লফু মকক অমা পুরগা লাক্রে। মখোয় অনী হৌনরগা চাকশঙদা চংলগা এঙ্খাং শেম্বা লোইয়ে। মতমদুদা পাম চৎলুবা ঙাথেলাগী মপা-মমা অনী শম অমমম নঙ্গন্দা পোরগা থুংলরে। থাজমানবী উবদা কনারা হংই। মবুংগী মমান্নবা ইম্ফালদগী বীমোল কৌবা অমগী নুপীনি হায়বদুদা লুনা তৌবীয়ো হায়।

ঙাথেলা চাক থোংগৎখ্রে। য়েরুম থোংসি হায়দুনা তান্ন-তান্নদুনা থোংবা চাক্-এঙ্খাং লোইরক্রে। লফুদো ফুৎলগা থাজনা ইরোম্লে। পুখম তেঙ্কোত্তা চাক-য়েঙ্খাং শীনবা লোইরে। ঙাথেলানা মমাগা মপাগা, যোসেফকা পুন্না কৌশিল্লগা চাক হান্না পীজরে। থাজগা ঙাথেলাগদি বীমোল লাক্লগা পুন্না চামিন্নসি হায়দুনা চাক-এঙ্খাং শেন্নগা ঙাথেলাগী কাদা থম্মী।

ফন থেংলবা ফাওবদা বীমোল হল্লক্রে। থাজদু নুংশা থীবা হৌরক্রে। বীমোলদি অচিকপদা ফন্নগা লৈরুবনি। থাজনা বীমোলদা ঙাঙখিবা ৱাহৈশিংদুনা নীংবা কায়থ্রবজাৎলা খল্লকই। ঙাথেলানা শো অমা পায়রগা য়ুমদোমপোক ওইনা তোঙান্না শাবা ইনা কুপ্পা য়ুম মচা অমগী মনাক্তা থাজবু পুরক্লগা থোঙদু শো হাংলগা লালটেন পায়রগা চংলকই। য়ুম মচাদুদা ফমুং অমগা টেবল অমগা চৌক্রি অমগা থারি। নুপামচা পাখংশিংনা তোঙান্না লৈনবা শঙনি। মোম্পাক ফিদক অমদি মোনখুন্নচিংবা শিন্দোক্লগা ঙাথেলানা নীংথিনা শেম্মী।

থাজনা হংলকই, —"সিবু কনাগী কানো?"

"ঐগী ইবুংগী কানি, মানা ইম্ফালদা লৈখিবদগী যোসেফনা তুম্বনি। নখোয় অনী ঙসি অহীং অসিদা পুন্না তুম্নবা শেম্বনি।"

থাজগী মবুক্তা খল্লি, —"মানা ঐখোয় অনীসি নুংশিনদুনা চেল্লকপনি খল্লবোইরে। অদুবু তাবীমোলগা ঐগা ফমুংসিদা করন্না তুম্মিল্লগনি?" অসি খনবদগী ৱাহৈনো হায়রকই "ঐদি নঙগা পুন্না তুমিন্নরবসু য়াইদা?"

ঙাথেলা, — "সিদা তুম্বনা নুংঙাইগনি। অদু, ইবুংদো ইনম্মনা করি হায়রুবগী শাউখিবনো? হৌজিক ফাওবা লাক্তবসি মাবু কদায়দা চৎখ্রবকো?"

"ঐদি করিসু হায়খিদেনা। অদু ঙাথেলা! তাবীমোলসে নঙনা খনবদা হয়েং তুং ফাওবা লৈমিন্নবা নুংঙাইগদবা মানব্রা? নঙনা ঐখোয় অনীসিবু করম হায়না খনবগে?"

"নখোয় অনী নুংশিনদুনা চেল্লক্রবনিনা মতৈ-মনাওদি ওইরবনি। নখোয় অনী অসুক লায়া চেল্লক্রগা মফমসিদা শাউনরগা করি কান্নগদ্রা? ঐদি হেন্না নুংশিনবনা ফৈ হায়না খনবনি। নঙনা মাবু শাউনা ওাওবদগী মাসু শাউদুনা হল্লক্তবসি নঙবু নুংঙাইব্রা? মাবু লাকপগা থেমদুনা শাউদনবা মানা চাক চাবা কান্দা মাগী সেবা খরা তৌবীয়ো!"

"নঙনা হায়রিসিনদি ঐখোয় অনী মতৈ-মনাওনি সিনিনে? অদু ঐখোয় অনীবু মতৈ-মনাও ওইবসিবু পকচগদ্রনে?"

হা-হা-হা- নোক্রগা, –"নুংশিনদুনা মতৈ-মনাও ওইদুনা লাকমিন্নরগা পকপা-পক্তবা থিবগী কান্নবা করিরা? ইবুংগী মশকসিদিকো য়াম্না ফজবনি, নঙনা মাবু লুনা তৌবীদ্রবদি নঙবু নয়ুমদা তুমিন্না থমজিল্লন্নগা নুপী অতোপ্পা অমা লৌখ্রবদি নঙ চাক্কনিকো! হৌজিক সিদা লৈরিঙৈদা মাবু লুনা তৌবীয়ো! ঐদি মাবু ইবুংমক্তি খনবীবনি।"

"ঐসু নঙনা হায়বদুনা চুমগদ্রা-খল্লে।"

"করিগী চুমদগনি?"

মখোয় অনীনা কা মচাদুগী ফমুংদা রারী শাদুনা ফন্নিঙৈদা থাজদু তুম্নিংলমাল্লে উইবা হৌরে।

অসোমদা মাশুন ষ্টোন মাগী ময়ুম শোমদলদা বীমোলগা থাজমানবীগা থিল্লন্নগা অমুক হল্লকপনা নুমিংদাংগী পুং ৭ কী অদুবাইদা ইম্ফালদা থুংই। য়ুম য়ৌবগা খোঙ-খুৎ হামদোক্রগা চাক চারিঙৈদা নুমিদাংগী পুং ৭.৩০ গী রেদিওগী মণিপুরী পাউদা বীমোলনা থাজবু লুপা লাক্ষ অনীগী রেঙ্গমগীদমক ফাগ্রে হায়না লাউথোরক্রে। মাদি মাগী মরুপ বীমোলনা অদুক শাথিবা থবক তৌরমগনি হায়বগী মতাংদদি থোইনা খল্লুবা লৈতে। মানা খঙবদদি বীমোল লাইরিক য়াম্না ফরকই; মখোয় অনী তিন্নবদগী মাসু অক্কদা ওনর্স ফংখিবনি। মানা থামুক্কী মমাঙদা তাখিবদি বীমোল ওঝা ওইনবা স্কুল ডাইরেক্তরদা লুপা লাক্ষ অনী পীখ্রে; মা স্কুলগী ওঝাদি শোয়দনা ওইবা ফংলগনি হায়না হরাউনা তমখিবনি। অদুগা করম্না মানা ডাইরেক্তরগী মচানুপী ফারগা পৈশা অমুক তানগদৌরিবা? বীমোলনা শোমদলদা মাগী মফমদা শিন্নরকপা হায়ববু – "হোরেন নুমিদাং রেদিওগী পাউদা করি হায়না লাউথোরকপগে তাবীয়ু; মদুগী মথা তাবা ওইনা মাগী য়ুমদা নোংজ্ঞানবগা চৎলগা পাউ অমুক লৌবীরকউ; অদুগা শোমদলদা তন্না হনবীরকউ" অসিনি।

রেদিওদদি বীমোলনা থাজমানবীবু রেকমগীদমক ফাগ্রে হায়রি। মদুমক্তি বীমোলনা তৌগনি হায়বা মানা থাজদে। মাগী থবক্কী লৌখিবা পৈশাদু হন্দোকউ হায়বা য়াদবদগী মচানুপী কাবা ওইরমগাদ্রা হায়বসি মাওম্নসু চপ-চানা থাজরে। অদুগা থাজনা বীমোলগা ওসাই শোমদল চৎলমদাইদা মাগী কাদা ওংখৎনখিবা খরা লৈখিবদুসু নীংশিংলকই। মাওন ষ্টোন বীমোলগী বাখল খন্ন-খন্না তুমথগ্রে।

সোমদা বীমোল নুমিদাংগী পূং মাপলগী অদুবাইদা টৌর্চলাইট অমা কাপ্পগা থাজ অমদি ঙাথেলানা লৈবা য়ুম মচাদুদা চঙলকই। মতমদু খরা থেংলকপদুদা ঙাথেলানা থাজদা বীমোলবু কদাই চৎলুই হংউ হায়না ইনশিল্লন্নগা মাদি বীমোলগী চাক লৌবা চথগ্রে।

থাজদু শাউরগা, – "তাবীমোল! কদাইদা চৎলুরিবনো? অসুক থেংনা হল্লক্রিসিবো?"

"নঙনদি ঐবু ননাক্তা লৈহন্নিংদবদুদা ঐসু ঙসাইদগী ইতোমতা চীংগী অচিকপা মফমদা হৌখিবা পুল্লিগী নুংশিবা মতাং নীংশিংলগা কপ্পুরিবনি। হয়েং নঙবু নখোয়গী ইমা-পাবুংগী মফমদা কমদৌনা শিন্নগনি, মখোয়না অমুক পুলিসতা রাকত্তুনা ঐবু ফাহন্নগা লোকঅপ্তা অমুক ওৎ-নৈবা খাঙগদবদু খল্লুবদা ঐগী তুংগী লোৎফমগী মতাংদা খল্লুরিবনি। ঐ ঙসিদি মফমদুদা য়ান্না কপখ্রে।"

"করিগীনো, নুপানবু অদুক কপকল্লিবদি?"

"এ! মীগী নাইতোম পোকচবী মচানুপী, শকহেনবী অমা ফারুরগা করন্না নুংশা থিরোইদৌরিবনো? অদু, নঙবু ঐনা হায়বা চিঠিদুবু ইবীরব্রা?"

ঙাথেলা চাক পুরগা চংলক্রে, – "করি চিঠিরা ইবুং? ঐ হায়বীরগা ইনম্মবু ইহনগে? চাক হান্না চানবা তৌরো। ইনম্মদি চাক য়ান্না লাল্লবনি, মাগী লফু ইরোনবা চারবদি ইবুংসু শাউবা শোয়দনা ফগনি।"

"হা! লফু ইরোনবা য়াওব্রা? তোকনীংকোকসু? হাউরমদৌ মাল্লি। চারসি!"

ঙাথেলানা হায়বদগী থাজনা বীমোলগী চাক্তু টেবলদা থম্লে, ঈশিংসু থম্বীরে।

বীমোল, – "নখোয়সু পুন্না চারসিদনা?"

"ঐখোয়দি ইবুং চাবা লোইরগা কোন্না চাগে। ইবুং হান্না চাবীরো!"

থাজদু ফমুংদা ফন্নগা বীমোলনা চাক চারিবা টেবলদা খুনীংদু শৌরগা মখুৎ অনীনা খদাংদা পায়রগা বীমোলনা চাক চাবদু মুন্না য়েংদুনা লৈ।

বীমোল, চাক চাবা হৌরে। ইরোনবদু খরা হৈরগা তোংলগা চাবা হৌই।

"অস! ইরোনবসিদি খুবী চিকই হায়নবদুনি, ওহোক্লা হাওইদা!"

"অচুম্বরা ইব্রুং? ইনম্মনা শেম্বনি। নখোয় মীতেদি ইরোনবা শেম্বা য়াম্না হৈকো! অদু হাউনা চাবীয়ো, ঐ ইমুংদা অমুক চংবীগে?"

ভাথেলা অমুক থোকখ্রে।

বীমোল, —"ঐনা নহান শাউবদগী নঙগী মায়দা খুপাক্লা থাখি, ঙসিসু অমুকহন্না থাখ্রে। হৌজিক্তি মদুগীদমক ঐ য়াম্না নীংঙম্লক্রে।"

"মতমদুদা তাবীমোলনা ঐবু ফারগা লৌবা ঙম্বনি হায়না কম্না লাওবীরম্বা নত্রা? হৌজিক্তি ঐসে তাবীমোলনা ফারগা নখুৎ চল্লে। ঐসে তাবীমোলগী নুপী নত্তে হায়বা য়াররোই।"

"মদুগী বাদু কোন্না তপ্না ঙাংনসি। মদু ওইবা য়ারোইদবা বানি থাজ! করম্না নঙ অমদি ঐগী ফিভম, সমুদ্রগা লাংখোঙগা পাবা য়ারোই। ঐনা নঙোন্দগী পাম্বদি ঐগী অবা-মৈশা লাংহল্লিবা পৈশাগী মতাংদুখক্তং কোকপনি। নঙবু লাইর মচা ঐগী করম্না ওইগদৌরিবা? মীনা শোয়দনা ঙাঙনগনি, লুখ্রাবী মচা বীমোলনা থাজবু মোইথেম তৌদুনা ফাবগা লৌখ্রে। মদুনা নঙগী হান্নগী কলেজগী বোয় ফ্রেন্দ ঐনদি খঙদবা, লৈজরম্বদুগী থম্মোই কায়হল্লম্বসু কনানা খঙবা?"

থাজ, —"মাগী থম্মোইদি ঙসাইনা পাউ তাবদা কায়রল্লগনি। মানা ঐবু অমুক হন্না পুন্সিগী ওইনা থাজররোই। মানা ইনাক্তা অমুক হল্লকনি হায়বসু ঐ থাজদ্রে। অদুবু ঐগীদি লাইবক্লা তম্বা হায়বদু তারে। ঐ ঙসিদি অদোম্না চাকগী চাক্লক্তগী লেমহৌবা খরদু ওইনা চাজরগে? মদুমদি য়াবীয়ু! নঙনা অপাম্বা চিঠিদুসু ইজরগে। ঐগী হান্না লৈজরম্বা অতোপ্পগী অপাম-নুংশিগী বাখলসু কাউনবা হোৎনরগে। ইমা-পাবুংগী নুংশিবসু নঙগীদমক তপ্না-তপ্না কাউনবা হোৎনরগে। ঐগী বাখল, পুক্নিং পুন্নমক তাবীমোলগী নফমদা কৎচরগে? ঙাথেলানা কাসিদা থারিবা ফমুংসে ঐখোয় অনীগীনি হায়রম্মী।"

বীমোল ঙাইহাক্তং বা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা তুমিন্না চাক্কু তপ্না-তপ্না চারি।

"থাজ, নঙগী বারেপ্তু থুমল্লি। ঐ য়াবা ইত্তিক-ইপা চাদ্রি। ঐদি ঐগী পৈশাগী বাফমদো অদুখক্তা নখোয়গী পাবুংদা নঙনা চিঠি অমা ইরগা পীখ্রগা পৈশাদুবু শিংদোকপীরগদি নঙবু অশোয়-অঙাম অমত্তা য়াওহন্দনা, নতু নাম্মফাওবা তৎহন্দনা নখোয়গী ইমা-পাবুংগী মফমদা শিন্নগে খঞ্জবনি। মসিমক্তং নঙনা য়াবীয়ু!"

"অদুদি তাবীমোলনা ঐবু তশেংনা মমল করিমত্তা লৈতনা খনবীবগী বানিনে? করিগুম্বা তাবীমোলনা ঐগী ইমা-পাবুংদা ঐবু শিন্নরম্বা মিকুপ্তুদা নত্রগা নোংঙানবগা খবরদা তাবীমোলনা ঐবু নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ তেমশিঙনবীখ্রে হায়না ফোঙলক্রবদি তাবীমোল মী ফত্তবগী মখুত্তা তাদনীংঙাই লৈরোই। অরেম্বদা তাবীমোলগী পুন্সি লোইগনিকো!"

"থাজ! হায়রিসিবু নঙবু মদুমক ঐগী ইফমদা তৌবা ঙমগদ্রা?"

"তাবীমোলনা নচলবু করিসু ওইদনা খনবীবা ঙম্বীরগদি ঐসু ঐগী পুন্সি কঞ্জনবা উপাই-থিজরকপা মশানা তাবনি।"

"অদুদি নঙবু ঐগী লায়র-খাংপোক্তুদা ঐগী মরাইবক থীরবী-ইমাগী মমৌ ওইদুনা য়াম্না চম্বা পুন্সি অমদা লেনবা ঙম্নগদ্রনে?"

"অদু ওইরবসু লাইবক্তা তম্নম্লবদি কমদৌনি ঙম্বা তাবনি। ঐগী অফবা অমদি ফত্তবা লাইবক অনীমক ওইহনবদা হৌজিক্তি তাবীমোলনা মমায় চুম্বীবা তারবনি।"

"অদু, নঙদি ইনাক খুনবা ইমুংগী তাঙনা পোকচবী মমোম্নিনা নুপা ময়ুমদা চাক-ঈশিং থোং-থাকপা, কোম্লিক বাইরম শেংবা ময়ামদু ইমা-পাবুংনা তৌহন্নীংদবদগী নুপাদু য়াওং ইলহন্নীংবগী ফিভম লাক্রবদি ঐদি ঙম্লোইকো।"

"করিনো তাবীমোল! ঐসে য়াম্না হৌন-লোনচৎ খঙদবী নুপী ওইনা উবীরব্রা? ঐনা চাক-এঙ্গাং থোংবা হাউই হায়দুনা ঐখোয় পাবুংনা ঐবু তোয়না চাক থোংহল্লিবনি। নঙনা ঙসি চারিবা ইরোনবদু ঐনা লোনবনি চাবা য়াবীদব্রা?"

"অস! হায়গুম্মদনা ইরোনবসিদি চারগা খঙগনি, ওহ্রোক্লা হাওইবো।

অদু, ঐগীসু বা অমদি হায়গে, করিগুম্বা নঙনা ঐবু অদু য়ৌনা থাজবীরগদি ঐসু নঙগীদমক লেপ্লা তাবনি। কৈদৌবগী ইনাকখুনবা ইমুংগী, অচৌ অশাংগী তাংনা পোকচবী মশক-মতৌসু ফজবী থাজমানবীবু ঐনা পাম্লোইদগে? ঐসু নখোয়গীদা মাম্মা পাইখোম্বগা অহানবা পৈশা থিনবা লাকখিবা নুমিত্তা নঙবু হেক উবদা বাখল অমদি খনখিবনি।"

"করি বাখল খল্লিবা?"

"হায়দোকপা ইকায়জেদা! অদু ঐদি হৌজিকমক্তীদি মতিক চাদ্রি। ঐ মতিক চাবা মীশক অমদি ওইনীংই। ঐনা মতিক চাবা মী অমা ওইদ্রিফাওবদি ঐখোয় অনী

ঙাইনসি। ৱাশক্লসি, মীথয়েং অনী শুনরোইসি। মতমদু ফাওবদগদি ঐখোয় অনীমক অখাঙ কন্না ঙাইমিন্নসি। নঙসু পোমশাৎনবদগী হেন্না নৈকা ফন্না শাৎকায়রমখিনু! ঐসু থম্মোই কিশি চেৎনা কিরগা নঙগী শক্তম্মু থম্মোইনুংদা লাৎলগা পান্দম ফংনবা হোৎনখিগে?"

"তাবীমোল! নঙ তশেংনা ঐবুদি নুংশিব্রা?"

"নুংশিদদি কৈনোনে? নঙনা ঐগী অশোকপা খুৎশিদা হিদাক হাপ্লগা ফিনা পুল্লিঙেদা ঐগী খুদাং মথক্তা তারকখিবা নঙগী পিগী মমলদো ঐসু করন্না শিংসিগে খল্লিবনি। ঐ মদু পুল্লিগী কাউররোই। মতমদুদা ঐগী থম্মোই মনুংদসু নঙবু নুংশিবগী পিবাং শিন্থখিবদু নঙনদি উরম্লরোই।"

"হায়বীয়ু অদুদি ঐগী গাড়ীনা থেংবদা তাবীমোলনা শাউখিবা, ঐখোয়গী য়ুম তানা লাক্লগা পৈশা থৌরখিবা, মদুদা ঐনা শাউমনখিবদগী তাবীমোলগী শম পায়রগা নীকখিবদো ঙাকপীররোইদ্রা?"

পিরাংদি মখোয় অনীমক ঈহৌরকই।

"এ! অদুবুদি ঐনসু শাউবদগী নঙবু নখোয়গী নয়ুমদা ইমাগী মমাঙমত্তদা খুপাক্লা থাখিবদুদি?"

"মদুগী খুপাক্কী চৈনাদুদগীনি, ঐনা তাবীমোলবু কাউবা ঙমদ্রিবসি! নুংশিবগী শৈহৌসু মদুগী মতুং ইন্নকপা শোয়দনা ওইগনি। ঐদি খঙদবনিনা গাড়ী নুংশিৎ থাদোকপদু তাবীমোলননি খনবদগী ওন্ন-তৈননা অচৌবা দন্দি অমসু পীহনব্রবনি। অদু, অহীংসিমদি তাবীমোলগী নাক্তা তাবীমোলবু শঙলগা ঐগী হৌখিবা মতমদা লঙজখিবা ইরালদুগী দন্দিদো কোকপীনবা তাবীমোলগী সেবা তৌজগে? মদুমত্তংদি যাবীয়ুবা?"

"মদুদি ঙসাইনা ঐনা মফমসি য়ৌরকপগা নঙোন্দা উৎতুনা য়েংহনব্রেনা?"

"উরব্বদুদনি ঐনা সেবা তৌজগে হায়জরিবসি। উরমদ্রবদি অসিগুম্বা থম্মোই নুংঙোলহনবা গুম্বা ৱাখলসে ফাওরক্লমদবসু য়াই। হায়বীখিবদাই, ঐবুসু তাবীমোলগী অশোকপদু য়েংহন্নবা মফমসিদা পুবীরকখিবনি। ঐসু মীনি, তাবীমোল! থম্মোই অমদি পাল্লিবনি। ঐগী ইফমদসু ঈশ্বরনা মীনুংশিগী থম্মোইসু পীবীরম্মী। ঐ তাবীমোলগী সেবা তৌজগে? ঐগী পূক্লিং ৱাখল তাবীমোলনা জয় তৌবীখ্রে। ঐ খুলসিবুসু নুংশিরক্লে। য়ুমদগী তান্না লৈবসিদা পূক্লিংদা য়ুমগী নুংশিবা, ইমা-পাবুংগী ৱাখল লোইনা

কাউরে। তাবীমোলনা ইনাক্তা লৈরবদি ঐগী অবাবা, অবাংপা অমত্তা লৈতবগুম তৌরে।"

বীমোল চাক্তু গুসাই চাবা হৌরকপদা থাজনা থম্মোইশেংনা হায়জখিবদু নীংশিংলক্রে। চাবা লোইরমদাইদা চাংয়েং ওইনা চাক-এঙ্খাং খরা পুখমদা লেমহল্লে। তাঞ্জা খঙনা থাজ ফমুংদগী কুমথরগা বীমোলনা চারম্বা পুখম তেক্কোত্তু "অদুম থম্বীরম্মো" হায়জরকই।

ঙাথেলাসু মখোয় অনীগী বারী লোইখিবদুদা মপান্দগী চংলক্রে। মখোয় অনী অমুক মখোয় অনীগী চাক্রুক্তু থাঙ্গৎলগা থাজনা ঙাথেলাগী পুখমদগী চাক খরা বীমোলনা চারম্বা পুখমদুদা থাইরগা চাবা হৌরে।

মখোয় অনীনা চাক-চারিঙৈদা বীমোল শঙ মচাদুদগী মপান থোরকই। লৈচিল মরক্তা লিৎ-লিক্তুনা উমং-বামং ফাওদুনা চৎলিবা পুর্নিমা মতুং মরিনি কোনবগী থাজদু পুক্লিং পেন্না য়েংই।

বীমোলনা খল্লি, "থাজগী থম্মোইদা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা মাবু নুংশিবীরে।" বীমোলগী পুক্লিংদসু নুংশি-নুংঙোলগী অনৌবা বাখল অমদি থুংলবগুম তৌরে। চীংয়াদা অহীংদা খোংবা কৌজেং-হারৌগী মখোলনা নাকোং বাই চিলহল্লি। শাবী-শানৌ কয়া-কয়াসু মফম-মফমদা অচিকপদা ফমদুনা নুংশি বারী শান্নরমগনি, কয়া অমনা চিপ্লোক্লরমগনি।

ঙাথেলাগা থাজগা বারী শানা-শানা চাক-চাবা লোইরে। মখুৎ-মশা হাম্বা লোইরগা ঙাথেলানা কোল ময়ামদু ফেংনবা পুম্রে। অহীংদু ফন থেংলম্লগনি। মী অয়াম্বসু তুম্নম্রে। থাজনা ঙাথেলাদা খরা হৌনা হায়রকই – "ঙাথেলা! ঈশিং অশাবা লৈগদ্রা?"

"লৈগনি।"

"ঈশিং অশাবা লৈরগদি খুদেং অমগা অমুক্তা পীবীয়ু!"

ঙাথেলানা কোল-লিক থম্লুরগা ঈশিং অশাবগা খুদেংগা পুরক্লুনা পীররে। ঙাথেলাদি য়ুম অচৌবগী চাকশঙদা কোল-লিক ফেংবা চংখ্রে। থাজনা বীমোলবু কা মচাদুদা কৌশিল্লগা মানা লিথলিবা ফুরিত্তু লৌথোক্লবা হায়।

বীমোলদু ইকায়রমাম্লে য়াদ্রে। অদুবু থাজনা, – "ঐ লৌথোকপীরগে" হায়রকপদুদা য়াররোই খঙলমাম্লে, ফুরিত্তু লৌথোক্লে।

মোরাদা ফমহল্লগা থাজনা ঙসাই বীমোলনা লৈরকপা তাবেলদু ঈশিং অশাবদা লুপ্পগা বীমোলগী নঙ্গনগী লীচৈনা ফুখিবগী অশোকপদু হিগা য়েবীরি। হিগা য়েনা-য়েনা অদুক কল্লম্বা থাজগী নুপী ওইবীগী থম্মোইদু অশেংবা নুংশিগী ময়াই অমনা খঙহৌদনা পেখরক্লি। মপি মতুম-মতুম শিল্লজরি। বীমোলসু থাজগী মেঙনা থোৎলবা খুত্তুনা মশা পায়রগা সেবা তৌবদুদা ওহ্লোক্লা নুংঙাইনা হিগা য়েবগী মহাও লৌজরি। থাজদা ফাওরিবা ৱাখলসি বীমোলনা ঙসাই মাবু ফাদুনা খুলদা য়ৌরকপা মতমদা নমজা-নমথেক্লদুনা অকল-অরং শীংনরম্লবদি কৈদৌঙেদসু নুংঙাইরবা মিকুপসি লাক্লমগনি হায়বা থাজদে। হৌজিক্তি থাজগী হকচাংগী কয়াৎ পূম্নমক বীমোলগী ওইখ্রবগুম মহাক বীমোলগী মনাক্তগী লাপথোক্লীংদ্রে। অতৈ নুপা অমগী ৱাখল মাগী কোক্তা চংউ হায়বা য়াগদবসু মাদ্রে।

হিগা যেবা লোইরগা বীমোলগী মখোঙদু অমুক ঈশিংদা থমহল্লে। থাজনা বীমোলগী মখোঙ পায়গে তৌবদা বীমোলনা য়াদে।

"তাবীমোল। নঙনা ঐবু হৌজিক ফাওবা চিংনরিব্রা?"

"অদুই বা নত্তেদা।"

"অদু ওইববদি ঐনা তৌজবসিদা অথিংবা পীবীরনু।"

বীমোল য়াদবা ঙমখিদ্রে।

ফদিদু শেংনা শুমদোক্লগা তৈথোকহল্লে। সিমঙাইরে, নুংশিনবগী সেবা হায়ববু। মসিদগী করি অহেনবা অমমুক লৈরিবগে? মসিদা মখোয় অনী অমনা অমবু থাজনদবা যাখিগদ্রা?

খোঙ হাম্বা লোইবগা খুদেংদু পায়রগা থাজ ঈশিং হৈদোকপা থোরকই। পারপ্পা পাইরিবা চীংগী লৈচিলগী মরক্তা থোরক্লিবা থাজগী নীংথিজবদু করিদবু থারসিগে?

থাজগী ৱাখলদা বীমোলবু কৌথোক্লগা মপান্দা ফম্লগা ইচিক-হুনবা অহীংসিদা নুংশি ৱারী শাজনীংলি।

ঙাথেলানা মদুগী ৱাখলদু থোইনা খল্লুদবনা থাজগী মনাক্তা চংলক্লগা, "ইনম্মা! তুম্লুবসি" হাযবকপদুদা পাম্মু-পাম্মু বীমোলগী কাঙখল থাবীরম্লগা থাজদু ঙাথেলাগা লোইননা ইমুং অচৌবদা তুম্বা চংখ্রে।

চীংগী য়ুমসিদা কদোমদগীনো খঙদনা থৌদোক অমনা পুল্লিদা মঙগুম্লা লাক্লুনা চীংগী চাক চাবে, চীংগী ফিজেৎ শেৎলে, চীংগী ফম্মুংদা তুম্বা চংখ্রে থাজদো। বীমোলগী

লৌথুপ লৌকোই লৈজদবা মতৌসিদা থাজগী পূক্লিংদা বীমোলবু মাগী পুক্নিগী লোইনব্না মপুরোইবা ওইরগদবা, থুনমক মখোয় অনী য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙ থাংজিন্নগদবগুম খল্লরুই। ফমুংদা ঙাথেলাগা পুন্না তুম্বদি চংখ্রে। অদুবু তুম্বদি পাক য়াদ্রে থাজদো!

থাজনা খল্লকই, –"তাবীমোলদুবু য়ুমদোমপোক মচাদুদা মতোমতা তুমহৌবদুবু কিরল্লোইদ্রা? মাবু মঙলান্নদুনা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি কমদৌনি, মহাক হৌজিক তুম্বা য়াদনা ৱাখল খন্দুনা লৈরমগাদ্রা? ঐনা করিগুম্বা পাবুংগী মফমদা তাবীমোলগী থবক হাপ্লীগনি হায়না লৌখিবা লুপা লাক্ষ অনীদো মখোয়গী মমাদা য়াম্না থুনা পীথোকপীখ্রো, মদু নংত্রবদি ঐবু থাদোক্লোই হায়রি হায়না চিঠি অমা ইরগা থাখিবদা পাবুংনা পৈশাদু শোয়দনা পীরগনি; অদু ওইরবদি ঐবু তাবীমোলনা থাদোক্লগনি। অদুগী তুংদা করিগুম্বা ঐখোয়গী পাবুংনো মাগী মরুপ এস পি পাবুং গুলাপতা অমুক হন্না তাবীমোলবু ফারগা ফু হায়খ্রবদি মাবু পুলিসনা অমুক হন্না ফুবীদৌরি। অদুদা ইমা-পাবুংনদি শোয়দনা পেনগনি। অদুগা ঐদি থাঙবা ঙম্নোই, কপকনি। করিগুম্বা ঐনা ঐ ইশানা য়ানা মঙোন্দা লৈরগে খনবদগী ঐখোয় অনী চেনবনি হায়রুবদসু মখোয়নদি থাজরোই। মখোয়না য়াম্না থাজরোইদবা মরম অমসু লৈরি। মদুদি ঐগা নোরেনগা হান্নদগী মরী লৈনৈ হায়বসু ইমাদি খঙই। ইমানা মদুগী ৱাদু পাবুংদা তল্লমদুনা পাবুং খঙলম্বসু য়াই। ইমা-পাবুংনসু নোরেনবুদি ইনাক-কৈরাক খুনবা, অচৌ-অশাংগী মচা ওইবনিনা য়ানীংফমসু থোকই। অদুবু ঐগী ইফমদদি হৌজিক্কী ওইনদি তাবীমোলনা পূন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না নুংশিরকপগুম মাগী ৱাহে খুদিংগী মমল কারকপগুম মাবুদা উনীংবগুম তৌরক্লি। মসিনা কদোমদগী লাকপা অনৌবা ৱাখলনো? ঐ ইতোমতা ভাব তাজবা ঙমদে। ঐনা মাবু হঙ্গোইনা তুক্কৎচনা খল্লুরগা, মশম ফাওবা পায়দুনা নীক্লুরগা, অদুক থিনসু চৈরন্দরগা হৌজিক্না মাবু মিকুপ অমত্তং উরক্তবদা মাবু নীংশিংলক্লি। মসিবু করিগীনো?

অমরোমদা, নোরেন্নসু তাবীমোলবুদি শোয়দনা হাৎনীংগনি। তাবীমোলগী য়েরুবসি য়ামদৌরিদা! অদুবু মানা ঐবু ফারগা পুরক্লিবসিদা মাগী মরালবু লৈগদ্রা? ঐনা খনবদা মাগী মরালদি থোইনা লৈতব্রা খল্লি। মানা মাগী থবক্কী পীখিবা লুপা লাক্ষ অনীদুনা মরম ওইরগা মাগী ইমুং য়াম্না ৱারে হায়বদুসু চুম্মী। মানা মীগীদা চেক গুদুনা য়ুম শাবা য়াওদুনা পৈশা খর-খরা তাল্লগা হিংজরিবদুদা ঐখোয়গী ইমুংনদি করিসু খনবীরুদে। ঐনদি নুংতিগী সস্ত্রো কার অহনবা অমা থৌরগা চৎপদু মাদি তংশেনা নুংঙাইরুদ্রবোইরে।

ঐগী কান্নরা মাবু থেংবীরগা ঐনা অচুম্বা শাদুনা মাবু কয়াদা নুংশি হৈতনা মশম পায়রগা নীক্লুবা; ঐসিসু য়াম্না তৌঙম্বী নুপী হায়বীদু মাগী মফমদদি ওইরুরবনি। মদুদা মানা ঐগী মায়দা খুপাক্লা থাখিবা মতমদা হায়রম্বদু –"ঐবু মানা ফারগা লৌবা ঙম্মী খঙব্রা" হায়বনি। ঐ কপ্লগা করিসু তৌবা ঙমদনা লৈহৌখি। অদুবু তাবীমোলসে নুপা অমগী মরিলদি চপ-চানা লৈবা মীনিকো। মানা তৌগে খনবা থবক্তা মতোমতা মপাং কনা য়াওদনা ঐবু লাপ্লবা মফমসি তানা পুরক্কুনা ঐগী ৱাখলদা অহোংবা অমা পুরক্লিবসি মাগী নুপা ওইবগী থৌনা অমদি ফজবা পুকচেলদুননি। হৌজিক মানা থেংনগদৌরিবসি চাউরবা সমাজ অমগনি। করিগুম্বা ঐনা তাবীমোলনা ঐবু য়াম্না টোর্চর তৌই, নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু তেমশীংনখি হায়রবদি মাদি পুলিসনা নৎত্রবসু নহারোলগী মখুত্তা শিবসু য়ারিবনি। অসুক লুবা থবকসিবু মানা করিগীদমক খঙ্গহৌদনা তৌরুরিবনো? অমরোমদা, মানা ইতিং-তিংনা পৈশাদুবু হন্দোক্লবদি ঐবু ইমা-পাবুংদা শিন্নগনি হায়রি। মসিবু ইরায় লায়বা ৱাফম ওইয়ু হায়বা য়াগদ্রনে? থাজদে! ঐগা মাগা পুন্না লৈমিন্নরিমখৈদি মাগীসু খরা শাফগনি। ঐখোয় অনী হেক লাপথোক্লখিবদা চাউরবা দষা অমদি শোয়দনা লাকদৌরি। করিগুম্বা ঐনা অহীংসিদা মাগী মনাক্তা ফমদুনা কুপ্পা ৱাফমসি তাথোক-তাশিন তৌদুনা ৱারী শানহৌরগদি অশোয়বসি খরদি খন্নহৌবা য়াগনি। ঐনা মাগীদমক ৱাজরিবা কয়াসিবু মানদি করম্নবু খল্লিগবা? ঐবু হৌজিকপু মাগী মনাক্তা অমুক্তং চৎলগা তান্নহৌবনা চুন্নোইদ্রা?"

ৱাখলসিনা হেঞ্জিল্লকপদগী থাজমানবী তৃম্বা য়াদ্রে।

ঙাথেলাবু হৌদোক্লগা হায়রকই, –"ঙাথেলা! য়েংউ, ঐগী পুক্লিংদা য়াম্না চিংনবা অমা পোক্লক্লে। ঐখোয় অনী তাবীমোলগী মনাক্তা অমুক্তা চৎলুসি! ঐ ইতোমতা চৎপদি কিজে। নঙনা ঐবু মাগী মনাক্তা থিল্লন্নগা নঙ অমুক হনখো। ঐ মাগী মনাক্তা অরুবা ৱারী অমখক্তা শানহৌগে?"

ঙাথেলা, –"খঙলে, ঐদি ঙসাইনা নখোয় অনী পুন্না কাদুদা লৈমিন্নৌ হায়বদা নঙনা য়াদবদুদা তৌবনি। ফরে, অদু চৎলসি, ঐ থিনবীগে?"

মখোয় অনী অহীংদুদা বীমোলনা তৃমহৌবা য়ুম মচাদু তানা লাকই। মপান্দগী ঙাথেলানা বীমোলবু হৌদোকই।

বীমোলসু তুমদনা ৱাখল খন্দুনা লৈবনা ঙাথেলানা কৌবদু তাদুনা থোঙদু হাংদোরকই, "করিতৌরে ইচল?"

থাজ, – "অহীংসিদা পীক্লবা য়ুমদোমপোক মচাসিদা তাবীমোল নতোমদা তুমহৌবদো ঐদি করি থোক্লিদগে খনবদা তুম্বা য়াদ্রে। ঙসিদি মীৎশেল খাঙদুনা তাবীমোলবু শঙজগে?"

ঙাথেলাদু মাগী ইমুং অচৌবদা অমুক হনখ্রে।

বীমোলগা থাজগা চীক্লবা অহীংগী মতমসিদা চাউরবা শোমদল খুনগী মতাই ওইরপ তারিবা মাশুন-ষ্টোনগী তুম্নবা য়ুম মচাসিগী কা মনুংদা ফমুংদা পুন্না ফম্নগা ৱারী শারি।

ঙসাইদগী মতোমদা খঞ্জরম্বা ৱাখল পরিংদু বীমোলদা অমমমতা ওইনা তম্নগা বা খন্নরকই।

বীমোল, – "য়েংঙউ থাজ! ঐনা নঙবু চীংগী তাম্নবা খুলসিদা পুরক্লগা ফাদুনা থম্বীরি। মসিনা নঙগা হান্না লোয়নরম্বা নুপাদুগী মফমদদি ঐসি খ্বাইদগী ফত্তবা শাহিং-চাবা শাগুম খল্লমগনি। মাসু ঐখোয় অনীগী পাউসি তাবদা তুম্বা য়াদনা থম্মোই কায়না নঙগী ৱাখল খল্লগা অহীংদু লেল্লমগনি। মানা ঐবু হাৎনবা ফাওবা হোৎনরকপা য়াবগী অকিবা লৈতবা নত্তে।

অদু, নঙনা মহাক্কুগী মফমদা ভাব তানা, শুগায়না অশেংবা পাউ তমদুনা মাগী অশাওবা ফাজিনবা তাই।"

"তাবীমোল! মদু ওইবা য়ারোইদবা ৱানি।" "ঐখোয় অনীবু করি অরানবা তৌগ্রবগে?"

"তৌদে!"

"তৌদবা অদুনা য়ারোইদৌরিবনি। হৌজিক তাবীমোলনা ঐবু তাবীমোলগী লোইনবী ওইনা লৌশিনবীবা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা লম্বী লৈরোই। ঐবু তাবীমোলগী লোইনবী ওইবদা ঐ করিসু য়ানীংদবা লৈজদ্রে। ঐগী হান্নগী কোয়নরম্বা, চান্নরম্বা মহাক অদুসু কাউনবা হোৎনরগে?"

"নঙগী অদুক থুবা ৱারেপ্তুদা ঐনা করম্না থাজগদৌরিবনো?'

"অদুদি করিগী ঐবু মফমসিদা ফাদুনা পুবীরক্লিবনো?" কপঙাং তৌরকই।

"মদুদি ঐগী পৈশা খরদু হন্দোকহন্নবগীদমক তৌখিবনি।"

"ঐগী পুন্সিবু, লৈশাবী অমগী চমজরবী পুন্সিবু করিসু লৈতবা পৈশা খরগা মন্তিক্লদুনা কিদনেপ তৌবীবা হৌনব্রা? হায়বীয়ু, তশেংনা তাবীমোলগী থম্মোইদা ঐবু নুংশিবগী মফম মচেৎ অমত্তা য়াওবীদব্রা? ঐনা অহীংসিদা তাবীমোলগী ননাক্তা লাক্লিংলিবসি করিগীনো? পাউখুমসে চুম্না পীবীব্রবদি ঐ অহীংসিদা মী, লাই, শা-কৈ অমত্তা কিদনা জঙ্গলসিদা শিননবা থৌরাং তৌব্রগে?" অসি হায়না থাজমানবী পুক্লিং নুংশিনা কপথোরক্লে।

মাগী অশেংবা থম্মোইগী পাউদম তাবদা অমদি করিগীদমক ঙাথেলাগা পুন্না তুমিন্নরুরবা থাজনা অথেঙবা অহীংসিদা মাগী মনাক য়ৌনা চংলক্তুনা লৈমিন্নবা পান্নক্লিবনো হায়বগী মরম বীমোলসু ভাব তারে।

"থাজ! ঐনা নঙবু করিগী নুংশিরোইদৌরিবনো? তাইবংপানসিদা হিংলিবা জিব পুম্বা নুপা-নুপী হায়না লোইনা খায়রিবনি। ইনখৎলকপা মতমদা ঈথক-ঈপোম হৌরোইদবা করম্বা জিব লৈরমদগে? অদুবু মীওইবা ঐখোয়দি অতৈ জিবগুম বাখল খনবা ঙমদবা জিবদি নত্তে। করিগুম্বা মতাং-মতম খরা ঙাক্লা চৎপা তাবনা অনীংবা অপাম্বদো হেক্তা ফোংদোকপসু য়াদে। ঐসু ঙসিদি অকনবা অশাউবা অমগী তুংসিদা নঙগী নবাহে তারগা ঐগী নুংশিবা নঙগী নফমদা লোইনা পীনীংলবসু মতাং-মতম চাদ্রিবনা ঐখোয় অনী পল অমদি খাখিসি! শম্বল অমদি তঙাই ফদনা খাখিসি! মসি পূক্লিংগী, অপাম্বগী শম্বল ওইগদবনি। করিগুম্বা ইবান্নিগী লাইবক্লা তম্নকপা নহানমুক্কী মপোক্কী বর লৈবা মীশক অনী ওইরমদুনা থুংনজৌ হায়না তম্নম্নগবুদি হৈরাং-হৈমুন ফারগা, থবক অমা তৌরগা, নঙসু নঙগী নহে তম্বা মপূং ফারগা থবক অমা তৌরগা ঐখোয় অনী মীগী মীখা পোন্দনা মীয়াম মমাঙদা লুহোংবা পাঙথোক্লগা য়ুম্বাল লম্বীদা চংমিন্নসি! ঐ হাথু-হাথুবদি পামদে। ঐখোয় অনীগী অপূনবা অশোয়বা মচা অমখক্লা নঙবু তুংদা কোক ঙাওহল্লকপা, ইকাই-ফিরুক খুমহল্লকপা, তম্বা ঙমদবা থবক ঐ তশেংনা পামদে। মালেমদা মমিং লৈরিবা বাপুজিনা নুপী-নুপা পুন্না য়ুম্বানমিন্নবগী পুন্সিদা লৈনা-লৈনা ব্রহ্মচারি ওইখিবদু য়াম্না কল্লকই। ঐখোয় অনী অহীং অমখক চীংগী নুংশিরবা ইমুং অমদা লোত্তুনা লৈমিন্নবদা পান্দম অমগী ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা চংশিল্লগা নঙবু ঐনা মীহৌবদগী অচৌবা অশোয়বা অমা ওইহনবদি ঐ পামদে। মদুনা তুংদা অচৌবা য়াম্না ফজদবা প্রমান অমা শোয়দনা ওইহৌগনি। মদু ঐখোয় অনীগী মফমদদি থোকহল্লোইসি হায়বনি থাজ!"

বীমোলগী বাহৈ খরদুনা থাজমানবীগী বাখল পুম্নমক তুংলোমদা হন্দোকহনবীগ্রে। থাজ, বীমোলগী মনাক্তা ফম্বদু ফাওবা ইকাইজবগুম তৌরক্রে। ফমুংদগী কুমথরগা থোঙ হাংলগা অমম্বদুদা থোকখিগে তৌই।

বীমোলনা, –"অমম্বসিদা কদাইদা অমুক থোকে তৌরিবনো? লাকও! ঙসিগীদি চন্ন-চন্নবা ঙাইহাক্তং লেনমিন্নরসি!"

থাজদু বীমোলনা হায়বা ইন্দুনা বীমোলগী খুয়াদা তাশিল্লগা য়াম্না পীক্লা অঙাং মচাগুম তুম্বা থেমখি।□

# অহুমশুবা

অয়ুক্তা য়েরকপা গীর্জাগী কাংশি মখোলদু তাবদা ওহোক্না নুংশি। কাংশি মখোলদুদা নোংঙাল্লে হায়বা খঙদুনা থাজ হৌগথলে। বীমোলনা ইয়ু হায়বা চিঠিদু ইরগা টেবলদা থুম্লগা থম্লে।

মশম-মনা নীংথিনা হাংতোক্লগা, মচিন-ময়া শেংদোক্লুরে। ঙাথেলাসু ঙন্তা হৌরগা চা লোল্লগা মখোয় অনীনা লৈবা শঙ মচাদু তানা চা পুরগা লাকই।

ঙরাং বীমোলনা লৈরকপা বীসকুট পেকেৎতু অমা হাংদোক্লগা মখোয় অহম চামিন্নৈ।

চা থকপা লোইরগা বীমোলনা হায়রকই, – "ঐখোয় অনীবু পুলিসতা মথং-মথং পাউ পীদুনা ইম্ফাল অমদি ইম্ফালগী অকোয়বদা থিনরমগনি। করিগুম্বা মখোয়না থিবদা ইরাং-ইঙ্গিৎ ফংদুনা মফমসি য়ৌরক্লবদি ঐখোয় অনীবু ফাখিবসু য়াই। মরম অদুনা থাজ নঙ ঐনা হায়বা চিঠিদু অমুক্তা ইবীয়ু!"

"সিদা লৈরে, বারোলদু য়ারগদ্রা য়েংবীয়ু!"

বীমোল, থাজনা ইবা বারোলদু পারে। "সি ওইরদি য়ারনিদা। ঙসি ঐগী ইতাও মাশুন ষ্টোন পাউ পুরগা লাক্কনি। মা লাকপগা নঙগী চিঠিসি নখোয়গী পাবুংগী খুত্তা য়ৌনবা থাখিগে? করিগুম্বা নখোয়গী পাবুংনা পৈশাদু হন্দোকপ্রে, ঐখোয়গী ইমানা পৈশা ফঙলে খঙবগা নঙবু ঐনা পুরগা নখোয়গী য়ুম তানা থিনগনি। অদু, ঐখোয় অনী ঈশিং খোঙদা চত্থুনা চীংয়া-তময়া য়েংবা ওইনা ঈরু-মায়থজরুনবা তৌশি! ঙাথেলাবু ঈশিং খোঙগী লম্বী তাকহনসি!"

থাজসু বীমোলনা হায়রিবদুদা য়ানীংবগুম, ঈশিং খোঙ য়েংনীংবগী বাখল ফাওরকই। মশাদু ঙরাংদগী উফুল-বাইফুল থাংবগুম তৌরবনি। চীংগী হোংদোক্লবা ফিজোল অমনী পুরগা ঙাথেলানা শম অমদা সনাবুল অমা হাপ্পুনা বীমোলনা প্লাষ্টিক বালটিন অমগা তাবেলগা পায়রগা ঈশিং খোঙগী লম্বীদা লাকমিন্নৈ। ঈশিং খোঙ

কুমথবগী লম্বীদু খরা ঙম্বদুদা বীমোলনা থাজগী মখুত্তু পায়রগা শমদুনা পুবী। থাজগী ৱাখলদা বীমোলবু অতোপ্পা ওইনা খনখিদ্রে। হকচাংগা হকচাংগা অঙম্বা কুম্বদা থেংনবদু মাগী ওইনা খঞ্জরবনা করিসু হঙোইদবগুম তৌরে।

অসুম লাকপনা ঈশিংখোঙ মপান্দা থুংলে। বীমোল, মখোয় অনী ফি-রোল হোংজনবা হায়দুনা – "চীংয়াগী ফজবা ঙাইহাক য়েংলুগে, নখোয় অনী হান্না লুজরম্মো" অসি হায়রগা ঈশিংখোঙগী নাকন্দা লৌবুক লৈবা অদোমদা ঙাইহাক থোকখি। চীং অমদি তমগী লৈশা অনীদো চীংগী ফি ঙাক্তা শেৎলগা ঈরুজবদো উবদা চীংগী লৈশাবী ঙাক্তা ওইনা উরে। বীমোলনা লৌবুক লমহাং অদোমদা থোরকপদা লৌরী অমদা পাম্বী অমথক্তা পেত্রক্লে ফজবা অনীখক হিগোক মচুদা মশা অমদা পুন্না শাৎপা উরুরে। মদু হেক্লগা থাজগী নাপ্পদা চিনবীসিরা খল্লি। অমত্তা হেকপদি অতোপ্পা অমদু মতেমতা শাৎহৌগদবদু পাম্মুদুনা অনীমক হেক্লে। চিনবীগদবা লৈশাবীদি অমত্তনি। ঙাথেলাদদি করম্না লৈ চিনবীগে হায়রুগনি। লৈ অনীদু হেক্লগা ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লে; ৱাখল তৌনা তৌনা লৈশাবী অনী ঈরুজহৌবা মফমদুদা অমুক হল্লকই। মোংশোং মরক্তগী অহোবা অমদা মখোয় অনীনা ঈরুজরিবদো য়েংলুরে। থাজনা চীংগী তাম্বুল ফনেক অমা শেৎলগা ঙৌরবা কুচুদুদা মমায়দা শাপোন নোইদুনা লৈরিঙৌদা উবনি। ঙকশমদা সনাগী ফজরবা লীক অমসু শিরি। ফিদোল চিংখৎলগা চীংনুংদুদা ৱাখল নুংঙাইনা মোমোন নোক্লগা ঈরু লুজবদো উবদা বীমোলনা খল্লকই, – "অস! অসুক ফজবী থাজসিবু ঐগী ওইদনা থাদোকখিবা তারদ্রা? মানা ঙরাং অহীং ঐগী ইনাক্তা চংলক্লগা অপাম-নুংশিগী অরোইবা থাক্কী ৱাহে খরা হায়রম্বদুসু ঐ কাউদ্রি। অসুক থোং-নৌখ্রবী মাগুম্বী অমনা করম্না অদুক ৱাংবা নাপল কারম্লিবা! ঐনা মাগী অসুক নুংশিখ্রবী মায়থোঙসিদা খুপাক্লা অনীরকসু থাবীখ্রে। মা হৌজিক্তি ঐগী ৱাখলদা পুরা লৈবগুম তৌরে। মাবু থাদোকখিগদবসি পামদি পাম্মুখ্রেদা! ঙসি অহীংসিসু মাগা ঙরাংগীগুম্না লেনমিন্নরবদি মাগী নীংজবদু থুংহনবীরগেদা। থোক্ল-থোক্লবা হায়বদুনি।" লোম্না য়েংবদো পেল্লক্লমাল্লে। ফোংনা মমাঙদা চংশিল্লগা মানা করি খনবগে য়েংনীংলক্লে। বীমোল অমুক ফাওদোরক্লে।

"নখোয় অনীদি কুইনা লুজরেদা। লোইখ্রিব্রা?"

থাজদু বীমোল উবদা ইকাইগদ্রা হায়রগা নোকমি-নোকমি তৌরদুনা ঙৌরবা য়াদু য়াখোঙ উন নোক্লগা বীমোলদা ওনশিল্লগা ঈশিং বালটিন্দুনা থাঙৎলগা মশাদা চাইথরি।

ঙাথেলাদি মতুং ওহেক্রগা লেপ্পী। থাজগী ঈশিংনা চোৎলবা ঈথক-ঈপোম হৌরবা হকচাংদু উরগা বীমোল তপথবা ঙমদ্রে। ফিদোল চিংখৎলগা শেথলিবা ফিদুনা কুপ্পা বারবা চীংগী নাপী হৌদ্রবা নাপোম হাইথরকপা মান্নবা ঙৌরবা নুজাগী থরক্কী অকুৎপা মপাদা হাই-হমদুনা শান্নরিবা সনাগী মরীদুদি কয়াদা মরাইবক ফগ্রবনো? মদু উবদা বীমোলদি পূমঙাও ঙাওরে। "ও! নুপাদগী ইকাইদবসি নুপীশিংনা য়াম্না হেনবোইরে।" অদুবুদি মিস বান্ডদা শেথলিবা ড্রেশ, উথলিবা হকচাংগী ইকায়বা শরুক ভাবক মিলিয়ন কয়াগী মমাঙদনিকো। অদুবু বীমোলগী মীৎতদি ঙসিগী থাজগী ফজবসি ফাজিল্লগা থন্নিংবগুম তৌরকই।

তশেংনমকসু থাজদো মাগী থবায়-হকচাং পুন্নমক বীমোলদা কৎথোকপ্রবগুম খঞ্জরুরে। ঙরাং মাবু বীমোলনা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু য়াম্না বাংনা থাঙৎপীদুনা শম্বল অমা চেৎনা খারগা শাবী-শানৌ অনীনা ফমুং অমত্তদা তুমিন্নবা মতমদা বাজখিবা থবায়, খঞ্জখিবা বাখল, তনিক-তনিকখিবা থম্মোইদুবু নীংশিংলুরগা থাজগী বাথলদা বীমোলবু মিকুপ অমগী মতম ফাওবা থাদোক্লিংদ্রে।

মাদি বীমোলনা মাগী মমাঙদা ফন্নগা ঈরুজবদো য়েংহন্নীংবগী অপাম্ববু পোকপগুম তৌরে। মাবু বীমোলনা হেন্না মিতাজবদুনি মাগী অপাম্বদি।

ঈরুজবা লোইদুনা মফি অমুক হোংদোকশ্রে। বীমোলদু মতুং অমুক ওহেক্রগা ফম্মী।

থাজনা ঙাথেলাদা হায়রকই, —"ঙাথেলা! ঐ করিনো অমা তৌগে? বালটিন্দো ঈশিং থন্না অমুক্তা শোক্রকউ।"

ঙাথেলানা বালটিন্দু ঈশিং থন্না শোক্রগা থাজদা পী। থাজনা মতুং ওহেক্রগা ফন্নিবা বীমোলগী মথক্তা বালটিন্দগী ঈশিংদু হৈজিল্লুরে।

বীমোল, —"নঙসি ঙাওদি ঙাওবজাৎনি। য়াওশঙগা চপ হেক মান্নরে। নঙনা ঈশিং হৈজিল্লবনিনা ঙসিদি নঙনা ঐবু ঈরুজবীবা তারেদো।"

"লুজবীসু ঙাইদনা।" থাজদু ইরাং অমদা মখোলবু নীকলে।

মখাতানা, "নঙবু ঙাথেলাগী মমাঙদা ইকায়জরোইদ্রা?"

"ইচলগী মমাঙদবু কৈদৌবে ইকাইদোইবা?" ফাগী তৌন-তৌনা বীমোল ঈরুজবা লোইদুনা মফি হোংদোক্রে। লৈশাবী অনীদি তুম্নবা ফিশিংদু ফৌদোকপা লোইরগা মশম কংহল্লি।

অসোয়বদা ইম্ফালদা নোংঙানবগা মাশুন ষ্টোন মমাঙবা হংশিং হৌরগা গাড়ী মচা অমা তোংলগা বীমোলখোয়গী য়ুমদা লাকখিমে। ওরাং নুমিদাংবাইদগী সিভিল ড্রেশ শেংপা বায়ারসেট পায়বা পুলিস অনীথক-বীমোলখোয়গী থোঙ্গাল অদুবাইদা শেমদুনা লৈরি। মাশুন ষ্টোনা গাড়ী মচাদু থোঙ্গালদা থাম্লগা চংখ্রিভেদো পুলিস অনীদুনা উহৌরে। চিংনবা অমা য়াওনা চংশিল্লকই। থোঙ্গালদা লৈহৌরিবা হংশিংদা কদাইদগীনো হংই। হংশিংদি ইচম-চম্না নাগারামদগীনি হায়না খুম্মী।

করি থবকনো হায়না তখৎলকই। ঐদি খঙদে, ইমাম্বা অমা চংখ্রিবদুগী থবকনি হায়না খুম্মী। ভাইহাক ভাইরগা মাশুন ষ্টোন থোরক্লে। পুলিস অমনা ষ্টোন্দা হংই, – "শোমগী মিং করি কৌই।"

"মাশুন ষ্টোন কৌই।"

"কনা উনবা লাকপনো?"

"ঐ বীমোল উনবা লাকপনি।"

"বীমোল উনরব্রা?"

"উনদে।"

"হৌজিক মহাক কদাইদা লৈ?"

"খঙদে।"

"শেংনা হায়য়ু। নৎত্রবদি নঙ শিবা তারে।"

পুলিসতুনা মাশুন ষ্টোনগী মকোক্তা নোংমৈনা নম্মী।

মাশুন ষ্টোন্দু ফিভম লুশিল্লকপদুদা হৌজিক্কানগী হান্না হাৎতোক্লগা খুৎলায় অমা য়েপশিল্লগা লালহৌবনি হায়বগী চৎনবীদু মঙোন্দসু তৌরক্রবদি খল্লুরমাল্লে, অশেংবদু হায়দোরক্লে।

"বীমোল উখ্রুল দিষ্ট্রিক্টী শোমদল খুল য়ৌখ্রে।"

"কনা কনা লোইনখি?"

"বীমোলগা থাজমানবীগা মখোয় অনীখক্তনি।" বীমোলগী মরমদা পুলিসতুনা খুদক্তা বায়ারসেটতা এস পিদা পাউ পীখ্রে। মখোয় অনীকুনা ইম্ফাল ৱেষ্টকী পুলিস ষ্টেসন তানা লাকমিম্নরে। এস পি গুলাপ্পা থাজগী পাউসি বীরমঙ্গলদসু খঙহনখ্রে। মখোয়না খল্লম্বা বীমোলনা ফবা শোয়দনা ওইরমগনি হায়বদুসু চুম্লম্লে।

বীরমঙ্গলনা মশেন্নুপা থোইবগা বীমোলগী মাঙ্গা পাইখোম্বা অনীবুসু মনাক্তা খুদক্তা কৌরে। মখোয় পুন্না থমবদা পুলিস অনী অহমগা চৎলগা মখোয় অনীবু থেন্নগা খুদক্তা পুখোরকপা হায়না বারেপ লৌরে।

এস পি গুলাপকা তান্নবদা ইন্সপেক্তর অমা য়াওনা পুলিস মরি মফমদুদা থোইবা, পাইখোম্বা অমদি মাগুন ষ্টৌনগা লোইনরগা হৌজিকমক চৎপা হায়না য়ানরে। জিপসি অমা থৌরাং তৌরে। মখোয় তরেৎ উখ্রুল লম্বীদা গাড়ীদু ড্রাইভরনা খোঙজেল য়াংনা থৌরগা লাকই। মাগুন ষ্টৌনগা লোয়ননা লাক্লিবা কাঙবুদু শোমদল য়ৌরক্রে।

মখোয়না শোমদল খুল য়ৌবা মতমদা অয়ুকী পুং তরারোম তারে। সিভিল ড্রেশতা চৎপনিনা থোইনা চিংনরোই খনবদগী মখোয় পুন্না মাগুন ষ্টৌনখোয়গী য়ুমগী থোঙ্গাল য়ৌনা জিপসিদু থৌজিল্লকই।

পুলিস মরিদু খুৎলায় পায়রগা পোজিসন্দা লৈনৈ। মুন্না য়েংন্ত্রবদি খঙবা নত্তে। মখোয অনীখক্লা ইন্সপেক্তবদুদা সার, সার হায়বদু যোসেফনা তাই। মানা খনবদা মখোয় পুলিস খবা যাওবে, বীমোলবু ফারগা শোয়দনা ফুবীরগনি, অদুনদি বীমোলদা পাউসি তম্লুরগে?

শোমদা বীমোল, থাজ অমদি ভাথেলা মখোয়গী ফি ফৌবদু কংলবনিনা চৎনবা তৌরসি হায়দুনা ভাথেলানা মাঙ থারগা থাজনা ময়ায় থংলগা ঈশিংখোঙদগী অঙম্বা চীংদু কাবা হৌরকই। তুংদা বীমোলনা ভসাইগী পেক্টক্রেদু ফুরিংখাউদগী লৌথোক্লগা থাজগী মতুংদগী লান্নগা য়েৎথংবা মনাদুদা চিনবী।

থাজদু, "করিনো" হংলকই।

"লৈ অনীখক ফজনা শাৎলম্বদুদা নঙগী নাম্নদা চিনগে পুরকপনি নমায়দো অমুক্তা ওনশিল্লকউ, ফজব্রা য়েংগে?" থাজদু হাইফেৎ লৈথোরকই। লৈদু চিনবদা থাজদু ফনবু পকচবে।

থম্মোইদা খল্লি, "ও! তাবীমোলসে ফজবা লৈ উবদা ঐপ্রেন্দা পীনীংলবোইরে।"

মখোয়না অঙম্বা কাবা হৌরকপদা যোসেফ অঙম্বদগী কন্না চেম্বরকই।

য়াম্না পাখৎপা বাহৈদা, "ব্রদর! ইমফালদগী জিপসি অমদা মী মঙা-তরুক ঐখোয়গী দাদাসু য়াওনা লাকহৌরে। মখোয় পুলিসকী মী মাল্লি। সার, সার হায়বা বাহৈ শিজিন্নৈ, অদু করম তৌগদ্রা?"

থাজদু শককম পুরা হঞ্জিনখ্রে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা মোমোন নোকচরম্বী থাজগী মায়থোংদা লৈচিনগী মপেনা কুপশিনখিবগুম তৌখ্রে। মাগা বীমোলগা শোয়দনা থাইদোক্লরগনি খল্লকই। মানা খঞ্জরব্বদি ঙরাং অহীংদি মনীং থুংনা বীমোলগী মফমদগী মানা পামজবা থম্মোইগী পাউখুম ফংখিদবদু ঙসি অহীংদি শোয়দনা ফংলগনি হায়বসিনি।

অদুবু খুদকসিদা খঙহৌদনা কায়নবা তারবা?

বীমোল, –"থাজ! নঙ ঙাথেলাগা চৎমিন্নখ্রো। ঐদি ঐনা ফগদবা লম্বী অমা য়েংখ্রগে। ঐখোয় অনীগী লাইবক্লা তম্নম্বা থোক্রবদি অমুক উনখিসি।" কপ্পিংবা থম্মোই ফুকপা বাহৈনি। পুকমেন পাউমেননবা মতমসু লৈত্রবনি।" তাবীমোল! নঙ অদুম্না হায়গনু। নঙ ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিগনু। ঐ ইশানা য়ানা চেল্লকপনি খুমগে?"

"মদু য়ারোই থাজ! নঙ অশোয়-অঙাম য়াওদনা য়ুম য়ৌখ্রো। ঐখোয় অনী কায়নরসি। বাই"। বীমোল অশোঙবা জঙ্গলদা চংখ্রে। থাজগী মীৎলু অনীদা পীরাংনা শিন্থরকপনা বীমোলবু শেংনা উবা ঙম্লক্তরে। বীমোল চৎখিবা মায়কৈদা নীংঙমদনা য়েংদুনা লৈহৌরে। বীমোলবু মানা খুদাং পায়দুনা চৎখিগনু হায়না ফাবা ঙমহৌদ্রে।

বাখলনা মখোঙ থাংবা থোক্তরে। মা মফমদুদগী চৎনীংদ্রে। অদুবু ঙাথেলানা থেল্লগা তপ্পা-তপ্পা অঙম্বদু কাখৎলগা লাকই। লেপ্তুনা লাকপনিনা ঙাথেলাখোয়গী য়ুমদি য়ৌরে। থম্মোই মনুংদদি কায়নবগী মৈচাক্লা প্রোক-প্রোক চাক্রি। মহাক মখোল থোক্লা বীমোলবু কৌদুনা কপ্পিংলে। অদুবু ইকায়বা হায়বা পোৎশক অমখক্লা মাগী মমাঙদা থত্তুনা থমখিবনা কপ্পা ঙমজদ্রে।

থম্মোই নুংদা চাকপা মৈদৈ মৈরি থোক্রবনি।

থাজ, লাক্রিবা কাঙবুদুদা মাগী মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মা থোইবসু য়াওরি। অদুবু কৌ-লাকপা অমত্তা তৌক্রুদে।

থোইবনা খল্লি, –"করিনো থাজসিবু ঐবু উরগা কৌদ্রিবসিবু?"

থোইবনা হংই, –"ইবেম্মা! বীমোলদি কদাইদা লৈহৌরে?"

বাহংদুনা থাজবু কপহনবীরে। কপ্পা-কপ্পা কা মচাদুদা চংখ্রে।

থোইবা, মমৌগী মতুং ইন্নদুনা কাদুদা মাসু চংলকই।

"মাম্মা! তাবীমোল মফম খঙদনা জঙ্গলদা চেনশিনখ্রে।"

"ওহো! মাদি ঐখোয় লাকই হায়বদি করম্না খঙলিবা?"

"মাগীসু অরানবা থবক অমা তৌরুরবনিনা পাউ পীনবা মী শিন্দোক্কুনা থল্লমগনি।"

মখোয় অনী ইমুংদা বারী শারিঁডেদা মাশুন ষ্টোনগা মচন ঙাথেলাগা ময়ামগী চা-নুং লোন্দুনা হোৎনরি।

"অদু থাজ! মাম্মা নঙোন্দা বা অমা হংগে, শেংনা খুম্মু! করিমত্তা কেইরুগনু। নঙবু বীমোলনা য়াম্না ওৎ-নৈদুনা ফু-চৈবা লৈখিব্রা?"

বাহৈদুনা থাজমানবীবু অমক্তা হেল্লা থম্মোই শোকহনবীরে। মাগী মমীত্তা উরিবদি ঙাইহাক্কী মমাঙদা মানা ঈশিং খোঙদা লৈরিঁডেদা বীমোলগী মথক্তা ঈশিং বালটিন অথনবা অমনা হৈজিনখিবা, অমুকসু অঙম্বা কাবা হৌরকপদা পেত্রক্রে অমা মাগী য়েৎ থংবা মনাদা চিনবীরম্বা, চিনবীবা লোইরগা "নমায়দু অমুক্তা ওম্থোরকউ ফজব্রা য়েংগে" হায়খিবদুনি।

অদুবু অদুক নুংঙাইহজখিবা মিকুপ্তু মথংগী মিকুপ্তা পুরা তাইওল্লখি। মানা বাজরিবদি অদুগীদমক্তনি। অদুক বাবা পুংফম অমা মী অমগী পুক্লিদা অনীরক লাক্লেহি।

থাজনা পাউখুম পীরকই, –"মাম্মা! তাবীমোল মী অমত্তনা তম্বদা থাজবেহিদবা থম্মোই পাল্লি। মাবু লান্না লৌবীবদি লানগনি। ঐবু মানা কিদনেপ তৌরগা মফমসিদা পুরকখিবসি ঐগীদি লাইবক য়াম্না ফবা তানফমনি।"

"এ!" হায়রগা থোইবদু ঙকপগুম তৌই।

পুক্লিংদা খল্লকই, –"ঐগী ইচেগী মচানুপীসি ওম্থোক্লা থুনা মবুকচেল ওল্লম্লেদা! মাবু বীমোলনা য়াম্না হৈনা থেমখ্রবোইরে।"

থাজনা মখা অমুক তারকই, –"মাম্মা! মানা ঐবু ফাখিবদো মাগী ওইজবা, কান্নবা করিসু ফংনবা ওইরমদ্রে। ঐগী কা হেনবা ইতৌ, নাপলগী বাখল চুমথোক্লবা ওইরল্লে। ঐসু মসি হৌজিক্তদা খঙলকপনি। মানা ঐবু করিমত্তা ওৎ-নৈখিদে। অদুবু ঐনদি মাবু লোকঅপ্তা থমজিন্দুনা য়াম্না থীনা ওৎহনখ্রে।"

থোইবা, –"করিনো থাজ! নঙনা হায়রিবদো মাম্মা ভাব তাবা ঙমদ্রে।

"ঙম্লোই, মাম্মা! ঐসু অহানবদদি ভাব তাখিদে। অদুবু তাবীমোলগী থম্মোইগী অশেংবা বাহৈশিংদু তারুবা, অচুম্বা খরা উরুবদগী ঐ জ্ঞান তারকখিবনি।

"করম্মনো হায়য়ু, মাম্মসু তাগে?"

"ইকাইদে, ঐ ঐগী মাম্মদা তাবীমোলগী মরমচংকী মরমদা তমথোকপদা করিসু ইকাইফম থোক্তে।"

অসুন্না থাজনা ওয়াং মাবু শোমদল খুলদা থুংলবদগী হৌজিক ওইরিবা পুংফমদু ফাওবগী য়ারী মথং-মথং লীরকই।

থোইবসু মানা হান্না খল্লম্বা য়াফমশীংদু লোইনা ওম্ন-তৈনবগুম তৌরকপদুদা বীমোলবু নুংশিরকপগুম তৌরকই। অদুবু বীমোল থিবদি ফংলরোই।

থোইবনা থাজদা ওনশিল্লগা হায়রকই, – "অদু ওইরবদি হৌজিক নঙগী অপাম্বা করি লৈরি? হায়রো!"

"মাম্মা! তাবীমোলনা হায়জরম্বা য়াহৈদা মাবু পোকপী ইমাদো য়াম্না য়ারে, ঐখোয়গী পাবুংদা মাগী থবক্কী পীখিবা লুপা লাক্ক অনীদো মখোয়গী লৌ অমথক লৈজরম্বদু য়োল্লগা পীখিবনি হায়। থবক তৌবা ফংদ্রবনিনা লৌদু য়াম্না থুনা অমুক হন্দোকপা পাম্মী হায়রম্মী। শেন্দোই চাউনা কাবীদা পুরুবা লুপা লীশীং কুন অমসু য়াওখিবদগী শেন্দোই হুনবদা য়াম্না য়ারে হায়রম্মী। মনাও অমসু য়েন লোইরগা ক্লাস XII তন্নি হায়রম্মী। মাসু থবক ফংদ্রবনিনা কৈদৌরুগনো খনবদগী চেক শুবা ওইনা য়াওরবনি হায়। মণিপুরদা তাবীমোলগুম্বা বী এস সি মেথমেটিক্স ওনর্সতা ফার্স্ট ক্লাস ফংবা মীশক অমনা চুম্নগী হায়স্কুলগী ওঝা মচা অমা ওইবা ফংদবা হায়বসে মণিপুরগী ওইনা য়াম্না লাইবক থীবনি। লুপা লাক্ক অনীসু লৌবীরগা অসুন্না য়াহনবসি ঐ য়াম্না চুমদবা থৌওংনি হায়না খল্লে মাম্মা। ঐ নহানমখৈদি মসিগুম্বগী য়াখলসি নোংমতসু খল্লুদে। অদুবু তাবীমোলনা মমীগুগী মপি তানা তম্নম্বদগী খঙলকখিবনি।

ঐনা য়ারীবদি মহাক হৌজিক কদাইয়াইদা চৎলমগদগে হায়বসিনি। চীংগী লালহৌবগা থেংনদুনা ফাথ্রবদি মা শোয়দনা খুদোংথীবা নংবা য়াই। ঐখোয়সে নুংঙাইহনা অবাবা খঙদে হায়বা পুল্সি মরেল অমদা মতোংগী শরুক ঐখোয়না লোইনা চারগা মীগী খনবীদবা ইচেলগী ময়ায়দমক উবা মতাইগী শরুক উবা ঙমদবা কাঙবু ওইরল্লে মাম্মা। মাম্মা! ঐদি তাবীমোলবু য়াম্না পাম্মুই। মাগুম্বা মণিপুরগী তুংগী আশা চাউনা লৈবা মীশক অমা মফম খঙদনা মাঙখিগদবসে য়াম্না য়ায়। ঐ মাবু কাউবা শুকঙম ঙল্লোই। মানা ঐবু মফমসি তাম্না পুবীরক্নুনা ঐগী পুক্নিং, য়াখল অমদি লৌশিংগী অচুম্বা লম্বী অমথক তাকপীরম্মী। ঐ খুলসিবুসু য়াম্না নুংশিরকই।" অসি হায়রগা থাজদো মীৎলুদগী তারকপা পিরাংদু তৈথোকই।

মপান্দা ময়াম চা থকপা লোইরে।

পাইখোম্বা চংলক্লগা হায়রকই, – "ওঝা থোইবা। ঐখোয়বু অমুক চথনবা তৌরসিরা?"

"হোয়, চৎলসি! ইবেম্মা! নঙ, নঙগী ফিরোল অম'মা লোইশিল্লো!"

থাজদো মাগী পুগদবা পোৎ-চৈ লোইশিল্লি। মনাদা বীমোলনা ঙাইহাকী মমাঙদা চিনবীরম্বা পেক্রক্রেদু হৌজিকসু য়াওরম্মী। মদু লৌথোক্লগা মচিন্দা নুংশিনা চুপ্লগা মাগী বেক্তা মফম চানা হাপথ্রে। মানা হান্না শেৎলকপা জিন খোঙগ্রাওদু শেথখিদ্রে। তাংখুল ফিদু ওইনা শেৎলে। অতৈ বীমোলনা ছন্দোক্রম্বা মাগী থবক শুবদা উগ্না খোঙউপ, ঙরাং লৈরকপা তবেল মচা, মোন মখাদা বীমোলনা থনম্বা খুদাং ঘড়ী পুন্নমক মাগী জিন খোঙগ্রাওদুগা পুন্না প্লাষ্টিকী খাউদুদা হাপচিল্লে।

মাগুন ষ্টোনগী মমা-মপা, ঙাথেলা অমদি যোসেফ লোইনমক ঙসিদি থবক অমত্তা চৎথোক্তনা থাজনা চথখিবদু বীদাই তৌগদবগী লেপ্তুনা লৈ। মখোয়সু বীমোল মফম খঙদনা লোৎখ্রে তাবদা নুংঙাইতে। মাগুন ষ্টোনদি পুলিসকী বাহং-পাউহং খরা তৌখিবদুদা মখা তানা ফাখিগদ্রা চিংনবদগী শোমদলদা নোংম-নীনি লৈহৌখিগে হায়রে।

থাজ, চৎলমদাইদা মাগুন ষ্টোন্দা তোঙাম্না কৌথোক্লগা বাফম অমথক শিন্নরম্মী।

ব্রদর! ব্রদরনা তাবীমোলগীদমক য়াম্না বাবীখ্রে। অদু, করিগুম্বা তাবীমোলনা য়ুমসিদা অমুক হল্লকপা থোক্লবদি মাবু চেকশিন্না শেন্নবীয়ুকো। নচন অমুক চৎচরগে?"

মাগুন, – "করিগী তৌরোইদগে, মাদি ঐগী লুনা তিন্নবা মরুপ্নি।"

থাজ ময়ামদা ওনশিল্লগা মখুৎ অনী লোম্নরগা, – "ইপা, ইমা, ঙাথেলা, যোসেফ, ঐ অমুক চৎলুখিগে? ঐবু বারৌবীগনু। হয়েং ইম্ফালদা থোক্লকপা কান্দা ঐখোয়গীদা লাকপীয়ু। মদুদা অমুক উনসি!"

অহল অনীদুনা, – "ইচানুপী! নুংঙাইনা চৎপিয়ুকো" হায়রগা মখুৎ হাইরগা লৈহৌই।

ময়াম জিপসিদা কাখৎনবা লোইদুনা ড্রাইভরনা গাড়ী ষ্টার্ট তৌরগা থৌবা হৌরে। থাজগী বাখলদা অনৌবা নুংশি-নুংঙোলগী ঈনোৎ অমথক্লা মশাদু পুমতাও-তাওবগুম শোমদল য়ৌরকপদগী ইঙাও-ঙাওরুরবীদো খুলসিবু থাদোক্লগা চৎকদবা ফাওবা পাম্মুরকখি। মাগী মতৌদুদা ঙাথেলাসু মফম ইখঙ-খঙদনা ইঙাও ঙাওনা লৈহৌরে। মাদি ঙরাং থাজনা বীমোলদা কল্পা মরৈ তৌনরম্বদগী অরোইবদা নুংশিকগী থাক য়ৌনা বাংখৎলকখিবা মতৌদুবু নুংঙাইনা য়েংজখিবনি। অদুগাদি মফম খঙদনা অনীমক

কায়নবগী চৈথেং অমমম পুরগা লাপথোক্লক্ত্রে। মদুনা মরাল লৈজদবী ঙাথেলাবুস্
ব্বাখলদা নুংঙাইতবা অমা পীবীরম্লে। তাম্নবা শোমদল খুলদো থাজগী মীৎয়েংদগী
লাপথোরক্লে।

থাজমানবী ফাখিবগী পাউসি ইম্ফালগী পাউচে অয়াম্বদা য়াওরবনিনা মরুপ-
মপাং, খঙন-চাম্নবা কয়া পাউদু হংবা ডাইরেক্তর বীরমঙ্গলগী য়ুমদা লাক্লে। ইমুং-
মাঙ্গোল মীনা চন্দ্রে। অদুবু অয়ুক্কী মতম লোইরক্লবা কান্দদি মী অয়াম্বা মাগী-মাগী
মথৌ চৎনখ্রবনিনা কয়া য়ামশিল্লক্লে। শুপ্নগী নক্লবা মরী-মতা খরতমক ঙাইহৌরে।
অসুম্না ঙাইরকপনা নুংথিলগী পুং অনীরোম তারক্লে। থোঙ্গালদা গাড়ী মখোল অমা
তাই। ইন্দুরেখা, থোঙ্গালদা মৈ ওক্লবা চেনথোকখি। মৈ ওক্লগা মচাবু কোল্লগা পুশিল্লকই

থাজমানবীনা তাংখুল ফি অমা শেৎলগা লাকপদুদা চীংমী লৈশাবীবু মাল্লুরে
মখুত্তা প্লাসটিক্কী বেগতুসু পায়রি। থাজমানবী মমাবু কোল্লগা কপ্পি। মমাসু মচাবু নুংশিন
কোল্লগা মকোক্তা চুম্মী। অদুবু মখোয় অনীগী কপ্পগী মরম তিম্নদে। থাজদি বীমোল
কায়নবগী মৈচাক্লা কপ্পনি। মমানদি মচাবু বীমোলনা ফারম্বদগী য়ানীংদবগী কপ্পগুম খল্লি

থাজনা তম্বা পাউ তাগদবগী ঙাইনরম্বা ময়ামদু থাজনা মাগী কাদা চংলগ
থোঙ লোনশিনখিবদুদা মৎথং-মথং হম্নখ্রে।

পুলিস পার্টিসু চা কপ অমমম থক্লগা হনখ্রে। পাইখোম্বসু হনবদা য়াওখ্রে।

থোইবনা মচে অমদি মবাইদা ঙসাই থাজনা মঙোন্দা লীখিবা ব্বারীদু চপ মান্নন
তম্মী। অদুবু মখোয় অনীনদি মচানুপীগী ব্বাদু থাজবা ইঙম-ঙমদে। বীমোলবু মতুং
লমদম্নদনবা খরা ব্বারকপদি ফৈ খম্লে।

থোইবসু মচেগা মবাইগদা ব্বারী পুম্নমক তম্নম্নগা ময়ুমদা হনখ্রে।

ইন্দুরেখা, মচাগী কাদা থেমদুনা থোঙ হাংদোকহল্লে। মমা চংখিবগা থাজন
মমাদা হায়রকই, — "ইমা! তাবীমোলখোয়গী পৈশাদু হন্দোকপীখ্রবা?"

"করিগীনো নঙনা পৈশাগী ব্বা হান্না হংলক্লিবসিবো? হন্দোকখ্রে। পৈশাদুনা
মখোয় উৎ ওইনা তুম্নসনু। ইচাগী পুন্সিবু লুপা লাক্ষ অনীদুগা শিন্নগনি খনবশারিবা
মখোয়দো পুৎমুৎ য়ুৎতুনা মাঙগদবনি। মপুন্সিগী থবক তৌবা ফংলোই," ইন্দুরেখা
বীমোলনা লাকচখিবদুগী শাউবা হন্দ্রি।

থাজ, — "করিগীনো ইমানা তাবীমোলখোয়গী ইমুংবু অদুক য়াম্না ব্বারৌবীরিববো?
মখোয়গী মরাল করিসু লৈতেনা!"

"এ, এ! নঙগু মখোয়গী মীচং চংলক্রবা! নঙগী মাম্মা থোইবনা হৌজিক্তা হায়রম্বদুগা, লৈকায়না ঙাঙনরিবা ময়ামসিগা করিমত্তা খেন্নদ্রে।"

"লৈকায়না করি ঙাঙনরিবা?"

"নচানুপী থাজদো বীমোল হায়রিবদুনা শোয়দনা লৌশ্লনি হায়নরিবসে চুমদৌরিমানে। ঐদি ওহোক্লা তঞ্জরেদা। য়ারোইকো, ঐ য়ারোই হায়রিসিনি। নঙবু বীমোলগী মশমকা পায়দুনা নীকখিবদাইনে?"

"তাবীমোলগী মশম পায়দুনা নীক্লবগীনিনে ইমা ঐনা বারিবসে। মাদি চুম্নগী মীবু ওইরমদ্রে, দাই ওইনা তৌরম্বগী বানি।"

"এ! লমজা সারা! মমা লুখ্রাবীনা য়োকপা মচাদুনা করম্না করি অহেনবা মগুণ লৈরদনা?"

"ইমা! তাবীমোলগী মগুণ অঙকপনা থনবজাৎনি।"

"হায়, হায়, ঐ লোইরেদনা! নঙবু মানা কয়ারক .... ?" মকোক পায়রগা

"ঐ ঙমজরোইকো!"

"ইমা! ইমানা খল্লিবদো পুন্নমক ওন্নবা ঙাক্তনি। তাবীমোলদা ঐনা নাওথি শারুবদা মানা ঐবু তাহোরকখিবগীনি ঐনা বাহৌরিবসি।"

"হায়মা! নঙদি করিগী মঙোন্দা নাওথি শারুরিবা?"

ইনখৎলকপা পাখং অমনা ইনখৎলকপী লৈশাবী অমবু ফারগা লাপ্নবা চীংগী খুল তানা পুরগা অহীং অমা কা মচা অমখক্তা মখোয় অনী ফমুং অমদা হিপমিন্নখিবা মতমদা মাগী অনীংবা অপাম্বা পুন্নমক পাংথোকপীরো হায়বসিবু হায়ফম থোক্তবনে ইমা? অসুন্না ফারুবা নৎত্রগা চেল্লুবা নুপী খুদিংমক অয়াম্বনা পুন্দি লৈপুল শেন্নখিবা ঙাক্তনি। ঙসি মমা-মপা ওইনরিবা কয়াসিগী হৌরকফম, লুহোংখিবগী বারী মুন্না থিরুরবদি অসিগুম্বসিনবু মশীং হেল্লমগনি। ঐসু উপাই লৈত্রবদুদদি ফাদোক্লরগা ইমা-ইপা অমদি ইশাগী তুংগী ইজ্জৎ শোক্কদৌ শরুক তাবীমোলদা লৈজরগে হায়রুবনি। অদুবু, ইমা! মানা য়াবীরক্ত্রে। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লোকঅপ্তা অহীং অমা পুলিসনা মাবু ফু-চৈদুনা ওৎ-নৈখিবগী দাগফমশীংদু ঐঙোন্দা মফি লৌথোক্লগা য়েংহনখি। ইমা! ঐখোয়না খল্লুবা তাবীমোলবু মতম চুপ্পদা ফত্তনতা খনখিবদু থবকশিংদু মানা তৌবা অমত্তা ওইরমদ্রে। ইমা! ঐনা তাবীমোলগী মশা পায়দুনা অহীংদা ঐখোয় অনীখক্তা লৈমিন্নবা কা মচাদুদা মাগী অশোকপা দাগফমশীংদুদা ঈশিং অশাবনা

হিংগা য়েবীখি। মদুনা ঐগী ইরাল কোকপীনবা হায়জখি। চীংগী পীক্লবা নাইতোম লৈহৌবা য়ুম মচাদুদা মতোমতা অহীং তুমহৌবদা ঐনা পাখৎচবা পোক্লক্লুনা মীৎসে কক্লা অমত্তা উইব্ব ভুমখিদে। মদুগী বাখলদো ইমাগী নৎত্রগা পাবুংগীদমক করিগুম্বদা ঐনা খনখিঞ্জিমাগ্রে। বাখলদু করম্না লাকখিবনো হায়বদুসু ঐ ইশানা খগুজদে। ঐ অহীংদুদা তাবীমোলনা তত্তনা মনাক্তা লাকউ হায়না কৌবগুম তৌরকপদগী খাগুবা ভুমদকুনা অত্তাওবীগুম মনাক্তা চৎলগা মাবু হৌদোক্লগা থোগু হাংদোকহনখি। ঐখোয় অনী ইশা-ইশা য়ানদুনা চেল্লবনি হায়রসি হায়জখি। অদুবু মানা য়াবীখিদে।"

"এ! ইমাগী ইবেম্মা! নগু লৈইব্রেদকো! বীমোলনা নঙোন্দা করি করি পীজখিবা লৈবগে? মাইবগী পোৎলম খরা শোয়দনা পীজরম্বা তারে। মাইবী, পাঞ্জি তান্নরগা লৌথোকহন্দবা য়ারোইদৌরি।"

"ইমা! ঐ অদুগুম্বা বাদু তাবা হৈনদে। তাবীমোলনা ঐখোয় অনীমক মতিক চাবা মীশক অমমম ওইহ্রিফাওবা লৌন-লৈনরোইসি, মতম গুইনসি, বাশক্লসি হায়দুনা ঐখোয় অনী বাশক্লপ্লবনি। ঐসু তাবীমোলগী বাফমদু য়াথোক্লম্লে। ঐবু তাবীমোলনা মানা তূম্বা ফমুং মচাদুদা তুম্ফম পীগ্লবসু মহাক্লা ঐবু অরানবা মীৎয়েং খজিক্তং ফাওবা য়েংলকখিদে। মসিবু ইমানা করম্না খনবীবগে?"

ইন্দুরেখা, থাজগী বাদু তাবদা মকোক পায়রগা, – "ইস!" হায়রগা অবাবা শকফম অমদা ফমথখি।

"নগুবু য়াম্না থুনা মাইবা অহৈবা অমা তান্নরগা পোৎশেম-যাদুগী পোৎতু লৌথোকহনবা তারে।"

মাগী বাখলগী ওন্ন-তৈনবদা থাজনা হায়রকই, – "ইমা! নুমিদাংবাইদা তাবীমোলখোয়গী য়ুম থিরগা অমুক্তা চৎপীরুসিবা?"

"ইবেম্মা থাজ! নগুসে মহৌশাগা মান্নগ্রে, য়াম্না হোংলে, মদু য়ারোই। নগু বীমোলগী মরমদা ফনবা বাখল অমত্তা খনবা য়াদে। মখোয়বু য়েক্লবা ওইনা উগদবনি। মতম চুপ্পদা লমন খুমগে খনগদবনি।"

"ইমা! সংসারসিদা ঐনা খনবা ভাক্তনা চুম্মী হায়বসিবু য়াব্রনে? ঐসু অসুক কুইবা মতমসি ইমা-পাবুংগী মীৎয়েং মখাদা ইমা-পাবুংনা হায়বা গাগুবা, তৌ হায়বা পুন্নমক তৌরগা লাকই। মদু অচুম্বা তৌগদবা ভাক্তনি খল্লম্মী। খরচ চাউনা তৌদুনা, শেৎনীংবা ফিজোল হোং-হোংদুনা শেৎলগা, বীউটি পার্লর তোয়না চংদুনা, সম্লো

কার থৌদুনা লম্বী শড়ক্তা পোঙনা চাউনা, লম পাক্না কন্দুনা, লম্বী ময়ায়দদা থৌদুনা মতাইদা চৎপা মীবু য়েংগে নোংমতা খনখিদে। অদুবু মদু অচুম্বা অমত্তা ওইরমদ্রে হায়বসি তাবীমোলগা অহীং অমখক অচিকপা চীংগী খুল অমদা লৈমিন্নরুবদগী অশোয়বশিংদু খঙলকখিবনি।

"নঙনা হায়রিসিনদি লম্বী শড়ক্তা নমান্নবী লৈশাবী ময়াম অমা মমল তাংলে-তাংলবা কার থৌদুনা চৎনরিবশিংসি লোইনমক অরানবা ঙাক্তনি হায়বগী বানিনে?"

"মদুন্না হায়রবসু কায়দে ইমা! মখোয় অয়াম্বনা অরানবা পাম্বৈনা ঐখোয়গী ইমুংগুন্না থবক হাপ্পীগে হায়রগা মীভোন্দগী পৈশা চাউনা-চাউনা চারগা লৈদুনা তোংবা কার ওইরন্নবদি মখোয়সু মদুগী মনুং চন্নবনি। মরমদি মখোয়না চাখিবা পৈশা কয়াদুনা মী কয়া অমদি চরা হেলহনবতা নত্তনা লম্বীগী মতাইদা হাইদোক্নুনা চৎহল্লি। হায়জবা ঙমদবনিনা থম্মোইদা খুৎতুন্না শুরগা খাঙলি। মখোয়সু তাবীমোলগুন্না থৌনা লৈবা মী ঙাক্তা ওইরন্নবদি য়াম্না ফরমগনি।"

ইন্দুরেখা শাউনীংবনা লোইরে।

"ইস! নঙগা বা ঙাংনেগদবসি লুগদৌরিদা।" অসি হায়রন্নগা মপান থোকখ্রে।

থাজমানবী উপু হাংদোক্লগা ফনেক অমা লৌথোক্লগা হোংদোকই। ঙরাং শেৎলুবা ফি-রোল লোইনা পুথোক্লগা শুননবা তৌই। মচানুপীনা ফনেক অশংবা অমা শেৎলগা ফি-রোল শুনবা পুথোরকপদু উবদা ইন্দুরেখা ঙকপগুম তৌই। হান্নদি মমাদনা শুবনি। ফি তিংশিল্লন্নগা ইমুংদা অমুক চংলকই। থাজনা বীমোলগী পোৎ য়াওবা খাউদু হাংদোক্লগা য়াওরিবা পোৎশিংদু অমমম লৌথোরকই। খোঙউপ জুরাদু নীংথিনা তৈথোক্লগা ফি অমনা য়োন্নগা উপু মখাদা থম্মী। ঘড়ীদু উবদা থাজ পুক্লিং নুংশিরকই। বীমোলদু হৌজিক কদাইবাইদা লৈরমগদগে খল্লুরি। ঙসাই কেগতা হাপখিবা পেত্রক্লেদু বেগ হাংদোক্লগা য়েংই। হান্নগী ফিভম ইকায়-কায়দনা য়াওরম্মী। লৈদুবু পায়রগা, - "তাবীমোল! নঙগী কায়নরমদাইগী খুদোল মচাসে পুক্নিগী নঙগা অমুক উনদ্রি ফাওবদি নুংঙতিগী নঙনি হায়না খল্লগা য়েংজগেকো!" অসি হায়না খঞ্জরগা উপু মনুংদা য়াওবা গিলাস অমদা হাপ্পগা থমখ্রে।

অমুক থোররুগা ফি-রোল তিংলম্বদু শুবা হৌরে। মমাদি ঙসাইদগী মচাগী মতৌ য়েংলি। থাজ ফি-রোল শুবা লোইরগা ফিশিংদু দলান মথক্তা ফৌদোক্লুরে।

থাজ, চাক লাম্বগা অমত্তা ফাওখিদ্রে। মমানা চাক চাথোক্লবা হায়বদা নুমিদাং ওইনা চারগে হায়।

নুমিত্তো থাজদি বীমোলখোয়গী য়ুমদা তশেংনা চংচনীংবনি। অদুবু মমানা থৌওইনা তাদবদুদা তোক্রে।

নুমিদাংবাইদা থাজনা ইমুংগী লাইগী ধুপ-নুং থানবা তৌই। মাগী অহোংবা মতৌসিদা ইন্দুরেখাদি ঙকপগুম তৌরে। মানদি ইমুংগী লাই খুদিংদা ধুপ থাদুনা খুরুম্লগা বীমোলগী য়াইফ-মঙ্গোল নিজরিবনি।

ইন্দুরেখানা নুমিদাংগী চাক-ঈশিং লোইদুনা মচাগা, মপাবুংগা মখোয় অহুম পুন্না চামিন্নরে। বীরমঙ্গলদি হৌজিক ফাওবা বা অমত্তা ঙাংদ্রি। তুম্নমদাইদা থাজনা ঙরাং থোকখিবা থৌদোকশিংদু নীংশিংলুরগা তুম্বা য়াদে। মমঙদা চীংগী য়ুম মচাদুগী কা মচাদুদা বীমোলগা অমুক পুন্না লৈমিন্নরম্নবদি নুংঙাইনিদা খল্লি।

মীৎলু অনীদা পীরাংনা লেপ্পা লৈতনা শিঙ্গুরকই। বানা লোইবা ঙাইজরকপা অহীংদুনা য়ৌনা থেংজিল্লক্লবা মতমদুদা থাজবু ঙাইহাক্তং শুম্বীখ্রে।

নোংঙাস্লে। ঙসিদি নোংঙাল্লকপদা শোমদল খুলগী চীংগী গীর্জাগী পুক্লিং হুখিবা কাংশিগী খোঞ্জেলদি তাদ্রে। নুংশিবা চীংগী উমং-বামংসু মাঙদা উদ্রে। সহরগী নিল-খোংবা মখোলনা মহুৎ শিনখ্রে।

থাজ, অয়ুক ঙস্তা হৌগৎলগা মচিন-ময়া শেংবা, ঈরূ-মাইথজবা লোইরগা লাইগী ধুপ-নুং থারে। অদুদগী ফনেক অমা শেৎ, চুনী অমনা মকোক খুম্লগা মাগী কাইনেটিক হোন্দাদু ইষ্টোক্লগা থোরকই। মমা-পাবুংনদি নুমিৎ খরনিদি মপাল থোকহন্নীংদ্রিবনি। থাজ, রেবীকাখোয়গীদা হান্না চত্তুনা রেবীকাগা উনরে। রেবীকাদা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক মরিক চুম্না তম্লে। মাগী অওনবা ফিজেৎ, বাখল অমদি বাঙাঙ তারগা রেবীকানা খল্লি, "ও! থাজসি য়াম্না থুনা অওনবা অমদি লাক্লম্লেদনা!" রেবীকানা চা থকখিসি হায়বদা কোন্না থক্লগে হায়রম্লগা অসুম লাকপনা কোংবা নান্দেবম লৈকায়গী বীমোলখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরে। বাগী পাউরোল মরিখক লোম্লগা লৈরম্বদু হাংদোক্লগা চংলকই।

থোঙ্গালগী ওইরোম থংবদা পুম্রি মচা অমা লৈ। পুম্রিগী অকোয়বদু জুবাকুসুম থারগা মনা ফজনা কজুনা শেম্মী। থোঙ্গাল অমসু নীংথিনা শেম্মী। শুমাঙগী অবাংলোমদা য়েঙ্গোল মচা অমদা য়েন মচিঞ্জাক হুন্দুনা পাখং মচা অমা লৈ। নুপী অমনা মকোক্তা ইম্নফি অমা কুপ্লগা ইংখোলদা হঙ্গাম হেক্লি। থোঙ্গালদা গাড়ী মখোল অমা তাখিবদুদা তোনদোন চিংনদুনা য়েংথোরকই। লৈশাবীদু উবদা তোনদোন ইকাইবগুম তৌই।

থাজ, —"ইবুংঙো ! য়ুমসিবু তাবীমোলখোয়গী য়ুম ওইরব্রা ?"

"মানি, মা মশাদি লৈতে।"

"ইচেসু খঙই। অদু ইথোলদা লৈরিবসিবু ইবুংঙোখোয়গী ইমা ওইরব্রা ?"

"মানি।"

"ইবুংঙোদি হৌজিক করি ক্লাসতা তান্নিবা ?"

"ঐ জোনষ্টোন্দা ক্লাস XII সাইন্সতা তম্নি।"

"ও ! কন্না হোৎনৌ। ফার্ষ্ট তানবা।"

তোনদোম্না খল্লি, "নুপীসিবু কনা ওইরিগবা ? ঐখোয়গী তাচৌবুসু মশক খঙই হায়রি। —ইচে ! মাঙ্গোলদা কাখৎলগা মোরাদা ফমসি !" অসি হায়রগা তোন্দোম্না মাঙ্গোলদা মোরা অমা থাই। থাজসু সেন্দল মখাদা থল্লগা মাঙ্গোলদা কাখৎলগা ফম্মী।

"করি থবক্কী ওইবীরবনো ?"

"ঐ ইমাগা ৰারী অমখক্তা শানগে তৌবনিদা।"

তোনদোম্না মমাবু কৌই। —"ইমা ! ইমা ! শোমদা অমুক্তা লাকখো-ও ! মী অমা ঙাইরিয়ে। ইমাগা ৰারী শাননীংই হায়রিয়ে ?"

"হোয়, হোয়।" হায়রগা কমলা পোলাংদা হঙ্গাম খরা হেক্রুম্বদু পুরগা চংলকই।

থাজ, —"ইমাগা ৰারী অমখক্তা শাননীংদুনা তৌবনি। ইমাগী ইচানুপা তাবীমোলগী থবক্কী পৈশা পীনখিবদু হন্দোরক্রব্রা ?"

কমলা, —"ইবেম্মবু পুলিসকী মীরা ? খঙদদুনা হংজবনি ৰারৌবীগনু। ইচানুপা অতোনবসি নহান অহীং অমা ময়াম্বা পুথোরকউ হায়দুনা ফারুবনি। ঙরাং নুমিদাংৰাই ডাইরেক্তরগী মচানুপীদো থাদোরক্রে হায়বদুদা মাবুসু থাদোরকপনি। লৈকায়গী মৈরা পাযবীমক য়াওরমদ্রবদি থীনা ফুবীরমগনি। পৈশাসু হন্দোকপীদে, ইচাদুসু মফম খঙদনা লোৎখ্রে হায়না তায়।"

"ইমাখোয়গী পৈশাদু মাঙবা য়ারোই। ঐনা শীল্লগা শোয়দনা হন্দোকহনগনি।" থাজগী পুক্নিংদা মমাবু ওইদবা ঙাঙবদুগী ৰারৌই।

"ইবেম্মা ! ইবেম্মবু মখোয়গী নহারোলগী মীরা ? মখোয়না থৌবীরবদি পৈশাদু খরা মখোয়গী লৌহৌরবসু লোইনমক্তি মাঙদে হায়নে।"

"ইমা ! ইমাখোয়গীদি ঐনা ইমাখোয়গী য়োনখিবা লৌফমদু অমুক হন্দোকপা কোন্নবা হন্দোকহনগনি। থাজবীয়ু।"

"ইমাখোয়দি অচৌ-অশাং, খঙ্গন-চান্নবা লৈজদবগা পৈশাদু মাঙগদ্রা হায়না নুংশা থীরম্বদগী হৌজিক্তি ইচাসু অমুক মফম খঙদনা মাঙগ্রে। তৌবগীদি ডাইরেক্তরগী মচানুপীদু খরা তৌঙম্বী ওইনা তৌমান্নে, ইবেম্মা। ইচানা বানা চেক শুরুবা হল্লকপদা মানা কার অহনবা অমা হৈবোই-হৈতবোই থৌরগা লাক্রুগা ইচানুপাগী সাইকলদা থেংজিনবনি হায়। মদুদা ইচাগা মখোয় অনী খরা লাউন-খোৎন তৌবদগী শাউনখিবজাৎনি। ইচানুপাদি পৈশা পীখিবা হন্দোকপীয়ু য়াদবগা, থবক ফংদবগা শাউনীংমনখিদুনা ডাইরেক্তরগী ময়ুমদা পৈশাদু খুদক্তা হন্দোকপীরো হায়রুবদা মচানুপী লৈশাবীদুনা চেনথোরক্রুগা ইচাগী মশম পায়রগা নীকপনি হায়না তায়। ইবেম্মা! ইচানা তম্বা নত্তে, মমান্নবশিংনা তম্বদগী তাবনি। লৈশাবীদুগী মতৌদুদা নোংমতা অকনবা বাহে অমফাওবা হায়জদবা ইচাদো শাউবগী পাংথে লোইরুরমান্নে। মীগী তাঙনা অমত্তা পোকচবী, মেইরাং থোইবীওম্বীদুবু মীগী ময়ুমদা মমাদুগী মমাঙমক্তদা মমায়দা খুপাক্লা থাক্লরে হায়। খৎনরবনিনা অমগী মথংদা অমা অঙম তান্নরকপদগী ইচাদু পুলিসনা ফারগা লোকঅপ্তা অহীং অমা থম্লগা ফুবা য়াবা ফুহনবজাৎনি। মানা চৎখিবদো ইমানা কম্না খাম্বনি। অদুবু য়াদনা থোকখ্রগা মীগী মচানুপীদু ফারগা পুখিবদগী মশাসু মাঙলেদনা। পাক্লা হল্লকদবা মান্দ্রে। লায়রবগী মীচং থিবা বায়নে ইবেম্মা। ডাইরেক্তরগী মচানুপীদো ঙরাং পুলিস য়াওনা চত্তুনা লৌরুরে হায়না তায়। অদুবু ইচাদুদি মফম খঙদনা লোৎখ্রে হায়না ইপ্পানা লাক্তুনা তৈন্নে। কদাইবাইদা, কনাগীদা লৈরমগদৌরিবনো? নহারোল লালহৌবা য়াম্না কনবা মফমনিসু হায়। খঙদে, ডাইরেক্তরনা মী থারগা খঙহন্দনা লোইশিনখিবসু তম্বা ঙমদে। ইমাদি ডাইরেক্তরগী মচানুপীদুগী মফমদা চৎলগা মখোঙ অনীদু কোল্লগা ইচাগী থবায় অমুক্তা কনবীয়ু হায়রুসিরা খল্লিবনি। ইবেম্মা! ইমাদি শঙ্গ লৈজদেনে। ইবেম্মবু চাসু পীথক্তে, লৈতবসিদা বাসু খঙদ্রে। থাজদু মমীত্তগী শীঙ্গরকপা পিরাংদু রুমালনা তৈথোকই।

কমলা, "নত্তে, ইবেম্মবু ইচানুপানা য়ুম শাবা য়াওবা ইমুংগী থিকাদারগী মচানুপী মবুক-মপাও য়াম্না ফবী অমা লৈ হায়বদুরনে? মাগী মপাদুনা ইচাবু জমিন থাবীবনি হায়, হংলুবসু ঙমদে।"

থাজদু রেবীকাবু বীমোলনা পামজবা লৈবজাৎলা খল্লি।

"ইমা! ঐ থীকাদারগী মচাদুদি নত্তে। মাগী মমাম্নবীনি। ইমা সে! য়ামদি য়ামদ্রে, ইমাগী মতেং ওইনবা লুপা লীশীং অমখক্তংসে লৌশিনবীয়ু! ইমাগী ইচানুপা তাবীমোলগী থবক্কী পীজখিবা পৈশাদু ঙসি নোংমে-নীনিসিগী মনুংদা য়ৌহঞ্জরক্কে!"

"ইবেম্মা! ইবেম্মনা মীৎতগী পিম্মক তানা নবুংগী পাউ তাবদা ফাওরিবা নুংঙাইতবদু লেম্না মাঙলোই। করিগীনো ইচানা অসুক য়াম্বা শেনফম অমা ইমাদা পীবীরিবসিবো? ঐ লৌজরোইদা।"

"ইমা! তাবীমোলগী, ইনাওসিগী য়েংলগা অঙম্বা মতেং পাংজবনি, নচা অমুক য়ৌজরগে?"

"অদু ইবেম্মা! ইচাগী মিং, লৈফম, ইমা-পাবুংগী মিং খঙজহৌবা য়ারোইদ্রা?"

"ইমা! ঐগী মিং, লৈফম লোইনা য়াম্না থুনা খঙবীরগনি। ঙসিদি তাকচররোই, য়ারৌবীনু। ঐ য়ৌজরে।"

অসি হায়রম্লগা থাজ তম্না-তম্না থোকখ্রে।

থাজনা থোকখিবগা কমলা মচা বীমোল কৌরগা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পুনা লৈহৌরে। থাজসু কমলানা থম্মোই শোক্লা কপ্পদু তারগা মপি শিম্বরক্নুনা মঙক্তা যাল্লিবা চুনিদুনা মপিদু তৈথোকই।

থাজমানবী চৎখ্রবা তুংদা তোনদোন মমাগী মনাক্তা চংলক্লগা "ইমা, ইমা! ঐ হৌজিক লাক্রম্বা নুপীদো খঙঙে।"

"কনাগী মচানো, করি লৈকায়দগীনো?"

"ঐখোয় তাচৌনা ফারুবা, থাজমানবী হায়বীদো শোয়দ্রে।"

"হা! অঙাওবা! নঙদি হান্না খঙলদি ইরাং-ইঙ্গিৎ খজিক্তং পীরকপদি কৈদৌই? থীদা শাক্তাসিদি। ঐদি চোপ্লেদো!"

"ইমানা কবোক পোকপগুম পঙঙাং ঙাঙলিঙৈদুদা করম্না খুমদোইনো?"

"মাবু য়াম্না ফাওই হায়বদাইনে? হৌজিক লাক্রম্বদুদি ঈং-তম্না, জ্ঞান তানা উইদা।"

"ঐখোয় তাচৌনা লেকচর ফজনা পীরম্লনি, অদুদগী হন্নকই ওইরিনি।"

"মসিনা হেক ঙাংথোরকপসিদি।"

"অস! ঐদি ইকাইজরেদা। মাদি ঐনা ঙাঙলিবশিংদু তুমিন্না তারগা চৎখ্রেনে। করিদি খল্লমগনি?" ❑

# মরিশুবা

থাজমানবী জি পি বুমেন্স কলেজদা হান্নগুম্না কলেজ কাদুনা ক্লাস য়াওবা হৌরে। মহাক মহৌশাগী হায় হেন্দেদ ওইবা মতৌ, নুংতিগী সস্ত্রো কার থৌরগা, জিন খোঙগ্রাও শেৎলগা সনগ্লাস মরীদা য়াল্লগা চৎপদুদি তৌখিদ্রে। ইচম-চম্বা ফনেক-শেত্তুনা নুংতিগী কাইনেটিক হোন্দাদা চৎলে। ইথক-ইরাং তৌদুনা মমান্নবীশিংগী ময়ুমদা তোয়না কার পুদুনা চৎলম্বদুসু তোকস্রে। খোঙ্গুল য়াম্না তাবী, চন্নবী খুঙ্গংদগী কারকপী লৈশাবী মচা অমগুম্নে। থকশি-খাশি, লমচৎ-ব্যবহার পুন্নমক হান্নদগী পূমওন ওল্লে। য়ুমদসু মমাগী মতেং পাংদুনা থবক-ইনখাং নোম্বা, চাক-ঈশিং থোংবা য়াওরে। খরহেক শংবগা লাইরিক ঔরাইনবা হোৎনবা হৌরে। মাবু নুংতিগী সেন্নজরম্বা নোরেনসু মাগী ফত্তবা থৌদোক্তু থোকখ্রবা মতুংসিদা নোংমতা কলেজ মপাদা লাকপা উখিদ্রে। মমান্নবী রেবীকাখোয়গী য়ুমদা মরক-মরক্তা চৎলি। রেবীকানসু অতোপ্পা মমান্নবীশিংদা থাজগী নুংগী অশেংবা পাউদু তমদুনা মাগী ইজ্জৎ কনবদা মতেং পাংই। মানা ইথক-ইরাং তৌবা উখিদ্রবনিন। লৈকায়গী মীনা মাগী মরমদা ফারুরবীনি হায়নরম্বদুসু নোংম-নোংমগী হুম্বখ্রে। অহোংবা কয়াসিনা থাজমানবী লাইরিক-লাইশু হোৎনবরোমদদি অয়েৎপা কয়া লৈত্রে। অদুবু মাগী বাখলদা মতম চুপ্পদা কাউবা ঙমদবদি হৌজিক বীমোল মফম কদাইদা লৈরিদগে হায়বসিনি।

বীমোলগী থবক বানোম্বগী লৌশিল্লুবা পৈশাদুদি থাজনা বীমোলখোয়দা চৎলুবা নোংঙানবদা পাইখোম্বা কৌরগা বীরমঙ্গলনা থাজগী মমাঙদা শিন্নখ্রে। বীরমঙ্গল, অদুক হাক্না ফত্তবা মীদি নত্তে। মানা বীমোলগী মমিং সেলেক্সন লিস্টতগী লৌথোক্কে খক খনখিদে। নোংম নৎত্রগা নোংমদি এপোইন্টমেন্ট ওর্দর থোরকপদা বীমোল শোয়দনা য়াওরগনি।

থাজনা লমচৎ-শাজৎ হোংলকপা, কলেজ চাং-নাইনা চৎলকপা থা অমরোম ফাজিল্লক্নে। মহাক তশেংনা লাইরিক্তা পূক্নিং লূপশিনখ্রে। মানা লাইরিক-লাইশুদা পূক্নিং চংলকপসিমদি মপাবুংসু নুংঙাইবা ফাওই। মানা নোংমতা তোংউ য়াদ্রবা সস্ত্রো

কারদু য়োনবনা ফরে খম্নরক্রে। থাজসু মদুনা হেন্নবু পামজবগুম তৌরে। মপাবুংনা কারদু য়োম্রে। পৈশাদুনা থাজগী মমিংদা একাউন্ট অমা পাউনা বজারগী এস বি আই ব্রাঞ্চতা হাংলগা থম্বীরে।

থাজগী পুক্নিংদা লৈতাফম খঙদবা বাখল অমনা হুমদুনা পুবদগী বীমোলখোয়গী য়ুমদা পাইখোম্বদা মপাবুংনা লুপা লাক্ক অনী শিন্নখিবা নোংঙানবদা অমুক লাকই।

থাজগী মশক উবদা কমলা নহান মানা হায়খিবা বাফম খরদুনা ইকাইবগুম তৌই। থাজবু নুংশিবা খোনফমদা কৌশিল্লগা মাঙ্গোলদা মোরা থারগা ফমহল্লি।

"ইবেম্মা! ইমাদি ইচাগী শকসে উবদা ইকাইজরে। ঐনা ইচানি হায়বা খঙদবদগী ঙাওখিবা বাহৈশিংদু নঙ বারৌগনুকো! ইমা লানখ্রে"।

"ইমানা কৈদৌবগী লাল্লুদগে? নচানা পঙবদগী, খম্বুবা বাৎখিবদগী থোকখিবা ঙাক্তনি ইমা! ইমাগী শেনফমদুবু ফংবীরব্রা?"

"ফংঙে, ইবেম্মা ফংঙে। ঙরাং ইপ্পা পাইখোম্বনা থিল্লক্রম্লে।"

"ইমা! ঐ ইমাদা বাফম অমখক্তা হৌদোকচগে লাকচবনি।"

"করি বাফম্নো ইবেম্মা?"

"তাবীমোলগী ফোটোগা লৈরবদি অমখক্তা পীবীয়ুবা! ঐ মহাক হৌজিক মফম কদাইদা লৈবগে হায়বগী মতাংদা খবরদা হাপ্পগা কনাগুম্বনা থেংনবীবা য়াওরগদি পাউ পীবীয়ু হায়না হাপচগে?"

"চুম্মী, চুম্মী! ইচানা হায়বা চুম্মী! হায়! তোন্দোন! নঙবু নয়াম্বগী ফোটোগা লৈব্রা অমুক্তা থিরোলাওও! নচেনা হায়রিবসে, ঐখোয়দি ইঙাও-ঙাওদুনা ভাবপু তাদে।"

তোন্দোম্না বীমোলগী উপু হাংলগা থিবদা পাশপোর্ট সাইজগী ফোটো অমা ফংদুনা পুথোরক্রে। ফোটোদু তোন্দোম্না থাজদা পী। থাজ ফোটোদু উবদা হিক-হিক তৌদুনা কপ্পক্রে। চুনীদুনা মপিদু তৈথোকই।

"ইমা! নচা অমুক চৎচরগে? ঐ হৌজিকমাক প্রেসতা চৎলগা তাবীমোলগী মরমদা অশেংবা অমা খঙনবা খবরদা হাপহল্লুরগে?"

অসি হায়রম্নগা থাজ চৎখ্রে।

লম্বীদা প্রেস খরদা মথং-মথং চংদুনা বীমোলগী মরমদা ফোটোগা কোম্নুনা মী মাঙখিবগী পাউ ওইনা হাপহল্লম্লে।

মথংগী নুমিত্তা বীমোল য়াওখিবগী পাউ মণিপুরগী মরুওইবা খবরশিংদা অয়াম্বা য়াওরক্লে। অদুবু কন্না অমত্তনা বীমোলগী মরমদা খঙবগী ৱাদি ফোঙদোরক্লে।

মতম্না অসুম হৌখিবনা পরিক্ষা মতম নকশিল্লক্লে। থাজ বী এ ফাইনেল ইয়ারগী পরিক্ষা থানবা ফোর্ম ফিলপ তৌখ্রে। থব্রায় য়াওনা কন্না পাদুনা বী এ ফাইনেল ইয়ারগী পরিক্ষা ফজনা থাগ্রে। মশানা লাইব্রিক ফরক্লবসু হৌখিবা চহীদা ইরাং খরা তৌরম্বদগী মার্ক ৱাংনা ফংখিদবদু হৌজিক্তদা নীংঙম্নক্লে। থাজ, থার্দ ইয়ারদদি মার্ক ফজনা ফংলবসু মমাঙগী চহী অনীদা মার্ক ৱাংখিদবনা সেকেন্দ ক্লাসতগী হেনবা ঙমদ্রে। অদুবু পার্সেন্টেজদি ৫৮% য়ৌই। বী এ ইংলিসতা ওনর্স ফংলবনিনা মখা তমথগে চপ য়ুংনা খল্লি।

শোমদা বীমোলগী মনাও তোনদোন টুবেলফ সাইন্স থাগদৌরি। ময়াম্বগী থবক্কী পীরুবা লুপা লাক্ক অনী হন্দোরকপদগী মীগী পুরুবা শেন্দোই পুবা শেনফমদু শিংদোকখ্রে। ওল্লকপদা হান্নগী লৌদু হন্দোক্লবা ঙাংনরি।

অদুবু পৈশাদি ফংলবসু পৈশাদুগা ময়াম্বগী পুন্সিগা শিন্নখ্রবগুম থা তরুক হেল্লক্লবা ফাওবদা মীমোলগী পাউদি তাখিদ্রে। মমা-মচা মখোয় অনীমক ময়াম্বা শিরম্লগনি হায়বসিদা পুক্নিং চপ য়ুংনা থাজরে। কমলাদি নুংত্তিগী মচানা থবক শুরুবা হল্লকপা মতম য়ৌরকপগা বীমোল কৌরগা উখোকতেন্দা ঙারগা ফমদুনা কপ্পি।

অশোমদা থাজমানবীসু বীমোলবু নোংমতা কাউবা ঙমদে। নুংশি মৈনা চাক্লক্লবা মতমদা বীমোলনা নাপ্পদা কায়নরমদাইদা চিনবীরম্বা লৈরাং পেক্রক্লেদু য়েংই। মাগী থম্মোইনদি বীমোল শিরম্লোই হায়না কন্না থাজরি। বীমোলগী ঘড়ীদু নুংত্তিগী মোন মখাদা থম্লগা তিক-তিক লাওবা মখোলদু তাজরগা বীমোল হিংলি হায়না খঞ্জরি। ঘড়ীদুবুসু বীমোলগী মশক্কি খঞ্জরি।

বি এ পরিক্ষা হায়দোক্লবা তুংদা নোংমা থাজমানবী নাগারামগী বীমোলগী মরুপ মাশুন ষ্টোন্না লৈবা য়ুমদা লাকই। থাজনা শোমদল খুল চৎলমদাইদা বীমোলনা ৱায়রগা শেৎহনখিবা তাংখুল ফিদু থিনবা লাকপনি। মাশুন ষ্টোনগা উনদুনা ফিদু শিন্নরে। বীমোলগী মতাংদা অনৌবা করি পাউ তাবগে হংই। অদুবু মশুন্নসু করিগুম্বা পাউ অমত্তা ফংদে হায়রকপদা থাজ মায়থোঙ লাংশিল্লগা হল্লকই।

থম্মোইদা তত্তনা ফাওরকপা ৱাহং অমখল্লা থাজগী ৱাখলদা মাগা বীমোলগা কায়নবা নুমিৎকী অহীংদা বীমোল শোয়দনা শোমদল খুলদা অমুক হল্লক্লমগদ্রা হায়বসি কন্না চিংনরকই।

মপাবুংদা ইকাই-হন্গোইবা পুন্নমক থাদোক্লগা শোমদলদা অমুক্তং চৎলুসি হায়না কন্না তকই। মচাগী অব্বাবা য়েংবা শুমদদুনা বীমোলনা থাজ ফারম্বা থা তরুক্কী মতুংদা নোংমা মমানে, মপাবুংনে, থাজনে মখোয় অহুম ড্রাইভর ইবোতোম্বীগা টাটা শুমো অমা বায়রগা শোমদল তানা লাকই। মফমদু য়ৌরগদি মহৌশাগী পূক্লিং নুংঙোনখিবা পোৎশক্তি অমত্তা উদ্রে। শাথেলাসু ময়ুম পান্দুনা অতোপ্পা খুল অমদা লৈখিরম্নে। য়ুমদোমপোক মচা অমা লৈহৌবদসু শিদোকখিরম্নে। মফমদু গঙ্গা পাম্বী শাক্তা পুমশং-শংনা হৌরম্নে। মদু উবদা থাজ মীৎলুদা পিরাং ইহৌরক্লে। য়ুম মচাদু উরবদি থম্মোইগী ইখৌ লাংবদু খজিক্তা ওইরবসু কোকদবনি। মতমদুদদি নুংশিগী মপাউ পুবা অয়িংবা নুংশিৎকা, বীমোলগী ফজবা শকফমদুগা পাখিবদুনা পুংবা ওইখিবদগী থাজগী থম্মোইদসু নুংশিগী ইথক তোয়না হৌজখিবনি। নুংশিবা মাগী শকফম থিবা ফংলক্রবদা করম্বা থম্মোইননো ইংগদবা? মসিদনি নুংশিবা লৈবা মফমদা ইনখৎলকপা মতমগী শাবী-শানৌশিংনা শিব-নাবা কিদনা চংশিন্নরিবা। থাজ মফমদু য়ৌরগা থম্মোই খরা ইংগদ্রা খন্না মপাবুং অমদি মমা পুরগা লাকখিবনি। অদুবু পুন্নমক অরেম্বা তারে। নুমিৎ তারগা নাকল খুদিংমক মমশিল্লকপগুম থাজগী বাখলসু তপ্না-তপ্না মমশিল্লকপগুম তৌরে। পাম্মুবা মানা লৈরমদ্রবদা থম্মোই লৈরাংসু শাৎকায়বা ওমারে। মীৎলু নাপোম অনীদা পিরাংগী নোংহৌ তোয়না লাক্লে। বীমোল লৈরমদ্রবা মফমসিদা মিকুপ অমগী মতম পম্বনীংদ্রে। কায়রবা থম্মোই পুরগা থাজ য়ুমদা অমুক হনবা তারে। অরোইবা ওইনা চীংগী অতোংবা মফমদু য়ৌনবা কাখৎলগা লেপ্লুরে। মায়কৈ ওন-ওন্দুনা তাম্না উথ্রিবা চীংগী খুল-খুলশিংদুবু য়েংই। খুলশিংদু উরম্বদা খুল অমদা বীমোলদু মীরোৎ ওইনা হিংলমগদ্রা খল্লকই। অদুবু পাঙ্গল শোনবী মানদি খুলশিংদু মশীং শুনা চৎলগা বীমোলবু করম থিরুগনি? নীংবা কায়না শোমদল য়ৌরম্লগা খোঙবুদু করিসু কান্নবা ফংদনা হল্লকই। য়ুমদা হল্লকপগী লম্বীদা থাজনা পূক্লিংদা খল্লকই, —"মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিসে অতোপ্পা কনা অমত্তগা য়ুম্বানবগী মরী থমদনা মহৈ-মশিং মপুং ফানা তম্লগা মীয়ামগী সেবাদা কৎথোক্লগে?"

মতম্না কনাবুসু শাইবীরমদবনা এম এগী মিং চন্নবা মতম য়ৌরক্লে। থাজ, মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা ইংলিস তম্নবা ফোর্ম থাজিন্দুনা এদমিসন টেষ্ট য়াওপ্লে। মহাক সেলেক্সন ফংদুনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা এম এ ইংলিসতা মিং চম্লে। বীরমঙ্গল মচানা লাইরিক্তা থবায় হেন্না য়াওরকপসিদা পেনবগুম তৌই। অদুবু মানা বীমোলগী বাখল থাদোকপা ইঙম-শুমদবসিনা অব্বাবা অমদি অদুম ওইরি। অমখক্তং তাঙনা পোকচবী মচানুপীবু মাগী অশোয়বা মীৎয়েং অমদগী করপসন হায়বা বাখলদুগী লাংদা থুরম্বদগী বীরমঙ্গল

নীংঙমদবগী চৈথেং অমদি ফংলে। মহাক মতুংদা অসিগুম্বা করপসনগী থবক অমুক হন্না তৌগে খনখিদ্রে।

থাজমানবী মরক-মরক্তা বীমোলখোয়গীদা চৎতুনা বীমোলগী মরমদা পাউ লৌবা লাকই। অদুবু বীমোলগী অনৌবা পাউদি ঙসি ফাওবদা ফংদ্রি। খরা তোয়না উনরবনিনা তোনদোনগা থাজগা শক ফজনা খঙনরে। তোনদোনবু লাইরিক-লাইশুদা পুক্নিং চংনবা পাউতাক পী। লাইরিক-লাইশু লৈবগী মতেং মাসু অঙম্বা পাংগনি হায়। লম্বীদা নোংফাদোক উনবদসু ঙাইহাক লেপ্তুনা য়াম্না নক্নবা মরী-মতাগুম হেন্দোক্নবা ঙম্নদ্রে। তোন্দোনসু ঙসিদি মশক-মতৌ ফজবী লাইরিক হৈবী, ডাইরেক্তরগী মচানুপী থাজমানবীগুম্বী অমবু ময়াম্বগী নুংশিবী ওইনা তিন্নবা ফংবসিদা থম্মোইদা পেঞ্জে। অদুবু লুরিবদি মাগী ময়াম্বনা য়ুমসিদা অমুক হল্লকখিগদ্রা হায়বসিনি। থাজনা থা খুদিংগী ফিজেৎ হোংদুনা, পার্লর চংদুনা মশম শেন্নম্বদু তোক্লগা মৈতে ফনেক শেৎলগ মশম খাক্লগা কলেজ চৎপা উবদা মমাগুম্বী য়ুম্লোন-কৈরোম্নবগী মৌশিংনা ঙাংনৈ, -"য়েংউ! থাজমানবীসে জ্ঞান তাবা নুপা অমনা ফারুবদগী ওহ্লোক্না থুনা জ্ঞান তারক্লুন এম এ তমখ্রেনেসে। হৌজিককানগী ইথক-ইরাংদা লময়ৌবী লৈশাবীশিংসে মা ফারুব নুপাদুগুম্বা অমমম্না অমুক্তং ফরগা বারকহল্লবদি ফগনিসে।"

অদুবু মীনা থাজবীয়ু য়ারোইদবা বাফম অমদি থাজমানবী ঙসিসু লৈরাংগী লৈকাদা খোইম্নুগী খোঙ্গুল তাদ্রিবীগুম্বিনি। অদুমক্সু ওইবা য়াই, থাজমানবীনা বীমোলং কাউবা ঙমদ্রিবসিসু। নুপী ওইবীগী ইথক-ইরাংদা নুপা ওইবগী ইনখৎলকপা যৌবনগী মতমদা নুংশিবা লৈনম্না নাতোন্দা হঞ্জিন-হঞ্জিল ফাওরক্লুবসু লৈনমদুবু নমদবা ঙম্ব খোইমুগী মশীংদি খরা মতাঙ্গনি। করিগুম্বা বীমোলনা অতৈ করাম চাউবা মতমগী লমহেনবা পাখংশিংনা ফাওনবা বাখলগুম্না থাজমানবীবু ফাখিবা নুমিত্তুদা থাজমানবীন থেংলবা অহীংগী মতমদা বীমোলনা মতোমতা তুমহৌবা য়ুমদোমপোক মচাদু তান মাবু উনবা লাকখিবা মিকুপ্তুদা থম্মোই খুদুম চনবা ঙমদদুনা পুক্নিংগী পল নমখায়রক্লুন থাজমানবীগী থম্মোইগী নুংশি ঈপাক-ঈয়ায়দা বীমোলগী থম্মোইগী হিয়াং-হিরেন্দ হোঞ্জিল্লম্বা থোক্লবা; থাজমানবীনা মাবু ঙসিগী থাকসি য়ৌনা খক খল্লম্লোই।

অমরোমদা বীমোলগী হিয়াং-হিরেন্দুনা থাজগী থম্মোইগী নুংশি ইপাক-ঈয়ায়দুদা থৌজিন্দুনা নৈখায়রম্বা থোক্লবা; অদুগুম্বা নুংশি ঈপাক্তা থম্বালদগী ওল্লকপা থমচেং মরল্লা মনুংদা ময়োল চোংলগা লৈমায়দা কেনবা ঙমদনা ঙাইরম্বদা বীমোলগী হিয়াং-হিরেম্না থেংবদগী কেন্দুনা নুংশি ঈপাক্তুদা তাখিরম্বা থোক্লবা; মরুদগী ময়োল শোয়দনা

চোংখৎলমগনি। অনৌবা খয়োম অমগী মমি শোয়দনা তম্লমগনি। মতমদুদা শাবী-শানৌগী তেল্লবা মিকুপ অমগী খন্নহৌদবা নুংঙাইবদুনা নমহৎখিদুনা তুংদা অচৌবা সমাজগী বাংলবা পল অমা অমুক খাগৎলমগদবদু বীমোলগী বাখলনা মতমদুদা উরম্বসু য়ায়। মাগী বাংলবা থম্মোইদুবুনি থাজমানবীগী থম্মোইনা ঙসি তত্তনা উনীংলিবা। মহাক য়াওদ্রবা পুন্সি অরেম্বনি খল্লক্লিবা। থম্মোই অনীগী নুংগী ওইবা মরীসে নুংশিদ্রা? মসি সাবী-শানৌ অনীগী মরক্তনি।

কুম অমগী অচৌবা কুম্মৈ থৌদোক লাকপা মতমদা নুমিৎ খরনি বাৎলিঙেদা থাজমানবী গাড়ী মচা অমা তোংলগা বীমোলখোয়গী য়ুমদা হেক্তা লাকই। বীমোলগী মমা কমলানা শেৎনবা ফনেক, ইন্নবা ফি লৈরগা পুরকই। তোন্দোনগী অবাৎ-অপা হংই। ফুরিৎ-খোংগ্রাও, জরসি, খোঙউপ্পচিংবা লৈনবা পৈশা পী। মদু তৌরকনু হায়রবা মতমদা থাজমানবীনা হায়রকই, – “ইমা! ইমানা নচা ঐবু নচা-নমৌগুম্না উবীবা ঙম্বীদব্রা? তোন্দোন্না ঐবু মচে অমা ওইনা নৎত্রগা মতৈমনি খনবীবসিবু কয়াম কায়বগে?”

মীৎলুগী পিরাংগা লোয়ননা ঙাঙলকপা বাঙাঙদু তারগা করম্বা কনাগী ঋমানা তাদবা ঙমগনি?

“ঐগী ইরাল অমনা অহৌবা ওইরগা তাবীমোলনা অবাবা পুন্সি অমদা লেল্লমগদবদুগী লমন ঐনা হন্দক মপোকসিদা শিংবা ঙম্লরোই। ইমা! ঐসু থম্মোইসিদা য়াম্না বাজরিবনি। ঐনা য়ুমসিদা নুংত্তিগী লাকপসু নত্তে। মরক-মরক্তা করিগুম্বা কান্দা তাবীমোলগী মপাউ হংনীংলকপা মতমদা য়ুমসিদা লাকচবদা ইমাগা তোন্দোনগনা ঐগী চংজফমদুদদি পীনবীয়ু। মদুনা ঐগী অপেনবা ওইজগে? নোংমতং চাক চারা অমত্তা ওইরবসু পুন্না চামিন্নসি কৈদৌবগে? ঐগী পোখাফম ইমাখোয়গী য়ুমসিদা ওইজগে?”

নুপী ওইবীগী অবাবা নুপী ওইবী অমনদি খঙবীফম থোকই। থাজমানবীগী অবাবা কমলাসু করিগী খঙদনি। অদুবু থাক মান্নদবা পুন্সিগী মহিং অমমমদা হিংনবা মশেল ওইবনিনা থাজমানবীনা লায়রবা ইমুং বীমোলগী য়ুমদা চং-খোত্তুনা তৌবদা কনাগুম্বনা উবা য়াওরগা লৈবাক্তা শকখঙনরিবা মপাবুং ডাইরেক্তরদা পাউ পীখ্রগা হান্নগী বাথোক্কুম্না অমুক হঞ্জিন্দুনা থোক্লবদি করি ওইগনি খল্লুবদা কমলানা বাজবনি। মাসু হান্না অদুক শাথিরম্বী নুপীমচাসিনা মচা বীমোলবু করি মরমদগী অসুক য়াম্না থাজরক্লিবনো হায়বসি খল্লুবদা মাগী জ্ঞান্না লাম্বা ফংদে।

থাজনা থম্মোই শেংনা হায়জবদু তারগা কমলা মচা নিংঙোলগা পোকচদবগা "ফরে, ইবেম্মা! হন্দকী লাকদৌরিবা হিয়াঙ্গেগী নিংঙোল চাকৌবা নুমিত্তা ইচাবু ইমানা চাক কৌরগে?

নুমিত্তুদা ইচানা ওত্তনা লাক্লগা চাক থোংলগা ইমা-ইচা ঐখোয় অহুম চাক চামিন্নরসি!"

অসি হায়না থাজমানবীগী পূক্লিং ফাথবীরগা চৎহনখ্রে। থাজমানবী কমলানা চাকৌবীগে হায়বদুদা নুমিত্তু যাম্না থুনা ওইহন্নীংবগী বাখল অমদা তাওরগা চৎখ্রে। কমলানদি বাহেদু হায়খিবা মতমদা থাজগী মমা-পাবুংনা হান্না য়ারক্কনি, য়ারক্লোই হায়বগী মতাংদদি খঙক্লবা নত্তে। চুন্না সুম হায়খিবনি।

থাজমানবী, মমা পাবুংগী অয়াবা লৌরগা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী গার্লস হোষ্টেলদা লৈরে। ক্লাসসু চাং নাইনা চৎখবা হৌরে। মাগী রুমমেটনা থৌবাল ক্ষেত্রি লৈকায়দগী বালানি। বালা অমদি থাজমানবী মত চানরুবদগী ময়ুম-ময়ুমদা অমনা অমবু পুদুনা অহীং লেকপা, অহল লমন খঙনবা লৈখ্রে। মশা-মশাগী নুংশি-নুংঙোলগী মতাংদসু বারী অদুম তৌনে। থাজনা মাগা বীমোলগা থোকখিবা থৌদোক্তুগী মতাংদা মী অতৈদা তমদ্রবসু বালাদদি বারী লীদুনা তাহনখ্রে। বালাসু থাজগী বারী তারুবদগী বীমোলদু অমুক্তং হিংলমদুনা ফৎ ফাওদোরক্রুবদি নুংঙাইনিদা খল্লি।

থাজগী বাখলদা চাকৌবা লাকহন্নীংবনা লোইরে। বীমোলখোয়গীদা চৎনীংবনা খাঙবা ওন্নক্তদুনা চাকৌবা নুমিৎ মঙানি বাথলিঙেদা লাকই। মা লাকপা উবদা তোন্দোন হরাওই। নহান মমানা হিয়াঙ্গেগী নীনি পানবদা চাকৌবীগে হায়খিবদু নীংশিংলক্তুনা তোন্দোন্না মমাদা হায়রকই, –"ইমা, ইমা! ইচে চাকৌবগী বার্তোন হায়বদু পীখ্রসিদনা?"

"চুম্মীনে, ইচা লাকইঙেসিদা তানবু চারে।" অসি হায়রগা কমলানা পান-তাঙ্গা অমা শেন্নগা থাজমানবীদা বার্তোন পীরে।

"তৌদ্রসু য়াবসিবু" হায়রগা বার্তোন্দু লৌরে।

থাজমানবী, ঙসিসু বীমোলগী মরমদা পাউ হংবদি কাউদে, "ইমা! তাবীমোলগী পাউ করিমত্তা তাবীদব্রা?"

"ইবেম্মা! নঙনা চহী ফারক্লবা মতমসি ফাওবদা য়ুমসিদা লাকপা খুদিংগী ইচাগী মরম হেক-হেক হংলবসিদা ইমাসু ইচাগী মশক্তো হেক্তা উরকই। ইমাবু কা হায়না খুন্নসিগে? নঙদি নশা নহানি। মাগী বাখল কাউনবা হোৎনবনা ইচাগী অফ ওইগনি। য়ুম পানবগী চহী মতাং হেনখ্রবসু ইবেম্মবু পোকপা ইমা-পাবুংগী বাখ

নুংঙাইরোই। ইচাদি নতোমদসু পোকপনি। ইচাগী পল্সি অদুম্না মাঙহন্নীংদে। ঐগী ইচাদুদি নুপানিদো। নুপা হায়বসিদি তম্বা ঙম্বা নত্তে। মাগুম্না মাঙখিবা নুপা কয়া চহী তরা কুন লৈরগা য়ুমদা খোরকপদা নুপী অঙাং লৈরমদুনা পুরগা খোরকপা ইমা য়াম্না খেংনখ্রে। চীংনুং-মানুংদা খোকপা য়াদদুনা লৈবদগী মফমদুগী নুপী লৌরগা জাৎ ওল্লগা লৈরম্বসু কনানা তম্বা ঙম্মী?"

"ইমা! অদুম্না হায়বীগনু! তাবীমোলনা অদুম্না শক তৌরক্রোই। অদু, ইমা! মাদি অপঙবা লাইরিক হৈত্তবা মীসু নত্তে, ঈ-পাউ অমদি খঙহল্লকফম খোকপনি!"

"খঙদ্রেদা ইচাশা! মীনা থীনা ফুবদগী মখুৎ থুদেকপীদুনা নৎত্রগা মমীংকা থুগায়বীদুনা মমীৎ উদবদগী পাউ পীবা ঙমদবা ওইরম্বসু তম্বা ঙমদে। ইমাদি জাৎ-জাৎপু খঙ্জিল্লক্রেদা!"

থাজমানবী, কমলাগী ভাবনা শারিবা ৱাখলদু ওইরম্লবদি হায়না খঙ্জিল্লুরমাগ্রে, হিক্লা-হিক্লা অমুক কপখোরক্লে।

"ইমা! ঐদি য়ুম পান্দ্রবসু য়ারেদা। অদুবু ইমাখোয়না ঐবু য়ুমসিদা চংবদি অশিংবা থম্বীগনু! ঐ নোংম নৎত্রগা নোংমদি তাবীমোল য়ুমসিদা হল্লকনি হায়বসিদা অচেৎপা থাজবা মাঙদ্রি। অদু ইমা! ঐ অমুক চৎচরগে? হয়েং চাকৌবা নুমিত্তা ঙম্ত্র লাকচরগে?" অসি হায়রগা থাজদু খোকখ্রে।

কমলা, থাজগী থম্মোইগী অৱাবদুনা মচাবু য়াম্না থুনা য়ুমসিদা খঙহৌদনা থুংলরবদি হায়না ৱাখল অমমুক শাগৎচরুই।

হয়েং চাকৌবা নুমিৎনি হায়বদুদা ইন্দুরেখা অমদি বীরমঙ্গল য়ুনিভর্সিটিগী গার্লস হোস্টেল তানা মচানুপী লৌবা লাকই।

থাজ খোরক্লগা মমা-পাবুং উনরে। বালাসু মাগা লোইননা খোরকই।

"ইমা, পাবুং! ঐ হন্দক্কী চাকৌবসে য়ুমদা য়াওররোই; বালাখোয়গী দাদানা নহান বার্তোন পীরম্লে। মখোয়গীদা ওইনা য়াওরুরগে?"

অমত্তা পোকচবী মচানুপীনা কুম অমগী মনুংদা অমুকশক খোকপা নিংঙোল চাকৌবদফাওবা ময়ুমদা চৎনীংগ্রিবসিগী মরম অমদি লৈফম খোকই হায়না শল্লকই। মচানুপীনা হান্না লাকীংদবগী ৱাঙাং অমনা থৎখিবদুদা বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখা তৌফম খঙদ্রে। বালাদি থাজনা শেম-শারগা মমা-পাবুংদা ঙাঙলিবা ৱাদুদা জ্ঞানবু মাঙলে। মাদি থাজবু মখোয়গীদা চাকৌবা চৎপগী ৱাদি হৌদোকখিদে।

বীরমঙ্গল, উপায় লৈত্রবদুদা হায়রকই, — "ইচা বালানা বার্জোন হানগ্রবনিনা ইপাগী উপায় লৈত্রে। মথং চহীদদি ঐখোয়গীদা ঐনা অমুক পুন্না কৌবা হায়বদু তারে।"

অসি হায়রল্লগা নীংবা কায়না হনখ্রে। মমা-পাবুং হনগ্রবা তুংদা বালাদা বাফমদু থাজনা ভাব তানা শেংদোকই। মদুগী তুংদা মখোয় অনী কেন্টর তোংলগা খাইরম্বন্দ বজার চত্তুনা অথুম-অহাও, অঙ্গুরনচিংবা কয়া লৈরুরে। হয়েংগী বাখলদা নুংঙাইনা তুমখিবা অহীংদু লোইদুনা নোংঙাল্লে। ঙস্ত্র হৌগৎলগা বাথ রুমদা চংদুনা ঈরু-মায়থজবা লোইরে। মফি-মরোল হোংদোকখ্রে। মখোয় অনী চপ মান্ননা মাগী-মাগী পুগদবা খাউ অমমম য়াল্লগা কাগী থোঙ শো লোল্লল্লগা হোষ্টেলদগী য়ুনিভর্সিটিগী গেট তানা থোরকই।

য়ুনিভর্সিটিগী গেটতা বালানা থৌবাল চৎকদবা বস ঙাইদুনা লেপহৌরগা থাজনা ওটোরিক্সো অমা বায়রগা তোংদুনা লাকই। শিংজমৈ থোঙ লাল্লগা খোঙমন মণ্ডজিন্দগী মমাঙ পাংনা অসুম থৌরগা কোংবা নান্দেবম লৈকায় য়ৌদুনা ওটোরিক্সোদু বীমোলখোয়গী লৈরক মচাদুদা থৌজিনখ্রে।

বীমোলখোয়গী থোঙ্গালদা ওটোরিক্সো খামহল্লগা ড্রাইভরদু ভারা পীরগা থাদোকখ্রে। তোন্দোন ওটোরিক্সো মখোল তাবদুদা চেঙ্গোরকই।

"ইচে! য়ৌরক্লব্রা? করিনো ময়ামদুবো? ঐ পায়গে" হায়রগা তোন্দোন্না খাউদু পায়রগা মাঙ থাদুনা চংলকই।

কমলা, ডারী মপান্দা ঙাইরি, — "ইচা য়ৌরক্লেদনা!" হায়না কৌই। থাজনা শেৎলিবা ফিদু চাক্কৌবগী য়াম্না কেবা ফিজোল নত্তে। সনাসু ময়াম অমা শিবা নত্তে। য়াম্না চন্না খঙন-চান্নবা ইমুং অমদা চৎপগী মওংদা লাকপনি। মাগী বাখলদদি মনুংগী মীনা খঙদবা ঈচেল অমদা মাগা ইমুংসিগা লৈনরিবা মরীদুনা চিংলগা লাকচবনি। য়ুম্নোন-কৈরোন্নবনা উবদসু খঙন-চান্নবা কমলাগী মনাওগী নৎত্রগা মচেগী মচানুপী চুন্না লাক্লিবোই খল্লমগনি। মদুমক্তি থাজনা পামজরিবসু। থাজদু মফি হোংদোক্লগা চন্দোল থিন্নবা তৌই। কমলাদি মানা হেক পোকচবী মচা নুপীনা চাক্কৌবা লাক্লিবোই নীংলুরে। মাগী বাখলদা থাজবু তোয়না য়ুমসিদা উবদগী মচাগুন্না খনবা ঙম্নক্লে। মদুগী মথক্তা থাজগী বাঙাঙ, তৌথোরকপা খুদিংমক্তা কমলানা য়ানীংদবা অমত্তা উদ্রি।

খম্বা থোইবীগী বারীদা মোইরাং নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো য়ুবরাজ চিংখুবগী অমত্তা পোকপী থোইবীনা খম্বগীদমক খনখিবদুগা মান্নবা বাখল অমদা মাগী পূক্লিং

বাখলবুসু থাজনা ফাবগুম তৌরি। অমরোমদা অমুক মচানুপা বীমোলগা থাজগা লুহোংবা নোংঙানবদা উবা থাজগী মশক ওইরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইরমগবা হায়নসু খল্লুরি। অবাবগা নুংঙাইবগা অনীগী ময়ায়দা কমলা তৌফম খঙজদ্রে।

তোন্দোন শীঙ অখায়বদু চাকখুমদা পুশিল্লকই।

"ইচে! ঐখোয়গীদি গ্যাসনা চাক থোংদ্রি।"

"হেরা! ইনাওসিদি শীঙনা থোংবনা গ্যাসনা থোংবদগী হেন্না হাউবনি। ঙা থোংবসু শীঙনা থোংবনা ওইনন্না হাউই হায়নরিদুদি। গ্যাস হায়বসিদি মতমগী লকজরিগী বানি।"

"ইচে! ঙাদি কম্মন কার্প ওইনা লৈরে। ঐনা শেম্বসু লোইরে।"

"কম্মন কার্প্তি ঐগী খ্বাইদগী পামজবা ঙানি। ঐদি কম্মন কার্পকী মরুমগা ঙারিংখাগা তোঙান্না থাউ, থুম, মোরোক, মরু-মরাং, য়াইঙং লোইনা নম্না তোৎলগা য়াইঙংলাদা ঙানম নম্বগুম প্রেসর কুক্করদা কান্নগা চাবদু খোইথুম্ননা হাউই। মদুমসু তৌসি। য়াইঙংলা হৌরবদি অমনীদা হেক্রকউ!"

"হৌরিয়ে, ইচে! ঐ হেকউগে?" তোন্দোন য়াইঙলা হেকপা চৎখ্রে।

বারী তৌন-তৌনা থাজমানবী চাকখুম চংদুনা চাক থোংবা হৌরে। মখোঙদু সেন্দল তোংদে। খুনীংদুনা কয়াদা নাল্লিবা। খোঙদাসু খুরুম খোঙদানি। য়েংবদা ওয়োক্লা লুনা-নান্না উরে।

কমলা, থাজগী মখোঙদা সেন্দল য়াওদবদুদা, –"ইবেম্মা! নঙবু নখোঙদু ইংগনি; সেন্দল অমা তোংশিল্লুদনা! ইমাদি লোইনা য়াইদা।"

"য়ানি ইমা! ইংদেদা।"

নীংদু য়ৌনা শাংলবা শমদু নিংথিনা পুনশিল্লগা ফদি অমনা মকোক্তা য়েৎশিনবদু লৌ গুরিবা নেপালি লৈশাবীবু মাল্লে। মানা তৌথোরকপা খুদিংমক ইপক্তা পকচৈ। অদুবু য়ুমসিগী মপু ওইগদবা মানা নীংজরিবা মহাক্তুদি য়াওদবনা মপুং ফাবদি কয়া ঙমদ্রে।

তোন্দোন্না য়াইঙংলা চামথোক্লগা পুশিল্লকই। অদুগী তুংদা থাজনা চাক থোংবদা খরা নুংঙাইজ্জনবা তোন্দোন্না মোরা অমা পুশিল্লকই।

"ইচে! মোরাসিদা ফল্লগা খরা কোম্না থোংবীয়ু।'

থাজ, ময়োরাদু লৌশিল্লগা কন্সী।

তোন্দোন্না মরু-মরাং অশুবা, মোরোক, তিলহৌ, চনম, শিং, হৈরুবোপ, তেজপাং শুনা মথং-মনাও নাইনা লা অমদা হাপ্পগা থম্মী।

পুজারিগী থবায় য়াওবসি উরগদি মানা থোংলিবা চাক-এঙ্খাংসি শোয়গদবা মান্দে। মহাও লৈনা অউবা খুদিংমক্কা চানীংগদবা মাল্লি।

তোন্দোনগা থাজগা বারী শা-শাদুনা চাক থোংলিঙৈদো কমলানা উপু হাংদোক্লগা থায়নগী পোৎ অরুবা খরা থিরি। থায়না বীমোলনা পীক্রিঙৈদা কোনুংদা যণশেনবা লীলা য়াওখিবগী ফ্রেম চনবা ফোটো অমা থেংনরুরে। কমলা, ফি অমনা শেংনা তৈথোক্লগা পুথোরক্নুনা থাজদা উৎলি।

"ইবেম্মা! য়েংউসে! ইচা বীমোলনা অঙাং ওইরিঙৈদা যণশেনবা য়াওবগী ফোটোনি।"

থাজ, মিকুপ্পুদা বীমোলগী ভোটোনি হায়রকপদুদা বীমোল লাক্লবোই নীংলুরে। খঙহৌদনা থম্মোইনুংদা প্রেমগী ঈথক অমা লাকপগুম তৌখি।

থাজ, বীমোলগী অঙাং ওইরিঙৈগী ফোটোদু য়ান্না পামজনা পায়রগা য়েংই। "ওহ্যোক্লা নুংশিখ্রেদা! হয়েং তাবীমোল থোরক্লগা ঐগা মাগা লুহোংলবা তুংদা ঐখোয় অনীগী ইচাদো অসুন্না ফিজেৎ শেৎহন্নগা কোনুংগী যণশেনবা লীলা য়াওহনসিরা? ঐনা পোকচবা ইচাদুসু মপাদি শোয়দনা মানগনিকো।" বাখলগী নুংঙাইরবা ঈপোম মরক্তা পিরাংগী ঈথক হৌরক্লবোই, থাজগী মীৎলু অনীদগী পিরাংনা লৈমায়দা তাশি তাঙমদা, ফিজিদা তৈথোকসি কদায় ওহ্যোক্লা বানা খাঙজরি। ফোটো য়েংবা লোইরগা কমলাদা অমুক শিন্নরে। ঙাইহাক বাখল অমদা লৈরুরিঙৈদা চফু শৌরম্লে। চাক থোংবদা অমুক পূক্লিং চংখ্রে।

"তা তোন্দোন, তা তোন্দোন লৈতব্রা?" কনানো নুপীমচা অমা মাপন্দগী কৌবা তাই।

"হো লৈয়ে কনানো?"

"ঐনে।" মপান্দা সখি লেপ্পুনা লৈরম্মী।

"করি হায়গে সখি?"

"অদুবুরো, তাতোন্দোন! ঐখোয় মোমোচাগা ঐগা কাকৈথেল কাওবদা অমুক্তা থিনবীয়ো। গাড়ীদো হন্নক্লগা ইন্দোমচানা পুনিয়ে।"

শোম্বাংলনা, –"অ তোন্দোন ! কনানো লৈশাবী অমা চাক থোংলিসিবো ? মশক য়াম ফজেয়ে !"

"মসি অঙাংসিগী মমীথসি উথ্রপোৎনি। থাংমৈবন্দগী ঐখোয় ইচেনি।"

"থাংমৈবন্দবু নখোয় ইচে লৈব্রনে ?"

"লৈ, চৎলম্মো ! ঐ লাক্রগে ?"

অয়ুক্কী পুং তরারোম তারক্রে। চাক্কৌবা নুমিৎনিনা মীনা লম্বী শড়ক চিনবা হৌরে। সখি ময়ুমদা লোইশিনবা চৎখ্রে।

তোন্দোন মফি হোংদোক্লবা মাগী কাদা চংখি। মফি হোংবা লোইদুনা থোরক্রে।

থাজ, –"তোন্দোন ! কদাইদা চত্তোইনো ?"

"ইচে ! ঐ মখোয়গী মখা থংবগী নুপীমচা অমখক্তা কা কৈথেল ফাওবদা থিনবীরুগে ?"

"মী চিনবসিদা গাড়ী থৌবদা চেকশিল্লুকো !"

"ঔ, ইচে ! ইমা ! ঐ চৎলুখিগে ?"

"হায় ! মীগী গাড়ীদু য়েংল-য়েংলগা থৌকো !"

তোন্দোন সখি থিন্নবগীদমক য়ুমদগী থোকখ্রে।

তোন্দোন চৎখ্রবনিনা থাজ মতোমতা অমুক ঙাইহৌরে। কমলা অমুক চংলক্লুনা ফম্লরে।

"ইমা চা লোনসিরা ?"

"ইমাদি চা কয়া পামদেদা !"

"ইচানা অসুম্না য়ুমসিগী মৌ ওইরগা লাক্রবনি হায়রদি ইমাগী থম্মোইসে কয়াদা পেনগদবা !"

"ইমা ! বাখল খরা নুংঙাইথোকপীয়ুদা ! নোংমা শোয়দনা মতমদু লাকখিনিদা ! ঐখোয়না কনাগী মফমদা তৌহৈদবা অচৌবা অরানবা তৌখিবসু লৈতে। মসিদা ইশ্বরনা করিগী ঐখোয়বু অদুক চাওবা দন্দি পীফম থোক্কদগে ? লাইশু মমীৎ পানফম থোকই, মাসু অচুম্বা খরদি তৌফম থোকই।"

ঙাংনরিবা অনীমক মীৎলুগী পিদি লোইনা চোৎনরে।

"ইচানা পামগদ্রা ননাও অসিনা হায়বদগী ইমানা ফন্নেক অমগা খাঙ্খিফি অমগা ইচাগী লৈদুনা লৈরে।"

"করিগী লৈখীরুরিবা? ঐদি চাকৌবগী লাকপসু নত্তবসিবো? ইমাগা তোন্দোনগা পুম্না চাক চরা অমত্তং চুম্না চামিন্নীংবগী লাকচবনি। ঐনদুম ইমাগী তৌফম থোকপনি।"

"খণ্ড্রেদা, ইচাশা! ইমাদি খল্লরোই হায়বসি হেক্তা ঙমদবা।"

কমলা, ফন্নবদগী হৌগৎখ্রে।

চাক্তি লোইরে। কমলাসু ঈরু লুজবা থোকখ্রে। তোন্দোন্দু পাক হল্লক্তে। থাজনা খল্লি, —"করি তৌরবজাৎনো, মদুনা হল্লক্লিবসিবো?"

কমলা, ঈরুজবা লোইরগা চন্দোন-চবা থিনবা লোইরে। পুংদি বারো তাগদৌরে। শড়ক্তা মী য়াম্না চিল্লখদুসু খরা কোম্নরক্রে। সখিগী মন্দোমচাসু তোন্দোন হল্লক্তবদুদা ওটোরিক্সো অমা খাইরগা চাকৌবা চৎখ্রে।

কমলা, নুংশা থিদুনা লৈরক মচিন ফাওবা থোরক্রগা মচা হল্লকপ্রা য়েংলি।

কমলানা মচা লাকপা ঙাইরিঙেদা লৈকায়গী পাখং অমনা, —"ইনে! তোন্দোন্দু মাগী গাড়ীনা শিংজমৈ থোংখোঙদা লৈশাবী অমা থেংবদগী লৈশাবীদু মকোক কায়বদগী হোস্পিটালদা পুনবা তৌহৌবনি।"

"ইস! করম্নো তৌরিসিদি! কনা চৎলগা পাউ লৌরুগনি? য়ুমদসু মীগী মচানুপী অমা লৈহৌরি। কমলা খাখলনা উংলগা য়ুমদা চংলকই। তমসি কদায়, তমদসি করম্নো. তৌফম খণ্ড্রে।

মাগী শকফমদু উবদা থাজনা, —"কৈদৌরে ইমা?"

"ইবেম্মা! ননাওদু মীগী মচা লৈশাবী অমা মানা থৌবা গাড়ীনা থেংলু[illegible] হায়না তম্নম্মীনে। করিগীনো মানা মীগী পাখোল অসুক য়াম্না ফরুরিবসিবো? ঙসির্গ নুমিৎসিদা ইচাসু লাক্তুনা চাক থোংহৌরি হায়বসে মাসু খঙলিবনি। ঙম্লোই কো[illegible] হায়রগা লোইরদুদা। ঐগী লাইবকসিদি!"

"ইমা! লৈকায়গী মবুং-মৌপ্পা ওইবনিনা মীনা হায়বদু য়াদবা ঙমদদুনা তৌরিবনী ঐ হোস্পিটাল ফাওবা চৎলগা অমুক্তা য়েংজরুগে?"

অসি হায়রগা থাজদু মফি হোংদোকখ্রে। কমলাসু তৌফম খণ্ডদদুনা চৎলুগ[illegible] হায়বসু ঙমদ্রে। থাজদো, —"ইমা নচা চৎলুখিগে" হায়রম্নগা থোরক্রে।

তান চারুদুনা ওটোরিক্সো অমা কোংবরোমদগী লাকই, ওটোরিক্সোদু খাল্লগা থাজ ওটোদুদা কাখৎখ্রে। শিংজমৈ থোং লাম্লে। ঙায়োনবী অমা অনী লম্বী মতাইদা ঙা খরা থারগা লৈবদগী হেন্না মী ইউ-উদ্রে। মখোয়দুদা চংশিল্লগা থৌদোক্তু উবীহৌব্রা হংই। ঙায়োনবী অমনা উহৌই, অশোকপদু হোস্পিটালদা পুখ্রে হায়রে। করম্বা হোস্পিটালদনো হায়বদি ময়েক অমুক শেংদ্রে। রিমসতা চৎলগা লাইবক য়েংলুবনা ফগদ্রা খনবদগী রিমসতা ওইনা ওটোদু থৌহল্লে। রিমস য়ৌরগা কেজুয়েলটিদা চংলকই। পাউ লৌরম্বদা প্রাইভেট বার্দতা পুখ্রে হায়বা তরে। মথং-মথং হংলগা চংলকপদা অশোকপগী লৈফমদু য়ৌরে। অদুবু তোন্দোন্দি মফমদুদা লৈরম্বা উদ্রে। লৈরল্লিবা মীশিংদুনা ঙাংনবদা তোন্দোন ময়ুমদগী পৈশা লৌরুগনি চৎথ্রগা হল্লক্লে হায়বা তারে।

থাজনা অনাবদু কয়াম থীনা শোকপনো য়েংবা চংলকই, মকোক্তু কায়দুনা মফম অহুম ফোংলে। মখোঙ ওইথংবদু খুরাইদা খরা শোক্তুনা থাবা য়াদে হায়।

“পৈশা হায়বদু কয়া য়াম্না চংগদবনো? হৌজিক্কী শীজিন্নবা লুপা লীশীং অনীখক থমজরমগে? বাংলবসু নুমিদাংবাইদা অমুক থিঞ্জরক্কে” হায়রুরে। শোক্লিবা লৈশাবীদুগী মমাদুনা হংলকই, – “ইবেম্মবু কনা ওইরবনো?”

“ঐ নুপামচাদুগী মচেনি।”

“লৈকায় অমুক্তা তাকপীরম্মু।”

থাজনা চে অমদা তোন্দোনগী মিং, লৈফম ইরগা পীরে।

পৈশাদুসু লৌহৌরে। লৈশাবীদুগী মমায়দা শোক্রমদবদুমদি য়াম্না লাইবক ফরে হায়না থাজনা খল্লি।

“ঐ অমুক য়ৌজরগে” হায়রল্লগা থাজ মফমদুদগী থোরক্লে। গাড়ী থাফমদা চংদুনা ওটোরিক্সো অমা ফারগা কোংবা চৎনবা হায়নৈ।

তাঞ্জাদুদা তোন্দোন অতোপ্পা ওটোরিক্সো অমদা তোংলগা লাক্রগা মফমদুদা খাম্মী। থাজনা তোন্দোনবু উরে। “তোন্দোন, তোন্দোন” অনীরক কৌই। তোন্দোন কৌবদু তাদুনা মমায় লৈথোরকই। থাজ উবদা থাজগী মনাক্তা চংশিল্লকই। “ইচে! ঐ য়ুম য়ৌরুরে। ইচে সিদা চৎখ্রে হায়না ইমানা তম্মী। অদু, ঐ পৈশা খরা পীরম্লগা থোরক্লগে? পুন্না চৎথিন্নরসি।”

“ঙাইখো! ইচে বা হায়গে? মখোয় শাউরিবনী। হোরেল নুমিদাংবাইদা অমুক লাকসি! হৌজিক্কীদি ইচেনা ফনবা ঙাঙনরগা ইংথদুনা লৈহৌরে। মখোয় য়াম্না নংবা ইমুংসু মান্দে। য়ুমদা হাম্না চৎলুখিসি।”

অসি হায়রগা তোন্দোন পুন্না থাজগা ওটোরিম্লো অমদা কোংবা তানা লাকমিল্লরে।

মানা ঙসাই থৌরুবা গাড়ীদুদি ককবা পুলিসতা লৈখ্রে। তোন্দোন গাড়ীদুগীসু মথা শারি। মীগী থবক তৌবীরুবা ওইরবসু হৌজিক্তি মানা থৌওইনা থোকহল্লুবগা চপ মান্নরে। মখোয় অনী পুন্না হনমিল্লরকপা উবদা কমলাদু অবাবা খরদি হল্লবগুম তৌই।

"করম করম হায়নরম্মে?"

তোন্দোন, —"ইচেনা ঙনবা হায়নরম্মে।"

থাজ, মখোঙ-মখুৎ হ্যামদোক্রগা মফি অমুক হোংদোক্রগা চাক-এল্লাং শেমদুনা চামিল্লনবা শীল্লে। পুক্লিং নুংঙাইনা মতম চানা নোক-নোক্নুনা চামিল্লগদবা চাকৌবগী এল্লাং মথেলশিংদু নুংশুক-নুংজাননা নুংঙাইতবা বাখল অমগা লোয়ননা চাবনীনা হাউফমসু খঙদ্রে।

চাক চাবা লোইশিল্লগা তোন্দোন্না থাজগী দক্ষিনা তৌবগী থুরুম্বদা হিক্লা-হিক্লা কপথোরক্লে। কমলা অমদি থাজসু মীৎলুগী পিরাং থিংবা অমত্তা ঙমদ্রে। অসিগুম্বা মতাংসিদা বীমোলদু ময়ুমদা থুংলরবদি অবাবসি খরদি কোক্রমগনি।

মীগী মচা লৈশাবী অমা গাড়ীনা থেংদুনা মকোক কায়হল্লুবা, মখোঙ তেকহল্লুবা হায়বসি ইরায়-লায়বা বাফমদি ওইরোই হায়বসি তোন্দোন খঙই।

থাজসু চপ মান্নবা বাখল ফাওই।

হায়রিঙেদা লেদর জেকেৎ লীৎপা নুপা অনীখক মোটোর সাইকল অমদা লাক্লগা তোন্দোনখোয়গী থোঙ্গালদা খাম্মী। মখোয় অনী মখোঙনা চংলকই।

থাজনা হায়বদগী তোন্দোনদি ইমুংদা লৈ। থাজনা মপাল থোরকপদা কমলাসু য়াওই। —"করি থবক্কী, কনা উনবীগদবনো?"

"ঐখোয় তোন্দোন উল্লগে? মানা ঐগী ইচলনুপী গাড়ীনা থেংজিল্লল্লগা য়ুমদগী পৈশা লৌরুনি হায়না মতাং তৌরম্লগা লাক্লে। মশা লৈরবদি অমুক্তা উনগে?

"ইবুংঙোখোয়না লাক্লিবসিবু অনাবা মফমদগীরা? ত্তিদাক লৈনবা পৈশা খরদি ঐনা অশোকপীদুগী মমাদা থমজরম্বনি।"

"পৈশাদি কয়নো?"

"য়াম্বুদি য়াম্বা নত্তে, লুপা লীশীং অনীথক্তনি।"

"লুপা লীশীং অনীনদি কৈদৌদোইবা?"

"ইবুংঙোখোয় ! মাসু চাক্কৌবগী মী চিনবদুদা শোয়বা ওইরমগনি। তশেংনা নুপীমচাদুবু অতম্বনা থেংগে য়াওনা থেংবদি ওইরম্লোই। অশোকপগী লায়েংবগী অচংবা পৈশাদু মাবু পুথোকহনগে ? মীগী মচা অমা শোক্রবনিনা মাসু চেনবা য়ারোই। ইবুংঙোখোয়বু অশোকপদুগা করি মরী থোক্রবনো ?"

"ঐ অশোকপী নুপীমচাদুগী মবুংনি। ঐখোয়গী পাবুংসু চুরাচান্দপুরগী দি সিনি। পাবুংসু চুরাচান্দপুরদা লৈখি। ইচনগী অফ-ফত্ত পুম্নমক ঐগী দাইনি। ইচন্দু জ্ঞান তাদ্রি, মকোক্তা থীনা শোক্রে, মখোঙসু নাম্মা তেক্রে। মপান্দা পুবা তারবদি লুপা লাক্ষ হেন্না চংগনি। অদু য়ামদ্রবদা নখোয় হান্না লুপা লীশীং য়াথ্রে ফাওবদি পীফম থোকপনি।"

"ইবুংঙোখোয়গী ইচম্নুপী লায়েংবদা চংবা পৈশা পুম্নমক পুথোক্কে হায়বসিদগী করি হেন্না ভাঙননিঙাই লৈরিবগে ?"

"মদু য়ারোই ! হৌজিকমক লুপা লীশীং য়াথ্রে পীগদবনি।"

"ইবুংঙো ! কোন্না তপ্পা ভাঙনরসি ! ঙসিদি ঐখোয়সু থৌদোক্তু থোক্কনি খঙদবনা পৈশাদু থৌরাং তৌহৌদ্রে। ঐনা ইবুংঙোখোয়গী ইমাদা পৈশা শিন্নরম্বা মতমদদি ইমাদুনা করিসু হায়হৌদে।"

"ঐখোয় ইমানা খঙপোং নত্তেদা। ঐনা হায়রিসিনি পৈশাদু হৌজিকমক পীবীরো !"

"ইবুংঙো ! ঐখোয় ঙসিদি পীবা ঙম্লোই।"

"নখোয়গী লৈরিবা য়ুমদা কৈদাসিনবু কদাইদগী ঙম্নিগে ? ঙসাইগী থেংজিন্নবা গাড়ীদুনা কদাইদা লৈখ্রে ? গাড়ীদু ওইনা পুখ্রগে ?"

"গাড়ীদুদি আ পুলিসতা।"

"করিগুম্বা ইচনুপীনা ফত্ত-নুংদা থোক্রবদি নখোয় হিংদ্রে খঙঙু !"

থাজদু অকোনবগী বাঙাঙদুদা মী উশিত্তবা মীগী য়ুম্নে কৈরে পন্নকপদুদা শাওরুরমান্নে। "ইবুংঙো, বাগী বা চুম্না ঙাংনসি ! মীগী য়ুমলৈ-কৈরে পনবদুদি তৌগনু ! য়ুমসিদা পৈশাদু পীবা ঙম্লোই খঙলবদি করিগী চংবীরক্লিবনো ? ইবুংঙোবু খুনেক ওইবীরব্রা ?"

নুপা অমদুনা চংলসি হায়।

"বা অমত্তা হংজগে ? শোম্বু য়ুমসিগী কনানো ?"

"ঐ য়ুমসিগী মৌওস্বনি।"

"হা... হা... হা... মৌওম্বা, মৌদি নত্তবা, লৈশাবী! য়ুমসিদা করি তৌবা লাকপীরম্লিবা?"

"ইবুংঙো! মদু ইবুংঙোনা হংবগী মথৌ তাদে। নখোয়গী অপাম্বা পৈশাদু ঐ হয়েং শোয়দনা পীরগে? ঙসিগীদি নখোয় চৎলো। ঐখোয় ব্রা অরুবা অমত্তা খন্নখিগে?"

"ঐখোয়সে চাক্কৌবগী চাক্ক অমত্তা চাদ্রিবনি। অদু, হয়েং শেনফমদু শোয়রবদি হিংদ্রে খঙউ।"

"ঐবু হাৎলু।"

মমান্নবা অমদুনা চিংলগা থোকমিন্নখ্রে।

থাজদু-চাক চারগা তোন্দোনগা পুন্না হোস্পিটালদা অমুক হন্না হংবা চৎলুসিবা খল্লম্বনি। অদুবু মীরোল লোন্দবা দ্রগ এদিক্ট মানবা মবুংদুগী বাঙাঙদুদা চমজববী মচন্দুবুসু ফত্তনা উবীরে।

থাজনা হায়রকই, —"তোন্দোন! নঙ মপান থোকউখিনু। দখা কয়া ফবম্মোই। লাক্রুল্লিবা কাংবুদো অফবা মী মান্দে। হয়েং ঐ অশোকপদুগী মনাক্তা চৎলগা মমা-মপাগা ঙাংনরুগে?"

তেন্দোন ইমুংদগী ঙসাই অয়ুক চাক্কৌবা থিল্লুবা সখিখোয়গী য়ুমদা চৎলুগে খন্দুনা থোরকই।

থাজনা, —"নঙবু কদায়দা অমুক চৎকদৌরিবনো? চৎথোক্কনু হায়রগা?"

কমলাসু পাংশিল্লকই, — "ইবুংঙো! নচেনা হায়রিবসে চুম্মী, নঙ মপান থোক্রুখিনু।"

"ইমা! ঐ সখিখোয়দা অমুক্তা চৎলুগে তৌবনি।" অসি হায়রগা থোকখ্র।

সখিখোয়গী ইমুংগী মী অমত্তনা মাবু উবদা কৌবীরক্রে। মখোয়গী ইমুংগী চাক্কৌবগী মচা থিল্লুবা হল্লকপদা মী অমা থেংলুবদু তোন্দোন্না অতম্ননা থেংলুবগুম, পৈশা মতেং পাংউ হায়রক্কনি হায়বগী চিংনবগুম্বা অমা তোন্দোনগী মবুক্তা খল্লকই। মখোয়দি ইনাক খুনবনি, তলব চাউনা চাবা থবক তৌবা ইমুংনি। তোন্দোনদি পৈশা থোকপা থবক তৌবসু নত্তে। মযাম্বা অমসু মফম খঙদনা মাঙখ্রে। মখোয়না মতেং পাংবীবগী মহুত্তা মরম মোকই, হায়বা ইল্লি হায়দুনা পাখোন্দনি শীবিরিবা। য়াদ্রে হেক্তা শাউই। অদুবু অশোয়বা লাক্রুবা মতমদদি মরম্নাই তাহনবীগদৌরে।

সখিদংদি হংলকই, — "তাডোন্দোন! অশোকপদু করম তৌরবগে? কয়াম থীনা শোকপগে? লায়েংবদা পৈশা কয়া চংগনি? ঐগী লীক অমা লৈবসে কায়থোক্লরগেরা?"

সখিগী বাদু খুমখ্রিডেদা সখিগী মথুরা নিমাইনা হায়রকই, —"হায়! তোন্দোন! নখোয় ইন্দোমচাগী এক্টিভাদু পুলিসতা লৈরম্লনিদো। গাড়ীদুবু কয়াম থীনা শোকপগে?"

"কাকামচা! গাড়ীদি থোইনা শোক্তে।"

"অদু, ওইরসু থেংজিন্নরুরবনিনা খরদি শোয়দনা শোক্রম্লনি হায়বা। চিহ্নক্তা খুন্নকনু! ঐনা হায়রিসি হান্না তাখো! নখোয় হৌজিক্কানগী মীগী চিহ্নক্তা হান্না হেক্তা খুম্বীদু তৌগনু! করিগীনো নঙনা অতোপ্পা গাড়ী পুগে হায়দদনা মীগী উন্নকপা গাড়ী অহনবদো পুরুরীবো? ঐ ফাওবা তোংদবনি। মাসু মপামদা গাড়ী তোংলগা চাক্তৌবা চংকনি তৌরম্বদু ওটোরিক্সো বায়রগা চৎখ্রেদনা। খঙদে, গাড়ীদু হয়েংমক লৌথোক্লগা শেমজিল্লগা পুরকউ। খুৎলাই খরা মনুংদা য়াওবদুসু পুলিসনা লোইনা লৌথোকহৌরদবনি।"

তোন্দোন, —"ফনি, কাকামচা! ঐ ভন্নবা হোৎনজগে?" অসি হায়রল্লগা তোন্দোন উংলগা থোরকই।

সখিদো তোন্দোনগী মতুং ইল্লগা মাগী লীক্তু তোন্দোন্দা পী। তোন্দোন্না লৌ হায়বা য়াদে।

ইমুংদা কমলাগা থাজগা বা তান্নরম্মী। তোন্দোনসু ইমুংদা চংলকই। মাগী কাদা চংলগা তৌফম খঙদদুনা শুৎ-শুৎ কল্লী।

থাজদু তোন্দোন্না শুৎ-শুৎ তৌবদু তারদুনা, — "তোন্দোন! মখোয়না করি অমুক হায়রক্লবগে?"

"ইচে! ঐ য়াম্না পেন্দে।"

, "হায়! অদুগুম্বা বাদু ঙাংগনু! নঙ নুপা মাল্লু। লানফম খুদিংমক ভন্নবা থেংনগদবনি। মদুদি নুপী ঐখোয়না তৌগদবনি। করিমত্তা চিনেরন্নু। ইচেনা লোইনা ফনবা শীনগনি। অশোকপদু শিব-নাবা থোকদবসু লৈতে। ভসাই ঐসু মুন্না য়েংলরবনি। মখোয়না করি হায়রকপগীনো নঙনা থম্মোই অদুক য়াম্না শোক্রিদুবো?"

"ইচে। ঐ পূক্লিংনে য়াম্না নুংশি। অসুক কুইবসি মখোয়না হায়বতা ইন্দুনা মখোয়গী পাখোল চৎপা, থবক মতেং পাংবা কয়ানি ঐনা তৌরকপা। মদুগী মমলসু পীবীবা নত্তে। ঙসাই অয়ুক্কীদুসু মখোয়গী ময়াম্বগী মচানুপীগী চাক্কৌবা থিনবীযু হায়বদুদা থিল্লুবনি। গাড়ী চিনবদুদা নুপীমচাদুসু গাড়ী থৌবা কয়া হৈতবগা মানা ঐঙোন্দা থেংজিনগে তৌরকপদা ঐনা লৈথোকহৌবদা ঐগী গাড়ীগী মনীংগী খোঙনেংফমদা পনবদগী এক্সিদেন্ট থোকখিবনি।

ঐনা থৌবা গাড়ীদি করিসু শোক্তে। ককামচানা অশোকপদু কমদৌরে হংলকত্রা খল্লুবনি অদুবু ওন্ন-তৈননা মাগী নুপীগী উল্লকপা গাড়ীদু কয়াম থীনা শোকপগে, গাড়ীদু করিগী পুরুরিবনো হয়েংমক গাড়ীদু পুলিসতগী লৌথোক্লগা শেমজিল্লগা পুরকউ হায়রকই। মখোয়দি শঙ্গ লৈবনি। গাড়ীদুদি মখোয়না লৌথোক্লবসু ময়াবনি। পুন্নমকসে ঐনা পঙবদগী মখোয়না হায়বা ইল্লুবদগী, ঙস্মোই হায়হৌদবদগী থোকপনি। ইচে। ঐ মতুংদদি মখোয়গী ইমুংদসু চংলরোই, পাখোল হায়রক্লবসু য়াররোই।"

থাজ, —"মীওইবা হায়বসে মশাগী য়েংনরগা হিংনবনা অয়াম্বনি। মীগী খনবা থস্মোই শেংবা মীদি মশীং য়াম্না য়ামদ্রবনি। লৈবাকসিদা করপসনগী মকোন শারক্রিব অমগা অমগা নুংশিনদ্রিবা, অচুম্বগী চন্নফম খঙদ্রিবসে মসিননি। ঐসু মতম অমদা ঈশাগী ফরগা লোইরে খনবা য়াওরুরে। লম্বী শড়ক্তা কার থৌদুনা, নাপল তৌদুনা চৎপা হৌরুরবনি। মদু অচুম্বনি হায়না চপ চানা খল্লুরবনি। অদুবু তাবীমোলনা অফবা থস্মোই চেনবী অমা ওইনবা ফজবা পড়া অমথক তস্বীরম্বদগী য়ুমসিদা তোযন লাক্লীংবগী অমদি অচুম্বা থবক তৌনীংবগী বাখল লাকহনখিবনি। ইনাওসিদি লান্দ্রগা লোইরে। ঈশ্বর হায়বা অমসু ঐখোয়গী ইথক্তা লৈবীরি। ইচে, বা হায়গে, নঙগী তৌগদবা নথৌদা পূক্লিং চংনা হোৎনদুনা নঙবু ঙসি হস্থনা খল্লিবা মখোয়গী মমাঙদা নোংমদি নঙ মশক নাইবা, মীথোই-মীহেনবা মী অমা ওইদবা য়াদবনি।" মসি হায়দুনা থাজনা তোন্দোনগী পূক্লিং ফাথবীরি।

নুংথিলগী পুং মরিমখায়রোম তারক্লে। কমলানা থাজদা হায়রকই, —"ইবেম্মা নঙবু অমুক হন্নবা তৌরোদনা? ইচাবু পঙথেং-থেংনা লৈথোকপসু ফরোই।"

"ইমা। ঙসিসি ঐ চৎলরোই। ঙসাই লাক্লম্বা নুপা অনীদো ঐ খরা চিংনৈ। ঙসিসি ঐ ইমাখোয়গীদা অহীং লেক্লগে? হয়েং তৌগদবা থবক ময়াম অমসু লৈরে।"

"ইবেম্মা। নঙনা ঐখোয়গীদমক তৌবীরিবা ময়ামসে হেনমল্লে। ইমা-পাবুংনা খঙলক্লগা ইচাবু বাবৌগদবা মাল্লিনে, ইমাবো?"

"ইমা! শিবা নাইবা পুন্সিসিদা ঐনা কনাবুসু কিরবা লৈত্রে। ইমা পাবুংসু চপ মাম্নে। মখোয় অরাবা হৈনদে, অতোনবু উনীংদে। মখোয়সু মসিগুম্বা থৌদোকশিংসি খরদি খঙহন-উহনবা, হৈনহনবা চঙই। নখক্রগদি সমাজসি নাকন নাম্মা হোবা সমাজ অমা ওইহৌবা তারে। হায়নরিঙৈ তাক্লাদুদা থাজমানবীবু পোকপা বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখা অনীদু বীমোলখোয়গী থোক্লালদা কায় খাক্লগা চংলকই। য়ুমদু উবদা শঙ্গ ওইগদৌবা তনবগুম তৌই। অদুবু মচানুপীনা মফমদুদা চথখি হায়বদুদা লাকপনি। মচানুপীনা য়ুমসিদা চাক চাবা চথখিবগী পাউসি থৌবালদগী থাজগী রুমমেট বালানা ময়ুম থৌবালদা চাকৌবা য়াওক্লরবা হল্লক্লগা মাগী কাদা লৈরম্বদা তল্লকখিবা পাউদগী তাদুনা মফমসি য়ৌরকপনি। মমা-পাবুংনা চিংনরম্বসু মদুমক্কি।

অশাউবা শকফম উৎপদি য়াদদুনা বীরমঙ্গল নোক্ল-নোক্লা চংলকই।

থাজদু মমা-পাবুং পুন্না উবদা ঙকপগুম তৌই। অদুবু কিবদি পোক্তে। য়াম্না থুবা ঈঙ্গিৎ অমনা তোন্দোন অমদি কমলাদা মাগী মমা-পাবুংনি হায়না খঙহল্লি। থাজ ইমুংদগী ফক অমগা মোরা অমগা পুন্না পায়রগা থোরকই। মোরাদু হান্না থারগনফক্তু কোন্না অমুক থাই। মমানা কাখৎলগা ফক্তুদা ফম্মী। মপাবুংনা মোরাদা ফম্মী।

কমলা, ইমুংদগী থোরক্লগা বীবমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখাবু য়েংলগা লৈ।

থাজনা মাগী ইমা-পাবুংনি হায়না শক তাকই।

কমলা, – "ঐদি মপাল কয়া থোকচদবনিনা খঙজদবনি, য়ারৌবীগনু!

অসুক য়ানা লেংবীবকপদি করিনা সেবা তৌগনি?"

"য়ারে, ঐখোয় করিমত্তা চাজরোই, ইচা লৌরুগে লাকচবনি।" ইন্দুরেখানা হায়রকই।

থাজ, ইমুংদা প্রপ-প্রপ চংথ্রগা সেম অঙ্গুর চামথোক্লগা সেমদুনা খায়রগা মগুং ওইনা প্লেট অনীখক্তা হাপ্লগা পুথোরকই।

বীরমঙ্গলগী মনাক্তা প্লেট অমা থম্নে, মমাগী মনাক্তা প্লেট অমা থম্নে।

"পাবুং অঙ্গুর চাবীয়ু! ইমাসু চাসি!"

বীরমঙ্গলগা ইন্দুরেখাগসু মচানুপীনা বীমোলগী য়ুমসিদা হান্না লুহোংদুনা ময়ুম পানথ্রবগুম; নোং ফাসোক মচাগীদা লাকপদা তৌবা সেবাগা চপ মান্নথ্রে। মাগী মতৌদুদা বীরমঙ্গলনা খল্লি, "করিনো ঐগী ইচাগী মতৌসিবু"

চাদ্রবদি মচানা ঋাবৌখিগদ্রা কিবদগী মমা-পাংবুদো সেম অক্সুরদু খরা লৌরগা চায়।

ইন্দুরেখানা হায়রকই, –"অদু, চাকৌবা লোইরবনিনা য়ুমদা অমুক চৎলসিদনা? ঙা থোংবকা য়াম্না লৈহৌরি।"

"ইমা! ঙসিদি ঐ সিদা অহীং লেক্লগে? ইমুংসিদা দষা অমা তারে; ঐ য়াওদ্রবদি বা লোইশিন্নবা য়ারোইদৌরে। তোন্দোম্না মীগী মচানুপী অমা গাড়ীনা থেংলুরে। অশোকপদু হোস্পিটালদা লৈরি। নুপী মচাদু চুরাচান্দপুরদা দি সি ওইবা কাকৈথেলদগী ইবোচৌবা কৌবা অমগী মচানি হায়। পাবুংবু মপাদু খঙবীব্রা?"

"খঙই।"

মখোয় নুংঙাই-য়াইফবা ইমুং ওইরবসু মবুং অমা লাক্লগা লুপা লীশীং য়াখ্রে পীদবা য়ারোই হায়রম্মী। ইমুংসিগী ফিভমসিদা মখোয়না খল্লিবদুবু চুমব্রা হায়বনি। পাবুংসু অমুক্তা খনবীয়ুনে?"

বীরজলনা খল্লি, "অং, লুপা লীশীং য়াখ্রে হায়রিবসি মানা পীখিদুনা তোক্লরনি।"

মচানুপীগী পাউখুম ওইনা খুম্নকই, – "ইবেম্মা! মদু মী-মীগী মখা পোল্লি। মখোয়গী লায়েংবদা চংগদবা পৈশাদু মীবু পুথোকহন্নীংবদগী তৌরিবনি। পৈশা হায়বসি পীথোক্লীংবা কনাসু লৈতে।"

"হায়রিসিনদি পাবুংসু শোক্লিবা নুপীমচাদুগী মীচংদা লৈবীরে সিনিনে?"

"লৈফম থোকইনা কৈনো?"

"গাড়ীনা থেংবা খুদিংমক গাড়ী থৌবনা লোইনা লালহনবা তারব্রা হায়রিসিবু?"

"মদুদি চৎনবীনিনে ইবেম্মা! নঙসু ঙসিদগী খঙজিল্লু! কনাগুম্বা অমনা মী অমা মাগী গাড়ীনা থেংবদা শিবা থোক্লবা; শিরিবা মীদুদা লুপা লাক্ক অমদগী তাদনা ক্ষটিপুরোল গাড়ী মপুদুনা পীগদবনি হায়বসি আইন্না পীরিবনি। গাড়ীদুগী ইন্সুরেন্স য়াওরম্লগনা ইন্সুরেন্স কম্পনিনা পীহনবা য়াই।"

"অদুদি গাড়ী থৌরিবদুনা পৎ তত্তুনা নংবা মী ওইরম্লবদি কমদৌবা?"

"অদু ওইরগনা জেলদা লৈবগী দন্দি ফংগনি। অদু, ইবেম্মা! নুমিৎসে অগদৌরে, চৎনবা তৌরসি!"

"পাবুং! ঙসিদি নচা য়ুমসিদা লৈজহৌরগে?"

বীরমঙ্গল শাউনীংবগুম তৌরকই।

"ইপাগী ইবেম্মা! ইপাবু শাউহনগনু! নঙ অঙাং নথক্রবনি। য়ুমসি মীগী য়ুমনি। নঙনা ননীং পাঙতম তম্বসু তৌগনু! ইকাইবা খঙদবী ওইবদু মীনা তাখি-উখিবা য়াওরগা ইচাগী তুংগী লম্বীদা অকায়বা লাক্কনি। চৎসি নফি হোংদোকউরো!"

কমলাসু পাংশিল্লকই, –"ইবেম্মা! পাবুনা হায়রিবসি চুম্মী। চৎনবা তৌরো!"

থাজমানবী মপি ইরা চেল্লগা ইমুংদা মফি হোংদোকপা চংখ্রে।

তোন্দোনবু ইমুংদা কৌশিল্লগা থেংনে-মন্না চখোক্তনবা পাউতাক পী। হয়েং পুং তরামখায়দা বেক্কতগী পৈশা লৌথোক্লগা মা লাক্কে, পুন্না হোস্পিটালদা চৎমিন্নসি হায়রম্মী।

অসুন্না থাজ কাদা চংলগা মফি হোংবা লোইরগা মাগী দক্ষিনাদু প্লাষ্টিক খাউদা যাল্লগা থোরক্লে।

কমলাদা ওনশিল্লগা, –"ইমা! অমুক চৎলুখিগে" হায়না তাক্লম্মী।

বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখা পুন্না হৌগৎলগা মচাগী মতুং ইল্লগা থোরকই। কমলাদা চৎলগে হায়নদি তাক্লমদ্রে। অদুবু কমলা থোঙ্গাল ফাওবা ইন্নরক্লগা হায়রকই, – 'সহেব! মেমসাহেব! ইচাবু চৈবীগনুকো! ঐ লৈজহৌরগে।" অসি হায়রগা মখোয়না চৎখিবদু য়েংলগা লৈহৌই। লৈকায়গী উহৌবা মী খরনা ভাঙনৈ, –"মখোয়গী তোন্দোন্না নুপীমচা অমা গাড়ীনা থেংলুবদুগী ওইরমগনি।" ভাবনা শারকা অংনবসিসু হৈখ্রবা লমদন্নি।

য়ুম য়ৌবগা ইন্দুরেখানা থাজমানবীদা চৈখৎলকই, –"ইচাদি থৌবালদা চাক্কৌবা চংকনি হায়রগা লায়র-শঙদা লান্নংবা য়াওক্করিবোইরে? ইমুংসিগী ইজ্জৎকা অমত্তা যেংখিদ্রেনে ইবেম্মা?"

"অদুবু করি কায়বগে? ইহাকথক্কী ইমুংদুগী মরু ওইবা ইমুং পুরম্বা মী অমনা শিবা-চংবা খঙদনা মাঙখ্রে। মদুদা মীনুংশি খরা উৎপসিবু ঈশ্বরমক্কা উবীফম থোক্তব্রনে ইমা?"

"হায়! মশা লৈতবদুদনিনে নঙবু চংহন্নীংদ্রিবসে। বীমোলনা লৈরম্লগবুদি কদায়নো, পামদ্রবসু পামদনা লুহোংবীরগে হায়ববু; নঙনা ইমুংদুদা চংবসে মীনা মনাওদু পাম্বদগীনি, নখোয় অনী মরী লৈনরে হায়না ভাংনরোইদকগী মরম লৈতেনে ইবেম্মা! নঙবু লৈশাবীনি হায়বসিবু ভাব তাদ্রব্রা হায়বনি?"

"হেরা! ইমাসু হেনমন্নেদা! ইপ্পাগুম্বা নুংশিপ্রবা, চমজপ্রবা অঙাংদুদা ইমানা খঙ্গিবদুবু চুমব্রা? ইমামক্কা মদুম্না খল্লবদি সমাজসিনদি করি ওইগনি? ফজনা উবসু খরা মতমসিদা ইমা!"

"মীনদি উবীয়ু য়ারোইদবগী হায়বীবনে। নঙগা ব্বা ভাঙনবা ওমজপোৎ নত্তে। নপাবুং য়াম্না শাউরিবনিকো। নঙবু হোষ্টেলদা লৈহনবা য়াদ্রে হায়রবনি। ঙসিমক পোং লৌরুরসি!"

"কৈদৌবগী য়ারোইদৌরিবা? ঐনা তৌরিবসি মীওইবগী সেবা মখল অমনি। মঙ্গিনা ঐগী ইহে তম্বদা করিসু অকায়বা পীগদবা লৈতে। পরিক্ষা নকশিল্লক্রবা মতমসিদা ইমানা অসুম্না অয়েৎপা পীরগা ঐগী পুন্সিগী তুংগী লম্বীদা অকায়বা লাক্কনি। ঐ নুমিদাংগী চাক চারগা হোষ্টেলদা চৎলগে?"

বীরমঙ্গল, ইন্দুরেখাগা থাজমানবীগা ভাংনরিবদু তারদুনা মনাক্তা চংলকই।

মচাগী মনাক্তা ফল্লগা, মচাগী মকোক্তা নাল্লগা, –"ইপাগী ইবেম্মা থাজ! নঙ ইপানা হায়বা খরা ইল্লু! ইমুংদুদা তোয়না চংলুগনু! লৈকায়সিগী মীনা উ-লাকপা য়াওরগা ঐখোয়গী ইজ্জৎ লৈখা তাগনি। নঙ নশা অঙাং নৎত্রবনি। হান্নগী পাউনিনখোল অমগা লৈখ্রে। ইচাগী তুংগী পুন্সিদা মরুপ-মপাঙ, শঙ্গ য়াম্না ব্বাৎলক্কনি। নঙ ইমুংদুদা অমুক হন্না চঙবা য়াদ্রে। ইপানা নঙগী মাষ্টরগী পরিক্ষাসি লোইবগা থাজনবা শীনবা লোইরবনি। নুপাদু য়াম্না ফৈ, শিলচরগী আসাম য়ুনিভর্সিটিদা কেমিষ্ট্রিদা লেকচরর ওইরিবনি। খুম্বোংদগীনি। মপাসু হান্না জোরহাটটা সাইন্টিষ্ট "ই" ওইরম্বনি। ইপাগা থায়না দি এম কলেজদা খুঙনখিবনি। ইপানা হায়বসিদা নঙনা মরৈ-মরা তৌরগনু। হৌজিক মণিপুরদা অফবা, মতিকচাবা নুপা থিবা য়াম্না তাংলবনি। অদুনা নঙগী এম এ ফাইনেলগী পরিক্ষা হেক লোইবগা লুহোংনবা তৌরসি।"

"পাবুং! হৌজিক্কী মতমদা এম এনা কৈদৌনদোইনো? ঐদি রিসার্স তৌখিগনি। ঐদি পাবুংগী ব্বাফমদু য়ানীংবা পোক্তে। মদু কোন্না পি ঐচ দি লোইরগা ঐসু কলেজগী ওঝাগা ওইরগা খন্নবনা ফগদবা মাল্লি। হৌজিক খন্নবা ঙনমল্লি। ঐগী লমচৎতা ইমা অমদি পাবুংনা চিংনবীগনু। নচা জ্ঞান ফজনা তারবীনি। ঐগী এম এ পরিক্ষাগী রিজল্ট য়েংলগা খঙবীগনি। ঐবু নমদুনা য়ুমদা থম্বীগে খনবীগনু। ঐ হোষ্টেলদা অদুম লৈগে। হোষ্টেলদা লৈরগা লাইব্রিক-লাইশু তৌবদা ইমান্নবশিংগা কম্পিটিসন তৌনরগা হোৎনবদুনা হেন্না ফগনি। খঙদবা য়াওরকপদা, তাথোক-তাশিন তৌবদসু খুদোংচাবা য়াম্না হেল্লি।"

মচাগী অচুম্বা য়াফমদুদা বীরমঙ্গল ময়া কুম্বগুম বা মখা তাবা ঙমখিদ্রে। নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চারগা মাগী-মাগী কাদা চংলগা পোত্থানদ্রে। থাজদি হয়েং তৌগদবা প্রোগ্রাম ময়ামদুনা তুম্বা য়াহদ্রে। থাজগী অনীংবদা বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখা করিসু থোইনা অপনবা পীবা ঙমদ্রে। মথংগী নুমিত্তা অয়ুক্কী চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা তঙাইফদনা বীরমঙ্গল ড্রাইভর থারগা থাজমানবীবু ওফিসকী কারদা হোষ্টেল তান্না থিলহল্লুরে।

ঙরাং ঙাংনরম্বা য়াফমদু ঙাক্লবা থাজমানবী ক্লাসকা য়াওদনা ওটোরিক্সো অমা ফারগা কোংবা তানা বীমোলখোয়গী য়ুম য়ৌরক্লে। তোন্দোনসু থাজমানবী শোয়দনা লাক্লনি খনবদগী ফি-রোল শেংপা লোইরগা ঙাইরম্মী।

তোন্দোন থাজবু উবদা নুংঙাইবা পোকই। মখোয় অনী পুন্না ওটোরিক্সোদু তোংলগা বজাররোমদা হাইগংলকই। পাওনা বজারগী এস বি আইদা চংলগা থাজগী একাউন্টতগী লুপা লীশীং হুম্ফুথক কায়খোক্লে। পৈশাদু বেগতা হাপচিল্লগা থোরক্লে। মখোয় অনী পুন্না ওটো অমমুক ফারগা রিমসকী গাড়ী পার্ক য়ৌরে। ঙরাংগী অশোকপগী মবুংনি হায়বা পাখংদু ঙরাং লাকমিন্নরম্বা মমান্নবদুগা পুন্না মফমদুদা থাজ লাকপা ঙাইরম্মী। থাজগা তোন্দোনগা ওটোদগী কুমথরকপদু মখোয়না উরে। মনাক্তা চংশিল্লক্লগা ঙরাং হায়নখিবা পৈশাগী মতাংদু হংলকই। থাজমানবীনা হায়রকই, — "অনাবগী মনাক্তা চংলগা ইমাখোয়, পাবুংখোয় য়াওনা খন্নরুসি।"

"মদু য়ারোই, পৈশাগী মতাংদি ঐগা ঙাংনরো হায়না ঐঙোন্দা শিন্নরবনি। ঙরাং শোন্না হায়খিবদা লুপা লীশীং য়াম্খেদু ঙসি পীবা ঙমদ্রগাদি হাংপা হায়খিবনি। মদুগীদমক ঐ মফমসিদা শোম্বু লাকপা ঙাইরম্বনি। পৈশাদু পুথোরক্লো!"

থাজ, — "পৈশাদু ঐ পীরোই হায়বা নত্তে, অহল-লমন খঙনা সাক্ষি য়াওরগা পীগে হায়বনি।"

য়ারোই হায়বা খঙলদুনা নুপাদু মবুক্তগী অশাবা নোংমৈদু শংকে তৌই।

মাগী কা হেঞ্জিল্লকপা মতৌদুদা থাজদু কিদবা য়ারক্রে।

তোন্দোনসু শাউনীংবনা লোইরে। মখোয়গা মান্নরগা শিবদি অপঙবা তাগনি। পৈশাসু মখুত্তা য়াওরগা লাক্লবনিনা পীথোকখিবনা ফরদমাম্রে খন্নকই। থাজনা বেগতগী চামগু চৎপী বন্দল অহনবদু পীরে। পৈশাদু হেক ফংবগা নুপাদু খুৎলৈ থুনা মোটোর সাইকল তোংলগা অদুম চৎখ্রে।

থাজনা বাখল তৌই, ঐবু অনাবগী মনাক্তা চংলুখিসিরা নংত্রগা চংলমদনা হনগ্রসিরা ? চংলগা অশেংবা খরা খঙলগা হনবনা ফগাদ্রা খনবদগী তোন্দোনগা লোইননা চংলকই।

অনাবদুদি বাথরুমদা চঙখিদুনা লৈরমদে। মমা লৈরমদুনা উনরে।

"ইবেম্মা ! নখোয় লাক্লিব্রা ?"

"হোয়, পাউ অমা খঙনীংদুনা লাকচবনি। অনাবদি উদেনা ?"

"মা, বাথরুম চঙখ্রি।"

অনাবদু মখোঙ শেক্লা-শেক্লা থোরকই। মাদি তোন্দোন উবদা ইকাইজবগুম তৌরে। মকোক্কা খদাংগা পানা পেন্দেজ পুনবনা মমায়দুদা ঙাইরে উরিবা। মশক্তি মুরপ তৌরগা রাষিদি ফনবু লৈ।

তোন্দোনসু ইকায়-নুংশি য়ানবগুম; অবাবা মরকসিদা বসন্তগী রাগ খজিক্তংসু মরাকই।

থাজনা, –"ইবেম্মা ! হকচাংদি থোইদোকপা নুংঙাইতবা লৈত্রব্রা ?"

"খোঙদি খরা নারি, প্লাষ্টর তৌসি হায়রি। অতৈদি থোইনা নুংঙাইতবা তৌদ্রে।"

"মীওইবগী দষানা সুম থোকউ হায়দুনা তন্নকপদগী থোকখিবনি। মাসু শোয়খিবনি, তুংদা শাউনবা য়াবা নত্তে। ইহে ! ঐদি ইকাওবু-কাওদুনা ইনাওগী চানবা করিসু লৈরক্তে। তোন্দোন ! সে ! ইনাওনা চানবা করিনো খরা লৈবীরুচো" ! অসি হায়রগা লুপা চনীখক পুথোক্তুনা পী।

তোন্দোন হৌগৎলগা অচাপোৎ লৈবা চৎখ্রে।

থাজ, –"ইমা হেক্তা কৌজরগে ? ইমাগী ইচানুপা কয়া লৈবীবগে ?"

"অহুন্নি ইবেম্মা।"

"ইচানুপীদি ?"

"ইচানুপীদি মা মতোমতনি, মানসু তোল্লিবনি ?"

"ইবেম্মা ! ইনাওগী মিংদি করি কৌই।"

"প্রিয়া কৌই, ইচে।"

"য়াম ফজবা মিংনি, শক্তসু চান্নে, ক্লাসটি কয়া তল্লিবা ?"

"সেন্ট্রেল স্কুলদা টুবেলফ থাগদৌরি।"

"ও! কন্না হোৎনৌ। অদু, ইবেম্মখোয়গী দাদা অহমদি করি থবক তৌরিবা?"

"তামো অহন্দি মপান্দা ইঞ্জিনিয়র তন্নি। তামো অতোম্বদুনা চান্দিগরদা মেদিকেল তন্নি।"

"অনীশুবদুদি?"

প্রিয়াদু মমাদা য়েংই। মবুং য়াইমগী বা হায়দোকপা ইকায়বগুম তৌই।

"ঐখোয় তামোয়ায় বীক্রমদি য়াদ্রেদা।"

থাজনা খল্লি, "বীক্রম হায়রিসি ওইবা তারে।"

"য়াদ্রে হায়ববু করি তৌরবগে?"

"হৌজিক্কানগী খরা য়াওরে।"

"ও!" হায়রগা থাজদু মখা তাখিদ্রে।

তোন্দোন চানবা বীসকুট, গ্লুকোজ, গুলা, সেম, অঙ্গুরনচিংবা লৈরগা পুরকই।

প্রিয়াগী মমাগী মমিং থোইবী কৌই।

থোইবী, –"ইস! ইবুংঙো! ওহ্নোক্লা য়াম্না লৈরুরেদা! ইবেম্মগা ইবুংঙোগম্বি ইচিল ইপ্পারা?"

"হোয়! অদু হায়বা তারে।"

থোইবী, -"ইচিল ইনাওদি কয়ানো?"

"মখোয় নুপাঙাক্তা অনীনি। ঐনা ইতোমতনি।"

"হায়রিসিবু?"

থাজদো পাইরক্কী লৌশিং অমা পুথোক্তুনা হায়রকই, –"ঐখোয় ইমাগী মচে, ঐগী ইমাবোক্কী মচানি।"

থাজগী বাঙাঙদুদা তোন্দোনসু নুংঙাইবা পোকই।

লৈরুবা অচোপোত্তু খরা থোইবীনা প্রেটতা হাপ্লগা থাজদা মখোয় অনী চানবা পী। প্রিয়াদি ফমুং মথক্তা মখুউ অনীদা শৌরগা ফম্মী।

থাজ অমদি তোন্দোন অঙ্গুর চাবা হৌরে।

থোইবীনা হায়রকই, –"ইবেম্মা! ইবেম্মনা ভরাং পীরম্বা লুপা লীশীং অনীদো ইমা শোক্তে। ননাও নুপীনা ইকাইজে; মানা লানথৈ লাম্লগা মীঙোন্দগী পৈশা লৌহৌরিবা করিগীনো হায়রিবনি।

সে। পৈশাদি লৌশিল্লু।"

থাজ, "য়াত্রেদা, ইমা। য়াম্বসু নত্তবদুবু।"

পৈশাদু খোইবীনা থাজগী মনাক্তা থম্মী।

মমা-মচাগী মওংদুদা বীক্রম্না চলাক তৌদুনা লৌশ্রবা লুপা লীশীং য়াম্খৈগী মতাংদু অনাবগা মরী লৈনদ্রে হায়বসি থাজসু তোন্দোনসু অনীমক ভাব তারে।

খোইবীনা হংলকই, –"ইবুংঙো! ইচাগী মিংদি করি কৌই?"

"তোন্দোন কৌজে ইমা।"

"করি ক্লাসতা তম্লিবা?"

"ইমা! ঐ টুৱেলফ থাগদৌরিবনি।"

"ও! ঐখোয়গী নচনসিসু থাগদৌরি, চপ মান্নরে। কন্না হোৎনৌ ইচাসিদি! ইমা বাবাদি শুনা লৈরিব্রা?"

"ইমাদি লৈরি, বাবাদি লৈখিদ্রে।"

"ইয়াম্বদি করি থবক তৌরিবা?"

তোন্দোন্দু খুম্বা শুমদ্রে। মকোক লুকথরগা লৈখ্রে।

তোন্দোন প্রিয়াগী মমাগী মীনুংশি চেনবা বাহংদুনা অশেংবা ফোংদোক্লিংবগুম তৌরকই।

"ইমা! ঐখোয়দি লাইবক য়াম্না থীবা ইমুংনিদা। ভরাংগী এক্সিদেন্ট থোকখিবদুসু ঐখোয়গী লৈকায়গী পাখোল চৎলুবা হল্লকপদা থোকখিবনি। গাড়ীসু পুলিসতগী লৌথোক্লি। ঐগী ইয়াম্বদুসু য়ুমদা হল্লকখিদবা চহী অমা ফারক্লে।"

"হায়রিসিবু নহারোল য়াওশ্রব্রা?"

"নত্তে, ইমা।"

তাবা শুল্লক্লদুনা থাজদু, –"ইমা! ঐখোয় অমুক চৎনবা তৌজরগে" হায়রকই।

প্রিয়াদা ওন্দিল্লগা, –"প্রিয়া! নঙ থুনা ফরগা পরিক্ষাগী লাইরিক কন্না পারোকো।"

তোন্দোন মমীত্তু প্রিয়াদা য়েংলগা, –"ইমা! ঐখোয় অমুক চৎলুখিগে" হায়রকই।

মখোয় অনী থোকখিবদু প্রিয়া নুংশিবা মীনোক অমগা লোয়ননা ফমুংদা কল্লগা য়েংলগা লৈহৌই।

থাজগা তোন্দোনগা ওটোরিস্রো অমা ফারগা অমুক শিংজমৈরোমদা লাক্রে। মখোয় অনী লম্বীদা বীক্রমগী মরমদা বারী শানরগা লাকই। ককবা পুলিসতা চণ্ডুনা গাড়ী লৌথোক্লবা অমুক ভাঙনক্নরে। লুপা লীশীং অমগা চামণ্ডা পীরম্মু, মদুদগী তাবদি ওস্লেই হেক্তা হায়রে। পৈশাদু পীরম্নগা গাড়ী লৌথোরক্রে। থাজগা মখোয় অনী ককবাদা কায়নরে। থাজনা তোন্দোন্দা লুপা চামণ্ডাখক পীরম্মী। থাজ কেন্টর তোংলগা য়ুনিভর্সিটি তানা চথ্রে। তোন্দোম্না এক্টিভাদু থৌরগা য়ুম য়ৌরক্রে। গাড়ীদু নীংথিনা চামথেক্লগা সখিখোয়দা থিম্নুরে। কুমদু বাদি ভাঙদনা গাড়ীদু অশোক-অপন য়াওব্রা হায়না চেপথ-চেপথ য়েংই।

তোন্দোন, থাজবু মচে অমগুম নথব্রগা ময়াম্বনা লৌরবা মতৈমগুম নুংশিবা ফাওরকই। মামল্লা তোন্দোনগী মতেং পাংবীরমব্রবদি তোন্দোন য়াম্না হেন্না বারমগনি। বাখল, লৌশিং মপুং ফাবী, লাইরিক হৈবী থাজনা মাগী অরুবা হিরম খুদিংমক্তা য়াম্না লায়না শোলভ তৌবীরি। থাজবু নোংমদি য়ুমসিগী মৌ ওইহনবীয়ু হায়না থম্মোই শেংনা ঈশ্বরদা খুরুম্মী। তোন্দোম্না থাজবু বাখল বাংবীনি হায়নসু খল্লি। থাজনা হায়খিবা মমল য়াম্বা পাউতাক অমা মা চিনফা পুরে। মদুদি—"মী হায়বসিদি পুম্নমক মশাগী কান্নবা য়েংনবনা অয়াম্বনি, মীগীদমক থম্মোই শেংনা খনবীবা, মীনুংশি চেনবা মীগী মশীংদি য়াম্না য়ামদবনি; ঐসু মতম অমদা ইশাগীতা খল্লুরবনি অদুবু নখোয়গী দাদানা ঐবু ফারগা অরাপ্পা চীংগী লমদা পুরগা ফজ-ফজবা পড়া কয়া তাকপীরম্বদগী ওসিদি মীনুংশিগী জ্ঞানসি লাকখিবনি। নঙসু লাইরিক-লাইসুদা পুক্নিং চণ্ডুনা মীকোক থোঙনবা হোৎনরগা ওসি নঙবু হয়না খল্লিবা মীশিংসিগী মমাঙদা নোংমদি অহেনবা থৌনা উৎলম্মু" হায়খিবদুনি।

তোন্দোন মীগী পাখোল চথখিদ্রে। সখিখোয়গী ইমুংদসু চংদ্রে। মখোয়নসু তোন্দোন্দা পাখোল হায়রকখিদ্রে। তোন্দোন, মপাল-ইপান থোক্তনা থাজমানবীগী পাউতাক ইন্দুনা লাইরিক্তা থবায় য়াওনা হোৎনবা হৌরে। থাজসু মাগী ষ্টদিদা পুক্নিং চংখিবদগী তোন্দোনখোয়গীদা কয়া তোয়না লাকখিদ্রে।

থা অমরোমগী মতুংদা তোন্দোন টুবেলফকী পরিক্ষা লোইখ্রে। মহাক পরিক্ষাদা অশোয়-অভাম থোইদোক্লা য়াওখিদে। ❑

# মঙাশুবা

চাকৌবা নুমিত্তা এক্সিডেন্ট থোকপদগী হোস্পিটালদা লৈরম্বা প্রিয়া নাবা ফরবা মতুংদা মাগী মহৈ-মশিংদা পুক্লিং-চংনা হোৎনদুনা টুরেলফকী পরিক্ষা থাগ্রে। মবুং য়াইমা বীক্রম মশানা থাকচবা লাংদা মতোমতা থুজদুনা ঙসিদি দ্রগ এদিক্ট ওইদুনা মশাদু নোংম-নোংমগী শোগ্লিনক্রি। রিহেবীলিটেসন সেন্টরদা লায়েংনবা থম্লুই। অদুবু লৈবা ঙমদদুনা অমুক থোরকই। হৌজিক্তি ময়ুমদগী কয়া হেন্দোক্রে।

প্রিয়া, চহী মতাংনা ১৭ হায়রক্লবনিনা নুংশি-নুংঙোনগী বাখল য়াওগনু হাযবা য়ারক্রে। মাগী মমীত্তা তোন্দোনবু কাউবা ঙমদনা নীংশিংদুনা অসুম লৈবগুম তৌবে। পরিক্ষা লোইখিবা মতম অহাঙবা খরা ফংবসিদা তোন্দোনবু নীংশিংলকই। মানা মুগা ফনেক-হঙ্গামপাল মচুগী অমা শেংলগা খুদাং য়াওদবী ফুরিৎ অঙৌবা অমা লীৎলগা কাকৈথেলদগী খোংমন তন্না কাইনেটিক থৌরকপদা তোন্দোনসু তুংলোমদগী থৌরকপদা থোঙদগী জিপ অমা লাহোরকপগা মপা চারুদুনা প্রিয়ানা লৈথোরকপদা তোন্দোনগী গাড়ীগী খোঙনেৎফন্না খেৎপদগী তুদুনা শোকখিবনি। মকোক্তুনা নুঙদা য়েশিন্দুনা কায়বগী চৈনা মরক্তুদা তোন্দোন্না মাবু মশা শৌরগা হৌগৎপীবা মতমদা তোন্দোনগী পাম্বোমগা প্রিয়াগী পাম্বোমগা অনী-থেংনখি। মতমদুদা খঙহৌদনা প্রিয়াগী তুখোঙ খুদিংমক্তা কংফাল ইকায়থবীনা হেক শোক্রুবদা মনা উমশিনখিবগুম প্রিয়াগী তুখোঙ খুদিংমকসু লোইনা মমীৎ উইশিল্লগা খাঙখিবনি। ওটোরিক্সো অমদা প্রিয়াবু থাঙ্গৎলগা তোন্দোন্না মাবু হোস্পিটালগী লম্বীদা পুরকপা মতমদা প্রিয়াগী মশাদু নারবসু চৈনাদু থোইনা ফাওদবগুম তৌখি। মদুগী কাউঙমদবা বাখল অমনা প্রিয়াগী পুক্লিংদসু ঙাইহাক্তা পোথাফম খঙহনবীদ্রে। নোংমসু ভান্দা স্কুল চৎলিঙৈদা তোন্দোন সাইকল অমা তোংলগা চৎহৌবদা মানা উখি। মানদি তোন্দোনবু য়াম্না কৌনীংখি। অদুবু ভান্ন হেন্দোকপনা হানবদগী কৌহৌদে। তোন্দোন উরুবা নুমিত্তু প্রিয়া পোৎথাফম খঙখিদে তোন্দোন্নদি মাবু উখিবা নত্তে। মাগী টুরেলফকী পরিক্ষা লোইশ্লবা তুংসিদা প্রিয়ানা নোংমা মমাদা হৌদোরকই, —"ইমা! নহান ঐনা হোস্পিটালদা লৈরিঙৈদা অনাবা হংবা লাকখিবা ইচেদো মমিংদু ঐ কাউদ্রি, থাজমানবী হায়বনি। মখোয়গীদা নোংমতা

কোয়রকসিবা? মীনা মতমদুদা অচাপোৎ ময়াম অমা লৈরম্বদু ঐখোয়সু নোংমদি অচাপোৎ খরা পুরগা চৎলুবা ফে। থোকখিবা এক্সিদেন্টদুসু ঐনা লানবনি। মখোয়গী মৌপ্পাদুনা থৌবা গাড়ীদুসু মতমদুদা পুলিসনা ফাবীখি হায়রম্বনি। হন্দোকপদা শোয়দনা পৈশা য়াম্না চৎলমগনি। মখোয়গী য়ুম খঙবা ওইনা অমুক্তা চৎলুসিরা?"

মচানুপীনা তোয়না হায়মনবদগী থোইবী অয়ুক অমা দি সিগী কারদু ড্রাইভরবু থৌহল্লগা লৈকায় হংলগা তোন্দোনখোয়গী য়ুমদা লাকই। থোঙ্গাল য়ৌরগা গাড়ীদু খাল্লগা মমা-মচা চংলকই।

কমলা, কৈথেন্দা য়োল্লুনবা পোৎ খরা বোরা অমদা হাপ্লগা মখাঙদা খাঙচেৎ লাকশিল্লগা, শেঙ্গাও অমা মবুক্তা য়েপ্লগা য়ুমদগী থোকদবগী থৌরাং তৌদুনা লৈরম্মী।

মশা নানবী মমা-মচা অনীখক চংলকপদুদা শক খঙদদুনা কনা ওইরিগবা খন্দুনা লকক তৌদুনা লেপ্লগা য়েংই। মমা-মচাসু হান্না অমুক্তা খঙনদবনিনা ইকাইখগুম তৌই।

প্রিয়া, –"য়ুমসিবু তোন্দোনখোয়গী য়ুম ওইবীরব্রা?"

"মানি, ইবেম্মা!"

"মশাবু লৈবীদব্রা?"

"লৈতেনে ইবেম্মা! করি মরমগীনো?"

"ইচে থাজমানবীদি লৈবীদব্রা?"

"থাজমানবী হায়বদি?"

"ইমাখোয়গী ইনাওনুপীগী মচা য়ুমসিদা পুন্না লৈমিন্নবনি হায়রম্মী।"

কমলা, ভাব তাবা ইঙম-ঙমদে। য়ুম ওন্নরব্রা চিংনরকই।

হায়রিঙৈদা তোন্দোন য়েন মচিঞ্জাক বোরা অথনবা অমা সাইকলদা হাপ্লগা ইল্লগা চঙলকই। থোঙ্গালদা কার অমা খাল্লগা লৈবা উবদগী খরা চিংননা চংলকপনি। মাঙ্গোলদা নুপী অনী ফন্নিবদু উবদা কনা ওইরিগবা খল্লি। সাইকলদা হাপ্লকপা বোরাদু থাধরগা শুমাঙলোমদা চংলকই। তোন্দোনগী শক্তু উবদা অনীদু শোয়দ্রে হায়বদি খঙলে।

তোন্দোন, – "ইমা'বেম্মা! করি থবক্কী লেংবীরকপনো? ইথা-থাজদনা! ঐখোয়গী য়ুমলৈ-কৈরৈসিদা। ঐদি পরিক্ষা হায়দোক্লিঙৈদা য়েন খরা লোইরগা পৈশা খবা লাক্লবা য়েন মচিঞ্জাক লৌরুবনি।

"ইচাদি মরম্বু য়াম্না মোকইনে। ঐখোয়গীদি তুম্বগা চাকগদা তৌবা অমা য়াওরিব্বনি।"

প্রিয়ানা বাহং অমা হংলকই – "দাদা! ইচে থাজমানবীদি ?"

"ও! মাদি ঐগী অশেংবা ইচে নত্তে। মতমদুদা ঐগী অৱাবগী মতেং পাংনবা ঈশ্বরনা থাবীরকপা মীশক্তি। থাংমৈবন্দগী ইদুগেসন এসকী ডাইরেক্তর বীরমঙ্গলগী তাঙনা অমখক্তা পোকচবী মচানিংঙোলনি। মানা ঐখোয়গী মতেং য়াম্না পাংবী।"

"হায়রিসিবু!"

"য়াম্না নুংশিবা ৱারী অমখক লৈ। ঐ মদুদি ঙসি লীজররোই ৱারৌবীনু। ইমা'বেম্মখোয় লেঙকপদি করিনা সেবা তৌগনি ? ঐ চা লোঞ্জরক্কে ?"

থোইবী, – "লোল্লনু য়ারে। ঐখোয়না পুরক্লিবা খরসি চারগা লোইরে।"

"করি-করিনো ওম্বোক্লা য়াম্না পুবীরক্রেদা।"

প্রিয়াদু তোন্দোম্না লীররোই হায়রিবা ৱারীদো তানীংবগুম তৌরকই।

কমলাসু কৈথেল চত্তনা খ্বাংচেৎ লৌথোক্লগা লৈপাক্তা থারগা ফমথরে।

ৱারী শানরিবদু তাদুনা লৈরে। মাসু ভাব তারক্রে, মদুদি লাক্লিবা লৈশাবীসি তোন্দোম্না থৌবা গাড়ীনা থেংবদগী শোক্লুবীদুনি।

কমলা, – "ইবেম্মা! ইচাগী কোক কায়খি, খোঙসু শোকখি হায়বদু তাবদা ইমাদি য়াম্না ৱাখি। হংবা লাকপসু ঙমখিদ্রে। হৌজিকপু করিসু থোইদোকপা তৌদ্রব্রা ? ইচানুপাসিনা মীগী পাখোল চৎপদা থোকখিবনি।"

প্রিয়া, – "করিসু তৌদ্রে, হৌজিক্তি ফরে ইমা।"

"ফরেদা!"

"দাদা! নঙনা লীররোইহায়বা ইচে থাজমানবীগী ৱারীদু করম তৌবনো ? তাশিবা ?"

"ৱারীদু লীবদা ইকায়বা ৱারীনি, অদুননি।"

"অদু ওইরবসু ঐদি য়াম্না তানীংই, সে! লীরো!"

"নহানগী ইচেদো, ঐগা পোকমিল্লবা ইয়াম্বা অমা মাগী হাক্তক্তগী মফম খঙদনা মাঙখিবা চহী হেল্লক্রে।" তোন্দোম্না হৌখিবা ময়াম্বগী অমদি থাজমানবীগী ৱারীদু লীরগা তাহনবদা মখোয়গীদা কোয়রক্লিবা দি সিগী নুপীদো, মাসু মখোয়গী মপুরোইবদা ৱানোম্বা লাকখিবা, পৈশা লৌশিনখিবা, থবক হাপ্লা ঙমখিদবা; পৈশা হন্দোকখিদবা য়াওখিবশিং মথং-মথং নীংশিলকই। তোন্দোনগী ৱারীদু তাবদা মাদি হুমাংবু কাংখি।

অদুবু থাজমানবীগী ৱাংলবা থম্মোইদুবুদি মানা থাগৎনীংই। ৱারী লোইশিন্নকপদা তোন্দোন্দু হায়সিরা হায়রোইসিরা খল্লম্বদগী হায়বনা ফরমাল্লে খল্লকই,– 'ইমা'বেম্মাখোয়গী ইচানুপা য়াইমা দাদা বীক্রম্না ইচে থাজমানবীদগী লুপা লীশীং য়াম্লেখক প্রিয়াগী লায়েংনবনি হায়না লৌবীখিবা পৈশাদুগী মরমদা ইমা'বেম্মবু খঙবীব্রা?"

ৱাহৈদুনা মমা-মচাদু তোন্দোনখোয়গী মাঙ্গোলদা ফম্বা ঙম্লক্লে। মমায় ভাঙশঙ ভাঙশিনখ্রে।

প্রিয়ানা মমাদা হায়রকই, –"ইমা! ঐনা চিংনবা অমা লৈ হায়খিবদু চুম্বা তারে। ঐখোয়গী তামোয়াইনা মতমদুদা শেৎলকপা অনৌবা শুট, অনোক, ঘড়ী, খোঙউপ কযাদো, খঙলেদনা! হয়েংমক পাবুংদা হায়রগা পৈশাদু হন্দোকহনসি!"

তোন্দোন, –"পৈশাদু হন্দোকপা, হন্দোক্তবগী ৱাদি থোইদোক্তে। ইচেনসু মশানা য়ানা পীথোকখ্রবনি। ঐনা খঙব্রবদি ইমা'বেম্মখোয় খঙবীব্রা হংজবগী ৱানি। ৱাসি অমুক দাদা বীক্রমদা হংনরুবদা মরাল লৈজদবা ইচেদা অমুক খুদোংথীবা নংবসু খঙদে।"

ইকায়বনা ফম্বা ঙম্লক্রবদা থোইবীদো, –"ইবুংঙো! ঐখোয় অমুক চৎলগে!"

অসি হারম্লগা থোইবীগা প্রিয়াগা য়াম্না ইকায়না য়ুমদুদগী থোক্লক্লে।

কমলা, মচানা থাজমানবীগী লুপা লীশীং য়াম্খে লৌখিবগী মতাংদা হায়খিবদু তাবদা পেল্লি। মীনা লাকচখিবদা নুংঙাইবা কনাবু লৈরমদগে? কমলাসু বীক্রমনা থাজমানবীদা মখোয়গী শুমাঙদা হায়খিবা ৱাহৈশিংদু ফজনা তাহৌবনি।

প্রিয়াগা মমাগা তোন্দোনখোয়গীদা লাক্রম্বা নোংঙানবদা থোইবী থাংমৈবন্দদা চত্তুনা থাজবু পোকপা বীরমঙ্গলগী য়ুম থিরগা লুপা লীশীং য়াম্খেদু থিনবা লাকই। বীরমঙ্গল পাউদু তাবদা ঙকপগুম তৌই। অদুবু মচানুপীনা পৈশাদু পীরমগদবা মানবদুদা পৈশাদু লৌশিলহৌরে। বীরমঙ্গলদু মচানুপীনা বীমোলগীদমক্তা তৌরিবা ময়ামসি খল্লুবদা তশেংনা অৱাবা অমা ওইরে।

পরিক্ষা লোইখিবা থা অহুম হায়রক্রবা মতমদা তোন্দোনগী পরিক্ষা হায়দোক্লে। মহাক ফার্ষ্ট দিভিজন্দা সবজেক্ট অনীদা লেট্টর মার্ক ফংলগা পরিক্ষা ঙম্লে। পাউদু থাজমানবীসু তারে। মহাক হায়ফম খঙদনা নুংঙাইমন্দুনা মমীত্তগী মপি শিন্থখি। বীমোলনা মনাওগী ৱাজরম্বদু ময়াম্বা লৈতবা মতমসিদা মনাওনা ফরকপসিদা থাজস্ন হৱাওজবনি।

তোন্দোন পৈশা চঙবা ত্রেনিং চৎপা ঙম্লোইদবনিনা দি এম সাইন্স কলেজদা বোটানি ওনর্সতা মিং চম্লে।

প্রিয়াসু সি বি এস সি ইদা ফার্ষ্ট দিভিজন্দা পরিক্ষা ঙম্লে।

মাসু দি এম সাইন্স কলেজদা মিং চনবা লাকপদা তোন্দোনগা হেক থেংনরুরে। মখোয় অনী ঙাইহাক উনদুনা ৱারী তৌনৈ। তোন্দোম্না লৌবা সবজেক্টু মাসু লৌরগে হায়দুনা মখোয় অনী চপ মান্নবা বোটানি ওনর্সতা তম্মিন্নবা তারে।

শোমদা বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখা অনীনা মচানুপীনা বীমোলখোয়গী ইমুংগীদমক তৌবীরিবা ময়ামসি খল্লুরগা করিগীদমক্তনো হায়বগী ৱাহংগী থাক অসুম ৱাংখৎলকই। মচাবু নমদুনা থাজনীংবগী ৱাখলদা মতৈ-মনাও তোয়না ৱা তানৈ। হন্দক মচানুপীগী এম এ প্রিভিয়সকী পরিক্ষা হায়দোরকপগা ৱা লোইশিন্নদুনা থম্লসি হায়না লেপ্লরে। ব্রোজেন কৌথোক্লগা শক অমুক্তং খঙনহনবসু ফৈ হায়না খন্নে।

থাজ প্রিভিয়সকী পরিক্ষা লোইদুনা য়ুমদা লাকই। খুম্বোংগী ব্রোজেনসু য়ুমদা থোক্লকপা মতম ওইবদুদা ইন্দুরেখানা পাউ পীখিদুনা ব্রোজেন থাজ য়েংবা লাক্কনি হায়রি। মচানুপীদদি হান্না পাউ পীদে। ব্রোজেন্নদি হান্না থাজগী ফোটো অমা উখিবদগী থাজবু পাম্লে। অয়ুক অমা ব্রোজেন মাগী মরুপ ডাক্তর খোমদোনগা লোইননা থাজ য়েংবা লাকই। থাজদি চুম্না মপাবুংগা উনবা লাকপা মী ওইররোই নীংদুনা চা-গা পুথোক্নুনা য়াম্না লুনা তৌই। মাগী মী কিদবা, হৌন-খঙবা মতৌদুদা ব্রোজেন্দি য়াম্না নুংঙাইবা পোকখি। শক খঙনবগী ৱাদি ইঙাঙ-ঙাঙনদনা মাগী মহৈ তম্বগী মতাংদা ওইনা ঙাঙনরগা অদুম হনখ্রে।

মখোয় হনখ্রবা মতুংদা ইন্দুরেখানা মচাদা হংই, —"নুপাদু কমদৌই ?"

"কনাবুনো ইমানা হায়রিদুবো ?"

"হায়মা ! নঙবু য়েংবা লাক্রম্বা নুপাদু নঙবু খঙদব্রা ?"

"ঐদি খঙদেনা ! মখোয়বু পাবুং উনবা লাকপা মী নৎত্রো ? পাবুংগা য়াম্না কুইনা ৱারী শানখিবদাইনে ?"

"করিনোনে হায়রিসিবো ? ইওন-ওন্নরেদা তৌরিসে !"

"খঙদে, ইমা ! ঐদি এম এ লোইরগা রিসার্স তৌখিদৌরি। নখোয় চোপচনিকো।"

মচাগী ৱাদুদা ইন্দুরেখা ৱা মখা তাখিদ্রে।

শোমদা তোন্দোনগা প্রিয়াগা সবজেক্ট অমত্তদা তম্মিন্নরবনিনা অসুম-অসুম নরুবা হেল্লিন্নকই। মখোয় অনী পুন্না-পুন্না চৎমিন্নবা উরগা থাজগী পূক্নিংদসু নুংঙাইবা পোকচরি। মীওইবা হায়বসিগী মরক্তা নুপা-নুপী ইনখৎলকপগী চহী মতাংদা অমনা অমবু নীংনবগী, অপাম-নুংশিগী রাখলসি য়াওদবা ইয়ামক য়াদ্রবনি। মসি য়াওদ্রবদি সংসারসি লোইখিবা তাবনি। তোন্দোন অমদি প্রিয়াগী নুংশিনবগী থাকসু মহৈগী থাক্কা রাখৎলকপগা ইরোইন্ননা থাক নাইনা কাখৎলক্লি। কলেজগী ষ্টদি টুর কয়া চৎমিন্নে; মণিপুরগী মনুং অমদি মপান্দা তোয়না খোঙবু ওইমিন্নে। পুন্সি লৈপুল ওইমিন্নসি হায়না রাশরুবা ফাওবা য়াওখ্রে।

অসুন্না মতমগী মতুংইন্না মখোয় অনী বী এস সি সেকেন্দ ইয়ার কারে। থাজনা মবক-মরক্তা তোন্দোনখোয়দা লাক্কুনা তোন্দোন্দা পাউতাক কয়া পী। তোন্দোন্নসু মচেগী য়াথং ইন্দুনা কন্না হোৎনরি। প্রিয়াবুসু থাজনা থেংনবদা তত্তুনা লাইরিক-লাইশুদা পূক্নিং চংনবা পাউতাক পী। ঙসিদি বীমোলগা থাজগা কায়নখিবা চহী অহুম ফারক্লে। ঙসি ফাওবদা বীমোলগী পাউ অমত্তা তাদ্রি।

শোমদা থাজ এম এ ইংলিস ফাইনেল থাগদৌরে। মপাবুং বীরমঙ্গলসু পেন্সন ফংগদবা নকশিল্লক্লে। মপানা খনবদা মানা পেন্সন ফংদ্রিঙৈদা মচা থাজমানবী লুহোংবীগে হায়বসিনি।

ব্রোজেন্নসু পাম্মী হায়বা খঙলবনিনা মচাগী এম এ গী পরিক্ষা লোইবগা লুহোংবীরগে হায়না চপ-চানা খনবদগী ব্রোজেনবু পোকপা লোবঙ্গোগা উনদুনা রা লাইশিন্নখ্রে।

বীরমঙ্গল মচাগী লুহোংবদা উন্ননবা উপু, কাংথোল অয়াম্বা উ শুবদা চত্তুনা গীঙলুরে। গোদ্রেজ উপু, ফ্রিজ, রাশিং মেছিন, টি ভি অয়াম্বা য়ুমদা পুরক্কুনা থম্লে।

থাজ, এম এ ফাইনেলগী পরিক্ষা পীরম্লগা হোষ্টেলদগী য়ুমদা হল্লক্লে। য়ুমদা নীনা লৈরগা লৈরম্লিবা পোৎ ময়ামদু উবদা থাজনা মমাদা হংই, – "ইমা! পোৎ যামসিদি করিগীনো?"

ইন্দুরেখা, তাক্কবা য়াদদুনা মচাদা রাফমদু ঈংনা-তপ্না তম্লে। থাজমানবী চাক্কা মমত্তা চাদনা – "ঐ লুহোংবা ঙমখিরোই, এম এ লোইরগা রিসার্স তৌনবা ওন্না মগ্রবালগা ঙাঙনবা লোইরবনি" হায়রকই। অদুবু দাইরেক্তর বীরমঙ্গলনা মদু য়ারোই গী মমাঙদা চিন পুৎথবা ঙম্লোই হায়না কন্না হেক্তা মপা-মচা মরৈ তৌনরে।

থাজনা ওন্মোই হায়না-হায়না অহল-লমন য়ানদুনা থাজগী বারোইপোৎ পুখ্রে।

অয়ুক্তা বারোইপোৎ পুরগা থাজদু নুমিদাংবাই য়ুমদগী থোকখিবদগী হঙ্জিল্লক্রে। বীরমঙ্গল, চিংনদুনা নুমিদাংদা বীমোলখোয়গীদা কারদা ইন্দুরেখাগা লাকই। অদুবু থাজদু মফমদুদসু লৈরমদ্রে। য়ুনিভর্সিটিগী হোষ্টেলদা টেলিফোন তৌদুনা হংই, লাক্তে হায়রে। অরোইবদা থৌবালগী মমান্নবী বালাখোয়গীদা টেলিফোন তৌবদা লাক্লম্নগা অমুক হনগ্রে হায়রকই। বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখা মচাগীদমক খনবদা বাবদা লোইরে। পুলিসতা পাউ পীগদবসু হান্নগী থৌদোক অমগী ইকায়বনা পীবা ওমদ্রে। অহীংদু বানা লেপ্লে।

অশোমদা থাজমানবী মমা-পাবুং অনীনা বীমোলখোয়গীদগী হনখিবগা মানা বীমোলখোয়গীদা লাক্লে। বারী পুন্নমক কমলা অমদি তোন্দোন্দা তম্লে। তোন্দোনসু ওসিদি থাজগীদমক মী খুদিংমক থেংনরগে খল্লক্রে। অমরোমদা থাজগী মশাদু লাইহৌ তৌদুনা নুংঙাইতে হায়। তোন্দোন, অহীংদা ডাক্তর অঙৌ কৌরুরগা থাজমানবীবু য়েংহল্লি। পরিক্ষাগী লাইরিক পাবদা খরা বাখিবগী ওইরমগনি, করিসু অরুবদি মান্দে হায়রগা লাইহৌগী হিদাক খরা ইরম্মী। তোন্দোন হিদাকশিংদু সাইকল তোংদুনা শিংজমৈদগী লৈরুরে। ডাক্তরগী পাউতাক ইন্নগা হিদাক থাবা হৌরে।

থাজ, বীমোলগী য়ুমসি য়ৌরকপদা অবাবা খরা ফবগুমসু তৌই।

মানা ওসি অহীং মখোঙনা থোংনা য়ুমসিদা লাক্লগা লেপ্লবসিদা তোন্দোনগী মবুক্তা হয়াউবা, নুংঙাইবা তঙনা ফাওজরি। লুহোংদ্রিবী মৈতৈ চনুরা অমনা মানা থম্মোইনা পামজবা নুপা অদুনা মফম খঙদনা মাঙখ্রবসু সমাজবু করিমত্তা কিদনা নুপাদুগী ময়ুমদা লাক্লুনা মাগী ময়ুমদা শিজগে হায়রবসিবু মণিপুরদা কয়া য়াম্না থোক্লমগদগে?

নোংঙাম্লে। বীরমঙ্গল মথা শারে। মী তাহন্দনা ড্রাইভর পুরগা কারদা থৌবাল তানা চৎলি। অদুবু মচাগী খোঙ্গুল লীফম খঙদনা হল্লক্রে।

থাজদি অয়ুক্তু ফিভম খরগা হেন্না শোকচিল্লকপগুম তৌবদগী তোন্দোনগা তানরগা শীজ হোস্পিটাল তানা লাক্লগা টেষ্ট মথং-মথং তৌদুনা লৈরি। থাংমৈবন্দগী টেক্নিসিয়ান অমনা থাজবু মশক খঙবদগী ডাইরেক্তর বীরমঙ্গলদা থাজ শীজ হোস্পিটালদা লৈহৌরে হায়না তম্লরে। বীরমঙ্গল খুদক্তা মচাগী মনাক্তা য়ৌরক্লে। মচাগী শকফমদু উবদা পোইজনগুম্বা চারুব্রা হায়না চিংনরকই।

টেষ্টকী রিজল্টতু নুমিদাংবাইদা খরা ফংলে। থাজ, উমদা চাউনা পোম্লে হায়রে। হোস্পিটালদা লৈথদবা য়াদবদগী থাজ কা অমা লৌরগা লৈরে। তোন্দোন

অহীং-নুংথিল কোইচেন চেন্দুনা থাজগী মতেং পাংলি। অহীং ময়ুমদা হন্দনা থাজবু শঙবা য়াওই। ইমুং অনীসি দন্দিনা নক্লদবা য়ারক্রে। অদুবু লুরিবদি থাজগী বুম লৌথোকপা তারবদি থাজদি পুন্সিগী মমীত্তা মচা হায়বদু অমুক উররোই। মখা তানা অলট্রাসাউন্দ লৌদুনা য়েংবদা থাজগী বুমগী ফিভম হেজিল্লা শোক্লে, বুম লৌথোক্তবা যাবরোই হায়রে। ইন্দুরেখাদি থম্মোই কায়রে। অদুবু থাজদি থোইনা বাদবগুম তৌই। বুম লৌথোক্লবদি মাগা ব্রোজেনগা লুহোংবসু য়াগদবা মান্দ্রে।

মরমদি অঙাং য়াওররোইদবী নুপী অমবু করম্না য়ুমগী মৌ ওইনা লুহোংদুনা লৌগনি? লায়না মখল অসি হৌজিক্কানগী লৈশাবীশিংদা য়াম্না নাগনবা লায়না অমসু ওইরি।

প্রিয়াদা পাউসি পীনীংমনবদগী তোন্দোন কলেজদা প্রিয়া উনবা লাকই। প্রিয়া থাজমানবীগী পাউদু তাবদা মমাদা তমদুনা মমাগা লোইন্না শীজ হোস্পিটালদা লাকই। প্রিয়া উবদা থাজমানবীসু নুংঙাইবা ফাওই। নোংমা নথব্রগা নোংমদি মখোয় অনী ইমুং অমগী মৌ ওইদুনা পুম্না লৈমিন্নবগী বাখল ফাওবা য়ৌনা খঙ্ক্রই। অফবা মী হাযবসিগী লুরবা তানফমদা মীচং য়াম্না থোরকপসু মশানা তাবনি। থাজমানবীগী মীচং অসুম য়ামখৎলক্রি। তাঞ্জাসিদা মাগী থম্মোইনা খ্বাইদগী নুংঙাইজগদবা মিকুপ্তি বীমোলগী মশক উবনি। ওসি মাগী অচেৎপা লাইনীংদি বীমোলগী বাখলদনি। অদুমক্লসু ওইবা য়াই, মাগী লুহোংবা কায়নবা মরম অমা লাক্রিবা! থাজগী ওপরেসন লোইখ্রে। মহাক বুম লৌথোকখ্রবী লৈশাবী অমা ওইরে। অমরোমদা হায়রগা মহাক মমীত্তা মচা উররোই। কয়াদা নোংদম থীনা তম্লকখ্রবা?

শোমদা থাজবু ওপরেসন তৌখিবা ডাক্তর খোমদোন ব্রোজেনগা লুনা তিম্নবা মকপ্নি। থাজ য়েংবা লাক্রম্বদুসু ব্রোজেনগা খোমদোনগা লাকমিন্নখিবনি। খোমদোন্না অশেংবদু তাক্লবদি মরুপ্না করি খনগনি? ডাক্তর খোমদোন্না ব্রোজেনগী অহল-লমন্দা মবিক চুম্বা পাউদু তমদুনা তাখ্রে। পাউদু তাবদগী ব্রোজেনগী অহল-লমন থাজখোয়গী য়ুমদা লুহোংবগী বা তানবা লাকখিদ্রে।

তাঞ্জাসিদা থাজগী এম এগী পরিক্ষা হায়দোক্লে। মহাক্না ইংলিসকী ফার্ষ্ট ক্লাস ফার্ষ্ট তাদুনা গোল্ড মেদল ফংলগনি হায়না লাউথোরক্লে। থাজ মশা, তোন্দোন, প্রিয়া পুন্নমক লোইনা হরাউনরবসু বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখাদি হরাউফম খঙদ্রে।

বীরমঙ্গলগী শাংলবা পুন্সিদো মপাল শাৎপা ঙমদ্রবা উপাম্বীগা পাংথক ওইখ্রে। মানা মতম অমদা য়াম্না করাম চাউনা তানশিনখিবা সম্পত্তিদু করিবু কাম্নরি? মীগী

মচা লুহোংবদা পাংখিবা পোৎপাং কয়া অরেম্বদা লোইনা তারে। মসিবু মা অমদি মাগী নুপী ইন্দুরেখা অনীনা করাম চাউরকবা, অহেনবা পাম্মুবগী মহয়রা?

লুহোংবগী বাফম ইংথখিবগা লোইননা থাজমানবীগী মশাসু হৌজিক্তি নোর্মেল ওইরে। মহাক পি আইচ দি রেজিস্ট্রেসন তৌনবা অমদি নেট ফংনবা কন্না হোৎনবা হৌরে। হোৎপু হোৎনরবদি মহয় চাদবা লৈতে হায়নবগুম থা তরুক্কী মতুংদা থাজ নেট পাশ তৌরে। অদুগা মহাক প্রোফেসার পি সি অগ্রবালগী মখাদা পি আইচ দি রেজিষ্ট্রেসনসু তৌরে। থাজ বারুরবা তুংসিদা দাউ মথং-মথং য়াবা হৌরে। মহাক দি এম আর্টস কলেজদা ইংলিসকী ওঝা অমা হাংলকপদা গেষ্ট লেকচরর ওইনা থবক চংলে।

কলেজ ওঝা ওইরবনিনা থাজ ফনেক ময়েকনাইবা, সারি তম্খায় শেৎলে। য়াম্না চীং-লেম্বী, ঈং-তম্বী চহী মতাং ওইরে। চানবা নুপা অমগা লুহোংদুনা নুপাদুনা কার অমদা হাপ্লগা নুংতিগী কলেজ কারক্লবদি কয়াদা মীগী মীৎয়েংনফম ওইরমগবা?

তোন্দোনগা প্রিয়াগসু থাজনা দি এম কলেজদা ওজা ওইনা চংলক্লবা মতমসিদদি বী এস সি ফাইনেল ইয়ার তম্লে। মখোয় অনীসু হান্না কোয়-লংবা খরা তৌরম্লবসু হৌজিক্তি থাজগা নক্লরকপসিদা মাগী-মাগী মহৈ-মশিংদা হেন্না পূক্লিং-চংনা হোৎনবা হৌরে।

মতম্না কনাবুসু ভাইবীরমদে। বীমোলগী পাউদি ভসিসু করিমত্তা ফংবা লৈত্রি। অদুবু থাজগী থম্মোইনদি বীমোল নোংমা শোয়দনা হল্লকখিগনি খঞ্জরি। মানা থমজবা বীমোলগী ঘড়ী চৎপা লেপত্রি। কায়নরমদাইদা বীমোলনা থাজগী নাপ্পদা চিনবীরম্বা পেত্রক্লে ভসিসু ফিভম কায়দ্রি।

থাজ বীমোলবু নোংমতা কাউবা ভমদনা মাগী মথৌ তৌরি। কলেজ চাং নাইনা চৎলি। মরক-মরত্তা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা রিছার্স তৌবসু চথলি। থাজ, দি এম সাইন্সতা রেগুলর পোস্ট কৌরকপদা অমুক হন্না ইন্টরভিয়ু য়াওবদা খনবদগী ভসিদি মহাক রেগুলর তারে।

তোন্দোনগা প্রিয়াগা অনীমকসু বি এস সি ফাইনেল একজাম থাবা লোইখ্রে। মরকসিদা মণিপুরগী এম পি এস সিনা এম সি এস অমদি এম পি এস ২৫/২৫ লৌনবা এদভর্টাইজ তৌরকই। থাজনা তোন্দোন অমদি প্রিয়া অনীমত্তা ফোর্ম ফিল্লপ তৌনবা কন্না হায়। তোন্দোম্না, পরিক্ষা হায়দোক্ত্রিবনিনা ইকাইজে হায়। অদুবু থাজনা য়াদবদগী মখোয় অনীমক ফোর্ম থাজিনখ্রে।

খরা লৈরগা এদমিট কার্দ য়ুমগী এদ্রেশতা থাম্লক্লে। মরমকসিদা বী এস সিগী ফাইনেলগী পরিক্ষাসু হায়দোরক্লে। তোন্দোন্না য়াম্না ওকপদি মহাক্না বোটানিগী সবজেক্তা কুমসিগী ফার্ষ্ট ক্লাস ফার্ষ্ট তারে। মসিগী ক্রেদিট মানা মচে থাজমানবীদা পীনীংই। প্রিযাসু ফার্ষ্ট ক্লাসতা পাশ তৌরে। হন্দক্কী বি এস সিগী রিজল্টসিদগী তোন্দোন থৌনা অমসু লাকখ্রে। মহাক অমুক্কা হেন্না কন্না হোৎনরগা মচে থাজমানবীগী নীংজবা আশা অমুক্তং থুংহল্লগে চপ-চানা খল্লে। পরিক্ষা মতম য়ৌরক্লুনা তোন্দোন অমদি প্রিযা অনীমক্না এম পি এস সিনা লৌবা পরিক্ষা ফমখ্রে। পরিক্ষা ফজনা তৌরম্মী। থা অমরোম লৈরগা আহিবগী চাংয়েংগী ফল হায়দোরক্লে। তোন্দোন অমদি প্রিয়া অনীমক পাশ তৌরে। মখোয় অনীনা ঙাওনৈ, ইচে থাজমানবীনা হায়রমদ্রবদি ঐখোয় অনী পবিক্ষা য়াওরম্বগী বা লৈতে। পরিক্ষা য়াওবমদ্রবদি ওসিগী ফলসি ফংলম্লোই। হৌজিক্তি ভাইভা ভোসখক্তমক ঙাইশিল্লক্লে। হন্দক্কী এম পি এস সিগী চিয়ারমেনসু কেরলাদগী হান্না চিপ সেক্রেটরি ওইরম্বা পি কে অযরনি। মহাক অচুম্বা তৌবা, অরানবা য়াদবা মীনি হাযনা ঙাংনৈ। মদু তাবদা পৈশা পীজনবা লৈতবা তোন্দোনগী আশা মাঙদ্রি। প্রিযাসু ময়ুমদা কন্না হোৎনবা হৌখ্রে।

থাজ, তোন্দোনখোযগীদা মথৌ ওইনা নুংতিগী লাকই। তোন্দোনগীদমক মানা জর্নেল, মেগাজিন কয়া লৈরগা পুবকই। ইংলিস খবর অহুম লৌবীবি। মাসু মানা এম পি এসকী ভাইভা যাওগদবগুম পাবি, হকচাং কনখৎনবা তোনিক, উহৈ কয়া লৈরগা পুবকই, শঙ্গোম লৈরকই। মচে অমনা তৌগবা থবক থাজনা তোন্দোনগীদমক লোইনা বাত্তনা তৌবি। মৈগী ফিভম ফত্তবসি যেংলগা ইনভার্টর অমসু লৈরগা পুরকই। হৌজিক তোন্দোনগী অৱাৎপা অমত্তা লৈত্রে।

থাজনা হংলকপা য়াবা কোইসন কয়া কম্পিটিসন সকসেস রিভিয়ুনচিংবদগী লৌথোক্লগা বাহংগা অক্সরগা শেম্লগা পুরকই। মানা এক্সপার্ট শাবগা তোন্দোন্দা হংই। ফিজেৎ ফাওবা কেন্দিদেটকী শেংহল্লগা বোর্দকী মেম্বরশিংদা উৎকদবা ব্যবহার ফাওবা মানা যেংলগা চুমথোকই। মানা অসুন্না নুংতিগী লাক্লগা এক্সপার্ট শারগা তোন্দোনগা মাযগা-মায়গা ওনশিন্নদুনা বাহং পাউখুম কয়া নৈনৈ। পাউখুম খরা ফজদবদু মথংগী নুমিত্তা শেমদোকহল্লি। থাজদু তোন্দোনগী অশেংবা গুরুগা চপ মান্নখ্রে। প্রিয়াদুদংগা পুন্না নৈনজবা য়ারগদি হায়বা বাখলসু থাজনা খল্লকই।

তোন্দোনগী ভাইভা নুমিত্তা থাজ অয়ুক ওন্তাদগী তোন্দোনখোয়গীদা লাক্লুনা কমলাগা লোইননা পুজা তৌদুনা মঙ্গল ওইনবা ঈশ্বরদা নিজরি। তোন্দোন, ফিজেৎ

নাম্না শেত্তুনা মমা অমদি থাজবু খুরুম্নগা থাজগী কাইনেটিক তোংলগা ভাইভা য়াওবা চৎখ্রে। থাজ, তোন্দোন হল্লক্লিফাওবা কমলাগা ৱারী শানদুনা মতম লেম্লি।

তোন্দোন ইন্টরভিয়ু লোইবগা য়ুমদা থুনা হল্লকই। নুংঙাইবা পাউদু থাজদা তম্নিংবনা লৈতাক্ম খঙদে। থোঙ্গালদগী চংলকপদা মোমোন-মোমোন নোকই।

থাজ, "ইবুংঙো! নঙবু করম তৌরম্বগে?"

"ইচে! লাইবক লৈরবদি খনবসু য়াই। ইচেনা সজেসন তৌবা কোইসন অয়াম্বা হংলকপগী ৱানি। ঐ লোইনমক এটেম্প ফজনা তৌরগা খুম্নমই। মপান্দগী এক্সপার্ট অমা য়াওবদুনা ঐগী অন্তরদা শুদ, শুদ অহম্নক হায়বা ঐ তারকখি। চিয়ারমেন্দুনা অরোইবদা — "বেষ্ট ওফ লক" হায়রকপদা ঐ খল্লে, হায়না খল্লগা ইচেদা পাউসি তম্নীংমন্দুনা প্রিয়াগদি উনরক্রে।"

পাউদু তাবদা থাজ মীৎলুদগী পিরাং শিম্বুরকই। মানা হোৎনজবা থবক মহয় য়াম্নগনি খনবগী ওইরমগদ্রা?

নুমিৎ হুম্নি লৈরগা এম পি এস সিনা লৌবা এম সি এস অমদি এম পি এস কী ফল হায়দোক্লে। তোন্দোন এম পি এসতা মানা ফার্ষ্ট রেঙ্ক তারগা খল্লে। মখা থংবগী কুম্নগী ইমুংদা তোন্দোন্না এম পি এসতা ফার্ষ্ট তারক্লিবসি করম্ননো হায়না ঙাঙনবা হৌরে। মখোয়গী পূক্নিংদা তোন্দোনবু কল্লকপা হৌরকই। মীওইবসি খুবাক খুৎনম্নি হায়নবদু মসিরা?

তোন্দোন, মচে থাজনা নোংমা হায়খিবা ফজবা ৱাহৈ পরেংদো নীংশিংলুরগা থাজবু কয়াদা নুংশিরকখি। খঙহৌদনা ময়াম্বনা য়ুমসিদা হল্লক্লগা থাজগা লুহোংদুনা মাগী মীত্তা অমুক্তং উবা ফংলবদি হায়বসিদা তোন্দোন হিক্না-হিক্না কপচৈ। মানা কপ্লিঙেদা থাজ থুংলরে। মানা কপ্নম্বদু উবদা থাজসু কপ্লি, কমলাসু পুম্না কপমিম্নে।

মখোয়না নুংঙাইবগী পিরাং শিম্বদুনা ইমুংদা কপ্লিঙেদা প্রিয়াসু মখোয়গীদা ড্রাইভরগা লাক্লুনা মপান্দগী কৌরকই। প্রিয়া উবদুদা মাগী মাগী পিরাং লোম্না তৈথোক্লরগা মপাল থোরক্লে।

থাজ, — "প্রিয়া ঐ হৌজিক্তদা নীংঙম্নক্লে। নঙসু তোন্দোনগা পুম্না ঐখোয অহম তাম্নরম্নবদি থরদি ফরমগদবনি।"

"ইচে! ঐদি খল্লক্লোই হায়বা হান্নদগী খঙলবনি। অদু, ইচে! ঙসিদি ঐখোয পুম্না ঙা অমা লৈরুরগা চারসিদো! তা তোন্দোনগা ঐগা চংলগা লৈরুরগে?"

"ইমাদা হংখিগে?"

থাজনা কমলাদা হংই। কমলা, –"ইচাশিংনা ফে হায়বদু তৌরো! ইমা করিমত্তা যেংলোইদা। ইচানা শীনবদগী ননাওনা সিগী থাকসি য়ৌরকপনি হায়বা ইমা খঙই। ইমানা ইচাগী লমন শিংবা ঙম্লোইদবতা ঙাইরে।"

কমলানা য়ারবনিনা প্রিয়াগা তোন্দোনগা প্রিয়ানা পুরকপা কারদুদা তোংলগা ড্রাইভরনা গাড়ীদু থৌরগা ঙা লৈবা চৎখ্রে। শোমদা থাজনা চাক-ঈশিং থোং-থারুবা লাংহৌরি।

অসুন্না কৈথেল কারুবা হল্লক্লগা মখোয় পুন্না তোন্দোনখোয়গী য়ুমদা চাক চামিন্নখি।

খরা লৈরগা ওফর ফোর্ম পীদুনা ওফর সবমিট তৌরবা তুংদা তোন্দোন থা তরুক্কী পার্টিয়ালাদা ট্রেনিং থাখ্রে। ❑

# তরুকশুবা

বীমোল নাগালেন্দগী ফেক দিষ্ট্রিক্টকী মনুং চন্না লৈবা লোসোমি খুঙ্গংদা প্রাইভেট ইংলিস স্কুল অমদা অক্তগী ওঝা ওইরগা হিংলি। মহাক পুশালু কৌবা খুলদুগী মীনা য়ান্না কিনবা, লালহৌবগী ময়ায় ওইরপ চাউবা ফম পায়বা মীশক অমগী য়ুমদা লৈবনি। কা অমদা চাক-ঈশিং মতোমতা থোংলগা চায়।

বীমোলনা শোমদল খুলদা মাগুন স্টোনগী য়ুমদা অহীং অমা থাজমানবীগা লেনমিন্নরুরবা তুংদা মখোয় অনীগী পূক্নিং, ঝাখল পম্বুং অমগী থাক য়ৌগে তৌনা নকশিন্নরুরে। অদুবু খঙহৌদনা ঈশিং খোঙদগী হরাউ-হরাউ কাখৎলকপদা বীমোলনা থাজগী নাপ্পদা পেক্রক্লে অমা চিনবা হেক লোইবগা যোসেফনা চেল্লক্রগা তন্নবা পাউদগী মিকুপ্তুদা মখোয় অনী কায়নরকখিবনি। বীমোলনা জঙ্গল ফাওরগা চেল্লকপা মতমদা ফুরিৎ অমগা খোঙগ্রাও অমগা হবাইসেন্দল অমগা নত্তনা মশাদা করিমত্তা লোইনরক্তে। লোইনরকপা হায়ববু ফুরিৎকী ফুরিৎখাউদা পেক্রক্লে অমদি য়াওরি। মহাক জঙ্গলদা ফাও-ফাওদুনা পঙচত্তা চৎপনি। লম্বী খঙবসু নত্তে। পূং অনীরোম চৎলবা তুংদা খোঙলম্বী মচা অমখক থেংনখি। খোঙলম্বীদুনা পুবা মায়কৈদা অসুম লাকপনা লম্বী চৎপশিংনা ঝারক্লগা পোৎথানবা শেম্বা নুংপাক থাবা মফম অমা থেংনরে। মতমদু নুংথিলগী পূং অমরোম তারন্নগনি। চাক লাম্বনসু মশাদু তৎথরে, চানবা য়াওবসু নত্তে। নুংশা শাগৎলকপদুদা ঙাইহাক্তং পোথাগে খন্দুনা মফমদুদা ফম্মী। ঝামন্দুনা নুংপাক মথক্তুদা মখুদাংদা মোন খাঙলগা হিপথখ্রে। অদুদগী মাদি চানমক্কী তুমথোকখ্রে। মিকপ থোক্রকপদা মনাক্তুদা চোরফোন মচুগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাও শেৎপা অফবা মখলগী নোংমৈ পায়বা নুপা মরিখক ফমদুনা লৈরম্লে। মখোয় মরিদুগী মশক উবদা বীমোল অকিবা পোকই। মখোয় মরিদুগী মনুংদগী অমখক্লা মঙোন্দা লোন অমখক্তা করিনো খরা হংলকই। মরোলদু খঙদবদুদা বীমোল খঙদে হায়না মকোক হাই। অদুদগী অমুক হিন্দিওই, ইংলিসওই ইয়ান-য়ান্নবা লোন শীজিন্নদুনা হংলকই। মাসু হিন্দিগা ইংলিসকা য়ান্ন-য়ান্নদুনা পাউখুম পীনবা লাক্লে। মমৈদা মখোয় মরিদুনা মহাকপু মৈতে ওইরম্বতারে হায়না খনখ্রে। পৈশা-নুংশা য়াওব্রা হায়না খোঙগ্রাও ফুরিৎখাউ হুমদুনা য়েংই। করিমত্তসু

যাওদে। করি মরমগী মফমসিদা লৈরম্লিবনো হায়না হংলকপদা বীমোলনা মাগী-অশেংবা থোকখিবা থৌদোক্তুগী মরমদা মতেক থরা তম্মী। নুপা অমনা বীমোলদা মাগী নোংমৈদু পীরগা পায়য়ু হায়। বীমোল নোংমৈদু য়াম্না কিনা পায়। নুপাদুনা নোংমৈদু কাপ্পু অমুক হায়।

বীমোলনা মাদি নোংমৈ কাপ্পা হৈতে হায়। বাহৈদুনা মখোয়গী অশাউবী ওইরম্বগুম থোক্লুরে। ওইদবা ঙাঙই হায়দুনা নুপাদুনা বীমোলগী মমায়দা খুপাক্লা পাক লাউনা থাজিল্লকই। মমীত্তু তন্দন পাই। তশেংনমক হৈতেবনি হায়দুনা মখুৎ লোম্লে। অমনা অমুক খোঙউপ বুটনা বীমোলগী মথুন্দা কাওই। বীমোল উপথুননা তুরে। মহাক পাক হৌগৎপা ঙমদ্রে। হন্দক্কী নুমিৎ নীনি, হুন্নিসি মহাক চৈ থরা চাও হায়না তল্লক্রবোই। নহান অহীংসু পুলিসনা ফুখিবতা ঙাইহিরিবনি। নুপা অমনা বীমোলগী মশমদু তাপ পাযবগা চিংখৎলগা হান্নগী ফমফমদা ফমহল্লি। বীমোলগী পূক্লিংদা হিংলরোই হায়না বাজরকই। অপোকপী মমাবু মমীত্তা উরকই। মীৎলুদা পিরাং শিঙ্গুরকই। নুপা অমনা নোংমৈ থাঙ্গৎলগা বীমোলগী মথবাক্তা নোংমৈ মচিন্দু ওনশিল্লকই, ট্রিগর চিংগে তৌরে। বীমোল, অরোইবা ওইনা মমীৎ উইশিল্লগা লাই নীংই। অতোপ্পা নুপা অমদুনা নোংমৈ মতোন্দু ইপ্লোকই। নোংমৈদু বীমোলগী নাক্নমদা নক্না থাঙ্গৎলগা মনাদা মতোন্দু ঙাকহল্লগা থম্মী। ট্রিগব চিংলগা মক অমা কাপথোকখি। বীমোল মনাদু খংশা শাবা ফাওই। নোংমৈ মখোলদুদসু খংই। মাদি নোংমৈ মকদুনা মঙোন্দা পাল্লগা মকদু ফাওদোকপ্রবনি খল্লি। মশাদু পাখত্তুনা লৈমাযদা মতোমতা তুথখি। অদুবু লাইব্বক ফবনা চৈনাদি ফাওবক্রে।

মখোয মরিদুগী মনুংদা বা কয়া ঙাঙদবা বীমোলদা নোংমৈনা কাপকে তৌবদা খাম্বা নুপা অমথক যাওরি। নুপাদুনা মখোয়না পুরকপা হেন্দগ্রেনেট মকগা, নোংমৈ মকগা, চানবগা যাওবা ইয়ারকেগতু বীমোলগী লেংবান্দা য়ানশিনবীরে। অদুগা বীমোলবু মাঙ থাহল্লগা চৎনবা হায়রকই। বীমোল ইয়াববেক্তু লেংবান্দা য়াল্লগা মখোয়গী মাঙ থাবগা চৎলি। পুবিবা পোত্তু কিলেগ্রাম কুনমঙারোম ওইগনি। বীমোল কিবদগী অরুম্বদু কবিমত্তা খঙখিদ্রে। অদুবু বাকনদি মখোঙ থাংবা বারক্রে। পুং অমবোম চৎলবা তুংদা চীংগী খুল অমা মাঙদা উরে। খুলদুদি অঙম্বা চীং অমগী মতোন্দা তাবনি। অঙম্বদু কাবা হৌরক্রে। বীমোল বারবসু বারে হায়বা ঙমদ্রে। শিরবসু অদু মঙাইবে খল্লি। ইশিং খৌরাংবনসু তৎকদৌব্রে। বারিঙ্গেদুদা মখোয় মরিগী নোংমৈশীংদুসু ইযাববেক্তুদা লোইনা হাপচিল্লক্রে।

বীমোল থম্মোই মনুংদা মখোল থোক্তনা কন্না কপ্লে। অঙম্বা চীংদু কাবদা ঈশ্বরদা তেংবাংবীয়ু হায়জবা নত্তনা অতৈ উপাই লৈজদ্রে। উচিন-নাচিন্না ঙসাইগী মবুক-মপাও ফবা অমা য়াওরিবদুনা বীমোলগী অবাবদু উবা ঙমদ্রমাল্লে, মখোয় অনী ইয়ারবেগ মবীদা নাকল-নাকল পায়রগা মতেক খরা থাংমিন্নরে। চীংগী খুলদুদা অসাম রাইফলসকী কেম্প লৈমাল্লে। পেট্রোল্লিং চৎপা সিফাই খরা লম্বীদা থেংনরে। বীমোলদি মানা পুরিবা ইয়ারবেগতা নোংমৈ অমদি হেন্দগ্রেনেট য়াওবনিনা অবাবা তারগদ্রা খল্লুরে। অদুবু সিফাইশিংদুদি মখোয়দা করিমত্তা হায়রক্তে।

খুলদু য়ৌরগা ঙাইহাক্তং পোথারে। থিকা তৌবা নুপা অমগী জিপ অমখক লাকই। থিকাগী পোৎ থিল্লুরগা হল্লকপা মাল্লি। মখোয়না চৎকদৌরিবা খুলদু য়ৌগনি হায়বা মাল্লি। মখোয় মরিগী লুচিংবদুগা রা খরা ঙাঙনখি। অদুগদি বীমোলদা ইয়ারবেগতু জিপ্তুদা থাঙ্গৎলু, মা মশাসু কাখৎলু হায়রে। বীমোল ইয়ারবেগতু জিপ্তুদা থাঙ্গৎলে। থাঙ্গৎপা লোইরগা মশাসু জিপ্তুদা কাখৎলগা ফল্লে। মখোয় মরিসু কাখৎলগা পুন্না ফম্মিন্নরে। জিপ্তু অদুম থৌবা হৌরে। চীংগী কোয়লাস থারম্বদগী কায়দুনা কোম-কোম শারবা লম্বীদুদা থৌরগা লেপ্তনা লাকপনা নুমিদাংগী পুং তরেৎলোম তারকপদা লোসোমি হায়রিবা খুলসিদা থুংলে। খুল মচিন্দা বীমোলনা পুরকপা ইয়ারবেগতগী নোংমৈশীংদু মখোয় মরিনা অমমম লৌরগা মখোয় মফমদুদা কায়নরে।

ঙসাইগী বীমোলগী মতেং খরা পাংখিবা নুপাদুনা বীমোলগী মখুৎ শোক্রগা বীমোলদা "বেষ্ট ওফ লক" হায়রম্মী। মী হায়বসে লোইনমক খুৎলায় পায়রবসু থম্মোইদি লোইনমক মান্নদে। জিপ্তুসু থিকাদবদুগা ড্রাইভরদুগা পুন্না তোংলগা চৎমিন্নখ্রে। বীমোলদি ইযারবেগতু পুরগা পুশালুগী মতুং ইন্দুনা লাকই। মফমদুদা পুশালুনা মী ফারক্লগা থম্নবা উবাক্লা খাবা কাদুদা বীমোলবু চঙহল্লগা থোঙগী শো লোনশিল্লগা করিমত্তা হাযবমদনা পুশালু ময়ুমদা চঙখ্রে।

বীমোল, ঙসাইগী নুপা অমদুনা মঙোন্দা "বেষ্ট ওফ লক" হায়রম্বদুবু মা শিগদৌরব্রা হাযনা খল্লকই। পুশালুনা অসুন্না ফারকপা মীসি য়েক্লবা ফেকসনগী মী ওইগল্লি। অয়াম্বনসু হিঙ্গন্দে। পুশালুদি ইমুংদা চাক-ঈশিং চারগা ফমুংদা নুংঙাইনা তূম্বা চংখ্রে। মী ফারক্লগা থল্লিবা উবাক্লা খাবা কাসিদা মনীংলোম থংবদা মী অতৈনা খঙদবা অহোবা মখুল মচা অমা লৈ। মখুলদুদা কা মনুংদা মীদুনা করি তৌরি, মীদু লৈরিব্রা, চেন্নবা হোৎনব্রা হায়বনচিংবা অহোবদুদগী উই।

পুশালুগী মচমুপী মরোল থোক্তবী অচুনি কৌবী লৈশাবী অমা লৈ। মাবু মবুংনা মখোয়গী মতেং পাংবা ওইনা অদুগুম্বা অরোনবগী থবক্তুদা শীজিন্থ্রে। ফারক্লগা থম্লিবা মী-মীদুগী মরমদা অচুনিনা মবুংদা মখুৎনা সাইন তৌরগা তম্বদু মবুংসু ভাব তাই। অচুনি মবুংনা ঙসি ফাবকপা মীদু থোঙনাওদা মৈ অমা পায়রগা য়েংই। বীমোল কাদুগী কাচিন্দা তুমিন হুইনাও মচা কুনবগুম মখুৎ অনীদুনা খুউ মথক্তা কারন চল্লগা মীৎলুদা পিরাং শিঙ্খবগা ফম্লগা লৈ।

অচুনি, মানা মমাঙদা থেংনখিবা মী অতৈগা ঙসি মবুংনা ফারক্লিবা নুপাসিগা মান্নদবা মওং-মতৌ, হেক উবদা নুংশিবা অমা ফাওবগুম তৌরুরে। কদোমদগী থুংলবা নুংশিগী রাখলনো? বীমোলগী মশক্তা ইনখৎলকপগী নুপীশিংনা নুংশিবগী গুণ অমদি ইচেন-চেনবগুম তৌরি। পুশালুগী মচল মরোল থোকচদবী অচুনিদসু রাখলদুমক ফাওবগুম তৌরুবে। মবুং তূমগ্রবা তুংশিদা থোঙগী শো হাংদোক্লগা অচুনি বীমোল লৈবা কাদুদা চংলকই। বীমোলগী মশক্তু উবদা মা শোয়দনা অরাম-খৌবাংবনা চোকথববা মীনি হাযবা খঙলে। কাদুদগী থোরক্লগা থোঙদু শো অমুক লোনশিল্লম্লগা চফুদা চাক লৈব্রা যেংই। লৈবমদ্রে। বোট্টল অমদা ঈশিং পিক থন্না হৈবে। ঈশিংদু পুবক্লগা বীমোলদা পীববে। বীমোল খৌবাংবনা ঙাওববা মতমদুদা ঈশিংদু হেক উবদা বোট্টলদু থাঙ্গৎলগা লোইনমক মীৎনা কুপ্পদা থক্তোকখ্রে। অচুনি, অমুক হন্না ঈশিং বোট্টলদু পুবগা ঈশিং থন্না হাপ্লগা পুবক্তুনা বীমোলদা পী। হন্দকমুক্তি বীমোল ঈশিংদু থক্ত্রে। বীমোলগী মতৌদুদা অচুনি কবিগুম্বা চানবা খবা পীজনীংবনা ঙাওবক্রে। লুপা তবাকখক লৈজবদু পুবগা মনাক নকপা দুকান্দগী দবলকটিগুম্বা অমত্তং ফংলবদি হাযদুনা চেল্লকই। লাইবক ফবদগী দুকান অমা থোঙ হাংলম্বদগী বীসকুট লৈরগা পুবক্লগা বীমোলদা পীববে। হন্দকমুক্তি মা থোঙ লোনবা কাউবম্লে। অদুবু বীমোলনা মফম লেংদনা ফম্লম্বদুদা মা নুংঙাইবা ফাওই। মবমদি কবিগুম্বা বীমোল চেনখিবম্বা থোক্লবদি মবুংনা মাবু ফুবিবসু য়াই। বীমোল অচুনিনা পীবা বীসকুটতু য়াম্না হাউনা চাবগা ঈশিংদু থকই। মানা হাউনা চাবদু উবদা অচুনিগী পুক্নিংনসু পেঞ্জে।

অচুনি অমুক হন্না মাগী কাদা চঙখ্রে। অথাবা ফি অমা লৌরুবগা বীমোলগী নঙ্গন্দা ইনবীরবে। বীমোলসু হরাউনা ফিদু ইল্লগা ফমদুনা লৈ। বীমোল অচুনিবু থাগৎনীংলবসু লোন খঙনদবা অমদি অচুনিনা মবোল থোক্তবদুনা থাগৎফম খঙদ্রে। মাগী তৌগদবা থবক লোইববা মতমদুদা অচুনি বীমোলবু নুংশিনা য়েংলম্লগা কাদুদগী থোকখ্রে। থোঙদু হান্নগুম শো লোনশিল্লগা মাগী কাদা তূম্বা চঙখ্রে। নোংঙাল্লক্রে।

অচুনি মবুং হৌগৎত্রিঙেদা গুত্ম লাক্লগা বীমোলগী কাগী খোঙ শো হাংলগা ঙরাং মানা পীরুবা ফিদু লৌরগা মাগী কাদা পুশিল্লগা চংখ্রে। বীমোলগী কাদুসু মপান্দগী শো অমুক লোনশিন্নখ্রে। বীমোলনা খল্লি, – "মানা ঐঙোন্দা ফি পীরম্বদু মবুনো উরগা শাওগনি হায়বগী ওইবা তাই।"

হৌজিক্তি অচুনি উবাক্কী অহোবদা বীমোলবু য়েংলগা লৈরে। বীমোলগী মশক্তু অচুনি অসুম য়েংনীংবা পোক্লকই। থবক খরা শুরুবা হঞ্জিল্লকপগা অহোবদুদা হেক্তা য়েংই।

লোসোমি হায়রিবা খুলসিদা লনাই লিংখৎপা ইংলিস স্কুল অমথক লৈ। ক্লাস টেন ফাওবা তম্বীদুনা স্কুলসিদগী মেট্রিক থাবা হৌরকপা চহী অহুম্লোম হায়রক্রে। অঙ্ক অমদি সাইন্সকী ওঝা খরা তাংবনা অতোপ্পা মপান্দগী থিরগা য়াম্না বানা হোৎনরি। স্কুলসি লালহৌবা কাঙবুনা মনুংদা শৌগৎলগা লিংখৎখিবা স্কুলনি। খুলসি নত্তবা গভর্নমেন্টকী হায়ার সেকেন্দরি স্কুল অমদি হান্নদগী লৈরবনি। ইংলিস স্কুলসিগী মমিং পিক ইংলিস স্কুল কৌই। বেপটিষ্ট চর্চকসু মরী য়াম্না লৈনৈ। কেথোলিক কাঙবুদি কয়া য়াওদে। স্কুলসিগী সেক্রেটরিনা খাশিম কৈশা কৌবা তাংখুল, চহী ৫০ রোমগী নুপা অমথক্লা ওই। মহাক স্পিসিয়েল কন্ট্রেক্টরনি। মেট্রিক পাশ তৌরগা মখাদি তমথদনা অদুম তোকখ্রে। মৈতৈলোনসু ফজনা খঙই। মাগী নুপীদি চাকেশাং নিংঙোলনি। মমিংনা শুথানে কৌই। লোসোমিদা খাশিম শুথানেগা য়ুম পানমিন্নদুনা লৈরকপা চহী ২৫ রোম সুরে। মচানুপী অনীথক লৈ। নুপাদি য়াওদ্রে। মচানুপী অহল মেরী দিল্লিদা বী এ ইংলিস ওর্নসতা অরোইবা চহীদা তম্লি। মচা অতোম্বী প্রেসিলা টুবেলফ লোইরগা হাকুম মেদিকেল এন্ট্রান্স টেষ্ট য়াওবদা খনবা ঙমহৌদ্রে। কুমসিদি গুবাহাটিদা কোচিং য়াওরুরগা য়ুমদা হল্লক্তুনা মতোমতা হোৎনরি। খাশিম কৈশা উখ্রুল দিষ্ট্রিক্টকী শোমদল খুন্দা পোকপনি। মাসু মতম খরদি লালহৌবগী থবক্তা কন্না চংশিল্লুরবনি। অদুবু নাগালেন্দা লাকপদগী শুথানে থেংনবদগী শুথানেগা লুহোংলবা মতুংদগীদি লালহৌবগী থবক্তগী পোত্থাখিবনি। পুশালু খুলগী মরুওইবা থৌ পুরিবা মখোয়না লিংখৎপা পিক ইংলিস স্কুলগী সেক্রেটরি ওইরিবা তাংখুল থিকাদার খাশিম কৈশাগা লোইননা বীমোলগী মনাক্তা লাকই।

খাশিম্না বীমোলদা মৈতৈ লোন্দা মহাক ঙরাং করম তৌনা লম্বীদা মতোমদা লৈরম্লিবনো হায়বগী মতাংদা য়াম্না কুপ্না বাহং-পাউহং তৌই। বীমোলসু থম্মোই শেংনা মাগী পাউখুম চুম-চুম্না খুম্মী। বীমোলগী লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা পাউখুমদুদা

খাশিন্নসু থাজরে। খাশিন্না বীমোলগী মশক্তু উবদা নুংশিবা অমসু পোকই। মাবু পুশালুগী মশুত্তগী করম তৌরগা কল্লিগে হায়বগী বাখল খল্লকই।

খাশিন্না বীমোলদা মখা তানা হংলকই, –"নহাক্না ওঝা ওইনবগীদমক লুপা লাক্ক অনী পীরুই হায়রিবদু করি সবজেক্ট তম্বীনবা পীরুবনো?"

বীমোলনা খুল্লকই –"ঐহাক বী এস সি মেথেমেটিক্সতা ওনর্স লৌজরকই। অদুনা অক্ক অমদি সাইন্স তম্বীনবা লুপা লাক্ক অনী পীরুবনী।"

"অদু ওইরবদি লালহৌবগী মতেং য়াওরগা চলাইরিবা লোসোমি খুলদা লৈবা পিক ইংলিস স্কুলদা অক্ককী ওঝা ওইদুনা চহী খরা লৈবা ঙমগদ্রা?"

"থাবায়বু কনবীগদবা ওইরবদি ঐহাক ওঝাগী শিনফমদু পুকচেল শেংনা তৌজগে? অদুবু লুরিবদি ঐহাক্কী সার্টিফিকেটতি অমত্তা য়াওদে।"

"অদুবুদি লন্নাইগী ওইনা চলাইবা স্কুলনিনা তম্বীববু হৈরবদি সার্টিফিকেট য়াওদ্রবসু য়াগনি।অদুদা অরুবা বাফম অমখক্তি নহাক পুশালুগী মমাঙদা বাশকপা তাই।"

"করি হায়না বাশক্কদবনো? ঐ বাশকচগে?"

"নহাক খুলসিদা লৈরিঙৈদা মপানগী মী, য়ুমগী মী অমত্তগা পাউ ফাওনবা য়ারোই। করিগুম্বা পাউ ফাওনরম্বা থোক্লুবা খুদক্তা শিবগী দন্দি ফংবা তাই। নহাক খুলসিগী নুপী অমত্তা মরী লৈনবসু য়ারোই। নহাক্কী নবুক শেংই-শেংদে খঙদ্রিফাওবা পুশালুগী মচল অচুনিগী মীৎয়েং মখাদা পুশালুগী য়ুমদা লৈগদবনি। পুশালুগী অয়াবা য়াওদনা পাঙচৎ-চৎপা, পঙকোয়-কোয়বা য়ারোই। খুল থাদোকপা তারবসু পুশালুগী অয়াবা লৌগদবনি।"

বীমোল, বারোল খু দিংমক লোইনা ইঞ্জগে হায়না হৌনবী মতুং ইন্না বাশক্লে।

মানা বাশক্লুবা তুংদা খাশিন্না পুশালুদা বীমোলগী অফ-ফত্তা দায় মা পুরগে হায়বীবদগী পুশালুসু য়ারোই হায়বা ঙমদ্রে। বীমোল পুশালুগী য়ুমদা লৈরগা পিক ইংলিস স্কুলগী ওজা ওইবা তারে।

বীমোল মখোয়গীদা লৈরগা পিক ইংলিস স্কুলগী ওঝা ওইরনি তাবদা অচুনি হরাউবনা লুতোন শাৎখ্রে। মাদি বীমোলবু কনবীবা য়ান্না পামজবনী। বীমোল লৈনবা কা অমা মখোয়গীদা পীবা তাবনা বীমোলনা ঙরাং অহিং লৈরম্বা কাদু শিৎ-নান্না

শেংদোক্রে। তুম্ফম, চাফম পীদবা য়াদবনা কাংথোল অমা থাবীরে। ফমুংগী ফি-রোল পুথোর্কুনা অচুনিনা ফমুং অমসু ফজনা শেম্বীরে। টেবল অমগা চৌক্রি অমগসু থাবীরে। চাক থোংনবা মফম অমসু শেম্বীরে। কোল-লিক থোং-থাক্লবা, পুখম-তেঙ্খোংসু পীরে। চেং, হবাই, থুম, থাও, শীঙনচিংবসু পীররে। বীমোল ৱাখল খরা লৈতানা ঈরুজরগা অহানবা চাক থোংদুনা পুশালুগী য়ুমদা চারে।

মথংগী নুমিত্তা খাশিন্না ইন্ট্রদুস তৌদুনা বীমোল পিক ঈংলিস স্কুলদা অঙ্কগী ওজা ওইবা হৌরে। খাশিমদি মাগী থবক মফম মেলুরিদা নুমিৎ খরনি চৎলুখিগে হায়রম্লগা চৎখ্রে। থা ফারকপদা ছাত্র-ছাত্রিশিংনা ওজা বীমোলনা অঙ্ক তম্বীবদি ভাব য়াম্না তাই, তাকপীবা য়াম্না হৈবা ওজানি হায়না ওজা প্রিনসিপালদা চংলক্লগা হায়রে। প্রিনসিপাল দুশাজোসু ওজা বীমোল ফৈ হায়বদুদা নুংঙাইবা পোকই। মানা চংদবা ক্লাসকী ছাত্রশিংদু মাবু চংহনবীয়ু হায়রকপদুদা হান্না ৱাখাদগী নেক্লুবা ওজা অহোদু খরা শাউনীংবগুম তৌরকই।

মৈবু ফিনা কৈদৌঙৈদসু কুপ্তুনা থম্বা য়াদে হায়নৈ। বীমোলগী হৈ-শিংবা পিক ইংলিস স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রিশিং, গার্দিয়ানশিং অয়াম্বা তানরক্রে।

প্রিনসিপাল দুশাজো নোংমা খাশিমগী য়ুমদা খাশিম উনবা লাকই। মখোয় অনী বীমোল ফবগী মত্তাংদা ৱারী তৌনৈ।

মখোয় অনীনা ৱারী শারিঙৈদা পুশালুসু লাক্লুনা ৱারী শানবদু য়াওররে। খাশিন্না "মীতৈশিংসি মহৌশানা অঙ্কগা সাইন্সকদি ফগনবনি" হায়খি। অদুবু বীমোলনা ফরকপসিনা স্কুলসিদা হান্না অফবা ওজানি হায়নরম্বা ওজা অহোদি বীমোলনা স্কুলসিদা ওজা ওইনা চংলকপদগী মাগী দাউনফোল লাকপসিদা থৱায় কয়া নুংঙাইত্রে। চীংগী লমদা অঙ্ক অমদি সাইন্সকী ওজা খরা তাংবনা মাসু হান্নদি নাপল তৌনা লৈজরম্মী। খাশিমগী মচানুপী অহল দিল্লিদা বী এ ইংলিস ওনর্স ফাইনেল ইয়ার তম্লীবী মশক-মতৌ ফজবী নাগালেন্দগী মিস কন্টেষ্টতা রন্নর্স অপ তাখিবী মেরীবুসু অহোনা পাম্মী। মেরীগী মমা-মপানসু অহো অফবা ওজানি হাযবদুদা মচানুপী পীনীংই। মচা মেরিসু য়ানীংবগুম তৌদুনা লৈরিবনি। মেবীনা বী এ লোইবগা মাসু স্কুলসিদা ওজা ওইববা কান্দা মখোয অনী-লুংহোবগী ৱাফমসু খন্নদুনা লৈরবনি। খাশিন্না স্পিসিয়েল কন্ট্রেক্টর ওইবনিনা ফেক দিসট্রিক্টকী লম্বী অয়াম্বদি মানা শেম্বনি। ওজা অহোবুসু মানা ৱাখাদগী কন্ট্রেক্টর অমদা হায়নরগা খুলসিগী ওজা ওইনবা পুরকখিবনি।

বীমোল অঙ্ক তম্বীবা কৈ হায়বগী পাউসি লোসোমি খুলগী হায়র সেকেন্দরি স্কুলদসু তারে। মথং চহীদদি অঙ্ক হৈনীংবা ছাত্র অয়াম্বা পিক স্কুলদা তম্নসি হায়নবফাওবা য়াওরে।

মাগী মনাক্তা থৌওইনা লাক্কুনা ট্যুসন লৌবীয়ু হায়রবা ছাত্র-ছাত্রি য়াওরে। বীমোল মাগী এক্টিভিটিজ অয়াম্বা খুলসিদা লোইনা উৎথোক্লম্লগে খল্লকই। মানা শান্নবা পামজবা অঙাংশিংবু ফুটবোল শান্নবা, হোকি শান্নবা তম্বীবা হৌরে। টেবল টেনিস, বেট মেন্টল শুনা খরা-খরা হান্নদগী খঙবনিনা শান্নবা পাম্বশিংদু মানা বেট পায়বগী মওং, থোম্বগী মওং তম্বী।

ওজাশিংগী মরক্তা হান্না খরা-খরা শান্নরম্বদুসু বীমোল লাকপদগীদি ওজাশিংবুসু শান্নবদা বীমোলনা লোইনা থোইরে। কেরোম থোইরে, চেস থোইরে।

ওজা অহো গুবাহাটিগী কট্টন কলেজদগী বী এস সি পাশ তৌরকপনি। গুবাহাটিগী পানবজারদা লৈবা লিডইস মেমোরিয়েল হোস্টেলদা লৈরকপনি। মাসু কট্টন কলেজগী ছাত্র ওইরকপনা মী কয়া উশিন্তবনি। অদুবু বীমোলবুদি মানা হেনবা ইঙম-ঙমদ্রে।

মরকসিদা খাশিম কৈশাগী মচানুপী প্রেসিলানা মাবু মতম খরা ওজা অমগা মেদিকেল এন্ট্রান্সকী মতাংদা য়ুমদা তাননবা মপাদা হায়রকই। খাশিম্নদি ওজা দুশাজোদা ওজা অহোগা তানহনবনা ফগদ্রা হায়না স্কুলদা লাক্লগা হৌদোক্লবনি। অদুবু ওজা দুশাজোনা ওজা বীমোলবু তাকহনসি, মাদি সবজেক্ট খুদিংমক ফজনা তাকপা ঙমগনি হায়রকই। ওজা দুশাজোনা ওজা বীমোলবু মনাক্তা কৌশিল্লগা মবমদু খঙ্ল্রে। বীমোলনা মাসু মেদিকেল এন্ট্রান্সকী পরিক্ষা হান্না য়াওরকই। অদুবু খনবদি ঙমখিদে। সবজেক্ট খুদিংমক্কী নৈনবা য়াবা কোইসন, অন্সর শুনা য়াওবা কনর্সন বুক ফংলবদি লাইবক যেংগে হায়রে।

খাশিম্না অদুগুম্বা লাইবিক্তি মচে মেবীনা দিল্লিদগী লৈবক্কুনা অয়াম্বা শুনা লৈববনি হায়।

বীমোল মাগী থবায কনবীখিবা মপাগুম্বা, পুকচেল চাউবা খাশিমগী মচানুপীগী লাইবিক তাকপীবগী মতাংসি মায় পাক্লবদি মাগীদি হেন্না ফবা মিংচৎ ওইগদৌরিবনি হায়বসি মাসু খঙই।

বীমোল মশামক খাশিমগী য়ুমদা লাইবিকশিংদু লৌবা লাকই। খাশিমগী ফজরবা দলান মথোল অহমগী য়ুমদু লোসোমি খুলসিদদি খ্বাইদগী ফজবা য়ুম ওইরি। খাশিমগী

নুপী চাকেশাং নিংভোল শুথানেসু মশক ফজে, কুচু ঙৌই। মমা-মপা অনীমক মশক ফজবনিনা মচানুপী অনীসু মশক লোইনা ফজে।

বীমোল লাইরিক লৌবা লাকপদা প্রেসিলাগা উনরে। প্রেসিলা উবদা বীমোলনা খল্লি, – " এ! মাগী মচাসিদি মশক ওন্থোক্লা ফজখ্রেদা।" অদুবু পুক্লিংদা খনবদগী হেন্না ফজে হায়রুবা ফাওবদা বীমোল শিবা যারিবনি। মদু খঙনা মা চৎপা তাবনি।

বীমোল লাইরিকশিংদু লৌরগা মাগী লৈফমদা হল্লক্লে।

নুমিৎ তরানি চংনা কন্না হোৎনদুনা মেদিকেলগী এন্ট্রান্সতা হংলকপা য়াবা কোইসন, অঙ্গর – জুলোজি, বোটানি, কেমিষ্ট্রি লোইনমক শোলুসন শেম্বা লোইরে। মশানা হান্না নৈনবা লোইরবা সবজেক্টশিংদু তান্নরুবা য়ারে খন্দুনা খাশিমগী য়ুমদা অমুক লাকই। প্রেসিলা বীমোলগী ফিজেৎতু উবদা য়াম্না লায়রবা লৈজদবা ওইনা উরে। তৌবসু মাদি নহান মানা চেল্লকপদা শেৎলকপা ফিজোলদুদগী অহেনবসু লৈতে। অদুবু লাইরিক তানবা হৌরকপদদি বীমোলনা খঙলিবা ময়ামদু উবদা কল্লকপা পোকই।

বীমোলনা ঙসি খঙদবশিংদু হয়েং খঙনবা পাবম্মু হায়। অদুবু প্রেসিলা খঙবা পাক হেক ঙমদে। বীমোলদি পুন্নমক্তু চিনফা লোইনা পুবগুম তৌরে। প্রেসিলানা খঙদবা য়াওরকপদা বীমোলনা শন্দোক্লা খঙনবা তাক্লকপদু উবদা প্রেসিলা তশেংনা বীমোলবু ঙকই। মদুনা মাবুসু হেন্না হোৎনহন্নীংবগী থৌনা লাক্লে। বীমোলনা খঙলিবসি সবজেক্ট অমখক্তগী বা নত্তে, সবজেক্ট লোইনমকীনি। প্রেসিলানা হান্না থেংনরকখিবগা মান্নদবা মওং অমা বীমোলদগী চাউনা উবা ফংলে। মানা হান্না য়াওখিবা কোচিং ক্লাসতদি তোঙান-তোঙানবা ওজাশিংনা তাকখিবনি। হৌজিক্তি ওজা অমত্তনা শুনা মনাক্তা ফম্লগা তাকপীবনি। খঙদবগা হেক হংবদা দিক্কনারি য়েংবগুম্না বীমোলনা তাক্লবনিনা কযাদি নুংঙাইরে। বীমোলগী মফমদদি সবজেক্ট পুন্নমক চপ মান্ননা খঙই অমদি চপ মান্ননা নুংঙাই।

প্রেসিলানা খল্লি, – "ওজা বীমোলসিবু হান্না ডাক্তর ওইরগা চেল্লকপদা ফারকপা ওইকিগদ্রা? মাসু বীমোলদা নকশিন্নীংবগী বাখল অমা লাকপগুম তৌই। অদুবু বীমোলদি বাশক ডাক্তবা য়াদবনা পুক্লিংগী শম্বল অমা চেৎনা খারগা থবক তৌবা তারি। পুন্নমক খঙলবসু খঙশিন্নদনা খাঙলি। মীগী মগুণ হায়বসিসু অঙকপনি। প্রেসিলানা বীমোলগী মগুণ খঙলকপদগীদি বীমোলদা মাগী থাজবা লোইনা থম্লক্লে। নুংত্তিগী মমাদা-মপাদা ওজাগী চাননবা অথুম-অহাও, সেম, অঙ্গুর, কল্লানচিংবা পীজনবা থৌরাং তৌহল্লি।

মাসু ওজাগী সেবা ফজনা তৌই। মখোয়গী অহোংবা সেবাদু উরগা বীমোলগী পুক্নিংদসু ইমুংদুগী মীনা মাবু থাজবীরে হায়বসি তশেংনা খঙলে।

বীমোলনা শেৎলিবা ফিরোলদু য়েংবা নুংঙাইতদুনা প্রেসিলানা মপাদা হায়জবদগী খাশিমনা বীমোলগী ফুরিৎ অমগা খোঙগ্রাও অমগা মাগী খাওগী সাইজ লৌরগা কোহিমা চৎপদা লৈবীরক্রে।

অনৌবা ফিজোলদু শেৎলগা স্কুল কারে। ট্যুসন তৌবা লাকপদসু বীমোল অনৌবা ফিজোলদু শেৎলগা লাক্রে। মদু উবদা প্রেসিলানা নুংঙাইবা পোকচে।

অসুন্না থা অনীরোম কন্না হোৎনরবা তুংদা মেদিকেল এন্ট্রান্সকী মতম য়ৌরকুনা প্রেসিলা কোহিমাদা মেদিকেল এন্ট্রান্স টেষ্ট য়াওবা মমা-মপাগা লোইননা চৎখ্রে। বীমোলসু শোমদা প্রেসিলাগীদমক লাই নীংদুনা লৈহৌই। মরমদি করিগুম্বা প্রেসিলানা মায় পাক্লবদি খুলসিদা মাগী মিংচৎ শোয়দনা হেনগৎকদৌরি। অদু ওইরবদি পুশালুনা মাবু হাৎনীংলবসু খরদি ফরগনি।

প্রেসিলা পরিক্ষাদা বীমোলনা সজেসন তৌখিবা কোইস্চন অয়াম্বা হংলকই। খুম্বসু য়াম্না ফজনা খুন্নম্মী। পরিক্ষা হল্লকপদা বীমোলনা পীবা সজেসন অয়াম্বা চুম্মী হায়না মপাদা তম্মী।

মথংগী নুমিত্তা রিজল্টসু হায়দোক্রে। প্রেসিলানা নাগালেন্দ ষ্টেট অপুনবগী মেদিকেলগী এন্ট্রান্সকী পরিক্ষাদা তরাশুবা পোজিসন ফংলে। মমা-মপা অনীমক হরাউবনা মথুম মরাং হৌরে। দিল্লিদা লৈবী মেরীদসু প্রেসিলাগী পাউদু খঙহনখ্রে। মিকুপসিদা খাশিন্না বীমোলবু থাজবসু হেনগৎলকই। প্রেসিলানা হায়বদগী অনৌবা ফুরিৎ অমগমুক লৈবগা য়াম্না থুনা খুলদা হল্লক্রে। খুল য়ৌরকপদা প্রেসিলানা মেদিকেল তম্বগী সেলেক্সন ফংবগী পাউদু মী অয়াম্বা মথং-মথং তন্নদুনা তানরকই। পাউদু তাবদা বীমোলসু হরাউবনা মীৎলুদগী পি শিচ্ছখিবা খঙহৌদে। মামকী সেলেক্সন ফংবমুক নুংঙাইখি। মাগী মতমদদি বীমোল অদুক কন্নসু হোৎনখিদমাল্লে খল্লি।

পাউসি মথং-মথং শন্দোরকুনা পুশালুসু তারে। মানসু বীমোলসি ফত্তবা লালহৌবগী য়েরুবা মীদি ওইররোই হায়বসি থাজরে। পুশালু মেট্রিক ফেল ওইবদগী লালহৌবা য়াওখিবনি। মহাক্না বীমোলবু খৃষ্টান ধর্ম্ম ওলহল্লগা মখোয় খুলগী নুপী অমগা লুহোংবীরগা খুলসিদা লৈহল্লগা পিক স্কুলগী মতম শাংনা ওজা ওইহন্নবা শিল্লসিরা খল্লকই।

খাসিমনসু বীমোলগী ইমুং-মনুংগী মরমদদি য়ান্না মুন্না অমুক্তসু হংখ্রি।

বীমোলগী নুংঙাইবা পাউসি তাবদা খাঙবা ঙমদদুনা বাখাদগী লাকপা ওজা অহোদি ছুটি লৌরগা নুমিৎ খরনি খুলদা চৎখ্রে।

মতম হায়বসি হৌথিবদা করিসু খঙহৌদে। প্রেসিলাবু খাশিন্না হায়দ্রবাদতা মেদিকেলগী মিং চন্নবা থিনবা চৎপা তারে।

প্রেসিলা হায়দ্রবাদ চৎলমদাইদা বীমোলগী মনাক্তা মমাগা লাকই। মানা নহান কোহিমাদগী লৈরকপা ফুরিত্তু বীমোলদা প্রজেন্ট তৌই। বীমোলসু হরাউনা লৌই। কায়নরমদাইদা প্রেসিলানা হায়, –"ওজা! নঙ ঐনা ডাক্তর তম্বা লোইবা ফাওবা ঐখোয়গী খুলসিদা লৈরমখোকো। মতমদুদা ওজাগী নীংবা থুংহনবা ঙম্না য়েংগে?" মাগী চন্নবা বাহৈদুগী অর্থ করিনো, বীমোলগী অনীংবা করিনো, মানা কমদৌনা বীমোলগী অনীংবা খঙবনো হায়বসু খঙদে। অরোইবা ওইনা অমুক্তং য়েংলগা, –"ওজা চৎলগে" হায়রম্লগা মমাগী মতুং ইন্দুনা চৎখ্রে। বীমোলসু –"বেষ্ট ওফ লক" হায়রগা লৈহৌরে।

মথংগী নুমিত্তা প্রেসিলাবু খাসিন্না হায়দ্রাবদতা থিনবা চৎখ্রে।

মেরী মনাওনুপী প্রেসিলানা মখোয় খুলগী ওইনা অহানবা ডাক্তর ওইরগনি খল্লুবদা নুংঙাইমন্দুনা য়ুমদা থোরকই। য়ুম য়ৌবগা মমানা তম্বা পাউদগী মীতৈ ওজা বীমোল কৌবা পাখং অমনা থা অনী ফজনা তাকপীবদগী প্রেসিলাগী মায় পাকপগী মরম্নি হায়বদু তাবদা বীমোলবু মশক খঙনীংবা পোক্লকখি। করিগীসু নুংঙাইতনি, মখোয়গী লোসোমি খুলসিদদি নুপাসু নুপীসু ডাক্তর অমত্তা লৈত্রিবনি। মেরীসু ডাক্তর তমজনীংখিবনি। অদুবু তাকপী তম্বীনবা ওজা বাৎপদগী তম্বা ফংখিদবনি। মেরি অহীংদু তুম্বা য়াদনা মনাওবু লাইরিক তাকপী হায়রিবা ওজাদুবু অমুক্তং শক খঙননীংবনা ঙাওখি। ময়ুমদা পুন্না চাক অমুক্তং চামিন্ননীংখি। মশক উদ্রিঙৈদো অসুক উনীংলিবসিগী মরমসি করিনা ওইগনি? মীদুগী অহেনবা গুণ অমা য়াওবগী শোয়দনা ওইফম থোকই। তৌবগীদি বীমোলসু শিব-চংবা অনীগী লানফমদা থবকশিংসি তৌজরকপনি।

মথংগী নুমিৎনি। নুংথিল পুং অমরোম তারকপা মতন্নি। নুংশাসু কন্না শাগৎলক্রি। মেরী, খোঙগ্রাও তপ নপ্পী অমা শেৎলি, ফুরিৎসু লৈমচুগী তপ নপ্পী অমা লীৎলি। মশাদু নোয়-পেনবনিনা শেৎলিবা ফিদুসু শিৎ-শিৎ ত্তিংই।

মশমদু মথক্তা পুনখৎলগা শমফাবী অমনা ফাবদু মিংশেলদা ফজরব্রা য়েংই। মায়-মীৎ পাউদর থাবা লোইরগা আইব্রো য়েকপা লোইরে। চিম্বালদু লিপষ্টিক অমুক তৈবা লোইরে। মিংশেল মমাঙদা ফম্নগা মশাগী কেরিবদু শোয়দ্রব্রা য়েংই। খুনীং

ৱাংবী খোঙউপ্তু উপশিনবা লোইদুনা শাত্তিন হঙ্গামপাল মচুগীদু তুপ্লগা মমাগা লোইননা পিক ইংলিস স্কুল তম্না কাখৎলকই। স্কুলগী কম্পাউন্দ য়ৌরক্লে। বীমোল ক্লাস লৌদুনা লৈ। লাপ্পা স্কুলগী গেটতা নুপী অনীখক চংলক্লিবদু বীমোলনা উই। অঙাংশিং ক্লাস তৌবনিনা য়াম্না মুম্নদি য়েংলুদে। শুথানে অমদি মেরী প্রিনসিপালগী কাদা চংখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা বীমোল ক্লাস লোইরগা থোরকই। প্রিনসিপালনা পি ওন থাদুনা বীমোলবু কৌবা লাকই। বীমোল প্রিনসিপালগী কাদা চংলকই। বীমোল মেরীগী মশক উবদা প্রেসিলা ওইরবোই নীংলুরে। অদুবু মেরীনা মনাও নুপীদগী নোয়বা খরদি হেল্লি। থীক-থা, ফিভম মুর্ত্তিদু উবদা বীমোলগী মীৎ পুমথন থনবগুম তৌই। মিকুপ অমগী মনুংদা (বীমোল) মেরীবু থম্মোই মনুংদা নাপ লৌখ্রবগুম তৌরে। অমা কায়নবগী অৱাবা বাখল অমা লোইদ্রিঙেদা শকমান্নবী অমা অমুক থুংলবসিদা ককঙাওনবগুম তৌই। শুথানেনা বীমোলবু চাকেশাং মবোলদা কৌই। বীমোলসু লোন খর-খরা খঙলবনিনা, "করি অরুবা থবক্কী লেংবীরকপনো" হংই।

"ঐগী ইচানি, মমিং মেরী কৌই। ওজাগা শক অমুক্তং খঙনগনি হায়দুনা লাকপনি।"

মেরী হৌগৎলগা বীমোলদা হেন্দসেক তৌগে হায়দুনা "হল্লো!" হায়রগা খুৎ তিংথোবকই।

বীমোলনা মিকুপ্তুদা খল্লকই, –"অশুক কেবী, অসুক ফজবী, লৈশাবীসিগী মখুৎপু করম্না মমাগী অমদি প্রিনসিপালগী মমাঙদা শোক্লগনি?" মখোয়গী চৎনবী ওইরবসু বীমোল মেবীগী মখুৎ শোক্তনা খুবাক অনী লোন্নরগা খুরুম্বগী মওংদা মোমোন নোক্লগা লৈ। মেরীদি ইকায়বগুম তৌখ্রে। মমায়দু খংঙাঙ-ঙাঙশিনখ্রে। চাকেশাং মবোলদা "অস!" ওয়োক্লা ইকাইজরেদা" হায়বগুম শোয়াংননা মমায়দু লুকথখি। মেরী ইকায়খ্রে হায়বদু বীমোলসু খঙই।

বীমোল, –"মামি! কম্মনরুমদা ৱারী ঙাইহাক শাসিরা" হায়রকই।

শুথানেগা মেরীগা প্রিনসিপালগী কাদগী থোরক্লগা কম্মনরুমদা চংখ্রে।

বীমোলনা চৌক্রি অনী থারগা ফমহল্লি।

শুথানে, –"ইচানুপীসি দিল্লিদা বী এ ফাইনেল ইয়ার তম্লিবনি।"

বীমোল, –"য়াম্না কম্না হোৎনগদবনি।"

মেরীদো হান্না খরা ইকায়রম্বদু ৱা ঙাঙবা হৌরক্লে।

"ওজানা য়াম্না পুক্লিং-চংনো তাকপীবদগী ঐগী ইনাও প্রেসিলানা হন্দক মেদিকেল এন্ট্রাসতা নাগালেন্দ স্টেটকী তরাশুবা পোজিসন লৌরকপদা ঐ নুংঙাইমনবদগী ওজাগা শক অমুক্তা খঙননীংদুনা য়ুমদা থোরকপনি। মানা ডাক্তর ওইরবদি ঐখোয় খুলগী মিংচৎ শোয়দনা লৈগনি। মানা তম্নস্বা স্কুলগীসু মমিং লৈরগনি। মসি পুম্নমকসি ওজাগী মপালদগীনি। ঐসু ডাক্তর তম্বসি য়াম্না পামখিবনি। অদুবু ঐগী মতমদদি ওজাগা থেংনহৌদবনা ঐগী লাইবক থীবা হায়বদু ওইশ্রে।" মখোয় অনীগী ৱারীসি ইংলিস লোন্দা ঙাঙনবনি।

মেরী, –"অদু, ওজা! ঐ করিনো অমা হায়জগে? ওজানা য়াবীগদ্রা?"

"করিনো হেক্তা হায়বীয়ু!"

"ওজা! নঙ খৃষ্টান ধর্ম্মদা বেপতাইজ তৌরসি! মদুদা ওজাগী চিংনবা লৈগদ্রা? ঐ হন্দক্কী খৃষ্ট মাসতা অমুক য়ুমদা থোরক্কে। ধর্ম্ম মান্নরবদি ওজা ঐখোয়গা তিন্নবা য়াম্না নুংঙাইগনি!"

"হোয়দা, হোয়দা! ঐদি ধর্ম্মগী মতাংদদি থোইনা লুনা খল্লুদে। ঈশ্বর হায়বসিদি অমত্তনি হায়না অদুম থাজে। ধর্ম্ম অমত্তনা ঐখোয় তাইবং মী মশেলগী মরক্তা য়েক্লবা ওইয়ু হায়দে। য়াম্না নুংশিননা অমনা অমগী মতেং পাংনৌ, মীবু মীনা নুংশিগদবনি হায়বি। অদুবু ঐখোয়না ঈশ্বরগী পাউতাকপু হেক-হেক কাউথোক্লুনা অমগা-অমগা শাউনৈ, ফুনৈ, হাত্তোক্লে। মসিদি চুমদবনি।"

"অস! ওজা! নঙগী ৱাখলসি য়াম্না ৱাংই। ওজাগুম্বা মী ঙাক্তা ঙায়রবদি অমত্তা খৎনবোইকো! ঐখোয়গী খুলশিংদসু লালহৌবা কাংলুপ অনী হেক-হেক উনবদা নোংমৈ কাপ্পবনি। মখোয় মশেল নোংমৈ কাপ্পবদা শিবসু য়াম্না য়াওখ্রবনি। ঐগী ইপাগা পোকমিন্নবা অক্কল অমসু মদুম্না কাপ্পবদা কোহিমাদা শিখ্রবনি। খঙদে, মখোয়বু কবম্না থেমগদ্রা? ওজাগা মখোয়গা ফম্মিন্নদুনা ধর্ম্মগী ৱা ফজনা ঙাংবীদুনা তাহল্লবদি মখোয শোয়দনা ভাব তারক্কদ্রা হায়না খনবনি। অদু ওজাগী ক্লাসসু লৈরমগনি, হোক্লে নুমিদাংগী দিন্নর অমা ঐখোয়গী য়ুমদা শীনগে! ওজাসু ঐখোয়গীদা চাক চাবা খরা য়াওবীরো। ইনাওগীদমক্কি খনবীয়ু। করি এঙ্গাং থোংগদ্রা? ওঝাগী অপাম্বা অমদি হায়বীয়ো।"

"ঐগীদি থোইনা খল্লুনুদা! ইচম্না পাম্বা অমা অদুম য়ারেদা!"

"ওজা! ঐনা তাবদি নখোয় মীতৈসি চাবদা রিজার্ভ য়াম্না তৌই হায়না তায়। শাসু অয়াম্বনা চাদে, ঙাগা মনা-মশীংগা অয়াম্বা চায় হায়না তায়, চুম্রা?

"আ... হোয়, চুম্বী।"

"অদু, অফবা মচি ওইবা চিঙ্গাক চাবগা মশা কৈ, জান লৈবা হেল্লি হায়বা নত্রা? নখোয মীতৈদি অয়াম্বনা শাসু চাদনা অসুক য়াম্না হে-শিংকগী মরম করিগীনো?"

"ইচম্না মীতৈবু হৈ-শিংই হায়রবনিনা ঐ খুন্নগে, —মণিপুর হায়বা লমদম মচাসি ঐখোয় মীতৈশিংগী থাজনবীদা মালেমদা ইহান-হান্না তাইবং মীনা খুন্দাখিবা লমনি হায়নৈ।

মখোয়না অহানবদা চীংদা খুন্দারম্বদগী ঈশিং ঙাক্তা ঙায়রম্বা তম্পাক্কী লম মতমগী মতুং ইন্না তপ্না-তপ্না কংলকপদগী মখোয়না তম্পাক্তা খুন্দাদুনা লৌউ-শিংউবা হৌরকখিবনি হায। মতমদুদদি মীশিংসি লাইগা বারী শাবা, অফবা থবক পুন্না তৌমিন্নবা য়ারম্মী হায়। মীগা লাইগা বারী শানদুনা অফবা থবক তৌবা য়ারম্বনিনা মীনা পোকপী মচানুপী মশক ফজবীদো লাইদা ময়ুম পানবসু য়ারম্মী হায়। লাইশু মশক ফজবী লৈশাবীদি অদুম পাম্বজাথনি। মীনা লাইদা ময়ুম পান্নগা পোকপা মচানুপা, মচানুপীদো লাইগুম্না মগুণ চেনবা তাবনা, পাঙ্গল কনবা অমদি লৌশিং শিংবা তাবনি। মখোয়গী মচা-মশু শুথাং অসুম মথং-মথং শমথবকপদগী লমদমসিগী মীশিংসিগী তোপ-তোপ্পা মগুণ লৈবনি হাযনৈ।"

"অদুদি ওজা! তাংখুলদি লাইগী মচা য়াওদব্রা? ঐখোয়গী ইপাসু তাংখুলনি।"

"ঐনা তাবা বারী অমখক লৈ। কয়াম চুম্বা, লানবা হায়বগী মতাংদদি ঐ থোইনা খঙদে; ঐসু মীনা লীবদগী তাবনি। মীতৈগা, কবুইগা, তাংখুলগসি মচিন-মনাও পোকমিন্নবা অহুম্নি হায। কবুইনা খ্বাইদগী অহলনি অদুগা তাংখুলনা য়াইমা, মীতৈনা খ্বাইদগী ইতোন-তোনবনি হায়। মনাও অতোম্বদি খরা অঙাং ওইবনিনা চীংদা কাদুনা অকনবা থবক শুবা চৎপা বাগনি হায়দুনা তম্পাক্তা থম্বীরম্নগা ময়াম্বা অনীনা চীংগী তোঙান-তোঙানবা মাযকৈদা থবক শুবা চৎখিবদগী অদুম খুন্দাদুনা চীংদা লৈনখিবনি হায়না তায। মহৌশানা মীতৈশিংগী মবক্তসু ময়াম্বা অহলনা মনাওশিংগী খনবদা মাগীদি ইখল-খলহৌদবনা খবা অদুম বায়। মনাও য়াইমনা মী কিদে, মরিল ফবা খরা হেল্লি। অদুগা অতোম্বদি ময়াম্বশিংনা নুংশিনা খরা লুনা তৌবী। মমা-মপানসু অতোম্বদা লন-থুম খবা য়াম্না পীবীবগা, শিংবসু মানা খরদি হেনগল্লি।"

"ওজা! নঙগী বাবীসি তাবদা ঐদি য়াম্না নুংঙাই। মীতৈনা লাইগী মচা ওইকীরা, হিরম খুদিংমক্তা অবাং-নোংপোক্কী লমদদি মখোয়না পুন্নমক্তগী মাঙজিল থারিবা! নখোয়গী মণিপুরদা নেসনেল গেমস তৌখিবদু মণিপুরনা টিম চেম্পিয়ন ওইখিবা নত্রা?"

"ওইখি। অদু ঐসু বারীসে ইচন্না তাংখুল ওইবগী লীবনি; মী অতৈনা তারগদি নুংঙাইবা বারী ওইরোই। অদুগা ঐদি তাংখুল লৈশাবীশিংনা তাংখুলগী কলচরগী ফনেক শেৎপসি ওহোল্লা ফজখ্রে, মদু মেরীনা শেৎপনবু অমুক্কা হেন্না ফজগদবা মাল্লি।"

"অদু ওজা! ঐদি মণিপুরগী লোক্তাক পাৎ হায়বদো য়াম্না য়েংনীংবনি। টি ভিদা উবদি য়াম্না ফজে। নুপী-নুপা ময়াম হি তোংবদো নুংঙাইগদবা মাল্লি। মণিপুরগী বা হৌদোরকপদা বীমোল ময়ুম, অপোকপী মমা অমদি মনাও তোন্দোনবু নীংশিংলকই। বন্দিগুন্না চীংগী খুল অমদা থা তরেৎ-নিপাল লৈরকপসিদা নোংমতসু ময়ুম নীংশিংজবা, পাউ ফাওনবা য়াদ্রবনি। মতমসিদা মানা ফাদুনা পুরগা শোমদলদা কায়নদুনা লৈহৌরবী থাজমানবীবুসু নীংশিংলকই। ঈশিংখোঙদগী তাংখুল ফনেক অমা শেৎলগা অঙম্বা কারকপদা থাজগী নাপ্পদা পেক্রক্লে অমা চিনবীখিবা, মদুদা থাজনা মমায় হাইফেৎ লৈথোরকখিবদো মমীত্তা উরকই।

বীমোল মেরীনা হোরেন নুমিদাং চাক্কী প্রপোজেল অমা তৌরকপদু হরাউনা য়ারে। বারী শানদুনা শকখঙ-মায়খঙনরবা তুংসিদা মেরী অনৌবা বাখল অমা য়েন্নীং হুল্লকপগুম তৌরে। অমরোমদা বীমোলসু মেরীগী মশক, শেৎলিবা মী কিদবা ঈথক-ইপোম হৌহল্লবা ফিজেত্তুনা মাবুসু গুম্বগুম তৌখ্রে। হান্নদি বীমোলগী পুক্লিংদা ফোঙদোক্তনা প্রেসিলাগী বাখলদা ঙাওবগুম তৌরম্বনি। অদুবু ঙসিদি প্রেসিলাগী মশক তামখিবনা মমাংদা লৈরিবী, শকমান্নবী মচে মেরীনা মহৎ শিল্লগা লৈরবসিদা বাখল লম্ফাংনবা হৌরে। বীমোল, মেরী মমা-মচানা চৎখিবদু থোঙদা লেপ্লগা য়েংদুনা লৈহৌই।

মানা খল্লি, "মেরীগী মশকসি ওহোল্লা ফজখ্রেদা! চীংগী খুলসিদা মখোয়গী মচিল-মনাও অনীসিমুক ফজবী-লৈশাবী অতৈ লৈরমখিগদ্রা?"

শোমদা মেরীনসু বীমোলগী বাখল খন্না-খন্না মমাগী মতুং ইল্লগা চৎলি। মাসু খল্লি, –"নুপাসিদি তোপ-তোপ্পা মগুণ অমদি চেল্লিদা! মানা হায়খিবা বাশিংদু য়াম্না চুম্বগুম তৌই। তাবদসু য়াম্না নুংঙাই। মাগী মশকসু য়েংবদা পুক্লিংসিদা করিনো অমা ফাওবগুম তৌই। মদুমক্তসু ওইগনি ঐগী ইনাও প্রেসিলানা পরিক্ষাদা চাউনা মায় পাক্লিবা।

মেরীনা অমুক্কা হেন্না পামজবদি বীমোলগী বারীদা মীতৈশিংসি লাইগী মচা-মশুদগী শমথরকপা কাঙবুনি হায়খিবদুনি। অদুগা করিগীনো মীতৈশিংনা অসুক থাক বাংলগা মীতৈগী ময়াম্বা ওইখিবা তাংখুলশিংনা মীতৈগুন্না হৈ শিংদ্রিবা? অদুবুদি ঐগী ইমা চাকেশাং নিংঙোল লৌরগা নাগালেন্দদা লৈরিবা ইপাসু থোইনা পঙবদি নত্তে।

হায়গুম্বদনা ওজা বীমোলনা ময়াম্বা য়াইমদি মহৌশানা খরা ঙাওই, মরিল লৈ হায়খিবদু চুম্বগুম তাংখুলশিংসি মরিলদি লৈবজাখনি। মখোয়না নাগালেন্দদা লাক্লগা নাগাশিংগী অপুনবা শক্তম শাগৎনবা নাগাশিং পুনশিন্নবা হোৎনরি। ফম অচৌ-অচৌবসু পায়রি। হায়কোর্টকী চিফ জস্টিস ফাওবা ট্রাইবশিংগী মবক্তদি তাংখুলনা হান্না ওইখ্রে। লালহৌবদা নাগাশিংগী মকোক ওইবা কয়া য়াওবি। ডাক্তর কয়া লেগুনা থোরক্লি। ঐগী ইনাও প্রেসিলাসু ডাক্তর শোয়দনা ওইবগনি। ঐখোয়গী লোসোমি খুলদদি প্রেসিলানা অহানবা ডাক্তর ওইগদৌবি। উম! করিগুম্বা ওজা বীমোলনা ঐগা লুহোংসি হায়বা য়াদুনা খুলসিদা ঐগা য়ুম পান্দুনা লৈমিন্নরবদি ঐখোয় অনীগী ইচাসু মীথোই-মীহেনবা শোয়দনা ওইগনিকো! অদু, অসুক শিংবা মীতৈসিবু ঐনা থেম্বদা য়াগদ্রকো! অদু, ঐনা ওজা বীমোলদা লুহোংবা তারবদি ঋখাগী ওজা অহোনদি করি অমুক খনগদ্রা?”

মেরীগী ঋখলদা হোরোল বীমোলনা মখোযগীদা নুমিদাং চাক চাবা লাকপদা মাসু তাংখুলগী ফজবা ফিজোল ঙাক্তা শেৎলগা তাংখুল লৈশাবী ওইনা উহনগে হায়না চপ-য়ুংনা খল্লে।

মযুম য়ৌবগা কা-মনুং লুনা-নান্না শেংদোকপা হৌবে। দেকোরেসন তৌদুনা কাদু শিং-নান্না শেম্বা লোইবে। গন্নাগী গুলাপ অঙাংবা অমা হেক্লগা মাগী তাংখুল ফি অহনবা শেৎলগা নাগালেন্দগী মিস থোকপদা নমখিবা ফোটো অমগা পুন্না বীমোলদা পীগে খন্দুনা এনভেলপ অমদা হাপ্লগা রেদিদা থম্লে। ঙসিসু উপুদগী তাংখুল ফনেক অহনবা অমা লৌথোক্লগা মদু শেৎলগা মিংশেল মমাঙদা মাগী শকফমদু পকচব্রা য়েংই। মাগী হকচাংগী ফিভমদু হান্নদগী খবদি নোযবগুম মিংশেলদসু উরে। কবম তৌবগা ময়েং খবা তাহনসিগে খল্লি। শুথানেসু মচানুপীনা বীমোলগা শকখঙনরুবদগী হোংলক্লিবা ইরাংদু উবগা – ঐগী ইচাসি বীমোলগী ঋখলদা ঙাওরবোইবে খল্লি। শুথানেদি ঙসাই বীমোলগা মেবীগা ঋবী শানখিবদো চুন্না তাবগী ঋানি, অর্থদি খঙদে, ইংলিসতা ঙাঙনখিবা ঙাক্তনি।

মমা-মচা তানদুনা থোংবা চাক-এঙ্খাংদু লোইদুনা লৈরে। নুমিদাংগী পুং ৭ ৩০ তাবা মতমদা বীমোলসু ঙসিদি খবা কেনা খাশিমগী য়ুমদা থুংলরে। খাশিমদি হায়দ্রবাদতা প্রেসিলা থিনবা চৎখিবনা লৈতে। মেবীনা বীমোলবু ইমুংগী মী ফম্নবা কাদা পুশিল্লগা লুনা-নান্না শেন্নবা কাদুদা ফমহল্লি। মাগী পকচবা ফিজোলদু শেৎলগা লৈরম্বা উবদুদা বীমোল মেবীবু য়েংদুনা অসুম লৈনীংবগুম তৌবে। এলবম অমগা ফিলম ফেয়ার

অনৌবা অমগা টেবল মথক্তা লৈ। বীমোল এলবমদু হাম্না পায়রগা মথুম হাংদোকই। প্রেসিলাগী তাংখুল ফি শেংলগা মোমোন নোক্লগা মখুৎ অনী লোমরগা য়েলকম থাবা বাহে অমনা ফোটোগী মথক্তা ইরিবদু য়েংবা নুংঙাইবদুদা অদুম য়েংলুনা লৈ। মদুগা হেক থংনবা লমায়দা মেরীনা নাগালেন্দ মিস কন্টেষ্ট য়াওখিবগী রন্নর্সঅপ তাখিবগী ফোটোদু য়াওরি। মেরীনা বীমোলবু মদু য়েংহন্নীংবনা মশাদু তৌকম খঙজন্রে। অদুবু বীমোলনা অহানবগী প্রেসিলাগী ফোটোদু অসুম য়েংদুনা লৈরে। মেরীনা খল্লিবনা ফোটোদু উবদা বীমোলনা করি খনবগে হায়বদুনি। মেরীদু বীমোলনা হাংদোক্তনা অসুম লৈবদুদা হাংদোকহন্নীংবনা লোইরে। মীহুল-চেনগুম চেনগানরকুনা ফন্নস্বদগী হৌগৎলগা থোরকই। মানা বীমোলগী মমাঙ হেক য়ৌবদা বীমোলনা মথংগী লমায়দু হাইগৎলকই। উরে, মেরীনা নাগালেন্দগী ২০০০ গী মিস কন্টেসতা রন্নর্সঅপ তাবগী ফোটোদু।

"ও। মেরী ২০০০ গী নাগালেন্দ মিস কন্টেষ্টতা রন্নর্সঅপ তাগ্লবোইরে।" বীমোল ফোটোদু য়েংবা লোইরগা মনাক্তা লেপ্লিবা মেরীদা অমুক য়েংই। শকফম অনীদু খরদি খেন্নরে। মেরী হান্নদগী খরা হেন্না নোয়রে। বীমোলনা মাগী ফোটোদা মুন্না য়েংবদুদা মেরী হরাউবনা মথুম-মরাং হৌরে। প্রপ-প্রপ চংখ্রগা হৈ মহী গ্লাস অনীখক হৈরগা ট্রে অমদা হাপ্লগা পুথোরকই।

"ওজা! হৈ সি অমা পায়বীয়ো!"

বীমোল হৈ মহীদু অমা লৌই। মেরীসু গ্লাস অমা পায়রগা মানা হান্না ফন্নস্বা ফমফমদুদা চংশিল্লগা ফম্মী।

হৈ মহী থক্লা-থক্লা বীমোলনা হায়রকই, –"ফোটোসিদদি মেরীগী হকচাংগী ফিবমসি স্লিম ওইরগা ওষ্লোক্লা ফজখ্রেদা। কোরিয়াগী ফিলমষ্টারবু মাল্লি।"

"ওজা! ঐবু য়াম্না নোয়না উরব্রা?"

"অদুবুদি নোয়বগী ফজবা অমসু অদুম লৈদা! অদুদা কম্মন ওইনা ফজবদি স্লিম ওইবনা খরা হেনবগুম তৌবসিদা হায়বনি।"

"ওজা! ঐনা হন্দক দিল্লি চৎপদা এক্সরসাইজ তৌরগা নোয়বা হন্থহন্নবা হোৎনরকপা তারে।"

তাঙ্গা চানা মেরীনা কেমেরা পুথোরকুনা বীমোলবু নাকল-নাকলদা চৎলগা ফোটো নম্মী। বীমোলদু মেরীনা নুংঙাইজনবা –"নঙগীসু ঐ অমদি নমগেদনা?"

মেরী হরাউনা কেমেরাদু বীমোলদা পী। বীমোলনা মেরীগী ফজবা শকফমদু লেপ্পতা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। মেরীসু মোমোন নোকই। মেরী তুংদগী য়াম্নবা শমদু লেংজুমদা খোমলগা পুল্লপ নাকন অমদা থাধরকই। বীমোলগী পূক্লিংদা মেরীনা তৌথোরকপদু ইপক্তা পকচবগুম উবদুদা লোম্না মতিন য়োৎলি। "স্মাইল" হায়রকপদা মেরী মোমোন অমুক তৌরকই। বীমোলনা ক্লিক্ত্ নম্লগা ফোটো লৌই।

মীওইবগী পুল্লিসে অবাকগা নুংঙাইবগা য়াম্ন-য়াম্নদুনা অসুম চৎমিম্লে। বীমোল শিবা য়াদা ৰাক্নরবা তুংদা নাগালেন্দগী লোসোমি খুলদা অনৌবা পুল্লি মহিং অমদা লাকপা হৌরে। নাকেঙ্খা মতুংদা য়েন্নিংথা অমুক লাকপগুম ঙসিসি মাগী পুল্লিদা নুংঙাইজবা নুমিৎ অমা ওইরি। অমরোমদা মেরীগী পুল্লিদসু বীমোলগা থেংনবদা নুংঙাইজবা পুংফম অমা ওইরি।

মেরীনা হায়রকই, – "ওজা! ঐনা ইগজাম লোয়রগা থোরকপদা নঙ নতোমতা মণিপুর চৎলমগনু। ঐগা পুন্না চৎসি। ঐ নখোয়গী য়ুমসু খঙনীংই অদুগা লোক্তাক পাৎসু য়াম্না য়েংনীংই।"

"হোয়দা, হোয়দা!" অসি হায়না বীমোল পাউখুম পীরকই। অদুৰু বীমোল মেরীগী ৰাহৈদুনা প্রেসিলাবু অমুক নীংশিহল্লে। প্রেসিলানসু মানা ডাক্তর তম্বা লোইরগা থোরকপা ফাওবা ঙাইবম্মু; মতমদুদা ওজাগী নীংবা থুংহনবা ঙমল্লা যেংগে হায়জরম্মী।

তাঙ্গাদুদা শুথানে থোরক্তুনা চাক চানবা তৌরসি হায়ররে। মেরীনা বীমোলবু ডাইনিং হোলদা পুশিল্লগা খুৎ-শা হামহল্লে। ডাইনিং টেবলদা ফম্মিন্নরগা যিবুদা চানবা থল্লিবদু মমীৎ উশিল্লগা কৎলি।

অদুদগী চাক চাবা হৌরে।

চাক চানা-চানা মেরীনা হায়রকই, – "ওজা! নাগাগী এঙ্গাংসি চাবা য়াদব্রা?"

"য়াম্না হাউই। ঐদি অসিগুম্বা চাক-এঙ্গাংদি চাদবা কুইরবনি।"

"ওজা! ঐ ঐখোযগী ইপাদা হায়বীগে? নঙ ঐখোয়গী য়ুমদা লৈরসি।"

"মেবী। নঙনদি খঙদবা! ঐ, ঐনা লৈরিবা পুশালুগী য়ুমসি থাদোকপা য়াদে।"

"করিগীরা ওজা?"

"অচৌবা মরম অমা লৈ। নঙগু মবমদু তপ্না-তপ্না খঙলক্কনি। ঐনা ঙসি লেল্লিবা পুল্লিসে বল্দিনি।"

"ঐদি ওজাগী ৰাদু ভাব তাবা ঙমদে।"

"মেরী! মসিগী ঝাসি তোক্লসি।"

ঝারী শানা-শানা চাক চাবা লোইরে।

মেরীনা সেম, অঙ্গুর পুথোরক্লুনা অমুক চামিন্নরে। বীমোল ময়ুমদা হন্নীংলক্রে।

বীমোলনা চৎলমদাইদা মেরীনা ঙসাইগী গুলাপকা ফোটোগা পুন্না হাপ্পা এনভেলপ্তু বীমোলগী খুত্তা পী। বীমোল করিনো খঙদনা লৈাই।

"ঐ অমুক চৎলগে" হায়রগা বীমোল নুমিদাংদুদা মতোমতা চীংগী খুলগী লম্বীদুদা লাকই। অসুম লাকপনা পুশালুগী উবাক্লা খাবা য়ুমদু য়ৌরক্রে।

অচুনি বীমোলনা য়ুমদা হল্লক্তবগী মরমদা ঝাখল তৌদুনা বীমোলনা লৈবা কাগী থোঙ মনাক্তা ফমদুনা ঙাইরম্মী। বীমোলনদি মানা ঙাইরল্লিবদু মবুংনা হায়বা ইন্দুনা বীমোলবু শেন্নরিবনি খল্লি। অমরোমদা অচুনিনদি বীমোলনা মখোয়গীদা থুংলখিবা অহীংদগী হৌনা লম্নাইগী মীৎয়েং অমদা য়েংবা হৌখ্রবনি। মাদি মরোল থোক্তবনিনা লাইরিকসু তমহৌদে, থম্মোইগী মশক্তুদনি খঙজরিবা। মানা বীমোলগী ফি-রোল মোৎলকপদা শুবী। নোংমসু বীমোলগী ফি-শুনবা পুথোরকপদা ফুরিৎখাউদা পেত্রক্লে অমা য়াওরম্বদু বীমোলদা পী। বীমোলদি অচুনিনা লৈদু কদাইদগী থিরুরগা পীরক্লিবনো খনখি। অদুবু মমৈদা বীমোল ভাব তারকখি মদুদি লৈদু মানা শোমদলগী ঈশিংখোঙগী মনাক্তী লৌবুক্তী লৌরীদা শাৎলম্বদগী হেক্লকখিবদুনি। লৈ অমদি থাজগী নাপ্পদা চিনবীখ্রে। লৈ অমসিদি কনাগী নাপ্পদা চিনগনি? ঝাখলসিদা বীমোলনা লৈদু নীংথিনা মফম চানা লোৎলগা থমখ্রে। বীমোল, অচুনিনা মাগী ফি শুবীবা, কা শেংদোকপীবা কয়া তৌবসিদা থা খুদিংগী তলব ফংবদা লুপা চনী, চনী পী। অচুনিসু পৈশাদু হরাউনা লৌই। অদুবু পৈশাদু অচুনি করিমত্তা শীজিন্নদনা উপু মনুংদা মফম চানা হাপ্লগা থম্মী। বীমোলনা অচুনিনা মাবু কুপ্পা শেন্নরিবসি মবুংগী য়াথং ইল্লিবনি; মা চেনখিদনবা শেন্নবনি খল্লি। অদুনা মানা অচুনিবু মচল অমগুম্না নুংশি। অমরোমদা অচুনিনদি বীমোলগী মীনুংশিগী মীৎয়েং খজিক্তুংদুবু মাবু থম্মোই শেংনা নুংশিবনি খঞ্জরি। অচুনি, মশক অদুক হাক্লা থীবা নত্তে। অদুবু মানা মরোল থোক্তবা, লাইরিক হৈতবা, শেৎলিবা ফিজোল কয়া নান্দবা অমদি অকে-অমৌ য়াওজদবদুনা খরা মোৎনা উবদুদা মীনা হম্বনা খনবীবগী ঝানি। মাসু মতমগী লৈশাবী অমগুম নীংথিনা কেবা হৈরন্নবা; ফজবা, মী শুম্বা ঙম্বা ঝাহে শীজিন্নদুনা বীমোলগী মফমদা ফোঙদোকপা ঙম্লম্লবদি বীমোলনা মঙোন্দগী লাপথোকপা ঙম্লমদবসু য়াই। মহাক মতম চুপ্পদা চমই অমসুং অচম্বা ফিজেত্তা য়াম্না চেকশিন্না শেৎলি। য়াম্না লুবা ঝাফম অমনা বীমোলনা

অচুনিবু পাখং-লৈশা ওইবগী নুংশিবগী মীৎয়েংনা য়েংলে হেক তাবদা বীমোলদি হিংবগী বা লৈত্রে। অদুনা বীমোলনসু অচুনিবু মচল অমগী মীৎয়েংদগী খজিক্তা লানবা মীৎয়েং থম্বা যাদে হায়বসি অকনবা থম্মোইগী বাশক ওইরিবনি।

অদুনা অচুনিনা নুংত্তিগী বীমোলগী থোঙনাওদা লৈ ফজবা অমমম হেক্লগা থেঙুনা থল্লবসু নোংমতা বীমোলনা মদুবু অর্থ লৈনা খক খল্লুদে। অদুবু ফজবা, অহেনবা উরগা পামদবা মী লৈতবগুম ঙসি মশক-মতৌ ফজবী মেরীনা গুলাপ অমগা ফোটো অমগা এনভেলপ অমদা হাপ্লগা পীরকপদুবুদি বীমোলনা কয়াদা আশা বাংনা লৌরগা পুরক্রিবা?

বীমোলনা চাবীদ্রবসু অচুনিনদি বীমোলগীদমক এঞ্জাং মশীং খঙদনা লান্দুনা পীরকখ্রে। এঞ্জাংদি কয়া হাউতবা, লায়রবগী এঞ্জাং ওইবগা অচুনিগী পূক্লিং বাখলবু বীমোলনা কয়া লুনা লৌবীরুদবগা পুম্নমক ইচেলগী মতাইদা লৈবগুম তৌরি। ফজবা শক্লা অমদি অহাউবা এঞ্জাংনা ময়ায়দা লৈরগা অথীবা, ফজদবা শক অমদি হাউতবা এঞ্জাংনা মতাইদা হাইদোকপা মশানা তাবনি। বীমোলগীদমক নুংশা থীজদুনা অচুনিনদি তুমদনা বীমোল হল্লক্ত্রি খঞ্জদুনা শেংলবা থম্মোইদুনা খৌরাংনা মাবু অহীংসিদা হল্লকপা ঙাইজবম্মী। বীমোলনা কাদুদা হেক চংখিবগা অচুনিসু তপ্না-তপ্না মাগী কাদা চংখি। থম্মোইগী বাহংদি করিবু ওইবিগবা?

বীমোল, মেরীনা এনভেলপ্তা হাপ্লগা পীরকপা পোৎশিংদু এনভেলপ্তগী তপ্না লৌথোক্লগা য়েংই। পোৎশিংদু উবদা মা নোকই। পূক্লিংদা মাবু মেরীনা বাখল অমা খল্লে হাযবসি খঙবদগী নোকপা মাল্লি। তাঞ্জাদুদা বীমোল মাগী শোমদলগী লৌবুক্তগী হেক্লকপা প্রেত্রক্রে খংনীঙ নীঙশিংলকই। উপূ হাংদোক্লগা যেংলুই। ফিভম করিসু কায়রমদে। মদু মেবী অমুক্তংগা থেংনববদি মেরীগী নাপ্পদা চিনবা য়াব্রা য়েংগে খল্লকই। লৈদু উবদা মানা থাজবুসু নীঙশিংই। অদুবু থাজদি বীমোলগী বাখলদা মানা থাজগী নাপ্পদা পেত্রক্রে অমা চিনবীগ্রবসু অতোপ্পা নুপা অমগা শোয়দনা নক্লবা মরী লৈনরম্বা নৎত্রগা লুহোংলম্লগনি হায়বসি চপযুংনা থাজে। মহাক থাজগী বাখল কাউবনা ফরে খল্লক্রে। অহীংদু মহাক বাখল খরা নুংঙাইহনা তুমখি।

নুমিৎ মঙানিরোম হৌখ্রে। মেরী বীমোলবু য়াম্না উনীংলবসু চৎপা ইকাযদুনা বানা খাঙই। দিল্লি চৎকদবা মতম যৌবক্রে। কাযনরমদাইসিদা অমুক্তংগা উননীংই। অদুগা নহান মানা পীখিবা গুলাপ অমদি ফোটোদুগী মরমদসু মত খরা খঙনীংই। নীংবু নীংলবদি লাইনা তম্বা অমা লাকই হায়বগুম খাশিন্না হায়দ্রবাদতগী হল্লকপদা প্রেসিলানা মাগী ওজাগী খুদাং ঘড়ী য়াওদবদু উবদা নুংঙাইত্রমাস্লে, ঘড়ী অমা থারক্রে।

মেরী নোংম্মাইজিং নুমিৎকী অয়ুক্তা খরা ওন্না চর্চ কাবগী লম্বীদা বীমোলগীদা হান্না চংলুরগে খন্না লাকই। মখুত্তা প্লাষ্টিক অহনবা অমদা লৈ খরা হাপ্লগা পায়রি। মখুৎ নাম্মনা বাইবল অমা পায়রি। মাগী ফিজেত্তি বীমোলনা পামজে হায়বা তাংখুল ফিজেৎনি।

বীমোল থোঙনাও হাংদোক্লগা চৌক্রি অমদা ফম্লগা ঙরাংগী ইংলিস খবর অমা পাদুনা লৈ। মেরীনা মখুৎ নাম্মনা প্লাষ্টিকী খাউ অমা পায়রগা মুখৎ নাম্মনা বাইবল পায়রগা তাংখুল ফনেক অমা শেৎলগা তপ্না-তপ্না অঙম্বা কারকপদু বীমোলনা উরে।

"হায়! মেরী! নঙ চর্চ কাবা লাকপা মাল্লিদা! নঙবু কৈদৌঙে অমুক চৎপা তারি?"

"ওজা! ঐ হয়েং চৎপা তারে।" চৎনা-চৎনা খুম্বনি। মেরীগী মখোঙদু খুনীং বাংবী খোঙউপ অমা তোংই। মখা অমুক তারকই, –"অদু ঐ চৎলমদাইদা ওজাবু অমক্তং উননীংদুনা লাকপনি। ঐগী ইনাও প্রেসিলানা ওজাঙোন্দা ওজাগী খুদাং ঘড়ী অমা থাবীবনি। মদুসু পীগে লাকপনি।"

বা ঙাঙনা-ঙাঙনা অঙম্বা কাখৎলকপদা মমীৎসু বীমোলদা অমুক য়েংবদুদা খোঙফম শোয়দুনা মেরীদু তুশিল্লে।

বীমোল য়াম্না থুনা চেম্ভোরক্লগা মেরীবু মশা পাযবগা শৌরগা হৌগৎহল্লি। মফিদু উফুল খরদি পক্লে। বীমোলনা মরীবু কোল্লগা মাগী কাদা পুশিনখিবদু অচুনিসু চর্চ কাগে থোরকপদা উহৌরে। মহাক চর্চ কাদনা ময়ুমদা অমুক চংখ্রে।

শোমদা বীমোলনা মেরীবু মাগী কাদা পুশিল্লগা ফমহল্লি। মশাদু অশোকপা য়াওব্রা হংই। মেরীদু থোইনদি শোক্লমদ্রে।

বীমোলনা তবেল পীবগা মফি অমোৎপদু কম্ভোকহল্লি।

বীমোলগীদমক মনাও প্রেসিলানা থারকপা ঘড়ীদু লৌথোক্লগা বীমোলগী খুদাংদা শিবী। বীমোল মীৎলুদা পিরাং ইহৌরকই।

বীমোল, মেরীদা য়েংলগা হায়রকই, –"মেরী নঙগী ননাও প্রেসিলাসি নুংশিদ্রা?"

"করিগী নুংশিদনি, ইমা-ইপানা ঐখোয় অনীখক্তা পোকপনি। নুপাসু য়াওদে।"

"অদু মেরী! নঙগী ঙসিগী শকসিদি ওম্ভোক্লা ফজখ্রেদা। নঙনা তাংখুল ফি শেৎলগা অয়ুক্কী নুমিৎ মঙালসিদা ঐগী কাসি তম্না লাকখিবদো ঐদি নঙবু অহানবা উবদদি প্রেসিলা ওইরবোই নীংলুই, অদুগীনি ঐনা কপ্লিবদু। অদু, অসুম্না হৌপ্রবা

পুন্সিগী নুংঙাইরবা মিকুপ, ফজবা পুংফমশিংসে অমুক হল্লক্ররোইদবা ঙাক্তনিকো। নুংশিব্রা? ঙরাং পোমহৌবা গুলাপসু ঙসিদি ফুগায়না শাথলি। নঙগী নশকসিসু ঙসিদি শাংকায়রবা অঙাঙবা গুলাপকুল্লা ফজরে। মসিবু নঙনদি খঙজরমদবসু য়াই। অদুবু কোইপাই-পাইবা খোইমুনদি শোয়দনা শাংকায়রে হায়বা হেক্তা খঙই। ফিজোলদুনা মরোল অমা পকচবনে? ঐদি কলচরগী ফিজোলসিমুক পামজবা লৈতে। ফজবা হায়বসিদি অদুন্না মচু তানা কেরগা লাই খুরুম্বা লাকপদুনা ওইগদবনি। নঙগী ঙসিগী শকফমসি উবদা ঈশ্বরমক্লসু মাবু খুরুম্বা লাক্লিবা ময়ামদুগী মরক্তা খ্বাইদগী ফজবী অমা খল্লগা য়েংলকপা মতমদা নঙবু শোয়দনা উগনি। ঐখোয়না ছাত্র-ছাত্রি ওইরিঙেদা ওজাশিংনা লাইরিক ফবা ছাত্র-ছাত্রিগী মশক হান্না উবগুম্বনি। লাইসু মমীৎ শিংথ্রবজাথনি। প্রভু যিষুনা চর্চ মনুংগী মীশিংদু অসুম লৈদুনা য়েংলকপা কান্দা নঙবু উবদা খ্বাইদগী ফজবীদু অসিদা লৈরে, বর অমা পীরগে, নীজরো হাযরক্কদববু মাল্লে। ফজবা হায়বসিগী মগুণসু তোপ-তোপ্না লৈ। অদুননি, অসুক চাউথ্রবা মালেমগী মনুংদা খ্বাইদগী ফজবী খনবগী চাংয়েং পাংথোক্লিবা। ঐবু ফজবী অমা খল্লু হায়বগী চাংয়েংদা জর্জকা ওইহল্লবা, অদুগা ফজবী ময়ামদুগী মরক্তা মেরীসু কন্টেষ্টন্না ঙসিগী ফিজোলসি শেৎলগা যাওবল্লবা ঐনা মেরীবু খ্বাইদগী ফজবীনি হায়না মার্ক পীরমগনি। নঙনা নাগালেন্দ ষ্টেটকী ২০০০ গী মিস কন্টেষ্টতা রন্নর্স অপ তাখিবদু ঐদি য়ানীংদে, ফার্ষ্ট ওইনা পীরমগদবনি।"

"ওজা! নঙসি মী থাগৎপদি য়াম্না হৈকো। ঐদি নঙনা অদুন্না থাগৎপীগনি খঙদবনা নঙগী চানবদি করিসু পুরক্তে।"

"অদু, ঐ বা অমখক্তা হংগে শেংনা খুম্মু। নঙগী ঙসিগী ড্রেশসি শেৎলিঙৈদা মেবীনা কনাগুম্বা নুপা অমবু য়েংহন্নীংখিবা লৈব্রা? লৈরবদি মরাইবক ফবা মীশক্তু যাম্না খঙনীংই। মীশক্তু প্রভু যিষুগুম্না মবুক-মপাউসু ফরমগদবা মাল্লি। মহাক মী ওইনা পোকচরম্বগী মেরীনা মাগীদমক ফজবা ফিজোল শেৎলগা য়েংবা ফংহনবগী অমদি মাগী নীংবা থুংহনবগী যাম্না হরাউগনি।"

"ওজা! নঙনা ঐঙোন্দা য়াম্না লুবা বা ঙাক্তা হায়বীদুনা তাহনবদা ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে। মমায়দু ইকায়বগুম তৌই।

অশোমদা অচুনি, চর্চ কাবা তোক্লগা বীমোলগা মেরীগা কা মনুংদা ঙসাইদগী বারী শানবিবদু উবাক অহোবদা য়েংলগা তাদুনা লৈ। অর্থদি খঙবা নত্তে।

বীমোলনা মখা তারকই, –"মেরী! নঙ থম্মোই শেংনা হায়য়ু! নঙনা শেৎলিবা ফিজোলসে শেৎলিঙে মতমদা নঙনা নঙগী ঙসিগী শক্তমসিবু য়েংহন্নীংখিবা মীশক অমা উখিব্রা?"

বীমোলনা মনুং ফাওনা উবা ঙম্বা লাই অমগুম্না তৌরকপদুদা মেরীনা ফি শেৎলিঙেদা মীতেশিংসি লাইগী মচা-মগুনি হায়খিবদু চুম্লবরা খল্লকই। মানা বীমোলবু পামজবগী থাক মথং অমগা কাখৎলকই। পুক্নিংনা খল্লম্বদু বীমোলনা মথং-মথং উবগুম লোইনা ফোঙদোরকপদুদা মাসু লোৎপা য়ারক্লে।

"ওজা! নঙনা লাইগুম্না ঐনা ফি শেৎলিঙেদা খনখিবা ৱাখল লোইনমক উবা মতমদুদা ঐনা য়েংহন্নীংবা মীশক্কুগী মশক্তি উবা ঙমদব্রা?"

"ঙম্মী।"

"অদু ওইরবদি মীশক্কু কনারা ওজানা হায়বীয়ো?"

"মদু উরবসু ঐনা হায়বদি য়াদে। ঐনা অচুম্বদু হায়রম্বদা লাইনা সৈতান থারক্লগা হেন্না উশিল্লুবদগী চৈরাক পীদুনা ঐবু হাৎখিবা য়াই।"

"অদুম ওইব্রা ওজা? অস! অদুদি ওজাগী পুন্সি লোয়গদবা ওইরবদি ওজানা মীদুগী মশক-মমিং হায়বীগনু। ঐনা ওজাগী পুন্সিবু ঐগীগুম্না পাম্মুবনি। ওজাগী অফবগীদমক ঐসু খনবনি। অদু ওজা! মীশক্কু ঐনা হায়বদি কায়দব্রা?"

"কায়দে, নঙদি নঙনা খঙবা, নীংজবা হায়দোকপনি। হায়রো! নঙগী মীৎতা মতমদুদা উখিবদু কনানো?"

"ইস! ঐবু ইকায়সিরা? হায়রসিরা? অদুকো! ওজা! ঐনা তুম্বা, চাবা, চৎপা, ফি-শেৎপা মতমদসু উবা মীদো ওজা নঙনি।"

ৱাহৈদু হায়বা লোইবগা মেরী মমায়দু খুম্লগা মপি তারকই। বীমোল, ঙসিদি মাসু মেরীবু থম্মোই শেংনা নুংশিরক্লে।

থেমজিনবা ৱাহৈদা হায়রকই, –"নঙনা নহান গুলাপ অমগা নঙগী ফোটো অমগা পীরকপদো ঐনা লোৎলগা থল্লি। অদু, নঙ মসিমদি খঙউ! শক হাক্না ফজরবসু নাপনদি খক তৌগনু! প্রভু যিষুনসু নঙবু শোয়দনা শাউগনি। সৈতানগী মীৎয়েং চংশ্রবদি অৱাবা নংগনি। মনম নুংশিবা নৈনা থুনা নৈমন চনবগুম, ফজবা শকসু থুনা মাঙখিবা য়াই।"

"অদুম ওইরা ওজা!"

"মখোয়সু ফজববুদি য়াম্না পাম্বনি। মখোয়না পাম্বা ফজবী কয়া মনুং-মতম চাদনা মীরম্লেন্দগী খল্লগা পুরগা মতম চুপ্পগী ওইনা মখোয়গী মনাক্তা লৈহন্নীংই। মদুদা মী ওইনা পোক্লবা মখোয়নদি তাইবংগী অপাম-নুংশি, কল্লক মীহৌবাময়ামসিবু থাদোক্লগা খক লাইগী মনাক্তা চৎনীংদে। মরম অদুনা লাইশিংসিনা পুবা য়ানবা মশা খণ্ডহন্দনা হার্ট এটেক তৌহল্লগা, এক্সিদেন্ট থোকহল্লগা ফজবী কয়াগী থবায় লৌরগা মখোয়গী মনাক্তা পুখি। অদুনা নঙসু নশক য়াম্না ফজবনি নঙ খরা চেকশিল্লুকো।"

"ওজা! নঙনা হায়বসি অচুম্বা ঙাক্তা ওইগনি। ঐগী ইমাগী মনাও নুপীদো মশক য়াম্না ফজে হায়বনি। সিফাইগী নোংমৈ মরুনা পাল্লগা শিবনি। ঐসু দিল্লিদা কারনা তক্কে তৌবা অনীরক শুরে। অদু ওজা! ঐ হন্দক বী এগী পরিক্ষা লোইরগা য়ুমদা লৈরগে খল্লে। ঐদি ওজাগী ননাক্তা লৈরগা নুংঙাই-নুংঙাইবা লাইগা মীগা মরী লৈনবগী বারী কয়া মখা তানা তানীংই। ওজা! অদু, ঐ চর্চ কাবা থেঙগনি অমুক চৎকেকো!"

"নঙ মিনিট অমখক্তা ঙাইখো!"

বীমোল উপু হাংদোক্লগা মানা লোত্তুনা থম্বা পেক্রক্লেদু লৌথোরকই।

বীমোল, –"মেরী! নঙ ঐঙোন্দা অমুক্তা য়েংলকউ।" মেরী বীমোলদা য়েংই।

মখা তানা –"মীৎ অনীমক অমুক্তা উইশিল্লু।" মেরী মমীৎ অনীমক উইশিল্লি। মাদি বীমোলনা মঙোন্দা কিশ কুম্বা তৌগদৌরিব্রা খল্লদুনা মশাদু নীকপা অমা য়াওরে।

বীমোলনা পেক্রক্লেদু মেরীগী নাপ্পদা চিনবীরে। চিনবীবা লোইরগা মীৎ পাঙথোক্লো অমুক হায়রকই। মেরী মমীৎ পাঙথোরক্লে।

বীমোল, –"য়াম্না পকচরে। অদু, ঐগী লৈদুসু চেকশিন্না থম্মুকো!"

"থমগে ওজা!" বাহৈদু হায়রল্লগা মেরী কাদুদগী থোরক্লে।

বীমোল, থোঙনাওদগী মেরী চৎখিবদু লেপ্পগা য়েংদুনা লৈহৌই।

মেরী, লাপ্না মখুৎ হায়রম্মী। বীমোলসু মখুৎ থাঙ্গথলি।

অচুনি, ঙসাইদগী উবাক অহোবদা মখোয় অনীগী মতৌ য়েংবদা চোকথরে। অমুক কপ্পী, অমুক বাখল তৌই, তৌরগা বানা অহোবদা য়েংজরম্বীদো মপি শেংনা তৈথোক্লগা মাসু চর্চ মায়কৈ তন্না চৎখ্রে। ❑

# তরেৎশুবা

বীমোলনা লোসোমি খুঙ্গংদা পুশালুগী য়ুমদা লৈরকপা চহী অমগা মখায়রোম ফারক্লে। তঙাইফদনা দন্দি অমা ওইনা হিংবা তাবনা লমদুগী মীপূম খুদিংমক্লা য়ানবা, লমদুগী চৎনবী, লাইনীং-লাইশোন পুন্নমক য়াওরগা হিংলি। চাকেশাং জাতিগী লোনসু খর-খরা ঙাঙবা ঙম্লক্লে। চহী অমা হেল্লা খুলগী ইংলিস স্কুলদা ওজা ওইরক্লবনিনা মানা তম্বীবা ছাত্র-ছাত্রিগী মশীংসু খুলসিদা মশীং ফন-য়াম্না লৈরে। খরা হৈনীংবা ছাত্র-ছাত্রিশিংবু মাগী মনাক্তা কৌরগা লাইরিক তাকপীবসু য়াওই। ঙাইহাক শংবা মতমদা অঙাংশিংবু স্কুলগী গ্রাউন্দা ফুটবোল শান্নবা তম্বী। টেবল টেনিস, বেটমেন্টন্নচিংবসু অদুম শান্ন-শান্ননা তম্বী। মশান্না খুদিংমক্তা মাবু য়াওরবদি মানা হেক্তা থোইরে। কেরোম্বু ওইরো, চেসবু ওইরো, মাবু চংশ্রবদি মা য়াওবা টিমদুনা হেক্তা থোইরে। মানা হিরম খুদিংমক্তা হৈবসিনা স্কুলগী ওজা অয়াম্বনা মাবু কল্লকই। অদুবু পিক ইংলিস স্কুলগী প্রিন্সিপাল ওজা দুশাজোনদি বীমোলবু মখোয়গী স্কুলসিগী ওজা ওইবসিদা হরাউবা পোকই। মানা স্কুলসি থাদোক্লগা খঙহৌদনা চৎশ্রবদি হায়বা ৱাখল ফাওবা পোক্লকই।

ৱাখাদগী হান্না বীমোল লাক্ত্রিঙৈদা অঙ্ক অমদি সাইন্স তম্বীনবা খাশিন্না পুরকখিবা ওজা অহোনদি বীমোলগী অহেনবা কয়াসিদা খাঙবা ঙমদে। মীঙোন্দদি হায়দোক্তনা বীমোলগী মাঙনবা করি তৌসিগে তত্তনা খনবা হৌবকই। ওজা অহো লোসোমি খুলগী নিংঙোল অমগী মচাসু ওইবনি। মাবু চীংদা অঙ্কগী ওজা তাঙবদগী তলব চাউনা পীগে হায়রগা পুরকখিবা ওইবদুদা খরসু পোঙনা, চাউনা নাপল অমা য়াওনা লৈজরম্বনি। অদুবু বীমোল হেক লাকপদগী ছাত্র-ছাত্রিশিংনা ওজা অহোনা তাকপদগী ওঝা বীমোলনা তাকপনা ভাব তাবা য়াম্না হেল্লি হায়নবা হৌরকপনি। বীমোল খুঙ্গংসিদা মথৌ খ্বাইদগী চিনবা মী অমা ওইনা হিংবনা ময়ুমগী ৱাখল খল্লুবা কয়া শংদ্রে।

মরকসিদা মেরী ইংলিসতা ওনর্স ফংলগা য়ুমদা থোরক্লে। মেরীবু হান্নদগী বী এ পাশ তৌবগা পিক ইংলিস স্কুলদা ওজা ওইহন্নবা সিং অমা খাক্তুনা থল্লবনি। মহাকপু খাশিন্না পিক ইংলিস স্কুলদা মহাক্কী জিগুা হাপ্লগা পুদুনা লাকই। নুমিত্তু স্কুলগী

চহীগী পরিক্ষা লোইবা নুমিৎসু ওইরি। অয়ুক্কী পরিক্ষা লোইদুনা নুংথিলগী থাগদবা ছাত্র খরদমক ঙাইরে। হয়েংদগী নুমিৎ নীনি স্কুলগী এনুৱেল স্পোর্টসমিট পাঙথোক্লবা বা খন্নবসু লোইরবনি। ওজাশিংগী মরক্তা স্পোর্টসতা খরা থবায় য়াওবদি ওজা অহোগা ওজা বীমোলগা অনীসিনি।

প্রিনসিপালনা মখোয় অনীদা স্পোর্টসকী প্রোগ্রাম শেম্বা, প্রাইজ পীনবা মচাকশিং শীনবা লোইনমক শিন্নে। মখোয় অনী নুংথিলগী দিউটি য়াওদনা কম্মনরুমদা স্পোর্টসকী চার্ট শেম্মিন্নরি।

মেরী কাদুদা ফৎ চংলক্লগা ওজা বীমোলবু হান্না কৌই।

"ওজা। করম তৌরি নুংঙাইরিব্রা?"

"হায়। মেরী। নহাক কৈদৌঙে থোরকই?"

"ঙরাং থোক্লকপনি।" হায়রগা মখুত্তু তিংথোরকই। মাগী-মাগী পীক্লিঙৈদগী হৈনখিবা হায়বসে পাক-হেক থাদোকপা ঙমদমাল্লে। মেরী মী উনবদা খুৎশোকপগী হৈনবীসি থাদোকপা ঙমদ্রে।বীমোলসু ঙসিদি মমাঙদা মেরীনা বারৌবা অমা লৈখিদুনা শাউখিদনবা মেরীগী মখুৎ শোকই।

ওজা অহো বারৌবগুম তৌই।

মেরীসু মদু খঙদুনা ওজা অহোবুসু বারৌখিদনবা –"ওজা নুংঙাইরিকো" হায়রগা মখুৎ শোক্লে।

বীমোল, –"মেরী! করমতৌরি? নঙগী পরিক্ষাদি লোইরব্রা?"

"লোইরে ওজা! ঐ ইংলিসতা ওনর্স ফংলে।"

· "ভেরী গুদ। অদুদি মেরীসু পিক ইংলিস স্কুলদা ঐখোয়গা পুন্না ওজা ওইমিন্নবা তারেনে?"

"হোয়, ওজা! ঐগী ইপানসু মদুগী মরমগী প্রিনসিপাল উনবা লাকপনি।"

"ফরে, মেরী! ঐখোয় হয়েংগী স্পোর্টসকী চার্ট অমুক্তা শেমখিগে?"

"ওজা! কোন্না অমুক উনসি। ঐ ইপাগী মনাক্তা চৎলগে?"

মেরী মপাগী মনাক্তা চংলগা অমুক পন্থরমদনা মপা-মচা জিগ্গা অমুক হনখ্রে।

মেরী থোকখ্রবা তুংদা ওজা অহোনা বীমোলদা হায়রকই, –"ওজা বীমোল! নঙগা মেরীগা হান্না খঙনখ্রব্রা?"

"খঙনগ্রে।"

"করমকান্দা ?"

"ও! ওজানা ৱাখাদা ছুটি লৌরগা নুমিৎ খরনি চৎখিবা; প্রেসিলানা হায়দ্রবাদতা অহানবা ডাক্তর তম্বা চৎখিবা মতমদুদা মেরীসু য়ুমদা থোরক্লম্মী। মতমদুদা মাগা ঐগা খঙনখিবনি।"

"ও! য়াম্না নকশিন্নরম্বদুদা হৎবনিদা। অদু, ওজা বীমোল! মেরীগী মশকসে কমদৌই?"

"মাদি খুলসিগীদি হেলোইগুম্বীনি।"

"ও! ওজাসু মাবু অদুম্না খনব্রা? মহাক ঐগা লুহোংনবা হান্নদগী বা লোইনদুনা লৈরবনি।"

"ঐসু অদুম্না তায়। ওজাগা মেরীগা লুহোংবদি য়াম্না চানগনি।"

"মানা হৌজিক কাসিদা চংলক্রম্বদু ঐ লৈবদুদা উননীংদুনা চংলকপা শোয়দনা ওইগনি। মানা ওজা বীমোল লৈবদুদা ঐগা ৱারী শানবা ঙমদবদগী ওজাগা ওইনা শানবনি। অদু, ওজাসু লুহোংবদি শোয়দনা য়াওশিকো।"

"য়াওদদি কৈনো! ওজা অহোগা ইচন মেবীগা লুহোংবদা ঐ য়াওদ্রবদি ঐদি করি তৌদুনা লৈগনি?"

বীমোল ৱাহৈগী ৱানি, থম্মোইদদি ৱাহৈ খুদিংগী পিরাং শিন্থববনি। হয়েংগী থবক লোইশিল্লগা মখোয় অনী মফমদুদা কায়নরে।

মথংগী অয়ুক্কি, মেরী বীমোললনা লৈবা য়ুম তান্না মখুত্তা প্লাষ্টিক্কী খাউ অমা যাল্লগা লাকই। বীমোলনা লোসোমি হায়রিবা খুলসিদা লাক্লমদ্রবা; প্রেসিলাবু লাইরিক তাক্তুনা মেদিলে এন্ট্রান্সতা থল্লমদ্রবা, বীমোলগা মেবীগসু খঙনবম্লোই। অদু ওইরবদি মেবী অমদি অহো অনীগী লুহোংবগী পুংফমদা অকাযবা লাক্লোই। হৌজিক মেরীদি বীমোলগী ৱাখলদা চপ যুংনা ঙাওরি। অমরোমদনা ওজা অহোনা মেবীবু মাগা শোয়দনা লুহোংলগনি, মদুদা বীমোলবু য়াওনবা হায়রি। লাল অমদি শোয়ররোই। পুন্নমকসিগী মবম বীমোলনা ওইগদৌরি। মেরীগী মখুত্তা য়াল্লিবা খাউদুদা শুট ফি অমা য়াওরি। মেরীনা দিল্লিদগী থবায় তানা বীমোলগীদমক লৈজরকপনি। বীমোল মতমদু স্পোর্টসকী প্রোগ্রামশীংদু চে অমদা নান্না শিন্দোক্লি।

মেরীনা মপান্দগী কৌরকই, — "ওজা! ওজা লৈব্রো? ঐ লাকইয়ে।"

বীমোল মেরীগী মখোল খঙবনিনা ফুক হৌগৎলগা মেরীবু কাদা কৌশিল্লি।

"ও! মেরী! নঙ লাক্লিব্রা? ঐদি হোরেন স্পোর্টসকী প্রোগ্রাম পরেংসি শিন্দোক্লম্বনি। নঙসু পুন্না স্কুল অমত্তদা ওজা ওইমিন্নরগদবনিনা হোরেন স্পোর্টকী শীনবা খরা য়াওসিকো!"

"ওজানা হায়রবনিনা য়াওবা তারেদনা!"

"মেরী! ঐ চা লোননগে? ঐখোয়'নী চা থকসি! নঙ ফম্মুকো।"

"ওজা! ঐ ওইনা লোনবীগে?"

"য়ানিদা! নুংতিগী ইতোমতা লোল্লগা থকপনিনা ঐদি য়াম্না হৈনরে।"

"অদু ওইরবসু ঙসিদি ঐ ওজাগী নাক্তা লৈরবনিনা ঐ লোনবীগে?"

"নুংতিগী লোনবীগদবা নত্তবনিনা অমহা অদুম তাগনিদা।"

"ওজানা ঐবু নুংতিগী চা লোলহন্নীংদব্রা?"

"করিগী লোলহন্নীংদনি, য়াবীরোইদবগী বাতনি।"

"ঐনা য়ারে হায়রবদি?"

"মদুবু হেক্তা ওইথোকদ্রনে? নঙদি খুলসিগী খ্বাইদগী মশক ফজবীনি। অদুগী মথক্তা মীয়াম্না লাইগুন্না কিনরিবা, ব্যবহার তৌনরিবা সেক্রেটরি খাশিমগী মচানুপীনি। নঙবু পামজবা খুলগী পাখং মশীং খঙদনা মা-মাগী থম্মোইদা ফোঙদোকপা ঙমদনা নঙবু নীংজরমগনি? নঙবু ঐনা পামজরুবদা ঐ শোয়দনা খুদোংথিবা নংগনি।"

"ওজা! নঙনা হায়বদু ঐ য়ানীংদে। মখোয়না পাল্লবসু ঐনা পামদ্রবদি ওইবা শুকয়া য়ারোই। ঐগী ইপাসে খুলসিগী মীনা রেস্পেক্ট য়াম্না তৌরিবা স্পিসিয়েল কন্ট্রেক্টরনি। মখোয়না ঐগী অপাম্বদা য়েৎপা য়ারোইদা!"

"মেরীগী ইপাবু খুলগী মীনা কিনবদুদনি ঐনসু কিরিবা। খুলগী নিংথৌগুম্বা ইপা খাশিমগী মথক্তা ঐনা অরানবা তৌরুবা হায়বসে ঐগী লাইবক থিনিঙাইগী য়াম্না চাউবা মরম ওইগনি। ফরে, ঐখোয় অনী ওইরোইদবা বারীসি তোক্লসি।

ঐগী য়ুমদা লাকপনিনা ঙসিগীদি চাসি ঐ ওইনা লোল্লগে?"

বীমোল চা লোনবা চংখ্রে।

"ওজা! নঙসে নবুক ফত্তবা হৌরেকো। ঐনা ওজাগা শক খঙনরুবদগী দিল্লিদা কাউবা য়াদদুনা য়াম্না বাবনি। ঙরাং য়ুমদা থুংবগা স্কুলদা ওজা উনবা লাক্লম্লিবদুনি।"

"ঐসু নঙনা এনভেলপ্তা হাপ্লগা পীরকপা শুলাপ্তুগা নঙগী ফোটোদুগা মরক মবক্তা য়েংলগা নঙবু নীংশিংবনি।"

"ঐসু নঙনা ঐগী নাদা চিনবীবা লৈ মচাদু নুংশিনা লোক্তুনা থম্বীবনি।"

"অদুদি ঐখোয় অনী চপ মান্নরে।"

"অদুগা ওজাদি করিগী অমুক ঐবু পামদবগী ৱা ভাঙলিবা ?"

"ঐনা নঙবু পামদেদি হায়খিদেনা ?"

"অদুদি করিগী ওজাদি ঐনা চা লোনবীগে হায়বদা য়াবীদ্রিবা ?"

"সে, সে। লোল্লুরো! ঐ লাল্লে।"

মেরীদু পেরি-পেরি তৌরগা বীমোলগা পুন্না চা লোনবা চংমিন্নখ্রে। মাগী চমজবী মতৌদুদা বীমোল হেন্নবু নুংশিরুরে।

মেরী থবায় য়াওনা চা লোল্লি। ভাইহাক লৈরগা মেবীনা চা লোনবা লোইরগা চা কপ অনীখক কপ্তা হৈরগা পুথোরক্লে। মখোয় অনী চাদু কপ অমমম পায়রগা থকমিন্নে।

বীমোল, —"ঐনা নহানমখে ইতোমতা লোল্লগা থকপা চাদুদগী ঙসি মেরীনা লোনবসিনা হাউবা হেল্লি। নখোয় নুপীনা চাকখুমগী থবক্তদি হেক্তা হেল্লিকো!"

থাগৎপদুদা মেরীদু হুরাওই।

"ওজা। ঐনা ওজাগী শুট ফি অমা লৈরকপনি। ওজানা স্কুলগী ফঙ্কসন তৌবা কান্দা শুট শেৎপদু ঐদি য়াম্না য়েংনীংই।"

"মেরী! ঐদি অরু-অনানগী ফিজোল শেৎপা থোইনা পামদেদা! ঐদি মতিক চাদ্রবা মণিপুরদা চন্নদদুনা লাকপদা মফমসিদা লাইবক ফকবদগী নখোয়গী খুলসিদা ঐগী পুন্সি চেংজেল লৈরমদুনা হিংবগী ৱানি।"

"করিগীরা ওজা। নঙগী পুক্নিংনা অদুক হন্থবা ৱাখল খল্লিবা? ঐদি ওজাবু য়াম্না ৱাখল ৱাংবা মী অমনি খল্লিবনি, ওজাগা মান্নবা মীদি য়াম্না তাংগনি খনবনি। অদুগুম্বা ৱাখল খনবীগনুকো ওজা।"

"মেরী! নঙ মঙাইরে, ঐবু লুনা খনবীরিবা।"

"অদু ওজা! ঐখোয়গী লোসোমি খুলদদি শুট তুবা হৈবা তেলর শুপ্নগী অমথক্তনি। মাগীদা নোংমা ওজাগা ঐগা পুন্না চৎলগা ওজাগী শুট তুবা চৎসি।"

হায়সিল্লা হায়রোইসিরা খল্লম্বা ৱাফম অমখক বীমোলনা মেরীগী মফমদা হায়রকই, — "মেরী! ঐনা মেরীগী মরমদা ৱা অমখক তায়।"

"করি ৱারা ওজা?"

"মেরীগী লুহোংবগী মতাংদনি। মেরী ৱাখাগী ওজা অহোগা হান্নদগী মরী লৈনৈ, ইমা-ইপানসু য়াদুনা মেরীনা বী এ পাশ তৌরগা পিক ইংলিস স্কুলদা ওজা ওইরগা নখোয় অনীগী লুহোংগনি হায়বগী ৱা লোইনখ্রবনি হায়না তারিবসি চুমব্রা?"

"ওজা! নঙগী ননাসিসু য়াম্না শিংবা জাৎনি। ওজানা তারিবদু চুম্মী। অদু, হৌজিক্তি মদু ওইবা য়াররোই। ওজা অহোদগী ওজানা ঐগীদমক্তা য়াম্না ফবা হেল্লি। অহেনবা, অফবা পাম্বা হায়বসি ওজানা হান্না লীখিবা ৱারীদা চুম্মী হায়খিবা নৎত্রা?"

ৱাহংদগী খরা থৈদোক্লগা — "ঐনা করম্না ওজা অহোদগী হেনগদৌরিবনো!"

"ওজা বীমোলবু খুলসিদা মমিং খঙদবা, মশক খঙদবা কনা লৈরিবগে? ওজা অহোদগী ওজানা শক ফজবা, লাইরিক তাকপীবা, লৌশিং-শিংবা খুদিংমক্তা লোইনা হেনবগী ঐনসু ওজাবু পাম্বনি। ওজানা ঐগা অহানবা উনবা নুমিত্তা ওজানা লীখিবা ৱারীশিংদু ঐ কাউবা ঙমদ্রি। অদুনা ঐগী মীত্তা ওজাবু তোয়না উবনি। ওজা অহোবুদি ঐগী মীত্তা উবা ঙমদে। ঐ ওজাগোন্দা লৈত্রবদি শোয়দনা শিগনি। ওজা অহোগী ৱাদু তোকসিদা!"

"অদু মেরীগী ইপাগা-ইমাগনা য়াদ্রবদি?"

"মচানুপীনা অচুম্বা, অফবা থবক তৌবদা করিগী য়াদগনি।"

"মেরী! ফবে, ঐখোয় অনী ৱারী কোন্না শারসি! নঙ অমুক চৎলো। হোরেন স্কুলদা নঙসু লাকউ, স্পোর্টসকী থবক খরা য়াওসি।"

"ওজা! ঐ শোয়দনা লাক্কনি। অদু শুট ফিসে থমজিনবীয়ু।"

বীমোল মেরীনা লৈরকপা শুট ফিদু থমজিল্লে।

"ওজা! নঙবু য়েংহন্নীংদুনা পুরকপা ফোটোসি য়েংবীয়ো!"

"কদাইনো?"

"সিদা লৈরে, নহান ঐখোয়গীদা চাক চাবা নুমিত্তা নমখিবদুনি।"

বীমোল, ফোটোশিংদু পূক্লিং চংনা য়েংহৌই।

মেরীদি ফোটো শিন্নরল্লগা অদুম থোকখ্রে।

অচুনি, ঙসাইদগী মেরীনা বীমোলগী কাদুদা চংখিবদগী উবাক অহোবদুদা মখোয় অনীনা ঙাঙনখিবা, পীনখিবা পোৎ কয়াদু অমত্তা চিখদনা য়েংই। মদুনা মাগী থম্মোইবুদি য়ৌনা কায়হনবীরে।

বীমোলনা স্কুল চৎথ্রবা তুংদা অচুনি বীমোলগী কাদা চংলগা ঙসাই মেরীনা পীরম্বা ফোটোদু থিরকই। টেবলগী ড্রাবরদা লায়না লৈরম্নে। অচুনি, মেরীগী অদুক ফজবা ফোটোদু য়েংনীংলুদে। বীমোলগী ফোটোদু য়েংলগা নুংশিনা মচিন্না চুপ্পী। ফোটো অমখক লৌরগা পুদুনা মাগী উপুদা চেৎনা থমগ্রে। বীমোলনা মানা লৈবা কাগী থোঙসি মানা চৎথোক্লবসু নোংমতা শো লোল্লমদে। অচুনিনা শেম্নে খনবনা ওইরমাগ্লে। মাগী ব্রাখলদা খুলসিদা লৈবদা মাগী অরুবা পোৎ অমা অতোপ্পনা ছখিনি হায়বগী থোইনা ব্বারুবসু লৈতে। বন্দি অমনা করিবু অমুক পাম্মুরুদগে ? অমরোমদা অচুনিনা বীমোল অমদি মেরীগী লৈনরিবা নরুবা মরীসি মবুং পুশালুদা হেক তম্বদা বীমোল খুদোংথীবা নংবসু য়ারিবনি। অদুবু অচুনিনা বীমোলবু হেন্না নুংশিজরুবনা মবুংনা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা তম্বসু তৌদে। মঙোন্দা মরোল থোকচদ্রবসু শেংলবা থম্মোই অমদি লোইনবগুম তৌরি।

শোমদা মেরী য়ুম য়ৌবগা মমাদা ওজা অহোগা লুহোংবগী ব্বাফমদু তোক্লবা ব্বা হৌদোকই। মমাসু মেরীনা বীমোলবু পামজবদগী অহোংবসি লাকখিবনি হায়বা খঙই। মাসু বীমোলবু মচাগী নুপা ওইবদি পাম্মী। অদুবু বীমোল কনানো, করি লৈকায়দগী কনাগী মচানো, কৈদৌঙে নাগালেন্দ থাদোক্লগা চৎখিগদগে হায়বগী মরমদা করি অমত্তা খঙবা ঙমদে। বীমোল লাইরিক হৈ, লৌশিং জ্ঞান মপুং ফায় হায়বদি শুথানেসু য়ারে। অদুবু খ্বাইদগী লুরিবদি বীমোলগী অশেংবা মরম খঙদবসিনি। মঙোন্দা হংলুবা মতমদা বীমোলনা মাগী লৈকায়, খুঙ্গং অমা হেক্তা হায়রকপদা মখোয়গী ইমুংগী মীনা অশেংবনি হায়বা খঙবা ঙম্লোই।

অশুক শিংবা মীতৈ নুপাসিনা মচানুপী লৌবীরগা মতম খরা লৈমিন্নরবা তুংদা হন্দোক্লম্লগা চৎপীগ্রবদি কনাদা মাঙজগনি ? মুন্না খল্লুরগা শুথানেসু মচাগী অনীংবদা মতেং পাঙনীংলবসু পাংবা ব্বারে। খাশিমসু মাগী নুপীনা তম্বদগী মচাগী ব্বাখল হাইফেৎ খঙলবসু ওজা অহোগা লুহোংবনা হেন্না চুমগনি খল্লি।

ঙসি স্কুলগী স্পোর্টস হৌবা নুমিৎসিদা বীমোল অমদি অহো অনী শান্নবুংদা য়ৌরক্লে। শান্নফম গ্রাউন্দা ট্রেক্ট য়াত্তুনা, শুনু চাইবা, ফিরাল য়ুংবা লোইরে। মেরীসু য়ৌরক্লে। ছাত্র-ছাত্রিশিং ওজাশিং অয়াম্বা স্কুলগী গ্রাউন্দা থুংলদুনা লৈরে। ওজাশিং,

গার্জিয়ানশিং সেমিয়ানা খল্লগা চৌক্রি অমদি ফান পরেং শানা থারিবদুদা শান্নবা য়েংগদবগী ফমদুনা ঙাইরি।

ঙাইহাক্কী মতুংদা মাইক্তা লাউথোরক্তুনা শান্নবদা শরুক য়াগদবা অঙাংশিং ফিল্ডদা থোরক্তুনা লমজেল চেন্নবা শেম-শাবা লোইরে। বান হন্দ্রেৎ মিটরগী লমজেল হৌখ্রে। হিট চেনবা লোইরগা ফাইনেলগী খনগক্তুনা থল্লে। টু হন্দ্রেৎকী অমুক চখদুনা, টু হন্দ্রেৎ লোইরগা, ফোর হন্দ্রেৎ মথং-মথং চখরকপনা পূং তরামাথোই তারকপদা নুপামচা অমদি নুপীমচাশিংগী লমজেল হিট পাঙথোকপা লোইদুনা ফাইনেল য়াওগদবা অঙাংশিং খনগৎপা লোইরে। ফাইনেলদি হয়েং অয়ুক তৌনবা প্রোগ্রাম শেম্নবনি। অয়ুক্কী আইতেম লোইদুনা অঙাংশিং চাক চাবা ময়ুম-ময়ুমদা হন্নখ্রি।

নুংথিলগী আইটেমদি পূং ২ দা অমুক হৌগনি।

ওজাশিংগী চানবদি স্কুলদা থোং-থাক্তুনা হোৎনরি। মেরীগী চাক্তি মানা ময়ুমদা হায়রম্বা মাল্লি, নুপামচা অমনা টিফিন কেরিয়ারদা পুরকই। ওজাশিং চানবা তৌরসি হায়না কৌশিল্লকপদা মেরীসু চংলক্লগা বীমোলগা হেক থংননা ফম্লরে। মেরী টিফিন কেবিয়ারদু হাংদোক্লগা মাগী এঙ্খাংদু ওজাশিংগী পুখমদা চামচ অমা পায়রগা খর-খবা যেল্লি। মানা তৌবিবদু ওজা অহো মুন্না য়েংই। অহোগী পুখমদসু মেরীগী এঙ্খাংদু হাপ্পী অদুবু বীমোলগী পুখমদদি হাপ্তে। করিগীনো হায়না মবুক্তা খল্লি। ওজা অহোনদি মেরীবু মাগী মনাক্তা ফম্লগা থংননা চামিন্নবা পাম্মী।

মানা খল্লকই,–"বীমোলগা মেরীগা অসুক থুনা নকশিন্নরক্লিবসিবু করম তৌরিবজাৎনো?"

ময়াম চাক চাবা হৌনরে। মেরীনা মাগী এঙ্খাংদু বীমোলগী পুখমদা ঙাইহাক লৈতনা চামচনা হাপ্পদু অহোনা উরে। মেরী, মাগী চাবদা পূক্লিং চংদ্রগা বীমোলগী সেবাদা হেন্না পূক্লিং চংলি। মদু উবদা ওজা অহো ফম্বা য়ারক্রে।

চামিন্নরিবা মী অতৈদি মাগী-মাগী চাগদবদা পূক্লিং চংনবনিনা মেরীনা করি তৌরীবগে হায়বদু থোইনা খঞ্জিল্লুদে। মখোয় লুনা তিন্নজবা, মনাও নুপীবু বীমোলনা লাইরিক তাকপীখিবা কয়া লৈবদুদা কোইনদবনি খল্লি। অদুবু ওজা অহোদি য়াম্না ব্বারৌরে। মহাক ময়াম চাবা লোইদ্রিঙৈদা হৌগৎখ্রে। মানা হৌগৎখিবদু বীমোলসু করিগীনো মেরীগী মতৌদুদা চিংনবা লৈরব্রা খল্লি।

ময়াম চাক চাবা লোইরগা ভাইহাক ফমদুনা পোথানরি। মেরীনা কোম্না খোক্লগা ময়ামদা য়েল্লি। ওজা অহোদি লাপ্না চথোক্লগা লৈবনা কোম্না য়েনবদু থুংদ্রে। মেরীসু লাপ্না চৎলগা পীরুবসু তৌদ্রে।

পোথাবা লোইদুনা নুংখিলগী প্রোগ্রাম অমুক হৌনবা তৌরে। নুংথিলদি ক্লাস নাইনগী টিমগা টেনগী টিমগা ফুটবোল শান্নগদবনি। ইন্দোরগী আইতেম খরসু স্কুলগী হোলদা চখরি।

ফুটবোলগী মেটচতু ওজা বীমোলনা রেফ্রি ওইরগা শান্নে। ক্লাস টেনগী টিমনা টু-ৱান্দা থোইরে।

শান্নরিবা টিম অনীগী মরক্তা মখোঙ শিংবা, তুং কোইনা শান্নবা য়াগদবা অঙাং অমা নীদি য়াওবা উরে। বীমোলগী পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকই।

অসুন্না অহানবা নুমিৎকী শান্নবা লোইরে।

ওজা অহো মেরীবু শাউনীংবনা মশাদু অহীং তৃম্বা য়াদ্রে। বীমোলবু করি মরাল শিরগা খুলদগী তাঙ্খোকখিবা য়াগদগে হায়না ৱাখল তৌই। অদুবু খুলগী মী অয়াম্বা বীমোলবু লোইনমক য়াবনা ওজা অহো ৱাখল থোক্লে।

অমরোমদা মেরীনা বীমোলগী ৱাখলদা তৃম্বা য়াদ্রি।

মথংগী অয়ুক ওস্তাদা মেরী বীমোলগী মনাক্তা লাক্লে। মানা লাক্লিবদি ঙরাং মানা পীরম্বা শুট ফিদু তেলরদা চৎলগা মখোয় অনী তুমিন্নরুরসি হায়গে অসিনি।

বীমোল মেরীনা হায়বা ইন্দুনা লোসোমি খুলদা অমখক্তা লৈবা ফুরিৎ তুফমদা লাকমিন্নে।

দর্জিনা বীমোলগী নাপ লৌবা লোইরে। নাপ লৌরগা ইরিবা ময়েক্তু বঙ্গালি ময়েক্নি। ঙক্কী, খ্বাঙগী নাপ্তু মৈতেলোন্দা লোইনা ই। মদুদা বীমোল চিংনবা অমা পোক্লকই, মদুদি দর্জিদু মৈতে ওইরম্বা তারে।

বীমোল,—"শোম্বু মৈতে ওইবীরব্রা?"

অমদুসু মৈতে লোন ঙাঙবা তাবদুদা মঙক ফৎ হাইগৎলগা য়েংলকই।

ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা—"হোয়, মানি" হায়না খুম্নকই।

"ও! করি লৈকায়দগী ওইবীরবনো?"

"ঐ ময়াং ইম্ফালদগীনি।"

"খুলসিদা লৈবা চহী কয়া শুরবগে?"

"চহী য়াম্মেদা! কুনলোম শুরম্মনি, ইচা মঙা শুরবনি।"

"ইতৈমদুদি মৈতৈরা?"

"নত্তেদা! খুলসিগী নিংঙোলনি। ঐদি মখোয় খুলগী মী ওল্লবনি।"

"ইয়াম্ববু য়ুমদদি থোকপীদব্রা?"

"ঐনা অহানবা লাকপদগী শুকথোক-থোক্তনা অদুম লৈরবনি। থোক্তি থোকনীংবা, অদুদা থোকপা য়াদদুনা তৌরিবনি। ঐগী বারীসি তোক্রসি। অতোপ্পা ওইনা শান্নরসি। ইনাওদি সিদা কমদৌনা, করি থবক্কী?"

"ঐগীসু ইয়াম্বগীদুগা হাইফেৎ মান্নবা বারী ওইনা তৌরে। মথং অমুক উনবদা লীজরগে? ডসিসি স্কুলগী স্পোর্টস মিট লোইশিনগদবা অমা লৈরে। অমুক য়ৌজরগে?

"মেরী! চৎনবা তৌরসি!"

মখোয় অনী পুন্না অমুক হনমিন্নরক্লে। হল্লকপগী লম্বীদা শান্নফম গ্রাউন্দা ওইনা লাকমিন্নরে। মদু উবদা ওজা অহোদি অমুক্কা হেন্না চাক্লে।

পুং তাদুনা লমজেল ফাইনেল তৌনবা শেম শারে। মেরীসু তুপী অঙৌবা অমা উপ্পগা নুপীমচা লমজেল ফাইনেল য়াওগদবা ময়ামদু কৌথোরকই।

নুপামচা, নুপীমচা গ্রুপ-গ্রুপকী লমজেল মথং-মথং চখরকপনা অয়ুক্কী আইতেমদি লোইরে।

নুংথিলদদি ইন্দোরগী আইতেম খরদমক তৌবা তারে। অঙাংশিং অয়াম্বনা ইন্দোরগী আইতেমদি কয়া হৈবা য়ৌদ্রি। মীসু য়ান্না থোরক্লে। ছাত্রশিংগী লোইরগা ওজাশিংগী মরক্তা আইতেম অহুমখক খল্লগা শান্নবা হাপ্পী।

টেবল টেনিস, কেরোম অমদি চেসনি।

মশান্না অনীদা বীমোলগা অহোগা ফাইনেল শান্নগদৌরি। মশান্নশিংদুদি টেবল টেনিস অমদি চেসনি। কেরোমদদি বীমোলগা ওজা প্রিন্সিপালগা তারে। ওজা অহো মশান্না অনীসিগী মনুংদা অমদি মানা থোইনীংই। মদুদা বীমোলবু লমন শিংগে খল্লি।

টেবল টেনিস হান্না হৌরসি হায়বদগী ওজা অহো অমদি ওজা বীমোল ফি হোংদোকখ্রে। মখোয় অনীগী মেটচ য়েংগাদবগী নাকল অনীমক্তা মী পৈদুনা লৈরে। প্লে হৌরমদাইগী ট্রাইল তৌরি। ওজা দুশাজোনা জর্জ ওইদুনা শান্নবা হৌরে। য়াম্না

ফজনা অমনা অমবু লাকচদনা শান্নবদা বীমোলনা খরা কোন্নপ য়েংবা নুংঙাইনবা তৌরুবদগী অহানবা গেমদু অহোনা থোইরে।

ময়ান্না খল্লি, —"ওজা অহোসি হৈদি হৈবজাৎনি, মানা শোয়দনা থোইরনি।"

মেরীসু চাননা থবায় ঋারে। মথংগী গেম অমুক হৌরে।

মথংগী গেমদুসু ওজা অহোনা লিদ তৌরে। মেরী ফম্বা ওমদ্রে। মানা ঋাজরিবদু বীমোলসু উই। অহোসু ঙসিদি পূক্লিংদা বীমোলবু মানা থোইবা শোয়দ্রে খল্লকই। অনীশুবা গেমসু মানা থোইরে।

ওজা অহোগী মীচংদা লৈবা ভাবক খুবাক খুদুনা সপোর্ট তৌই। মী খরদি য়েংবা নুংহোইত্রেদা, ওজা অহোনা হৈবা য়াম্না হেল্লি হায়নবা য়াওরে।

মেরীসু থোইখ্রবদি কমদৌনি খল্লকই। অহোনা থোইখ্রবদি মাবু অহোনা লুহোংখিবা শোয়দ্রে, য়ৌনা খঞ্জিল্লুই।

বীমোল অহুমশুবা গেমদদি চেকশিন্না থাবা য়াদ্রে খন্না তখৎলকপদা ওজা অহোবু পোইন্ট অমফাওবা লৌহন্দনা থম্বা ঙম্লে। শোয়বা তোয়রকপদা অহো শাউনা বেট ফাওবা লংগে তৌই। অহোবু অহুমশুবা গেমদা বীমোলনা ১১/০ দা থোইরে। মেরী শ্বর অশাঙবা অমা হোন্দোরকই। ময়ান্না অমুক ঙাঙনবা য়াওই, —"ওজা বীমোলনা অহানবগী গেম অনীদু ফজনা শান্নদে। মরিশুবা গেমদদি অহোনা ৫/০ দা মাঙজিল অমুক থাদুনা চৎলে। ময়াম চেক-মোক লাওনখিদ্রে। বীমোল মথং-মথং তানখৎলক্লুনা ৫/৫ দা লৈরে। অদুদগী মথং-মথং ওজা অহোদা পোইন্ট অমফাওবা পীদনা ১১/৫ দা বীমোলনা থোইরে। ময়াম পুন্নমক অনী-অনীদা লৈনবদুদা শ্বর খরা তপথনরি। অরোইবা গেম হৌবে। বীমোল দ্রোপ ঙাক্তা ফুরগা শান্নরকই। ময়াম য়েংবা নুংঙাইনবা খরসু থাবা মানবা খরসু চেকশিনবা মানবা খুৎশান্নদা বীমোলনা ১১/৭ তা অরোইবা গেমদু থোইরে। মেরী, করি খল্লুরবনো, চেনশিল্লগা ময়াম মমাঙদা বীমোলবু হরাউনা খুৎ শোকপদা নত্তনা কোল্লুরে। মেরীগী কা হেনবা মতৌদুদা ওজা অহো শাউনা বেটতু লৈপাক্তা লংথোকই।

সেক্রেটরি খাশিম অমদি শুথানেসু ফংসন্দা চিফ গেষ্ট ওইগদবনিনা শান্নবদু য়েংবা য়াওই। অহোনা শাউখিবদু মখোয় অনীসু উহৌই। পূক্লিংদা নুংঙাইতবা খরদি ফাওই।

মথংদা কেরোম অমুক শান্নরে। কেরোমদদি বীমোল মানা মশান্না খুদিংমক্তা থোইবদা মীনা নুংশিরোইদবদু খল্লুবদা খরা কোমথোক্না শান্নবদগী ওজা দুশাজোনা থোইরে।

চেস হৌরমদাইগী লাউথোরকপদা ওজা অহো শান্নরোই হায়রকপদগী শান্নদনা লোইশিল্লে।

শান্নবা লোইরবনিনা প্রাইজ য়েত্থোকপগী মতম য়ৌরক্লে।

মেরী বীমোলগী মনাক্তগী শুকহেন হেন্দোক্লে। বীমোলনদি মীয়াম অমদি খাশিমগী মমাঙদা মখোয় অনী থংননা ফম্মিন্নবদু পামদবনি। অহোনা চান্নিবসু মদুদনি।

লোইশিনবগী থৌরমদা স্কুলগী সেক্রেটরি খাসিম কৈশানা চিফ গেষ্ট ওইরি। প্রিন্সিপালনা ৱাফম অমখক মতাং চানা লাউথোরকই মদুদি — "ঙসিগী নুংঙাইরবা নুমিৎ অসিদা মেরীবুসু বী এদা ইংলিস ওনর্স ফংলকপগী ওকপগী থৌরমসু য়াওরগনি।"

থৌরম হৌদোকপদা ওজা লাচোনা বেলকম এদ্রেশ পীবা লোইরবা তুংদা মেরীবু ওকপগী ৱারোল, বাইওদাতা পাথোক্তুনা ময়ামদা তাহল্লি। মদুগী তুংদা মেরীবু মাগী পূক্লিংগী ওইবা ৱারোল ফোঙদোকহল্লি।

মেরীনা ৱা ঙাঙবা লোইরগা ওজা প্রিন্সিপালনা মেরীদা চাকেশাংগী নুপীনা ইন্নবা শ্যাল অমা লেংবান্দা য়ানবী। ময়াম খুবাক খুদুনা ওকই।

মেরীবু ওকপগী থৌরম লোইরগা চিফ গেষ্টপু ৱা ঙাঙনবা কৌথোরকই। খাশিন্না হন্দক চহীগী স্পোর্টসমিট পাঙথোক্তুনা ছাত্র-ছাত্রিশিংবু শান্নবদা পূক্লিং থৌগৎপদা চাউনা থৌদাং লৌরিবা ওজা বীমোলবু থাগৎখি। ওজা বীমোলনা শান্নবা পাম্বগুম মণিপুরদি শান্নবা পাম্বা মী য়াম্না লৈবদগী স্পোর্টসতা চাউরবা ভারতকী মাঙজিন থাবগী ৱা ফাওবা পনখি। ওজা বীমোলনা স্কুলসিগী ওজা ওইনা চংবদগী লোসোমি পিক ইংলিস স্কুলগী অঙ্ক অমদি সাইন্সকী অৱাৎপা লৈরম্বদুসু কোক্লে হায়খি। মদুতা নত্তুনা মহাক্কী মচা প্রেসিলাবুসু মানা লাইরিক তাকপীবদগী মেদিকেল তম্বা ফংহনবীবনি হায়খি। মরম অদুনা ঙসি মীয়াম মমাঙদা মা মশাগী মায়কৈদগী ওজা বীমোলদা খুদোল অমা তমগনি হায়না লাউথোকখি। অতাবা ভাবক পুন্নমক খুবাক হৌনা খুদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোকখি। খাশিন্না বীমোলবু কৌথোক্লগা খ্বাঙনা শাবা তাংখুল ফি অমা মনঙ্গন্দা ইনবীখি। মদুদা ময়াম অমুক খুবাক খুনখি।

ইরোই লোইবদা খাশিন্না মাগী মচানুপী মেরীবু স্কুলসিগী ওজা অহোংগা লাক্কদৌরিবা মার্চ থাগী তাং ১১ দা লুহোংগনি; মদু লোসোমি খুলগী বেপটিষ্ট চর্চতা পাঙথোক্কনি হায়না লাউথোরকই। মদু তাবদা মেরী খঙহৌদনা মীৎলুদগী পিরাং শিন্থরকই। বীমোল নুংঙাইবগী মওংদা মেরীগী মখুৎ শোক্কে হায়না লাম্মকই। মেরী খঙহৌদনা শাউরগা বীমোলগী মখুত্তা ফুরকই। বীমোলসু থম্মোই মনুংদদি মচিন থৌরবা তাশোন অমনা খিনবমুক নারিবনি। বীমোল তৌফম খঙদদুনা ময়াম্না খুবাক খুবদু মাসু য়াওই। মেরীদি মরু লুকথরগা লৈরি।

মীয়াম্নদি খাশিমবু পুকচেল শেংই, মীয়াম মমাঙদা মচা লুহোংবগী বাফম লাউথোকপা ঙম্মী হায়না থাগৎনবসু য়াওই।

মথংদা প্রাইজ য়েন্থোকপগী থৌরম হৌগদৌরে। নোং-নুংশিৎ লাক্কদবগী মওং অমা উরকই। প্রাইজ য়েনবগী থৌরম খরা থুনবা হোৎনৈ। প্রাইজ য়েন্থোকপা থৌরম লোইরকপদা নুংশিৎ খংকন কনখৎলকই। প্রেসিদেন্টনা বাহে পরেং অমনী হায়রগা লোইশিন্নবা থৌরম শমজিল্লকই। নোং খর-খরা য়াওবা নুংশিত্তু মরম অমদা হল্লগা লাকপনা সেমিয়ানা খল্লিবদু পুল্লপ ফুক্লগা ফল্লিবা ময়ামদু কুপশিনখ্রে। চেন্থোকপা নংহৌদবদগী বীমোল অমদি মেরী অনীমকসু সেমিয়ানানা কুপশিনবদা য়াওখ্রে। মখোয় অনী পুন্সিগী অমুক উনররোইদগুম সেমিয়ানা মনুংদা চেজেৎ কোনশিন্নখি। কনানা হান্না করম্না হৌরকখিবনো হায়বা ঙমদে। থম্মোই অনীনা পামজবননি। মেরীগী থম্মোইনা মিকুপ্তুদা বীমোলবু অমুক হন্না উবা ফংলরোইদবগুম চেৎনা কোল্লগা ঙাইহাক লৈখি। মথক্তা কুপ্লিবা সেমিয়ানাদু অদুম্মক কুপ্তুনা লৈহন্নীংখি। নুংশিত্তু মরম অমদা হল্লগা য়াংনা চৎখ্রে। মপান্দা লৈহৌবা মী খরা চেনশিল্লক্তুনা সেমিয়ানাদু য়াম্না থুনা চিংথোরকই। মখোয় অনীনা সেমিয়ানা মনুংদা ফাওনখিবা বাখলগী পরিংদু কনামত্তনা খঙখিদে। তপ্না-তপ্না সেমিয়ানা মনুংদগী মখোয় অনীসু থোরক্লে। অঙানবদা থোরকপদা মেরীগী মশম-মনাদু ইফা ফারম্লে। বীমোলগী খজাই অনীদুসু মুম্না য়েংলুবদদি মেরীগী চিম্বালনা থেংলুরমাম্লে, লিপষ্টিক্কী মচু মানবা অঙাঙবা খরদি তৈবগুম উরে। নুংশিৎ নেমথখ্রবসু থম্মোই অনীদি মিন্থল হন্থবা য়াদনা ঙাইহাক লৈনখি। নুংশিৎ লোইম্লগা নোং অমুক চুরক্লে।

বীমোল য়ুমদা হল্লগে হায়বদা মেরীনা খাম্মী। বীমোলবু মঙোন্দগী লাপথোকখিবা তারে খল্লুবদা মেরী বাজবনা লোইরে। নমদুনা মখোয় অনী মমা-মপাগী তুং ইন্দুনা মেরীখোয়গীদা লাকমিন্নরে। বীমোল মাগী প্রাইজ অমদি খাশিন্না ইনবীবা তাংখুল

ফিদু মেরীদা থমজিন্নবা শিংরে। মেরী বীমোলগী পোৎশিংদু উপু মনুংদা চেকশিন্না থম্মী। বীমোলবু মখোয়গীদা নুমিদাংগী চাক চারগা চৎনবা খাম্মী। বীমোল খাশিন্না লাউথোকখিবা মেরী লুহোংবগী বাফমদুদা হৈনীংবা কয়া পোক্লে। অমরোমদা ওজা অহোসু শাউবনা মনা পায়বা য়াদ্রি। বীমোলবু করম্না লমন খুমসিগে থনবদা পোথাফম খঙদ্রি। হিদাক থরা থক্লগা মতোমতা বাখল তৌই। মীয়াম মমাঙদা খাশিন্না মেরীগা অহোগা মার্চকী তাং ১১ দা লুহোংগনি হায়রিবদু তাৎনি হায়না খল্লি। মাগা লুহোংগদবা লৈরবা মচানুপীবু বীমোলগা লুনা তিন্নহল্লিবা করিগীনো হায়বসিদা খাশিমবু মানা শাউরি।

অমরোমদা খাশিমসু মণিপুরগী উখ্রুল দিষ্ট্রিক্টকী মীনি, বীমোলসু মীতৈনি, মখোয় অনীদি লোনসু মীতৈলোন্দা ঙাঙনৈ; বীমোলবু অহানবদা মখ্যায় কনবীরগা স্কুলদা ওজা ওইহনখিবসু মানি। মানা চলাক তৌরগা বীমোলদা মচা পীনবা তৌরিবনি খল্লি।

শোমদা বীমোলনা চাক কোন্না চারগে মা যুমদা হল্লগে হায়বদা সুথানে অমদি খাশিন্নসু য়াদ্রে। খাশিমসু মানা ঙসাই মেরীগা অহোগা লুহোংবগী মতাংদা লাউথোকখিবা মতমদা মেরীনা মমায় লুকথিখিবদু উখি। অহল অনীনা চাক চানবা হায়বদুদা বীমোলসু যাদবা ঙমদ্রে।

অহোদি ঙসাই ফঙ্কসন লোইরগা বীমোলনা মেরীখোয়গীদা পুন্না চংমিন্নখিবদু উহৌবদগী হেন্না নুংঙাইত্রি। মহাক মফম অদুবাইদা বীমোল থোক্লকপা শেন্নদুনা লৈরি। অদুবু বীমোলদি পাক থোরক্লে। খাশিমসু যুমদগী জিপ থৌদোক্লগা থোকখ্রে। অহোনা থনবদা বীমোল নুমিদাংদু মেরীখোয়দা পুন্না চাক চামিন্নগদৌরে অসিনি। মানা ঐবু মচানুপীগা লুহোংগনি হায়রগা করিগী বীমোলবু ময়ুমদা চাক পীজফম থোকপ্রা? বাখলসিদা খাশিন্না মীনম্বা ঙাঙবনি হায়না কন্না হেক্তা খন্দুনা লৈরে। নুমিদাংগী পুং নিপাল্লোম তারবা ফাওবদা বীমোল থোরক্লে। অহো হেন্না ফত্তবা নুপী নুপাগী বাখল ফাওবা য়ৌনা খঞ্জিল্লুরে।

শোমদা মেরীগী পূক্লিংদা মপা খাশিন্না ঙসাই মীয়াম মমাঙদা মেরীগা অহোগা মার্চকী তাং ১১ দা লোসোমিগী চর্চতা লুহোংলগনি হায়খিবদুগী বারৌদনবা বাফম অমথক বীমোলদা শেংদোক্লীংবনি। মদুগী তাঞ্জাদু হৌজিক মখোয় অনীখক্তা কা অমদা পুন্না ফম্মিন্নবা মতমসিদা ফংগদৌরে। খাশিমসু পার্টি অমা চৎখ্রে; শুথানেসু চাক-ঈশিং থোংদুনা হোৎনরি।

মেরীনা হায়রকই, –"ওজা! নঙ ঙসাইগী ইপানা মীয়াম মমাঙদা লাউথোকখিবদু তাবদা শাউনীংব্রা?"

"করিগী শাউনীংলুদগে? অচুম্বা হায়বদবো! নঙ লুহোংলনি তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাই।"

মেরীদু শাউনীংমনখ্রদুনা বীমোলগী নঙ্গন্দা কপ্লগা পোপ-পোপ থাদুনা ক্ষুরগা ওইনরকই।

বীমোল, –"অদুবু মেরীনা লাপ্লবা বাখা দিষ্ট্রিক্ট তানা তান্না চৎখিদবদুমদি ঐ নুংঙাইতে। মরমদি নঙনা লুহোংখ্রবা তুংদা খুলসিগী ফজবা পুম্বা নঙনা লোইনা পুদুনা চৎখ্রগনি। খুলগী খ্বাইদগী শকহেনবী লৈশা অমনা খুল্লাল্লগা পুন্সিগী ওইনা য়ুম হোংদুনা পাম্মু কাদা চৎখিবদা করন্না খুলসিগী হৌরিবা উপাল-বাপাল, হৈরাং-লৈরাং, শা-ষণ, উচেক-বায়া পুন্নমক্লা মমীত্তগী মপি তানা তেংথা-নাওইদুনা খাঙহৌবোইদগে? ময়ামদুগী মরক্তা ঐসু লল্লানবা অমা ওইনা বাবদু য়াওগদৌরি। মেরীগা পোকমিন্নবী প্রেসিলানা খুলসি থাদোক্কুনা থাপ্লবা দেশতা ডাক্তর তম্বা চৎখিবা ফাওবদা খুলসি কপখিবনি।"

"ওজা! নঙ ঐগী ইনাও প্রেসিলানা চৎখিবা মতমদা তশেংনা বাখিব্রা?"

"বাখি। হায়ফম-তৌফম খঙখিদে। ঐ তশেংনা কপখি।"

মেরীনা খল্লি, –"ও! ওজা বীমোললনা ঐগী ইনাও প্রেসিলাবুসু নুংশিখিবরা? তৌবগীদি ঐগী ইনাওসু লৈশা ফারবনি। মখোয় অনীনা ঐঙোন্দগী হান্না থেংনখিবনি।"

বীমোল, –"ঐ নঙনা খুলসি থাদোক্কুনা বাখাদা চৎখিদ্রিঙৈদা নঙনা উরোইদবা মফম অমদা ইতোমতা চৎখিবা পাম্মী। অদুবু ঐদি বন্দিনিনা মদুসু য়ারোইদৌরি। খঙদে, বন্দি ওইরবসু মী কৌবনিনা হকচাংসিনা বন্দি ওইয়ু য়ারবসু থম্মোইসিনদি বন্দিদুদগী নাম্বোক্লগা ইনখৎলকপা মতমগী থিংঙমদ্রবা নুংশি-নুংওনগী ইরাংদা তাওনীংলি। মদুগী দন্দিদুনা অমুক কয়াম বাগদৌরিবা?

মেরী, বীমোলগী থম্মোই শোকপা বাহৈশিংদু তারগা মরু লুকথরগা কপ্পুনা লৈরে। মমায়দু তপ্না থাঙ্গৎলগা হায়রকই, –"ওজা! ঐ নঙবু থাদোক্কুনা বাখাদা কৈদৌঙৈদসু চৎলোই। ইপানা মীয়াম মমাঙদা লাউথোকখ্রবসু ঐনা য়ারোই, লাইনসু য়াদে।"

"মেরী! নঙ মদু তৌগনু! ঐদি ঐগী বন্দিগী মতম লোইবা ঙাইবনি। পুসালুনা চৎখিবা য়ারে হায়বা নুমিত্তা শোয়দনা ইয়ুম লমদম মণিপুরদা চৎখিবা তাবনি। মতমদুদা নঙ অমুক বাহৌগনি।"

"ওজা! নঙগা লৈমিন্নগদবা ওইরবদি ঐ পৃথিবীগী মফম অমদা হেক্তা নঙগী নতুং ইন্দুনা চৎপা ঙমগনি। ঐগী পুক্লিংগী অপাম্বদি নঙোন্দা লোইনা য়াওরে। ঙসাই

নোং-নুংশিং তৌরকপদা ঐখোয় অনীবু করিগী সেমিয়ানানা কুপশিনম্লিবা? ওজা, নঙ খঙদব্রা? ইপানা মীয়াম মমাঙদা লাউথোকখিবদু তাবদগী মদু য়ারোই হায়দুনা খুলসিগী লাইনা নোং-নুংশিং ওইনা লাক্লগা ঐখোয় অনীবু পম্বুং য়ৌনবা চৎমিন্নরো হায়বদু নঙ খঙদ্রা? ঐনা শিরবসু নঙগা শিমিন্নরবদি য়ারে খনবদগী নঙোন্দা চেৎনা কোনখিবদু নঙ ভাব তাদব্রা?"

বীমোলনা পাউখুম পীগে তৌরিঙেদা ওজা অহো য়ু ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌরগা কাদুদা চংলকই।

"ওজা বীমোল! নঙ মফমসিদা করি তৌরল্লিবনো? নঙদি নাগা জাতিসু নত্তে। ঐগা মেরীগা লুহোংবগী নুমিৎ লেপল্লরবনি। মাগা নুপা অতোপ্পগা ৱারী শাবা য়াররোই।"

"ঐসু ওজা অহোগা মেরীগা লুহোংবগী মতাংদা ৱারী শানরম্বনি। ফমসি লাও।"

"নঙবু য়ুমসিগী মীরা?"

"ওজা অহো! নঙ য়াম্না শাউরমাল্লে?"

"করিগী শাউদনি। মেরীসে ঐগী নুপী ওইগদৌরবনি নঙগা ৱারী শাবা য়াররোই। নঙ চৎলো!"

"ফরে, মেরী! মামিদসু হায়বীরো। ঐ অমুক চৎলগে?" বীমোল হৌগৎলে।

মেরী, –"ওজা বীমোল! নঙ চৎপা য়ারোই, নঙবু ঐনা চাক কৌরিবনি। ওজানা ঐখোয়গীদা লৈবদা ওজা অহোগী মথৌ লৈতে।"

"মেরী! নঙ ৱা ঙাঙগনু।"

"ঙাঙগনি। ওজা অহো! নঙ য়ু ঙাওবা মাল্লি, নঙ ঐগী ইপা লৈতে হায়বগী উশিংতব্রা? নঙ চৎখ্রো!"

"করি, নঙনা ঐবু তানবা?" অহোনা মেরীবু খুপাক্লা মমায়দা থাই।

মেরী কপ্পা-কপ্পা হায়রকই, –"ওজা অহো! ঐ নংঙোন্দা লুহোংদ্রিবনি। নঙ থুনা চৎখ্রো! নৎত্রবদি ইপাগী নোংমৈ লৈবসিনা নঙবু কাপকনি।"

মেরী শাউবনা খাম্বা য়াদ্রে। বীমোলনা অহোবু থেল্লগা চৎহনখ্রে।

মেরী বীমোলদা মকোক্লা ঙাথরগা, –"ওজা! নঙনা ঐবু পুরগা হয়েংমক মণিপুরদা চৎলসি!"

"মদু য়ারোই মেরী! ঐগী ফিভম হেন্না-হেন্না লুশিন্নকদবা মাস্রে। পাউসি তারবদি ঐবু লালহৌবগী লুচিংবা পুশালুনা শোয়দনা হাৎখিবা তারে। ঐ মাগী বাশক ভাক্তবা য়াদে, ঐ চৎলগে?"

শুথানে, —"নঙগী ইপানা পার্টি অমা য়াওবা চৎলমদ্রবদি ফগদবা। ওজা নঙ করিসু খনগনু। চাক চানবা তৌরসি।"

মেরীনা হায়রকই, —"মামি! ঐ ঙসি ওজা অহোবু য়াম্না শাউনীংই। ইপানা ঙসাই মীয়াম মমাঙদা ঐবু মাগা মার্চকী তাং ১১ দা লুহোংবীগনি হায়না লাউথোকখিবদুদা মানা ঐবু উশিত্তবনি। করিগী ঐগী ইপানা মাগী মবুক খঙদনা অদুম্না লাউথোকখিবনো? ঐ মঙোন্দা লৈবা সুকঙম ঙম্নরোই।"

"ইমাসু খল্লিবনি, নঙগী ইপানা করিগী অদুম্না লাউথোকখিবনো?"

"মামি! ঐবু ওজা বীমোলগা লুহোংবা য়াহনবীয়ু। ঐ ওজাবু থাদোকপা ঙম্লোই। ওজা অহোনা হৌজিক ঐবু ঐগী য়ুমমক্তদা ওজা বীমোলগী মমাঙদা ফুবা ঙম্বদু য়েংউ! মাগী ময়ুমদা বাখাদা লৈরবা কান্দা মানা কয়াম থীনা ফুবীগনি?"

"ইমানা নঙগী মরমদা নঙগী ইপা লাকপা কান্দা হায়গনি।"

বীমোলনা হায়রকই, —"শাউবা হায়বসি ঙাইহাক্কীনি। মী খুদিংমক ঙাইহাক-ঙাইহাক্তি য়াম্না শাউনীংই। ওজা অহোসু ঐনা নখোয়গীসিদা নঙগা বারী শাবা উবদা শাহন্নীংদদুনা শাউবনি। মহাক হৌজিক্তি শাউবা ফরম্লগনি। নখোয়গী ইপানা নঙগী তুংগী ফত্তনবা শিনবা হৌনদে। নঙ ইপা-ইমানা হায়বা ইল্লু।"

মেরী কপ্পা-কপ্পা হায়রকই, —"ওজা! ঐ মদু শুকঙম ঙম্লোই। ঐগী ইপানা ঐবু মঙোন্দা লৈতবা য়ারোই হায়রবদি ঐ শোয়দনা শিগনি। ঐ শিরগা ওজা নঙ ঐগী মোংফমদা ঐ উনবদি লাকউকো!"

"হায়হৈদে, মেরী। অদুম্না মামিগী মমাঙদা ঙাঙগনু। মামিসু নুংঙাইরোই।"

মতমদি ফন-য়াম্না থেংলম্লগনি।

শুথানেনা মচা মেরীবু থেম্লগা বীমোলগা চাক চামিন্ননবা হায়বদা মেরীসু য়ারে। মখোয় অনী চাক চাবা হৌরে। নোংসু মপান্দা থিৎলি-থিৎলি চুরি। পুক্লিং নুংঙাইনা চাবা নত্তবনা মখোয় অনীমক অমত্তা নীংথিনা চাবা য়াদ্রে।

চাক চাবা লোইরবদুদা মেরীনা ছাটিন অমা পায়রগা থোঙ্গাল ফাওবা বীমোলবু থিন্দোরকই।

ছাটিন্দু বীমোলদা পীরগা – "ওজা ! গুদ নাইট" হায়রগা মেরী লৈহৌরে।

বীমোল অহীংদুদা মতোমতা ছাটিন তুপ্লগা মাগী লৈফম তান্না লাকই।

অচুনি গুসিসু বীমোল হল্লক্তবদুদা বীমোলগী থোঙ মনাক্তা লুনা তৌবা ছইনা মপু হল্লকপা ঙাইবগুম ফল্লগা ঙাইজরি। মানা অসুন্না ঙাইরমগনি হায়বসি মমাঙদা তৌগ্রবসু বীমোল থোইনা লুনা খনবীরুদে। মাদি ফম্বা কুইমল্লক্তুনা ফক্লাংদা ঙারগা উইরবনি।

বীমোলনা নুঙ পৈখৎলগা খারিবা ষণথক পাম্বী য়াম্না হৌবা কোনাদু লৈথোরকপদা হান্না ঙাইদুনা লৈরম্বা মী অমনা মরুমদগী থোরক্লগা উতুপ অমনা বীমোলগী কোক্তা থোম্মী।

বীমোল "ও... ও.... ইমা ! ঐ শিরে" হায়রল্লগা লৈমায়দা হাইথরকখি।

নুপাদুদি উতুপ্তু থাধরল্লগা কল্লা চেনখ্রে।

অচুনি মী অমনা কল্লা লাউখিবদু তাবদা খংবোই করিওই ফুক হৌগৎলগা চেঙ্গোরকই। মী অমা লৈমায়দা তাদুনা লৈবদু অমম্বদুদা উরে। বীমোলনি হায়খসু খঙলে। অদুবু মরোল থোক্তবনিনা লাউবদি ঙমদ্রে। কায়রবা কোক্তুদগী চেঙ্গুরকপা ঈদু মানা শেৎলিবা ফনেক মচি অমনা মখুৎনা কল্লা পায়শিল্লগা ঙাইহাক থম্মী। মশাদু লৈতানা ফল্লগা বীমোলগী কোক্তু মতম্বাক্তা থাঙ্গৎলে। বীমোলদি জ্ঞান পুরা মাঙলগা লৈরে। অচুনিগী মবুক্তা করি খল্লুরবনো বীমোলগী মমায়দা নোঙ্গুরগা নুংশিবা মফম খুদিং থি-থিদুনা কয়ারক হন্না থম্মোইদু পেন্নবা চুপচগ্রে। মসি মানা পুন্সিসিদা অমুক হন্না ফংলরোই খল্লুবদগী তৌবসু মাল্লি। মদুদা মাগী থম্মোইনা পেঞ্জবা ফংবা ওইরসনু! বীমোলগা মেবীগা কেনবা উবদা মাদি কয়াবক হন্না বীমোলগীদমক মীৎলুদা পিরাং শিঙ্গুজখ্রবনি। ঈ খরা খকখ্রবা তুংদা বীমোলগী অশোকপদু মানা ইল্লিবা ফিদু শেগায়রগা চেৎনা পুনশিল্লে। বীমোলগী কোক্তু মতম্বাক্তগী তপ্পা থাংথরগা মানা ইল্লিবা ফিদু মোনখাঙনহল্লগা ইমুংদা প্রপ-প্রপ চংলক্লগা মমাদা মখুৎ-মশা তৌদুনা পাউদু তম্মী। অচুনিগী মফিদা অমদি মখুত্তা ঈ তৈবা উবদা মমাদু পাখক্তুনা চেঙ্গোরকই।

মমাসু বীমোলনি হায়বা খঙলে। অচুনিনা ঈশিং পুথোরক্তুনা বীমোলগী মকোক্তা থাই। ঈ তৈরবা মমায়দুসু ফি অমনা তৈথোকই। বীমোলসু জ্ঞান খজিক্তং লাকপগুম তৌরে। অদুরাইগী মী খরসু পাউ তাবদগী থোল্লরক্রে। বীমোলবু মাগী কাদা থাংলগা পুরক্তুনা ফমুংদা থম্বীবে।

খুলগী দিস্পেন্সরিগী ডাক্তরদি কোহিমা চৎখি হায়দুনা লৈরমদে। ফার্মাসিষ্ট অমা লৈবদু ময়ুমদগী কৌরুরে। স্কুলগী ছাত্র অনীসু চেল্লক্তুনা মতেং পাংবা য়াওররে। খাশিমগী য়ুমদসু ছাত্র অনী চেল্লক্তুনা পাউ পীররে। মেরী পাখৎক্তুনা চেল্লকপনা বীমোলগী মনাক য়ৌরক্রে। মমা-মপাসু মাগী মতুংদা ইন্নরক্তুনা মফমদুদা থুংলরে।

মেরীগী পূক্নিংনা ওজা অহোবু চিংনে। মমাগী ৱাখলসু চপ মান্নে। হৌজিকমক মাগী মশক উরবদি হাৎনীংলকই। ফার্মাসিষ্টনা অশোকপদু হিদাক অমা কাপ্পগা হায়ড্রোজেন পরোক্সাইটনা চামথোক্লগা শমদু কাটিনা খরা ককথৎলগা ফোৎনবা হোৎনরি। মেরী বীমোলগী ফিভমদু উবদা মখোয়গীদা পূং খরগী মমাঙদা ওজা অহোনা শাউনা ঙাঙলম্বা ৱাহৈশিংদু মমীত্তা শংশং উরকই। অমৱোমদা বীমোলনা মানা ফংলকপা মনাশিংদু মাগী লৈফমদা অমত্তা পুরক্তনা মেরীদা লোইনা শিন্নরম্মী। পুন্নমক্তু খল্লুরগা মেরী বীমোলবু উবদা মীৎলুদগী পিরাং শিন্থরকই। মচাগী মতৌ উবদা খাশিমসু শাউবদগী ফুক হৌগৎলগা অহো থিবা চৎখ্রে। মেরীদি মখা তানা বীমোলগা মাগা পুন্না চাক চামিন্নরগা হৌজিকৱাইদা মথৱায় কয়া নুংঙাইতনা থোকখিবা মতাংদু খল্লি। মনা অসুম মথং-মথং নীংশিলকপদা থা খরগী মমাঙদা মানা ময়ুমদা থোরক্লম্বা মতমদা বীমোলগা নোংমাইজিংগী অয়ুক্তা ৱারী শানবদা মেরীদা হায়খিবা মতাং অমা নীংশিলক্রে। "শক ফজবা, অহেনবা হায়বসিদি ঈশ্বরনসু পাম্মী।" মানদি মতমদুদা নুপীগী ফজবগী মরমখক্তদা হায়খি। নুপাগীদি য়াওদবগুম ঙাঙখি। অদুবু নুপাগী ফজবা অমদি অহেনববুদি ঈশ্বরনা পান্নল্লোইদ্রা? ঈশ্বরসিবু নুপীনদি ওইবা য়াদব্রা? ওজা বীমোলদি মশক ফজবতা নত্তনা লাইরিক তম্বীবা অমদি শান্নবদসু মানা ঐখোয় খুলগী মী পুন্নমক্তগী হেল্লি। মাবু উরগা ঐনা মাবু পামজবা অসিগুম লাইনুপী অমনসু মাবু হেন্না পাম্বদগী মাগী সৈতান অমা থারগা বীমোলগী থৱায় লৌকচো হায়না থারক্লিব্রা?"

মানা ৱাখল খল্লিঙৈদা ফার্মাসিষ্টনা মখুল মরিখক শাংনা ফোৎপা লোইরগা টিটানস তোক্সোইদ অমা কাপ্পী। মাগী থবক হেক লোইবগা ফার্মাসিষ্টনা চে অমদা অশোকপদু ওইশিন্নবা এন্টি বাইওটিক কোর্স অমা চানবা ইরে। হৌজিক্কী নাবা চিকপা ফনবা টেব্লেট খরদি মানা পুরকপদা য়াওরপদগী পীরম্লে। ফার্মাসিষ্ট অমুক হনখ্রে। মেরী বীমোলগী ফমুংদা কাখৎলগা মনাক্তা ফম্নগা বীমোলগী মায়দা পক্রম্বা অমোৎপশিংদু তপ্না-তপ্না নাম্থোকই। মীৎলুদসু তৈথোকই। মাগী সেবাদু উবদা শুথানেগী ৱাখলদা মেরীনা বীমোলগীদমক্তা ৱাজবদু চপ চানা খঙলে।

ফার্মসিষ্টনা পীরম্বা হিদাক চানবা ঈশিং অচুনিনা পুথোরকই।

অদুবু মেরীনা বীমোলগী ময়া কাখৎহল্লগা টেব্রেটতু ইল্লি। ঈশিং গ্লাসতু থাঙ্গৎলগা অমুক পীথকই।

খাশিম য়াম্না শাউনা হল্লকই। ওজা অহোদু য়ুমদা লৈরমদে; য়ুমসু থোঙ শো লোম্লম্মী হায়না তম্মী।

হয়েং নোং হেক ঙাননবগা কোহিমা তানা পুরগা এক্সরেনচিংবা লৌরলসি হায়না লেপ্নরে। বীমোল ৱারী-ৱাতাই শাবা য়াদ্রি।

খাশিমগা শুথানেগসু মচানুপী মেরীবু বীমোলগী মনাক্তা সেবা তৌরো হায়না শিম্নরম্লগা য়ুমদা হল্লক্রে। লম্বীদা শুথানেনা মেরীবু বীমোলদা লুহোংবীদ্রবদি য়াররোই, ইচাসি মাগীদমক শিগনি হায়রিবনি হায়না খশিমদা তম্মী।

শোমদা অচুনিগী মমা, অনকপদগী লাকপা মী মখৈসু লোইনা হম্নম্রে। মখোয় লোইনমক্তা বীমোলবু হাৎনবা হোৎনরম্বদুগীদমক্তা নুংঙাইখিদে।

হৌজিক্তি বীমোলগী মনাক্তা লৈহৌরিবসি অচুনিগা মেরীগদা ঙাইহৌরে। অচুনি, মেরীগুম্বা থৌনা লৈবী অমদি ওইদবনা মদুগী মথক্তা লোন থোকচদবী ওইরুবনা বীমোলগী ফমুংদা ফল্লগা মেরীগুন্না সেবাদু মা তৌজগে হায়জনবগী পাঙ্গল লৈজদে। মাগী থম্মোইন্দি বীমোলবু নীংজবদা মেরীদগী করিসু তাবা নম্ভে। অদুবু মাগী পুক্লিংদা বীমোলবু মেরীগা মখোয় অনীদা কাসিদা লৈহনবদি চিংনজরি। মখাদা থাবা য়াবা বোরা অমা পুরক্লগা মদুগী মথক্তা ফি অমা থারগা ফি অমনা মশাদা ইল্লগা অচুনি লৈমায়দা ফল্লগা বীমোল শঙবা য়াওরি।

অহীংনা থেংজিল্লক্লবা মতমদা বীমোল নাহেরম্বদগী তুমথখ্রে।

মেরী বীমোলগী মনাক্তা মশাগী মপুবোইবগুম অচুনিগী মমাগুদা করিমক্তা চিংনদনা ফৈজুপ অমখক্তনা চিংখৎলগা পুন্না শুপন্নিদুনা তুমখ্রে। মখুৎ অমনসু বীমোলবু চেৎনা কোল্লি। পুন্নমক্তু উবদা অচুনিদি খাঙবা ঙমজদ্রে। লোনথোক্তবী অমবু মমান্নবী অমনা অসুন্না উবীবসি হৌনব্রা? লোন থোকচদ্রবসু মাসু তাইবংগী ৱাখলদি লোইনমক খনবা ঙম্নবা থৌনা ঈশ্বরনা পীবীরম্মী।

অহীংদা মখোয় অনীনা নুংঙাইনা তুমথখ্রবা তুংদা অচুনি হৌগৎলগা লোম্না য়েংই। মেরীগী মখুৎনা বীমোলবু কোল্লিবদু পায়রগা লৌথোক্লীংই। লোম্না কপচবা নত্তনা মাগী উপাই লৈখিদে। মেরীগী মমা-মপানা মেরীবু করিগী বীমোলগী সেবা তৌনবা লৈহৌরো হায়না থাদোক্লম্লিবনো? মামক লাক্লমদ্রবদি অচুনিগী পুক্লিংগী আশা খরদং ওইরবসু চাউথোকচরমগাদবনি।

নোং ঙাল্লে। বীমোল জ্ঞান খরদি তারে। ঈ য়াম্না থোকখিবনা মকোক্তি খরা ঙাওরি। হৌগৎপদা মেরীনা শৌরগা হৌগথলি। মেরীনা বীমোলবু মকোক্না মোন্দা শৌরগা ফক্লাংদা ঙারগা ফমহল্লি। বীমোল কুচু তাইফেৎ তাইরে। অচুনিনা ঈশিং লুম্বু-লুম্বু শাবা লৌরুরগা পুরকই। মেরীনা বীমোলবু মচিন-ময়া শেংদোকহল্লি। মেরীনা বীমোলগী মমায়দু ফদি অচোৎপা অমনা তৈথোকপি। মদু উবদা অচুনি খাঙবা ঙমদে।

শুথানে মচানুপীনা অহীং বীমোলগী মনাক্তা লৈহৌবদুদা নোংঙানবগা ফ্লাস্ক অমদা শঙ্গোম হাপ্লগা চানবা অশাবা খরসু হৌরগা পুরকই। অচুনিসু শঙ্গোম খরা লোল্লগা পুথোরকই। মেরীনা মমানা পুরকপা ফ্লাস্কতগী শঙ্গোমদু গ্লাসতা হৈরগা বীমোলদা পীরগা থকহল্লি।

বীমোল শুথানেবু কৌই। বীমোলনা রা ঙাঙবা ঙম্লম্বসিদা শুথানে হরাওই।

মখোয়না শোমদা অসুম্না হোৎনরিঙেদা খাশিমদি ওজা অহোবু থিরুরি। ওজা অহো অহীংদা ময়ুম থাদোক্রগা চৎখ্রে হায়না উহৌবা কাঙবুনা তল্লে।

খাশিম মাগী জিপ্তু পুরগা বীমোলগী মনাক্তা য়ৌরক্লে। পুগদবা পোৎ-চৈ অম-অমা হাপচিল্লো হায়। মেরীগা অচুনিগা চংদুনা ফি-রোল অমা-অমা হাপ্পা লোইরে। মেরীনা বীমোলগী মশাদা ফি অমা ইনশিনবী। অচুনিগী মমানা অচুনিবু কোহিমাদা জিপ্তা চৎপদা য়াওহল্লগা বীমোলগী সেবা তৌবা চৎহন্নীংই। মমানা হায়দুনা অচুনিদু হরাউ-হরাউ ফি হোংলগা থোকচরকই। মানা ফি হোংলগা থোরকপা মতমদদি মখোয় লোইনা জিপ্তা কাখৎলম্লে। বীমোলগী নাকন্দা মেরী ফম্লগা বীমোলগী মকোক্না মাগী মশাদা ঙাথহল্লগা গাড়ীদু খাশিম্না ষ্টার্ট তৌরে। অচুনি মনীংগী সিত্তা কাখৎলগা ফমগে খল্লি। মানা কাখৎকে তৌবদা খাশিম্না হায়রকই", নঙ লাকপা কান্নরোই। আদা লৈফম লৈরোই। রা ঙাঙবসু ঙমদবনিনা করিবু কান্ননি, লৈহৌরো!"

অচুনি কপ্পা-কপ্পা য়েংদুনা লৈহৌরে। জিপ্তি খাশিম্না থৌরগা চৎখ্রে। খাশিমগী য়ুম-মপাদা ঙাইহাক খাম্লগা অবাৎপা ইমুংদগী পোৎ খরগমুক লৌরুরগা হাপহল্লে। ঙাইহাক্কী তুংদা মখোয় কোহিমা তানা বীমোল লায়েংবা পুখ্রে।

বীমোলনা লৈরম্বা কাদু ইহাঙ-হাঙহৌরে। অচুনি কোহিমা চৎপসু য়াওবা ফংদবগা চর্চ তানা চেল্লগা প্রভু যিষুগী মফমদা ফজবা লৈ অমা লা অমদা হাপ্লগা কত্তুনা বীমোলগী থবায় কনবীয়ু হায়না মমীত্তগী পিরাং শিম্নদুনা নিজরি। মানা তৌরিবদু কন্না অমত্তনসু খঙবীখিদে।

অয়ুক গুপ্ত চৎখিবা জিপ্তু পুং ১০.৩০ দা কোহিমাদা থুংলে। নাগা হোস্পিটালদা মিং চন্দুনা এক্সরেনচিংবা লৌনবা থৌরাং হৌরে। খাশিন্না মাগী ময়াম্বগী মচা পিতরবু কৌদুনা চাক-ঈশিং থিনবা, ডাক্তরগী থবক অম'অমা পাংনবা শিন্নরম্লগা মাদি লোসোমিদা অমুক হনখ্রে। বীমোল ঈ য়াম্না থোকখিবনা খরদি শোম্লে। ড্রিপনচিংবা কাপ্তুনা কনখৎনবা হোৎনবা হৌরে। শোমদা কোহিমাদা মেরীনা বীমোল শগুদুনা লৈহৌরগা খুলদা মিটিং ফমদুনা ওজা বীমোলবু হাৎকে হোৎনরম্লিবা মীদু কনানো শেংদোরকউ হায়না মাইক্তা লাউথোক্লে। কনা অমত্তনা শেংদোরক্রে। স্কুলগী ওজাশিং, ছাত্রশিংসু লোইনা শাউনরে।

মরকসিদা লালহৌবগী লুচিংবা পুশালু যুমদা থোরকই। মচল অচুনিনা মখুৎকা-মশাগা তৌদুনা মবুংদা কপ্পা-কপ্পা পাউদু তম্মী। পুশালুনা অচুনিবু য়াম্না থাজে, মাগী অরুবা থবক খুদিংমক মচন্দা শিন্নে। নোংমতসু মচন্না মবুংগী থবক্তা অকায়বা পীদ্রি। পুশালুসু নুংঙাইতবা ফাওরে। পুশালুগা খাশিমগসু উনদুনা পাউ ফাওদোক্লরে। থৌরাংসি ওজা অহোনা শোয়দনা ওইগনি হায়বসি থাজরে। নুমিত্তুমক্তা ওজা অহোবু বাখাদগী কৌরুরগা পুরক্লবা মী অনীখক থারে। মথংগী নুমিত্তা ওজা অহো লোসোমি য়ৌরক্লে। পুশালু যাম্না শাথিবা মীনি হায়বসি অহোনসু খঙই। অহানবদা ওজা অহো বীমোলবু মকোক থুগায়দুনা হাৎকে তৌরম্বা মীদু মা নত্তে হায়না চেপ্লে। হান্নদগী মাননি হায়বা শেংনা খঙলবা পুশালুদা মীনম্লুবদুদা পুশালু শাউবদগী নোংমৈ ফৎ শৎতোরকই। ফুক হৌগৎলগা অহোগী মকোক্তা নোংমৈ নম্মী। মী ময়ামদি অহো শিরে হায়দুনা পাখৎনৈ। খাশিন্না পুশালুবু খাম্মী। ওজা অহো অশেংবা মরমদু ময়াম মমাঙদা ফোঙদোরকই।

খাশিন্না হংই, –"ওজা অহো! নঙনা ঐগী যুমদা যু থক্লগা ঐ লৈতবা মতমদা ইচা মেরীবু ফুবা করিগীনো?"

'ইপা খাশিন্না মেরীবু ঐগা লুহোংবীগনি হায়রগা ওজা বীমোলগা মেরীগা পুন্না বারী শানহনবা, চাক চামিন্নহনবগীদমক শাউনীংবদগী ফুবনি।"

"আই! অদু ঐদি মেরীবু নঙোন্দা চুন্না লুহোংগনি হায়বগী বানি; মেরীবু নঙনা লৌবমক্তি নত্তেদনা?"

"ঐ ময়ু থক্লুবগী ঙাওদুনা তৌখিবনি। ঐবু ঙাকপীয়ু!"

"হো! অদুন্না নবুক শেংউদনা!"

ময়ামসু –"ঙাকপীরো, ঙাকপীরো" হায়রকই।

পুশালু, –"মাবু মী হাৎকে তৌবগী দন্দি অমদি পীসি।"

ময়াম তুমিন তুমিন লৈনখ্রে।

খাশিম, –"ফরে, ওজা বীমোল হৌজিক কোহিমাদা লায়েংলি। মা ফরগা লাকপা ঙাইখিসি। মঙোন্দা হংলগা মাগী অপাম্বা মতুংইন্না দন্দি পীরসি।"

ময়াম, –"মদুনা ফগনি, মদুনা ফগনি।"

মিটিংদু অসুন্না লোইশিন্নে।

বীমোল কোক্কী শরু খরা ক্রেক চৎলে। অদুবু হিদাক চারগা ওইসিনগনি, করিসু তৌররোই হায়রি। হাপ্তা অমদি লৈথবনা ফৈ হায়বদগী মখা তানা লৈথরি।

মেরী বীমোলবু মশাগী ওইজরবা মীশক অমনি হায়না খনবদগী হেন্না তোপ্না খনবা ঙমদ্রে। মাগী সেবাদা বীমোলসু মেরীবু তোপ্না খনবা ঙম্নক্রে। অমরোমদা মখোয়গী মতেং পাংলিবা পিতরসু বীমোলগা য়াম্না নকশিন্ননা খঙনরে। পিতরনা ডাক্তরশিং উনবা, চাক থিল্লকপা লোইনমক তৌবীরি। পিতরনসু বীমোল লাইরিক য়াম্না হৈবা ওজানি হায়না ব্যবহার তৌই। মসিসু বীমোলনা প্রেসিলাবু মতম খরা লাইরিক তাকপীখিবদুগী মহয়নি।

ঙসিদি মেরীনা বীমোলদা বা অমখক হংলকই, –"ওজা! নঙগী ঐখোয় খুলদা য়েক্নবা মী লৈব্রা?"

"ঐদি কনাগা য়েক্নগনি? ঐগী য়েক্নবা অমত্তসু লৈতে।"

"অদুদি ওজাবু শিসনু হায়না ফুরক্লিবসি ওজা অহোনা শোয়দ্রেকো?"

"মসিদি মেরীনা শক ফজবনা মরম ওইরগা নঙবু কল্লকপা মীনা ওইবা তাবনি। ঐনা মতম অমদা নঙোন্দা হায়খিবা বাদু নঙ নীংশিংলিব্রা? নঙদি শক য়াম্না ফজবনিনা মীদা নত্তনা লাই ফাওবনসু পামগনি হায়খিবদো। নঙবু মখোয়গী মনাক্তা লেংদনা থম্নীংবগী বাখলনা হেনমনখিবদগী ঐনা নঙগী ননাক খজিক্তং নক্লবদা অসিগুম্বা অশোক-অপনসি নংবগী মরম্নি। ঐসু শিরম্নবদি ঈশ্বরগী মনাক্তা ফমফম অমদি ফংলম্নগনি!"

"ওজা! নঙ অদুম্না হায়গনু। নঙ শিরবদি ঐসু শোয়দনা শিগনি। ঐসু শিরবদি ঐখোয় অনী পুন্না ঈশ্বরগী মনাক্তা লেংদনা ফম্মিন্নসি!"

"মেরী! নঙগী বাখলবু অদু য়ৌরব্রা? তশেংনা নঙবু ঐগীদমক শিবসু ঙম্লগাদ্রা?"

"করিগী ওমদগনি। নহান অহীংদা নঙ শিরম্নবদি ঐসু শিরগে খন্দুনা নঙগী ননাক্তা থুনা য়ৌনবা কন্না চেন্নকপনি। অদু নঙ খঙদব্রা?"

"ও। ঐদি জ্ঞান মাঙদুনা মদুমদি খঙহৌদ্রে।"

"ওজা। ঐদি নঙবু উদনা হিংবা ওমগনি নীংদবনে।"

"নঙবু জাতিসু তিম্নদবা ঐঙোন্দা করম্না অদুক মমল য়াম্বা বাখল খল্লুরিবনো?"

"ঐনা খল্লুবা নত্তে। ওজানা হায়খিবা বা, তৌখিবা থবক, ঐনা উখিবা অপাম্বশিংদুনা খল্লোই হায়বা ওমদবনি। ঈশ্বরনসু অসুম্না খন্নবা শীনবীবনি। অদু নৎত্রবদি ওজানা ঐখোয় খুলদা করিগী লাকখিবা? ইনাও প্রেসিলাগী লাইরিক তাক্কুনা ডাক্তর তম্বা করম্না ফংহনখিবা? ওজা! ঐবুদি পুন্সিগী থাদোক্কুনা খক চৎপীগনু। ঐসু ননাক্তা পুন্সি চুপ্পা অদুম লৈজগে?" অসি হায়রগা মেরীনা বীমোলগী মখুত্তু চেৎনা পায়রগা মথবাক্তা থম্মী।

মখা তানা অমুকসু হায়রকই, –"ওজাবু সৈতান অমনা কোক থুগায়বীবসিনা ঐগীদি লাইবক ফবা অমুক ওইহল্লে। ওজানা শিরম্নবদি ঐসু শিরম্নগনি। ঐখোয় অনী বারী শানবসু ফংলম্লোই। বারী শাবা ফংলিবা, ওজাগী ননাক্তা নক্না তুম্বা ফংবসি ঐগীদিমক্তি যাম্না মরাইবক ফবনি। ইপা-ইমানসু অথিংবা পীবীদ্রিবসি ওজা নঙ খঙব্রা? ইমানা ইপাদা শোযদনা ঐগী বা হায়বীরমগনি। ঐখোয় অনী লুহোংবা য়ারুগনি হায়বগী শোয়দনা ওইগনি। মসি ওজানা ঐখোয়গী ইমুংগী, খুলগী অফবা থবক কয়া তৌখিবগী রিজল্ট ওইগনি।"

"মেরী। ঐদি মদু য়ৌনা লাইবক ফবা যাবা মীদি নত্তে। মণিপুবদদি ঐগুম্বা মীসিদি চন্নরক্রবনি। অদুবু নখোয খুলদা লাকপসিদা ঐবু স্বর্গমুক বাংনা থাঙ্গৎপীরে। মসিনা তাকপদি ঐগী চিঞ্জাক নাগালেন্দ স্টেটতা লৈরে হায়বা নৎত্রা? মবৈবোক মরমদমদা নুংঙাইনা হিংবা ফংজদবা মীওই কয়া অতোপ্পা দেশতা চৎলগা নুংঙাইনা হিংবা ওম্মী। কয়া অমনা ঐখোয়গী লমদা লাক্রগা নুংঙাইনা হিংলরি। খঙদে, অরাপ্পা সাইবেরিয়াদগী পাইরকপা লমঙানুশিংনা ঐখোয়গী মণিপুরগী লোক্তাক পাত্তা মরুম কোক্রগা মচা ওল্লগা মচাশিংদুনা পাইবা ওম্লক্রবা কান্দা অমুক লাপ্লবা মরমদমদু তান্না পায়খিগনি। মাগী লমদুদা মচা কোকপা ওমজদবনা ঐখোয়গী লমদা লাক্রগা মচা কোক্রবিবসি কয়াদা নুংশিপ্রবা। অদুবু খঙজদবা লাং থাকপশিংনা নৎত্রগা উচেক ফারগা কারবার তৌবশিংনা অসুম্না চহী খুদিংগী মতম য়ৌরগা পাইরকপা মবুক্তা মরুম পুরবা লম ঙানুশিংবু ফারগা হাৎপীরি। মখোয়না চহী খুদিংগী অসুম্না হাৎপীবদগী লম ঙানু মচা

কোকপা ঙমদবদগী হৌজিক্তি লোক্তাক পাত্তা লম ঙানু পাইরকপা উখিদ্রে। থায়নগী মল্লবা বারী ওইহৌগদৌরে। ঐসু ঐগী নুংশিরবা ইমা লৈবাক মণিপুরদা হিংবা বারক্লবদা শাদানবনা তানবগুম চেল্লক্লগা নখোয়গী খুলসিদা চংজফম লৌদুনা হিংলি। নখোয় ময়াম্না অসুক নুংশিবীরবসু শুপ্পগী মী অমনদি ঐবু য়েক্লবা ওইনা খন্দুনা ঐবু হাৎকে হোৎনরক্নি। ঐ শাউদে, ঐগী পুন্সিদা হোল্লিবা পুন্সিগী হিনাওসে মমায় চুন্নবা হোৎনবদা পুন্সিগী লম্বীনদি শাংবনিনা করিগুম্বা কান্দা ঐগী হিদু লম্বীদা ঈথক-ঈপোম খরদি মতম-মতমগী থেংনবা তাবনি। ঐ কনাবুসু বারৌদে।"

"ওজা! নঙনা ঙাঙবা বাশিংসে লাইনা ঙাঙবগুম যিবুগী পাউতাক্কুম চুম্বসিদনি ঐনা নঙগী ননাক্তগী লেঙনীংদ্রিবা। অদু চাক অমুক চানবা তৌরসি।"

মখোয় অনী বাখল খরা নুংঙাইনা পিতরনা থিল্লকপা চাক্কু চামিন্নরে।

বীমোলনা কোহিমাগী নাগা হোস্পিটালদা লৈরকপা নুমিৎ তরেৎনি শুরে। মাগী হকচাংগী ফিবম নোর্মেল তারক্লে। ডাক্তরনা চৎপা য়ারগনি হায়না ডিসচার্জ তৌরে। অসুম্না বীমোল নাবা ফরগা লোসোমিদা অমুক হল্লক্লে।

অচুনি, বীমোল নাবা ফরগা হল্লকপগী পাউ তাবদা হরাউই। মানা যিম্বুবু থম্মোইদা হন্না-হন্না থাগৎচৈ। মহৌশাগী মতৌগুম অচুনি নুংত্তিগী বীমোল লৈত্রবসু মাগী কাগী থোঙনাওদা অয়ুক খুদিংগী লৈ অমমম থেৎলম্বদুসু অদুম কায়দনা চখরি। অদুবু অৱাবদি মানা মিকুপ অমত্তা কাউবা ঙমদনা বাজরিবা বীমোলবু মখোয়গীদা লৈবদু সেক্যুর কয়া ওইদ্রে হায়দুনা মেরীখোয়গী মপানা মখোয়গী য়ুমদা লৈহনখিবা অসিনি। বীমোলসু মখোয়না হায়বদুদা মশাগী য়ানীংবা, য়ানীংদবা মত অমত্তা ফোঙদোক্লমদনা চহী অমা হেন্না লৈরক্লবা য়ুমদু থাদোক্লগা মেবীখোয়গী য়ুমদা লৈরে। মাগী পোৎ-চৈ পুন্নমক ছাত্র খরা থারগা লৌহল্লুরে। বীমোলনা অসুন্না খঙহৌদনা মেরীখোয়গীদা লৈখিবসিনা মাবু লুনা খঞ্জবী অচুনিগী থম্মোইবুদি মচেৎ কয়া থোক্লা কায়হনবীরল্লে। বীমোলনা লৈরম্বা হাঙলবা কাদুদা অচুনি চংলক্লগা তুমিন্না ফন্নগা কপ্পুনা লেল্লি। বীমোলনা মেরীখোয়গী য়ুমদা লৈখিবা অহীংদু অচুনি বীমোলনা তুন্নম্বা হাঙলবা ফমুংদুদা খুতুন্না শুরগা মৈচাক খাঙখি। অহীংচুপ্পা তুমদনা কপ্পগা লেনখি। অদুবু মানা কপচখিবা, বাজখিবা কয়াদুবু কনামত্তনা খঙবীখিদ্রে।

শোমদা ওজা অহোবু মেরীখোয়গী য়ুমদা পুরক্লে। স্কুলগী ওজা প্রিন্সিপাল দুশাজোসু য়াওরে। খুলগী গাঁওবুরাশিংসু লোইনা শুরে। বীমোলগী মমাঙদা ওজা অহোদা বাহং খরা হংই।

অহোনা মশাগী মরাল য়াজরবা তুংদা পুশালুনা বীমোলদা হংলকই, –"অহোবু করম্বা মখলগী দন্দি পীবা পাম্বগে?"

বীমোলনা খুন্নকই, –"ওজা অহো ঐগা স্কুল অমত্তদা ওজা ওইমিন্নদুনা অঙাংশিংবু লাইরিক তাকপীদুনা চহী অমা মখায়রোম য়ান্না নুংশিনা লোইনরকপনি। মাগা ঐগা করিসু নুংঙাইনদবা অমত্তা লৈখিদে। ঐদি হন্দক্কী থবকসি ওজা অহোনা তৌরমগনি হায়না থাজবা ঙমদে। অদুবু ওজা অহোনা মশানা মানা তৌবনি হায়রবনিনা মদু ওজা অহোগী মকোক্তা ফত্তবা সৈতান অমা চংলগা তৌহনখিবা শোয়দনা ওইগনি। মীগী মকোক্তা করিগুম্বা কান্দা অশাউবনা হেনখিদুনা য়ুগুম্বা থকপা পান্নকই। য়ু থক্রবদি ঙাওরকই। ঙাওরবদি মীদুগী কোক্তা সৈতান্না চংবদা য়ান্না নুংঙাই। সৈতান্দুনা ইনশিন্নকপা য়াদুনা মীদুনা ফত্তবা থবক তৌরকই। অদুবু তৌবা লোইরগদি সৈতান্দুসু মাগী মকোক্তগী থোকখ্রবনিনা ফত্তবদু করিগীদমক তৌরুরিবনো খন্থরকই। অদুনা মী ঐখোযদা অফ-ফত্ত গুণ শুনা লৈতেংদুনা লৈ। ঐখোয়না অফবা ঈশ্বরগী পাউতাক কাউদ্রিমখে মীদু ফৈ হায়না ঙাঙনৈ। অদুবু সৈতান চংদুনা ফত্তবা থবক তৌরগনা ফত্তে হেক্তা হায়গনি। অদুনা ঐদি ওজা অহোদা অকন্নবা দন্দি পীবা য়াবা মরম লৈতে হায়না খল্লি। মাবু হান্নগুম্না ওজা ওইমিন্নদুনা খুলসিগী তুংগী অঙাংশিং শেমদুনা লৈমিন্নজগে? মাবু নুংঙাইরোইদবা দন্দি অমত্তা পীবীগনু। মা তুংদা অমুক হন্না অসিগুম্বা থবক তৌবরোই হায়না ঐনা চেৎনা থাজে।"

বীমোলগী যিষু প্রভুগী পাউতাক্তা চপ মান্নবা ৱাঙাঙশিংদু তাবদা খুলগী অহলশিং, ওজা প্রিন্সিপাল যাওনা বীমোলবু থাগৎনখি। মখোয়না ওজা অহোবুসু দন্দি পীবা ঙমদ্রে।

পুশালুদি বীমোলদা ওনশিন্দুনা শাউবে। অদুবু খাশিন্না পুশালুবু থেমজিল্লি। ওজা অহোবু দন্দি অমত্তা পীদনা থাদোকপা তারে।

খাশিন্না হায়রকই, –"ময়াম পুন্নমক তাবীয়ু! ঙসি ওজা অহোগী মরাইবক যান্না ফারে। প্রভু যিষুগী পাউতাক্তা চপ মান্নবা মাবু শিরসনু হায়না উতুপ্পা মকোক্তা থোন্নগা শোয়দনা শিরগনি খন্দুনা হন্দোক্রম্নবা ওজা বীমোলনা শিদদুনা নাবা ফরগা মাবু হাৎকে হোৎনখিবা মীদু অমুক কনবীরে।

অশুক ৱাংবা মাগী ৱাখল ঐ তশেংনা থাগত্তবা ঙমদে। ওজা প্রিন্সিপালনা করি খনবীবগে?"

দুশাজো, – "ঐসু ওজা বীমোলবু বাখল ফজবা, ঈশ্বরবু থাজবা অমদি ঈশ্বরগী পাউজেল শন্দোকপা মীনি হায়না খল্লি।"

খাশিম, – "অদুদি ঐনা ওজা অহোবু শিবগী দন্দি পীবগী মহুত্তা দন্দি অমদি পীবা তারে। ময়ান্নসু য়াবীরো।"

ময়াম পুন্নমক করি দন্দি ওইগদ্রা খনবদা ঙাইহাক্তং জ্ঞান তানদে।

মিকুপ খরগী তুংদা খাশিম্না হায়রকই, – "ঐনা পীগদবা দন্দিদি অতৈ নত্তে, ঐনা মীয়াম মমাঙদা নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা লাউথোকখিবা ওজা অহোগা ঐগী ইচা মেরীগা লুহোংবগী বাফমদু ওজা অহোনা ঐগী ইচাবু ফুখিবা অমদি ওজা বীমোলবু শিরসনু হায়না ফুখিবগীদমক লুহোংবদু তোকপা তারে। হৌজিক্তি ঐগী ইচা মেরীগা ওজা বীমোলগা হান্না লেপখিবা মার্চকী তাং ১১ দা খুলগী বেপটিষ্ট চর্চতা লুহোংবা তারে। ময়ামসু মসিদা য়াবীরো।"

খাশিমগী বাদু ময়াম পুন্নমক্না য়াবা ফোঙদোকপা ওইনা খুবাক লোইনা খুনরকই।

মদু তাবদা ওজা অহো নোম্বখিবদগী হৌগৎপা ঙমদ্রে। মানা মরূ লুকথরগা লৈবদুদা ওজা দুশাজোনা হৌগৎলগা মনাক্তা চংশিল্লগা অহোগী মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলি। প্রিন্সিপালনা অহোবু পূক্লিং ফাথরগা পুরগা চৎমিন্নখ্রে। ওজা অহো নুমিত্তুদা লোসোমি থাদোক্লগা ময়ুম লমদম বাখাদা মেরী পুদনা থম্মোই কায়রগা হনখ্রে।

হৌজিক্তি মেরী অমদি বীমোল অনীগী লুহোংবগী মতম অসুম-অসুম নকশিল্লক্লে। খাশিম মী নেক্তুনা মেরীগা বীমোলগা লুহোংলবা মতুংদা লৈনবা কা অমা রং হাইদুনা নান্না শেম্বীরি। প্রেসিলাবুসু মেরী লুহোংবা য়াওরনবা থোরকউ হায়না খঙহনখ্রে। পাউদু তাবদা প্রেসিলা ঙকপা পোকই। মমীত্তগী পিরাং শিন্থরকই। অদুবু ওজা বীমোলবু মী অতৈ অমগী ওইখিবা নত্তনা মাগা পোকমিন্নবী মচেগী নুপা ওইনা লুহোংগনি হায়বদুদা নুংঙাইবা পোকপগুমদি তৌই।

বাখল অমরোমদা বীমোলগা মাগা য়েংনবদসু মাদি খরা অঙাং ওইমল্লি। মচেগাদি চহী মতাংদু য়ান্না চাননি। মাগী মতম্না লাক্লবনিনা বীমোলসু নাম্ভোকপা য়াব্রোইদৌরে। লোসোমিগী নিংথৌগুম্না পাল্লিবা খাশিম কৈশাগী মচানুপী মেরীগা মাগা লুহোংবা শোয়দ্রে।

মেরীনা নহান নোংমা দর্জিদা তুরুবা বীমোলগী শুটতু লৌরুরে। মদু বীমোলদা শেৎহল্লগা য়েংবদা বীমোলদু জেন্টলমেন মাক্লে। মেরী পূক্লিংদা মথুম-মরাং হৌজে।

অদুবু বীমোল মাগা মেরীগা লুহোংবা শোয়ব্রে খঙলক্রবা মতমসিদা অহীং অমা শোমদল খুলদা লেনম্মিন্নখিবী, মতম ঙাইনসি ঝাশক্লখিবী, মৈতৈ লৈপাক্কী থাজমানবীবু নীংশিংলক্রে। কায়নরমদাই মিকুপ্তা মাগী নাম্লদা চিনবীরম্বা পেক্রক্রেদু ফাওবা নীংশিংলক্রে। থৌদোকশিংদু ঙরাংতমক থোকখিবগুম শোমদল খুলগী যুমদোমপোক মচা, ঈশিং খোঙদা মানা ঈশিং বালটিন অথনবা অমনা হৈজিন্নকখিবা; থাজনা ঈরু লুজরিঙৈদো মানা পামজনা য়েংখিবা খুদিংমক লোইনা মমীত্তা উবগুম তৌরক্রে।

বীমোলনা খল্লকই, – "থাজদুবু ঙসিসু ঐগীদমক লেপ্পমখিগদ্রা? মানা মাগী অপাম নুংশিগী ঝাখল পূন্নমক ফাজিন-পুনশিন্দুনা ঐগীদমক খনবদগী ময়ুম পান্দনা লৈরম্নবদি ঐসে কয়াদা চাউববা ইবাল অমা লংশিনগদৌরিবা? থাজ! নঙবু য়ুম পান্নব্রা নথক্রগা নপামদা ঐবু ঙাইদুনা লৈরিব্রা? ঐগী মরাইবক থিহৌরবী ইমাদুনা কমদৌরমগবা? ইনাও তোন্দোন্দুবু লাইরিক মখা তন্নমখিগদ্রা? থবক্কী পৈশাদুনা কমদৌরমগনি? ওহোক্লা খঙনীংব্রেদা!"

ঝাখল অমদা উংলিঙৈদো মেরী বীমোলগী মনাক্তা চংলক্রে। বীমোলগী মীৎলুদগী পিবাং মেরীনা উথোকখ্রে।

"কবি তৌরে ওজা? মীৎলুদগী পি শীন্থদুনা কল্লদি ঐবু পান্নক্তবগীরা?"

বীমোল কবিমত্তা খুমদনা মরু লুকথবগা লৈখ্রে।

মেরী নুংশা থীদুনা বীমোলগী মশা পায়রগা ওইনবা ঝাহৈদো হায়রকই, – "ওজা! নঙনা কপ্পা উরগা ঐগী পূন্নিংসে যাম্না ঝায়, নঙনা করি খনবগী কপ্পনো? ইমা নীংশিব্রা? নঙগী কনা নীংশিবগীনো? হায়বীয়ো ওজা! নঙনা অদুম তৌরবদি ঐসু নুংঙাইফম খঙদে।"

"মেরী! ঐ কবিসু তৌদে। নঙনা ঐগীদমক খনবীরিবা, নখোয়গী ইমা-ইপা অনীমক্কা ঐবু নুংশিবীবসে ঐগী য়াম্না লাইবক ফবনি। ঐ ঙসি নখোয়গী খুল য়ৌরক্লিঙৈ মমাঙগী নুমিত্তা থোকখিবা থৌদোক অমখক নীংশিংদুনা নুংঙাইতবা খরা পোক্লুরে।"

"করি মরমগীরা? মরমদু ঐঙোন্দসু হায়বীয়ু। ঐ য়াম্না তানীংই।"

"ঐ ঝাবীদু নঙোন্দা তম্নরোই। মদুনা নঙবুদি থম্মোই য়াম্না শোকহনগনি।"

"ওজা! ঐদি করিসু নুংঙাইতবা তৌরোই। ঝারীদু লীরো তারগে?"

"লীররোই"

"লীবীয়ো!" মেরীদু পেরি-পেরি তৌরগা বীমোলগী মনঙ্গদা মখুৎনা পোপ-পোপ থাদুনা লীরো-লীরো কন্না তক্লরি।

তাঞ্জাদুদা মপান্দা মেরীগী মনাওনুপী প্রেসিলা থুংলরে। মেরীদু মপান্দা চেম্মোকখ্রে। মচিন-মনাও নুংশিনা কোম্ন্রে। প্রেসিলা মাগী ওজা বীমোলনা মখোয়গীদা লৈরে খঙবদা উনবা ইকাইজবগুম তৌই। মাগী মরী-মতা, মতৌ ওইগদবা নুপা অমনা মখোয়গী য়ুমদা হান্না হেক লৈশিল্লবসিগীসু নুংঙাইতবা অমদি লৈ। মদু প্রেসিলাদসু ফাওই। মাগী ওজাবু তাঙনা ময়ুমদা নোং-ফাদোক কোয়রকপদা পেন্না সেবা তৌবসিগা নুংতিগী য়ুমদা লৈমিন্নরগা সেবা তৌবগা খেন্নবা য়াম্না লৈ। য়ুমদা হান্না লৈরগদি মমল য়াওদবগুম, অশোয়বা অমা য়াওরকপদা লোন্না থম্বা য়াদবগুম, হোৎনবা পুম্বা ময়েং তাই।

অদুবু য়ুমদা লৈরম্বদু ফত্তে হায়বদি ঙমদবনা চংলক্তুনা প্রেসিলা বীমোলগা উনরে। অমনা অমগী মরমদা হংনদুনা অৱা-নুংঙাই ৱারী তৌনৈ।

মেরীগী মশক্তু বীমোলনা নুংতিগী মনাক্তা লৈরবনিনা নোং-ফাদোক কেনা চীংগী ফিজোল শেৎলগা উবগী ফজবদুমদি মগুণ খংহন হন্থবগুম তৌরক্লে।

অমরোমদা ঙসিদা থুংলবা মতম শাংনা উনরুদ্রবা প্রেসিলাগী মশক্তুদি মেরা থাগী লৈচিল থাংদবা পুর্নিমাগী থাজনা চীংলক্তগী থোরকপগুম ফজরি। ইনাক্তা লৈবা ফজবদগীদি তামথ্রগা ফজবনসু মগুণ হেল্লি। থুংনদবা নুংশিবনসু থুংনবদগী হেল্লি। চুরমদবা নোংগী মগুণসু অদুম মরৈরি। হাইফেৎ নোকপগী ফজবসু মরৈ।

মার্চকী তাং ১০ য়ৌরক্তুনা লোসোমি খুলগী চর্চতা হযেংদি শোয়দনা মেরী অমদি বীমোল খৃষ্টান ধর্ম্মগী চৎনবী মতুং ইন্না লুহোংগদৌরে। ঙসিদগী হৌনা চর্চকী মনুং অমদি মপান লৈতেং কয়া শেমদুনা থম্লে।

বীমোল হয়েং মাগা মেরীগা লুহোংগদবা অহীংদু ফম-কুইনা তুম্বা য়াদনা ৱাখল তৌদুনা লৈরম্মী। থেঙজিল্লক্রবা মতমদা উরোল-উরোল ঙাইহাক তৌরুরে। মমঙদা থাজগা মাগা লুহোংলবা মতুংদা বীমোলগী কোংবা নান্দেবম লৈকাযদা পুন্না লৈমিন্নবগুম তৌরম্মী।

মঙদুদা থাজগী মপামদগী অউনপোৎ ময়াম অমা য়াওরকই। কার ফাওবা অহনবা অমা উল্লকপগুম তৌই। নুংতিগী নুমিদাংৱাইদা মপামদগী মী থারক্লগা মচানুপীগী চানবা টিফিন কেরিয়ারদা চাক-এঞ্জাং থিল্লকই। থাজদু অচাওরম য়াম্না

কাবী মনেম অমদি মনাওবু পীজনীংবগী বাখল চেন্দবী মপুন্নোইবদমক পীজগে খনবী মৌ ওইনা তৌরম্মী। বীমোলনা মাগী মপামদগী থিল্লকপা ঙা থোংবদু মাগী শরুক্তু মনাও তোন্দোন্দা পীজরুরো মাদি কয়া চানীংদ্রে হায়রুবনি।

থাজনা, —"তোন্দোন্দা পীজগদবগী শরুকপুদি হুইদা পীজগে, চাদ্রগনা খোংবান্দা হৈদোকখিগে" হায়রকই। বীমোল শাউনীংমনখিবদগী থাজগী মমায়দা খুপাক্লা অমুক্তসু নত্তনা হঞ্জিন-হঞ্জিল কয়ারক থাদুনা ফুখি। ফুবদগী থাজদু শাউদুনা মপামদা থুনা মাগী কার থৌদোক্লগা চৎখি। লম্বীদা কারদু এক্সিদেন্ট থোক্লুনা থাজ মকোক কায়দুনা ভ্রান মাঙদুনা তাদুনা লৈখি। বীমোল থাজগী মনাক্তা চৎখি। থাজদু শোয়দনা শিরগদবগী মওং য়ৌরকখি। থাজনা অরোইবা বাহৈনা হায়রকই, —"তাবীমোল! ঐবু ঙাকপীয়ু। ঐ নঙোন্দা য়াম্না লানখ্রে। হয়েংমুক্কী মপোক্তা ঐখোয় অনী অমুক থুংনরগা ঐনা লানখিবগী লমন শিংজরগে?"

বাহৈদু হায়বা হেক লোইবগা থাজদু শিবগুম তৌখি। বীমোল থম্মোই শোক্লা লাউরকখি, —"থাজ! থাজ!" মহাক মিকপ খংথোক থোকখি। মখা তানা অমুক তুমথবা যাদনা থাজগী বাখল খন্দুনা লৈরে। মঙদা উবগী ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা তাইবংদা থোক্লনবদুদা বীমোলনা খল্লকই, —"থাজদু ঙসিসু ময়ুম পান্দনা ঐগী বাখলদা লৈরম্বা তারে।" বীমোল অমুক তুমথনবা হোৎনৈ। অদুবু মখা তানা তুমথবদি য়াদ্রে। ঙাইহাক লৈরগদি নোংঙাক্লে।

ঙসিদি বীমোলগী লুহোংবা নুমিৎনি। মহাক চেনবা য়াররোই। খুলগী মী ময়াম চর্চতা লুহোংবা য়াওবা লাক্লরে। অচুনি বীমোল অমদি মেরী অনীগী লুহোংবগী পাউ তাদুনা মাসু লুহোংবা য়েংবো লাকই। মাদি খ্বাইগী তুংদা থারিবা ফালদুদা ফম্মী। মাবুদি কনানসু থৌশাবীবা নত্তে। বীমোল অমদি মেরী লুহোংবগী অঙৌবা ফিজোল ঙাক্তা শেত্তুনা খাশিমগী জিপ্তা তোংলগা লাক্তুনা পুন্না চর্চতা থুংলরে। চর্চ মনুং লুহোংবা যাওবা লাকপা মীনা পীক থল্লে। মী খুদিংমক্কী মীৎয়েং মেরী অমদি বীমোলদা লোইনা থম্নরে। চর্চকী পাষ্টরনা লুহোংবগী হৌনবী থৌরম লাইশোন-তিনশোল পাঙথোকপা লোইরগা মেরী অমদি বীমোলগী মখুত্তা মোমবর্টি অমমম পীরগা মৈ চম্বীরে। মখোয় অনীনা পায়রিবা মোমবটি অদুনা ময়ায়দা থল্লিবা অচৌবা মোমবর্টিদু মৈ চুরে। ময়ায়গী মোমবর্টিদু মৈ চাক্লবা তুংদুদা ময়াম পুন্নমক খুবাক মখোল হৌনা খুনরকই। খুবাক মখোলদুনা অদুক চাউবা চর্চতু পুমনিল নিল্লি।

ঙাইহাক্কী মনুংদা পাষ্টরনা তাক্কুনা মেরীগী ঙকশমদা বীমোলনা লৈপরে হকপীরে। মেরীনসু বীমোলগী ঙকশমদা অমুক লৈপরেং অমা হক্রে। ময়াম পুন্নমব লেপ্তুনা খুবাক খুদুনা হরাউ-নুংঙাইবা ফোংদোক্লি।

অদুবু অচুনিদি মীয়ামগী খুবাক মখোল মরক্তুদা মীৎলুগী পিরাংনা পুমচোং চোংলে। মাগী মফমদদি বীমোল শিবগা চপ মান্নখ্রে। মাবুদি কনানসু য়েংবীরুদবন হৌরবা খুবাক মখোলদুগী মরক্তা মাগী পিরাংনা উফুল্লক্তা তিনখ্রে।

প্রেসিলাসু মমাঙগী ফান্দা মমা-মপাগা থংননা ফম্মী। মাসু থম্মোই মনুংদদি মরোল অমদি তোঙান্না লোনবগুম তৌরি। কপ্পিংলবসু মাদি কপ্পা ঙমদনা ৱানা খাঙলি

লুহোংবা লোইরদুনা ময়াম পুন্নমক চানবা শীল্লিবা খাশিম কৈশাগী শুমাঙদ য়ৌরক্তুনা পুল্লরে। বীমোল অমদি মেরীসু য়ুমদা য়ৌরক্লে। মীয়ামগী বিস অমদি প্রজেন্টেসন কয়াসু পীনরি। চাবা-থকপা লোইদুনা ময়াম পুন্নমক মাগী-মাগী য়ুমদ হল্লখ্রে। মতম কুইনা তোঙান-তোঙানবা তোর্বান অনীনা ঙাক্তুনা পুরকপা থম্মোই অনীগী ঈচেল অনীখক ঈচেলগী খোঙজেল হেন্না যাংনা চেনখৎলক্তুনা ঈতুংফম অমদা পুন্না থেংলবা অহীংগী মমৈসিদা খাশিমগী য়ুমগী নৌনা শেম্বা কাসিদ চেম্থমিন্নখ্রে। ঙসি অহীংগী থম্মোই-অনীগী ঈচেলগী ঈরাউখোলসিবু তাজনীংদুনা ঙাইজরকখিবী, লাঞ্জদবী, অচুনি, লোম্থোক্তবীদো মাগী নাকোং অনীদুনদি পুংফমসিবু খৌরাংনা মাগী ওইগনি খন্না ঙাইজরকপনা মরম ওইরগা ঈচেল অনীনা ঈতুংফমদা য়ৌরমদাইদা লৈরায়দা ঙাথু-থেংথুরম্বগী মখোলদু ভাবনা হঞ্জিল-হঞ্জিল তাবদা নাকোং চেকখায়রবগুম ৱানা খাঙখি। আশা কায়খ্রবী অচুনি বীমোলগী ফোটো য়েংজরগা অহীংদু ৱানা লেনখি।

নুমিৎতুদগী অচুনি বীমোলনা থাদোক্রল্লবা কাদুগী থোঙনাওদা অয়ুক্তা লৈ হেক্লুরগা থেৎপা উখিদ্রে।□

# নিপালশুবা

মেরীগী লুহোংবা লোইরবনিনা প্রেসিলা হায়দ্রবাদতা অমুক হনগদৌরে। মানা মতম অমদা নুংশিরবা ময়ুম লমদম থাদোক্কুনা ডাক্তর তম্বা চৎলমদাইদা বীমোলদা হায়রম্বা ৱাহৈদু ঙসি অমুক নৌনা নীংশিলকই। ৱাহৈদুদি, "ওজা! নঙ ঐনা ডাক্তর তম্বা লোইবা ফাওবা ঐখোয়গী খুলদা লৈরমউকো। মতমদুদা ওজাগী নীংবা থুংহনবা ঙম্মা য়েংগে?" প্রেসিলানা মতমদুদা হায়রম্বা মাগী ওজাগী অনীংবদু করিনা ওইফম থোকই? ইনখৎলকপা মতমগী লৈশাবী অমনা মানা পামজবা পাখঙ অমদা হায়রম্বা ৱাহৈশিংবু "নঙগা ঐগা ঐনা ডাক্তর তম্বা লোইদুনা হল্লক্লগা য়ুম্বানবগী শুন্দিদা খোঙদামিন্নসি হাযবা ওইরোইদ্রা? প্রেসিলাগী মফমদা মদুমদি ওইথোক্লরোই। মবমদি মাগী মতম অমগী ওজা ওইরম্বা বীমোল ঙসিদি হেক পোকমিন্নবী মচেগা লুহোংলে। প্রেসিলাগী থম্মোইগী অনৌবা-অপাম্বা খুদিংমক ফোঙদোক্তনা পুক্লুংদা ফুন্নগা অমুক লাপ্লবা হায়দ্রবাদ লমদম তান্না পুদুনা চৎপা তারি। ঙসিদি প্রেসিলানা অনৌবা ৱহৈ অমনা মহৌশাগী ৱাহৈদুগী মহুৎ শিন্নগা হায়রম্বা তারি। মদুনা মচেনা মাবু লান্না খন্দনবনি। বীমোলসু প্রিসিলাগী অহানবগী কায়নরমদাইগী ৱহৈদুবু যাম্না মরুওইনা খনখিবনি। মরমদি মতমদুদদি মাদি মেরীগী মশকসু উদ্রিবনি। মতমদুদা মা মীৎলুদগী পিরাং ফাওবা শীঙ্দুনা কপখিবনি। অদুবু পুন্নমক্তু মেরী লাকখিবা মতুংদগীদি মেরীগী লোইনা ওইখ্রে।

প্রেসিলা বীমোলগা মচেগা পুন্না লৈবা কাদা চৎলমদাইদা বীদাই পীবা চংলকই, "ঐগী নুংশিরবা ওজা অমদি ইচে! ঐনা মথং থোরকপদদি অঙাং কপ্পগী মখোল শোয়দনা তাহল্লুকো! ঐ অমুক চৎলুখিগে ইচে।" ৱাহৈদি হায়বা লোইখ্রে। মনাওগী ৱাহৈদুনা মেরীদা ফাগী ওইনা খল্লগসু বীমোলগী মফমদদি প্রেসিলাগী থম্মোইদা ৱারৌবা মানবগুম্বা অমা ফাওবগুম তৌখি। অসুম্না পিরাং মরক্তা প্রেসিলা হায়দ্রবাদ পাংখ্রে। য়ুমদগী চৎখিবগা প্রেসিলা অহুমশুবা সেমিস্টরগী পরিক্ষা য়াওখি। অদুবু মতাক তান্নগুম্না মার্ক ৱাংনা ফংবা ঙমখিদে।

শোমদা লুহোংলবা মতুংদা বীমোল অমদি মেরী অনীমক স্কুল চাং-নাইনা চৎলে। অঙাংশিংবু পূক্লিং-চংনা লাইরিক তাকপিরি। লুহোংলবা মতুং থা অনীরোম হায়রক্রে। পিক ইংলিস স্কুলগী নুমিৎ কুন্নী কালেন ছুটি থারে। মতম খরদি মেরী অমদি বীমোল য়ুমদা লৈবা তারি। মচা অমদি মমাক নুপাগী ৱাখল খরা নুংঙাইজনবা খাশিন্না মখোয় অনীবু মানা থিকা লৌবা মফমদা নোংমা-নীনী কোয়রুসি হায়না হৌই। মপানা লম কোয়বা চৎসি হায়বদুদা মেরীদি হরাউবনা লোইরে। অঙাং ওইরিঙৗদসু মচিন-মনাওবু মপানা লম কোয়বা তোয়না পুবীখি। বীমোলদা হায়বদসু বীমোলসু য়ারে।

শোয়দনা চৎপা তারবনিনা লম্বীদা তূম্বা-চাবা তৌগদবনিনা জিপ্তা মখোয়না পুগদবা চান-থরুবা, তুন্না-হিপ্নবা ফি-রোল লোইনা হাপচিন্দুনা থৌরাং লোইরে। ড্রাইভর ভিনিশাগা চৎসি, মাদি লম্বীসু য়াম্না খঙবনি হায়দুনা ভিনিশাবুসু পাউ হায়রুরে। হয়েং অয়ুক পুং ৭ তা চৎশি হায়না থৌরাং লোইরে। চৎকদৌরিবসি মখোয় মরি তারে। মমাদি য়ুমদা লৈহৌবা তারি। পুগদবা পোৎ-চৈ করি-করি ৱাৎলিবগে নীংশিংবদা কেমেরা অমসু পুশি হায়দুনা ফিলমনচিংবা হাপচিল্লে।

মথংগী অয়ুক্তা শুথানেনা ঙস্তানা ব্রেক ফাষ্ট খরা চাখিনবা থৌরাং তৌই। ভিনিশাসু লাক্তুনা পুন্না ব্রেক ফাষ্ট চামিন্নরে। চাবা লোইরগা মখোয় মরি গাড়ীদা কাখৎলগা শুথানেবু বীদাই পীরম্মী। ড্রাইভরনা জিপ্তু থৌরগা মখোয় খোঙশানখ্রে। লোসোমিদগী লেপ্তুনা খুল মথং-মথং ফাওরগা লাকপনা অয়ুক্কী পুং ১১ রোম তারকপদা মেলুরিদা থুংলে। মফমদুদা হোটেল থিরগা চাক চারে। ঙাইহাক পোত্থারিঙৗদো ভিনিশানা গাড়ীগী পার্ট চেক তৌই, রেদি ৱাটরগী ঈশিং চেক তৌই। মেলুরি তান্না মখোঙনা অরাপ্পদগী শমদা লুন্নবা পোৎ হাপ্পগা য়োন্নবা পুরক্লিবা চীংগী খুলগী প্রজাশিংদুবু উবদা বীমোল পূক্লিংদা নুংশিবা পোকই। মখোয়না পুরিবা পোৎশিংদু ফিনা কুপ্পনিনা শেংনো খঙবা ঙমদে। মেলুরিদগী হনখিবদসু অমুক্কা হেন্না লুম্বা পোৎ-থুম, থাও, শাপোন হৱাইনচিংবা পুরগা হনখ্রি। মশাদা চেষ্টরিবা হুমাং, মখুৎনা অঙম্বা কাবদা মতেং ওইনবা পায়রিবা চৈশুদু ফাওবা ৱারমগদবা মাল্লি। নুপাদগী নুপীশিংনা অমুক্কা হেন্না পোৎ পুবা হেল্লি। নুপাদি করিসু পুদনা চৎপসু য়াম্না উরি।

ঙাইহাক পোত্থারগা অমুক লাকপনা নুমিদাংৱাইদা অখেকৱাদা থুংলে। মফমদুদা খাশিন্না হেক-হেক থুংবা ইমুং অমা লৈ। ইমুংদুদা অহীংদু মখোয় পুন্না চাক-ঈশিং থোংদুনা চারগা লেপ্লে। নোংঙাল্লকপদা মেরীগা বীমোলগা চীংদোং অমদা কাখৎলগা লেপ্তুনা তাম্না লৈহৌরবা খুল-খুলশিংদু মথং-মথং য়েংই। লোসোমি খুলগী চর্চকী

মতোনগী পিরামিটতু উবদা মেরীগী পুক্লিং নুংশিরকই। মফমদুদা মখোয় অনী ফোটোনচিংবা খরা লৌরে। অয়ুক্কী চা-নুং বীসকুটনচিংবা খরা চারগা অমুক মথং-মথং খুল-খুল ফাওরগা গাড়ীদু লাকপনা নুংথিল পুং বারোদা বাজেহে য়ৌরে। মফমদুদা হোটেল থিরগা চাক-ঈশিং চারে। গুইহাক অমুক পোথারগা থৌরকপনা নুংথিলগী পুং ৪ তারকপদা ফোখুংগ্রি হায়রিবা মফমদু য়ৌরে। মফমদুদা খাশিমগী ঠিকাগী খোলা লৈ। মানা থিকা লৌরিবা মফমসু অসিমক্তদনি। নেপালি বহাদুর অমবু শগুহনবনি। মফমদুদা অহীং লৈগদবনিনা মীসু মরি শুবনিনা তুম্ফম শেমদবা য়ারোইদৌরি। জিপ্তা য়াওরকপা ফি-রোল, চান-থক্লবা কোল-লিক লোইনা থাংথদুনা শেম-শাবা হৌরে। নেপালি বহাদুরনা শীঙ খরসু খায়দুনা চাক থোংনবা থৌরাং তৌরে।

শেম-শাবা লোইরবা কান্দা নুমিৎ নীনি জিপ্তা লাকপগী চোকথরুবা হকচাং তেকখৎনবা অমদি মোৎলবা হকচাংদু শেংদোরুবা বীমোলদু ইরুজনীংবা পোক্লকই। মেবীদা ঈরু লুজরুসি হায়না হৌই। মেরীসু হরাউনা য়ারে। ঈশিংখোঙদি খঙদে। বহাদুরদা হংবদা মাগা চৎমিন্নসি তুরেল মচা অমা লৈ, মা তাক্কে হায়রে। ঈরুজবদা শীজিন্নগদবা, বালটিন, ফদি, শাপোন, হোংদোরুবা ফি-রোল অমদি কেমেরাদুসু য়াওনা পুরগা বহাদুরনা মাঙ থাবগা ঈরুজবা লাকই। খাশিমগা ভিনিশাগা অনীদি খুল মচা অমা লৈবা অদোমদা চৎথ্রি।

কদোমদগীনো ইথা-থাজদনা খরা লাপ্না তুরেল মচাদুগী মনাক্তা কৈ অমা কুপ্লগা সজি অমা হাউনা চাদুনা লৈবা উবে। মেরী কিজদুনা বীমোলদা কোপ্লি। বীমোল কিদবা সানা কেমাবাদুনা কৈদুবু ফোটো লৌনবা লাক্লে। মানা ফোটো নম্বা লোইবগা কৈদুনা মী লাকপা উবদুদা সজিদু লুশমদা মযানা চিক্লগা জঙ্গল্লোমদা চেনশিনখ্রে। মখোয় তুরেল মচাদু য়ৌবে। মেরীদি কৈ উরুবদগী কিবনা মশাদু নিক্লি। বীমোলসু কিদি কিবগা নুপানিনা মেবীগী মমাঙদা কিদবা শাই। তশেংনা কিদ্রিবদি নেপালি বহাদুরনি। মানা হায, —"মফম অসিরাইদদি কৈ খরদি অদুম লৈবনি। অদুবু মচিঞ্জাক মরাং কায়বনিনা মীদি শোক্তে। মখোযবু শাউহল্লুদ্রগা লোইবে। ঐদি অহীংদা খোলাদা ইতোমতা লৈবদু নোংমৈ অমা পায়রগা লৈবনিনা থোইনা কিরুদে। নোংমসু কৈ অমনা সজি অহিংবা অমা ফারগা পুরকপদা ঐনা নোংমৈনা ব্লেংক ফয়ার তৌবদা কৈদুনা সজিদু হন্দোক্লল্লগা চেনখিবদগী ঐনা সজিদু হাৎলগা শেল্লগা মৈদা য়াইথোক্লগা থমদুনা থা অমরোম চানে" হায়না তম্মী।

নেপালি বহাদুরদু মখোয় অনীবু তুরেলদা থনম্লগা অমুক হনখ্রে। মেরীগা বীমোলগা ঈরুজবদু নঙ হান্না লুজৌ, নঙ হান্না লুজৌ হায়না ইম্নদুনা গুইহাক লৈরে।

বীমোল, মানা হান্না লুজনবা তুরেলদা কুমথব্রে। মেরীনা বীমোলগী ফজবা মশকপুদি নুংতিগী উব্রবসু, ফজবা ফি মনুংগী শবান-মুর্ত্তিবুদি ঙসিগীগুম্না উদ্রি। মখোয়দি নুংতিগী ইমুংদা বাথ রুমদা লুজবনি। ঙসিদি বীমোলগী ফজবা ফিভম-মুর্ত্তিদু ঈশিং চোংলগা উবদুদদি অমুক্কা হেন্না ফজরে।

মেরীনা মতোমতা খঞ্জরুই, "ঐসে কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো? ওজা বীমোলবু ঐগী ওইবা ফংজবসি ঈশ্বরবু ঐনা থাগৎফম থোকই। ঐগী ইপানা ঐখোয় অনীবু লম কোয়রুসি হায়না পুবীরকপসে অসিগুম্বা পূক্লিংগী অপাম্বা হেন্না ময়েক শেংননবা পুরকপা ওইগনি। "হোনিমুন" হায়বদু মসি ওইবতাই। মসি খন্দুনা কেমারাদু পায়রগা বীমোলগী ঈরুজবগী শকফমদু ফোটো লৌই। বীমোল থবাক্তা মতু খরসু হৌই। থীক-থা, য়েংবদা নুপাদা নুপা মান্না ফজে। নুপাশিংনা নুপীশিংগী ফজবা উরগা ফজে হায়। অমরোমদা নুপীশিংনসু নুপাশিংগী চুং-ফিরাল চাবা, মশা-মউ ফবা উরগা কল্লকপা মশানা তাবনি। মচিন্দা ফজে হায়না ফোঙদোকপা ঙমদ্রবসু থম্মোইনুংদদি লৈবা ঙমজদ্রিবনি। মেরী কেমেরাদু থাঙ্গৎলগা স্মাইল হায়রগা হন্না-হন্না ফোটো নম্মী। মেরী ঙসিদি বীমোল উবদা মীৎফম হোংনীংদ্রে। বীমোল ঈরুজবা লোইদুনা মফি হোংদোকখ্রে। মেরী অমুক লুজগদৌরে। মেরী নোংমতসু মফি য়াওরগা ঈরুজবা হৈরক্তবনা মফি হোংদোকপদু ইকোই-কোইবগুম তৌই। মাগী হৈনদবা মতৌদু উরগা বীমোলনা লক্লরি। মেরীনা ফিদোল চিংখৎলগা শেথলিবা ফিজেত্তু মওং কয়া তাদ্রে। বীমোলনা নোক্লগা য়েংলুবদা লাউরকই।

"নমায়দু খুমজিল্লু ইকাইজৈ।" বীমোল মমায়দু খুম্বা শারগা মখুত্তু ইরল-লম্না খুরক্কী অহোবদা মেরীবু য়েংই। মদু উবদা মেরী অমুক শাউরকই। মেরীগী মতৌদু উবদা বীমোল কেমেরা পায়রগা ফোটো নমগে তৌই। মেরীনা ইকায়জৈ নমগনু, নমগনু হায়জে। বীমোলসু য়াদে, ফিলম অম'নী নমথোকখ্রে। ঐদি মদু চাম্বা য়ারোই, শেগায়গনি হায়।

মেরীনা ভৌরবা মমায়দা শাপোন ভৌরোক ভৌনা নোইবদু উবদা বীমোল মিকুপ্তুদা থাজনা শোমদলগী ঈশিংখোঙদা তৌখিবদু নীংশিংলকই। নীংশিংবগী বাখল অমনা অনৌবা থৌদোক অমবু নমহৎকে তৌরকই। কাউনবা করি তৌসিগে খল্লকই, মেরীগী অনৌবা বাখল অমমুক থিবকই।

কদোমদগীনো বীমোল মেরীবু লক্লরগে খল্লুরে।

"ঙসাইগী কৈদু নতুংদা লৈরে" হায়রুরে।

"হো! ইমা!" হায়রল্লগা মেরীদু পাইবগুম বীমোলগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লগা বীমোলবু চেৎনা কোল্লি। থাদোকউ হায়বা য়াদ্রে। বীমোল মেরীগী অচোৎপা মফিনা কোনবদুদা মাসু য়াওনা চোৎলে। নুংশিনা মেরীগী লাইবক্তা চুপ্লী।

"ঐ লৈরিবসিদি, ঐসে নঙগী নুপানে, নঙবু ঙাক-শেন্নবা লৈরিবনি।"

মেরী মতুং ওন্থোক্লগা য়াম্না কিনা য়েংলুবদা কৈদি লৈরমদ্রে। বীমোলদা মতাং চাদনা ফাগী তৌবগী ওইনদুনা মশমদু মখুৎ অনী পায়রগা চিংলুরে।

বীমোলনা কাউগে হোৎনরিবা থাজগী বাখলদু মেরীনা মখুৎ অনী চংদুনা পায়রগা চিংবদুদা অমুকসু থাজবু নীংশিংলক্লে।

মেরীনা বীমোলগী মশম থাদোরকপা মতমদদি বীমোল তশেংনা কপ্লে। মীৎলুদা পিরাং শিন্থবা উবদা মেরীদু বীমোল তশেংনা মশম চিংবদা নাদুনা কপ্লিব্রা নৎত্রগা মাগী মকোক কায়খিবদু মশম চিংবদা শোকখ্রব্রা খল্লুরে। মেরী তশেংনমক নুংঙাইদ্রে।

"ওজা! ঐ লানখ্রে, নঙগী কোক্তা অনাবা অমা লৈবদু ঐ কাউরুরে। ঐবু ঙাকপীয়ু।"

বীমোলনা করিমত্তা খুমদ্রবদুদা মেরী মথ্বায় কয়া নুংঙাইতনা হন্দকমুক্তি বীমোলগী মনাক য়াম্না নক্না লুজরে।

ঈরুজবা লোইরগা মফি-মরোল হোংদোক্লগা মখোয় অনী ঙসাইগী লম্বীদুদা লাকমিন্নরে।

খোলা য়ৌরগা বহাদুরনা চা লোল্লগা মখোয় ময়াম চা থকমিন্নে। নুমিদাংগী চাক-ঈশিং থোংনবা অমুক হোৎনবে। মেরীসু চাক থোংবদু য়াওই। নেপালি বহাদুরগা মখোয় অনী চংদুনা থোংবা চাক্তু লোইরগা চাক থিবা, এঞ্জাং হাপ্লা লোইরে। মখোয় মঙা খোলা মনুংদা চাক চারি। য়াম্না নক্না লমহুই খরা মখোল হৌনা পুল্লপ হৌনরগা খোংলকপদুদা মেরীদু ঙসাইগী কৈদু ওইরবোই নীংদুনা বীমোলদা চাক্না করিগা কোনশিল্লি। খাশিন্না মচাগী মতৌদুদা থোইনবু নুংশিরুরে। মচানা বীমোলবু নুংশিজবসি মদুদা খঙই। হেক পোকপা মপা মাবু কাউরগা লমলানবা বীমোলবু হেন্না থাজখ্রেদো! মসিনি সংসারগী চৎনবী।

চাক চাবা লোইরগা তূম্নবা অমুক হোৎনরে। ময়াম মাগী-মাগী শেম্বা ফমুংদা তূম্বা চংনখ্রে। মেরীগা বীমোলগা থংননা তূম্মী। মেরী তূমথবগা মমঙ অমা মঙলে। ঙসাইগী ঈশিং খোংদুদা ঈরুজবা চৎপগুম তৌই। বীমোলগা লোইননা চৎপনি।

ঈশিংখোং য়ৌরগদি বীমোল মাগী মনাক্তা লৈরমম্রে। কদাইদা চৎখ্রবনো হায়না নুংশা থিদুনা কোয়েং য়েংই। বীমোলবু কৈ অমনা মতুংদা কম্না তাম্লরকপা উরে। ঙসাই মানা মেরীদা মচিন থিদুনা "ঙসাইগী কৈদু নতুংদা লৈরে" হায়খিবদুগী কৈদুনা শাউবদগী তৌরিবনি হায়বগুম বীমোলবু কৈদুনা লুশমদা লাকদৌরে। বীমোলসু লৈজবী থাদুনা চেল্লি। কদোমদগীনো ওঝা অহোদু নোংমৈ অমা পায়রগা কৈদুদা এইম তৌদুনা লৈবা অমুক উরুরে। মাসু নোংমৈদু কাপ্লদি·শুককাপ কাপ্তে।

মেরীনা লাউরকই, –"ওজা অহো! নোংমৈদু অমুক্তা কাপ্লীয়ো।"

অদুবু ওজা অহোদি নোক্লগা করিসু থৌশাদনা লৈবা উরে।

মেরী কপ্ল-কপ্লগা, –"ওজা অহো! ঐ নঙঙোন্দা ইপানা লুহোংগনি হায়খিবদু য়ারগে অদুবু ঐগী নুংশিজবা ওজা বীমোলগী থবায়দদি অমুক্তা কনবীয়ো!"

মমগুদা লাউবদু তাইবংদা লাউরকপদগী বীমোলনা মশা নোমদুনা হৌদোকই। মেরীগী মীৎলু অনীদু পিরাংনা পুমচোৎ চোৎলে। থবাক্তা মিহুলদু দং-দং হুল্লি। অহীংদা মগুখিবা মগুদু তমগদবসু মী ময়াম অমসু তুম্লি। চোংলিবা থবাক্কী মীহুলদু বীমোলগী মখুৎনা নম্লগা য়েংহল্লি।

বীমোলনা খল্লি, –"ঐনা ঙসাই মেরীদা লরুখিবদু য়াম্না চুমদবা ওইরম্লে। মাদি নুপীনি, অদুক কিগনবা নুপী ওইবীদা ঐনা কবিগী ফাগী তৌরুরিবা? ঙসাইগী থৌদোক্তু মমগুদসু থোক্রম্বা তারে।" মেরীবু হেন্না-হেন্না নুংশিবক্তুনা চেৎনা কোল্লগা তুম্বা থেমহল্লি। অদুবু মেরী তুম্বা যাদ্রে। মা যাম্না কপ্পিংলক্লে। লোন্না মীৎলুদগী পিরাং লেপ্পা লৈতনা শিহুদুনা লৈরে। মানা কপ্পিংলুবগী মবমদি ওজা অহোদা হাযখিবা, -"ঐ নঙোন্দা ইপানা লুহোংগনি হায়খিবদু য়াবগে অদুবু ঐগী নুংশিজবা ওজা বীমোলগী থবায়দদি অমুক্তা কনবীয়ো" হায়রম্বদুগী ওইবমগদবা মাল্লি। থম্মোই শেংবী নুপীশিংনা মাগী মপুরোইববু কয়াগী মতিক নুংশিজে হায়বদু মসিনা তাক্লি। য়ুমদগী তাম্না অসিগুম্বা চীংনুং-মানুংদা চিক্লা অহীং লেনবা মতমসিদা নুপী ওইবীশিংগী অশেংবা থম্মোই থোরকই। মখোয়না নুপা ওইবগী মতেং য়াম্না পামজরকই। মনাক্তা মাগী ওইজবা নুপা অমনা পাম্বোম তিংবীরিবমখৈ মখোয়গী পাঙ্গল শক্তি বাংই। অসিগুম্বা মতমদা নুপানা য়াম্না কিগল্লবদি নুপীশিংনা নুপাদুবু পাম্বা, নুংশিবা হুম্বরকই। নুপাগী অশেংবা মগুণ য়েক্লবগা মায়োক্লবা মতমদতা খগুই। মেরী বীমোলগী মথাদা চেৎনা কোল্লগা অমুক হন্না তুমথম্রে।

চীংগী উচেক খোংবগী মখোল তারক্লে। নোংঙাম্লে। খোলাদগী পঙলাপ-লাপ্তনা ইনা কুপ্পা য়ুম তরামুক তাবা উই। মখোয়দু করি পাম্বী থারগা কদাইদগী কমদৌনা চারিবা? চিন-য়া শেংবা লোইরগা বহাদুরনা লোনবা চাদু কপ অমমম থকমিন্নরে। থাশিমগা ভিনিশাগা অনীদি থবক মফম য়েংবা চৎখ্রি।

বীমোলনা মেরীদা হায়রকই, – "ভরাংগী তুরেলদুদা ভসিসু ঈরুজবা চৎলুসিরা?"

"ওজা! মদু পল্লকনু! ঐ হৌজিকসু কিবা লোইদ্রিবনি।"

"ঐ য়াওরিসিদি?"

"নঙবু কৈদুগা খৎনবা ভমগদ্রনে?"

"খৎনদৌবা নত্তে, ইতাও শান্নসি হায়গদবনি।"

"এ! নঙবু কৈ মরোল খঙব্রা?"

"অদুবুদি পৃথিবীদা লৈরিবা জিব খুদিংমক মাগী-মাগী হৈনবী, শাজৎ, বাখলদু ঐখোযনা য়ান্না কুপ্না থিজিল্লগা নৈনববদি বারী শানবা লোইনা য়াফম থোকই।"

"ওজা! নঙসি লুর-লুববা বা ভাক্তা ভাঙই।"

"য়েংউ, মেবী। ঐ বা অমা হাযগে? ঐখোয মীওইবনা জিবা অতৈবু য়েরুবা বাখল য়াওদবা ওইনা লৌই। হায়বদি কৈ অমা, শাওম অমা হেক উবদা মখোয়বু মীগী য়েন্নবনি খন্দুনা নোংমৈনা কাপ্লগা হেক্তা হাৎলি। লিল অমা থেংনবদসু য়েরুবনি খন্দুনা হেক্তা হাৎলি। অদুগা নুংতিগী ঐখোযগী অহাউবা চিঙ্গাক থিবদা জঙ্গলদা নীংতম্না হিংদুনা লৈজগদবা সজি, খারশা, শাবেং থিবগা হাৎলি। মসিদা মখোযনসু ঐখোয় উবদা মখোয়গা লম্বা পাবা য়ারোইদবা, মখোযবু উবগা শোয়দনা হাৎলকদবা মী হায়বা অশিংবা শাদু লাক্লে, ঐখোয ভসি শিবা শোযদ্রে হায়না খল্লম্লেইদ্রা? অমুক্তা হায়য়ুনে? মসিবু চুম্না হায়বনি? মখোযগা ঐখোয়গা অনীগী মরক্তা লাপ্লিবসি কনানো?"

"ওজা! নঙগী বারীসি য়ান্না নুংশিবা বানি।"

"মখোয়সু নঙগা ঐগা লুহোংলগা য়ুম পানমিন্নবগুম, লাব-অমোম অনী, অনী জুরা-জুরা য়ুম পানমিন্নবা যাওরিবনি। তু! য়েংউ, হায়বিঙেদা লমখুনু অনীথক উশা অমদা তোংলিবসে উরব্রা?"

"উরে।"

"মখোয় অনীসি মতৌ মনাওনি। মসিবু কনাগুম্বা অমনা নাওরিনা কাগুনা অমা হাৎপিগ্রবদি লৈহৌরিবা অমদুগী পুন্সি করি ওইগনি? ঐখোয় অনীসু চপ মান্নে। ওরাংগী কৈন্দুনা ঐখোয় অনীগী মরক্তগী অমা ফাদুনা চাগ্রবদি লৈহৌরিবদু করি ওইহৌগনি!"

মেরীনা বীমোলগী মচিন্দু মেল্লি।

মখা তানা বীমোলনা হায়রকই, —"মসি পূন্নমকসি খল্লুরগা নুংশিদ্রা হায়বনি?"

মেরীদু উংলগা ঙাইহাক লৈ।

"অদুন্না হায়গনু ওজা! ঐগী মবুক য়ান্না বায়" হায়রকই।

বীমোলনা মখা অমুক তারকই, —"অদুনা মেরী! জগৎ সংসারসিদা লৈরিবা লেংলি-পাল্লিবা খুদিংমকসে নুপা-নুপী, লাব-অমোম লোইনা খায়রিবনি। জিবশিংবু লুনা-চান্না তৌবীবা অমদি নুংশিবা হায়বসিনা খ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্মনি।"

মেরীদু চীংদদি অচৌবা শা হাৎলগা চাবনিনা, অচৌবা পাপ অমা তৌরমান্নে হায়না খল্লি। মা মখা তানা খুন্নকখিদ্রে। মাগী পূক্লিংবুসু বীমোলনা ওনহনবীগদৌরে।

খাশিমগা ভিনিশাগসু থুংলরে। অয়ুকী চাক্তু বহাদুরনা থোংবা লোইদুনা লৈরে। ময়াম পূন্না ফন্নগা চাক চামিন্নরে।

চাক চারিঙৈদা খাশিন্না হায়রকই, —"ঐনা নখোয়বু য়েংহনগে হায়না পুরকপদি শিলোই পাৎনি। মফমদু ফাওবা চৎলগা পাক্তুগী ফজবা অমুক য়েংলুরসি। নখোয়গী কেমেরাকাদু কাউরমগনি।"

থারী তৌনা-তৌনা চাক চাবা লোইহ্রে। চাবা লোইরগা মেরী কোল-লিক ফেংবা, চাম্বা য়াওই। বহাদুরসু মাগী মথৌনি খন্না তৌরি। কোল ফেংবা, চাম্বা লোইরগা মেরী, মফি-মরোল শেংপা লোইহ্রে। পুগাদবা পোৎ-চৈ অম'মা হাপ্পা লোইহ্রগা বীমোলনা মঙক্তা কেমেরাদু য়াল্লগা জিপ্তা মখোয় অহমক কাখৎলে। ভিনিশানা জিপ্তু চীংগী অঙম্বদু হৈ-শিংনা লৈ-লৈদুনা থৌগৎলকই। চীংদোল য়ৌরগা হেক লৈথোরকপদা মীগী মখোঙ মানবা ঈমু-মুবা মচুগী ঈশিং লৈবা মিটর চনিরোম শাংবা চাম্মরোম পাকপা খোঙগী খোঙদোন অমদি খুনীংগী মওং য়াম্না মানবা পাক্তু উবা হৌরে।

খাশিন্না মচানুপীদা খুদোম্বীনা থিল্লগা পাক্তু তাকই, —" মসিনি শিলোই পাৎ হায়নরিবদু! ঐখোয়গী ষ্টেট নাগালেন্দদদি পাৎসিগী মমিং চৎপনি। নখোয়না হোৱেন পাৎ অসি য়েংবা চংবদা পাৎকী ঈশিং শোক্লুগনু। পাৎ অসি লাইগী পাৎনি হায়বনি। লুবসু লেপ অহমগুম্বা লুই হায়বনি। থায়নগী থাজনবীদা পাৎসিদা লাইশিংগী ময়ুম

লৈরম্বনি হায়। হৌজিক্তি মখোয়গী মতম লোইথিবদগী মখোয় লোইনা মনুংদা লোক্নুনা লৈরম্ববনি। হয়েং মখোয়গী মতম লাকপা কান্দা মখোয় অমুক হন্না থোরকখিগনি হায়বগী থাজবা লৈবনি। পাংথসিদা ভাসু য়াম্না লৈবনি। অদুবু ভাশিংদু কন্নানসু লাইগী থবায় ওইগদ্রা কিবদগী ফারগা চানদে। ঈশিং মচুসে উরেদনা?"

মেরীনা হায়রকই, —"ইপা! ঈশিং মচুসি ফোটো নম্বদা মুনা তাগদ্রা?"

"অদুমদি ইপাদি খণ্ডদ্রে। নন্নগা য়েংউ।"

"ফোটোদা তারবদি ইমাবু যেংহনগে তৌবনি।"

ভিনিশানা লৈ-লৈদুনা থৌরকপনা জিপ্তু খুল মচা অমগী মনাক য়ৌরে। খুল মনাক্তা গাড়ী থাম্নগা মখোয় গাড়ীদগী লোইনা কুমথরে। ভিনিশাগা খাশিমগদি হান্না কয়ারক হন্না যেংগ্লবনিনা পাত্তু থোইনা য়েংনীংবা পোক্লুদ্রে। খাশিম মচানুপী অমদি মমাক্কী মাঙ থাবগা পাত্তুগী মনাক তানা পুশিল্লকই। পাংকী অরাং থংবা চীংমায়দুদি খুল অনৌবা তাবিবা মীশিংদুনা চীংফৌ থানবা লোইনা কোকথোক্লে। যণ, ইরোই খরসু চীংদা কাদুনা শজিক চাবা উই।

খাশিমদি মচাগা মমাক্কা মফমদুদা থনম্লগা জিপ লৈবা মফমদুদা অমুক হনগ্লে।

মেরী পাত্তুগী খরা হাইদোক্লগা নোংচুপলোমদা হৌরিবা মপাল হঙ্গামপাল শাংপা উপাম্বীশিংদু লাপ্না উবদা উপালশিংদুনা হাই হম্বদুদা কয়াদি ফজকরে। মখোয় অনীবু মফমদুদা চংঙকথো হায়না কৌরিবোই খল্লুবে। নুংশিংনা হুম্লকপদা নুংশিবা লৈগী মনমসু ফাওরকই। বীমোলদা মেরীনা হায়জরকই —"উপাম্বীশিংসিগী ফজবসে হান্না চংলগা ফোটো অমুক্তা লৌরুসি।"

পাং য়েংদনা নোক্তুপ পাংনা চংশিনখ্রে। ভসাইগী খুলদুগী লৈশা-পাথং ওইরমাগ্লে। মখোয় অনীখক মফমদুদা নুংশি চিপ্লোক্লদুনা লৈবা উরুরে। মখোয়না ফন্নিবদু নুঙপাক অমগী মথক্তনি। মফম অদুবাইদু মথক্তা শাংথলিবা হঙ্গামপাল মচুগী লৈশিংদু চাইনা চাইনা তারি। হেক য়েংবদা শান্তিগী বন অমগুম্না উরি। মতুং ওহোক্লগা চেংনা কোম্নরিবা অনীদুবু বীমোলনা লাপ্না চিংলগা ফোটো নমগে তৌই। মেরীনা তৌরুগনু, মখোয়না খণ্ডলগা শাউরবদি কিজে হায়। অদুবু লাইবক ফবনা মখোয়নদি ফোটো নন্নিবদু খণ্ডখিদ্রে। কোন্না মখোয অনীবু উবদা ইকায়রমাগ্লে, চীংনুংলোমদা মখুৎ শন্নরগা চংশিনখ্রে।

মেরীনা খল্লকই, —"হৌজিক্কী অনীদুবু মীবা নংত্রগা লাইরা? ভসাই ইপানা হায়বা পাংকী লাইদু মখোয়দুবু ওইবমগদ্রা? মফমসিদা মখোয় অনী কদাইদগী লাক্লগা

লৈরম্লিবা? মখোয়না মী ওইরবদি ঐখোয়বু কিফম থোক্কে। ঐখোয়দি অতোপ্পা মফমদগী লাকপনি। করিগীনো মখোয় অনীনা চীংনুংদা মখুৎ শম্নরগা চংথ্রিবা?"

অবাংবো উপালশিংগী কারক্তা হৌরিবা চীংগী উরৈ কয়াসু মনীং তম্না শাথলি। লৈনম্নসু পূক্লিং হরি। মখোয় অনীসু মফমদুদা লোম্না নুংশি চিম্লোক্লরম্মী। চীংদা লৈবা উচেকশিংনা মনীং তম্না উশাদা তোংলগা খোংলি। য়েংখি-য়েংখিবদা পেনবা নাইদবা য়েংলিমখৈ ফজবা মফম হায়বদু ওইরম্লে। মেরীগী পূক্লিংদা অশেংবা অমা খঙনীংদুনা বীমোলবু ঙসাইগী নুপা-নুপী অনীদুনা ফম্লম্বা মফমদু তানা মখুৎ শম্লগা পুরগা লাকমিম্নরে। মখোয় অনীসু ঙসাইগী অনীদুনা ফম্লম্বা সৈজাগুম্না শেম্লবা নুঙপাক মথক্তদা ফম্লুরে। মখোয় অনীনা নুঙদুদা হেক ফম্বগা খোইথুম্নরবা মনম অমা নতোন্দা ফাওরকই। উথক্তগী লৈরাং থরসু মথক্তা কেম্লকই। মখোয় অনীমক্কী পূক্লিংদা ঙসাইগী হান্না ফম্লম্বা অনীদুগী ৱাখল লাকপগুম তৌরে। মখোয় অনী ভাব ইতা-তাহৌদনা অমনা অমবু কোম্নদুনা চিম্লোক্লবা হৌথ্রে। ঙাইহাক মিকুপ খরা তরং অমদা লৈরুরে। মখোয় অনীনা জ্ঞান তারকপদা ঙসাইগী নুপা-নুপী অনীদু অমুক ফুৎ ফাওদোরক্লে। বীমোল অমদি মেরী ইকায়দুনা ফমফমদগী ফুক-ফুক হৌগথলি। অনীদুদি মখোয় অনীগী মতৌ য়েংলগা নোকই। তশেংনা মখোয়না ফম্লুরিবা মফমদু "চিম্লোক্লফম" হায়বদি পূক্লিংদা খঙহৌদনা ইথিল পীবা মফম ওইরবজাথনি। ঙসাইগী অনীদুদি মদু খঙবদগী নোকপা ওইরম্লে। মফমদু পাৎতুদা লৈবা লাইশিংগী উনফম, নুংশি চিম্লোক্লফম মফম ওইবা শোয়দ্রে হায়না খল্লগা মখোয অনী পাৎলোমদা মীৎয়েং থম্লগা অমুক কুমথরক্লে। মখোয় অনী ৱা অমত্তা ঙাঙনদে। পূক্লিংদা চিংনবসু কোক্ত্রি। মখোয় অনীনা তৌকরিবা থবক্তুসু করম্ননো ভাব তাদ্রে। নুঙদা ফমথবগা ফাওরকখিবা নুংশিবা মনমদুসু কাউবা ঙমদ্রি। মখোয়না তৌকরিবদু করিনো হায়না খল্লুবদা ইকায়বা পোক্লকই। মেরীনা তুং হম্না অমুক য়েংথোকখিবদা ঙসাইগী অনীদু মফমদুদা হান্নগী ফিভমদুদা অমুক হঞ্জিল্লগা লৈহৌরে। মখোয় অনীগীদু হায়ফম-তম্ফম খঙদবা মনম, অমদি নুঙদুদা ফম্বদা ফংলিবা মহাউদু কাউবা ঙমদবা মাল্লি। মদু উবদা মেরীদু তরং চৎপগুম তৌই।

অসুম কুমথরকপনা পাৎ মপান য়ৌবক্লে। পাৎ মপান্দা ফোটো নম্নবা শেম-শাই। বীমোলনা মেরীগা পাৎকী ঈশিং মচুদুগা পুম্না নম্নীংবদগী খরা লৈথোক-লৈশিন তৌনবা হায়। মেরীদি মশাদু তরং অমা ইচৎ-চথলি। কদোমদগীনো মেরীনা লেপ্লিবা নুঙপাক্তুগী মখাদা হংঙোই অমা লৈরম্লবজাথনি। ৱানা নুঙ মখাদগী থোরক্লগা কম্না খংচোং চোংথোরকপনি। মেরী থংবদগী চাকেশাং মৱোলদা "ইমা!" হায়রম্লগা পাক্তুদা তাশিনখ্রে। বীমোল কেমেরা লৈমায়দা থুনা থনম্লগা ঈশিংদা চোংথখ্রে। মেরীবু কোম্লগা

লৈরায়দা য়াম্না থুনা চিংখৎলক্রে। মেরীদু পাৎকী ঈশিং খরসু থকখ্রে। মখোঙদসু তিনফা খরা চিক্লম্লে। মাদি পাখৎপনা লোইরে। বীমোলনা তিনফাদু মতিন খরা মখুত্তা তৈরগা লৌথোকপীরে। মেরীগী পুক্লিংদা চিংনবা পোক্লকই, –"পাৎসিদি লাইগী পাৎনি হায়বনি, মসিগী ঈশিং শোক্লুবা ফাওবা মী শি হায়রগা মাদি থক্লুরে। ঐ শিবা তারবা।"

পুক্লিং ব্রাবা ব্রাহৈনা হায়রকই, –"ওজা! ঐদি পাৎসিগী ঈশিং থক্লুরে। ঐ শোয়দনা শিরগনি। ঐ শিরবদি ওজা নঙ কনাগা যুম অমুক পানমিন্নদুনা লৈহৌগনি? ঙসাইগী নুপা-নুপী অনীদু পাৎসিগী লাই ওইরমগনি। ঐখোয়না মখোয়গী অনীংবা-অপাম্বা থুগায়রুবগী দন্দি শোয়দনা ওইগনি। ঐদি য়াম্না কিরে ওজা।"

"হেরো, মেরী! নঙ ব্রাখল য়াম্না পীকমনখ্রে। ঐসু নঙবু কন্নবা হোৎনবদা ঈশিংদা চোংথখ্রিবদুদি? ঐসু ঈশিং নঙগা চপ মান্ননা থকখি। ঐখোয় অনী চপ মান্নে। মতম কুইনা লমসিগী মীনা থাজনবী অমদগী কিবদগী ঈশিংসিবু পায়বা, থকপা, চাবা তৌরুদবগী ব্রানি। সাইন্সনা ঈশিংসিদা করি মচল য়াওবগে হায়না টেষ্ট তৌদুনা য়েংলবদি লায়না খঙগনি। হু চেনবা ঈশিং ওইরবদি ঐখোয় অনীগী ঈশাদা হৌজিকমক সিমতোম লাকফম থোকপনি। মনুংদা ঙা, হঙোই, তিনফা লৈরিবসি, মখোয়সু জিবনি, শ্বর হোল্লিবনি, মখোয়গী থব্রায়না মীগী থব্রায়দগী হেন্না কনবা নত্তে। নঙ করিমক্ত চিংনগনু। শিরবসু ঐখোয় অনী পুন্না শিগদবনি।"

"ওজাদি ঈশিং থক্তবনিনা শিরোই। ঐনা ব্রাবদি ঐ শিবগী নত্তে। ঐ শিরগা ওজানা নতোমতা ব্রাহৌগদবদুগীনি। ঐ শিরবদি ওজা! নঙ ঐগী ইনাও প্রেসিলাগা অমুক লুহোংউকো।" কপ্না-কপ্না থম্মোই শোক্লা হায়রকপনি।

মেবী! নঙনা অদুক য়াম্না চিংনরবদি ঐ পাৎসিগী ঈশিং থক্কে। মসিনা নঙবু থম্মোই শেংনা নুংশিবগী খুদম উৎকে।"

ব্রাহৈদু হায়রগা বীমোল পাৎকী ঈশিং থক্কে তৌই। মেরীনা মখুৎ পায়রগা খাম্মী।

ব্রাখলনা শোম্বরবা মেরী মশাদু পুমচোৎ-চোৎনা বীমোলগী লেংবান্দা কোল্লগা খাশিন্না লৈহৌবা মফমদু তান্না লাক্লে। অঙকপা, অনৌবা পুন্সিদা অমুক্তা থেংনদবা থৌদোক খরনা মেরীবু কয়াদা ব্রাহনবীরবা!

মখোয় অনীনা ইচোৎ-চোৎনা লাকপদু উবদা খাশিন্না হায়রকই, –"নখোয় অনীদি কদাইদা তারুরে?"

বীমোলনা থোকখিবা অশোয়বা থৌদোক্লুগী মরমদা তম্লে। মেরীবু অকংবা ফি হোংদোকহল্লে। মা মশাসু ফি অকংবা হোংদোক্লগা চোৎলুবা ফিদু নুংশাদা

ফৌদোকই। মেরীদি হিক্লা-হিক্লা মা শোয়দনা শিরগনি খন্দুনা কপ্পি। থবাকী মিঙ্গনসু দং-দং চোংবা লেপত্রি। খাশিমসু লাইগী বারী ওইবদুদা চিংনবদি অদুম লৈ। বীমোলনা সাইন্দকী ওইবা বারী কয়া লীদুনা তাহনবদগী থরদি থাজবগুম তৌরে।

বীমোলনা চিংনবদু কোক্লবা লৌশিং অমা পুথোক্লে। চে অমদা চেং-হবাই, থুম, মোরোক য়াওনা দক্ষিনা লুপা অমা হাপ্লগা মেরী হৌরগা মফমদুদা চৎলুসি হায়না পুরকই। মেরীনা তাখিবা মপাদুদা চেদুগী মথক্তা পোৎলমশিংদু থম্লগা মেরীগী মখুৎনা লোইনা শোকহল্লি। বীমোল লাইরোন-তিল্লোনদি খঙবা নত্তে। অদুবু থম্মোই শেংনা লমগী লাইদা মখোয় অনীনা লানখিবা পুম্বা কোকপীরো। মেরীগী থবায় মঙামক, মিগা থানা তরুকমক অমুক পীবীরো হায়না মখোয় অনী পুন্না খুরুম্মী। মসিদগী হেন্না তৌগদবসু লৈতে। মেরীসু বীমোলনা হায়বা খুদিংমক য়াম্না থাজনা ইল্লি।

জগৎ সংসারসিদা শিনীংবা মী লৈবা হৌনদে। লাইফাওবা শিনীংদে হায়রিবনি। অদুগী মথক্তা মখোয় অনীদি য়ুম পানবসু থা অনীরোমদা ঙাইরিবনি। লাই খুরুম্বা লোইরগা মেরীগী পূক্লিং খজিক্তুং ফাথরগা লাকমিন্নরে। বীমোলসু পূক্লিংদা করিগী চিংনদনি। অদুবু মাসু মেরীনা থরহেন্না বাজবা মতৌদুদা মাসু শিরগদ্রা হায়না চিংনবদগী অকিবা বারী ঙাক্তা শারুরগদি মেরী বাছখিবসু য়ারিবনি। অদুনা মাদি রোল খরা লৌনবা কন্না হোৎনবনি।

ঙাইহাক ফৌরিবা ফিদু কংবা ঙাইরগা পোৎ-চৈ লোইশিল্লগা জিপ্তা হাপকৎলে। বাখল ইনুং-নুংঙাইফম খঙদনা শিলোই পাৎ য়েংলুরগা মখোয় য়ুম্লোমদা মায় ওল্লক্লে। অঙম্বা চীংমায়দু জিপ্তুনা লৈ-লৈদুনা কাখৎলকপনা চীংদোল য়ৌরে। মেরী জিপ্তুগী পাত্তুদা ওল্লগা হন্না অমুক য়েংলকই। পূক্লিংদা খঞ্জরুই, —"অশুক মবুক তম্পী, ফজখ্রবী শিলোই পাৎসিনা ঐবু করিগী শাউফম থোকপগে? মাগী মফমদা ঐ করিসু লানখিদেনা। হে! পুকতম্পী ইমা! চীংনুংদা নদোম লোৎলগা কর্না খঙদা-কনা উদা লৈজবদো নঙগী নপাউ তাবদা নচানা নঙবু য়েংবা লাকচবদা নথানুংদা লুপ্লুরে। নচাবু বারৌবীনুকো! তাইবং শিষ্ঠা মতম থরদি পাঙজখিগে?" লাপ্না পূক্লিংদা খুরুম্মী।

থংনবা মিকুপ্তগীদি চীংগী চীংগোলদু লাঙ্খোরক্লে। মেরীনা বীমোলগী খুদাংদা ঘড়ী শিবা উদ্রে। —"ওজা! নঙগী ঘড়ীদি?"

"ঐনা হন্দোক্রম্নে।"

"কদাইদা? করিগী?"

"নঙ মদু হংলকন্নু।"

"হংবা য়াদব্রা ওজা?"

"য়াদে। নঙগী থবায়গা ঘড়ীদুগা শিন্নদুনা ঐনা পাত্তুদা থাধরম্লে। নঙ হৌজিক করিমত্তা নুংশা থীরব্রনু। ঐনা খুদম য়েংবদা লাইশিংদুনা শাউহৌদ্রে।"

"অচুম্বগীরা ওজা? ঐ শিররোইদ্রা? লাইশিংদু শাউদে হায়বা?"

"অচুম্বনি, নঙ শিররোই।"

মেরী, বীমোলগী মখুত্তু চেৎনা পায়রগা মথাদা থম্মী। বীমোলগী সাইকোলোজিকেল ট্রিটমেন্টতা মেরীদু থবায় বাবা খরদি ফরে।

নুমিদাংবাইদা ঙরাং অহীং লেকপা খাশিমগী খোলাদুদা অমুক থুংলে। মফমদুদা চাক-ঈশিং চারগা অহীংদু পোখারি। মেরী অহীংদা ওক-ওক তোয়না তৌবা হৌরকই। খাশিম অমদি ভিনিশাদি মানা ঙসাই পাত্তা তাশিনবদা ঈশিং থকখিবদুনা ওইগনি হায়না কন্না চিংনৈ। মেরীসু মদুগী মরম্না ওইগনি, মা শোয়দনা শিরগনি হায়না পাখথলি।

বীমোলনা মেরীদা হায়, – "নঙনা পঙখন্দা খনবগী বানি। নঙ শিরোই, নঙ অঙাং মীরোনবগী ওনিংবা শোয়দনা ওইগনি।"

"ওজা! নঙদি ডাক্তরসু নত্তনা করম্না খঙব্রা?"

"নঙগী নশাগী বোদি টেম্পবেচর য়েংবদগী খঙবনি। হয়েং লম্বীদা ডাক্তর অমদা য়েংহনসি, হৌজিক্তি তুম্বা থেম্মো!"

মেরী অহীংদু তুম্বা য়াদ্রে। খাশিমসু মচাগী খনবদা তুম্বা য়াদ্রে।

নোংঙাল্লে। মেরী করিসু থোইদোকপা তৌদ্রে। নোঙানবগা জিপ্তু খরা কন্না থৌরগা লাকপনা নুমিদাংবাইদা অখেকব্রাদা থুংলে। মফমদুগী প্রাইমারি হেলথ সেন্টরদা চংদুনা মেরীবু চেক তৌহনবদা করিসু অনাবা লৈতে; অঙাং মীরোনবগী শিমতোম্নি হায়রক্লে। মেবীনা মাগী মপুরোইবা বীমোলবু লাইগুম্বা মীনি হায়না খঙ্গরি। ডাক্তরনা অনাবা লৈতে হায়বদুদা মেরীগী পুক্নিংদা শিররোইদমাল্লে খল্লক্লে। অসুম্না মফমদুদগী অমুক লাকপনা নুমিদাং পুং তরাদা মেলুবিদা থুংলে। মেলুরিগী হোটেল অমদা অহীংদু চাক-ঈশিং চারগা লেল্লে। নোংঙানবগা অমুক থৌরকপনা অয়ুক্কী পুং ৮ দা লোসোম্নি য়ৌরে। মেরী য়ৌবগা মমাবু কোল্লগা পুক্নিং য়াম্না নুংশিনা কপ্পি।

"মামি! ঐসে শিরুবদগী হন্নক্রবনি। ঐ লাইগী পাত্তসু তারব্রবনি। অদুবু ওজা বীমোলনা ঐবু কনবীরকপনি। মামি! ওজা বীমোলবু ঈশ্বরনা ঐগী ইপুরোইবা

ওইহনবীবগীদমক ঈশ্বরবু থাগৎফম থোকই। মানা ঐগী ইপুরোইবা ওইরমদ্রবদি ঐ শোয়দনা পাখতুনা শিগনি।"

অসুম্না থেংনরকপা বারীশিংদু অমমম ওইনা লীদুনা মমাদা তম্মী।

ঙসিদি মেরীগা বীমোলগা লম য়েংবা চৎথিন্নরুবদগী বীমোলগী অশেংবা শক্তম অমসু মেরীনা চপ-চানা খঙবা ঙম্লে। মদুদি বীমোলনা কৈদৌঙৈদা মাবু থাদোক্তুনা চৎলরোই।

নুমিৎ খরনি লৈরগা কালেন ছুটিগী মতম লোইদুনা বীমোল অমদি মেরী স্কুল কারে। স্কুলগী ফার্ষ্ট তার্ম, সেকেন্দ তার্ম অমদি অরোইবা চহীগী পরিক্ষা মতম চানা-চানা পাঙথোকই। পিক ইংলিস স্কুল নাগালেন্দ ষ্টেটতা মমিং ফজনা লৈবা স্কুল অমা ওইবা ঙম্লে। ওজা অহো চৎথ্রবসু ওজা বীমোল অমদি ওজা দুশাজোনা অঙ্ক অমদি সাইন্স তম্বী। মেরীসু ইংলিস সবজেক্ট অনীমক ফজনা তাকপা ঙম্মী।

বীমোলগা মেরীগা লুহোংবা চহী অমা ফাগদৌরে। মতম হায়বসি করিসু খঙহৌদে। হন্দক্কী খৃষ্টমাস মনুংদা মেরীগী অঙাং উনবগী মতম ওইবা য়ারি। মা মতম খরা ছুটি লৌদুনা স্কুল কাদ্রে। মতম য়ৌশিল্লক্রবদা খাশিন্না মচাগা মমাক্কা পুরগা কোহিমাদা পুন্না লাকমিন্নদুনা নাগা হোস্পিটালদা মিং চম্লে। মেরী নোর্মেলদা মচানুপী অমা পোক্লে। থোইদোক্পা অরুবা য়াওদবনা অঙাং উনবা নোংঙানবগা মেরীবু খুলদা পুরক্লে। খাশিম মাগী থবক মফমদা ড্রাইভর ভিনিশাগা অমুক চৎথ্রি। বীমোল মেরীনা অঙাং চেল্লবনিনা য়ুমগী থবক অম'ম মানা অযাম্বা তৌরি। মচানুপীগী মশক উবদা য়ুমদা লৈহৌরিবা অপোকপী মমা অমদি মনাওদা পাউ খঙহন্নীংই। অদুবু মতম কুইনা থাদোরকপগা পুশালুগী অথিংবা লৈখিবগা মানা পাউ হেক পীরুবদা গাড়ী অমদা মাবু থিবা লাক্রবদি কমদৌবা হায়না খল্লুরগা পাউ পীবা ঙমদ্রে। মেরীনা অঙাং চেনবা থা অহুম হায়রকপদা মচাগী মমিং থোনবগী থৌরম পাঙথোক্লবা থৌরাং লোইরে। খুলগী লুচিংবা, স্কুলগী ওজাশিং লোইনমক বার্তোন তৌদুনা বীমোল অমদি মেরীগী মচানুপীগী মমিং "প্রানে" হায়না থোল্লে। বীমোলনদি মচাগী মমিং নুংশিনা ইবেমহল থোল্লি। খৃষ্টানগী চৎনবী মতুংইন্না ময়াম্বু পীজ-পীথক তৌই। ঙসি ফাওবা য়ুথাল-লম্বীদা চংশিল্লকপদা মখোয় অনী নোংমতা খৎনবা, শাউনবা উদ্রি। মসি মেরীগী নাপন য়াওজদবা অমরোমদা বীমোলনসু মেরীগী য়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈবনা ওইবসু য়াই। মেরীসু বীমোলনা পামদবা থবক-থৌওং অমত্তা তৌজদে। বীমোলগী বাখলদা মণিপুরদা অমুক্তং থোক্তুনা য়ুমদা মমা অমদি মনাওবু উনীংই। মখোয় করন্না লেল্লিবগে

হায়বগী মতাংদা তোয়না খঙনীংলক্লে। য়ারবদি মেরী অমদি মচা পুরগা পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তি মণিপুরদা লোইশিন্নীংই। মানা খনবদা মতম অমদা মানা দাইরেক্তরগী মচানুপী থাজমানবী ফারুবগী ব্বাথোক্তু মতম শাংলক্রবনিনা অয়াম্বা কাউনরম্লগদ্রা হায়বিসিনি। অমরোমদা পুশালুগী অকনবা দন্দিদুসু থম্মোই শেংনা খুলগী ওজা ওইদুনা সেবা খরদি তৌরবনিনা থাদোকপীবা য়ারে। মানা খনবদা থাজমানবীসু শোয়দনা ময়ুম পাম্লম্লগনি হায়বসিনি।

পাউসু লৌফম লৈতবনা খনবমখৈ খল্লুরগা অদুম তোক্লে। হৌজিক্তি মতোমতা লোম্না চেনবসু মেরী অমদি মচানুপী প্রানে য়াওরবনিনা য়াররোই।

বীমোল মেরীদা মতম খরদি মণিপুরদা লৈরুসি হায়না হৌদোরকই। মেরী য়ারক্লেইদ্রা খল্লুবনি, অদুবু মানদুম হেন্না হরাউবগুম লৈরুসি হায়রক্লে। মেরীবু মণিপুরদা পুবা তারবদি মৈতৈগী চৎনবী, চাকচা-য়ুথক, ফিজেৎ খরদি তম্বা তাই। মদু পুন্নমক্তু মেরীসু হৈনবা তমগে হায়না হরাউনা য়ারে। মেরীবু চিঞ্জাক্তা চেকশিনগদবা কয়া তপ্না-তপ্না তম্বীবা হৌরে। মৈতৈলোন ভাঙবদি হান্নদগী তম্লকপনা ফনা ফজনবু ভাঙবা হৈরে। মেরী মৈতৈ ফনেক শেত্তুনা মৈতৈ চিঞ্জাক চাবা ফজনা তম্লবনিনা বীমোলনা মতম অমদা লীগে হায়খিবা থাজ ফাব্বগী ব্বারীদো মেরীগী মফমদা লীবা হৌরকই। বীমোলদি মদু তারগা মেবীগী পূক্লিং বাগদ্রা খল্লুবনি। অদুবু ব্বারী তাবা লোইরবা তুংদা "অস। ওজা মানা নঙগীদমক খন্দুনা লুহোংদনা লৈরম্লবদি নঙনা মাবু নঙগী নুপী ওইনা লৌবীগদ্রা?"

"হায়! মাদি মশক য়াম্না ফজবী, ইনাকখুনবী, কার থৌবী, ডাইরেক্তরগী অমত্তা তাংনা পোকপীনি। মা পাম্বা মী ভারি অমা লৈবনি। মা শোয়দনা লুহোংদুনা ঐখোয় অনীগুম্না মচা লৈরম্লগনি।"

"অদু লুহোংলম্লবদি ফৈ, লুহোংদনা নঙ হল্লকপা ভাইদুনা লৈরম্লবদি নঙনা ঐগা লোইননা ইচা পুরগা চৎপা মতমদা মানা ঐবু উরগা ব্বাবনা কপকনিকো। নঙনা ঐগা নঙগা লুহোংদ্রিভৈদা ব্বারীদু তাগে লীয়ু হায়বদা য়াখিদবদু ঐ শিগনি খনবগীরা?"

"মানি, ঐনা মতমদুদা নঙোন্দগী হেন্না পামজবা মী অমফাওবা লৈখিদে। মরম অদুনা মাবু থাদোক্লগা নঙগা লুহোংখিবনি।"

"ফরে, অদুদি ঐ বা অমদি হায়গে, নঙনা য়াবীয়ু। হয়েং ঐখোয়না মণিপুর থোকপা মতমদা মানা ময়ুম পান্দনা নঙবু ভাইরম্লবদি মাবুসু নঙগী নুপী ওইনা

লৌবীয়ুকো! নৎত্রবদি মানা ঐবু য়াম্না ৱারৌগনি। নঙনা মদু য়াদ্রবদি ঐদি মণিপুরদা চৎপসু য়াওরোই। ঐ ইতোমতা সুসাইদ তৌরগা শিগনি।"

"হায়! অপংবী! অদুম্না হায়গনু। নঙবু নুংশিবনা মাবু ঐনা নুংশিবদগী হেনবা য়ারোই। মাদি হান্না ঐবু ফুবা ঙমখিবনি, পুলিস কৌরগা মানা ঐবু লোকঅপ্তা থম্লগা ফুহনখিবনি। কোন্না ঐবু পুলিসনা ফুবগী চৈফম উবগী মানা ঐবু লুহোংলসি হায়রকপগী ৱানি। মদুসু হায়দবা য়াদবগী মাগী ইজ্জৎ কল্লনবা হায়বা তাবনি।"

"অদুদনি ঐনা মা লুহোংলম্লোই হায়রিবসি! মাদি নঙোন্দা হৌজিকসু চাক্কুনা লৈরমগনি। নখোয় নুপানা খঙদবা নুপী ঐখোযনদি খঙবা নুপীশিংগী মরমচৎ অমা লৈ। মদুদি নুপাবু থাজবা হেঞ্জিনবগীদমক মখোয়না তুংদা য়াম্না ৱাবা নংবা। ঐসু নঙনা ইনাওগী মেদিকেল এন্ট্রান্সকী লাইরিক তাকপীবদা মানা ডাক্তর তম্বা ফংবদুদা নঙবু শক খঙনীংবনা লাংতক্লখি। নঙগা শক খঙনবা নুমিত্তুদগী ঐবু নঙগী নুংশিবনা ফাবগুম পুনখি। ঐ দিল্লি চৎনীংবা পোকখিদে। চৎনীংদ-চৎনীংদা চৎখিবদু পরিক্ষা লোইবা ৱানা ঙাইখি। য়ুম য়ৌরকপদা নঙগীদা লাকখিবা, নঙ উবদা অৱাবা পুম্বা কোকখিবগুম তৌখি। করিগুম্বা ইম্ফালগী ইচেদুগী ৱাখলদুসু ঐগীগুম্না ফাওরম্লবদি মাসু নঙগী ৱাখলদা শোয়দনা ঙাওরমগনি। ওজা নঙদি নুপী ঙাওনবা যাদ্ য়াম্না হৈবগুম তৌই।"

হায়বগুম্মদনা বীমোলদা ঙাওজরিবা নুপীসি পুন্না মরিনি। অদুবু মসিগী মনুংদা মীয়াম্না অর্থ লৈনা মশীং থাবীরুদবা অদুগা মাগী থম্মোইনদি সংসারসিদা লৈরিবা সাবী-শানৌশিংগী নুংশিবগী ইচেলগী মনুংদা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা খঞ্জরিবা অচুনিগী নুংশিববুদি বীমোলনসু খঙবীদ্রি। বীমোলনা মেরীগা লুহোংদুনা মচানুপী অমা লৈরে খঙলবা ফাওবদা অচুনিগী থম্মোইদা বীমোলবু নুংশিবগী চাংদি করিমত্তা মাঙদ্রি। মসিবুদি অশেংবা নুংশিবনি হায়বীরোইদ্রা? বীমোলনা নুংঙাইনা হিংবগী মমিদা মাসু শিবা ঙাইনা নুংঙাইবা ফংজরি।

মতম্নদি কনাবুসু ঙাইবীরমদবনা বীমোলনা নাগালেন্দগী যেক দিষ্ট্রিক্টকী লেসোমি খুলসিদা লৈরকপা চহী তরুক্রোম হায়রক্রে। □

# মাপলশুবা

মতম অমদা বীমোলনা মেদিকেল এন্ট্রান্সকী লাইরিক তাকপিথিবী প্রেসিলা ডাক্তর তম্বা পুন্নোই লোইদুনা কোহিমাগী নাগা হোস্পিটালদা ডাক্তর ওইনা থবক তৌবা হৌরে। মহাক য়াম্না থবায় য়াওনা লায়েংবগী থবক চথরি। লোসোমি খুলদগী লাকপা অনাবশিং মানা নীংথিনা গাইদ পীদুনা মতেং পাংলি। মসিনি তৌগদবা মরুওইবা ডাক্তরগী থবক হায়বদু।

শোমদনা বীমোলনা লোসোমি খুলদা অসুক কুইনা লৈরকপসিদা মহাক শিবা য়াবা থৌদোক ফাওবা য়াওখ্রে। অদুবু খুলগী মী অয়াম্বনা মাবু মীতোপ ওইনা খক খনখিদে। ইমুংগী মনেম-মকু অনীনসু মাবু য়াম্না লুনা-চান্না তৌবীবনা মীনসু মাবু ব্যবহার তৌবা হেনবনি। ইমুংসিদা নোংমতা অকনবা খৎন-চৈনবা থোক্লি। খাশিম অহল খরা ওইজরবসু মশা থোইদোক্লা শোক্লি। মহাক থা অমদা অমুক্তি থিকা মফমদা চত্তুনা থবক য়েংশিল্লি। মাগী মখাদা খুলগী পাখং অমবু হেক-হেক পুদুনা মাগী শিনফমদা য়াওহনবা হৌরে। খাশিন্না মচা মেরী অমদি বীমোলগী ওইনবা নৌনা থোরকপা অলটো কার অমা কোহিমা চত্তুনা বুক তৌরগা থম্মী। রাফমসি খাশিন্না কনা অমত্তদা খণ্ডহন্দে। হৌজিক্তি মেরীনা পোকপী মচা অহল প্রানে চহী অনীরোম হায়রক্রে। মরোল খরা-খবা থোকপা হৌরে। মেরী মতমগী মতুংইন্না মচা অমসু মীরোন্দুনা কুম-থা শুজিল্লক্রে। মাগী স্কুলগী ওজাগী থবক্কা, মেরীনা অঙাং অমা হোৎনবগী রাবগা, মশা অমুক লুমশিল্লকপনে বীমোল য়ুমদা অমুক্তং চৎকে খনবদু ঙমদদুনা লৈরি। মেরী মতম য়ৌরক্তুনা মপাগী গাড়ীদা বীমোলগা লোইন্না কোহিমাদা লাক্তুনা নাগা হোস্পিটালদা মিং চন্নে। মচানুপী প্রানেদি মবোক্কা লৈহৌই। মনাও প্রেসিলানা কোইচেন-চেন্দুনা হোৎনবি। বীমোলদা প্রেসিলানা বাহৈ অমখক হায়রকই, – "অঙাং নাওরোলসি খুমল্লিকো!" বীমোল প্রেসিলাবু হাইফেং ইকাই। হন্দকসু নোর্মেলদা অশোয়-অঙাম য়াওদনা মেরী মচা নুপা অমা ফংজরে। বীমোল পাউদু প্রেসিলানা থোরক্লগা তম্বদগী খঙবনি। মহাক নুংঙাইবা পোকই। মাগী মহুৎ-মরেং শিলহৌনবা মচানুপা অমদি লৈরে খঞ্জে।

থোইদোকপা অরুবা য়াওদবদুদা মেরীবু মথংগী নুমিত্তা লোসোমিদা অমুক পুরক্লে। প্রেসিলা মচেগা-মতৈগা চৎখিবদু নোক্লা-নোক্লা বীদাই তৌরগা লৈহৌই।

শোমদা মচানুপা পোকপগী নুংঙাইরিঙেদা শুথানে খঙহৌদনা লেংবা থিনবা হৌরকই। হিদাক অচম্বা খরা থাবদা ফবা ঙমদ্রে। অহীংদা কোহিমা তানা পুরক্লে। নুমিদাংদু হিদাক অমা কাপ্লগা অনাবদু খাঙহল্লগা থল্লে। বীমোলসু মনেমগী সেবাগী অমুক য়াওরকই। মেরীদি মরী-মতা নুপী অমগা লৈহৌরে।

মথংগী নুমিত্তা প্রেসিলাগা বীমোলগা পুন্না তান্নদুনা এক্সরে, অলট্রাসাউন্দ লৌদুনা মথং-মথং য়েংবদা শুথানেগী এপেন্দিক্সতা চাউনা পোল্লে। ওপরেসন তৌদবা য়াররোই হায়রে। হকচাংগী বী পিনচিংবা চেক তৌবদা বি পিসু লো ওইরল্লে। ডাক্তরনা হকচাং খরা কনখৎহল্লগা ওপরেসন তৌনবা তৌসি হায়রে। খাশিমগী ময়াম্বগী মচা পিতর হন্দকমুকসু চাক-ঈশিং থিল্লকপা মানা লোইনা তৌরি। বীমোল চহী অনীরোমগী মমাঙদা লৈরল্লবা হোস্পিটালনিনা থোইনবু কোইদ্রে। হান্নগী খঙনবা ষ্টার্ফ খরসু লৈরম্মী। করিগুম্বা প্রেসিলা মনাক্তা লাকপদা মখোয় অনী ৱারী শানৈ।

প্রেসিলানা চহী খরগী মমাঙদা বীমোলগীদমক থাখিবা ঘড়ীদু বীমোলগী খুদাংদা শিবা উদবদুদা ঘড়ীদু য়াখিদ্রব্রা হংই। বীমোল অহানবদা খুম্বা ইকাইবগুম তৌই। অদুবু থোকখিবা থৌদোক্তুগী ৱারীদু প্রেসিলাদা তন্নীংবদগী মথং-মথং মেরীনা শিলোই পাত্তা শোয়বদগী তাখিবা; মানা পাত্তুদা চোংথরগা মেরীবু চিংখৎখিবা; মেরীনা ৱাজখিবা, লাই খুরুম্বগী মতাং য়াওনা লীথরকই। প্রেসিলাসু ৱারীদু নুংঙাইবদুদা পূক্লিং চংনা তাই। মমৈদা শিলোই পাৎকী ফজবা, মনীং থংবা মায়কৈদা হৌহৌরিবা উপালশিং অমদি লাইগী ফমফম নুঙপাক্লচিংবগী ৱারীদু তম্বদা মাসু অমুক্তং পুন্না চৎলুসি হায়রকই। নুমিৎ তরেৎনী লৈরবা তুংদা শুথানেগী ওপরেসন তৌবা য়ারে হায়না নুমিৎ লেপ্লে। বীমোল ঈ-নুং চংগদবা লৈরবদি হায়দুনা মাগী ঈ গ্রুপকা শুথানোগী ঈ গ্রুপকা পরুব্রা য়েংই। লাইবক ফদুনা চানরল্লে। থম্মোই অদুক তিন্নরিবা মশেন্নবু করিগীসু চানরোই। খাশিমদি নহানমখৈ বীমোলগা প্রেসিলাগা লৈবনিনা য়ুমদা লৈরুই। ঙসিদি ওপরেসন তৌগদবনিনা মতম চানা য়ৌরক্লে।

ডাক্তর মেথিউনা শুথানেগী ওপরেসন হৌখ্রে। ঈ খরা চংদবা য়াররোই হায়রকপদগী বীমোলদগী ঈ চিংবা হৌরে। খাশিম মাগী মমাক নুপা বীমোলদগী শুথানেগী ঈ পীনবা চিংবা উবদা নুংঙাইবা পোকই। মীওইবগী নুংশিনবগী খ্বাইদগী ফজবা মরী হায়বদু মতাংসিদা উবা ফংই। প্রেসিলাগী ৱাখলদসু বীমোলবু তশেংনা

পুকচেল চাউবা মীনি হায়না খঙ্গরুই। ঈ চিংবা লোইদুনা বীমোলদগী লৌবা ঈদু শুথানেগী হকচাংদা তিনখ্রে। থোইদোকপা অশোয় অগ্রম য়াওদনা শুথানেগী ওপরেসন তৌবা লোইরে। বীমোলগী রাখলদা ঈমুংসিগীদমক্তা মানা করিগুম্বা মতেং খরা পাংগে খঙ্গরকপদু ঙসি মনেমবোক্কী ঈ পীবসিনা ওইবসু য়ারে। মাগী পুক্লিংদা চাউথোকচবা অমসু লাকই। মসি তাঞ্জানা পীদ্রবদি কৈদৌঙেদা ওইথোক্রোই। মানা ঈ পীবা লোইরগা থোরকপদা প্রেসিলানা বীমোলবু কান্টিন্দা পুরগা শঙ্গোম গ্লাস অথনবা অনীখক ওর্দর তৌরগা পীথকই।

মথংগী নুমিত্তা শুথানে জ্ঞান ফজনা তাদুনা রা ঙাঙনবা য়ারে। প্রেসিলানা তম্বা মাল্লি, শুথানে মাগী ওপরেসন্দা ঈ দরকার লৈরকপদগী বীমোলদগী ঈ লৌরগা পীখ্রে হায়বসি। শুথানে বীমোলবু উরগা মচা-ময়া ওইবগী নুংশিবা মীৎয়েং অমনা য়েংলকই। মচিন্না ফোঙদোরক্রবসু থম্মোইদদি বীমোলবু কয়ারক হন্না থাগৎলি। শুথানে ঙসি ফাওবদা বীমোলদা নোংমতা অকনবা রাহে অমত্তা হায়বা তাপ্রি। মচিন্দদা নত্তে, মবুক্তসু খনখিবা লৈতে। বীমোলনা মচা প্রেসিলাবু লাইরিক তাকপীদুনা প্রেসিলানা ডাক্তর তম্বা ফংখিবদগী হৌরগা শুথানেনা বীমোলবু থাজরকপনি। মদুনা অহৌবা ওইরগা মচা মেরী লুহোংদুনা মচা অনী শুরবনি। মচা নুপা য়াওজদ্রবসু ঈশ্বরনা বীমোলদু থারক্নুনা মখোয়গী য়ুমদা ময়া নুপা ওইনা ফংবসিমুক নুংঙাইবা অমা লৈত্রে খঙ্গরিবনি। শুথানে তশেংনমক অফবী মমা অমগী পুকচেল চপ-চানা চেনবী নুপীনি। বীমোলনসু শুথানেবু নুংশিনা মামি হায়না কৌবদগী হেন্দে। অসুম্না ওপরেসন লোইরবা মতুং নুমিৎ তরানি লৈরগা শুথানে হোস্পিটালদগী ডিসচার্জ তৌরে।

প্রেসিলা মমাগী মনাক্তা লাকই। মমাগা রারী খরা শানে। মহাক মচেগী মচানুপাগী মমিং থোনবগী থৌরমদা অমুক খুলদা লাক্কে হায়রগা লৈহৌরে।

শুথানে খুলদা অমুক য়ৌরক্রে। মেরীসু মশা খরা কল্লম্লে। মেরী মমা নাবা ফন্দুনা হল্লকপা উবদা হরাউই। মমা মচা ফমদুনা ঙইহাক রারী শানে। মমানা বীমোলনা তৌবা সেবাগী মতাংদা মচানুপীদা তম্মী। মাগী মপুরোইবনা মচানুপা য়াওজদবা মনেমগী অরাবা মতাংদা ফজনা সেবা তৌই তাবদা নুংঙাইরোইদবা মচা নিংঙোল লৈবা হৌনদে।

বীমোল মানা লৌবা ছুটি মতম লোইদুনা স্কুল কাবা হৌরে। মেরীগী ছুটি মতমসু লোইশিল্লক্রে। থা অহম হায়রকপসিদা মচানুপাগী মমিং থোনবগী মতম অমুক য়ৌরক্রে। হন্দকমুকসু হান্নগা চপ মান্ননা খুলগী অহলশিং, স্কুলগী ওজাশিং,

মকপ মপাং শুনা বার্তোন তৌদুনা খাশিম্নগী য়ুমদা চান-থরুবা মরাং কায়না লাংদুনা অঙাং মমিং থোনবগী থৌরম পাঙথোক্লি। অঙাংগী মমিংদি বীমোলনা থোনবীয়ু হায়বদগী "লোসোরাজ" লোসোমিগী নিংথৌ হায়না থোনবীরে। মদুনা মাগী পুন্সিদা লোসোমি খুলসিবু মতম শাংনা নীংশিংদুনা লৈনবা ওইরমাক্লে।

অসুম্না লেপ্লকপনা লোসোরাজ থা মরি হায়রক্লে। মী কৌবা, লরুবদা নোকপা হৈরে। হন্দক্কী কালেন শুটি থারিঙে মতমসিদা বীমোল য়ুমদা থামুক্তি মেরী অমদি মচা অনী পুরগা চৎতুনা লৈরুরগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লে। মেরীনা মাবু পোকপা খাশিমদসু ৱাফমসি হৌদোকই। মপানসু হরাউ-হরাউ চৎলুরো হায়না য়াবীরে। অদুবু লুরিবদি পুশালুনা য়াগদ্রা হায়বসিনি। বীমোল মীনম্বা থবক্তি তৌনীংদে। মা পুশালুগী অয়াবা অমত্তংদি লৌনীংই। অদুবু পুশালুদি হৌজিক ময়ুমদা লৈতে।

খাশিম্না মানা য়ানবা ঙাঙনরগে হায়বদুদা বীমোল পুশালুগী অয়াবা য়াওদনা মণিপুর চৎপা তারে।

মণিপুর চৎনবা শেম-শাবা লোইশিল্লক্লে। মমাগী-মনাওগী ফুরিৎ-ফিরোল কোহিমাদগী লৈরুদুনা লৈরে। মচা অনীগী ফজবা ফি-রোলসু লোইহনা লৈদুনা লৈরে। পুগদবা পোৎ মখৈ ইয়ারবেগ অমদা হাপ্লগা তয়ারি তৌবা লোইরে। মেরীবুসু ঙসিদি মৈতৈ ফনেক ওইনা শেৎহল্লে।

খাশিম্না মাগী জিপ্তা ভিনিশাদা কোহিমা ফাওবা থিনবীরুনবা হায়নৈ। অয়ুক্কী চাক চারগা অঙাং অনীদু মখোয় অনীনা অমমম পল্লগা ভিনিশানা জিপ্তু থৌরগা চৎখ্রে। চৎলমদাইদা ভিনিসানা জিপকী মমাঙ চাকাগী ওইথংবা টয়াবদু কয়া পাঙদ্রে হায়বনি। অদুবু খাশিম্না কোহিমা য়ৌবগা অহনবা অমা শিল্লক্লো-হায়না পৈশা ওইনা শিম্নৈ। মখোয়না খুলদগী হেক লৈথোরকপদা হৌদোঙ মচা অমা ফৈনা চেপ্লোরকপদা গাড়ীদুনা তক্তুনা হেক শিরে। বীমোলসু, মেরীসু অনীমক চপ মাম্লনা নুংঙাইতবা ফাওই। হৌদোঙ মচাদুনা শড়ক ময়ায়দা থপচিং-থপচিং থরায় লানবা ঙমদবদু ভুং হম্না মেরীনা য়েংলুবদা য়েংবা ঙমদদুনা মমীৎ খুল্লগা খাঙই।

পূক্লিংদা লাই খুরুম্লগা অমুক মখা তানা গাড়ীদু ভিনিশানা থৌরগা লাকই। পঙলাপ লাপ্তবা চীংয়াগী লম্পাক অমদা সজি অনীখক শজিক চাদুনা লৈবা মেরীনা উরুরে। মেরীনা বীমোলদা য়েংউ হায়। বীমোল সজিদু য়েংই। পূক্লিংদা খল্লি, "সজি থেংনবসি মঙ্গল ওইগন্দে হায়নবনিদা। মেরীনা কদাইদগী উরুরিবনো?"

ভিনিসাদি নোংমৈ অমত্তং য়াওরক্লবদি সজ্জি অনীসে অমদি ফাগদবনিসে থল্লি। কদোমদগীনো খঙহৌদনা নোংমৈ মখোল খরা কাপ্পা তাখি। বীমোলনা উবদা সজ্জি অমদি নোংমৈনা পানখ্রে। সজ্জিদু শাদানবগী মখুত্তা তাহৌরে। বীমোল নোংমৈনা পালহৌরবা সজ্জিদুগী মরমদা খল্ল-খল্লগা গাড়ীদা উংলি।

শোমদা মচাগা মমাক্কা মচা অনী পুরগা চৎখিবদা খাশিমগী ইমুংদু ইহাঙ-হাঙবগুম পুমচিক চিকহৌরে। খাশিমগা শুথানেগা অনী মচা-মমাক্কী বারী তৌরগা মতম লেপ্পবা হোৎনবা তারি।

অশোমদা ভিনিসানা থৌবা জিপ্তু ফুটসিরো য়ৌরমদাইদা মমাঙগী ওইথংবা টয়ারদু পংচর ওইদুনা চীংগী নুঙদা কন্না বাইশিল্লি। মেরী মকোক লবাই লেমফু মপা চপ-চানা হুদকী য়োৎ অমা তেক্লগা লেংবদগী ইঞ্চি মরিরোম চংলগা লৈরে। মেরী, "ওজা ঐ শিবা শোয়দ্রে, ঐ য়াম্না বারে" হায়না কন্ন-কন্না লাওই। বীমোল, অঙাং অনীদু গাড়ীদগী থাংথরগা শড়কী নাকন্দা থম্লুরে। মেরীগী মনাক্তা অমুক লাক্লগা মকোক্তা লেংলিবা য়োত্তু শৎতোরম্বা কন্না হোৎনৈ। মশাদু পাখৎপনসু নীক্রে। মেরীগী মখুৎ অনীদুনা বীমোলগী মখোঙদা কন্না পায়শিল্লি। বীমোল, শক্তি পুম্বা ফুদোক্তুনা মমীৎনা পুরা য়েংবা ঙমদবদগী মমীৎ উইশিল্লগা মেরীবু য়োত্তুদগী শৎতোরক্লে। অবাবদি ঈনা ঈশিংগী ঈফুৎকুম কমথোরক্লে। বীমোলগী মখুৎনা থোরক্লিবা ঈদুবু মেন্নবা হোৎনরী। মেরী, য়াম্না বানা অরোইবা বাহৈনো "ওজা!" হায়না অমুক্তং কৌরল্লগা মখুৎ অনীনা বীমোলবু কোল্লম্বদগী তপ্প-তপ্পা থাদোরক্লে। মশাদু লেকথরগা তুথখ্রে। বীমোল, মেরীবু কোল্লগা মমায়দা হঞ্জিল-হঞ্জিল চুপ্পি। মেরীগী মমীৎ অনীদু মতম চুপ্পগী ওইনা উইশিনখ্রে। বীমোল মখোল হৌনা নোং খোঙবগুম মেরীবু কৌরগা অঙাওবগুম কপ্পী। শোমদা মচা অনীসু শিথ-শিথ কপ্পি। ড্রাইভরসু মমায়দু মিংশেলনা য়াত্তুনা ঈনা পুমঙাং-ঙাংলে। মথবাক্তসু ষ্টারিংনা য়ৈবদগী শ্বর থিংদুনা জ্ঞান তাদ্রে। অঙাং অনীগা বীমোলগদি থোইনা শোক্তে।

ঙাইহাক লৈরগা ভান অমা লাকই। ভান্দু খাল্লগা ভান্দা য়াওরকপা মীশিংদু কুমথরগা মতেং পাংনবা চেনশিল্লকই। মখোয়না অশোকপদু জিপ্তুগী থাংথরে। মেরীবুদি শিরে খঙলবনিনা শড়কী মতাইদা থাংদোক্লগা মানা ইল্লকপা ফিদুনা কুপ্লগা থল্লে। অহিংবা ড্রাইভর ভিনিসাবুনা কোহিমাদা ভান্দুদা পুরগা চৎখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা কোহিমাদগী লোসোমি চেনবা টাটা গুমো অমসু কোহিমাদগী লাক্লুনা মফমদু য়ৌরকই। লোসোমিগী মেরীবু খঙবা মীশু য়াওরম্মী। পাউদু মখোয় ভম্বীরুরগে হায়রম্লগা টাটা

শুমোদু চৎখ্রে। হৌজিক্তি মফমদুদা বীমোল মচা অমা পোরগা মচা অমা পম্লগা মেরীগী মনাক্তা ফম্লগা তৌফম খঙদনা কণ্ডুনা লৈরে। মা বাখল, লৌশিং অমত্তা খনবা থোক্লে। ঙসাই চৎখিবা টাটা শুমোদুনা য়ৌরগা পাউ তম্নুবদগী শুথানে মচাগী পাউ তাবদা বাম্বখ্রে। মাদি ওপরেসন তৌরুবসু কুইদ্রি। লৈকায়গী মীদা শুথানেবু শিন্নরম্লগা খাশিম টাটা সুমোদু বায়রগা অমুক লাকই। মানা লম্বীদা খল্লকই, —"ঐগী ইচা মেরীগী পুন্সিসি ওন্থোক্লা তেন্না তম্লকইদা। মসিবু মানা শিলোই পাৎকী ঈশিংদা তাখিবা অমদি পাৎকী ঈশিং থকখিবদুগী মহয়রা? খুলদা হায়নবা বারীদু চুমগদৌরিব্রা? ঐনা মাবু করিগী পাত্তুবু য়েংহন্নীংখিবা! ও! নংঙাইতেদা!"

বীমোলদি মেরীগী মনাক্তা ওন্ন-থোইনা খাঙলি। মাগা কায়নরমদাইদা বাহৈ অমত্তসু ফোঙদোক্লন্নবদি অসুক য়ান্নসু বারল্লোই। মাদি মঙদা থোকপা থৌদোক্তা চপ মান্নখ্রে। খাশিম য়ৌরকপদা বীমোল খাশিমগী মখোঙ কোল্লগা নোং খোংবগুম কপ্লি। খাশিমসু লম্বীগী মতাইদা লোংনা ফি অমনা কুপ্লিবা মচাগী মমায়দু হাইদোক্লগা য়েংলুবদা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে। ঙসিদগীদি মচানা মপাগী মফমদা কেজবদু উররোইদো! অসুক কুইবা মতমসি খাশিমগী মফমদা কপ্পা হায়বসি খঙলক্তবনি। অদুবু খাশিমসু কপ্পা হৈরে। জিপকী বারদা মরাইবক্লা হন্না-হন্না থেংজিল্লি। হৌজিক্তদা মাগী অশোয়বা মচা অমখক্কী অনুতাপ তৌরকই।

"ও! ভিনিসানা মমাঙগী টয়ার ফৎত্রে হায়বদু ঐনা পুংমুক থেংথহল্লগা টয়ারদুমত্তং শিল্লগা নৎত্রগা নুমিৎ খরনি ঙাইরগা মানা বুক তৌখিবা অলটো কারদু লৌরগা মদুদা চৎহল্লন্নবদি অবাবা থৌদোকসি নংলেমদবা য়ারম্বনি। ঐনা অশোয়বসি খঙনা-খঙনা হেক থোকহনখিদা!"

মফম অদুবাইগী মী খরসু লাক্তুনা মতেং পাংলরে।

বীমোলনা খাশিমদা হায়জরকই, —"ইপা। ঐগী নুংশিবী মেরীনা মণিপুর চৎপা য়ান্না পামজরম্মী। য়েংবীয়ু, মানা শেৎলিবা ফনেকসে মৈতৈগীনি। ঐনা কোহিমাদগী লৈরকপনি। মাদি মৈতৈগী চৎনবী, লোন লোইনমক তম্বদসু হৈখ্রবনি। মাগী থবায় য়াওদ্রবা হকচাংসি ঐ মণিপুরদা পুরগা মাগী মথৌ মঙমদু মৈতৈগী চৎনবীদা তৌজরুগে? মদুমত্তংদি ইপানা য়াবীয়ু!"

"ইপাগী নুংশিরবা বীমোল! নঙ মদু হায়গনু। নঙ ঐগী ইচা লৌরবসু ঐনদি নঙবু ইমাক্তি খন্দে, ইচানুপানি হায়না খনবনি। ঐগী লন-থুম তাল্লিবা ময়ামসে নঙোন্দা লোইনা ইপানা শিন্নগে খনবনি। অদুগা ঐগী ইচাসু মখোয় অনীখক্তনি। ঐনা পোকচবগী

মনুংদসু মমা অহলনি। মাবু ঐগী লোসোমি খুলদা লৈরোল চন্নগা মাগী সিমিত্রি অমদি শানীংই। মদুদা মামা ঈংনা-চিক্লা পোথাজবদু ইপা পাম্মী। নত্তনা মাবু লাম্না পুন্নবদি ইপানা মাবু নীঙশিংবা মতমদা মাগী শক্তম লাকশিনবদা ব্বাগনিনে বীমোল। ঐখোয় মফমসিদা কুইনা লৈবসু ফংত্রে। মাবু খুল তানা পুনবা তৌরসি" অসি হায়দুনা মেরীবু টাটা শুমোদুদা ময়াম চংদুনা থাঙ্গথলে। মেরীগী থবায় য়াওদ্রবা হকচাংদু খুল তানা অমুক পুরক্রে। পাউদু তাবদা খুলগী মী পুন্নমক থোক্লরক্লনা লম্বীগী নাক-য়েক্তা মেরীবু ওক্লম্মী। খুলগী চর্চকী কাংশি খিঙদুনা মী শিবগী পাউজেল পী। মমা ওইবী কয়ানা থবাক য়ৈদুনা চেঙ্থোক্লরকপা য়াওই। মশাদা কুপ্নিবা ফিদু হাইদোক্লগা মেরীগী মমায়দা নুংশিনা চুপ্নীবা য়াওই।

মেরীগী মমা শুথানে, থবায় য়াওদ্রবা মচাগী লাইবক্তা হঙ্গিন-হঙ্গিন চুপ্নী।

প্রেসিলাসু কোহিমাদগী পাউ তাদুনা পিতরগা লোইননা য়ৌরক্রে। মচেবু কোল্লগা নোং খোঙবগুম পেম্না কপ্পি। অসুক বাবা, য়েংবা নুংঙাইতবা থৌদোক অমা লৈরমগদবা মান্দে। মেরীবু খঙদবা মী অমত্তা লোসোমি খুলদা লৈতে। মাদি খুলগী মায় ঙাক্লিবী নুপীনি। নাগালেন্দ স্টেটকী মিস কন্টেষ্টতা রন্নর্স অপ তাখিবীনি। ফোঙদোক্তবা মার পামজখিবা, নুংশিখিবা মশুং-মমান্নবা কয়া মাগী ব্বারীতমক শান্নথ্রে। মামুক মরাইবক ফবীসিবু লৈরমখিগদ্রা? ফজবা লৈরাং খরা লৈকোল অমদা শাৎলম্বা উবদা খ্বাইদগী ফজবা খন্নগা হেক্লীংবগুম লোসোমিনা ফজবা শাৎপা লৈকোলগী খুঙ্গং ওইরগা মেরীনা খ্বাইদগী ফজবা লৈরাং ওইরক্বনা ঈশ্বরনা মনাক্তা থন্নিংবদগী মনুং মতম চাদনা হেক্লগা পুবীথ্রে। মসিদা লোসোমি খুঙ্গং পুন্নপ-পুন্না ব্বাহৌরে। লোসোমি খুলসিদা মেরী শিবগী পাউ তাবদা কপ্তবা মী অমত্তা লৈরগদবা মান্দ্রে। অসুক থুনা শিগদবা অসিনা ওইব্বা তাই, মামা মতম চুপ্নদা অফবা ব্বাখলতমক খনখ্রিবা? মীগী মবুক নাগদবা ব্বা অমত্তা হায়রমদ্রিবা? অদুবু মামা ব্বাজখিবদি মামা শিরগা বীমোলনা কনাগা লৈহৌগনি হায়বসিনি। করিগুম্বা বীমোল শিরগা মা হিংলম্বা থোক্লবদি মেরী শোয়দনা বীমোলগী মতুং ইন্দুনা শিরমগনি। মঙোন্দা মদুগী থৌনা লৈখি।

মামা তোয়না হায়জখিবনি –"ওঝা! নঙ শিরবদি ঐসু শিগনি।"

বীমোলনদি মাগী থব্বায়দগী হেন্না নুংশিবী মেরীগীদমক নুংশিরবা মচা অনীসি হন্দোক্লন্নগা শিবা ঙমগদৌরিব্রা? বীমোল মুম্না খজিল্লুরগা মাসু শিরসিরা খল্লকই। অদুবু মচা পীশক অনীনা কপ্পা উরগা মচা অনীবু চেৎনা মথাদা কোল্লগা থম্মোই ফাজিল্লি।

খুলগী মী ময়াম তানদুনা মেরীগী লৈরোন চত্নবা মফম শেম্বা লোইরে। হৌজিক্তি মেরীবু কোফিন্দা হাপ্লগা লৈরোন চনফম তানা পুবা তারে। কপ্না-লাউবা মরক্তা মেরীগী হকচাং য়াওবা কোফিন্দু সিমিত্রি তানা পুরক্রে। মীগী সমুদ্র হায়বদু ওইরে। মফমদুদা খুলগী চর্চকী পাষ্টরনা খৃষ্টান ধর্মগী লাইশোন পাঙথোকপা লোইরবা তুংদা মীয়াম্না লৈ-শু কৎলে। লৈ-শু কৎপা লোইরগা মেরীগী হকচাং লৈরোন চন্নে। লোসোমি খুলগী মতম অমগী খ্বাইদগী শকহেনবী মেরীগী পুন্সি মতাংসিদা লোইরে। খুলসিদা মাগী পুন্সিগী ৱারীদি মুৎনাইদনা লৈহৌরগনি। মা লৈখিদবা অহীংদু য়াম্না চিকখি। খুলগী হুই খরনা অহীংদা কপ্নগী মখোলদি মরক-মরক্তা তাখি। নোংঙাল্লমদাইদা শুথানেনা মচা মেরী কৌদুনা কপ্লকপদা বীমোলগী থম্মোই মচেৎ কয়া থোক্লা চিংখায়বগুম তৌখি। মাগী পুন্সিদা অসুক ৱাবা, অসুক নুংঙাইতবা পৃংফম অমুক হন্না লাক্কদবা মান্দ্রে। নোংম-নীনিদসু নারগা ফমশেন্নদুনা ৱাহে মঙা-তরাদসু ঙাঙনরগা শিখিবা ওইরন্নবদি অসি য়ৌনসু ৱারপ্রোই। পীক্লিবা খোমগী নুংশিরবা মচানুপাদু পন্না-পন্না খঙহৌদনা পুন্সি লোইখিবসিবু করম্বা মপুরোইকনা খাঙবা ঙমগদগে? মেরীগী মোমোন নোকপা লৈশারিঙেগী ফোটোনা ফক্লাংদা য়ানবা উরগা বীমোল য়েংলরোই হায়বদি ঙমদে। পুক্লিং ফাজিনবা ঙমদদুনা হিক্লা-হিক্লা কপশ্রে। লোসোমি খুঙংদা নিংথৌগী ইমুংগুম্না পান্নম্বা খাশিমগী ইমুংগী ফিভম য়েংবা য়াম্না নুংঙাইত্রে।

ৱানা-ৱানা লোল্লকপনা নুমিৎ মঙানি হৌখ্রে। বীমোল চাদবনা ময়াং কংলে। মশকসু য়েংবা য়াম্না নুংঙাইত্রে। মশম-মকোই ককপগী ৱাখল লৈত্রে। প্রেসিলানা পুরক্লগা পীরবা চাদু থকউ হায়বা য়াদে। প্রেসিলানা নুংশিনা হায়রকই, – "ওজা! ইচেনা থম্নম্বা অঙাং অনীসিগীদমক্তা নহাক চাদবা য়াদবনি। নঙগী হকচাংসু য়াম্না শোক্রে। ইচেদি-হৌজিক লাইরেবাক্তা নুংঙাইনা শান্তিগী লৈকোলদা লৈরম্লগনি।"

ঙসিদি মেরীগী মোংফমদা নুঙ অমা য়ুংগনি। মী ময়াম্মুসু খাশিমগী য়ুমদা পীজ-পীথক তৌগনি। মসিসু খুলগী চৎনবীনি। খাশিমগী শুমাঙদা সেমিয়ানা খল্লগা চান-থক্লবা শীল-লাংলি। মী ময়াম চর্চকী পাষ্টরনা লুচিংলগা মেরীগী মোংফমদা য়ুংনবা শেম্বা লোইরবা নুঙদু পুরক্রে। নুঙদুগী মথক্তা মেরীগী পোকপগী নুমিৎ, তাংগা লোয়ননা শিবা নুমিৎকী নুমিৎ অমদি তাংসু ইরি। মদু হৌনবী মতুং ইন্না পাষ্টরনা লাইশোন পাবা লোইরগা মেরীগী মং মফমদা য়ুংলে। থৌরম লোইরগা ময়াম পুন্নমক খাশিমগী য়ুমদা অমুক হন্নক্রে। শেম-শাবা লোইরবা চান-থক্লবদু ময়াম পেন্না সেবা তৌদুনা পীজরে। বীমোলদি চাবসু য়াওদে। মশাদু অম্ভাওকপা পাঙথক ওইরে।

প্রেসিলানা মনাক্তা চংলক্লগা থেমজিল্লি। চাবা-থকপা লোইদুনা ময়াম হুমগ্রে। অদুবু বীমোলদি মাগী কাদগী হেন্নোক্তে। মতমদি অসুম হৌখিকনা নুমিদাংগী পুং তরারোম তারে। অয়াম্বা খুলগী মী, শা-মণ, উচেক-বায়া লোইনমক তুম্নগ্রে। লম্বীদু চিকপনা মতোমতা ভাইহৌরবগুম তৌরে। বীমোল মচা প্রানেবু নাহোং শারগা মনমদা পোরে। মচা লোসোরাজবু মথাদা খাউ শারগা তপ-নপ্পা য়ানশিল্লে। অঙাং অনীদুসু মপানা তৌবদুদা লোইনা য়ারি। চেক-মোক লাউদে, কপসু কপ্পে, নুংঙাইনা তুম্লি। মেরীনা অহানবা খুদোল ওইনা পীখিবা গুলাপ (ঙসিদি কংলবা) অদুগা মেরীগী মিস কন্টেষ্ট থোকখিবগী ফোটোদুগা, মোমবর্টি অমগা ধুপ, মৈখেৎ পুরগা থোঙ তপ্পা হাংদোক্লগা কাদগী মপাল থেক্লক্লে। প্রেসিলাদি তুম্নমদ্রী। থোঙ হাংদোকপগী মখোল তাবদুদা প্রেসিলা হৌগৎলগা থোঙনাওদগী য়েংলুরে। বীমোলনা মচা অমা পোরগা মচা অমা মথাদা য়াল্লগা লোম্না থোকখিবদু উবদা কদাইদা চৎকদৌরিবনো, লোম্না ময়ুমদা চৎলগে খল্লব্রা খল্লদুনা মমা হৌদোক্লগা পাউদু তম্মী। গুথানে, ইফিং-ফিংনা হৌগৎলক্লগা খাশিমদা অমুক তম্মী। মখোয় অহম্মক বীমোল লোম্না চেনখিগদৌরব্রা হায়না চিংনদুনা বা তানৈ। ফি অমমম ইনশিল্লগা মখোয় অহমসু য়ুমদগী মপান থোরক্লে। মখোয়না য়েংবদা বীমোলদু খুলগী লম্বীদা চত্তনা সিমিট্রি লৈবা অদোমদা অসুম চৎগ্রে। খরা লাপ্তক মখোয় অহমসু বীমোল উহন্দনা ইম্নরকই। থাবল মঙাল খরদি উরবসু চীংগী অবাংবা লমনিনা লৈচিন মফোল-মফোল পাইবদুনা থাবল মঙালদু মপুং ফাদে। অদুবু পুক্লিংদি য়াম্না নুংশিবা পুংফম্নি। মেবীগী মোংফম মথক্তদা মানা পুরকপা গুলাপ অমদি ফোটো অনীমক থম্লগা ধুপ থাবে, মোমবর্টি চন্নে। মোমবর্টিদু নুংশিৎনা হুমদুনা ফর-ফরা হাইরগা চাকই। মখুউ লৈবাক্তা কুম্লগা মখুৎ অনী লোম্নরগা ঈশ্বরদা মেরীগী আত্মাবু নংঙাইনা মাগী মনাক্তা লেংদনা থম্বীনবা খুরুম্মী। মী কনা অমত্তা উদবা চিক্লবা মফম অমদি মতমসিদা বীমোল থম্মোই-শোক্লা মেরীগী মমিং কৌব-কৌবগা মখোন থোক্লা পেম্না কম্নী।

মাগী তৌরিবা মতৌদু লাপ্পা উবদা মমা-মপাগা পুম্না লাকমিম্নরিবা প্রেসিলাদু মমাবু কোম্লগা কম্নী। অমনা কপ্পা হৌরকপদগীদি মখোয় অহম কোম্নরগা কম্মিম্নরে।

বীমোলনা খঙখিনি হায়বগীসু বারী। শোমদা বীমোল পেম্না কপ্পা লোইরগা অমুক হুম্লক্লে। মানা হুনগ্রবা মতুংদা মখোয় অহম মফমদুদা চংদুনা যেংলুবদা বীমোলনা মফমদুদা শিম্নরম্নিবা পোংশকশিংদু উরুরে।

শুথানে, মচা মেরীগী ফোটোদু পায়রগয় থরো-থরো ওন্দুনা কপথ্রে। প্রেসিলানা মমাবু কোনখৎলি। খাশিম্না মাগী নুপীবু পূক্লিং ফাথবীরগা মখোয়সু য়ুম্লোমদা অমুক হল্লক্লে। শুথানেনা মমায় লৈরগা অমুক হল্লা য়েংথোরকপদা মৈদু নুংশিংবী শাফুদুনা মুৎথ্রে। শুথানে অমুক্তা হল্লা চেনশিনথ্রে। খাশিম্না তাম্নরগা ফাই। অসুম্না প্রেসিলাগা খাশিমগা অনী চংদুনা শুথানেবু য়ুম য়ৌনবা পুরক্লে।

বীমোল, মণিপুর থোক্লগে হায়বসি চপ য়ুংনা লেপ্লে। মনেম-মকুদা তাক্লুরবদি চহী ফারগা মেরিগী সিমিত্রি অমা শাবা লোইরগা চংলু হায়রক্লনি হায়বসি চপ য়ুংনা থাজবদগী অহীংসিদা চংলগে হায়না থল্লে। লম্বীদা অঙাংশিংনা চানবা থরগা, লুহোংবগী ফোটো ময়াম য়াওবা এলবমদুগা, অঙাংগী ফিরোল থরগা, অপিকপা মচাগী খোমচুপ্তুগা পুন্না ইয়ারবেগ অমদা হাপ্লগা ভায়া ওইনবা পৈশা থরা পুরগা নোংয়াই মতুংদা য়ুমদগী অমুক হল্লা থোরক্লে। মচা অমনা পোরগা মচা অমনা মথাদা পল্লগা ইয়ারবেগতুনা মরেংবান্দা য়ানশিল্লগা তুমিন্না অমুক মাগী কাদগী থোরক্লে। হন্দকমুক্তি প্রেসিলাসু উহৌদ্রে। য়ুম্লোম্নবগী হুই অমনদি মানা য়ুমদগী থোক্লকপা মতমদুমক্তদা নুংশিনা খোংলগা কপহৌই। বীমোল, হন্দকমুক্তি ঈচিক-হল্লবা অহীংসিদা খুলগী অচৌবা লম্বীগী মতুং ইন্না লাক্লে। খুলগী মতাই য়ৌরক্লবদা ভান লোইবা অখিমোগী য়ুমদা চংলক্লে। অখিমোবু থোক্ত অমুক্তা হাংদোকপীয়ু হায়না হৌদোক্লুরে। মচা অমা নারে লায়েংদবা য়াদ্রে ফুটসিরো ফাওবা থিনবীদবা য়াদ্রে হায়রুরে। অখিমো, বীমোলবু হান্নদগী ফজনা খঙবনিনা অচুম্বা ওইরবোই নীংদুনা মফি হোংদোক্লগা মাগী ভান্দু থৌদোরক্লে। বীমোল ভান্দুদা কাখৎলে। ইয়ারবেক্তগী ফি থরা লৌথোক্লগা মচা অনীবু ভানগী সিত্তুদা শুম্বীরে। অখিমোনা মাগী ভান্দু থৌদোরকপনা ম্যেন রোদ য়ৌরক্লে। কদোমদগীনো মফম খঙদনা নুপী অমা মশম-মনা ইফা-ফানা শড়ক্তা থোরক্লগা অখিমোগী গাড়ী মমাঙদা মখুৎ অনী তিংথোক্লুনা খান্নরে। বীমোল অমদি অখিমো নুপীদুগী মতৌদুদা ঙকপা পোকই। অখিমোনা মাগী গাড়ীদু খাল্লগা গাড়ীদগী কুমথদুনা কনানো য়েংলুবদা অচুনি ওইরম্লে। "অচুনি! নঙদি অহীংসিদা ঙাওরব্রা? নবুংনা খঙলবদি ফুবীরনি, য়ুমদা হল্লো! ঐখোয় অথুবা থবক অমা চৎলিবনি"। অচুনি, মখুৎ-মশা তৌদুনা ওজা বীমোলগী মতুং ইনগে হায়বগুম তৌই। বীমোল্সু করিনো অচুনিনা অহীংসিদা মানা তোংবা ভান থৎলরিবসিবো খল্লি। অচুনিনা হায়জবদু তাবীরমদনা অখিমোনা অচুনিবু অঙাওবীগুম খনবীদুনা ভান্দু থৌরগা চৎথ্রে। অচুনি, উ অমদা চেৎনা কোল্লগা বীমোল কায়নবগী মৈচাক খাওদুনা লৈহৌরে। অসুন্না অহীংদুদা ভান্দু তোংলগা লাকপনা অয়ুক্কী পুং নিপাল তারকপদা ফুটসিরো য়্রৌরে।

ফুটসিরোদগী জিপ তোংদুনা চংলগা খুজমা য়ৌরে। খুজমাদগী মাও চেনবা কোহিমাগী বস তোংলগা লাকপনা মাও য়ৌরে।

মণিপুরগী মাও য়ৌবদা বীমোলগী থম্মোইদা মমা লৈবাক্তী লৈমায়দা মখোঙনা নেংগা ফংবদা অনৌবা নুংঙাইবগী মহাও অমা লাকপগুম তৌই। মসিনা ওইবা তাই ইমা লৈবাকতি খ্বাইদগী হেনবীনি হায়রিবসি। অদুবু চহী মরিরোম নোংমতা থানদনা উচেক-অনীনা নুংশিননা উশা অমদা পুন্না তোংমিন্নবগুম লেনমিন্নরকখিবী মেরীনা অশিবা ওইনা লৈরোল চন্নগা লৈহৌরবা লোসোমি খুলবুসু মিকুপসিদা উনীংবা ফাওরকই। গাড়ীদগী কুমথরগা মাগী ইয়ারবেক্তু পুরগা মচা অমনা নঙ্গন্দা পোরগা মচা অমনা মথাদা পন্নগা বীমোল গাড়ী থাফমদগী খরা হাইদোরক্লগা অহাঙবা মফম অমদা ঙাইহাক লেপ্লগা লোসোমি খুলগী ময়াগৈ থিরকই। খরা চাউবা টাউন ফুটসিরোদি উরে। অদুবু লোসোমি খুলদি অতোপ্পা চীং অমনা খনখিবদগী উবা ফংদ্রে। মীৎলুদা পিরাং অমুক শীঙ্করকই। নীংশিংলকই, অহানবগী নুমিৎ তরুক্লিগী মমাঙদা মেরীগা লোইননা লাকমিন্নবা খোঙচত্তু ঙসিগীসি ওইরম্নবদি কয়াদা নুংঙাইরমগবা? মেরীনা মৈতৈ ফনেক শেত্তুনা মৈতৈরোল খোইনা-খোইনা খর-খরা ঙাঙবা তমজরুবদু মপুং ফাদনা চন্নফম খঙদনা লোইখ্রেদো। বীমোল নীংশিংবগী মমিদু কাউননবা অনৌবা ৱাখল অমমুক থিরকই। অদুবু কাউগেদি হেক য়াদ্রে। ঙরাং মংদা থনম্নবা মেরীগী ফোটোদুসু অমুক পাম্মুরকপগুম তৌই। মীৎলুগী পিরাংদু তৈথোক্লগা মচা অনীবু চাক পীজনবা হোটেল অমদা চংলক্লে। প্রানেবু চাক খরা ইনবীরে। লোসোরাজবুনা শঙ্গোম শেন্নগা থকহল্লে।

অশোমদা লোসোমিদা খাশিমগী য়ুমদা নোংঙাল্লকপদা বীমোল মচা অনী পুরগা চংখ্রে হায়বা পাউসি মথং-মথং শন্দোরক্লে। অচুনিদি ঙরাং অহীংদগী মশানা থেংনহৌবদগী খঙলবনি। মহাক্কী ৱাখলদা বীমোল লোসোমি খুলদা অমুক হল্লক্ররোই হায়বসি চপ চানা থাজরে। মাগী কৈশুম শঙদগী নাঙ্খোকখিবতা নঙ্তনা থম্মোয় অক্লাদগীসু পুক্লিগী ওইনা পাইখ্রগনি খল্লকই। কৈদৌরুগবনো মাবু অমুক হন্না উররোইদবা ওইরবদি হন্দক মপোক্কী ঐ হিংলুদুনা কান্নররোই, ঐ শিজরগে খনখ্রমাল্লে। নুমিৎসিদগী অচুনি ময়াদা চাক ঈশিং করিমত্তা তাখিদ্রে। অবাবা অমগী মথংদা অবাবা অমনা লোসোমি খুঙ্গংদুবু হিক্লা-হিক্লা কপহনবগুম তৌহৌরে। স্কুলদসু বীমোলগা মেরীগা অনীমক ওজা ওইবদগী তোকখ্রবদি কয়া চাউনা মাঙগদৌরি? তশেংনা লোসোমিগী অবাবা তানফম হায়বদু য়ৌরে।

খাশিমগী ইমুংদসু ইচিক-চিক্লা, ইহাঙ-হাঙনা লৈহৌবগুম তৌরে। প্রেসিলা বারবসু বানা কোহিমাদা চত্তবদি য়াদে। মমা-মপাবু য়াথল পত্তখল খন্দনবা থেমজিন্নম্লগা প্রেসিলা কোহিমাদা অমুক চৎখ্রে। খাশিম, মাগা মতম শাংনা য়াম্লিন্নরক্লবা ভিনিসাগী অনাবসু হংদবা য়াদে। ভিনিসাদি হৌজিক হিদাক কাপ্পা, চাবা অনী পাদুনা ডাক্তরনা ফজনা লায়েংবদগী জ্ঞান তাদুনা য়ুমদা পুরক্রে। খাশিম্না পৈশা-নুংশা মতেং পাংই।

শোমদনা বীমোল মাওদা চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা ইম্ফাল য়ৌবা বস অমদা খরা য়াওজগে হায়দুনা কাখৎলকই। মানা মচা অমা পোরগা মচা অমা পম্বা, মকোইস্সু কোক্তবা, ইমোং-মোৎনা উবদুদা অদুবাইগী চীংগী মী ওইরবেই নীংদুনা কনা অমত্তনা মাবু সিং হাংলবসু ফম্মু হায়বীদ্রে। মচা অনীগা য়াওবদুদা ফম্মিন্নবা নুংঙাইরোই হায়না খনবগী ওইবসু য়াই। নুপী, মৌ মশা নানবী অমগী মনাক্তা ফমফম অমদি হাঙই। অদুবু নুপীদুনা মী ফমহন্নীংদবা মানবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা ঙাওখিবা বাঙাঙ – "মচা অনী-অনী পুরগা চৎপা নুপাসু য়াওরি।" হায়বদু তাবদা, তাহৌবা মী খরদি হৌনা নোকপসু য়াওইখিবদুদা বীমোল খরসু ইকাই। নুপীদুনদি বীমোলবু মৈতৈলোন খঙদবা চীংমী ওইনা উরুরবজাৎনি।

কন্দক্তরনা – "তাদা। সিং হাংলিবসিদা ফম্বীয়ু!"

বাহৈদ্রুগী পাউখুম ওইনা বীমোলনা হায়রকই, – "য়ানি, ইবুংঙো। ইয়াম্বা অঙাংগা করিগা খরসু মোৎলে, শুম লেপকেদা!"

ঙসাইগী নুপীদো মৈতৈ ওইরম্বদুদা নুংঙাইত্রমাগ্রে, – "তাদা। বারৌবীবা য়াদে, ফম্বীরো।"

বীমোল তপ্পা ফমথরকই।

"তাদা! ইনম্মদি য়াওরক্লব্রা?"

বীমোল খুম্বা ঙমদ্রে।

নুপীদুসু খরা বারী তৌবা, ঙাঙবা পাম্বী ওইনা তৌরম্লে।

"তাদা! ইনম্মগা খৎনরক্লব্রা?"

"ইবেম্মা! ঐগী বারীসে তাবা নুংঙাইরোইদা!"

"করম্বা বারীনো তাদা! লম্বীদা শাববু মতুং উনগদবসু নত্তবদুবু, লম্বী তেন্নবা লীরকউ তাসিবা!"

"ইবেম্মা! অত্তং অনীসিগী মমাদু চীংমী নিংঙোলনি। ঐনা মতম কুইনা মখোয়গী খুলদা লৈরকপদুদা মণিপুরদা অমুক্তংদি থোক্রুসি হায়না নহান পুন্না থোকমিন্নরকপগী লম্বীদা গাড়ী এক্সিদেন্ট থোক্লুনা মহাক লৈখিদ্রে। ঐ লোন্না কনা অমত্তা তাক্রমদনা থোক্রকপনি।" অসি হায়রগা বীমোল শককম পুরা হক্ষিনখ্রে।

মৌনহাদো থম্মোই পেৎথরক্রমাদ্রে, —"তাদা! বারনি, অত্তং অমসে ঐ পমগে?"

"য়ানিদা ইবেম্মগী ফি মোৎকনি।"

নুপীদুনা প্রানেবু পম্বীখ্রে। প্রানেদু নুপীদুগী তম্পাক্তা নুঙাইনা তুমখ্রে।

"তাদবু করি লৈকায়দেনো?

"ইবেম্মা! ঐ কোংবদগীনি।"

বারী মতেক-মতেক লী-লীদুনা লাকপনা নুংথিলগী পুং অহল্লোম তাবদা বীমোলনা তোংলকপা বসতু অবাং বী ও সি য়ৌরে। মী লোইনা কুমথনখ্রে। বীমোলসু মাগী ইয়ারবেক্তুগা অবুংমচাগা মাগা পুন্না কুমথরক্রে। মৌ নহাদুনা প্রানেবু পল্লগা কুমথরক্রে। বীমোল প্রানেবু নুপীদুদা মনঙন্দা খরা থোনগৎপীয়ু হায়রগা থোনগৎহল্লে। অদুগা নাহোং শাদুনা পোশিল্লে। মচা অবুংমচাবু নাকন্দা পল্লগা নুপীদুগা বীদাই তৌনে'

বাহৈ অমনা, —"ইবেম্মনা লমলানবা ঐগীদমক্তা পঙবা-বাবীখ্রে। বারৌবীবা য়াদে। তুংদা অমুক মতাং চাবকান্দা উনবা হায়বদুনি।"

বীমোল, হোটেল অমদা চংলকই। ঙসাইগী মৌনহাদু বীমোলদা গাড়ী মনুংদা লম্বী তেন্নবা বারী লীয়ু তাসি হায়না তকশিল্লুবদুনা বীমোলগী বারী তারুবদগী মশাদু উংলগা চৎখ্রে। বীমোল, হোটেল মনুংদা চংলগা অবুংমচাবু হোটেলদগী ঈশিং অশাবা খরা লৌরগা শঙ্গোম শেল্লগা পীথকই। প্রানেবু তল লৈরগা পীজরে। মহাক নুমিৎ তাবা মতম ঙাইরি। বীমোল, ঙল্লিঙৈদো য়ুমদা চংবদি মরাল অমা লৈখিবদুগা, মানা হৌজিক ওইরক্লিবা ফিভমদুগা খরা চিংনৈ। মানা হোটেলদা নুমিৎ তাবা ঙাইবসি ওহোক্না অবাবগী মশক্নি। মচা অনীগী নিংঙাইসু থেন্নিবনি। উচিন-নাচিন্না নুমিৎ তারক্রে।

ওটোরিক্সো অমা ফারগা কোংবা নান্দেবম লৈকায় তান্না থিনবীয়ু হায়রে। ওটোদা ইয়ারবেগ থাঙৎলে। মাসু মচা অনী পল্লগা গাড়ীদা ফল্লে। সন্ধ্যাগী মতমদা সড়কী মৈঙালদা চহী তরেৎকী মনুংদা হোংলম্বা খরদি উবা ফংই। থোঙ্গাল মপা য়ৌদুনা ওটোরিক্সোদু খামহল্লে। বীমোলগী মমীত্তা অহোংবা ময়াম অমনা চমন্নহল্লে। থোঙ্গালদু টাটা গাড়ী চংবা চনবা গেট অমা চাউনা শারল্লে। ইংখোলগী অকোয়বসু চেক্না বাংনা

খাগৎলম্লে। মদু উবদা বীমোল থোঙ্গাল হাংদোক্লগা চংগদবা চিংনবগুম তৌরে। "করিনো তৌরিসিবো? ঐখোয়গী য়ুম-ইংখোলসিবু য়োনথ্রবজাৎলা?"

থাখল চমন্নরিক্লো লৈরক্লুদা পুলিসকী গাড়ী অনীথক থৌজিল্লকই। মখোয়গী থোঙ্গাল মপাদুমক্তা খাম্মী। গাড়ী লাকপদুদা বীমোল থরা লৈশিল্লগা লৈ।

ড্রাইভরনা গাড়ীদু খাম্বগা পুলিস ওফিসার অমা গাড়ীদগী কুমথরকই।

পুলিস অতৈদুসু ফৎ-ফৎ কুমথরগা ওফিসারদুদা সলাম কোৎলি। ওফিসারদুদি গেটতু হাংলগা মনুংদা চংখ্রে।

বীমোল, অহানবদদি মা লাকপগী পাউ ফংবদগী পুলিসশিংদু মাবু ফাবা লাক্লবোই নীংলুরে। অদুবু পুলিসশিংদু হনথ্রবা তুংদা অমুক খল্লকই, –"ঐখোয়গী য়ুম ইংখোলসিবু পুলিস ওফিসার অমনা লৈথ্রবজাৎলা? অদুবু হৌজিক চংখিবা ওফিসারদুগী মশক্তুবু ...? তোন্দোন মানবগুমসু তৌই। মাবু দি এস পি? চহী তরেৎসিদা? মদুবু ওইথোকখ্রনে, কদাইদগী পৈশানা মণিপুরদবো?"

বীমোল, তপ্না গেটতু হাংলগা মপান্দগী য়েংই। অমুকসু উরে, চেক্কী য়ুম অমসু মখারোম থংবদা তপথোক্লম্লে।

থোঙ্গাল বাংমদগী নুংশিনা মনাওবু কৌরকই, –"তোন্দোন। তোন্দোন! নঙবু তারিব্রা? ইয়াম্বা লাকএ মৈ অমুক্তা পুথোরকও।"

অঙকপা খোঞ্জেল অমদা মতম কুইনা তারুদ্রবা ময়াম্বগী খোঞ্জলদু তোন্দোন কাউদ্রি; ঙকপগুম তৌই। মফি হোংদোকপা লোইদনা মৈখেৎ অমগা খবর অমগা পায়রগা তোন্দোন চেঞ্চোরকই। মৈ ওকই। ময়াম্বগী মশক-উবদা তোন্দোন ময়াম্ববু কোল্লগা কপমিল্লে। বীমোলসু পেল্লা কপ্পী। মাদি কপ্লসু য়াম্না হৈরগা লাক্লবনি। ময়াম্বনা পল্লিবা অঙাং অনীদু লৌরগা তোন্দোন নুংশিনা খজাইদা অমুক'মুক চুপ্পী।

অঙাং অনীদু পাম্বোম নাম্ম-নাম্মদা পল্লগা – "ইমা! হো ইমা!" কল্লা কল্লা মখোল হৌনা কৌই।

কমলা, সন্ধ্যাগী ধূপ থাবা লোইবদা ঙাইরি। ঙাইহাক্কী মমাঙদা মচা বীমোলবু নীঙশিংলম্বনি।

কমলা, কৌরিবদু তারদুনা, –"করি তৌরবগে? অদুক ফিংনা কৌরিদুবো?"

"ঐখোয় তাচৌ লাকএ।"

"হা।" হায়রগা কমলা হৱাউবগুম, পাখৎপগুম থোরকই।

মচাবু উবদা হৱাউমনখিদুনা মচাগী লাইবক্তা নুংশিনা চুম্লী। শিগ্রে থল্লুরবা ইমুংগী মী অমনা অমুক হিংলেমদুনা চৎলী তরেৎকী মতুংদা অমুক হল্লকপদা মমাদু করি ওইবা হৌনবগে? অসুক নুংঙাইবা মিকুপ কদাইদগী ফংগনি?

কমলা মঙদা থোকপা থৌদোক্নুম নুংঙাইমনবদগী তেংথাদনা কপথোরক্রে। ঙসাই লাকপদগী উরবসু মরম হংখিদবা অঙাং অনীসিগী মরম হংগৎলক্রে।

"অঙাং অনীসিনা কনাগী মচানো?"

"ইমা! নগুনি, মেরীনা পোক্রম্বনি।" অসি হায়রগা বীমোল থম্মোই পুবা ভমদদুনা কপ্লী।

ইমুংসি ঙসিদি নুংঙাইবা অমদি অৱাবগী পিতনা নোং ওইনা চুবগুম তৌখ্রে।

"হা! ইস! ঐগী ইশু! অদুগা মমানা কদাইদা থম্বীরম্বা? লাও অবোক পমগে?"

তোন্দোন্না অঙাং অনীদু মমাদা শিন্নরে। কমলানা অঙাং অনীদুবু অমনা মনাক্তা ফমহল্লে; অমনা পল্লগা নুংশিনা মকোক্তা নানবী। বীমোলদি কপ্পা তোকপা পাক ভমদদুনা হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা লৈরি।

বীমোলনা কপ্পা লেপত্রবনিনা মমা অমদি মনাওসু ৱাখল অমা তৌরকই।

"ময়াম্বগী করম্বা হেন্না ৱাবা থৌদোক অমমুক থোক্লব্রা?"

কমলানা মচাদা হংই, — "ইচাগী কবম্বা নীংবা কায়বা, হেন্না ৱাবা অমমুক লৈরবগে?"

"ইমা! ঐ হিংনীংদ্রে। অঙাং অনীসিগী মমাদো মখোয় খুন্দা লৈহৌরে।"

"করিগী লৈহৌরিবা? মাদি সিদা চৎনীংদবগীরা?"

"নত্তে, ইমা! মাদি লাইরৈবাক য়ৌখ্রে।"

"হা! ইস! ইশু অনীগী মরাইবকসে ওষ্ঠোক্লা থীনা তল্লক্রেদা!"

বীমোলনা মেরীগা মাগা লুহোংবগী ফোটোশিংদু পুথোক্নুনা মমা অমদি মনাওদা য়েংহল্লি।

"ইস! ইমৌগী মশকসিদি ওষ্ঠোক্লা ফজখ্রেদা! মাগী মশকসিদা লাইনা পাম্বনিদনা!"

তোন্দোন, – "হায়গুস্মদনা, ইমা! ইতেমগী মশকসি ওহোক্লা ফজদ্রেদা! ঐখোয়না মাগী মশকসি ফোট্রেদা নত্তনা অমুক উরব্রোইকো। চীংদা শাংপী ইভেস্রেনা তমদা শাংপা হৈনদবগুম ঐগী ইতেমসু তমদা ঐখোয়বু উনবা লাক্নীংখিব্রবোইদো! ও! ওহোক্লা য়েংনীংদ্রেদা ইতেমাগী মশক্তো। নীংঙমদেদা। মবুক-মপাওসু খঙহৌদে; অঙাং অনীসিনা তাচৌনা ইতোমতা করম্না য়োকনি?"

বীমোল, –"ইমা। মেরীদো, মণিপুরদা চৎলগদবনি হায়দুনা মৈতৈলোন, চৎনবী, চিঙ্লাক, ফিজেৎ লোইনমক তমজরবনি। মা মৈতৈলোনসু ফজনা ঙাঙবা ঙম্লবনি। মণিপুর য়ৌরগা ইমাগা ইনাওগা উনদুনা শক খঙনরগনি হরাউজদুনা কোহিমাদগী ইমাগী শ্বাল অমগা ইনাওগী ফুরিৎ অমগসু মানা লৈজরম্বনি।" মসি হায়রগা বীমোল, মমাগী শ্বালগা মনাওগী ফুরিৎকা ইয়ারবেঙ্গী লৌথোক্লগা পী।

মখা তানা পাউদম্লকই, –"মেরীগা ঐগা অঙাং অমমম পল্লগা মখোয়গী ইপানা মাগী জিপ্সা মশাগী ড্রাইভরবু থৌহল্লগা লাকপদা ফুটসিরো য়ৌরমদাইদা লম্বীদা মমাঙগী টয়ার পঙ্কচর ওইদুনা জিপ্সু চীংদা কম্না বাইশিনখি। মদুদা মেরী মকোক্তা থীনা শোকপদগী খুদক্তা মফমদুদা লৈখিদবনি। মহাক্লা মণিপুরবু য়াম্না নীংজখিবনি অমদি য়েংজনীংখিবনি। লোক্তাক পাৎপু অমুক্তং য়েংহনবীয়ু কম্না হায়জরম্মী।"

বীমোলগী অবাবা পাউদুনা চহী তরেৎ উনরম্রবা মমা-মচা, মচিন-মনাও উনরগা হরাউ-মীনোক তমগদ্রা হায়রগা মীকপ-মীরাওখোলতনা ইমুংদো পুমনিল-নিনখ্রে।

বীমোল, মাগী অবাবা বারী লোইরদুনা মনাওদা ওনশিল্লগা হংলকই, –"নঙদি করম তৌরিবা?"

"তাচৌ! ঐ ইচে থাজমানবীনা লমজিংবীবদগী এম পি এস ফংদুনা দি এস পি ওইনা ট্রেনিং লোইরগা ইম্ফাল ইষ্টতা থবক পুরে।"

"ফরেদা। অদু, থাজমানবীদুবু কনাদা, করি লৈকায়দা ময়ুম পাল্লবগে? মচা কয়া লৈরে?"

"তাচৌ! ইচে থাজমানবী ময়ুম পান্দ্রি।"

"হা! করিগী?"

বীমোল, মেরীনা হায়জরম্বা বাহে পুম্নমক লোইনা চুম্বগুম তৌরকপদুদা মশাদু বাবগুম তৌরকই।

–"মহাক হৌজিক দি এম আর্টস কলেজদা ইংলিসকী ওজা ওইরি। মা তাচৌনা য়ুমসিদা হল্লকখিদবদগী ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্লুনা ইমা অমদি ঐগা শক খঙনখি। লুপা লাক্ক অনীদুসু য়াম্না থুনা হন্দোরকখি। ঐনা ঙসি ফংলিবা থবকসিসু মাগী লমজিং-লমতাক মতুং ইন্ননি।"

"অস! মা ময়ুম পান্দ্রিবা?"

"ইচে থাজ, ঙসিসু ঐগী ইনাক্তা লাক্লগা তাচৌগী পাউ অনৌবা লৈব্রা হংলম্মী। মাগা উনবা খুদিংগী তাচৌগী মরমদা হেক্তা হংগনি। মাদি তাচৌ লাকএ তাবদা পাখঙুনা শোয়দনা চেল্লকনি।"

কমলা, –"মাসু খঙদবদি য়ারোই। ইমৌদো নঙগীদমক থনবদা য়াম্না বাজরবনি।"

বীমোল, মরু লুকথরগা ৱাখল অমদা উংদুনা লৈ, – "ঐ হৌজিক করি তৌগনি?"

হায়নরিঙেদা টেলিফোন কোল অমা লাকই। থাজগী ওইরম্মী।

তোন্দোম্না পায় –"হল্লো! ইচে! ঐ তোন্দোম্নে! ঔ চাদ্রিয়ে..., ইমানা... লোইরে; লাক্রম্মী, হোয়, মা অদুম চৎখ্রে। মাগী বাবু। অদু, ইচে! পাউ অনৌবা অমা লৈরে য়াম্না নুংঙাইবা পাউনি।... অদুবুরো ... ঐখোয় তাচৌ থুংলরে।" তোন্দোনদি টেলিফোন পায়রি। অশোমদা থাজমানবী টেলিফোন থমখ্রে। নুংঙাইবা হায়গদ্রা, অৱাবা হায়গদ্রা, থাজমানবী ময়ুমদা পুন্নাং লাঙই। মানা পুন্নাং-লাঙবদুদা মমা-পাবুংদু করি পাউ লৈরবনো খল্লি। থাজনা অৱাং থংবগী রোমিবু জিপসিদু অমুক্তা থৌবীয়ু হায়রুরে।

রোমি, –"কুইরকপদি য়ারোইকো, ইচে! খরা থুনা হল্লকসি।" অসি হায়রগা রোমিনা জিপসিদু থৌদোরক্লে।

থাজনা মমাদা হায়রকই, –"ইমা! ঐ থবক অরুবা অমা লৈরে, কুইরক্লোই।" অসি হায়রগা মফিকা অমত্তা হোংদোক্তুনা ইমুংগী ফিজেত্তুদা ইঙাও-হাওনা ফি অমা ইনশিল্লগা জিপসি তোংদুনা চৎখ্রে।

মীওইবগী ৱাখলদা করিগুম্বা পোৎশক অমদা লাইনীং ওইখ্রবদি শমজেৎ হাৎপা, মিংশেল য়েংবা, ফিজেৎ নানবা হায়বসে সেকেন্দরিনি। রোমি, থাজনা হায়বা লম্বীদা অসুম থৌরগা লাকপনা গাড়ীদু দি এস পি তোন্দোনখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরে। মতম অমগী মীনা মশীং থাবীরমদবা লুখ্রাবী মচা তোন্দোম্না লৈরিবা লৈকায়দো ঙসিদি দি এস পি তোন্দোনখোয়গী লৈরক হায়না খঙনরক্লে। মসি তান্নবা হোৎনরকখিবসি

অরাইবদি নত্তে। তোন্দোম্না কুমগী নুপীগী গাড়ী থৌরগা প্রিয়াবু খেংলমগ্রবা মসি ওইথোক্লম্লোই। অমরোমদা থাজমানবীগী মতাং-মতম চাবা পাউত্তাক অমমনসু চাউনা মতেং পাংখি। ঙসিদি কুমখোয়গী ইমুংসু তোন্দোনগী মপাল তাংবা হৌরে।

থাজ, রোমিবু হোর্ন খোংউ হায়। রোমিনা হৌর্নদু হৌনা খোংই।

তোন্দোন, থাজ ওইরমগনি খনবদগী থোঙ্গাল তানা থোরক্লুনা গেটতু হাংদোকই। রোমিবু গাড়ীদা ঙাইহক লৈরম্মু হায়রম্লগা থাজগা তোন্দোনগা পুম্না চংমিন্নরকই। থাজ, তোয়না চংলবা ইমুংনিনা ইমুংদুদা চংলকপদা করিসু কোইদ্রে। অদুবু ঙসিদি ইমুংদা মীনৌ অমা থুংলবদুদা ঝাখল অমনা থোঙ মনাক য়ৌরকপদা লকক তৌরক্রে।

মানা খঙ্গরকই, -"তাবীমোলদুবু মকোই-মরাং খাক্রমগদ্রা? মশম-মনা খাক্রমগদ্রা? উবদা মশক খঙলরোইদ্রা?" মিকুপ্তুদা মখোয় অনী কায়নখিবা পেক্রক্লে চিনখিবা মতাংদু নীংশিংলকই। উনীংবনসু ঙাওরে।

থোঙদু হাংদোক্কে তৌবদা ইমুংদা অঙাং অমা কপ্লগী মখোল তারে।

থাজ, শ্বাই লাওই। "কপ্লিবা অঙাংসিবু...? কনাগী মচা ওইরিগবা?" থাজনা খল্লি।

থাজগী মখোঙগা মখুংকা বা তানহৌদবনা মখুৎনা থোঙদু পায়রগা হাংদোকপনা হাল্লুরে। খোঙদি থাংজিনবা ঙমদ্রে। তোন্দোনদি মদু খঙদুনা মাগী চেক্কী অনৌবা কাদুদা চংহৌরে। থোঙদা চংলকপদা কমলানা অঙাং অমা পমদুনা লৈবদু থাজনা উরে।

থাজ, ঝাখল খঙশোন শোঙ্গরকপগুম, -"ও! মাদি নুপী থিরগা নুপী-অঙাং য়াওবগা লাক্রবা। অদুগা করিগী তোন্দোম্না ঐঙোন্দা খুদক্তা কৌরক্রিবা? ঐবু হল্লসিরা?"

"হায়মা! ইবেম্মা! নঙ লাক্লিব্রা?" কমলানা কৌরকপনি।

"হোয় ইমা!"

- "চংঙকউ, চংঙকউ! মঙগুম্বা থৌদৌনি ত়ৌরিবসি! ঐবু চহী মতাংসিদা ইশু অনীগী মমা অমুক শাবা তারিনে।"

থাজ মোরাদু লৌরগা থারগা ফম্মী।

"করিনো ইমানা তাকপীরিবসিবু?"

"ইবেম্মা! বীমোলদু মচা অনী পুরগা লাকএ। অদুবু অঙাং অনীগী মমাদুদি লম্বীদা এক্সিদেন্ট থোকপদগী শিরগা খুলদা মথৌ-মঙম তৌবা লোইরম্লগা লাকপনি হায়রিনে!"

কমলাগী বাহৈদু তাবদা থাজ ওকপগুম তৌই। পৃয়িংদা খল্লকই, —"তাবীমোল মচা অনী লৈরবা, অদুগা নুপীসু শিরবা!"

ঙাইহাক উংদুনা লৈরম্বদগী মমায়দু থাঙৎলগা অঙাংদুদা য়েংলকই।

অঙাংদু থা মরি চংলবনিনা নোকপা, লক্কবা খর-খরদি য়ারে। মমা য়াওপ্রবসু মশানি ফৈ। মাদি মমা শিরে হায়বসু খঙজবা নত্তে। থাজবু উরগা মমা মান্নুরমান্নে, নোক্লগা কৌরক্লে। থাজসু অঙাংদুগী মতৌদুদা নুংশিরুরে। মানা থম্মোইদা নুংত্তিগী লাৎচরিবা মীশক অমনা পোকপা মচা ওইবনিনা করিগীসু নুংশিদনি।

"ইমা! অঙাংদু ঐঙোন্দা অমুক্তা পীবীয়ু।"

"ইবেম্মা! নঙনা হৈনরোইদা! অমাং-অশোই তৌশিল্লগা নুংঙাইগদ্রনে?"

"য়ানিয়ে ইমা! ঐ পমজগে?" অসি হায়রগা থাজনা কমলাদগী হৌগৎলগা অঙাংদু লৌরগা পশ্মী। থাজনা নুংশিনা অঙাংদুগী লাইবক্তা চুপ্পী। মদু উবদা কমলাদি হৃাউবদা লোইরে। তৌগনি খনবগা তৌবগা চপ মান্নরে। অঙাংদুনা থাজগী মতম্বাক্তা চোৎহনবীরে। থাজনা অঙাংদু থাঙৎলকই।

কমলানা, — "ইহে! চোৎলব্রা ইবেম্মা" হায়রগা হৌগৎলগা ফনেক অমা হোংদোক্লবা পীররে।

থাজ, —"য়ানিদা! হায়রগা ফমদুনা লৈ।

কমলানা বারী মতেক-মতেক লীবদু তারগা থাজদু মপি শিন্থরকই।

বীমোল, মনীংথোঙদগী মচা প্রানে মখোঙ হামহল্লুবদগী চাম্বীরগা মচাদু পল্লগা চংলকই। মানা চংলকপদা থাজনা মচানুপা বুংঙোমচা পল্লগা ইমুংদা লৈরম্বদু উরে।

থাজসু বীমোলবু উরে। শকফমদু মাগা অহানবা কায়নবা নুমিত্তা উখিবা শকফমদুদগী ফন্দ-য়ান্না লৈশিনবগুম তৌরল্লে। অদুবুদি থাজসু মহৌশাগী ইনখৎলকপা মতমগী ফজবদুদগী খরদি হন্থরে। অনীমক মমা-মপা ওইবগী চহী মতাং য়ৌরবনি।

থাজনা খল্লকই, — "মাদি মচা অনী শুরবা! নুপী অমগা নুপা অমগা। অদুবু ঐদি ইমীত্তা ইচা উররোইদবা! অঙাং অনীসিবু ঐবু য়োকচৌ হায়দুনা ঈশ্বরনা থাবীরক্রিবা? ঐনা অসুক কুইনা ঙাইরকপদি মাবুনি। অদুগা মাদি মচা অনী পুরগা মমা য়াওদনা করন্না য়ুমসিদা হল্লক্রিবা? মমাদুনা করিগী মনুং-মতম চাদনা শিরিবা?"

থাজনা অঙাংদু পল্লগা উংলিঙৈদা বীমোলনা হায়রকই, — "থাজ! নঙদি কমদৌরি? নুংঙাইরিদনা?"

ঙাইহাক খল্লগা থাজনা খুল্লকই, – "ঐগী পুল্লিগী অবা-নুংঙাইগী ইপাউ হংবীরিবা অদোম্না ঐসিবু নুংঙাইরমগনি হায়না খনবীব্রা ?"

"বাহেসিবু মীনা হংনবা বাহে নত্তব্রা থাজ ?"

"পুল্লিসিদা কনাগুম্বা অমগী অবা-নুংঙাইদা পুন্না শরুক য়ামিন্নজগে খল্লা পুল্লিগী হিদেন অমদা লেংদনা মতম কুইনা ঙাইজবকপদা ঙসিদি ঐগী হিনাও শাবীগদবা মহাক অদু ঐগী হিদেন তাফমদা খঙহৌদনা হিদুগা থুংলরে। অদুবু মাগী হিদুদি মপোৎ থম্না য়াওবগা লাক্লে। ঐ হৌজিক মাগী হিদুদা তোংবা চনগব্রা নৎত্রগা চম্লোইব্রা হায়না চমন্নবা পোক্লে। তোংবা চম্লোইদবা ওইরবসু মতম কুইনা ঙাইরক্রবনিনা তোংদি তোংনীংই। তোংহনবীগে তোংহনবীরোই হায়বসিদি মাগী খুত্তা লৈরে। ঐদি হিদু লুপ্না তারবসু পুন্না লুপমিন্নগে খঙ্গরিবনি।"

কমলানা হায়রকই, –"খঙদ্রেদা ইচাশা! ইমানা নখোয়বু জ্ঞান তাপ্রিবা অঙাংনি হায়দুনা তাক্লিঙাইসু লৈতে। নখোয়গী পুল্লিসে মমা-মপা ওইবগী চহী মতাংদু ওইরবনি। পুল্লি তংখায় চল্লবনি। ফগাদবা, চৎনবা যাগদবা বা ওইনা খল্লৌ! অদুগা ইচা থাজমানবীসে ঐগীদি ইচাসু ওইবা ইমৌসু ওইবা অনীমক পুল্লবনি। মাবু মপান ফরিঙৈদা মতিক চাবা নুপা কযানা লুহোংসি হায়বদা মানা শিবগে ঐ লুহোংলোই য়ুমসিদা লৈরগনি হাযনা লাক্লুনা অহীং লেঞ্জখ্রবনি। ননাও তোন্দোন্না মীনা ব্যবহার তৌবা পুলিস ওফিসার অমা ওইবা ঙল্লিবা পুন্নমকসে ইচাসিগী মপান্দগীনি। লক্ষ্মীগুম্বী ইচা থাজবু য়ুমসিগী মৌ নত্তে হাযবদি ইমাগী চিনসিনা হাযবা ঙল্লোই। মানা ঙসিগী নঙগী ফিভমসি খঙলফাওবদা নচা অনীসিগী মমা ওইবীগে হায়বীররিবসে ঐখোয়গীদমক্তি লাইবক যান্না ফবা পুংফন্নি। ইমাগী ইবুংঙো' ইমাসু ইচাসিগী খনবদা য়ান্না বারবনি। নঙ মাবু লুনা তৌবীয়ু।"

কমলা, বা ঙাঙবা লোইরকপদা মপি তারকপদু ফিনা তৈথোকই।

থাজসু হিক্লা-হিক্লা কপ্পী। বীমোলসু মরু লুকথরগা কপ্পী। প্রানেদু চাক লাম্নমাল্লে, চাক চাগে হাযবকই। বীমোল মচাগী চাক খরা পীজনবা চাকশঙলোমদা চংখি। থাজ, বীমোলগী মতুং ইন্নদুনা চংখ্রে। অঙাং নুপাদু বীমোলদা –"অমুক্তা লৌবীয়ু" হায়রগা শিম্রে। বীমোলনা অঙাংদু পম্মী। থাজনা চাক্তু মা ওইনা পীজরগে হায়দুনা চাকখুমদা চংলগা চাক্তু মানা শেম্নগা পুথোরক্রগা শঙ্গোমগা তোৎলগা মানা মমা শাদুনা চাক ইনবীগে তৌই।

বীমোল, — "ঐ তৌজগেদা!"

"ঐবু য়াম্না তৌহন্নীংদবগী বারা? অদু ওইরগদি ঐ চৎলগে?" বাহৈদু হায়বা লোইরগা থাজ হিক-হিক কন্নী।

বীমোল, "নঙ শাউরব্রা? সে, সে! নঙ খরা তৌবীরো!"

থাজ, অমুক চংশিল্লগা অঙাংগী চাক্তু মানা ইনবীরে।

অঙাংদু চাক মবুক থল্লকপদা তৃন্নীংবনা হকাম বা-বা চল্লে।

থাজ, —"ইমা! অঙাংশিংগী তৃম্ফমসিবু করম্বা ফমুংদা শেমসিগে?"

"মমাঙগী ফমুং অমা হাংলিবদুদা শেম্লগে? ইমা তৌজরগেদা?"

"য়ানি, ইমা! ঐ শেম্লম্লগে?"

কমলানা উপু হাংদোক্লগা ফি-রোল পুথোরক্রে। থাজনা ফমুং থারগা ফমুং শেম্বা লোইরগা কাংখল অমুক থাদুনা অঙাং অনীদুবু শুম্বীরগা তৃমহল্লে। মতমদু থেংজিল্লক্রবদুদা থাজদু চৎনবা তৌরগে হায়রকই।

বীমোল, —"থাজ! ঐদি নঙগী লমন চাউনা তোনশিল্লেকো!"

"সিবু কনাগী লমন্নো? ঐ চৎলগে, হয়েং অয়ুক ওস্তা অমুক লাক্কে?"

থাজ, কমলাদা ওনশিল্লগা, —"ইমা! ঐ অমুক য়ৌজরগে?"

"য়ৌরো, য়ৌরো!"

থাজদু পূক্লিং খরা নুংঙাইনা থোক্লকই।

তোন্দোন্দসু চৎলমদাইদা তাক্লম্মী।

রোমিনা হায়রকই, —'ইচে! নঙবু ঙাইহাক্তনি হায়দায়নে?"

"য়াদদুনা তৌরিনিনে ইবুংঙো! চহী য়াম্খে থবক য়াম্খে হায়নদাইনে?"

"এ-এ! ইচেবু চহী য়াম্খে শুরব্রো? ওম্লোক্না থুনা হনুনীংলেদা! মীনা নহা শানবা কুঠি ফাওবা শেমদোক্লগা ইনরি।"

অসুম্না মখোয় অনী মরৈ য়েৎন-য়েৎনা লাকপনা থাংমৈবন্দগী য়ুম য়ৌরকখি।□

# তরাশুবা

থাজনা বীমোল য়ুমদা থোক্লক্রে তাবদা রোমিবু মারুটি জিপসি থৌহল্লগা নুমিদাংদা চৎখিবদুগী অশেংবা মরম খণ্ডদবনা বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখা মাঙ্গোলদা ফল্লগা মচা হল্লকপা ঙাইরি।

থোঙ্গালদা গাড়ী চংলকপা মখোল তারে। রোমি জিপসিদু গেরেজদা থৌজিল্লল্লগা থাজদা শো শিন্নরল্লগা ময়ুমল্লোমদা চংখ্রে।

ইন্দুরেখানা হংই, –"নঙবু করম্বা অরুবা থবক্কী কনাগীদা চৎলুবনো?"

"ইমা। ঐ ইমান্নবী অমা গাড়ী এক্সিদেন্ট থোক্রে তাবদা হোস্পিটালদা অনাবা হংলুবনি।"

"অদুদি খরা ফহৌরব্রা কমদৌরে?"

"খরদি ফহৌরে।"

চাক চাদনা মচা হল্লক্লগা চামিন্নগনি ঙাইরিবা মমানা থাজদা চাক চানবা তৌরসি হায়রকই।

থাজদি মশাদু মথুম-মরাং হৌবা ৱাখল অমনা চাক চানীংবা থোইনা পোক্লুদে। অদুবু মমানা চাক চাদনা মাবু ঙাইরম্বদুদা চানীংদ্রবসু খরদি চাদবা য়াদ্রি।

মখুৎ-মশা হাল্লগা মমাগা পুন্না চাক চামিন্নরি। অদুবু খরা চারগা অদুম তোক্লে।

চাক তোক্লবনিনা ফমুং চংনবা থৌরাং তৌখ্রে। ফমুংদা ফল্লগা কুইনা ৱাখল তৌদুনা লৈ। মাদি বীমোলগী মশক উরগা নুংঙাইজগনি খন্দুনা অসুক কুইনা ঙাইজরকপনি। অদুবু মাগী ৱাখলদা বীমোলগী মহুত্তা অঙাং অনীদুবু মমীত্তা অসুম উদুনা লৈরে। "করম তৌনা চহী তরেৎলোম মাঙলুরবা তুংদা মচা অনী পুরগা য়ুমসিদা অমুক হল্লক্লিবা? মাগীদমক্তি অঙাং অনীসে য়োক্তুনা মাগী নুপীগী মপামদা জাৎ ওল্লগা লৈরম্বনা হেন্না ফরমগনি। অদুগা করিগী মানা য়ুমদা অমুক হন্নীংলক্লিবা? মানা ঐবুদি শোয়দনা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংদুনা য়ুম্নাক-শাগে হোংলম্লগনি হায়না খল্লম্বসু য়াই। তশেংনা মানা অঙাং অনীসি ঐবু য়োকহনগে হায়না পুরকপদি ওইরম্লোই।

তৌকতদি পোক্রকম লমদম ইমা লৈবাক হায়বসিদি খ্বাইদগী হেন্না হায়নরিবনি। মাসু মমা লৈবাক নুংশিজবা মীশক অমদি শোয়দনা ওইগনি। অসুক কুইবা মতমসি ঐনা মাগীদমক লাইনীং ওইদুনা লৈজরক্রগা মাবু ঐনা মচা অনীগী মপা ওইরবা মতমসিদা উনররিবসিবু মপু মাগী কন্নব্বা মরাথংনো? মদুসু মমা লৈজদ্রবা পীক্রিবা অঙাং অনীগা। অঙাং অনীসিগী মরালনা করিনো?

য়ুনিভর্সিটি অমগী ওজা ওইরবা ব্রোজেনগা ঐগা লুহোংকগী বারোইপোৎ পুবা নুমিত্তা ঐনা লুহোংবদু পামদবগীদমক অহীং অমা মখোয়গীদা লৈরুরে। ঐগী অপাম্বদু থুংনবা ঐবু ফত্তবা লায়না অমনা মতম খরা অমুক নাহনবীরে। অদুসু ইরায় লায়বা ওইরমদদুনা নুপী অমগী পুন্সিদদি খ্বাইদগী মরু ওইবা কয়াৎ ওইরিবা ঘুম লৌথোকপা তাখি। মদুনা অচৌবা মরম অমা ওইরগা ঐগা ব্রোজেনগা লুহোংবা তোক্রে। ঈশ্বরনা মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎসিদা মতম-মতমগী শীন্নকপা থৌশিল মতুং ইন্না চংপা ঙম্বদুনা খ্বাইদগী হৈবা পুন্সিগী খোঙথাং ওইরোইদ্রা? হন্দক ঐঙোন্দা শীন্নক্রিবা থৌশিলসি ইনবদা ঐবু কয়াম বাগদগে? ঐনা মসি ইন্দবা থোক্রগনা ঐনা তাবীমোলবু চহী তরেৎ চুপ্না ঙাইজরকপগী মহয়দি করিনো? মা য়াওদনা ঐ ইতোমত্তা পুন্সি অমা লেনবদা ঐবু নুংঙাইবা ফংখিগদ্রা? ঐনদি মাবু মী কনামত্তগী মপুরোইবা ওইহন্নীংখিদে। মানসু ঐবু ফাদুনা পুখিবা নুমিত্তুদা ঐগী নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু বাংনা থাজৎপীদুনা ইকায় খুম্নবীখি। মদুমক্কসু ঐনা মাবু অসুক কুইবা মতমসি কাউবা ঙন্নত্তবনি। চহী তরেৎসিদা ঐনা ইশাগী তানবা য়াবা লৌশিং, জ্ঞান কয়া অমসু তানশিলহৌরে। মসি পুন্নমকসি মানা ঐবু ফাদুনা পুরমদ্রবদি ওইথোক্রমদবসু য়াই। মতমদুদা ঐখোয় অনীনা ইশা-ইশা য়ানদুনা চেন্নে হায়দুনা লুহোংলন্নবসু মসিগী ওন্ন-তৈনবা কয়া অমা থেংনরম্বসু য়াই। মসিবুরা ঈশ্বরনা শীনবা থৌশিল খুদিংমক অচুম্বনি হায়নরিবসে? মানা চীংগী খুলদা লোত্তুনা লৈরুবদা মাদি মশানা মমীত্তা লাইরিক ফজনা হৈরুরবনিনা চীংগী মশক ফজবী মেরীবু লাইরিক তাকপীরমগনি। মদুদা অফবা, অহেনববু পামজবা বাথল অমদগী মেরীনা মঙোন্দা ঙাওজবা হায়বসি মশানা তাবনি। মাসু নুংতিগী নকশিন্নরবনিনা উরীনা মনাক-নকপা উপালদা য়েংপগুম মেরীনা মঙোন্দা লৈখিবা ওইরম্রগনি। মদুসু তাবীমোলগী মরাল নত্তে প্রকৃতিগীনি। বসন্তগী মতমদা হৈরাং-লৈরাংনা হরাউ-তয়াম্না, মকা লান্না শাংপা উবদা খোইমু কয়ানা ঙাওদুনা কোয়পাই-পাইরিবনি। ঐঙোন্দা ঈশ্বরনা পীরক্রিবা মতম-মতমগী থৌদাসে পাঙথোকপা ঙম্বদুনা পুন্সিগী অচুম্বা শিনথা ওইফম থোক্রা? ঐ চীংগী ইশুং-ইমান্নবী অমনা তমগী পাখং অমগা নুংশিনদুনা পোক্রন্নবা অঙাং অনীসিগী মমা ওইদুনা ঐগী গর্ভদগী তাবা ঈচামক্সি

খন্দুনা লুনা-চান্না য়োকপা ওয়্নবদি মীনসু লাইনসু থাগৎফম থোক্রোইদ্রা ? মসিগুম্বা অচুম্বা, তুংগী মীয়োলনা তমহৌবা য়াবা ইথৌ পাঙথোক্লখসিনা ওইরোইদ্রা ?"

বাখল, পূক্লিং অমদি লৌশিং অহন্না পুন্না বারেপ লৌবা লোইরগা থাজমানবী অহীং মমৈদা তুমথগ্রে।

থাজনা তুমথখিবদো তুমশিং ফাত্রিঙৈদা নোংঙান্রে। পূক্লিংদা অঙাং অনীদুবু খন্দুনা অসুম লৈবদুদা মমীত্তসু অঙাং অনীদুবু উবগুম তৌরে। ঙক্স হৌগৎলগা ঈরু-মায়থজবা লোইরগা বীমোলগী মনাক্তা চৎনবা থৌরাং লোইরে। লম্বীদগী অঙাংনা চানবা, অমুলয়া, সেরেলেক, বীসকুটনচিংবা লৈদুনা থাউদা হাপচিল্লি। করি বাখলিবগে হায়না অমুক খল্লি। বীমোলগী মমায়দা মকোই হৌবদু কোকহন্নীংবা পোক্লকই। ব্রেদ পেকেৎ অমসু লৈরে। লৈগদবা পোৎ শুরে খন্দুনা মাগী কাইনেটিক হোন্দাদু তোংদুনা লাকপনা তোন্দোনখোয়গী থোঙ্গাল হাংদোক্লগা কাইনেটিক ইনশিল্লগা চংলকই।

কমলানা, –"ইচা য়ৌরক্রেদনা!"

"ঔ ইমা! অঙাং অনীদুবু হৌখ্রব্রা ?"

"এ! হৌদ্রি, তুল্লিবনি।"

মতমদু বীমোলদি মনীংলোমদা মচিন-ময়া শেংলি।

থাজমানবী, মফি হোংদোক্লগা অঙাং অনীদুনা তুল্লিবা ফমুংদা চংগ্রে। অঙাং অনীদি নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্মী। থাজনা প্রানেবু মশা নোমদুনা হৌদোকপীরে। অঙাংদু হকাম বা-বা চল্লগা থাজবু মশক খঙদদুনা তিঙক-তিঙক য়েংই।

"ইমা পম্বীগে" অসি হায়না থাজনা প্রানেবু পল্লগা পুথোরক্রে।

মমায়-মমীৎ তাথোকপীরগা মশম-মনা নীংথিনা হাৎতোকপীরে। মশমদু রবর অমনা পুনশিনবীরে। চাকখুম চংলগা অঙাংগী শঙ্গোম অমদি সেরেলেক শেম্বীরি। নুংশিনা প্রানেবু পল্লগা শঙ্গোম পীথকই।

শোমদা অসুন্না হোৎনরিঙৈদা ফমুংদা বুংঙোমচা কপ্লকই। থাজ, প্রানে-বু মোরাদা ফমহল্লগা চৎশিন্দুনা বুংঙোমচা পল্লগা পুথোরকই। ফদিদা ঈশিং খরা লুপ্লগা অঙাংগী মমায়-মমীৎ তৈথোকই। কমলানা মগুগী শেৎনবা খোঙগ্রাও, যুরিং পুথোরকপদু থাজনা শেৎচিনবী। প্রানেবু মফি-মরোল হোংদোকপীরগা মাঙ্গোলদা ফক অমা থারগা ফমহল্লি।

বীমোল, থাজনা ইমুংদা চংখিবগী শাহম ফংবদগী ইকাইদুনা ইমুংদা চংঙকপা ঙমদন্দুনা ঙাইহাক লৈ। ঙরাংদি নুমিদাং ওইবদুদা খরবু ফৈ।

মমা কমলানা মনীংদা থোরক্লগা মচা বীমোলদা হায়, —"ইবুংঙো, বীমোল! নঙ থাজদা পুক্নিং থারোৗগদবা বা অমত্তা পল্লকনুকো! মানা তৌবা খুদিংমক ফরে, ফরে, অদুম হায়য়ু। মহাকসে নঙগীদমক ঙাইবদা য়াম্না থাজরবনি। মাওম্বা লৈশাবী অমনা অসুম্না তৌবা ঐখোয়গী লমসিদা পাক উরোই। মাদি নঙগীদমক কৎথোক্রবীনি।"

বীমোলসু মমানা হায়বশিংদু ভাব তানা তারি।

বীমোল, ইমুংদা চংলক্লুনা থাজগা উনরে।

"থাজ! নঙদি ঙস্তানা অমুক য়ৌরক্লম্লে।"

"ঐনা ঙস্তানা য়ুমসিদা লাকপদা তাবীমোলনা লাকহন্নীংদবগী থারা?"

"অদুইবা নত্তেদা! নঙসিমা, শাউগনবসিনবা! নঙদি কলেজ চৎকদবা ওইরমগনি?"

"নুমিৎ খরনিদি ছুটি লৌরগে খল্লে।"

"করিগী?"

"ইচা অনীসিগী হোৎনদবা য়ারিব্রদো! তাবীমোল! ঐ বা অমখক্তা হায়জগে? ঐনা তাবীমোলগী কোই কোক্লবা ব্রেদ অহনবা লৈরক্রবনি। কোইদো অমুক্তা ফজনা কোকথোকপীয়ু! খরা লুনা-নান্না লৈরগা অবাবদু কাউনবা হোৎনবীরো। অঙাং অনীগী দায়সিমা ঐ লৌজরগে?"

"থাজ! ঐনা হন্দক্কী মপোকসিদা নঙগী লমন য়াম্না তোনশিনবা তারেদো।"

"তাবীমোল! লমনগী থাদু তোকসি। লাপথোক্লনবা বা ঙাঙবীগনু। ঐ তাবদা থাই। অদুগী শরুকপুদি তুংগী খরা নুংঙাইবা পুন্সি মরেল অমগী ময়াকৈদা চংশিন্নবা তৌসি। ঐ ঙরাং অহীং তুমদনা তুংগী পান্দম অমা শাগৎপা লোইক্লগা য়ুমসিদা লাক্লিবনি।"

"নঙনা খল্লিবদু য়াম্নদি ফবা, অদুদা লৈকায় মীনোক চংলক্কদবা কয়া অমা লৈবনা সমাজসিনা য়ানবা চৎতবদি য়াদবা।"

"মদু য়ানবসু খন্নরগা থোক্কনি। তাবীমোলসু খনবীয়ু। ঐসু খনগে।"

থারী শানা-শানা অঙাংশিং পীজ-পীথক লোইরগা থাজদু বীমোলগী ফমুংদা চংলগা অঙাংনা অহীংদা চোৎহল্লম্বা মোম্পাক ফিদকশিংদু হৌগৎলগা য়েন্নখাগী নুংশা লাংবা পোলাংখোক্তা ফৌদোকই। মঙোন্দা হঙ্গোইবগা অমত্তা ফাওখিদ্রে। চহী

মতাংদুনা ওইবসু য়াই। অমুক চৎলক্লগা কমলাদা হৎলগা অনৌবা মোশাক ফিদক অমা লৌরগা কমুংদা থারগা থম্বীরম্রে। মখোঙ-মথুৎ হায়দোক্লগা ইমুং চৎলগা ফি অমুক হোৎলোক্লুরে।

বীমোলসু থাজনা ঙসাই অঙনবদগী লাক্লগা তৌরম্নিবা থবক মমামদু চেকশিন্না য়েংই। থাজগী মশক উরগা মেরীগী বাখল থরদি কাউবগুম তৌই। অদুমু চহী মরিয়োম নোংমতা অশাউবা উৎলমদনা বীমোলগী নুংঙাইনবতা থম্লগা মনুং-মতম চাদনা লাইরেবাক্তা চৎথ্রবী, মশা লৈরোল চনখিবা নুমিৎ তরেৎনিদা ঙাইহ্রিবী; হক্চাংনা লৈপাক ওনবা ওন্নমখিরোইদবী মেরীগী নুংশিবী শকফমদু হেক্তমক উরকই।

থাজ, মথৌ য়াম্বনিনা মনীং পংতৌ-তৌবসু য়াবা নত্তবনিনা চৎলুখিগে হায়রম্লগা অমুক ময়ুমদা হনগ্রে।

কমলা, বীমোল অমদি তোন্দোন থাজ চৎথ্রবা তুংদা বা তাম্নহৌই।

বীমোলনা হায়রকই, –"ইমা! মেরীদো মণিপুরদা থোক্লগা য়ুমসিদা মতম থরা ইমাগী সেবা তৌরগনি হায়দুনা মৈতৈলোন ঙাঙবা হৈথ্রবনি; মৈতৈগী চিঙ্গাক, ফিজেৎ লোইনা খঙথ্রবনি। মহাক মণিপুর য়ৌরকখিদে হায়বদমক ঙায়থ্রবনি। মৈতৈগী মৌগী শীংদা চনথ্রবনি। অদুগা মহাক তাংখুল নুপা অমগী মচানি। মহাক মবুক মপাওসু য়াম্না ফবীনি।" বীমোল মমীত্তগী চেম্বরকপা মপিদু তৈথোকই।

মখা তানা হায়রকই, –"মহাক্কী মথৌ-মঙম খৃষ্টানগী চৎনবী মতুং ইন্না খুলদা পাঙথোক্লম্লবসু মৈতৈগী চৎনবীদদি পাঙথোক্ত্রি। মৈতৈগী চৎনবী মতুংইন্না মাগী শোরাৎ নুম্মিত্তা অহল অমনী য়াওহল্লগা লাইগীদা উৎসব মচা অমা কৎপা ফরোইদ্রা?"

তোন্দোন, –"তাচৌ! ঐসু মদু পাম্মী, ইতৈমগী আম্বানা পেনবীনবা।"

কমলা, –"হোয় হোয়! ইচানা অনীংবা, সিনা কৈ হায়বদু তৌশি!"

"ইমা! অদুদি মনীংগী ঐজ্ঞা মোমোনখোয়গীদা অমুক্তা চৎলগা ইমানা তাম্নবীরব্বনা ফগদ্রা?"

"হোয়, ইমা চৎলুগে?"

কমলা, ঐজ্ঞা মোমোন উনবা চৎনবা থৌরাং লোইথ্রে।

তোন্দোনগী বাখলদা হন্দক্কী উৎসবসিদা থাজগা প্রিয়াগা পুন্না য়াওহন্নীংই, মাসু ময়াম্বগী ফিভম অমা তারগদি লুহোংনীংবগী বাখল হান্নদগী লৈরবনি। প্রিয়ানসু উনবা

খুদিংগী তকশিল্লবনি। প্রিয়াদি হৌজিক লো তল্লি। মাদি এম পি এস সিগী পরিক্কাদি ভাইভাদা লৈহৌরে। তোন্দোন, উৎসবকী বাফমসি প্রিয়াদসু হৌদোকে খল্লি।

শোমদা থাজ য়ুম য়ৌবগা চাক ঈশিং খরা চারগা কলেজ চৎপগী ফিজেত্তা অমুক গাড়ী মচা তোংলগা থোরকই। হান্না কলেজ য়ৌরগা ছুটি চে অমা পীরুরে। অমুক বজার মলুং চংলগা মোম্পাক ফিদক অনী লৈরে। বীমোলনা শেৎনবা পাজমা অমগা ফুরিৎ অমগসু লৈরে। অঙাং অনীগী শেৎনবা ফুরিৎ, খোঙগ্রাও, শান্নপোৎ লৈবা লোইরগা উহৈ খরসু লৈরুরে। লৈবা লোইরে খল্লুরগা অকাউবা অমা লৈরন্নে।

ব্রাহেংবম লৈকায় তানা অমুক চৎলগা প্রানেগী খোঙজি, খুজি মনাদা য়ান্নবা সনা, মণ্ডক্তা শিনবা সনা মরী সনা শাফম মথং-মথং চংলগা য়েংই।

লৈদুম লৈরগে খন্দুনা লোইনা শুনবা লৈরগা পুরগা কোংবা তানা লাকই।

লম্বীদা খল্লি, "তাবীমোলদবু ঙসাই অয়ুক ঐনা কোই কোক্রগা খরা নান্না লৈবীয়ু হায়রম্বদুবু মকোইদুবু কোক্রম্নগদ্রা? বীমোলখোয়গী থোঙ্গাল হাংলগা চংলকই। তোন্দোন্দি ওফিস কাখিরম্লে। অঙাং অনীদি চাক চারগা তুমখ্রে। কমলাসু অঙাংগী ফি-রোল খরা লৈনবা শিংজমৈ কৈথেল চৎখিদুনা লৈরমদে।

থাজ চংলকপা মতমদা বীমোল হরাউনা কৌশিল্লগা মাঙ্গোলদা মোরা থারগা ফমহল্লি। মহাক থাজনা হায়বা ইন্দুনা মকোই নান্না কোক্রম্নে।

থাজনা হংলকই, –"অঙাং অনীদি তুমখ্রব্রা?"

"তুমখ্রে।"

"ইমাদি চৎথোকখিব্রা?"

"ইমাদি কৈথেলদা অঙাংগী ফি-রোল খরা লৈবা চৎখি।"

"তোন্দোনদি থবক কাখিবা ওইরমগনি।"

"থাজ! নঙনা ঐবুদি য়ান্না লান্না লৌরমগদবা মাল্লি।"

"করিগী?"

"ঐখোয় অনীগী বাশক থুগায়বগী?"

"ও! কাউদি কাউবীরমদ্রিবোইরে? বাশক্তবু তাবীমোলনা থুগায়গে হায়না থুগায়ব্রা নৎত্রগা ফিভম্না, তাঙানা য়াদদুনা কায়খিব্রা?"

"হোয়, তৌববুদি ফিভম্না য়ারক্তবদগী কায়খিবনি। ঐসু মতমদুদা নঙবু নীংশিংখিদবদি নত্তে।"

বীমোলনা মাগা থাজগা শোমদল খুলদা কায়নখিবা মিকুপ্তগী হৌজিক ওইরিবা মতাংদু য়ৌনা কপ্পা-কপ্পা ৱারীদু অমত্তা চিথদনা তমদুনা তাহল্লি। মখোয় অনী ৱারী লোইশিন্নকপদা মীৎলুদগী পিরাং চপ মান্নবা শীঙ্ঘমিন্নখি। মদুনা হেন্না চেৎপা মরী অমা শাগৎলকখি। বীমোলনা ৱারী লীরকপদা মেরীনা থাজমানবীবু উননীংই হায়রম্বা, লোক্তাক পাৎ য়েংনীংই হায়রম্বা অমদি মেরীনা বীমোলবু ফাদুনা লুহোংখিবগী মৈতে তম্পাক্কী লৈশাবী অমনা ৱানা-চাক্লা লেন্নম্নবদি ঐ মত্তোন্দা লাম্নে হায়জগে হায়রম্বশিংদু তম্বা তাবদা থাজদু মেরীবু য়াম্না হেন্না নুংশিরকই। মান্নবা থম্মোই অনীগী মশক্তুদনি থাজনা নুংঙাইবা পোক্লুরিবা।

থাজনা খঙ্গরুই, — "মাগী ফজবা পুকচেলদুনা মাবু ঈশ্বরনসু পামদুনা থুনা লৌশিনখিবা শোয়দনা ওইগনি, অফবা মীবুদি লাইনসু খরা হেন্না পামগল্লি হায়নবদু চুম্মোইরে।"

বীমোলনা মেরীগী এলবমদা য়াওরিবা ফোটোশিংদু পুক্লিংদা চিংনবা অমত্তা য়াওদনা থাজবু য়েংহল্লি। এলবমগী ফোটো মথং-মথং য়েংলকপদা অরোইবদা মেরীনা অরোইবা হিপথিবা মোংফম অমদি মোংফমদা য়ুংলিবা নুঙদু উরকপদা থাজগী থম্মোই পুবা য়াদ্রে। মীৎলুদা পিনা থুমহৎখিদুনা ফোটোদু য়েংবদা ল্লর চৎলে। মামক্কা পোকমিন্নবী মনাও নুপী অমা শিরবোই খল্লকই।

থাজনা হায়রকই, — "তাবীমোল! ঐবু য়াম্না থুনা নঙনা লৈরম্বা নাগালেন্দগী লোসোমি খুলদা পুবীয়ু! ঐ মেরীগী ইপা-ইমাগা উননীংই। মাগী মোংফমদা লৈ মনা অমত্তা ওইরবসু কৎনীংই।"

বীমোলগী ৱারী লীবা লোইরগা থাজনা মাগী ৱারী অমুক মথং-মথং তোনন্দোন্না প্রিয়া গাড়ীনা থেংলুবগী মতাং য়াওনা লীরকই। ৱারী লীবা লোইরগা থাজনা হায়রকই, — "তাবীমোল! পুন্নমকসে ঈশ্বরগী থৌশিলনি, ঐখোয় মীওইবনা শেম্বা ঙম্বা নত্তে" হায়না মখা তারকই।

হৌজিক্তি অঙাং অনীসি করম্না য়োক্কদগে হায়বগী মতাং য়ৌরক্লে।

"তাবীমোল! ঐ হৌজিক ইমীত্তা ঐগী অশেংবা ইচা উররোই। ঐনা মসি তাবীমোলগী মফমদা লোৎলুদুনা কৈদৌরুনি ঐগী উম য়াওদ্রে।"

"হা! কবন্না?"

ঈশ্বরগী মফমদা তাবীমোলবু ঐগী অমুক্তা ওইহনবীয়ু হায়জবদা ঈশ্বরনা মানা শীল্লকপা থৌশিল অমদগীনি। মসি ঐনা তাবীমোলবু থম্মোই শেংনা চহী তরেৎ

থম্মোইদা নুংঙতিগী পুজা তৌজরম্বগী মহয়নি। মেরীবুসু ঐগী নীংবা থুংনবগীদমক ঈশ্বরনা লৌশিনবীগ্রে। তাবীমোল হৌজিক ঐগী ইমাগুদা ইচা নুপী অমগা নুপা অমগা হল্লকুনা লেপ্পরে। ইমীত্তা ইচা উগনি হায়বগী আশা লৈরম্রবা ঐঙোন্দা ঈচা অনী উহনবীরে। ঐনা মখোয় অনীবু ঙরাং নুম্মিদাং অহানবা উরম্বদগী অহীং চুপ্পা তূমদনা মখোয় অনীগী মরাইবক্কীদমক খনখি। নুংঙতিগী মীত্তা উরম্বা তাবীমোলগী শক্তমদুগী মহুত্তা মখোয় অনীনা ইমাগুদা লেপ্পগা "ইমা" হায়না কৌরিবোইদা নীংখি। মখোয় অনীবু উনীংবনা ঐ ঙসাই নোংঙানবগা লাক্রিবদুনি। ইচা অনীসে ঐগী ইবুকথোক্কী ইচামক্কি খল্পা নাওকোঞ্জরগে? তাবীমোলনা মসিমত্তংদি য়াবীয়ু।"

অসি হায়রগা থাজমানবী বীমোলদা খুরুম্বগী মওংদা নোম্বুরকই।

বীমোল পাউখুমদুগী মহুত্তা মেরী নীংশিংলগা হিক্লা-হিক্লা কপথোরক্রে। বীমোল থাজগী পুকচেলদা থম্মোই পুবা য়াম্রে।

"থাজ! নঙগী অদুক বাংবা নুপী ওইবীগী ফিদম্নিঙাই ওইবা গুনসে ঐ ঙাকই। ঐনা নঙবু হাম্নদি অদুক মুম্বা খঙখিদে। মদুগীদমক নঙ ঐবু ঙাকপীয়ু! ঙসিগী মালেমসিদা নঙগুম্বী নুপী কয়া থোরক্রবদি সমাজসি কয়াদা ফজরমগবা? ঐনা শোমদল খুলদ নঙগী নফমদা ওইহন্নীংখিবা গুণ খুদিংমক ঙসিদি নঙোন্দা লোইনা শুনা চেল্লম্লে। নঙ ঐবু শাউগনু। ঐখোয়নদি থাজরুদবা চীংগী লমদা পোকপী মেরীগী মফমদসু নঙগা চপ মান্নবা গুণ কয়া চেল্লমখি। মানা ঐবু নোংমতা ঐনা শাউগদবা, বারৌগদবা বাহে, থবক অমত্তা ঙাঙখিদে অমদি উৎখিদে। ঐ মাবু তশেংনা নুংশি থাজ! ঙসি মা লৈখিদবা নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা নঙনা মাগী মহুৎ পুন্নমক শিল্লগা ইমাগুদা লেপ্পবসিদা ঐদি তশেংনা মঙগুম্না থোক্রে।

অদুবু সমাজসিনদি নঙবু হৌজিকসু লান্না উখিদৌরি। ঐখোয়না হিংলিবসি লম্বীগী মতাইগী পুল্লিনি। ঈচেলসু ময়ায়দা কন্না চেনবনি, মতাইদদি খরা তপ্পা চেনবনি। ঐখোয়না ঈচেলগী মতাইগী কাওশিংগুম্বনি মতাইগী কাওশিং ওইরবসু সমাজগী চৎনবীদগী খজিক্তং ওন্ননা উবা য়াওরকপদা কাওশিংদুগী মরমদা ফজবা নৎত্রগা অথীবা পুথোক্তুনা সমাজসিনা চাংদম্নরক্কনি। অদুনা মখোয়না ঐখোয় অনীগী হান্নদগী হোংলকপা ইতৌদুদা তত্তনা কুপ্পা য়েংশিল্লগা অশোয়বা মতাং য়েংল-য়েংলগা নোক্করক্কনি।"

"করিগীনো, সমাজসিনা অসুক মথৌ লৈত্রিবসিবো?"

"নঙনা মথৌ লৈতে হায়রিবা খোম্নবা ময়ামসিবুনি সমাজ কৌরিবসে। মখোয় অমা বাৎপদা সমাজ অমা মপুং ফারোইদৌরিবনি।"

"ঐবু তাবীমোলনা ফাদুনা অহীং অমা শোমদল খুলদা লোৎমিন্নরুরে হায়বসি মণিপুরগী মতমদুগী প্রজা মীপুম তিংনা তাদুনা সক্তি ওইখ্রবনি। মতমদুদা ঐখোয় অনী ইশানা য়ানা লুহোংলম্রবদি ইচা অনীসে ঐখোয় অনীগী ওইরম্বসু য়ারম্বনি। লান্নিবদি ঐখোয় অনী নত্তে, সমাজসিনি। মখোয়বু কিবদগী মরাল লৈজদবা তাবীমোলনা মীচেল ওইখিবদগী য়েক্লবগী খুত্তা তাবদগী ঙসিগী পুন্সি তাক্কসি য়ৌরকখিবগী মরম্নি। ঐদি তাবীমোলগী অরেম্বা চাক্লুক্তগী চাক ফাওবা চাদুনা তাবীমোলগী লোইনবী ওইরবনি খঙগ্রবনি। মতমদুদা তাবীমোলনা ঐবু মপুরোইবগী নুংশি মীৎয়েং খজিক্তং উৎপীখিদবদুনা ঐনা অসি য়ৌনা থম্মোইদা লাংতক্লনা ঙাইজরকপগী মরম্নি। তাবীমোল নুমিত্তুদগী ঐদি তাবীমোলবু ঐগী ইপুরোইবনি হায়না নীংজরকপনি। নুমিত্তুদগী ঙসি ফাওবা তাবীমোল নত্তবা নুপা অমত্তবু ঐগী ওইগে খল্লক্ত্রি। মদুমক্লসু ইনাও মেরীদা চৈথেং ফংখ্রব্রা হায়বসি ঐগী থাজবনি। হৌজিক ইচা অনীগী য়েংলগা ঐ ঙসিদগী য়ুমশিদা লৈরগে খল্লে। তাবীমোলনা করি খনবিরি?"

"থাজ! মদুগী বাদু কোন্না খন্নসি। ঐখোয় মেরীগী আত্মানা শান্তি ওইনা মপুগী লৈকোলদা পোথাজনবা মৈতৈগী চৎনবীদা লাইদা উৎসব মচা অমত্তং কৎকে লাংলি। নঙসু শীনবা খরা য়াওমিন্নসি। মদুগী তুংদা লোসোমিদা চৎলগা নুমিৎ খরনি লৈরুসি। মেরীবু পোকপা ইপা খাশিম পুকচেল য়াম্না চাউবা মীনি। ইমা শুথানেনা ঐবু মচাগুম্না লুনা তৌই। ঐ মখোয়দা তাক্লমদনা লোম্না লাকখিবনি। মখোয় ঐবু থারৌবা শোয়দনা লৈরমগনি। মশু অনীবু মখোয়না য়াম্না লুনা তৌজবনি। উনীংবনা কপ্পমগনি। ঐখোয় অনী মফমদুদা চৎলগা অরোইবা ওইনা মখোয়গা উনরুসি। ঐনা ওজা ওইরম্বা স্কুলগী ওজাশিং, ছাত্র-ছাত্রিশিংনা ঐবু থৌরাংনা ঙাইরমগনি। অরোইবা ওইনা মখোয়গা বীদাই তৌনরুবা চুমগনি।"

মখোয় অনীগী বারী লোইরকপদা অঙাং অমা তুম্বা মিকপ থোক্লক্লে। থাজ, মফি হোংদেক্লগা বুংজোমচাদু পুথোরকই। অঙাংদু বীমোলদা শিন্নরম্নগা খুদেং পুথোরক্লুনা ঈশিং লৌরুরগা ঈরুজবীনবা থৌরাং তৌই। কমলা, অঙাংগী ফিরোল খরা লৈরগা হল্লক্লে। থাজ উবদা হরাউই। থাজদি মমা অমনা লৌগদবা থৌদাংদু লোইনা হৈরে। মাগী মওং-মতৌ উরগা বীমোল থাজবু মেরীগুম্না উরকই। থাজনা মমাগুম তৌব্না অঙাংদুসু নিংঙাই থোইনা তৌদ্রে। বুংজোমচা ঈরুজবীবা লোইরগা প্রানে অমুক লুজবীরে।

প্রানেদু ঈরুজবীবা লোইরগা মানা গুসাই লৈরকপা লুপাগী খুজি, খোঙজি লোইনা শিজিনবীরে। সনা মরীদুসু শিবীরে। প্রানেদু য়েংবদা কয়াদি নুংশিরে। মৈতৈগীদি থা তরুকপু গুরবদি মচাদা লৈতেং শিবীবা, থোনবীবসি চৎনবীনি। মনাদা য়াম্নবা সনাদুদি প্রানেগী মনা হৎথ্রিবনিনা থাজনা কমলাদা পীরগা থমজিলহনখ্রে। থাউ তৈদুনা, গ্রেসরিন তৈদুনা কেবা য়াবা কেরগা কমলাদা শিন্নরে। থবক-ইনখাং লোইরগা ফিরোল কৌরিবদু লোকশিল্লি। ফমুং-ফানুং শিং-নাম্না লোইশিনবা লোইরগা থাজদু য়ুমদা চৎনবা ফি হোংবা চংখ্রে। ফি-হোংবা লোইরগা থোরকুনা কমলাদা – "ইমা! ঐ অমুক য়ৌজরগে?' হায়রম্লগা থোকখ্রে।

অসোমদা তোন্দোনগী ওফিসতা প্রিয়া লাকই। মখোয় অনী উনদুনা বারী শানে।

তোন্দোন, – "প্রিয়া! ঐখোয় তাচৌদো গুরাং মচা অনী পুরগা থোরক্লে।"

"হা! ইস! অদুদি ইচে থাজমানবীদি কমদৌবা? নুপা হায়বাজৎসে থাজবা য়াপোৎতেকো?"

"তাচৌদি নাগালেন্দদা লালহৌবনা ফারগা বন্দি ওইনা মখোয়না চলাইবা স্কুল অমদা অক্কগী ওজা ওইহনবদগী স্কুলদুগী সেক্রেটরিগী মচানুপীগা নুংশিনদুনা লুহোংলগা মচা অনী লৈরবা তুংদা নহান য়ুমদা ইতৈমদু পুরগা থোরকপদা লম্বীদা জিপ এক্সিদেন্ট থোকপগী ইতৈমদু শিরে।"

"হা! অওইবগীরো?"

"ঐনবু নঙোন্দা ওইদবা ভাওথ্রবো? অদু, ইতৈমগী মথৌ-মগুম খরা তৌরম্লগা ঐখোয় তাচৌদো য়ুমদা থোক্লিংমনবদগী লোন্না অহীংদা মচা অনীদুগা লাকপা জাৎনি। অদু, ইচে থাজদু ঐনা খুদক্তা পাউ পীবদা, পাইরকপৈবানি। ঐদি মা শাউগদ্রা হায়রগা অঙাং অনীদু মচাগুম্না ঐখোয়দা লাক্লগা নুংতিগী হোৎনবীরি।"

প্রিয়া, "মদুরা, ঐ অমা দায় লৈত্রে।"

"অদু, নঙনদি নচিন থি হায়নি, ঐখোয় তাচৌনা লৌরম্বা ইতৈমদুগী মমিং মেরী কৌই, মশক্তু খুৎফজ অমা তৌই। অদু, ঐখোয় ইতৈমদু লৈখিদবগী শোরাং নুমিত্তা ঐখোয় মনীংগী ঐজ্ঞা মোমোনখোয়দা উৎসব অমা কৎকদৌরি। নঙসু য়াওসি! ঐখোয় তাচৌগী মমাঙদা নকোকতি খুম্মুকো! গুম্না লাকউ। ঐ থবক খরা চিন্নি, য়ৌনবা তৌরো!"

"ঐবু তানবে বানিনে। অদু, ঐ নখোয় তাচৌগী মশক হায়া খঙনীংই; অঙাং অনীদুসু য়েংনীংই, হয়েং অয়ুক লাক্কে?"

"লাকপীয়ু হায়দে।"

" ঐ হয়েং লাক্কোইনিকো!" হায়রম্লগা প্রিয়া অমুক হনম্রে।

প্রিয়ানা লম্বীদা খল্লি, – "ঐনা হয়েং মখোয়গীদা চৎপদা মখোয়গী তাচৌ লৈরম্লবদি কোক খুমগদ্রা? ইচে থাজমানবীনা অদুক কুইনা ঙাইজরকপা নুপাদুনা মচা অনী শুরবা! অস! মাগী মরাইবকসিসু! ফরে, ঐ অঙাং অনীদুগী শুট অমমমদি লৈরগে।" অসি খন্দুনা প্রিয়া বজারদা চংলগা অঙাং অনীদুগী চহী পারগা শুট অমমম লৈরগা ময়ুমদা হল্লকই।

শোমদা তোন্দোন নুমিদাংবাইদা হল্লকপদা অঙাংগী শাম্নপোৎ ময়াম অমা লৈরকই। ময়াম্বনা শেংনবা ফি-রোল খরসু লৈরকই। শাম্নপোৎশিংদু উবদা প্রানে পায়দুনা শাম্নবা হৌরে।

তোন্দোন, বুংঙোমচাবু থাঙ্গৎলগা মখজাইদা চুপ্পী। ময়াম্বগী মচা হায়বসিদি মনাওনসু মচাগুম্না নুংশি। অদুগী মথক্তা নৌনা মমাসু কায়নরবা অঙাংনি।

প্রানে, মৈতৈলোন ঙাঙবা য়াম্না থোক্তি। চাকেশাং মরোলদি খরা ঙাঙলে। চাক চাগে, ঈশিং থক্কে, লোইনা চাকেশাং লোন্দা ঙাওই।

অশোমদা থাংমৈবন্দগী বীরমঙ্গলগী য়ুমদা থাজগী অহোংবা খরা মমানা উবসিদা মচাদা মদুগী মরম হংই। অদুবু থাজনা শেংনা তাক্তে। থবক অরুবা অমা লৈদুনা তৌরিবনি হায়না খুম্মী।

বীরমঙ্গল, বী পি খরা বাংবদগী শাজেল ওইনা অয়ুক ঙন্তা হৌরগা লম্ফেল্লোমদা মরুপ খরগা অয়ুক্কী অমুক নুমিদাংবাইগী অমুক বার্কিং চত্তুনা শাজেল কন্না তৌরি। মমা-পাবুং অনীমক্তা মচাগী চহী লৈশিল্লকপা অমদি ওপরেসন অরুবা অমা তৌখিবা লৈবদুদা নুংঙাইফম ইখঙ-খঙজদনা লেল্লি।

অমত্তা পোকচবী মচানুপীনা মশক-মতৌসু বাত্তবী, মশাসু কলেজগী ওজা অমা ওইরগা মপামদা পুল্লি খম্ববু করম্না পামগদগে? করিগুম্বা থাজনা লুনা খঞ্জরিবা বীমোলনা খঙহৌদনা হিংলমদুনা থোরক্লবদি মখোয় অনী লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা চংজরবসু থোইনা কায়দ্রে খন্নরবনি।

শোমদা বীমোল য়ুমদা থোরক্লবসু মচা অনী য়াওরকপসিনা মরম ওইরগা থাজনা মপাবুংদমক নখত্রবসু মমাদা বীমোল থোরক্লে হায়না ফোঙদোকপা ঙম্নবগী থৌনা লৈজদ্রে। মাদি চহী মতাংদুননি খঙদে নহানমখে চহী তরেৎ লাইনীং ওইজরকপা বীমোলগী শকফমদুগী মহত্তা পীক্লিবা, মমানা নৌনা হন্দোকপীরম্নবা অঙাং অনীদুগী বাখলদা তুম্বা-চাবা খঙদনা ঙাওজরি। অঙাং অনীদুনা মানা হায়বা অমদি তৌবীবা খুদিংমক্তা মমাগুম্না হরাউ হরাউসু য়ারি। মদুদা থাজগী নুংঙাইজবদি করি হায়গনি। মাগী বাখলসিগা মান্নবা গুণ চেনবী মণিপুরদা খরা তাংনা থোকই। মসিদি বাখল, লৌশিং মপুং ফাবী, মীগী বা তারবসু চুম্মী-লাল্লি খঙনা বা লৌবা হৈবী, মশাগী অচুম্বা বাখলদু মীনা মমায় চুম্বদা চঙবী, পুকচেল চেংপী নুপী কাঙবু খরতনা ওইগনি। থাজদি অসিগুম্বা বাখল মপুং ফারবী তশেংনা লাইরিক হৈরগা লাইশু ফজনা খঙবী, নুপীগী গুণ শুনা চেনবী ওইবনা লায়না থোকপগী মরমনি।

মমানা মাগী হেঞ্জিন্না হোংলক্লিবা ফিভমদু উরগা বাহং অমখক হংলকই, –"ইবেম্মা। নঙনা নুংতিগী অয়ুকসু নুংথিলসু অরুবা থবক অমা চলাইবগুম নঙগী কলেজগী থবক্তগী হেন্দোক্লুনা চত্থরক্লিবা ময়ামসিবু করি থবক্লো? ইমাসু খঙনীংই। কা হেন্না থবক তৌরবসু নশাদু শোক্লক্কনি। পৈশা হেন্না ফংগদবা লৈরবসু নশা শোক্কম্বা থবক্তি তৌগনু। নঙগী কলেজগী নোংমগী তৌদবা যাদবা খরা তৌরগা লোইরে।"

মমানা হায়রিবা বাদু মতাইদা থম্লগা থাজনা হায়রকই, –"ইমা! ঐ গুবাহাটিদা হপ্তা অনীরোম চৎপা তারে। কলেজগী ওজাগী ওইবা রিফ্রেসর কোর্স অমা য়াওরুগে তৌবনি। মথং হপ্তাদা চৎকদবনি।"

"হোয়, হোয়! অদু, ইবেম্মা! নঙগী মহৌশাগী বীমোল হায়বদুদু মবা-মপাউকা অমত্তা তাথিদ্রবা?"

থাজ, শ্বাই হেক লাওই। খুমশি কদায়, খুমদসি কদায়, ঙাইহাক তিঙক-মায়ঙরুবগুম তৌই। য়াম্না তপ্পা খোনফমদা "থোইদোকপা তাদে" হায়না খুম্মী।

"ও! বীমোলদু অমুক্তং থোরক্লগদি নপাবুংনা বাফম অমখক হায়নীংবগুম তৌবদুদা হংবনিদা। ফরে, থোরক্লবদি কান্নদ্রে।"

থাজ, মপাবুংনা বাফম অমখক হায়নীংই হায়বিকী মবমদু খঙনীংবগুমদি তৌই। অদুবু বীমোলনা মচা অনী য়াওরকপসিনা থাজদু অশেংবা ফোঙদোকপা ঙমজদে।

গুবাহাটি চৎকে হায়বদা হরাউ-হরাউ যারকপদুদা থাজ মাগা বীমোলগা নাগালেন্দদা পুন্না চৎপগী হায়নবদুমদি য়ারগনি খল্লি। চৎকদৌরিবা খোঙচৎসি অশেংবা

গুবাহ্যাটি চংকদবদি নত্তবনিনা মাগা ওজা ওইহ্মিন্নবী থাজনসু খরা থাজজবী ওজা বীনাদা মাগী অশেংবা পুন্সিগী বারী লীদুনা বীমোল অমদি মাগী হৌজিক ওইন্নিবা মতাংদু শেংনা তম্মী। থৌরাং অমনা থাজনা নাগালেন্দ চংল্লবা তুংদা মাবু পোকপী মমাদা মানা চংলিবা খোঙচত্তুগী অশেংবা মরমদু কোন্না তম্নবা অমদি মদুদা মমান্নু য়ানীংহন্নবা হোৎনবীরম্মু হায়বসিনি। বীনাসু মরুপ থাজগী বাদু য়ারে।

থাজ, মথংগী নুমিৎসু অন্নুক্তা হান্নগুম্না লাক্লুনা বীমোলখোয়গী য়ুম য়ৌরক্রে। প্রানেদু লাইহৌ তৌই হায়দুনা ডাক্তর চংখিবদগী বীমোলগা প্রানেগা লৈরমগ্রে। য়ৌরকপগা বীমোলগী ফমুংদা মোম্পাক ফিদক অহনবা অমা শিনবীরে। অবুংমচাদি কমলানা পোরগা নঙ্গন্দা উইরি। কমলা অঙাং পোরগা য়ুমগী কুপ্রোম খরা হোৎনরি। কমলাগী চহী মতাংদুদা থাজ য়েংবা নুংঙাইত্রমান্নে, —"ইমা! ইমানা অঙাং পোবসে উরগা নুংঙাইগদবা মাল্লি, ঐসু অঙাংদু অমুক্তা পোবা হৈব্রা য়েংজগে?"

"মীনা উরগা ফজগদ্রনে, ইবেম্মা?"

"হেরা! ইমা! মীগী বাবু, নোক্লনীংখে নোক্লজসনু!"

"হোয়দা, হোয়দা! ইচাসিদি, নচাগুম্বনি। নঙনা পোকপনি খল্লবসু করিসু কায়দে। অদুগুম্বী মমাদুনি, অফবী মমা হায়নরিবসি। কুন্তিবু মঙা পোকপী মমানি করন্না হায়রিবা? নকুল সহদেবদি মানা পোকপা নত্তে, মাদ্রিগী মচানি। অদুবু কুন্তিগী মমা ওইবীগী মান্নবা মীৎয়েংদুনা মঙা পোকপী সতি কুন্তি হায়রিবদো চারোন-শুরোন কয়াদা তুংগী মীরোলনা মমা ওইবীশিংনা তমহৌনবনি। অমরোমদা অমুক শাস্ত্রেম্বী চাইশ্রাগী বারীদা মমা অতোম্বীগী মীৎয়েংদা ইচা-মীচাগী চাউরবা পল অমা লৈরি। কুঞ্জমালাগী মফমদসু মমা অতোম্বীগী লমচৎ লৈহৌরি। পুন্নমকসে তুংগী মীরোলনা খঙহৌরগা অফবদু তম্নবা তাক্লল্লিবা ঙাক্তনি। নঙদি লাইরিকসু আ য়ৌনা হৈরবীনি।"

থাজদু কমলাগী বাদু তারগা পূক্লিংদা মদুমক ঙম্বা ওইজগে হায়না খল্লি।

কমলা অঙাংদু মনঙ্গন্দগী মথাদা ওম্থরগা থাজগী নঙ্গন্দা নহোংগা পুন্না থোঙ্গৎপীরে। মমা ওইবীগী চহী মতাং কারবী থাজদো অমুক্তা তৌরক্তবনা নাহোং শাবদু ইকোই-কোইদুনা হৈত্রে। কমলানা শেম্বীরগা অঙাংদু পোরে। থাজনা অঙাংদু পোবদুদা মনম পোল্লপ তৌনা চংপদু ওম্বোক্লবু পকচক্লরে। থাজবু য়ুমদুদা নৌনা লাকপা মী অমনদি য়ুমদুগী মৌ নত্তে হায়ররোই। মচা অনী গুরবী মমা হায়বদু চপ চানা মান্নে। ফি অমনা কোল্লগা থাজগী নঙ্গন্দা বুংঙোমচানা ফোং-ফোং শানা লুম্না তুম্বদুদা থাজগী পূক্লিংদা অনৌবা হায়ফম খঙদবা নুংঙাইবা অমা ফাওবগুম তৌরুরে।

মসিরা মমা-মচাগী নক্লবা মরী হায়বদো ? অঙাংসিনা মবুক লান্নগা কপ্পকপা মতমদা মমাগী শেংলবা অমৃতগুম্লবা খোল্লাং শোয়দনা থিরক্কনি। মতমদুদা থাজনা মচাসিগী অনীংবদুমদি থুংহনবা ওল্লোইদৌরি। মদুগী অবাৎপা লৈহন্দবদুনি থাজনা পাল্লক্লিবসি। মদুদংগা থুংহনবা ওল্লবদি মমাগা মচাগা অনীগী মরক্তা হেন্না চেৎপা মরী অমদি লৈনরমগদবনি। হয়েং অঙাংসিনা চাউরগা থাজবু মমানি হায়না খল্লগসু খোল্লাংগী মরী লৈনখিদবদুনা মমাগী খোল্লাং লমন শিংবা হায়বা ৱাহৈদুমদি ৱাংকদৌরি। করম্বা অথঙ-অহৈ তান্নরগা থাজগী অবাৎপসি পীবা ঙমগদগে ?

থাজনা খঞ্জরকই, —"ঐনা ঐগী খোল্লাংসিবু ইচাগীদমক নঙথহনবা য়াররোইদ্রা ?"

ৱাখলসিবু খল্লুরগা থাজ মীৎলুদগী পিরাং ইহৌরকই। গ্যাসতা শঙ্গোম খরা শৌহল্লগা মচানা মিকপ থোরকপগা পীথক্লবা শেল্লগা থম্বীরে। থাজগী পূক্লিং অমদি ৱাখল অঙাং অনীসিদা পূমলুপ-লুপখ্রে।

থাজনা বুংঙোমচা পোদুনা য়েন্নখাদা ফি অমা ফৌদুনা লৈরিঙেদা প্রিয়া গাড়ী মচা অমদা ফনেক অমা শেৎলগা ফুরিৎ খুদাংচোনবী অমা লীৎলগা চুনি অঙৌবা অমা মঙক্তা য়াল্লগা প্লাষ্টিক্কী বেগ অমা পায়রগা থোঙ্গালদগী চংলকপা উরে। থাজ, করিমত্তা ইকায়দনা লেপ্লগা য়েংই। প্রিয়ানদি কনানো মৌ অমা লেপ্লিবসিবো হায়না খল্লি। প্রিয়াদু অসুম চংলকপনা শুমাঙ য়ৌরে।

থাজনা উরদুনা হরাউনা কৌরকই, —"হায় প্রিয়া! লাকও, লাকও! চংলকও!"

পিয়াদু থাজগী মতৌদুদা, —"করিনো ইচে থাজসিবো" হায়না খল্লি।

প্রিয়া মাঙ্গোলদা কাখৎলগা মোরাদুদা ফম্মী। তাঞ্জাদুদা বীমোল মচা প্রানেগা রিক্সোদগী কুমথরগা চংলকই।

কমলানা প্রিয়া উবদা, —"ইবেম্মা! কোয়রকইবা! ফম্মু-ফম্মু" হায়।

কমলা, বীমোলদা অমুক ওনশিল্লগা, —"ডাক্তরনা করি হায়রক্লবা ?"

"হিদাক খরা ইরগা পীরকপদু লৈরক্রে। পীথক্কদবসিনি লুরিবসি।"

থাজনা "ঐ পীথক্কে" হায়।

বীমোল, মাঙ্গোলদা নুপী অমা চুনিনা মকোক খুল্লগা মোরাদা ফম্নিবদু উরে। থাজনা বুংঙোমচা পোরগা লৈরম্বদু উবদসু বীমোলগী পূক্লিংদা অনৌবা মহাও অমা লাকপগুমসু তৌরে। হায়ফম-তৌফম খঙজদবা অমা পোকই।

প্রিয়ানা মাঙ্গোলদা ফমহৌরগা বীমোল ইমুং চংবদা থাজসু য়াওনা চংখ্রে।

থাজ, বীমোলনা লৈরকপা হিদাক মহিদু প্রানেদা পীথক্নবা মথুম হাংদোকই। মানা হিদাক পীথকপদু প্রানেসু করিমত্তা হায়দনা অদুম থকই। চাকেশাং মরোলদা করিনোমা হায়খি।

থাজদু প্রানেগী মরোলদুদা নোকই। বীমোলনা হিদাক থকপদু খায় হায়রিবনি হায়না তম্মী।

থাজগী থম্মোই শেংনা হোৎনবা মতৌদুদা বীমোলনা হায়রকই, – "থাজ! ঐ নঙগী চাউরবা লমন অমদি তোনবা তারে।"

"করিনো লমন, লমন, লমন? ঐবু হৌজিক ফাওবা থাজবীদ্রিব্রা? বাহৈদো তাবা বারে। তোকপীরো।"

"অদু থাজ! নঙনা বুংঙোমচা পোরম্বা উবসে ঐ কয়াম নুংঙাই।"

"সি ফাওবা হৈতদুনা ইমানা শেম্বীরিবনি। অদু, নাগালেন্দ চৎপগী বাফমদো ঐনা ঐখোয়'মাদা মথংগী য়ুমশকৈশা নুমিত্তা গুবাহাটিদা রিফ্রেসর কোর্স অমা য়াওবা চৎকনি, হাপ্পা অনীরোম লৈরুগনি হায়বদা ইমানসু য়ারে।"

"নঙসু অপোকপী ইমাদা ওইদবা ঙাঙলবা?"

"তাঙ্গাননি, মসিদি মী শিবা য়াবগী ওইদবদু নত্তে, মী কনবগী, সমাজ অমা শেমদবা, কন্দবা য়াদবগী মীনম্বা ঙাঙবনি।"

"ফরে, অদুদি উৎসব নোংঙানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা চৎনবা তৌরসি!"

থাজ, পোরম্বা বুংঙোমচাদু থারগা বীমোলদা পমহন্রে।

থাজনা লোন্না বীমোলদা বাফম অমা হায়রকই, – "মপান্দা ফল্লিবা মকোক খুল্লিবী লৈশাবীসে মশক উবীরব্রা?"

"ঐসু কনানো খল্লিবনি।"

"মপাদু সেক্রেটরিনি, হোমগী বীভাগ পায়রিবনি। ঐখোয় তোন্দোন্না গাড়ীনা থেংলুবদগী খঙনখি হায়বীদুনি। য়ান্না ঈং-তপ্পনি। তোন্দোন্না পাউ পীবদগী অঙাং য়েংবা লাকপা ওইরমগনি। ঐ বারী শারুগে?" অসি হায়রগা থাজ মপাল থোরকই। মপান্দা কমলাগা প্রিয়াগা বারী শানরম্মী।

কমলা, – "ইবেম্মা! ইমানা প্রিয়াবুসু উৎসব নুমিত্তা গুস্তা লাক্লগা খরা য়াওবীয়ু হায়রম্লিবা।"

থাজ, —"য়াওদবা য়াব্রা; ইমুংগী মী ওইরগুম্বসিবু। ঐখোয় অনীনা মায়পুননা হোৎনগদবনি।"

তোন্দোন্দু ঙসাইদগী প্রিয়া লাক্লে হায়বদি খঙলগা থোরকপা ঙমদদুনা মাগী কাদা লৈ।

থাজনা, —"তোন্দোন! তারিব্রা নঙবো! প্রিয়া লাকইয়ে।"

"তারে, ইচে!"

প্রিয়া, — "অঙাংগী শুট অনীখক লৈজরকপনি চাগব্রা খঙদে।"

"কদায়নো?" থাজনা প্লাষ্টিক্কী খাউদুদগী শুটতু লৌথোকই। ইমুংদা অঙাংদা চাব্রা য়েংলুনবা পুশিনখ্রে।

বীমোলদি প্রিয়া মপান্দা ফম্বদুদা থোরকপা ইকায়দুনা মাগী কাদা অদুম লৈরে।

মাঙোলদা তোন্দোন্না প্রিয়াদা হায়রকই, —"উৎসবসিবু ইমা-পাবুংসু হায়সিরা?"

"তন্নি কৈসু। ইকাইজে, ঐ ইতোমতা লাকচগে?"

"ফরেনে।"

থাজনা বুংঙোমচাবু শুটতু শেৎপিরগা পুথোরকই।

প্রিয়া, অঙাংদুগী মতৌদুদা নুংশিদুনা, —"ইচে! অমুক্তা পমজগেনে?"

অঙাংদুসু করিমত্তা হায়দনা অমনা অমনা পম্বদা ইয়াদা য়াই। প্রিয়াদগী তোন্দোন্না অমুক লৌরগা অমুক পম্মী। প্রিয়া চৎকদবগী হৌগৎলক্লে। তোন্দোন অঙাং পন্না-পন্না প্রিয়া থিন্দোকপা থোরকই।

প্রিয়া, —"ইচে! ঐ অমুক য়ৌজরগে? উৎসব নুমিত্তা ঙন্না অদুম লাকচবগে?"

"ফরে, প্রিয়া! নঙ খরা হান্নম্মো। ইচেসু চৎলগদবনি।"

প্রিয়া চৎখ্রবা তুংদা থাজনা অঙাং অনীবু শঙোম পীথকই। অঙাং অনীগী সেবাদা মহৌশাগী বীমোলনা মাবু ফারুবা নুমিত্তা অহীংদা চীংগী পীক্লবা য়ুম মচা অমদা ফাওখিবা ইনখৎলকপগী নুংশি-নুংঙনগী থিংবা ঙমদবা বাখলদুদি কদাইদনো মফম খঙদনা মঙেন্দগী লাকপথোকখিবগুম তৌরে। মখোয় অনীগী বাখলদি অঙাং অনীসিদা মপুং ওইনা লুপ্লুনা লৈখ্রে। মসি ওইবা তাই ময়াগী সংসার হায়রিবসি।❑

# তরামাথোইশুবা

মতম্নদি খণ্ডহৌদনা অসুম চৎখিবনা মেরী লৈখিদবা নুমিৎ ১৩ নি শুরে। হয়েং লৈপাকপোকপা নুমিত্তা উৎসব কৎনবগী লাংলি। থাজ, বীমোলগী য়ুমদা নুংতিগী লাক্কুনা মথৌ অমা ওইনা অত্তাংশিং-মানা হোৎনররি। কমলানা লাইগী উৎসব কৎপদা যাওবীনবা লৈকায়গী অহল তরামুক বার্তন তৌরে। উৎসবকী পোৎলমদি লাওবা লোইদুনা ঐত্তা মোমোনখোয়গী মান্দবতা পুন্নগা থিন্নুরে। তোন্দোনসু মাগী মমান্নবা সুপ্নগী অনীখক্তং বার্তন তৌই। বীমোলগীদি অমত্তা তাক্রে। মখোয় অয়াম্বনা মহাক য়ুমদা হল্লক্লে হায়বসু খণ্ডবা নত্তে। থাজসু মাগী অবাবদা তান্নফম ওইবী কলেজ অমদা পুন্না ওজা ওইমিন্নবী বীনাবু বার্তন তৌই। কমলানদি মাগী মচিন-মনাওশিং লাপ্না লৈবগা, কয়া খণ্ডহন্নীংদবগা লৈকায়গী খরদমক হায়রগা অতৈদি পাউ তাক্লে।

উৎসব নুমিৎকী অয়ুক্তা প্রিয়া গুন্তানা যৌরক্লে। থাজগা মখোয় অনী মিনিট খরদমক খৈন্নে। মান্দবতা চক্কুনা লৈকায়গী লৈশাবী মচা খরনা এক্লাং শেন্নিবদু য়েংলুই। মী-পঙয়াম য়ামদবনিনা ঐত্তা মোমোন্না চাক থোংবা, শোনবা খোৎপা, লাইরিক তাবা লোইনমক তৌবা তারি। চাক থোংবা লোইবগা ভাগবত মতেক অমা তারে। চাউনা শিন্দোকপা মেরীগী ফোটো অমসু থম্মী।

বীমোল থম্মোই শেংনা মচা প্রানে পন্নগা ভগবত খুরুম্মী, লাইরিক খুরুম্মী।

অরোইবদা লাই ওনথ্রবী মেরীগী ফোটোদা লৈ কৎলি। ফোটোদা লৈ কৎপা মতমদা বীমোল মখোল থোক্লা কপ্পী। মাগী মতৌ উরগা রারী খণ্ডবা পুন্নমক্তি মীত্তগী পী তাদবা অমত্তা য়াওথিদ্রে। কমলাসু কপ্পী, তোন্দোন কপ্পী, থাজনা অমুক্কা হেন্না থম্মোই শোক্লা কপ্পী। চীংমী নিংঙোলদুদা নত্তে, মাগী শেংলবা আম্বা, মানা হায়রম্বা, ঙাঙলম্বা, নুংশিবা মবাহৈগী মপাউ বীমোলনা তম্বা তারুবদনি তারক্লিবা শিরাংসি।

থাজনা করিমত্তা চিংনদনা বুংঙোমচা পন্নগা লৈ কক্কুনা মেরীগী ফোটোদা মাসু খুরুম্মী।

মীনা হংনবা য়াওই, —"নুপী অসিবু কনানো? মসিবু বীমোলগা করি থোক্লবনো? অঙাংসিনা বীমোলগী মচারা?"

অদুবু তোন্দোন্না দি এস পি ওইরবনিনা কনানসু মখা তানা হংবা ঙম্নদে।

খঙলবসু খুম্নদে। প্রিয়া, তোন্দোন অমদি কমলাসু মখোয় মখোয়গী তৌফম থোকপা, লাইরিক খুরুম্বা, লৈ কংপা পুন্নমক লোইরে।

হৌজিক্তি লাইদা লুক কংকদবদা ঙাইরে।

ঐঙ্গা মোমোন্না লাইদা লুক কংলে। অদুগী তুংদা ধুপ আর্টি কংপসু লোইরে।

মথেল লুকোইশিংদু চাক্লুক পরেং শানা থাদুনা হাপ্না লোইরগা ময়াম প্রশাদি ফংনরে। ঙমজবা দক্ষিনা লুপা তরা তরা তৌরগা ময়াম হন্নখ্রে।

থাজনা উৎসব চাবা লোইরগা ঙরাংগী বাফমদু অমুক হন্না বীনাদা হৌদোরকই। "মদুদি মানা নাগালেন্দ চংকদৌরিবসি মমা-পাবুং খঙহন্দনা চংকদবনিনা বীনানা অয়ুক্তা মখোয়গীদা কারদা লৌবা লাকপীয়ু। মা চংখ্রবা তুংদা মাবু পোকপা মমা-পাবুংদা মানা চৎলিবদুগী অশেংবা মরম খঙহনবীয়ু।"

বীনাসু থাজনা বাফমদুবু য়াম্না লুনা লৌবদুদা শোয়দনা পাঙথোক্লগে হায়রগা কায়নরে।

হয়েং চংকদবনিনা ঙসিদি থাজ য়ুমদা খরা ঙম্না হল্লকই। ইয়ারবেক্তা পুগদবা মাগী পোৎ-চৈ মখৈ শুনা হাপচিন্দুনা শেম-শাবা লোইরে। বাখল খন্না-খন্না তুমথখিবা অহীংদু লোইরে। নোংঙানবগা চিন-য়া শেংবা, ঈরুজবা পুন্নমক লোইরগা কি শেত্তুনা বীনা লাকপা ঙাইরি।

বীনাসু থোঙান্দা কার খাম্লগা চংলকই।

"হো! থাজ! নঙবু লোইদ্রিব্রা?"

"লোইরে, লোইরে" হায়রগা ইমুং চংদুনা লাই খুরুম্লগা ইয়ারবেক্তু য়াম্লগা থোরকই। ড্রাইভরনা মাগী বেক্তু পুথোকপীখ্রে।

মমা-পাবুং খুরুম্লগা — "ইমা! পাবুং! নচা চৎচরুখিগে?" হায়।

ইন্দুরেখা অমদি বীরমঙ্গল মচাবু মঙ্গল ওইরকউ হায়না বর পীবী। ঙাইহাকী মনুংদা কারদু থৌদোকখ্রে। কারদু শিংজমৈরোমদা লাক্লগা কোংবা তানা থৌরগা তোন্দোখোয়গী থোঙাল মপা য়ৌরে। কারদু খাম্মী। থাজ, কারদগী কুমথরগা থোঙাল

হাংদোক্লগা চংলকই। বীমোলসু থৌরাং লোইদুনা লৈরম্লে। তোন্দোন্না অঙাং অনীদু পম্বোম অনীদা কোল্লগা থিন্দোরকই। নুংশিনা খজাইদা চুপ্লী।

থাজ, কমলাবু মখোঙ শোক্লগা, – "ইমা! নচাখোয় মঙ্গল ওইজরকে।" হায়রগা খুরুম্মী।

"ইমৌসিদি নকোকমত্তা চিক্লক্তবা ওইয়ু।"

বীমোলসু মমা খুরুম্মী।

তোন্দোন, ময়াম্বা অমদি থাজবু মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। থাজবুদি মানা মাগী গুরুমক্তি খঞ্জরিবনি। তোন্দোন ময়াম্বা অমদি থাজ খুরুম্বদা মপি তারকই। অরোইবদা কমলা মশু অনীবু মকোক্তা নুংশিনা নানবীরগা মশু অনীগী মখুত্তা ময়ানা চীকই। খুৎনিংথৌদা য়োংশবীদগী নাল্লগা পুরকপা হমুক্তুনা অঙাং অনীগী লাইবক্তা নম্বী।

অসুম্না কারদু থৌদোরক্তুনা অবাং বী ও সি পাংখ্রে। অবাং বী ও সিদা কোহিমা ফাওবগী টিকেট লৌরগা বস অমদা কাখৎলে। বীমোলনা প্রানে পম্মী, থাজনা বুংঅোমচা পম্মী। গাড়ীদা কাখৎলগা থোঙনাওদগী থাজনা বীনাদা মানা শিন্নরম্বা বাফমদু শোয়দনবা অমুক্তা হন্না হায়।

ঙাইহাক লৈরগা বসতু থারে। বীনা মখুৎ হাইরগা লেপ্তুনা লৈহৌরে।

বীনা থাজনা হায়রম্বা বাফমদু শেংদোক্লীংবদগী ময়ুমদা হন্দনা থাজখোয়গীদা অমুক চংলক্লে।

ইন্দুরেখা, – "ইবেম্মা! থাজবু চৎথ্রব্রা?"

"চৎখ্রে, ইমা! ঐ ইমাদা বাফম অমখক্তং শেঙদোকচনীংদুনা অমুক চংজরকপনি। মসি লান্নসু লৌবীগনু। থাজনা ইমাদা ফোঙদোকপা ঙমদবা বাফম অমথক ঐনা ফোঙদোকচগে তৌজবনি।"

"করিনো হায়য়ু! ইমা করিমত্তা বারৌগদবা লৈতে।"

"ইমা! থাজনা হন্দক চৎথ্রিবসে গুবাহাটিদা চংপা নত্তে। নাগালেন্দনি। বীমোলগা পুন্না চৎমিন্নখিবনি।"

বীনানা বারম পুন্নমক ভাব তানবা মথং-মথং লীথরকপনা অবাং বী ও সি ফাওবগী মতাং য়ৌনা প্রমান পী-পীদুনা শুগায়না তন্নে।

ইন্দুরেখা শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, — "মানা মশানা পাম্না চংশিনগ্রবনিনা কন্নমদি তৌনি। মাগী পাবুংগা কুপ্না খন্নখিগে?" ইন্দুরেখাগী য়াদীংবগী মওং অমথক উবদুদা বীনা মাগী থবক মঙ্গল ওইবগী নুংঙাইবা ফোংদোক্লন্নগা য়ুম্রোমদা হন্নগ্রে।

অশোমদা বীমোলগা থাজগা পুং তরামাথোইদা কোহিমা য়ৌরে। কোহিমাদগী মেলুরি য়ৌগদবা বস থাবা মতম ঙাইরগা বস তোংলগা লাকই। নুমিদাংবাই পুং মঙাদা লোসোমিদা থুংলে।

বীমোলনা মচা অনীগা নুমিৎ তরানিগী তুংদা অমুক হন্না উবদা খুলগী মাবু খঙবা মীশিংদু হরাউই। মেরীগী মপা খাশিম, মমা শুথানে অনীদি বীমোল অমুক হন্নক্লরোই খল্লুরবনি। করিগীদমক বীমোলনা মখোয় অনীদা তাক্লমদনা লোম্না চংখ্রিবনো হায়না কপ্পগা হংই। বীমোলসু চহী তরেৎ য়ুমগী ঈ-পাউ অমত্তা খঙদবদুদা খঙনীংমন্দুনা চৎলুবনি ঐবু শাউবীগনু হায়জে। তৌবগীদি মাদি মেরী পুরগা য়ুমদা চৎলুরবনি, করিগুম্বা মেরীগী লাইবক থীবা থৌদোক্তু থোক্লমদবা তারবদি মেরীসু মণিপুর য়ৌরুরগা ঙসি বীমোলনা হন্নকপসিদা য়াওরক্লমগদবনি। অদুবু ঙসিদি মেরীগী মহক্তা থাজ ওইনা হন্নক্রে।

বীমোলনা অহল অনীদা থাজমানবীগী ৱারী মথং-মথং লীদুনা মরিক চুম্না তমদুনা তাহল্লি। মদু তাবদা মখোয় অনীনসু থাজবু নুংশিবা পোকপগুম মচা অমুক হন্নকপগুম খল্লি।

অমরোমদা অঙাং অনীসিগী খল্লুরগা খাশিমগা শুথানেগদি বীমোলদা প্রেসিলা পীনীংবগী ৱাকম ফাওবা খন্নরুরবনি। কয়াদা লুনা খল্লন্নিবা। তাইবংগী মরী হায়বসে জাত্তা লৈতে, আম্না মশেন মরোল খঙনবদনি, নুংশিবগী লীপুন্না পুল্লিবা। কয়াদা ফজখ্রবা প্রকৃতিগী নিয়মনো?

অঙাং অনীদু নুমিৎ তরানিদং উনরুদবদা চীংগী মবোক অমদি মবুবোকপু খরা কাউবগুম ইকোই কোইরে। পম্বগা থাজদা চৎকে হেক্তা হায়রে। থাজবু মমাগুম খনবদগী থাজদগী ইহেন-হেন্দোকনীংদ্রে। থাজনসু মচাদা মচাগুম লুনা তৌবদুনসু ওইবা য়াই। কয়াদা থুনা ওল্লিবা অঙাংগী ৱাখলনো? অহল অনীসু ভাব তাই, মদুদি থাজনা হৈ-শিংনা অঙাং অনীসিবু মচাগুন্না লুনা তৌবীরি। হান্না খঙনখিবা মরী-মতাগী অঙাংশিংনা পম্বীগে হায়বদা মখোয় অনীমক থাজদা নপশিন্দুনা লৈগ্রে। থাজনা বুংঙোমচাগী শঙোম শেন্নগা ইনবদু উরগা মেরীবু পোকপী শুথানেদু হিক্না-হিক্না

কল্লী। মচা মেরীনা থাজগী মরমদা বীমোলনা লীবা বারীদগী মতোন্দা তমখিবদো ঙসিদি থাজগী মশক উরগদা লোইনা নীংশিন্নক্রে। থাজ কনানো, কয়ম্বা পুকচেল চেনবীনো হায়বদুসু হেক উবগা খক্কলে। থাজনা মচা মেরীগী মহৎ পুরা শিন্নগা মপোক অমা ওন্নগা মণিপুরদগী হন্নকপগুম খনম্রে। থাজসু হান্নদগী ইমুংদুগী পুকচেলগী মরমদা বীমোলনা তমদুনা তাগ্রবনিনা করিমত্তা কোইদে। শুথানে অমদি খাশিম্বু মাবু হেক পোকপী অমদি পোকপা মম্না-মপাগুম্না খল্লি। অহানবা থুংলবগী লাংলম্বা খরা হন্থরবা তুংদা বীমোলনা মানা লৈরম্বা কাদু হাংলগা থাজ পুশিন্নগা চংলকই। ফক্লাংদা মোমোন নোক্লগা য়াল্লিবা মেরীগী ফোটোদু উবদা বীমোল মরু লুকথরগা কল্লি। থাজনা চংশিন্নগা পূক্লিং ফাথে।

বীমোল অমুক হন্না খুলদা হন্নক্রে তাবদা বীমোলগী স্কুলগী ওজাশিং, খণ্ডন-চান্নবা কয়া মথং-মথং হংবা লাক্লরি।

থাজনা মেরীনা হান্না তৌরম্বগুম ময়ামগী পেন্নবা চা লোন্দুনা বীসক্যুটনচিংবা পুথোক্লুনা পীজে।

থাজ কনানো হায়না ময়াম্না হংবদা বীমোলগী হান্না মেরীগা লুহোংখ্রিঙেদা ইম্ফালদা চেন্নগা যুমদা লৈহৌবী নুপী অহন্নি খুম্মী। অদুবু মখোয়না থাজগী অঙাং লৈতে হায়বদু তারগা মখোয়গী মরক্তা মেরীগী মচা অনীদু মাগী ওইফম থোক্লে, লাইনা শিনবীবনি হায়নবা য়াওই। ময়াম চৎনখ্রবা তুংদা বীমোলনা মেরীগী উপু হাংদোক্লগা মেরীগী ফি-রোল, অরুবা পোৎ-চৈ থিরি। মেরীনা মরোল-মরোল নাইনা থন্নম্বা তাংখুল ফি মাগী লৈশারিঙেগী ফিজোলশিংদু উরুবদা, মেরীনা ফিজোলশিংদু শেৎলগা বীমোলদা কেজখিবশিং, উহনখিবশিংদু মথং-মথং নীংশিংলকই। বীমোলনা খ্বাইদগী খোয়দাজখিবা তাংখুল ফিদু চিংথোকউরে। মেরীনা চেকশিন্না লোৎলগা থমজরম্বা বীমোলনা চেকশিন্না থম্মুকো হায়খিবা, নোংমা মেরীগী নাপ্পদা চিনবীখিবা পেত্রক্রেদু বীমোলগী ফোটো অমগা পুন্না ফিদুদগী তারক্রে। পেত্রক্রেদু ঙসিদি মচোই-মচোই তারম্লে। ফোটোদুদি মোমোন অদুম নোক্লি। বীমোল থম্মোই পুবা য়াদনা কল্লি।

থাজনা পেত্রক্রেদু উবদা মাগী যুমগী উপুদা মাগী মান্নবা পেত্রক্রে অমা লোক্লুনা থন্নম্বদু নীংশিংলকই। বীমোলনা থাজদা পেত্রক্রে অনীদুনা শোমদলগী ঈশিংখোঙগী নাকলদা লৌবুক অমগী লৌরীদা খব্রাং ওইনা শাৎলম্বদগী হেক্রক্লগা পেত্রক্রে অমনা থাজগী নাপ্পদা চিনবীরগা পেত্রক্রে অমনা মেরীগী নাপ্পদা চিনবীখিবা মতাংদুগী বারী তৌরকই। থাজসু বারীদু তারুবা কান্দা বীমোলগী লাইবক্তা নুপী অনীগী মপুরোইবা

ওইয়ু হায়না তম্নকপজাৎলা হায়না ঙাইহাক উংদুনা লৈখি। বীমোল অমদি থাজনা লোসোমিদা থুংবা নোংঙানবদা মেরীগী মোংফমদা লৈ কৎপা, বাইবল পাকনচিংবা তৌনবা থৌরাং অমা শীন্নে। লৈকায়গী লৈশাবীশিংবু লৈ খরা য়াম্না হেক্লুনবা শিন্নখ্রে। খুলগী মরুওইবা মরুপ-মপাং, অহল লমন, স্কুলগী ওজাশিংসু য়াওনা মেরীগী মোংফমদা চৎলগা লাইনীং-লাইশোল পাঙথোক্লবা থৌরাং লোইহ্রে। খাশিমগী সুমাঙদা সেমিয়ানা খন্দুনা, চৌক্রি থাদুনা মী ময়াম পুনফম শেম-শাবসু লোইহ্রে। মেরীগী মণিপুরদগী চাউনা শিন্দোক্লকপা ফোটোদুসু পুথোক্লুনা থম্নে। নুংথিলগী পুং মরি তারকপদা মীয়াম পুন্না চত্লুনা মেরীগী মোংফমদা পাষ্টরনা লাইনীং-লাইশোলগী বাইবল পারি। ময়াম পুন্নমক লৈ মথং-মথং কৎলি। থাজসু মচা বুংঙোমচা পন্নগা লৈকৎপা য়াওই। মফমদুদা পিরাংগী নোং চুবগা চপ মান্নখ্রে। খাশিম অমদি শুথানে থাজনা মচাগী মোংফমদা লৈ কৎলগা হিক্লা-হিক্লা কপ্পদু উবদা থাজবু মখোয় অনীনা পোকচবী মচা অহলগুম খল্লকই। ঐখোয় অনীগী ইচা ওইরম্লবদিকো হায়বা মতাং য়ৌখি। মচাগা লোম্নবী নুপী অমনা অসুম্না তৌবসি অতাঙবনি খল্লি। মচাগী মরল পুম্বা থাজদা পীবদা করিসু চিংনবা লৈতবগুম উরকই। খাশিম্না কোহিমা চৎলগা অলটো কার লৌরুরগে খল্লকই

লৈ কৎপা লোইদুনা খাশিমগী য়ুমদা মীয়ামদু হল্লক্রে। মেরীগী ফোটোদা অমুক লৈশু কক্লুনা মেরীগী মফমদা থাগৎ বাহে কয়া ফোঙদোক্লদুনা বা ঙাঙখি। বা ঙাঙবা, থাগৎ বাহে পীবা লোইহ্নগা ময়াম্বু পীজ-পীথক তৌদুনা পেন্নবা হোৎনৈ। ময়াম পুন্নমক থৌরম পাঙথোকপা লোইবগা য়ুম-য়ুমদা হন্নখ্রে। নুমিদাংদু বীমোলনা খাশিম অমদি শুথানেগী মফমদা "থাজগা মাগা লুহোংবদা করি চিংনবা লৈবগে, থাজনা অঙাং অনীসিবু মেরীগী মহুৎ শিল্লগা মমা শক্লা যোক্লগে হায়রি।" হায়না তম্মী।

খাশিম্না হায়রকই, – "ঐনা হায়গদবা নত্তে, নখোয় অনীগী পূক্নিংগী মখা পোনবনি। ঐদি থাজবু ইচা অহন্নি হায়না খল্লবনি।"

খাশিমগী বা তাবদা বীমোলনা হায়রকই, – 'ইপাগা-মামিগসু য়াবীরবনিনা ঐখোয় অনী কোহিমাগী জুদিসিয়েল মাজিস্ট্রেট অমগী মমাঙদা কোর্ট মেরিএজ তৌজরগে?"

খাশিম্না অয়াবা পীরে। অয়াবা পীরবনিনা টাটা শুমো অমা বায়রগা পুম্না খাশিম, শুথানে, বীমোল, থাজ অমদি অঙাং অনীদুসু য়াওনা কোহিমাদা লাক্রে। প্রেসিলাগী মনাক্তা চৎলগা থাজগা প্রেসিলাগা শক তাক্লুনা খঙনহন্নে। থাজনা উখিবা মেরীগী ফোটোগা প্রেসিলাগী মশক্লা ওম্বোক্লবু মান্নরম্মী। থাজনা খল্লকই, "বীমোলসিবু

প্রেসিলাগী য়াথলদি শুকথম-থমথিদবজাংলা? মানা প্রাইভেট ক্লীনিকগী ডাক্তর তমথিবনি হায়বদি তারে।"

প্রেসিলা চংশিল্লকুনা মচেগী মচা অনীদুবু অমমমত ওইনা পল্লগা নুংশিনা খজাইদা চুন্নী। চুন্নীঙৈ মতমদা মচেবু নীংশিংলুরমাল্লে, মপি তারক্লে। ইকাইদুনা মমায় লৈথোক্লগা খাওই। প্রেসিলাসু থাজগী মশক উবদা মী ফরমগদবা মান্নি হায়না খনখি।

নুমিদাংবাইদা উকিল অমগী ময়ুমদা চৎলগা কোর্ট মেরিএজগী মতাংদা খন্নরুরে। থৌরাং পুন্নমক লোইশিল্লগা মথংগী নুমিত্তা কোর্ট মেরিএজ তৌরসি হায়না য়ানরে। নুমিদাংদু খাশিমগী ময়াম্বগী মচা পিতরনা লৈবা যুমদা লৈরে। খাশিম্না ত্র-চাক লৈরুরগা থাজনা মা থোংগে হায়দুনা থাজনা থোংলে। অবাবা মবক্তা নুংঙাইবা মচেৎ হায়বদুনি। থাজনা থবায় য়াওনা থোংবা চাক-এঙ্খাংদু ময়াম পুন্না চামিম্নরে। মথংগী নুমিত্তা উকিলগী মনাক্তা চত্তুনা উকিলগা লোইননা বীমোল, থাজ অমদি খাশিম, শুথানে পুন্না কোর্ট য়ৌরক্লে। হৌনবী মতুং ইন্না গার্দিয়ান, সাক্ষি-সাবোন য়াওনা কোর্ট মেরিএজ তৌবা লোইহ্নগা সার্টিফিকেট ফংলে। নুমিদাংবাইদু মখোয পুন্না লোসোমিদা অমুক হন্নক্লে।

মীয়ান্না খঙবীদবা, য়ান্না নীংঙমদবা থৌদোক অমগী অনৌবা পাউ অমা তারে। বীমোলনা ইহান-হানবা লোসোমিদা থুংলবা অহীংদা বীমোলগী মতেং চাউনা পাংখিবী; বীমোলবু ওজা অহোনা উতুপ্না মকোক্তা থোন্নগা মকোক থুগায়খিবদা বীমোলনা ত্তান মাঙলিঙৈদা চাউনা মতেং পাংজখিবা পুশালুগী মচল লোনথোক্তবী, অচুনি চাক চাদনা, ময়াদা ঈশিং মরিক অমফাওবা তাদবা নুমিৎ তরামরিনি শুরে। খাসিম অমদি শুথানেদি পাউদু হান্না তারবনি। অদুবু মানা চরা হেল্লিবদু করি মরমগীনো হায়বদি কনানসু খঙনদে। মরোল থোক্তবনিনা, অঙাওবীনি, ঙাওবক্তুনা তৌরিবনি, শিজখিবনসু হেন্না ফববনি ঙাঙনৈ। অদুবু মসিমদি খঙই, মদুদি মানা চরা হেনখিবসি মেরী শিবা নুমিৎ তকক্সি শুবদগীনি। ময়ামসু মেরী লৈখিদবগী অবাবা মবক্তা মাগী পাউদি কনানসু থওইবীখিদে। মানা চরা হেনখিবসি বীমোলনা লোসোমি থাদোক্লগা চথখিবগী নোংঙানবদগীনি। নুমিৎতুদগী মহাক নোংম-নোংমগী চাদবনা শোঙ্গিল্লকুনা হৌগৎ-কাওখৎ ওল্লক্তবা নুমিৎ ১৫ নি শুবে। মনাক্তা মী লৈতবা মতমদা অচুনিগী মীৎলু অনীদা পিরাংনা হেক্তা চোৎলি হায়না তম্বদু বীমোলসু তারে। পাউদু তাবদা বীমোল পুক্লিংদা চিংনবা পোক্লকই। থাজগা লোইননা মচা অনীসু য়াওনা অচুনিগী মনাক্তা লাকই। ঈশিং মরিক অমত্তসু শিরমদাইদা ময়াদা ইল্লমগে খল্লকই। লম্বী চৎন-চৎনা বীমোলনা খল্লি, – "ঐনা অহানবা থুংলুবা নুমিত্তা অচুনিনা থক্লবা ঈশিং পুরক্তুনা

পীথকখি, বীসকুট লৈরকরগা পীজদুনা অরাম্বা কোকহনখি। অথাবা ফি অমসু পুরক্নুনা ঐগী নক্নবা ইনবীখি। মামক পুশালুগী মচল ওইনা য়ুমদুদা লৈরমগ্রবদি ঐ হিংলমদবসু য়াই। মানা নুংত্তিগী ঐগী থোঙনাওদা লৈ ফজবা অমমম থেৎখিবনি। ঐনা লৈদুবু উরবসু নোংমত্তা লুনা খনখিদে। মবুংগী অথিংবা অমা লৈখিবদুনসু ঐগী পুক্নিংগী শম্বল হেন্না বাংনা অমদি চেংনা খাখিবনি। ঐনা লৈরম্বা কাগী উপাক্নী অহোবা অমদা মানা ঐবু হেক-হেক য়েংখিবদো ঐনা খনবদি মবুংনা ঐবু কুপ্না চেনখিদনবা শেম্লৌ হায়বদগী ঐ লৈরিব্রা, হল্লক্কব্রা, লোম্না চেনখ্রব্রা য়েংলিব্রা হায়না খনখি। মানা ঐনা থেঙনা হজিল্লকপা নুমিত্তসু ঐনা লৈরম্বা কাগী থোঙ মনাক্তা ফম্লগা ঐ লাকপা ঙাইরম্বা কয়ারক থেংনখ্রে। মদুসু মবুংগী য়াথং ইল্লিবনি খনখি। মানসু মরোল থোক্তবনিনা ঐ হল্লকপা উরগা তপ্না কবিমত্তা হায়রমদনা মাগী কাদা অদুম চংখি। মানা নোংমাইজিং খুদিংগী ঐগী কাদা চংলক্লগা মখুৎনা সাইন তৌরগা ফি অমোংপা য়াওবদু লৌরগা শুনবা পুখি। ঐনা ঐগী ইতেং পাংবীবগী থা খুদিংগী লুপা চনী-চনী পীখি। মাসু মোমোন নোক্লগা পৈশাদু হরাউনা লৌরগা চেনখি। মরক-মরক্তা এক্লাংসু লাল্লক্নুনা পীরখি। অদুবু ঐনা হৈনদবদগী অমুক্তসু পান্না চাবীখিদে। চাত্রবদি শাউগনি খনবদগী লোম্না হইদা পীজনবা লোৎলগা থমখি। ঐবু উতুপ্না থোমদুনা জ্ঞান মাঙখিবা নুমিত্তসু মানা ঐগী থোঙদা ঐবু ঙাইহম্বদু ঐনা জ্ঞান মাঙদ্রিঙৈদা উখিবনি। অহানবা ঐবু লায়কম্নবা মীশক্তুসু মা শোয়দনা ওইরমগনি। ঐদি মতমদুদা মেরীগী বাখলদা ঙাওখিবনা মাবুদি শুকখন-খনখিদে। ঐনা জ্ঞান তারকপা মতমদদি মেরীনা ঐগী ফমুংদা ফমদুনা সেবা তৌরম্মী অদুগা মানা লৈমায়দা ফি অমা থারগা তুম্বা উখি। ঐনা ইচা অনীগা লোইননা লোসোমি থাদোকখিবা অহীংদসু মানা ঐনা তোংবা ভান মমাঙদা মখুৎ তিংথোক্লগা অঙাওবীগুম গাড়ী খামখি। ঐদি অচুনি তশেংনা ঙাওরব্রা হায়না খনখি। অদুগা মাদি ঐবু মবুংগুম খনবগী মহত্তা মাগী নুংশিজবা, পামজবা থম্মোইগী মরুপ্নি খঞ্জরুবদা ঐনা মাগী থম্মোইগী মরোল খঙবীদবগী চৈনাদুনা মানা ঙসি মসিগী ফিভমসি য়ৌশিনখ্রব্রা?”

অচুনিগী বাখল খম্ন-কন্না বীমোল মচা অমনা মানা পন্নগা মচা অমনা থাজনা পন্নগা অচুনিগী য়ুম য়ৌরক্লে। বীমোলনা লৈরম্বা কাদু থাজদা বীমোলনা তাক্নুনা খঙহল্লি। অচুনি, ঙসিদি বীমোলনা চহী কয়া তুম্নম্নবা ফমুংদুদা তুমদুনা অনা মোনখাঙনরম্নে। বীমোলনা মহৌশা নুংতিগী অয়ুক্তা উখিবা থোঙনাওদুদা ঙসিদি লৈসু থেৎলমদ্রে। বীমোলনদি মেরীনা নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক্তা চর্চ কাকগী ফিজোলদা মাগী মনাক তন্না কাখৎলকপদা তুশিনবদা মানা মেরীবু মশা শৌরগা

ইমুংদা পুন্সিনখিবদু মিকুপ্তুদা নীংশিনলকই। মদু খল্লুরগা বীমোল মীৎলু অনীদু পিরাং ঈহৌরক্রে। নীংগুমদবা পূক্লিং নুংশিবা বাখল অনীমা বীমোলবু য়ুমসি য়ৌরকপদা বাখল লমফাং চৎহনবীরে।

বীমোল চংলকপা উবদা অচুনিগী মমাদু হরাউই। মচাগী মমায়দু বীমোলনা উনবা লৈথোরকই।

বীমোলনা নুংশিবা খোঞ্জেলদা – "অচুনি, অচুনি!" হায়না অনীরক হন্না কৌই।

নুমিৎ কয়ানি পাঙলুদ্রবা অচুনিগী মমীৎতু বীমোলনা কৌবদু তাবদা তপ্না-তপ্না পাঙথোরকই। মীৎ অনীদু আ মনুং য়ৌনা চংখিবগুম কুৎশিল্লে। মীৎলুদগী পিরাং অনীখক মীৎকী মতাইদা শীঙ্গুরকই। বীমোলনা মাগী রুমালনা পিরাংদু তৈথোকই। বীমোলবু উবদা হরাউবা মাল্লি, ময়াদু খজিক্তং উনা কাথোরই। বীমোলগী মীৎলুদসু পিরাং ঈহৌরক্রে। থম্মোইগী মান্নবা ঈচেল অনী ঙাইহাক্তং পূন্নীংবগী লম্বী থিরকই।

বীমোল চামচ অমা পায়রগা গ্লাসতগী ঈশিংদু চামচতু থন্না কল্লি।

বীমোল, – "অচুনি! নঙ ঈশিংসে খজিক্তা থকসি!"

নুমিৎ তরামঙানি কনামত্তনা চাউ-থকউ হায়বদা য়ারক্রবী, অচুনি বীমোলনা মখদাঙ পায়রগা ইনবা ঈশিং চামচ থনবদু হরাউনা মযা কাখৎলগা য়োৎলি। ঈশিংদুনা কংলবা চরমদু ফাওবগা কুমথখিবদু মখোল গুরু-গুরু লাওনা তাই। বীমোল অমুক হন্না চামচ অমগা পীথক্কে তৌই। অচুনি হন্দকমুক্তি ময়া কাখৎলু হায়বা য়াখিদ্রে। অচুনিগী হকচাংগী কয়াৎ খুদিংমক শিন-থুংনা ঈশিংদুনা শন্দোকখ্রবোই। মাগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইজবা মিকুপ থুংলরমাল্লে, অচুনি নুংঙাইরবা মঙলান অমদা চৎখিবদা তাইবংদা অমুক হল্লকপা ঙমদ্রমাল্লে। মমাযদু নাকন্দা থক লাউনা ঈল্লম্নগা অরোইবা খ্বর হোন্দোরক্রে। বীমোলনা অচুনিগী থবায়বু স্বর্গগী লম্বীদা চৎলো হায়বা লাকপগা চপ মান্নখ্রে। করি উপাইদি লৈ। বীমোল হৌখিবা মতমগী থৌদোকশিংদু নীংশিংলুরগা মীৎলুদগী পিরাং লেপ্তনা শীঙ্গুরকই। মীওইবগী থম্মোইগী মরী মথং-মথং খণ্ডবগুম তৌবকই। অচুনিগী মমাদো তেংথাদুনা মচা কৌরগা কপ্পী। নুপামচা অমনা অচুনি শিরে হায়বা তাবদা খুলগী চর্চকী কাংশিদু কাং-কাং-কাং হায়না মীয়াম খঙনবা য়েক্নরি। হৌজিক্তি অচুনিবু পোকপীদো মচানা চাউ-থকউ য়াখিদবা অমদি শিননবা চরা হেনবা ঙমখিবগী মবম বীমোলননি হায়বা শেংনা খঙলে। মসিদা মানদি বীমোলগী মরাল লৈতে, মচানা অহেনবা পামজরব্বদগীনি হায়না য়াজখি। অদুবু অচুনিগী মবুং পুন্সালুনদি মদুবু য়াগদ্রা?

বীমোল, থাজগী মমাগুদা অচুনিগী কংশিন্নবা খজাইদু পায়রগা কন্নি। অচুনিগী মমাদো মচা কোন্নগা মখোজ হৌনা কৌরগা থম্মোই শোকনা তেংথাদুনা কন্নি।

মথংগী নুমিত্তা অচুনিগী হকচাংসু খুলগী সিমিত্রিদা মেরীগী মোংফমগা হেক থংননা চৰ্চকী পাম্ভনা লাইশোন পাঙথোক্লুনা লৈরোল চন্রে। বীমোলগা থাজগসু অচুনিগী লৈরোল চনবগী থৌরম, লৈ কৎপা লোইনা য়াওই। বীমোলগী থম্মোইদা খুজংসিদা মাবু খ্বাইদগী লুনা খঞ্জখিবী নুপী অনীথক্লা মাবু থাদোক্লুনা লাইরেবাক্তা হৌনরগা চৎখিবসিনা অবাবগী থাকী অরোইবা সিরি য়ৌনা মাবুসু পুথগে তৌরকই। অদুবু মাগী মনাক্তা লেপ্লিবী থাজনা মাবু অরোইবা সিরিদগী অমুক চিংখৎকদবগী ঙাইবদু উবদা অরোইবা থাক্তু য়ৌনা কুমথবা ঙমদ্রে।

মানা নীংঙমদনা কপ্পা উরগা থাজনা হায়রকই, — "তাবীমোল! সংসার হায়বসি অসি ঙাক্তনি, ঐখোয় কায়ননবগীদমক উনবা লাকপনি। মখোয় অনীদি শান্তি ফংলবনি, বাহৌগদৌরিবা, লীলা লোইদ্রিবদি ঐখোয়সিনি।" মসি হায়রগা থেমজিল্লি।

অচুনিগী লৈরোল চনবগী থৌরম লোইরবা তুংদা মমানা মচাগী লুনা থল্লম্বা উপুদু হাংলগা করি-করি পোৎ লৈবগে য়েংই। মতম অমদা বীমোলনা থা খুদিংগী পীখিবা লুপা চনি-চনিদু অচুনিনা করিমত্তা কায়থোক্তনা ফি অমদা য়োম্নগা মরোল-মবোল লাইনা থল্লম্রে। থোঙনাওদা নুংত্তিগী বীমোলনা য়েংনবা থেৎচখিবা লৈশিংদুসু কংলগা লোইনা ফিদুদা য়াওরম্রে। মদুগী মথক্তা বীমোলগী ফোটো অমা মোমোন নোক্লগা য়াওরম্মী।

অচুনিবু পোকপী মমানা পৈশাদু বীমোলগা অচুনিগা লুহোংবগী অউনপোৎ লৈজনবা থম্বগুম খল্লুরে। নুমিদাংদা পৈশাদুগা অকংবা লৈদুগা ফোটোদুসু য়াওনা ফি মযোমদু বীমোলদা শিন্নরে। মদু উবদা বীমোল তৌফম খঙখিদে। অচুনিগী মমাসু কপ্পি। বীমোলনা পৈশাদু লৌজরোই হায়। অদুবু অচুনিগী মমানা য়াদ্রে। বীমোল পৈশাদু লৌহৌবদা তারে। বীমোলগী পূক্লিংগী পুথ্রিসে মরাইবক ওম্ভোক্সু ফরকখ্রবোই, পিরাংনা পীক থনখ্রমাল্লে। হৌজিক্তি পূক্লিংগী পুথ্রিগী ঈশিংনা পাথোরক্লুনা ঈচেল কয়া থোক্লা খায়দোরক্লে। করম্বনা ময়ায়গী ঈচেল ওইরগা করম্বনা মতাইগীনো খঙবা লুরক্লে। মাগী ইনখৎলকপা মতমগী পূক্লিং বাখলদদি ফজবগী মমিনা থম্মোই ময়ায়দা তাখি। থাজমানবী অমদি মেরী অনীগী শক্তম অনীমক মাগী মীৎতা তোয়না উখি। মখোয় অনীগী বাখল মরক্তা অচুনিগী বাখলদি বীমোলগী থম্মোইগী য়াঙলবা ঈচেলদুগী মতাইদা লাপ্পা হাইদোক্লগা লৈখিবনা উবা ঙমখিদবনি। ঙসিদি ঈচেলগী খেন্নবা চাংদম্বদা

ফজ অমদি ফংলে। ফজবা, নীংথিবা, সনা, লুপা অরং-অয়াক, অনানবা ফিজোল, অহাওবা এপ্লাং, ময়ামসিগী মরক্তা মীওইবগী অপাম-নুংশিগী ঈচেলসু য়াওরদুনা লৈ। হয়বা শকফম, মুমলৈ-কৈয়ে, হয়বা ফিজেৎ-লৈতেং শাগোম্লরিবা কাঙ্জুম্না অপাম-নুংশিগী ঈচেলদসু মতাই অদুম থংদুনা লৈহৌই।

অচুনিগী থম্মোইগী মশক্লা খ্বাইদগী হেন্না ফজরগসু মাগী শককন্না, ইমুংগী ফিভম্না হস্থরম্বনা অমদি লোম্লোক্তবী ওইক্লবনা মাগী থম্মোইবু মতাইদা ইঙ্গোকপীরকপগী মরম্নি। মানা মেরীগুম মশক ফজরম্লবা, ইনাক খুলম্লবা, মরোল থোক্রম্লবা; মহে হৈরম্লবা মহাকসু নুংশিবগী ইচেল ময়ায়দা শোয়দনা য়াওজরমগনি। পূম্নমক-ঈশ্বরগী খেম্নবা খুৎশেম অমদি বায়েলদা থমথ্রসি।

থাজগা বীমোলগা লোসোমিদা লৈরকপা নুমিৎ তরানি সুরক্রে। থাজগা মচা অনীগা লোইনরিবা মওংসি উরগা খাশিম অমদি শুথানে অনীনা খল্লি, — "থাজগী মতৌ মথোয়না ইনবা গুম্লোই; অঙাং অনীসি মমা-মপাগী মনাক্তা পুরগা মণিপুরদা য়োকচরক্বনা ফরগনি।" খাশিম মরকসিদা অরুবা থবক অমা লৈরে হায়রগা কোহিমা চৎখি। মাদি মানা হান্না বুক তৌখিবা অলটো কারদু লৌবা চৎপা ওইরম্লে। মানা কোহিমাদগী হল্লক্রবা তুংদা বীমোলনা মাগী তুংগী পুন্সিদি মমা লৈবাক মণিপুরদা থাজগা লেনমিন্নক্লরগে হায়না খাশিমদা হায়জে। খাশিমনসু হরাউনা য়াবীরে। মনেম-মকুগী অয়াবা লৌরবা তুংদা স্কুলগী প্রিনসিপাল ওজা দুশাজো উনবা লাকই। প্রিনসিপালসু করম্না য়ারোই হায়গনি। মখোয় অনীনা মচা অনীগা লোইননা হংচিং শোয়দনা চৎলগনি হায়না লেপ্পা নুমিত্তুদা কোহিমাদগী প্রেসিলা অমদি পিতর অনীবুসু পুন্না কৌরে। প্রেসিলা অমদি পিটরসু পুন্না লাকমিন্নদুনা লোসোমি য়ৌরক্রে।

নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা খ্না থরা তানৈ। বীমোলনা মণিপুরদা মচা অনী পুরগা লৈথ্রবসু মরক-মরক্তা টেলিফোন্দা ঈ-পাউ ফাওনবা; চহী অমগী মনুংদা অমুক অনীরক খুলদা লাক্লগা উনবা; হরাউ-কুম্মৌ থোকপদা, খৃষ্টমাস, ন্যু ইয়ারদা লাক্লুনা উনরবা; অঙাংশিংগী লাইরিক লাইশু ফজনা তমহনবা; হয়েং মখোয়না লুহোংবা মতম য়ৌরবা ফাওবদা মপু-মবেন হিংবা থোক্লবদি পুন্না লুহোংবা য়াওরগে হায়বা পূক্নিং-নুংশিবা বাফম কয়া য়াওনা ঙাঙনৈ। বারী শানবদা কপ্তবা মী অমত্তা য়াওখিদ্রে। শুথানেনা মচানা শেৎলম্বা ফিরোল হয়েং মত্ত প্রানেনা চাউরক্লগা শেৎচনবা পুবীথ্রো হায়দুনা লৌথোরকই। মদু উবদা থাজনা হায়রকই, — "ইমা! সিদা সুম লৈজসনু! ঐনা লোইনা মণিপুরদা পুদুনা চৎলবদি ইমাদি ইনাও মেরীবু করম্না নীংশিংগনি?"

বাহৈদু হায়রকপদা গুথানে থাজবু মথানুংদা চেৎনা কোল্লগা কল্লী। থাজগী মজবা খম্ভোইদু মশক খঙবদা ওইরমাল্লে। পোৎ-চৈ অয়াম্বা পুগদবা লৌথোকপা লোইশিল্লক্লে। অহীংদু থেংজিল্লক্লবদা বারী লোইদুনা তূম্লগ্লে।

লোসোমিগা বীমোলগা কায়নগদবা অরোইবা নুমিৎ লাক্লে। স্কুলগী ওজাশিং, ছাত্র-ছাত্রিশিং, অহল-লমন, মরুপ-মপাং পুম্নমক স্কুলগী হোলদা ফেয়ারৱেল পাঙথোক্লবা নুংথিলগী পুং অনীদা য়ৌনরক্লুনা খুদোল পোৎ কয়া তম্নদুনা পীনরি। তিল্লিবা ভাবক পুম্নমক্তা বীমোলনা অরোইবা ৱা ঙাংবদা ঙাইহাক্তি মীয়ামদু চেক-মোক লাউদনা তুমিন লৈনৈ।

বীমোলনা হায়খি, — "খুলসি ঐগী পুন্সিগী মরু ওইবা চহী তরিৎকী চেংজেল পীনখিবা অমদি শিরুবদগী থৱায় কনবীরকখিবা খুলনি। অদুনা ঐদি খুলসিবু য়াম্না নুংশিজে, স্কুলসিবুসু নুংশিজে। খুলসিগী লম্বী-শড়ক, উপাল-ৱাপাল, নুংশিরবা মরুপ-মপাঙ, অহলশিং, মতম কুইনা ৱামিন্নরক্লবা ওজাশিং, নুংশিরবা ছাত্র-ছাত্রিশিং পুল্লপ থনল্লগা ঐ ইতোমতা মেরী য়াওদনা ইচা অনী পুবগা হনখিগদবসে খল্লুবদা পুক্লিংসে য়াম্না নুংশি" হায়রগা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে। তিল্লিবা ময়ামসু লোইনা কপখি। মখা তানা, — "অসুক নুংশিবা মফম অমা পুন্সিসিদা থিবদা মফম অতৈদা ফংগনি থাজদে। নাগালেন্দগা মণিপুরগা মরী কয়া ফত্তে হায়না তায়। অদুবু অফবা মীগী মফমদদি ফত্তবা দেশ অমত্তা মালেমগী মফমদা লৈরোই। ফত্তবা খরনা লাম্না পাউ শন্দোক্লুনা লোইনমক ফত্তনা উহনবনি। মীওইবগী ইতিহাসতা থম্মোই মশেলদি লুনা তিম্নবা লোইনা য়াই।"

ফেয়ারৱেল লোইরগা ময়াম্না পীরকপা খুদোলপোৎ ময়াম পুরগা খাশিমগী য়ুমদা অমুক হল্লক্লে। হয়েং অয়ুক ঙন্তানা চৎকদবনিনা ঙসিদগী হয়েং পুগদবা পোৎ-চৈ মারুর্তি কার অহনবা অলটোদুদা লোইনা হাপ্লগা থম্লে। নুমিদাংগী চাক-ঈশিং চারগা পোৎথানবা তৌরসি হায়নরিঙেদা অচুনিগী মবুং পুশালু নুমিদাংদা খুলদা থুংলরে। মচন অচুনি শিবগী পাউ তাবদা থোক্লকপনি। মমানা অশাঙবা ৱারী অমা মরিক চুম্না লীথরকপদা বীমোলগী মরমদগী শিবনি হাযবা খঙলে। পুশালু ঙাইহাক ৱাখল তৌই। "ও! ঐনা বীমোলগী মফমদা অকনবা ৱাফম অমখক থমখিবদুনা ঐগী ইচলগী পুন্সি মাঙলবা। মসিদা বীমোলগী মরাল লৈব্রা? লৈতে। ঐনা হাম্না মসি খঙলম্লবদি ঐনা ইচলগী পুন্সি কনবীরম্বা য়াবনি। পুশালু মখোল থোক্লা মচল কৌদুনা কপ্পী।

পুশালু থম্মোই কায়বদগী মানা পায়রকপা নোংমৈদু মক্ক অনীথক কাপথোকখি। মাগী মতৌদু বীমোলবু নুংশিজবা ছাত্র অমথকনা উরে। ছাত্রদু পাথফুনা পুশালুনা বীমোল শোয়দনা হাপখিবা তারে থনবদগী চেল্লকুনা খাশিমদা পাউদু তম্লরে। মতম্মদুদা বীমোলদি মেন্নীগী মোংফমদা অরোইবা বীদাই পীবা চংখ্রি। বীমোলবু য়াম্না থুনা মফমদুদগী কৌরুনবা ছাত্রদুবু থাখ্রে।

মীরক-নারক য়েংলগা খাশিম্না থাজ অমদি অঙাংশিং মারুটিদা কাথংহল্লে। প্রেসিলাবুসু কাথংহল্লে। পিতরবু গাড়ী ষ্টার্ট তৌহল্লগা বীমোল হেক লাকপগা চংখিনবা থৌরাং পুমলোয় লোইরে। বীমোল য়ৌরকপগা অফিং-অফাই ওইনা কারদুদা কাথংহল্লগা পিতরবু গাড়ী "কন্না থৌদ্রো" হায়রগা থাদোরক্লে। শুথানেগা খাশিমগা লেপ্লগা কপ্তুনা লৈহৌরে। পুকমেন পাওমেন্নবা মতম ফংখিদ্রে।

লোসোমি তুংওইনরম্বদা বীমোল থম্মোই কায়গে তৌই।

মীনিং খরগী তুংদা পুশালু খাশিমগীদা থুংলরে। "বীমোলদি কদায়দা লৈ" হায়না হংই।

খাশিম, — "মাদি চংখ্রে।"

"হা! করিগী অসুক থুনা?"

"নঙনা মাবু হাংপীগদ্রা চিংনবদগী চংখিবনী।"

"ও! ওজা খাশিম! নঙনসু ঐবু অদুক ফত্তনা খল্লন্নবা! ঐদি ঐগী নুংশিরবী, মীমান্নদ্রবী ইচল অচুনিনা ওজা বীমোলবু থম্মোই শেংনা নুংশিজবদুগীদমক ইচলগী মহুৎ শিল্লগা বারৌগনু হায়গে তৌবনি। ঐগী ইচন্দি ঐনা হাংপনি। ঐনা ওজা বীমোলবু ঐগী য়ুমদা বন্দিগুম থম্বদা মাগী অমদি ইচলগী থম্মোই অনীবুদি ঐগী বন্দিগী কাদুদা ফাজিন্দুনা থম্বা য়ারোই হায়বদু খনখিদে। ঐনা ওজা বীমোলনা অহানবা লাকখিবা মতমদা অথিংবশিংদু থন্নমদ্রবদি ঐগী ইচলসু শিরমদবা য়াবনি।" অসি হায়রগা পুশালু অমদি খাশিম অনী নুংশিনা কোন্নরগা কপমিন্নে।

নোংঙাল্লকপদা মখোয় কোহিমা য়ৌরে। প্রেসিলাগা অমুক অরোইবা বীদাই তৌনবা তারে।

প্রেসিলা মচেগী মচা অনীবু নুংশিনা চুপ্পী।

অরোইবা ওইনা থাজদা হায়রকই, — "ইচে! অমুক চংথপিরোকো। অঙাং অনীবু লুনা তৌবীয়ুকো!"

বীমোলগী মনাক্তা চংশিল্লক্লগা, – "ওজা! মরক-মরক্তা ঈ-পাউ পীবীয়ুকো!"

মমীৎ অনীদা পিরাং শিহ্বরগা মখুত্তু অরোইবা ওইনা কায়নরসি হায়না তিংথোরকই। বীমোল প্রেসিলাগী মখুত্তু শোকই। শোকপা লোইরগা নুংশিনা খুৎনমদা চুপ্লীরম্মী। প্রেসিলা লেপ্লগা য়েংদুনা লৈহৌরে। পিতরনা গাড়ীদু লেপ্তুনা থৌরকপনা মাও য়ৌরে। মাওদা ঙাইহাক থাল্লগা চাক-ঈশিং চারে। অঙাং বুংঙোমচাবু শঙ্গোম শেমদুনা পীথক্লে। খরা চাউবা প্রানেনা চাক খরা ইনবীরে।

মাওদগী অমুক লাকপনা পুং বারোগী অদুবাইদা ইম্ফালদা থুংলে।

থাজনা ঙসিদি চংদবা য়ারোই হায়বদগী কারদু থাংমৈবন্দগী বীরমঙ্গলগী থোঙ্গাল তানা থৌরক্লে। বীমোল খরদি ইকায়বগুম তৌই। অদুবু থাজগী থৌনা ফমনবদুনা বীমোলদু থাজনা হায়বা ইন্দবা য়াদ্রে। থাজখোয়গী থোঙ্গাল হাংলগা চংলকই। বীমোলবু গাড়ীদগী হাল্লা কুমথহল্লগা থাজসু কুমথরগা মখোয় অনী মচা অমমম পল্লগা ঙাইহাক লেপ্পী।

মখোয় য়ৌরকপদু ইন্দুরেখানা উরদুনা মৈখেৎ অমগা খবর অমা পায়রগা ঙ্কইখো হায়না খাল্লগা চেপ্থোরকলগা মৈ ওকই।

তাঞ্জাদুদা বীরমঙ্গলসু থোরক্লে। বীমোল অমদি থাজনা পুল্লা মমা অমদি মপাবুংবু খুরুম্মী। খুরুম্বদা থাজদু মকোক্তু সারি তংখায়দুনা খুম্মী।

মমা-পাবুংসু মচা অমদি মমাক্কী অকুপ্পা বারী বীনাদগী হাল্লা তাদুনা খঙলবনিনা হরাউ-হরাউ – "ইচা অনীগী মঙ্গল" হায়না মীৎলুদগী পিরাং য়াওনা বর পীদুনা ওকপীরে।

থাজনা হায়রকই, – "ইমা, পাবুং! নচাশিংবু বারৌবীগনু! ঐখোয় কোংবগী য়ুমদা অমুক য়ৌজরগে?"

বীরমঙ্গল অমদি ইন্দুরেখা অনীদো গতি লৈত্রদুনা, – "চৎলো চৎলো" হায়রকই। মচা অমমম পল্লগা ঙাঙলকপা বাহে ওইবদুদা মচা থাজমানবীবু "নঙদি লৈহৌখো" হায়বদু হেক ঙমদ্রে।

ময়াগী থৌরীনা পুনবা হায়বদু মসি ওইরমাল্লে।

বীরমঙ্গল, – "ইচাশিংবু চাক অমদি কৌরগা অওং-অউন তম্লক্লগে?" অসি হায়রগা থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোকপীরকই।

কারদু মখমদুদগী থৌদোক্লগা অমুক লাকপনা শিংজম্মৈ থোং লাপ্লে। অসুম থৌরকপনা কোংবা লাপ্দেবম লৈকায় য়োরগা বীমোলখোয়গী লৈরক মচাদুদা থৌজিন্নক্লে।

কমলানা থোঙ্গালদা মৈ অমুক ওক্লে। মচা-মমৌনা মমাবু খুরুম্মী।

থাজনা পিতরবু কৌশিল্লগা মাঙ্গোলদা কমহল্লি। থাজনা ফি শৎ-শৎ হোৎদোক্লগা চা লোনবা চংখি। পিতর কোয়েং-কোয়েং য়েংই। তোন্দোনগী থোঙদা নেম প্লেট অমদা "এম তোন্দোন, দি এস পি ইম্ফাল ইষ্ট" হায়না থারিবদু পাক্লরে।

"ও! মখোয়গী ময়াম্বরা মনাওরা দি এস পি অমদি লৈবোইরে" খল্লি।

থাজনা চাগা বীসকুটকা পুথোক্লুনা টেবল মচা অমদা থম্মী।

"ইবুংঙো! চা থকসি!"

পিতর চাদু থকই।

চা থকপা লোইরগা, —"ইচে! ইবাই! ঐ অমুক চৎলগে" হায়রকই।

"ঙসি অহীংদি সিদা লৈবগা হয়েং চৎলো" থাজনা হাযবনি।

"ইচে! ঐ হৌজিক চৎলগে? শোসি লৌশিনবীয়ু।"

"করিগীনো শোসিদি?"

"অক্লনা ইচেগীদমক পীরক্লবনি, গাড়ীগা শোগা ইচেগী অউনপোৎনি, ইচেদা শিন্নরম্মো হায়রকই।"

বীমোল অমদি থাজ অনীমক ঙকপগুম তৌই। খাশিম অমদি শুথানেগী ফজবা পুকচেলদুবু খল্লুরগা মিকুপ্তুদা মখোয় অনীমক মখোল থোক্লা কপথোরক্লে। কপ্পা-কপ্পা থাজনা শোদু লৌহৌরে। মখোয় অনীনা কপ্পদু উরগা পিতরসু মচে মেরী নীংশিলক্লুনা কপ্লি। পিগী মরীদি চীং-তম অমত্তা খাযরমদ্রে।

পিতর রুমালনা মপিদু তৈথোকই।

"নঙদি করম্না চৎকনি?"

"ইচে। ঐদি ইম্ফালগী লম্বী খঙই। ঐ ঙসিদি উখ্রুলদা ওইনা চৎলগা হংচিং কোহিমাদা চৎকে। ইচেগা ইবাইগা লৈবীহৌরো?"

থাজ, ইমুংদা চংল্লুরগা অমুক খুনা থোরকই। পিতর চৎপা হৌরম্লে।

থাজ, চেঙ্খোরক্কুনা পিতরদা লুপা লীশীং অমা পী। পিতর লৌ হায়বা য়াদ্রে।

থাজ, –"নঙনা মসি লৌদ্রবদি ইচিল-ইপ্পাগী মরী চেৎলরোই। নঙনা নঙগী ইচে মেরীদো ঐনি হায়না মতম চুপ্পদা খল্লগা ইম্ফালদা লাকপা খুদিংগী য়ুমসিদা ইচেগী নাক্তা চংলক্লগা অবা-নুংঙাই পাউ হংলোকো! সে, সি লৌরো!" মীৎলুগী পিদি লেপ্পা লৈতে।

থাজগী বাহৈদুদা পিতর পৈশাদু লৌদবা ঙমদ্রে। পৈশাদু লৌরগা পিতর মমায় লৈরগা থোরকই।

বীমোলনা, –"ইবাই থিন্দোক্কে" হায়রগা শড়ক মচিন য়ৌনা পিতরবু থিন্দোরকই। ওটোরিক্সো অমা কোংবরোমদগী লাকই। ওটোরিক্সোদু বীমোলনা খাল্লগা পিতর ওটোদুদা কাখৎখ্রে। পিতর হন্না য়েংলগা খুৎ হায়রল্লগা চৎখ্রে। বীমোল পিতরনা তোংখিবা ওটোরিক্সোদু উখিদ্রবা তুংদা তপ্না বাখল তৌরগা চংলকই। বীমোলনা দারি মপাল য়ৌবদা কমলানা এনভেলপ অমা পুথোরক্কুনা মচাদা পী। থাজনসু চা-কপ অমা লানশিল্লকই। বীমোল ডারিদা ঙেক লাওনা ফমথরগা চাদু অমুক্তং চিংলগা এনভেলপ্পু হাংদোক্লগা য়েংই। 'এপোইন্টমেন্ট ওর্দর' মতম কুইনা নমশিন্দুনা লেপ্লরবা স্কুল ওজা লৌবগী ওর্দর ওইরম্মী। "ও! নঙগীদমক্তনিকো ঐনা পুন্সিসিদা চাংয়েং মখল-মখা কয়া পাঙথোকখিবা! অদুগা ঙসিনা নঙনা ঐবু য়ুমদা ঙাইদুনা লৈরম্লবা!❑




- লোইরবা –

## পাউখুম অমদি পামজেং

ঐহাক মনা মথুম ফংলবা অঙৌবা নংঙদে। নঙ্গু চম্না অমদি তোঙান পাক্ন মরামগী মতিংগী মতাউদা হিংজবিরা মীশক্তি। অচুম্বা য়াম্না পামজবা, অচুম্বগী মথুম লৈবদি মদুনা চংবগা মিকুপ খরদং পোংখাজবা পামজবা মীশক্তি। খঙদে, অদুবু অচুম্বা অহৌবসি মথুম, মথুম লৈতবদা কমচাংবা পংবলৈ লৈবা পোংশক অমরা? পুন্সিদি পাক্ন মরামগী মতাউদা হিংলবসু থক্সমারদি পাক্ন মরামগী মরক্তা চংলুবু য়াদে। মনম নুংশিবা লৈরাংগী লৈনম্না নুংশিবা য়াউরক্লবদি নম্লবু য়াদে নাতেনাফমসু নুংশিবা হৈশ হেক তানবগা নাকোংবসি কাদোমদগানো মথৌ হেক্তা চিন্থি। মশাক ফজরবী কনাগী চেংলৌ হেক উরুবদা থক্সমায়দা নাপ হেক্তা লৌবা হৌই। মসিবুরা পুক্নিংগী চৈথিল চাযনরিবসো?

সংসারসিদা মী ওইবনা লেপ্লনা খিবিবসি নুংঙাইবনি। নুংঙাইবগী মখল অশুরক চায়বদি খঙজদে। অদুবু অইবনা খ্লাউদগী পামজবসি মানা শোম-শাজবা লৈরাংগী নাচোমনা তুংগী মনম নুংশিবা লৈরাংগা ওরসিনসিদা।

ময়াংলম্বম কাদেশ



অপোকপীগী মিং : [illegible] লাজাওবী দেবী

ঁসৈথম : শি[illegible]মে চীংঙামখোঙ চোংথাম লৈকায়, ইম্ফাল

পোকপা চহী : ১৭-১২-১৯৫১

মহৈগী থাক : বী এস সি, এল এল বী

ফম : সেনিয়র টেক্নিকেল এসিস্টেন্ট,

লাইফ সাইন্স দিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভর্সিতি,

কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং :

অরোইবা বিচার (ৱারী মচা) - মার্চ, ২০০৩

কংথোক্লবী (ৱারী মচা) - ওক্টোবর, ২০০৩

খোঙুলদা তারুরবী (ৱারী মচা) - জুন, ২০০৪

রোমোনি (উপন্যাস) - ডিসেম্বর, ২০০৪

পুকচেল (উপন্যাস) - জুলাই, ২০০৫

শম্বল (উপন্যাস) - ডিসেম্বর, ২০০৫

ইমা (ৱারী মচা) - জুলাই, ২০০৬

নুংনিলৈ (শৈরেং) - ডিসেম্বর, ২০০৬

ঈচেলদুগী মতাইদা (উপন্যাস) - জুন, ২০০৭